# [illegible]

# আমেরিকাগী পুনশি

শ্রীকুঞ্জোসিংহ পুখ্রম্বম

# "AMERICAGI PUNSHI ." 2007. Travalogue Diary.

( Shri Kunjo Singh Publication.)

Written by : **Shri Kunjo Singh Pukhrambam.**

*Printed by - AISECT, Emoinu Printers, Kakching Khongnang Mari Phangba, pin-795103, Manipur.*

First edition : 2007.
Copies : 600.
Price : 300/-

**Shri Kunjo Singh Pukhrambam.**

নমফম :- আইসেক্ট, ইমোইনু প্রিন্টর্স,
কক্‌চিং খোঙনাং মরি ফাংবা,
৭৯৫১০৩, মণিপুর।



-কখোকচবা-

জাতিসিগী
তুংগী আশা ওইরিবা
ইচা ইশু নহারোল
তুরোই -ঙাস্রোই চৎলিবশিং
নখোয়গীদমক
নখোয়গী নফমদা
কখোকচরি ঐগী
" আমেরিকাগী পূনশি "

শ্রীকুঞ্জোসিংহ পুখ্রম্বম

# ৱাহৈ অমত্তং

আমেরিকাগী পুনশি হায়রিবা লাইব্রিক অসি ইং ২০০৪ গী আগষ্ট তাং ২০ দগী ওক্তোবর তাং ২১ ফাওবদং মফমদুদা চেকশিন্না প্রোগ্রাম শেন্নগা য়েংশিল্লুবদা থেংনরকপশিং অদু ইশিনবনি। নুমিদাংৱাইরম পূং তরেৎ, নিপাল নত্তগা মাপন্দগী ফমদুনা ইবনা অহিংগী পূং অনী অহুম তাখিবা খঙহৌদে। উরূবা য়েংলুবা অদুতনা ইবা য়াদবনা লাইব্রিক অমসুং গাইড বুক কয়াসু পাদবা য়ারমদে। অদুগী মথক্তা হকখেংননা ৱারী ৱাতায় তৌরকপা ভিডিও ফিল্ম নম্লকপশিং অদু অমুক হন্না য়েংদবসু য়াদে। মরক মরক্তা ঐনা হেক হেক ভ্রান তারক্তবদা ইচানুপা ললিতকুমার অমসুং ইমৌ নুপী স্বপ্নলতা অনীগী মতেং তত্তনা লৌই। ফোটো ফনা য়াম্না নম্মী অদুবু ফোটো ঙাক্তনা য়াদে। ফোটোদুমক্কা হেক্তা মনুংগী ৱা লোইন' খঙবা য়াদবনা মখোয়গী মতেং য়াম্না লৌই। অসুম্না তুমিন্না ফমদুনা ইনা ইনা চখোক্তগা, প্রোগ্রাম শেমদবা নুমিৎশিংদি পাবা, ইবা অসিতদা নোংঙাল্লকপদগী নুমিৎ তাখিবা খঙহৌদে। অসুম্না কন্না হোৎনবনা লাইব্রিক অসি অরোইবা নত্তনা অতৈদি পূংলোই লোইনা ইরকপ্রবনি। চিকাগোগী পন্দুপ অমসুং মথা চখরকপা অসিখক্তা ঋষিকেশতা ইররবনি। হরাও কুম্মেদা পূক্লীং চঙদনা, পূক্লীং লুপশিন্দনা পূং ২৪ অয়াম্বা মতমদা থবক শুরিবা অদুগা মাগী মাগী ইমুং মনুংগা তত্তনা পার্কতা থাংজ নত্তগা নোংমাইজিংদা চত্তুনা হরাও তয়াম্বা মায়থোংদা নুংঙাইনা ৱারী শাদুনা, পূন্না চামিন্নদুনা হিংলিবা পুনশি মরেল অসি নীংথিনা চেকশিল্লি। য়াম্না লূ নাল্লি।

মী অমত্তা ক্কা চাদ্রবনিনা ওফিস্তা, স্কুলদা, কৈথেন্দা, লম্বীদা মোত্রে। চুরুট থকপা মী লৈতবন মৈখেৎ চুরুট মতেক তাদে। দলানশিংগী মমায়দা বিল, বেন্নর, হোর্দিং থেৎপা য়েকপসিসু চৎনদে। অদুনা য়ুম, বিল্ডিং, স্কুলশঙ, কারখানা কৈথেল পূম্নমক ৱাহৈ অমত্তসু ইদুনা, য়েক্তুনা থেত্তে। হরাও কুম্মৈ লৈতে। য়াম্না তাঙই। মীগা মীগা পুন্দুনা ৱারী ৱাতায় তৌবা, ৱারেমশুবা চৎনদে। অদুনা মখোয়গী পুনশি মাঙদা অসুম চঙশিনখিবগী ৱানি।

ঐখোয়গীদি লীলা পালা, কুম্মৈ ফিহোং, চাকচা হৈজা, ঝুলোন, কাং, য়াওশং, দুর্গাপূজা, লাই হরাওবা, শুমাঙ লীলা, বন্দ, ব্লোকেদ, স্ট্রাইক, আন্দোলন পূম্নমক মী অমনা লোইনা কোয়চেন চেন্দুনা য়াওননবা হোৎনরি। পূম্নমকসিনা ঐখোয়গী শেন্মিংলোন্দি ঙকশম য়ৌনা পুথরে। ঐখোয় খরদি ৱাখিবা তারি। ঐখোয় ভাব তাদ্রি। মীয়ামগী পোৎসি ঐগী লনাইগীসুনি, ঐগী লনাই চাওখৎপা হায়বসিসু মীয়ামগী চাওখৎপনি হায়বদু ঐখোয়গী ৱাখল্দা য়ৌরক্তি। প্রোফেসর মুইন্দ্রোগী কলম লেপখিবা নুংঙাইতে।

আমেরিকাগী পুনশি হায়বা লাইব্রিক অসিমক্তি, লমদম অদুগী শিক্ষাগী পথাপ

অসিনা খ্বাইদগী চেকশিন্না য়েংদুনা ইরকখিবনি । ঐখোয়গী কালিটি এজুকেশন পুরকপদা লাইরিক অসিনা হিরম কয়াদা ঈঙ্গিত তৌগনি । পার্ক শেমগৎপদদি তমজনিংঙাই ঙাক্ত উবীগনি । মণিপুরগী অমদি ভারতকী লৈঙাকপশিং, এজুকেসনিষ্টশিং, সোসিয়েল ৱার্করশিংগী মফমদা লাইরিক অসিনা অচৌবা আপিল অমা তৌরগনি । মসিমক লাইরিক অসিগী পান্দম্নি । সাশন ফত্ত্রবদি প্রজা ফত্তে, নুংঙাইতে । সাশন ফত্ত্রবদি শিক্ষা ফত্তে, মহৈ মশিং বিদ্যা ফংদে । মহৈ মশিং বিদ্যা ফংদ্রবদি নহারোল ফত্তে, নহারোল ফত্ত্রবদি লৈবাক ফত্তে । ৱাফম অসি খঙ্ডদবা অশিংবা কনা লৈরমগনি ? অদুনদি ঐখোয় ধর্ম, রাজনীতি, জাতি অমসুং কাঙলুপকী ৱাফম নাথেদুনা থন্নগা অপূনবা মওংদা নহারোল শেম্বা, এজুকেসন্দা কালিটি লৈননবা চরে তাখত্তুনা থিংঙমদ্রবা নোংলৈ নুংশিৎকুম নোম্ফম থোকই । মদুগী লম্বী থিফম থোকই । মতাং অসিদসু লাইরিক অসিনা পাউখূমগী ঈঙ্গিৎ পীগনি । মচা মশু শেম্নীংবা মমা মপাশিং, লৈবাক শেম্নীংবা শোশিয়েল ৱার্করশিং, রাজনীতিৱালাশিংনা লাইরিক অসিদগী করি ফংবগে য়েংদুনা মাঙদা চঙশিন্ননবা খোঙ থাঙ্গত্তুনা চৎপা হৌবীয়ু । মীয়াম পূম্বা পূনশিন্ননবা থমোই হাংদোক্নুনা কৌবীরকউ । ঐখোয় পূন্না খন্ন নৈনদুনা মাঙদা চৎমিন্ননবা হোৎনসি ।

লাইরিক অসি ফোঙবদা মতেং পাঙবীরকপশিংদি : -

১/ শ্রীক্ষেত্রি. জয়কুমার সিংহ
২/ শ্রীক্ষেত্রি. মেমচা দেবী
৩/ শ্রীৱাই. সুরবলা দেবী
৪/ শ্রীৱাই. মুহিন্দ্রো সিংহ
৫/ শ্রীএন. মেমা দেবী
৬/ শ্রীপি. রাজেন সিংহ
৭/ শ্রীএস আইচ. আশাকুমার সিংহ
৮/ শ্রীএম. ব্রোজেন সিংহ
৯/ শ্রীকুমারি এস আইচ.ব্রজেশ্বরি দেবী
১০/শ্রীকে এস আইচ. নেশ্বরী দেবী
১১/শ্রীএন. মোহেন্দ্রো সিংহ
১২/শ্রীএল. ঙাংবা সিংহ
১৩/শ্রীএন. থোইবা সিংহ
১৪/ শ্রীএন. বিক্রম সিংহ
১৫/ শ্রীএন. ভাবীনি দেবী
১৬/ শ্রীএন. বাবু সিংহ
১৭/ শ্রীএম. নিমাই (তিকেন) সিংহ
১৮/ শ্রীএন. ইনাওচাবী সিংহ
১৯/ শ্রীএন. ইনাওসনা সিংহ
২০/ শ্রীপি. রতন সিংহ
২১/ শ্রীপি. থোই থোই সিংহ
২২/ শ্রীএন. ইঙোচৌবা সিংহ
২৩/ শ্রীকুমারি থোকচোম প্রভাবতি দেবী
২৪/ শ্রীএস আইচ. লেখচন্দ্র সিংহ
২৫/ শ্রীএন. রামেশ্বর সিংহ

অসিনচিংবা মীওইশিংনা লাইরিক অসি পুথোক্তবা য়াদে হায়দুনা পূক্নীং থৌগৎপীদুনা শেনগী তেংবাংসু পীদুনা লাইরিক অসি পুথোকচরিবনি । আইসেক্ত খোংনাংমরিফাংবা কর্কচিংনা লাইরিক অসি মওং তাননবা কয়া হোৎনবীরে । মতম খরদংগী

মনুংদা লাইরিক অসি লোইশিল্পনবা হোৎনবীখিবগীদমক ইচাশিংগী অৱামন শীংথানিঙাই ওইহৌরগনি । মতেং পাংখিবশিংগী লমন মতম পুম্বগী তোনশিলহৌরগনি । থবক অসি ওইননবা থোংগ্রাম বীজয় অমসুং মোইরাংথেম জীতেন অনীনা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনখিবা কাউঙমলোই । পূর্নচন্দ্র লুৱাং অমদি য়েংখোম ববিতাগী প্রুফ বিদিং শীংথানিঙাইনি । আমেরিকাগী ৱাবী ৱাতায় শানবগী মতম কাইথোকপীরকখিবা জুদিথ পেন্দরগ্রাস,সোনিয়া জেমস,মিষ্টর ব্রাইন,মিষ্টর কিম,ইউগানি সিবোর্ন থার্দ,জিলা ৱাইখোম,মিষ্টর প্রিসার্ল মৌগোল অসিনচিংবাবুসু তৌবীমল খঙবা উৎচরি ।

সহৱশিং য়েংবা চৎপদা গাইড ওইবীখিবা অযোম কহিকান্ত,হিজম বোবো,অনিলচন্দ্র,ক্লংনৈসো ৱালু,চিঙাখম বোবী,ধৃতকুমাব,সোমানন্দ অসিনচিংবা ময়াম অমসা ছুটি লৌনদুনা সহৱ সহরদা গাইড ওইনা তেংবাং পীবীবকখিবা কাওঙমলোই । ইচানু... ডা: ললিতকুমাব অমসুং ইমৌনুপী স্বৰনলতানা তোঙান তোঙান ছুটি লৌদুনা,পুম্না অমুক লৌদুনা তেংবাংখিবা অঙকপা থৌদাংনি । কাউঙমলোই । ললিতনা ডিপার্টমেন্ট অদুগী হেড থৌদাং পুবম্বগী খুদোংচাবদু ফংখিবনা অসুক য়াঙ্বা প্রোগ্রাম পাঙথোকপা ঙমখিবনি । টেলিফোন্দা,ইন্টর্নেত্তা নুমিৎ খুদিং প্রোগ্রাম শেম্মী,কনফার্ম তৌই । মদুতনা থবক পুম্বা সেকেণ্ড অমা শোয়হন্দনা পাঙথোকপা ঙমখিবনি । পুম্নমক অসিগী খুদোংচাবদু ঐনা লৌখিবতনি । ঙসিদি ময়াম পুম্বা শীংথাদুনা লোইবা ঙম্বা নত্তে । মসিগীদমক মমিং পনা্খিদ্রবা ৱাবী ৱাতায় তৌখিবা,মতেং পাংবীখিবা পুম্নমকশিং পম্লক্কে হায়দুনা ৱাবৌবীদনবা নোল্লুক্না নীংশিংজবি ।

লাইবিক অসি পাবদা অর্সিদি চুমদে,অসিদি ফৈ,অসিমদি অসুম্না হায়হন্নীংই হায়বা পুঙ্... চিঠিনা,খববগী উপ...না ফোংদোংপীবকপদা মথংগী অথুবা খুৎনমদা শেমদোকচগনি । থাঙ্গৎলকপা ৱাফম পুম্বা হবাও-তবায়্না ওকচগনি,মদুগী তাঙ্গা ঙাইদুনা লৈজগনি ।

- অইবা -

অসিনা খ্বাইদগী চেকশিন্না য়েংদুনা ইরকখিবনি। ঐখোয়গী ক্বালিটি এজুকেশন পুরকপদা লাইরিক অসিনা হিরম কয়াদা ঈঙ্গিত তৌগনি। পার্ক শেমগৎপদদি তমজনিংঙাই ঙাক্ত উবীগনি। মণিপুরগী অমদি ভারতকী লৈঙাকপশিং,এজুকেসনিষ্টশিং, সোসিয়েল ৱার্করশিংগী মফমদা লাইরিক অসিনা অচৌবা আপিল অমা তৌরগনি। মসিমক লাইরিক অসিগী পান্দম্নি। সাশন ফত্তবদি প্রজা ফত্তে,নুংঙাইতে। সাশন ফত্তবদি শিক্ষা ফত্তে, মহৈ মশিং বিদ্যা ফংদে। মহৈ মশিং বিদ্যা ফংদ্রবদি নহারোল ফত্তে,নহারোল ফত্তবদি লৈবাক ফত্তে। ৱাফম অসি শঙদবা মশিংবা কনা লৈরমগনি ? অদুনদি ঐখোয় ধর্ম, রাজনীতি,জাতি অমসুং কাঙলূপকী ৱাফম নাথেদুনা থন্নগা অপূনবা মওংদা নহারোল শেম্বা,এজুকেসন্দা ক্বালিটি লৈননবা চরৈ তাখত্তুনা থিংঙমদ্রবা নোংলৈ নুংশিৎকুম নোম্ফম থোকই। মদুগী লম্বী থিফম থোকই। মতাং অসিদসু লাইরিক অসিনা পাউখূমগী ঈঙ্গিৎ পীগনি। মচা মগু শেম্নীংবা মমা মপাশিং,লৈবাক শেম্নীংবা শোশিয়েল ৱার্করশিং,রাজনীতিৱালাশিংনা লাইরিক অসিদগী করি ফংবগে য়েংদুনা মাঙদা চঙশিন্ননবা খোঙ থাঙত্তুনা চৎপা হৌবীয়ু। মীয়াম পূম্বা পূনশিন্ননবা থমোই হাংদোক্তুনা কৌবীরকউ। ঐখোয় পূন্না খন্ন নৈনদুনা মাঙদা চৎমিন্ননবা হোৎনসি।

লাইরিক অসি ফোঙবদা মতেং পাঙবীরকপশিংদি :-

১/ শ্রীক্ষেত্রি. জয়কুমার সিংহ
২/ শ্রীক্ষেত্রি. মেমচা দেবী
৩/ শ্রীৱাই. সুরবলা দেবী
৪/ শ্রীৱাই. মুহিন্দ্রো সিংহ
৫/ শ্রীএন. মেমা দেবী
৬/ শ্রীপি. রাজেন সিংহ
৭/ শ্রীএস আইচ. আশাকুমার সিংহ
৮/ শ্রীএম. ব্রোজেন সিংহ
৯/ শ্রীকুমারি এস আইচ.ব্রজেশ্বরি দেবী
১০/শ্রীকে এস আইচ. নেশ্বরী দেবী
১১/শ্রীএন. মোহেন্দ্রো সিংহ
১২/শ্রীএল. ঙাংবা সিংহ
১৩/শ্রীএন. থোইবা সিংহ
১৪/ শ্রীএন. বিক্রম সিংহ
১৫/ শ্রীএন. ভাবীনি দেবী
১৬/ শ্রীএন. বাবু সিংহ
১৭/ শ্রীএম. নিমাই (তিকেন) সিংহ
১৮/ শ্রীএন. ইনাওচাবী সিংহ
১৯/ শ্রীএন. ইনাওসনা সিংহ
২০/ শ্রীপি. রতন সিংহ
২১/ শ্রীপি. থোই থোই সিংহ
২২/ শ্রীএন. ইঙোচৌবা সিংহ
২৩/ শ্রীকুমারি থোকচোম প্রভাবতি দেবী
২৪/ শ্রীএস আইচ. লেখচন্দ্র সিংহ
২৫/ শ্রীএন. রামেশ্বর সিংহ

অসিনচিংবা মীওইশিংনা লাইরিক অসি পুথোক্তবা য়াদে হায়দুনা পূক্নীং থৌগৎপীদুনা শেনগী তেংবাংসু পীদুনা লাইরিক অসি পুথোকচরিবনি। আইসেক্ত খোংনাংমরিফাংবা ককচিংনা লাইরিক অসি মওং তাননবা কয়া হোৎনবীরে। মতম খরদংগী

মনুংদা লাইরিক অসি লোইশিন্নবা হোৎনবীখিবগীদমক ইচাশিংগী অৱামন শীংথানিঙাই ওইহৌরগনি । মতেং পাংখিবশিংগী লমন মতম পূম্বগী তোনশিলহৌরগনি । থবক অসি ওইননবা থোংগ্রাম বীজয় অমসুং মোইরাংথেম জীতেন অনীনা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনখিবা কাউঙল্লোই । পূর্নচন্দ্র লুৱাং অমদি য়েংখোম ববিতাগী প্রুফ রিদিং শীংথানিঙাইনি । আমেরিকাগী ৱারী ৱাতায় শানবগী মতম কাইথোকপীরকখিবা জুদিথ পেন্দরগ্রাস,সোনিয়া জেমস,মিষ্টব ব্রাইন,মিষ্টর কিম,ইউগানি সিবোর্ন থার্দ,জিলা ৱাইখোম,মিষ্টর থ্রিসার্ল মৌগোল অসিনচিংবাবুসু তৌবীমল খঙবা উৎচরি ।

সহরশিং য়েংবা চৎপদা গাইড ওইবীখিবা অমোম রুহিকান্ত,হিজম বোবো,অনিলচন্দ্র,কংনৈসো ৱালু,চিঙাখম বোবী,ধৃতকুমার,সোমানন্দ অসিনচিংবা ময়াম অমনা ছুটি লৌনদুনা সহব সহরদা গাইড ওইনা তেংবাং পীবীরকখিবা কাওঙমলোই । ইচানুপা ডা: ললিতকুমাব অমসুং ইমৌনুপী স্বনলতানা তোঙান তোঙান ছুটি লৌদুনা,পূম্না অমুক লৌদুনা তেংবাংখিবা অঙকপা থৌদাংনি । কাউঙমলোই । ললিতনা ডিপার্টমেন্ট অদুগী হেড থৌদাং পুবম্বগী খুদোংচাবদু ফংখিবনা অসুক য়াঙবা প্রোগ্রাম পাঙথোকপা ঙমখিবনি । টেলিফোন্দা,ইন্টর্নেত্তা নুমিৎ খুদিং প্রোগ্রাম শেম্মী,কনফার্ম তৌই । মদুতনা থবক পূম্বা সেকেণ্ড অমা শোয়হন্দনা পাঙথোকপা ঙমখিবনি । পূম্নমক অসিগী খুদোংচাবদু ঐনা লৌখিবতনি । ঙসিদি ময়াম পূম্বা শীংথাদুনা লোইবা ঙম্বা নত্তে । মসিগীদমক মমিং পনখিদ্রবা ৱাবী ৱাতায় তৌখিবা,মতেং পাংবীখিবা পূম্নমকশিং পল্লক্তে হায়দুনা ৱাবৌবীদনবা নোল্লুক্না নীংশিংজবি ।

লাইবিক অসি পাবদা অর্সিদি চুমদে,অসিদি ফৈ,অসিমদি অসুম্না হায়হন্নীংই হায়বা পূম্ন কে চিঠিনা,খববগী উপ.া,না ফোংদোংপীবকপদা মথংগী অথুবা খৃৎনমদা শেমদোকচগনি । থাঙৎলকপা ৱাফম পূম্বা হরাও-তরাম্না ওকচগনি,মদুগী তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈজগনি ।

- অইবা -

# -য়াওকম তাকপা-

লমায়

# চৎনবী খল্লা চৎনদবী খল্লা

১) দ্রাইভ (লম্বী চৎপা) ঃ- আমেরিকানশিংগীদি ''মাইল কয়ানো ?'' হায়না হংবগী মহুত্তা ''দ্রাইভ মিনিট কয়ানো, পূং কয়ানো?'' অসুম্না চৎনৈ। ইন্টর্নেসনেল, নেসনেল ৱেদি জাম থমদে, ষ্টোপ লৈতে। ষ্টেট ৱে, ইন্টর কাউন্টি ৱেদি কুংনা লৈ। অদুদসু অথাপ্পদা হংনদে মিনিট পূংদা হংনৈ।

২) মী লানবা ঃ- নেসনেল হায়ৱে, ইন্টর ষ্টেট হায়ৱেগুম্বা নত্তবা, সোপিং, ৱেষ্ট হাউস, গ্যাস থাউ হানফম্লচিংবদা মী অমা হেক উবদা গাড়ীনা লেপ্তুনা ঙাইহাক ঙাইদুনা মীদুগী চৎপা নুংঙাইহন্নবা, মীদুনা হান্না চৎহন্ননবা হোৎনৈ। গাড়ী লাক্লগা মীনা লেপ্তুনা ঙাইবা চৎনদে, মী লাকপা উরগা গাড়ীনা ঙাইবা চৎনৈ।

৩) গাড়ীঙাক্ত ঃ- সিটি মনুংদ নত্তনা খজিক্তং হেক হাইদোকখিবদা খোঙনা চৎপা লৈতে। গাড়ীঙাক্তনি। শেপ্তি পাথতি লমজেন তম্বা, সাইকল লমজেন তম্বা, কনাগুম্বনা বাকিং চেনবদা তাঙনা উবা নত্তনা মী অমত্তা চত্তে।

৪) সাইন বোর্দ ঃ- লম্বী পূম্নমক ফনা নকপা লাপ্পা ওইদুনসু মীনা খঙননবা সাইন বোর্দ লোইনা থেৎলি। মীদা হংবা চৎনদে।

৫) মী উনবা ঃ- মী অমনা মী অমবু উননবা হোৎনবদা অরুবা ওই। হান্ননা এপোইন্ট তৌদনা মীগা উনবা ফংদে। য়ুম লোম্নরিবশিং অদু মতম ফনা শাংনা লৈমিন্নরবসু মশক উরক্তে ফক্লাং পূম্লিবমক্তদা খঙনদে। অয়াম্বনা য়ুমশিংদু পূম্না পূম্না, পরেং পরেং শাদুনা উ গল্ লৈকোল অদুম ইপূন পূনবনি অদুমক্তসু উনদে।

৬) উনবা ঃ- মশক খঙদ্রবসু লম্বী লমথাংদা, সোপিংদা, লাইব্রেরীদা মীঙোন্দা য়েংলুরবদি হরাওনা কৌরকপগী চৎনবী লৈ। মীনা কৌবদা নুংশিনা খুম্বগী চৎনবী লৈ।

৭) পোৎ মমল ঃ- পোৎচৈ লোইনা হোঙই। হায়বদি মফমসিদা মী অমনা তানবা ঙম্বগা পোৎকী মমলগা পোৎকী মমলনা হোঙই। (ডোলার)$ ১০ য়ৌগ্রবদি খোংগ্রাও, ফৃবিৎ, খূদাং ঘড়ী, ফক্লাং ঘড়ী লোইনা ফংই। লৈনীংবা লাইরিক অদুম ফংই। য়েনশাং নাপী ডোলার তরাগী লৈবদা য়াম্না ফংই। ডোলার ২ দা পোৎপূম্নমক ফংই - ছাটিন, মোজা, চাকখুমগী শীজিন্ননবা মখল মথাগী পোৎচৈ, নোট বুক, কমপাস, পোৎ অয়াম্বা ডোলার ১.৯৯ দা ফংই। শেন্ত ৯৯ হায়বসি মখোয়গী হৈনবী মাল্লি। কয়া তাঙবা ওইসনু শেন্ত ৯৯ নপশিন্ননবা হোৎনৈ। শেন্ত অমা (ঐখোয়গী পৈশা অমা) ফাওবা মফম খূদিং হনবা চৎনৈ।

৮) পৈশা অচোইবা ঃ- পৈশা অচোইবা কন্না চৎনৈ। পৈশা (মফমসিদা শেন্ত) অমা চৎপীদগী য়াম্খ্রে চৎপী লোইনা থবক চখোকপদা দরকার লৈ। শিকি অমনা

**( U.S. 25 cent না ) পার্কিং মিটর মিনিট ৪০ ফংই।**

*৯) অঙাং শেন্নবা ঃ- চহি তরামঙা শুদ্রিবা অঙাংশিংবু মমা মপানা নুমিৎ খুদিং স্কুলদা করি তৌরিবগে হায়বা শেন্নদ্রবদি মমা মপা অদু স্কুলগী আইন্না দণ্ডি পীননবা মফম চাউনা লৈ।*

১০) অঙাং ওকপা ঃ- স্কুলদা লাকপা, হল্লকপা মতমদা মমা মপা মপু মবেন অমনা বস ষ্টোপ্তা থিনবীগদবনি অমসুং ওকপীগদবনি । মদু তৌরমদ্রবদি স্কুল ওথোরিটিগী, কাউনশেল্লরগী ৱার্নিং চাবগী মফম লৈ।

১১) অঙাং ৃ- লোম্না অঙাং য়োকপা চৎনদে। সরকারনা অঙাং য়োকপশিং পূক্নীং থৌগৎলি। ময়ুম পান্দ্রিবা পাখং লৈশাবী ফাওবা অঙাং য়োকপা য়াই। চৎনৈ।

১২) নো থেঙ্কস ঃ- চহি ৬/৭ শুপ্পবদগীদি অঙাংশিং নুংশিদুনসু মখূৎ শমগে, মতেং পাংগে, পোগে পমগে, অসিনচিংবা অমত্তা য়াদে। মশা মশাগী ঈজ্জৎ অদুম ঙাকচৈ। খঙদদুনা পায়রুরবসু, "সোরি, এক্সক্যুজ মি" হায়রক্কনি। " নো থেঙ্কস" হায়রক্কনি।

১৩) অঙাংগী ফমুং ঃ- অঙাং অমনা প্রি স্কুল হেক হৌরকপদগী মাগী ফমুং তোঙান থাবীগনি। পূন্না তূন্না তম্বীরোইদবনি। তোঙানবা ফমুং হায়বসিদা টেবল, চৌকি, রেক, আলমিরা অমদি বাথরুম য়াওগদবনি।

১৪) অঙাং শেন্নবা ঃ- চহি তরাহুমদোই শুদ্রিবা অঙাং অমদা মাগী মনাও নত্ত্রগা মচন অমা শেন্ননবা থন্নস্বা য়াদে। অঙাং শেন্নগদবা মীশক অদু চহি তরাহুমদোই লানগদবনি। করিগুম্বা চহি শুদ্রিবা অঙাংদা মচিন মনাও শেন্নৌ হায়না শিন্নবা মপা মমাদু খঙফম থোকপা য়েংশিল্লিবা ওথোরিটিনা খঙলবদি মমা মপা ফাইনগী মথক্তা জেলদা থম্বগী আইন লৈ।

১৫) অঙাং য়োকপা ঃ- নুপীনা মপুরোইবা শিখ্রগা নত্ত্রগা কায়নরগা অনীরক/ অহুন্নক অসুম লুহোংবা চৎনৈ। মৌ লুহোংবা য়াদে হায়বগী নিয়ম লৈতে। লুহোংদ্রিবা মীসু অয়োকপা মচা লৈব্রা হংবা চৎনৈ। অঙাং য়োকপা পাম্নে। অঙাং মুন্নবগী ৱাথোক লৈ। অঙাং হুন্দোকপগী ৱাথোক লৈতে। নহা ময়ুম পান্দবশিংনা মরাইবক থীবা অঙাং, ওর্ফান অসিনচিংবা য়োকপা পাম্নে।

১৬) ছুটি ঃ ইলেক্সনগী ছুটি থাবা চৎনদে। স্কুল, কলেজ, ইউনিভর্সিটি, দুকান, কল কারখানা থবক শুনা শুনা ভোট পীরুগদবনি। মদুগী খুদোংচানবা শীল্লি। মী মশা মশানা তাঙা য়েংদুনা মরম্নাই ছুটি মতেক লৌদুনা নত্ত্রগা লগ্ণ অরারদা ভোট ⸢াদগদবনি।

১৭) ছুটি ঃ- থবক্কী অফবা নুমিৎ হায়বা লৈতে। লুহোংবা, মিটিং, চাকচা হৈজানবা, সমাজগী ধর্ম কর্মগী থবক পূম্নমক লোইনা থাংজ নত্ত্রগা নোংমাইজিংদা পাঙথোকই। নুমিৎ নিনিসি ছুটিনি, খ্রাইদগী ফবা নুমিত্তি, মরম অসিনা, থাংজগা নোমাইজিংগনি।

১৮) পৈশা ঃ বার্থদেগী করিগুম্বা খূদোলপোৎ অমা তম্বদা অঙাং চহি নৌরিবশিং ফাওবা মমা মপাদগী পৈশা লৌরগা লৈবদু ইকাইনৈ। উপাই অনীদগী অঙাং মশানা পৈশা তূংশিন্দুনা লৈজগদবনি। মদুদি হাপ্তা খূদিং অঙাংনা মরম্নাই চানীংবা লৈনীংবা চে-

চাং শান্নপোৎকীদমক য়াম্না পিকপা শেনফম্ অমা মপা মমানা পীগনি। মদু চাখোক্তনা লিক্লা থম্বা তমগনি। লুপা অমা পীবদা মখায় খাকপা তমগনি। অমনা কনাগুম্বনা অঙাংবু নুংশিদুনা পীবা পৈশাদু লৌদনবা পাউতাক পীগনি, লৌরবসু চাখোক্তনা থমজিনগনি। মদুসু স্কুলগী ক্লাসতা তম্বীগ্রবনি। মশানসু পৈশা তাঙ্গে।

১৯) অঙাং অমদি হুই হৌদোং ঃ- অঙাং শান্নফম পার্কতা কনা অমত্তনা মাগী হুই হৌদোং লোইরিবদু পুরকপা য়াদে। করিগুম্বা অশোক-অপনবা, খোংপা চিকপা তৌগনি হায়বগী অকিবা লৈ। থৌরী পুন্দুনসু অঙাংগী মনাক্তা হুই হৌদোং পুশিনবা য়াদে। মরল্লাই খণ্ডনজবনা মরল্লাইনি।

২০) ফি শেংপা ঃ- ফি শেংপদা ফি নপ্লা শেংলবসু উনশা উননবা শেংপদি থোইনা চংনদে। নুপীনা হাপপেন শেংপা থেংনৈ। কেবা মৌবা চংনদে।

২১) পূংগী তলব ঃ- থবক হাপ্লা, ওঝা হাপ্লা পূংগী তলবতা কৌই। থাগী তল ᵍ, নোংমগী খূৎশুমন হায়বা লৈতে। অশুবনা য়াম্না ফংবা শুদবনা মাঙজবা চংনৈ।

২২) থবক অনী ঃ- মী অমনা থবক অনী, অহুম মানা ঙমজবা তৌবা য়াই। অয়ুক্তা অমা নুং।ᵍন্দা অমা নুমিদাংদা অমা তৌগে হায়বসু য়াই। আইন্দা অথিংবা পীদে। য়াম্না তৌনৈ।

২৩) পোৎ হনবা ঃ- পোৎচৈ লৈবদা ষ্টেট ৫০গী মনুংদা মফম অমদা হেক্তা পামদ্রে হাযদুনা হল্লুবা য়াই। নুমিৎকী ব্রাফম থমদে। পোৎতুগা মাগী রসিদ অদু থম্বা ঙম্লবদি য়ারে। নুমিৎ ৩০/৪০/৯০ পীগনি। চহিগীসু লৈ।

২৺) য়ুম শেম্বা ঃ য়ুমগী মপানগী মশক, গেৎ, উব্রা-নাপী লোইনা সরকারনা, লনাই কাউন্টি বোর্দ, লোকেল বোর্দ মবী লৈনবা অমনা শেম্বীগনি। ইমুংদা য়াদবদুনা মপুনা শেমগনি।

২৫) গার্বেজ ঃ- পোৎচৈ ফত্তবা, চে, খবর, মেগজিন, জর্নেল, ফিরোল, অচা অথক হাপ্লকপা কৌতা, প্লাস্তিক মখল মখাগী ফেনাৎ, খোঙউপ, খোঙ্গ্রাও, কোৎ, কাম্থ কম্বল্ লোইনা খরা হেক মল্লকপা নক্তুগা শীজিন্নবা লোইরবদা প্লাস্তিক অঙৌবনা য়োন্নগা, মথকতা অমুবনা অমুক য়োমদুনা গেত্তা থমগনি। ইরাই নুমিত্তা লৌবা লাক্কনি। হুন্দোকপীগনি।

২৬) হৌদোং ঃ- হৌদোং লোইবশিংনা হৌদোং মথী ফায়নবা লৈঙোই লৈবাক লৈরগা মদুদা ফায়হল্লি। ইরায়গী শেংবদা পুখি। হৌদোং লোইবা য়াম্না পাম্না চংনৈ। মচু মখল যাম্মী, চাউই, য়াম্না তে। ইথক থক্তে। হৌদোং কেবা, হৈশিংবা তত্তনা মেলা তৌদুনা তান্নে।

২৭) হুই ঃ- হৌদোংদগী হুইনা হেন্না পাম্না লোইব্রা খল্লি। হুই মপুনা চখোকপদা চেন্দা পুনগনি। খাউ অমা মখূৎ নাম্মদা য়ান্দুনা পুগনি। মথী ফায়রকপদু খাউদুদা

হাপ্তুনা য়ুমদা পুরক্কনি। ইরাইগী পুখিবদুদা হাপখিগনি।

২৮) নাপী ঃ- চয়োন খূদিংগী লম্বী শোরোক, পার্ককী নাপীশিং অদু ঈশিং চাইবা লাক্কনি। হান্নবা শেমদুনা থন্নবা ইলেক্ট্রিক স্প্রেশিং অদুনা উরু-রু উংদুনা ঈশিং চাইরমগনি। নৌনা থাবা উগীদি চৈগী মতেংনা হৎলগা ঈশিং মাঙহন্দনা চাইগনি।

২৯) নাপী ঃ- হাপ্তাগী, থাখায়গী লাক্তুনা নাপীশিং অদু কক্লগনি। নাপী মনাশিং অদু হার ওলহনগনি। নাপী পূম্নমক ষ্টেট থরদা উরকপদা মশক চপ মান্নে।

৩০) উশা ঃ-উশা ককপা চৎনদে। উ খূদিং মশা নেম্না নেম্না মনা লৈবাক শোক্লা নত্তুগা শোক্কে ত্তৌনা পানবা ঙাক্তনি। চিক্ল ঈংলবা উখানা মশীং থীবা ঙম্বা নত্তে; অমোনবা নাপীনা ঙমখৈ লৈতে। অদুবু মদুদা ফম্বদি চৎনদে। পার্কতদা ব্রারবা ভিজিটরশিংনা ফম্বগী ব্রানি।

৩১) ফিজেৎ ঃ- অচৌ-অশাং, ইনাক খুনবা কনাসু ফিজেৎ তোঙান্দে। প্রসিডেন্ট বুস অদুগা ডেমোক্রেট কেণ্ডিডেট সেনাতর জোন কেরী ফাওবা ইষ্ট্রি তক্তবগুম উবা ফূরিৎ অহোংবা অমমম্ খূদাং তাখত্তুনা লীৎলগ। ভোট খোম্বা কোইচৎ চৎলি। ফিজেত্তা খেন্নবা থমদে। ইয়োর ওনর, হিস এক্সেলেন্সি লৈতে মিষ্টর বুশ , মিষ্টর কেরী, মিষ্টর প্রেসিডেন্ট হায়রগা ৻৽াঃইরে।

৩২) য়ুম ঃ- থবক চৎথোকপদা থংনা থংননা য়েৎওইদা লৈরিবা ইমুংগী মীশিংদা খরা য়েংশিনবীরম্মু হায়বসি চৎনদে। অদুম য়ুমদুখত্তা থন্নম্বদা করিসু অব্রাবা লৈনদে। চখোকখি খঙবগী চৎনবী ফাওবা লৈতে। তাক্তবদুম চৎনৈ।

৩৩) ইলেক্সন ঃ- নভেম্বরগী অহানবা চয়োন্দা ইলেক্সন তৌবা হায়বসি আমেরিকাদা কম্না চৎনরকই। অহানবা অমদি অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতমদমকসু কায়হন্দনা ইলেক্সন তৌরকই।

৩৪) ভোট খোম্বা ঃ- ইলেক্সন্দা মফম মফমদা কোইচৎ চত্তুনা মিটিং য়াম্না তৌবা, পৈশা য়েনবা, ফিরোল লৈবীবা, চাক চানহনবা, চুরুট বেরী কা য়েনবা চৎনদে। অরোনবা চৎনবীশিং অসি লৈতে। টি.ভি.দ., কেবলদা ভোট খোম্বসি কম্না চৎনৈ।

৩৫) অহল ঃ- অহল ওইরবশিংসু মশা মশাগী পেন্সন্না হিংননবা হোৎনৈ। মচা মমৌগা লৈমিন্নবা চৎনদে। মচা মমৌনসু মনেম মকুগী মরন মথুম, য়ুমকৈ, গাড়ী থংথবগী চৎনবী লৈতে। ইকাইনৈ।

৩৬) হোলিদে ঃ- হয়াও কুম্মে নাইদে। থাংজ নত্তুগা নোংমাইজিংদা সোপিং চৎপা, লাইব্রেরী চৎপা, পার্কতা চৎপা অসিনা মখোয়গী কুম্মেনি। চৎলুবা খূদিং ইদুকেসনেল ভেলু লৈবা অঙাংগী শান্নফম, কম্প্যুটর গেম্ অদুম ফঙনি। পৈশা লৌরোই। লৌবসু য়াওগনি।

৩৭) খৃষ্টমাস ঃ- খৃষ্টমাস পাঙথোক্পসু চর্চকী নিয়মগী তৌজবনা তৌজবনি; মদু

তৌদবা য়াদবা চর্চকা মরী লৈনবশিংগী থবকনি। লমদমসিগী খৃষ্টমাসতি য়ুম য়ুমগী মরম্লাই তৌবা লোইনা কল্লা চৎলৈ। অমনা অমদা য়েংশিনবা পাম্লদে, চৎনদে।

৩৮) অচিকপা ঃ- অশেংনা লাইব্রিক পাগে, নৈনগে, থিগে, অচিকপদা ইত্তোমত্তা *থা অমা, থা তরুক, চহি অমা, চহি অহম, মঙা, তরা ফমগে হায়রবসু কনানসু* য়েংলকওই। মাইক, রেডিও, খৎন চৈন-হরান চিঠ্ঠী, লীলা পালানা - মীবু অমত্তা ওৎলোই।

৩৯) চিঙ্গাক ঃ- পৃথিবীগী করম্বা লৈবাক্কী চিঙ্গাকনো অপাম্বদু ফঙ্গনি। চাবু চানীংলবদি ঙারী, শোইবুম, ঙাপ্রুম, ওক, য়েন, চুম্রে, মালহৈ, হৈখা, থবী, লোইনা ফঙ্গনি। অওদে, পোৎ অদুম হোংনা ফঙ্গনি। মনামশিংগা শা য়েন ঙাগা খোইনা খেন্নদনা ফঙ্গনি। করিগুম্বদা মনা মশিংনা হেল্লা অওই। আমেরিকানশিংদি শা ঙা চাদ্রে ।

৪০) উচি ঃ- উচি, কাও, হয়িং, মৈখু, উফুন মঙা অসি লৈতে। কৈথেন্দা (সোপিং সেন্টর), য়ুমদা, লম্বী লমজাওদা, লমহাং তুহাংদা উচি, কাঙ্, হয়িং উদে। মৈখু, উফুন উদে। গাড়ীনা কোয়লাসত্তা চেনবগী মখোল; এরোপ্লেন মখোনগী লেপ্তুবা খোঞ্জেনখক্ত তায়। কাও, হয়িং, উচি মখোন তাদে।

৪১) চিরোন ঃ- ''চিরোন তৌদুনা য়া ঙাওবদা অত্তবা মীনা নীংথিনা অবা ওয়ুনবা কল্লা তম্বীরকউ। ঐখোয়সু কল্লা তম্বীরিবনি'' হায়না ইলেমেন্টরিগী ওজাদুনা হায়। লাইব্রেরীদা, পার্কতা, অনাশঙ্দা ঐখোয় তুমিন্না ঙাওবা হৈক্রগদি অকায়বা লৈ হায়। অঙাংগী ক্লাসতা চিরোল তম্বী । চিরোল হায়রগা ফত্তবা খঙনদে,লোম্না ঙাঙ্বা খঙনৈ ।

৪২) চুরুট ঃ- চুরুট থক্লীংবশিংগী **"Designated -Smoking-Booth"** হায়দুনা মিংশেল্লা খাজিন্দুনা থম্মৈ। চুরুট থক্লীংবা মীনা মদুদা চঙদুনা থক্কদবনি। ইশেং শেংনা উই। সহরদগী অথাম্বদা লম হেক্তক চুরুট থকপদুদি থেংনরকই। রেলদা, বসতা, নীংথিবা পার্কশিংদা চুরুট থকপা থেংনদে।

৪৩) কম্প্যুটর ঃ- ক্লাস **iv, v, vi** কী অঙাংশিং কম্প্যুটরগী মতেংনা লাইরিক তম্মী। স্কুলগী ক্লাস অমদা ৬/৭ থিনবদুনা মী ২০/২২গী শীজিন্নবদা ঙাইনৈ। অদুনা য়াহং খোমজিনবা, পাউখুম থাগৎপা, ওঝাগী ইনত্রক্সন কয়া লৌবা কম্প্যুটরদা তৌই। থুবা পাম্মী।

৪৪) কম্প্যুটর ঃ- কম্প্যুটর অমা শোয়দনা পুদুনা ক্লাস **viii** তগীদি ক্লাস **xii** ফাওবা চৎপা তায় । অয়াম্বা সোলভ তৌগদবা, লাইরিক পাগদবা লোইনা লাইরিক্তা পাররোই। কম্প্যুটরদা পাগনি। পাউখুম পূম্নমক কম্প্যুটরদা হাপচিন্দুনা থল্লগনি। ওঝানা কম্প্যুটরদা য়েংগনি।

৪৫) ৱাশিংতন ঃ- ৱাশিংতন হায়রগা ষ্টেট খঙনৈ। ৱাশিংতন দি.সি. হায়রগা মেরিলেণ্ডগী কোনুং, ইউ.এসকীসু কোনুং অদুবু খঙনৈ। দি.সি. হায়বনা দিষ্ট্রিক্ত আফ

কলম্বিয়া হায়বনি। ৱাশিংতনগী মাইল মঙাগী ময়োল্দসু নিউ জর্সিগী আর্লিংটন অমসুং অলেকজিন্দ্রিয়াগী শরুক পেত্তোমেক তুরেলগী থা-নোংচুপ্তু য়াওনা চেকশিন্নখঙনদে।

৪৬) মৈথু ঃ- মৈথু অমত্তা উরোই। মশীং থীঙমন্নবা কারশিংদু মৈথুগা, ইঞ্জিন মখোনগা থোক্তে। চেরেৎ চেরেৎ লাউনা চাকানা কোয়লাসত্তা চেনবগী মখোল্লা অহিংদা থোঙনাউ হাংদোকপদা লেপ্পা লৈতনা তায়। শুপ্পগী য়োৎশুংবা কারখানা খক্তদা চিম্নি অমখক্তদা মৈথু খরা থোকপা উই। য়ামদে। কারখানানা চাউরিবদুগা চানদে।

৪৭) কাঙ মৈথু ঃ- হয়িং, কাঙ্গু, উকুল উবদা অঙাংশিংনা য়াম্না কিনৈ। কোয়চেন চেনগনি, হাৎলগসু খুৎনা শোকপা ঙম্মদে। অহনশিংসুনি।

৪৮) লোকখুবা ঃ- লোকথুংবা লোকখুবা ইকাইনৈ। নুমিৎ ৬২ চুপ্পা লৈবদা মী অমত্তা লোকখুবা লোকথুংবা শুকথেং থেংনরক্তে। ঐ নুংশাদা লেপ্লগী, মাইল কয়া কয়া তত্তনা কোয়বগী, ঈশিং থকপগী লোক খজিক থুংই, মদু বাল্‌টিমুরদা নোংমগী অহিংনি। ইকাইখি।

৪৯) ইরোইবা ঃ- নুপা নুপী ওইনা হিংবদা ইরোইবা হৈতবসি য়াম্না ইকাইনৈ। অদুনা চহি অহুম হেক শুরকপদগী হৌনা ইরোইবা তম্বী। সরকার নত্রগা লনাইগী ইরোইফম য়াম্না লৈ। শায়বগী ওপন, ইন্দোর, ইন্দোর গেলেরী য়াওবা কম্পিটিসন য়াবা, ওপন-গেলেরী য়াওবা কম্পিটিসন য়াবা মশীং য়াম্না লৈ। নীংথিনা পৈশা য়াম্না চঙনা চঙনা শেমগৎলি।

৫০) চহি ঃ- লাইব্রিক তম্বগী অখেঙবা চহি লৈতে। হায়বদি কলেজ, ইউনিভর্সিটি তম্বদি চহি হেনবা থমদে; অদুম্না থবক তৌবগী চহিসু থমদে। থেঙনা তম্বনা থেঙনা থবক তৌবা য়াই।

৫১) ওতোমেটিক ঃ- মপান থোকপা, মনুং চঙবা, লোইরগা ব্রাস বেজিন নত্রগা ব্রাটর সিঙ্কিংদগী ঈশিং হৈথবা অমসুং খুৎ চোৎপদু কংননবা অশাবা মনিল খুত্তা য়েহনবশিং অদু আমেরিকান ষ্টেণ্ডর্ড হায়না থারবদি সুইটচ, বত্তন অমত্তা নমদনা মতোমত্তা মনিন্দু হৈথরকই, ব্রাটর সিঙ্কিংসু ঈশিংদু, লোইরে খঙনা ব্রা হৈথজরকই, মনিন্দু খুৎ ইনশিল্লুবদা মতোমদা কামথোকচরকই।

৫২) ফি ফৌবা ঃ- ফিরোল শুরগা নুংশাদা ফৌবসি করি অমত্তা চৎনদ্রে। ফক্লাংশিংদা, ইন্দিয়া বাজারদা (ইন্দিয়া, পাকিস্তান, বাংলাদেশ পুল্লি) মথোন ৭কী ঐখোয়না লৈরিবা য়ুমগী মায়োক্লবদা ষ্ট্রিত ব্রাংমদা ইন্দিয়ান ইমুং অমগী মাঙোন্দা নুপী অঙাংগী শেৎন-ইন্নবা ফি খরা থৌরিদা ক্লিফনা ফাদুনা য়ানবা অসিমত্তং উরকই।

৫৩) অঙাংনা মতম শীজিন্নবা ঃ- অঙাংশিংগী শায়ফমদা, ইশুনুপা লোরেন্সকী অনীরক থোকপা ইরোইবা তম্বা তাং ১৫/১০/২০০৪ ইংদা চৎলি। লোঞ্জদা টেবল মচা অকোয়বা অমমমগী অকোয়বদা চৌকি মচা অহুম/অহুম থারি। ঐসু অঙাং মশা

শাগৎহনবা ঙাইহাক ঙাইরি। ইঙক ঙকখি। মথল কয়াগী শান্নবা তম্বা লাক্লিবা অঙাংশিং গার্দিয়ান অমা/অনী লোইনা য়াওরকই। মরক্তুদা ক্লাস VI/VII/VIII কী অঙাংশিংদু মাগী মাগী মতম ঙাইহাক্তং ঙাইবদুদা কনা উদনা মাগী চৌকি অমা ফংবদুদা ফম্নগা অঙ্ক, সাহিত্য, সোসিয়েল ষ্টদিজগী হোমৱার্ক হোৎলি। পূক্লীং নীংথিনা চঙই।

৫৪) শম্ ঃ- শমকক্ফম্, নুপীমচাশিংগী মকে শেমফম লৈ। অদুবু সাধারন ওইনা য়ুমগী নুপীশিংনা নুপাশিংনা য়ুম য়ুমদা মখোয় মশেন শম কক্পা, খূজিন কক্পা চংনবী লৈ। সেলুন্দা থাদুনা শম কক্পগী অকনবা চংনবী লৈতে। য়ুমদা নুপীনা নুপাগী মশম ককপীবদু চংনৈ।

৫৫) মতম্-মনম্ ঃ- জ্ঞান তান্বসি আমেরিকাদা মতম মাঙহয়দ্রে। খোঙহাম্বা মতমদা লাইব্রিক পাননবা থম্মী। অরেম্বদা ঙাইহাক ফমদোক্লগাদি পারা অমা ফাহৌররোই হায়বসি থৱে। অমাং অশেংসিদি অমোৎ অরু অনান্ হায়বা শোমদা চংনদ্রে। অমোৎপা মনম্ নম্থীবা হায়বদু লৈত্রে।

৫৬)রিং খিঙবা ঃ- টেলিফোনগী রিং অসি অহন্রক্তগী হেন্না খীংদে। অহন্রক্কী মনুংদা শোয়দনা পায়খৎকদবনি। নত্তবদি লেপত্রে।

৫৭) পোৎ লৈবা ঃ- পোৎচৈ, উপু, কাংথোন পূম্নমক কম্পনি অদুগী ট্রেদ মার্ক অমগা লোয়ননা পোৎকী সাইজ, মমল, নম্বর য়াওনা থারক্কনি। মদু মাঙহন্দনা পোক্তুদা অদুম নপক্তুনা থম্নবা ৱার্নিং পীরক্কনি। মদু মাঙহন্দ্রবদি পোৎ অদু পামদ্রে হায়রগা চহি কয়া শীজিন্নরবদসু হন্নুবা য়াই, হন্নকউ হায়না হিরি। করিগুম্বা অতেক অকায় য়াওরবসু মমল য়াওদনা শেন্নগনি হায়না থাবা চংনৈ।

৫৮) উন তাবা ঃ- লম্বী অয়াম্বা নিংথমথাদা ফুট অমা অনী অহুম উন্না কুপশিনগনি। মদু অয়ুক পূং ৭/৮ দা থবক চৎপা নংননবা পাক্রবা, চাউরবা শাংলবা লম্বীগী উন মপাকশিং অদু লোইনা কোথোকপা নংননবা মফম খূদিংদা বুলদোজরনা থবক শুগনি। (অইবদি য়েংথো হায়না হায়না য়েংলক্তে)।

৫৯) ঈশিং ঃ- ঈশিং অসিদি লিক্লাইমুক লূবা হায়বদুনি। থক্লবগী, ঈরুজনবগী, ফিশু ফিজাম্বগী তোঙান্দে। পূং কুনমরী শাফূ কম্না কাম্বা ঈশিং অদু ইমুং অমগী গেলোন ১০০ দগী লীশিং কয়া শীজিন্নবদু অৱাৎপা লৈতে। য়ুম মচা অমদা বাথরুম অহুম/মরী/ লেট্রিন অহুম/মরী হাপ্প ঙাক্তনি। ঈশিংগী আমেরিকা হায়বা য়াই।

৬০) ইলেক্ত্রিক ঃ- ইলেক্ত্রিক মৈ মুৎপা হায়বদু থঙদে। ঙাম্নি। য়ুম অমদা টি.ভি. ইলেক্ট্রোনিক্স মথল মথা, ভিদিও, এয়ার কন্দিসন্নর, পূম্নমক ৱাক্তনা মৈ শীজিন্নগনি। প্লগ, ৱায়ার, সুইটচ কন্নেক্সন ফেল ওইবা লৈতে। মখোয়না মদুবু আমেরিকান ষ্টেণ্ডার্দ হায়।

৬১) নুপীগী ইজ্জৎ ঃ- নুপীগী ইজ্জৎ য়াম্না ৱাংই। নুপীমচাশিংগী মায়থোং মকা

লাশ্মী। মায়হিং কাদে, উরিং খুংবা লৈতে। মখোয় অমত্তা ওইরবসু কোয়নীংবা চখোক্লীংবা ষ্টেট কয়া ফাওদুনা চৎপদা অকিবা লৈতে। নুপীমচাশিংবু নুপানা করেম কথাইলবা, লংনবা থেংনদে। নুমিৎ ৬২নিগী খবর, রেডিও, টি.ভি.দা নুপী ইজ্জৎ মাঙহলবগী পাউ তাদে।

৬২) ইউনিফোর্ম্ :- ছাত্রগী ইউনিফোর্ম্ নাইদে। প্রি স্কুলদগী ইউনিভর্সিটি ফাওবা মানা মানা শেৎনীংবা শেৎলি। মনীং তম্মী। ফক্কসন অমদা শরুক য়াগদবশিংগী মতম/মতমদুদা ইউনিফোর্ম্ শেম্মী। ফিজেত্তা পৈশা তিংহন্দে।

৬৩) ছাত্র ইউনিয়ন :-ছাত্রগী ইউনিয়ন লৈতে। সরকার অমসুং এন.পি.ও.না থবক পুম্বা য়েংশিল্লি।

৬৪) এন.পি.ও. :-নন্ প্রোফিটেবল ওর্গেনাইজেসনশিং মরাঙ কাইনা শেম্মী। মখোয় পৃথিবী পুম্বগী থন্দুনা থবক তৌই। চহি য়াম্রবশিংনা পুনশি কখোতুনা থবক তৌই। দেশকী প্রোগ্রেম অমসুং পার্টিসিপেসন পুম্বা এন.পি.ও. শিংনা কম্না শরুক য়াই। পৃথিবী পুম্বগী য়ুহারব, ঈশিং চাউবা, অনা অয়েক থোকপদা মতেং পাংননবা মীকুপ নাহুম শিংদুনা মতম পুম্বদা চেকশিন্না লৈ।

৬৫) ডাক্তরখানা :- পৃথিবীগী খ্বাইদগী মমিং চৎলবা জোন্স হোপকিন্স হোসপিতাল মনুংদা নুমিৎ নিনি লৈরকই। অনাবা অমত্তা লৈতে। ব্রাইনি ইউনিভর্সিটি মেদিকেল কলেজদা অনীরক চৎলুই। অনাবা অমত্তা লাক্তে। ডাক্তরশিং রিসার্চ ব্রার্ক তৌদুনা লৈ। নোবেল প্রাইজ মখোয়তনা ফংবা তাবনি।

• • • • • • • • • • • • •

## -ও'হ্যার এরোড্রোমদা -

*20/8/2004 (friday)* *Roads & Ways*

ইউ এসকী **O'HARE AIRPORT** তা ইউ .এস. তাইমগী পূং ৬.২৮ তাবা মতমদা বৃটিশ এয়ার ২৯৯ দা তোংদুনা থুংই। চেক পূম্নমক লোইবদা পূং অমরোম য়ৌগে তৌনা চঙই। অদুদগী ঐখোয় গেত্তা থোকরকপদা ঐগী ইচানুপা ডাঃ ললিত সিংহ, ইমৌ নুপী স্বরনলতা(ঐনদি লুহোংবা নুমিত্তা আঞ্জনা থোল্লি) ইশুনুপা লোরেন্স অমসুং ইশুনুপী লীলীয়ান হান্ননা ঙাইদুনা লৈরমলে। মীয়াম মরক্তুদা মখোয়না ঐখোয়বু লাপ্না উবা মাল্লি ঐখোয়না ইউ উড্রিইঙদা মখোয় থুনা চঙশিল্লক্তুনা ঐখোয়বু ওক্লরে। ঐনা ল্যোরেন্স মমানা লীলীয়ান হান্না ওক্লরগা ঐনা ললিতকা চেৎনা কোনশিন্নরে; মমানা মমৌ নুপী অহন চেৎনা কোনশিন্দুনা কপখ্রে। অদুদগী ঐখোয়বু মৌনা মরকতুদা মথং মথং খুরুম্মী। ঐখোয়গী শকচু অদুগা ঐগী লাইবক্কী শিন্দুর মমাগী চগুন অমদি ইচম চম্বা ফনেক ময়েক নাইবা অদুদা অঙৌবা অমদি অমুবা মীয়াম্না হাইফেৎ হাইফেৎ য়েংনরম্মী।

ঐখোয় ইচাশিংনা পুবকপা খর মরাং কায়বা সিল্ক সিটেদ গাড়ী অদুদা চিকাগোদগী মিচিগান্দা ব্লুম্ফিল্ড তানা থৌরকই। মাইল ৪০০ রোমগী লম্বীনি। চিকাগো সহর চঙশিল্লকপদা য়াম্না নীংথিজে। লম্বীগী থকশী- খাশী অদু নীংথিনা উবা হৌরে। সহর নকশিল্লকপদা চীংলেম্না লেপলিবা আমেরিকাগী অনীশুবা লল্লোনফমনি খঞ্জবা ট্রেদ সেন্টরগী মথংদা চেকশিন্না ঙাকলিবা **Sears Tower** অদু মাঙদা উরম্মী। থবক শুবা কনবা কম্পনি ময়ামগী মরুওইবা হেড কার্টস অদু উরগা, মতোন্দা মৈ অনীনা শাংনা ঙাল্লিবদু য়েংবদা লমদম অসি থবক শুবা কয়া য়াম্না কল্লমগদগে হায়বদু চপ চানা উবা ঙম্মী। আমেরিকাগী শেনগী শেঙ্গাও ওইনা উই। ঐখোয়গী আন্দোলন্দা তৌদুনা ইকোনোমি হস্থরক্তুনা ডোলার অমগা লুপা নিফু তরুক - তরেৎকা হস্থরক্তুনা মান্নরগা থেন্নবদু উরকই। ঐখোয়গী থাঙ শুফম, য়োৎ শুফম, উ শুফম , সনা শাফম্শিং অদু উরকই। থল্লি চহি কয়াদা ঐখোয়সু ডোলার অমগা লুপা অমগা মান্ননবা থবক শুরক্কবা। হে ইরৈবাক, হে ইরৈবাক নঙশুম্না লাইবক থীবসিবু লমদম্ কৈদা লৈরমগবা! শুদনা চানীংবা, শুদনা নুংঙাইনীংবা, শুদনা হরাওনীংবা, শুদনা মতম লেম্নীংবা, শুনীংদবা লৈবাক। লম্বীদা অসুম লাকপদা স্পিদতি মতেক থরদা পূংদা ৭০ মাইল , থরদনা পূংদা ৬০ মাইল , থরদনা পূংদা ৭৫ মাইল , থরদনা পূংদা ৫৫ মাইল অসুম্না ইরম্মী। ওস্লোক্লা নুংঙাই কিলোমিটর চত্তনা মাইল্ চৎলম্বদুদা ঐসি আমেরিকাদা অদুম চাউরকপা,

আমেরিকাদা অদুম পোক্লকপা ওইনা খল্লি। অসুম্না খন্না খন্না লাকপনা ঐনা কন্না য়েংশিন্দুনা নোট তৌরিবদি শোরোক মতাইদা করি লৈরিবগে হায়বা অসিতনি। ইকজিৎ ১, ইকজিৎ ২দগী মথং মথং, ইকজিৎ ১৬৭ অসুম থারকখিবশিং অদুনি গুকলিবদি। মরমদি ইকজিৎশিং অদু অথাপ্পা নত্তবা য়াম্না য়াওরি। ভারত অমসুং মণিপুরদদি শোরোক্তা অদুম নপশিনবা ময়াম অমা উবদুগী মহুত্তা ইকজিৎ থা থাদুনা লৈরম্বদুনি। গ্যাস ইকজিৎ- গ্যাস লৌফমনি; ফুদ ইকজিৎ-অচাপোৎ,চাক য়েনশাং, তল চাগদৌরিবনি; রেস্ত এরিয়া ইকজিৎ - মপান থোকপা, খোঙ হাম্না, মায়মিৎ তানীংবা ঙাইহাক লেনগদৌরিবনি; অদুদগী গ্রাস লেক ইকজিৎ নীংথিনা শেম-শারবা উপাল, ব্রাপাল, হৈ-লৈ নীংথিনা শাৎপা পাৎ লৈরে; ক্লিন লেক ইকজিৎ- অরূবা অশেংবা ঈশিংগী পাৎ লৈরে; ওর্চাদ লেক ইকজিৎ- লৈগু নীংথিনা শাৎপা ওর্চাদ পাৎ লৈরে। অসুম্না মখল কয়াগী ইকজিৎ লৈহৌই। হোটেল উহন্দে,গ্যাসতু উহন্দে,থাউ হান্‌ফমদু উহন্দে, মপান্ থোকফমদু উহন্দে। পূম্নমক লম্বী অদুগী মনাক ওইরবসু উ-ব্রা লৈগু শাৎপা লম্বী অমদি সেফ্‌তি পাথকী (ঐখোয়গী শোমদা ফুট পাথ হায়না খঙনৈ) রাংমদা চঙশিল্লগা লৈরম্মী। অঙাংশিং ঙাইহাক পোথানীংই, মপান ইপান থোকনীংই হায়রে। মদু খঙনবা থাবা সাইন বোর্দ অদুগী মতুং ইন্না চঙ্‌ঙুবদা কার ময়াম থারম্মী; লৈকোলসু লৈরম্মী, ওফিস লৈরম্মী, মপান্থোকফম চাউনা লৈরম্মী - পার্ক চাউনা লৈরম্মী। পোৎচৈসু য়োল্লম্মী। ওস্লেক্লা নীংথিনা শীনখ্রে।

অসুম্না মাইল চহুমগী মথক্তা চামরী রোম থৌদুনা লাকপদা ওভরব্রিজ ১০০ রোম থেংনরকই। লম্বী অয়াম্বা মাইল অমনা স্কার ওইনা শেম্বনা অমগা অমগা লমলোং ময়াম লৈফম থোকই। অদুবু করিগুম্বদসু গাড়ী থৈনদে। ঐখোয়না মখাদা চামদা চামা চৎলি অতোপ্পশিংনা মথক্তা ফজ-ফজনা থাবা চেথায়-খোগায়দবা থোংশিংগী মথক্তা চৎলি। নেসনেল হায়ব্রেনা মখাদা ষ্টেট হায়ব্রেনা মথক্তা চৎপা ওইরম্মী।

ওভর ব্রিজশিং অদুগী বিম মমায়দা ১৪´১´´ /১৪´৮´´ / ১৫´১০´´/১৫´১১´´ অসিনচিংবা থাদুনা লোইনা থম্মী। মদুনা অচৌবা, অরাংবা গাড়ী লাকপদা, মথক্তা পোৎচৈ হাপ্লকপদা লানবা য়াগনি য়ারোই খঙননবা গাড়ী থৌবশিংদা নীংথিনা তাকই। লম্বী মশীং য়াম্মী। মাইল অমা খূদিং ক্রোসিং লৈবগুম্বনি অদুবু লম্বী মতাইদা লম্বী পূম্নমক মমিং হন্না হন্না থায় অদুনা খঙদবা মীনসু অদুম গাড়ী থৌবা ঙম্বগী চাং হেনগৎহল্লি।

লম্বী নুংঙাইবসিনা মরম ওইদুনা অদুগা গাড়ীগী থাক্লসু ওইগনি পূংদা মাইল ৭৮/৮০ গী চাংদা থৌদুনা লাক্রিবা ঐখোয় অসি মমানা গাড়ীদি শুকথৌ থৌদে হায়দুনা ব্লুমফিল্ড ৫৩৫৪ য়ৌরমদাইদা কন্না হায়। ঐনা নঙনা তোংইবসি পূংদা মাইল ৭০ স্পিদনি। ঐখোয়না ৭৫ গী চাংদগী করিগুম্বা হন্থরগা ৬৫ গী চাং ফাওবা থৌরকপনি

হায়না খুম্মী । তশেংনা পূংদা মাইল ৭০ থৌরিবসি কিলোমিটরদদি ১০০ গী মথক্তি । মসিদগী হস্থনা থৌরবদি পুলিশনা ফাই অদুনা ঐখোয়না থৌনীংদে হায়দুনসু থৌদবা য়াদবনি। *গাড়ী মশীং থীবা ঙমদনা চেল্লিবদু পূক্লীংদা ওই য়েং ওন্নবদুনা নুংঙাইফম খঙদে। গাড়ী পূম্নমক লেপ্ত হেন্দ ড্রাইভনি। অদুনা গাড়ীশিং অদু ওইগা ওইগা থৈননবা হোৎনবনিলা ঐখোয়গী গাড়ী অদু মনিপুরদা থৌরিবদুগী ওম্ন তৈনবা মায়গৈদা থৌদুনা চৎলি।*

অসুম্না লাকপা খোঙচৎ অদুনা পূংখায় খর হেন্না থৌরগা ইন্দিয়ানা চঙলে। ইন্দিয়ানা লাম্লেক্লগা অমুক থৌরকপনা মিচিগান য়ৌরে অদুদগী ডেট্রোইট্তা ব্লুমফিল্ড য়ৌরে। অহিংগী পূং ২.০০ রোম তারে। ম্রারী শানা শানা পূং ৬/৭ তাশিল্লক্লুনা অহিং অদু তূমহৌদ্রে।

লম্বীদা লাকপদা থেংনরকপা য়াম্না নুংঙাইরিবা ব্রাফম অনীথক্তি অহানবদা ত্রকশিংনা অহিংদা লূম্না লূম্না চেল্লিবদুনি। ত্রক অয়াম্বা কাংখোং অচৌবা ১৮ পাল্লি, করিগুম্বা শাংবা খঙহেন হেন্দোক্লুনা ২২ পানবা উই। মখোয়গী Speed তি পূংদা মাইল ৬০/৫০ অসুম্না কারদগী হস্থনা থম্মী। মরম অসিনা কারনা ত্রক য়াম্না ঙাইহাক লৈতনা হেনগৎলি। অথেংবা অহিং পূং ২ তারবা মতম অদু ফাওবা ত্রক অমসুং কারশিং অদুগী মশীং নুমিদাংব্রাইরমদগী থোইনা য়াম্না হস্থদবগুম তৌই। থবক্কী থবক ঙাক্তা পূং ২৪ শুবগী মওং উই। লমদমসিদা বন্দ,স্ট্রাইক,ঘেরাও লৈতে । ঐখোয়না মণিপুরদা পূং ৭তগী লেঙঙম শাঙমদনা থবক খর খর হৌরগা নুমিদাংব্রাই পূং ৫দগী থোঙ লোইনা লোন্দুনা গাডী পূম্নমক য়ুমদা থৌজিম্নবা হোৎনবগী মওং অদু হেক নীংশিংলক^ দা কোক্ ঙাওবগুম্ তৌরকই। থল্লকই থবক শুদনা করম্না ঐখোয় হিংগদৌরিবনো ?

মথক্কী অসিগী অসুম খন্দুনা লাকপদা ব্লুমফিল্ড য়ৌরক্লগাদি অহিংগী পূং ২ রোম তাববা মতমদুদা **Road work begins** হায়দুনা থেৎপা উই, ঙাইহাক্কী মনুংদা শোরোক্কী লেন মরী অদুগী মনুংদা অহুম্না থাদোক্লগা লেন অমদা মখল মখলগী গাড়ী ময়াম অমা নূং থাউ চাইদুনা তক্লুনা লৈরম্মী। লম্বীদু থোইনা ফত্তবা নত্তে; কূপ্না য়েংবা মতমদদি নূং থাউ চাইরিবা অদুগী শরুক লোইরগা বিলামাটি নূং থিৎলগা হৈবা কাঙবু অমসু শুরি। অসুম্না মী খরা চিকপা নুমিদাংদঙাক্তা লম্বী শেম্মী হায়না ঐগী ইচানুপাদুনা হায়রকই। লম্বী পূম্নমক য়াম্না নাল্লি, ওই য়েং ওন্নবগী নুংঙাইতবা ঐখোয়দা ফাওবদু নত্তনা লম্বীগী অকিবা লৈতে। য়েংতা চৎলিবা কারশিংগা ওইদা চৎলিবা কারশিংগা লম্বী পূন্দনা তোঙাম্না হায়বদি খর লাপ্পনা ইতৎ তত্তনা থাইদোকই। লম্বী অমত্তদা পূনবা মতমদসু লেনশিং অদু শুনু অঙৌবনা পাক্লা পাক্লা নীংথিনা য়েক্লুনা থম্বনা হেন্না নুংঙাইহল্লি। মণিপুরদা লম্বী লৈতে হায়দুনা জর্ম্মন্দগী লাকপা, জপান্দগী লাকপা

*মীশিংনা হায় হায়বদু আমেরিকা যৌরক্লগাতা নীংথিনা খঙই।*

লম্বীগী মতাইদা ঐখোয়না ফুট পাথ হায়রিবসিগী মমিং মফম্ অসিদা সেপ্তি পাথ হায় হায়দুনা মথক্তা হায়খ্রে। য়াম্না ঙকলিবদি সেপ্তি পাথ লৈজরবসু মীদি মাইল ৪০০ থৌরকপদা অমফাওবা উরক্তবদুনি। নোং ঙাম্নগা তাং ২১/৮ দা ঐখোয়না ঐগী প্রোগ্রামগী মতুং ইন্না চখোকই অদুদসু সেপ্তি পাথক্তা মী চৎপা অমত্তা উরক্তে। লমজেল প্রাকতিস তৌবা নুপা অমা চেনবা উরকই। সাইকল প্রাকতিস তৌবী নুপী মচা অমা উরকই।

মতৌ অসুম্না লম্বী চৎপদা অকিবা লৈতনা কন্না থৌরিবসিগী মরমদি লম্বীদা মী চত্তবতা নত্তনা শা-ষন, রিক্সা, হুই, য়েন, অমত্তা চত্তে। লাইটনা নীংথিনা করিগুম্বা ক্রোসশিং থেংনবা মতমদা অঙাংবা অমদি অশংবা কাপ্তুনা তাকলি। অচৌবা সহরদগী লাপ্ন নীংথিনা প্লানিং তৌদুনা শেম শাররবা সহর মচা মচাশিং অদুদসু চেকশিনফম্ থোকপা শোরোক্তী মওং, লম্বী মতাইগী উন্না-লৈন্ত নাপী শেমগৎপগী মওং অসিদি চপ মান্নবা উবা ফংই। লম্বীশিং অসিগী করিগুম্বা মফমদা ইউ মওং, ও মওংদা থেক্লবদি লম্বীদু চেপতক্ তৌনা শেম্মী। অদুনা কন্না থৌবা গাড়ী ওইরবসু ইশা অসি হায় হুমহন্দে, চেপথবা তৌদে।

তৌদবা য়াদবা নিয়ম অমদি গাড়ী হেক থৌবগা পেটি ফাজিনবা হায়বসিনি। করিগুম্বা পেটিদু ফাজিদ্রবদি পুলিশনা ফারগা ফাইন চাউনা তৌই। অদুবু পুলিশতি উবা শুকফং ফংদে। লুমদুনা লৈজবগীদি খঙদে। গাড়ীদদি সিগনেল মিটর য়াওই । ফারে হায়বা খঙহল্লি ।

“ঐখোয়বু ডেত্রোইট এয়ারপোর্টতা ওক্তুনা চিকাগোদা ওক্লিবা করিগীনো ? মাইল ৩০০ রোম লাপ্না থৌদ্রবসু মফমদুদা অদুম্ তাবা য়াদ্রা ?” হংই। ডেত্রোইত্তা ইন্দিয়ান এয়ার লাইন্স অমদি বৃটিশ এয়ার লাইন্স হৌজিক্তী ওইনদি পাইদে। অদুনা তৌখিবনি। ব্রা অমনা চিকাগোদা মৈতৈ ইমুং অমনা ঐখোয়বু অহিংদু লৈমু হায়বদগী তৌবনি হায়। অদুবু ঐখোয়না ব্রারে মীগী ময়ুমদা লৈবা নুংঙাইতে হায়দুনা ডেত্রোইট তানা থৌরকই। অদুগা মৈতৈ ইমুং অদুদা কোন্না কোইরক্লগে হায়দুনা সেল ফোন্দা হায়খ্রো হায়দুনা খুদক্তা পাউ পীখি। আমেরিকাদা মণিপুরী মচা য়াম্না লৈরে হায়দুনসু মখোয় ৫/১০ শুনা নক্লবা নত্তে। মাইল ২০০/৩০০/৪০০/১০০০ লাপ্পনা লৈরম্মী। রেলনা চৎপা তৌনদে; রেলদি মী পুবগীদি অয়াম্বা ওইরমদে। য়াম্না লায়রবা খরা, অতৈনা পোৎ হোনবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। রেল ষ্টেসন্দা লৈরিবা রেলশিং অদু মচু মমেন নীংথিনা শঙদুনা মীনা তোংনীংনবা তৌবা থোইনা উদে। রেল ষ্টেসন লোইনা চৎলুবদি নত্তে। অমথক্তং থোং লানবদা উরকপা অদুদদি রেল মরী মঙা লৈহৌবদু মোত্তাইনৈ। এরোপ্লেন, কারগী লৈবাকনি। অদুদসু মাইল ৫০০/৬০০ এরোপ্লেন তোংনদে। রেলনা চৎনীংলগদি লৈনুংদনি। মথক্তদি কারনা চৎনৈ।

• • • • • • • • • • • • • • • •

# ব্লুমফিল্ড তাউনসিপ্ য়েংবা

তাং ২১/৮/২০০৪ ইং

## *লাইব্রেরি*

নুংথিল পুং ৩.১৪ তাবা মতমদা ব্লুমফিল্ড তাউনসিপ্ লাইব্রেরিদা কোয়বা চৎলি। মরূওইনা ইউ.এস. কী মরূ মরূ ওইবা ডিপার্টমেন্টশিংগী, সবজেক্তশিংগী মশক নাইবা মীওই অমদি লাইব্রিকশিং খঙনীংবদগীনি। লাইব্রিক য়াম্না য়েংলকই । লাইব্রিক পূম্নমক মমলসু হোংই। খবর পারকই। মনোরামা হাত্তোকপীরম্বগী আন্দোলন মনুংদা চুডাচান্দপুরদা নূপীমচা চহি ১৫ শুরবী অমা হাত্তোকপীরম্বগী ব্রা য়াওই। মণিপুরগী আন্দলোন্দা মী ১২ ফাজিনবগী ব্রা য়াওই। নূপীঙাক্তা ১১ নুপানা ১ খক্তনি হায়বা পাউ যাওই। ভারত সরকারনা মণিপুর সরকারগী ফিরেপ পেন্দবগী ব্রাসু য়াওরম্মী। মণিপুরগী মীয়াম্না মতোম্মতা কেরোসিন হৈজিন্দুনা শিজখিবা নুপামচাদুগী অশিবা হকচাং লৌ হায়বা য়ানদ্রিঙৈদা পোৎলোইখিবগী ব্রা য়াওরম্মী। নুংঙাইতবা য়াম্না ফাওই। মফম্ অসিদদি আন্দোলন লৈতে, থাজনদবা লৈতে, অমগা অমগা পেন্নদবা লৈতে, সরকারবুদি প্রজাগী থবক তৌজরিবশিং অদুনা হেন্না প্রজানা থাজনা থম্মী।

খবর পাবা লোইরগা লাইব্রেরিগী নিয়মশিং অদু য়েংশিল্লি। য়াম্না চাওখৎপ্রে। লাইব্রিক অমা পানীংবদা কম্প্যুটরনা মিনিট অমা অনীগী মনুংদা অদুম পী। লাইব্রিক পারিবশিং অদু **Children Section, Youth Section, Matured Section, Old Section** হায়না খায়দোকই। মী খূদিং কম্প্যুটরদা পায় । মাঙদা লাইব্রিক থমদুনা পাবা মশীং য়ামদে। তোঙান তোঙানবা লাইব্রিক পারিবশিং অদুদগী ইতোপ তোপ্না মিংশেন্না খাজিনবা, কাসু মরাং কায়না চাউহনবা টেবল চাউনা থাবা কয়াসু লাইব্রিক পানরি। মপান্দা তোঙান তোঙান্না শেম্বা লাইব্রিক পাফম কাদসু পারি । পূম্নমক পুংচিক চিকই। মপানগী গাড়ী ময়াম পার্কতা থারিবা অদুগী মখোন মনিন অমত্তা তাবা লৈতে। কনাগুম্বনা কম্প্যুটর নক্তগা লাইব্রিক অমা পায়দুনা লৈখিবদু নুমিৎ অদুমা থাদোক্তবদা ব্রা হায়দে। মখোয়গী মী অমত্তনা ব্রাহং পাউহংনবা লৈতে।

লাইব্রেরিদগী থোরক্লগা **Dirt Road** য়েংউসি হায়দুনা চৎলি, মিনিট ৫/১০ গী **Drive** নি। মফম অদুদা কোয়লাস থাখিবগী মমিদি ফজনা তায়। অদুবু মণিপুরগী শেমজিন্দবা লম্বীদা তৌবগুম নুংমচা কংক্রিক অমদি উফুল চেলহল্লি। কোমকুৎনচিংবদি অমত্তা লৈতে। সহরগী অতৈ লম্বীদগী নানবা ব্রাৎলি ফুট পাথ সেপতি পাথ নাইদে। মখোয়না থায়না সহর হৌদোরকপদা অসুম্না তৌরম্মী খঙনবা ঙাক্তুনা থম্লিবনি হায়। সরক মপান্দা লৈকোল লৈতে; মপান্দা নীংথিবা নাপী থারগা ঙাইহাক লৈতনা ঈশিং

চাইদুনা, মনা কত্তুনা শেন্নগী মওং লৈতে। লম্বীগী মপান্দা হৌবা উ-ব্রা নাপীগা অদুম নকশিল্লি। মণিপুরগী লম্বী মান্নি। মদুদা মতেক অমা তোংবদু য়াম্না নুংঙাই। য়ুমদা মণিপুরদা লৈবগুম খলহল্লি।

**Dirt Road** অসিগী নাক্ত য়েংলোমদা মখোয়গী নীংশিংনিঙাই ওইবা আমেরিকান সিভিল ব্রারগী অকনবা অমুবা অমসুং অঙৌবশিংগী চায়নফম্ ঈথং অমসুং পাৎ অদু লৈখ্রে। মসিনা লম্বীগী অব্রাং ওইনা তৌই।

মখা থংবা শরুক্তা **Walnute Creet Estate** হায়বা পিক্কবা মফম অমা শঙ্ শাননবা শেমগৎহৌই। ঈঙ্গিন্না থবক শুহৌই। শঙ খরসু হাম্নবা শাদুনা নীংথিনা লৈরবা মফম অদুদা ঐনা অহানবা ওইনা ঙানু, কাঙ্ঙাশিং তপ্ন তপ্ন নিঙাইদনা চৎপা উই। মসিবু লোইরিব্রা হায়না ঐগী ইচানুপাদা হংই। মানা নত্তে, মখোয়সি **wild** নি; কনাগুম্বনা করিগুম্বা অমত্তসু পীজ-পীথকপা য়াদে; উচেকশিং শাশিংগী মশা শোক্কনি হায়দুনা ফাইন তৌই। মদু হেক তৌরুবদা মী অমত্তা লৈবা উম্রিবসি থোরক্তুনা ঙাইহাক্কী মনুংদা পুলিশ লাক্তুনা ঐখোয়বু ফাগনি হায়। য়েংবদা অয়োকপা মাল্লি; সরকারনা মখোয়গী শোয়দ ঙামদনবা য়েংশিল্লি হায়রকপদা করম্না শীনগদৌরিবনো হায়না খলহৌই। মখা হংথদে খন্দুনা অদুম শান্নে...।



ব্রাল মার্ট সোপিং কমপ্লেক্সতা পোৎচৈ লৈবা (ফোটো: ডা: ললিতকুমার)

মফম অসিদগী মিনিট ১৫ রোম থৌরগা Wall Mart Shopping Complex তা চৎলি। চাউরবা Shopping Complex অদুগী মনুংদা মখল মখলগী খোঙউপ ময়াম য়োল্লিবদুদগী ঐখোয়গী য়ুমদা তোংননবা স্লিপর অমমম্দং লৈবা চঙবনি। স্লিপর অমমম্ লৈরকই। $ 12.99,9.99,13.99 অসুম্না পীরম্মী। মখোয়গী পৈশাগী মমলগা পোৎকী মমলগা য়াম্না হোংই। পোৎশিং অদুগী মনুংদসু পোৎ অমত্তদা $12.99 মথক্তা অমুক $ 8.99, মথক্তা অমুকসু $ 5.99 অদুদগী অরোইবা মথক্তা $3.99 থাবসু য়াওই। হংবদা থা ৪/৫ গী তুংদা পোৎ খুদিং অদুম্না মমল্ হস্তরক্কনি হায়রকই। ঐখোয়গী য়ুম লোমদা লুপা ১২/১৩ দা অফবা খোঙউপ ফংগদ্রা? লুপা মীশিং য়ৌদনা অফবা খোঙউপ ফংলোই। ঐখোয়সু ইকোন কোম্না থাবা অহোংবা মমন্দা লৈরকই।

Wall Mart Shopping Complex হন্দোক্লগা ঐখোয়না বেল আইলেণ্ডদা নুমিৎ অসিমক্তদা য়েংবা চৎলম্মী। লম্বীদা ইউ.এস.এ. গী থ্বাইদগী চাউবা কার শাফম অহমগী মনুংদা অমা ওইরিবা G.M. (General Motor) Company গী অচৌবা ওফিস অদু উই। ডেত্রোইট তুরেল তোর্বান্দ চীংলেম্না তুমিন্না লেপ্পুনা পৃথিবীগী পৈশা ময়াম খোমজিন্নি। G.M.হন্দোক্লগা নোংপোক পাংনা লৈখক্লনা ডেত্রোইট তুরেল মথক্তা থারিবা অশাংবা থোং অদু লানশিল্লগা ইরি অমসুং সেন্টক্রিযারগী ময়াইদা তাইশিন্নহন্দুনা লৈরিবা নীংথিনা শেম্নবা ইথৎ অদুগী মনুংদা কোযবা চৎলম্মী। তশেংনা য়াম্না নুংঙাইবা ফাওই।

ইথৎ গ্রসিগী মখা অমসুং খা নোংচুপ থংবা মায়গৈদগী অদুম কোয়শিল্লক্লনা মখা,মখাদগী নোংপোক্ য়ৌনা অদুম ইকোয় কোয়না কনাদাগী সহরগী নীংথিবা দলানশিংনা লম্না লম্না লৈখিবদু উই। মাইল ১/১$\frac{1}{2}$ রোম লাপ্না উরিবা দলান অমদি উমংশিং অদু উরগা কনাদা অমুক উনীংবগী চৎনীংবগী অকনবা ঈথিন ফাওরকই। Visa গী ব্রা পল্লকপদা পূক্লীংদা তোক্লগেদা, মতম্ অমদি পৈশানি খন্দুনা তুমিন লৈ। ঈথৎ অসিগী অকোয়বদা লুরবা ঈশিং অদুগী তোর্বান্দা নক্লনা লম্বী অমনা ইকোয় কোযশিল্লি। অদুম চৎতুনা গাড়ী থৌবা মতমদা অয়াম্বা অমুবশিংনা মশীং হেন্না মখল মথেল শান্নরি। বেজ বোল, বাস্কেত বোল, ফূট বোল অতৈ অতৈ কয়া শান্নৈ। মী ময়াম ময়াম পূন্না চাফম্ থক্‌ফম্ শেমদুনা লৈরিবশিং অদুদা ইমুং মনুং মচা মশু ময়ামগা লোয়ননা নুংঙাইনা চামিন থকমিন্নৈ, নোকই ব্রারী শানৈ। মফম অমমমদা মী ৫০/ ১০০ অসুম্না শুগনি,। মাইল ৪/৫ থৌরগা বোট ক্লব লৈরম্মী। হিথাংফম্ মচা অমদা হি মচা ১০০/২০০ থাদুনা লৈ । অথাপ্পদা অচৌবা জহাজ লেপ্পুনা চঙশিল্লকই ,নিউ য়োর্ক অমসুং মেক্সিকোরোমদগী লাকপনি হায় । ঈথৎ অসি কোইনা লাকপদুদা জি.এম.

দগীদি মাইল অনী অহুম ওইরমগনি । অসুম্না নীংথিনা শেম্লবা ঈথৎ অসিদা আমেরিকানশিংনা মফম খূদিং তিল্লব্দু হংবদা মখোয়গী স্কুল সেসন নিংথৌকাবা নুমিত্তা হৌগনি । অদুগা মহৌশানা থাংজগা,নোংমাইজিংগা ছুটিনি হায়রকই । অদুনা মখোয়গী মতম অমুক ফংলোই খন্দুনা মচা মশু পুদুনা কোইবা লাকপা ঙাক্তা ওইরম্মী । মখোয়গী অঙাংশিং কিন্দর্গাটেন্দগী ক্লাস V ফাওবা প্রাইমারিগী ছাত্রশিং,ক্লাস VI তগী VIII ফাওবা মিদল স্কুলগী ছাত্রশিং ক্লাস IX দগী XII ফাওবা হায় স্কুলগী ছাত্রশিং অয়ুক পূং ৭/৮ দগী কারগা নুংথিল পূং ৩ দা ছুটি থায় । অদুনা মখোয়গী অঙাংশিংগা কোয়মিন্নবগী মতম থোইনা ফংদে ।

থাংজ অমসুং নোংমাইজিং ছুটি ওইনা ওইনা কোইমিন্নবা থোইনা ফংদে হায়বগী মরমদি ছাত্রশিংগী হোম ব্রার্ক,হোম এসাইনমেন্ট য়াম্না কল্লি । এসাইনমেন্ট নুমিৎ খূদিং, হাপ্তা খূদিং তৌই । চহিগী পরীক্ষা হায়ববু নুমিৎ খূদিং য়েংশিল্লিবদুনি । অদুগী মথক্তা হাপ্তাগী হোম ব্রার্কতি নিংথৌকাবনা থ্বাইদগী হেন্না কল্লি ।

অসুম্না ঈথৎ অদুগী ফজবা, সিনরিশিং অদু উরম্লগা ডেত্রোইত্তা হন্ননবা থৌরকপা মতমদা নোংপোক চিংখৈ অমসুং অব্রাংগী শরুক্তা থৌরকই । পাৎকী ঈশিংনা তরু তরু লৈরি । পাৎ মপান পূম্নমক ঈশিংগী ঈমায়দগী ফুট অমা অমামখায়দগী হেন্না ব্রাংদে। অশংবা নাপীগা লৈতেম্ মান্নবা লৈবা কংফালগী শরুক্তা ঈশিংগা অদুম ইশম শম্নে । য়েংবদা পূক্নীং হুই । লাপ্না য়েংখিবদা অব্রাংথংবা মায়কৈ অশোমদদি ইউ.এস.নত্তুগা কানাদাগী লমখৈগী উমং ব্রামং দলান অমত্তা উখিদ্রে । সুপ্নগী ঈশিংগী ঈপাক মবুক তপ্নবা ঈথক মচা মচাশিং নিঙাইদনা শান্নহৌই । ফজবা হায়বসি ইফদা মফজে । হায়ফম খঙদে । পূক্নীং ইনৌ নৌহল্লি । আইলেণ্ডদগী থোরক্লগা অব্রাং নোংপোক পাংনা থৌরকপদা পাৎ মপান্দা অসুম লাপ্ন লাপ্ননা শারিবা লুনানবা য়ুমশিং অদু নীংথিনা চিক্লা তুমিন্না লৈহৌই । লৈশু-উপাল হৈপাল, মৈগী থৌরাং নীংথিনা শেম্মী । ইউ.এস. কী ইনাক খুনবশিং ফোর্দ কম্পেনিগী,জেনেরেল মোটোর কম্পেনিগী অতৈ অতৈ অচৌ অচৌবা ইনাকখুনবশিংনা পাৎ মপান্দুদা পূন্না পরেং পরেং শারিবা য়ুমশিংদুদা লৈ হায়। শোরোক্তগী সেপ্তি পাথশিং অদু ফুট ৫০/১০০ লাপহল্লি অদুগা য়ুমশিং অদুদি শোরোক্তগী ফুট ১০০/২০০ লাপনা লৈ। অসুম্না ইনাকখুনবশিংনা সহরগী অচিনবা মরক্তা লৈনীংদদুনা সহরদগী মাইল চামা,চানী,চহুম লাপ্না ফজবা, অচিকপা, অঙৈংবা মফম থি-থিদুনা লৈনৈ । অসুম্না বেল আইলেণ্ড থন্নন্নগা ঐখোয় পূং ৬.৩০ তাবদা পূং অমগী দ্রাইভ্ থৌরগা য়ুমদা হল্লকই ।

য়ুমদা হল্লকই হায়বতাই । হন্দক্কী য়ুমসি ব্লুমফিল্ড নত্তে পূক্নীংনা থৌরিবসি । হকচাংদি ব্লুমফিল্ডদা পুরি । ব্রাখলদি ইমা লৈবাক মণিপুর ।

লম্বীদা তূমিন হল্লকই । ঐ তূমিন গাড়ী মনুংদদি ঐখোয় তরুক্কী মনুংদা ঐনা ব্রা ইঙাত্ ঙাত্দবনা ময়ামসু থোইনা ঙাত্দে । ইশু নুপাদুদং খর খর ঙাত্তুই । নীংশিংলকই




তূমিন্ অয়াঙবা গাড়ীদু চেন্না চেন্না ‘‘ফজেদা ইমা মৈতৈ লৈম্মু, মায়গী সলাই খূদিংদা নচা চানবী ওইবনা মীরক তিঙ্গত্রবী ইমা ইবেম্মা করম্বা লৈ[illegible]হরিগবা !’’ হোই, চুম্বনি ইরৈবাক, ইরৈবাক নঙগুম্মা নুংশিবা নঙগুম্বা নীং[illegible]বা [illegible]মদগী ফজনি-ভাগ্যগী ঈশৈসিদা নিমাইগী সুর নাকোংদা তারে অথাপ্পসিদা।

করিগুম্বা মরৈবাক নুংশিবগী অশেংবা ব্রাখল অমত্তং পোক্লফম ইরমদমদুদা শাগৎপা গুন্নবা শোয়রোই স্বর্গ শেম্বা য়াগনি। চীং য়াওদবনা চীং শারগা ফজবা, মনম নুংশিদবা লৈনা লৈকোল শেম্বা, মহাও য়াওদবা হৈনা হৈকোল শেম্বদা অসুক অসুক নীংথিরিবসিবু ঐখোয়গীদুদা অসুম্না শেন্নগদি করম তৌবা। উচান পাম্বী অচৌ অচৌবসি মনাদি ইপৌ পৌই, থোক্তে নৌদে য়েংবদসু ফজদে। চঙ্গুশিন্দুনা ঐনা খূবাকসিদা থেঙহল্লি। মতা চাহৌদ্রবদি লোইনা ঈ থোক্কনি। পৌনাতেনবা উচান মনাশিংদু মতোন্ মতোনদু য়াম্না তুম্মী। তিংখংগুম্না খরসু কনশিল্লি। মিত্তা করিদা থিল্লবদি খুদোংথীনিঙাই মশকনি। ইরৈবাক ইরমদমগী উচান মশাদুদি মতোন্গী মনা উবমক্তদা নহা অঙাং পূম্বনা থেক্কুনা পায়নীংবনা শেন্নবদা কয়া ব্রায়। নীংথিরবী কনাগী শন্নাংগুম ইনৌ নৌনা লংলগা জুম জুম মশীং য়াম্না পানবনা কনানা পায়দুনা পুনীংদবা য়াওবগে। ফজৈ ফজৈ ইরৈবাক উসু, হৈসু, লৈসু, নাপীনা মরোল অমা ফজবা ! পূম্নমক নারক্তা শাৎপী ওইদুনা কনা খঙদ মাঙহল্লি। মতাং অসিদা ব্রারী অমা নীংশিংই ! কুইরে ইং ১৯৮৫ অদুব্রাইগী ব্রানি। চহি য়াম্খ্রেগী মখাগী নুপা অমা ঐগী য়ুমদা চঙলকই। ডিসেম্বর থাগী অয়ুকনি। নীংথিনা ঈংই মতমদু। অয়ুক পূং ৭ লোম তারে। ঐনা ছাত্র ময়াম লাইরিক তাকলি। ককচিং নুপা অমনা পুরকই। ফি অমা ইল্লি। খোংগ্রাও পাইজামা শেৎলি। কেরেলা মচানি। মীদু নেমতক তৌই। মতৌ ইমান মান্দে।

ককচিং নুপাদুনা হায়-‘‘কেরেলাদগীনি নুপাসি, ওজাগী মিং পন্দুনা থিরকই। খোঙনা পৃথিবী কোয়বনি। লাইরিক য়াম্না তমহৌদে। অঙাং ওইরিঙৈদগী চৎপনি। চহি ১৫/১৬ তগী য়ুমদগী থোরকপনি। ইউরোপ্, এসিয়া থুংলুরে। আমেরিকা, অফ্রিকাদি ঙমদ্রি, ভারত কোইবা লাকপনি। নোংপোক ভারত লোইরগা কেরেলাদা হনগনি। অফ্রিকা, আমেরিকা চৎকনি হায়। মদু তাবদা ঐনা অদুদি সিদা লাকপদি ক রি তৌনি। খোংউপ অমা পীসি, মোজা অথাবা পীসি- জর্সি অমা পীসি হায়না তৌবদা মানা অমত্তা য়াদে। নুপাদু খোঙউপ শুকতোং তোংদে হায়। অদুদি মোজা উপঙউ হায়দুনা মোজা অহনবা অথাবা অমা মতা চানা ইহন হন্না লৈরমদুনা পী। পৈশা লুপা কুনগা পী। পৈশাদি লৌ হায়বা য়াদে। ঐখোয়না চানীংবা চাউ হায়দুনা নমদুনা পী। ছাত্রশিংদা ব্রা খরা হায়য়ু হায়বদা ইংরেজীনা ফব্রা, হিন্দিনা ফব্রা হংলকই। ইংরেজীনা কৈ হায়না ঐনা হায়।

মহাক্না হায়রকই- ‘‘ঐ ফজবা স্বির্জলেণ্ড খোঙনা লোইনা চৎলুরে, ভেনিস,

গৃস, জাপান, মফম খুদিং চৎলুরে। কাশ্মীর,দার্জীলিং উরক্লে। মণিপুরমুক নুংশিবা,মণিপুরমুক ফজবা,চীং,পাৎ, তুরেল, নৌবুক লমহাং,উচেক -ষায়া,হৈ লৈ, পৃথিবীগী মফম অমত্তদা উরক্তে। ফজে ফজে মণিপুর অৱাংপা হায়ববু প্রকৃতিসি মতোমতা ছিংলি, মীনা করি অমত্তা শেম্বীদ্রি।” অসুম্না হায়না হায়রম্মী।

## কেনশিংতন মেত্রোপার্ক

তাং ১৮/৯/২০০৪ ইং

নুংথিল পূং অমা তাবা মতমদা কেনশিংতন মেত্রোপার্ক য়েংবা চৎলি। পূংখায় অমরোম লৌই। মাইল ৩৫ রোম য়ুমদগী লাপ্পী। পার্ক অসি হুরোন ক্লিনটন মেত্রোপোলিতান হায়বা অসিগী মথাদা থম্না পার্ক অমনি। আমেরিকাদি পার্ককী লৈবাক হায়রসু য়াই। পার্ক মশীং থীবা ওম্না নত্তে। চীংদোং অমা পার্ক অমা, উমং অমা পার্ক অমা,পাৎ অমা পার্কঅমা,লমহাং অমা পার্ক অমা পার্ক হায়বদি ইন্দষ্ট্রি অমা লিংববুনি। শৈশা তানববুনি মফমসিদা খণ্ডনরিবদি। নেসনেল হায়ব্রে ১/৬৯ দা য়ৌবগা কেন্ত লেক রোদ ইকজিৎ ১৫৩ দগী য়েৎলোমদা লৈশিল্লগা কেন্ত পাৎকী অরোইবদা শেম্বা পার্কনি। পার্ক অসিগী পাক চাউবদি একর ৪,৩৫৭ নি। মবাও কায়না চাউরে। অচৌবা টি থাবা পার্কিং অমগা খরা হুম্বরবসু নীংথিনা চাউবা পার্কিং ই থাবা অমগা থানা পার্কিং মফম ২০ গী মথক্তা লৈবা পার্কিংশিং অসিগী কার অমগী ফি ডোলর মবিনি। কারগী ফীখক্তগী ডোলার কয়া শারমগনি হায়বা ওমদে।



তাইকুওোগী ইলত্রক্তর ত্রাইনগা ইভনুপা লোরেলকা লোয়ননা অইবা ,কেন্সিংতন পার্কতা (ফোটো:তা:ললিতকুমার)

ঐখোয়না চৎজিনসি চুপ্পা য়েংবা নত্তে। মশাগী চহি ৪৫ / ৪৬ গুরবা কোরিয়াদগী কিম কৌবা নুপা অমগী D.S. Kims Taekwondo হায়বা রেষ্ট রুমফিভদা লৈবা ট্রেনিং সেন্তরদগী বার্তন অমগী মতুংইন্না চৎপনি। আমেরিকান মচা তাইকুণ্ডোগী ওঝা কিমগী মথং খনবা অমগা মাগী মখাগী সেনিয়র ছাত্র অনীগা লৈরম্মী। মখোয়না অশিন অরাং তৌরম্মী। ঐখোয় গাইদকী চেদু য়াওনা য়াওনা পার্কিং থিবদা খরা কক্লাওনরম্মী। সেল ফোন্দা কিম নত্তগা ব্রাইন অনীদা হংবীরকউ হায়বদগী ব্রাইন্দা হংই। মানা ব্রারী শানা শানা মাগী গাড়ী থৌজিল্লকপনা ঐখোয়গা ইনক নক্লরমদুনা পার্কিং অদুমক্তদা ঐখোয়গী তুংদা মাসু লাক্লুনা উনরে। মমৈথংদা প্লেগ্রাউণ্ডগী মখাথংবদা লৈরিবা মী খরা অদুদগী ফিভদা শান্নরিবা মী খরদু ঐখোয়না থিরিবা কাণ্ডবুদু ওইরম্মী। থাপ্তক্লা লৈরিবা রেষ্ট হাউস অদুদা ঐখোয়সু য়াওশিল্লুই। কিমদি লাক্রমদ্রি। মখোয়গী বার্তন্দু ঐনা পাদুনা কুপ্পা য়েংণ্ডি। খণ্ডলকই ইচম চম্না চামিন্নবা, খরা ফাগী জুগাই তৌনবা, নোকমিন্নবা, শান্নমিন্নবনি অদুগা নোট আর্লিণ্ডন্নসু লাকপীগনু হায়রম্মী। অণ্ডাংশিংনা পূং অনীদনি হায়বদুদা ঐখোয়দি ঐনা চপচানা চৎপা পামদুনা চপ চানা হেক থুংলুবনি। অদুদগী বার্তনগী মতুংইন্না অণ্ডৌবা অমুবা মথং মথং লাক্লরিবশিংদু মিনিট মণ্ডা, তরা, কুন লোইনা খেন্নৈ। মাগী মাগী খুশী তৌনৈ। পূং অমা লৈরগা কিম অমদি মাগী নুপীগা লোয়ননা মী মণ্ডা তরা পূন্না কার অহুম মরিদা লাকই। চণ্ডশিল্লকই। অমগা অমগা নোম্ন্নদুনা খুরুমনৈ। চৎনবী অমা মখোয়গীসু লৈজে।

কন্নানা নুংশা য়াইদুনা থারিবা ফন্ফমশিংদা ফম্মী। কন্নানা মচাশিংগা বোল কাউবা, প্লেট লংনবা, বেজ বোল, ফুটবোল লংনবা (য়ুবী মানবা বোলদুবু মখোয়না ফুটবোল হায়) পংশা (শান্নবনি নিয়ম নাইবা অমত্তা নত্তে। প্রোগ্রামসু য়াওদে। কিন্না হৈশিংনা ছাত্রশিংগী মমা মপাশিংদুনা নুংশিনবা তাইকুণ্ডো এক্তিংদা অণ্ডাং অমদি নহারোল্ মশীং শুনা ফাগী তৌই। প্রোগ্রাম হায়ববু মদুনি; মানা মাগী ছাত্র ফাননবা হোৎনজবদুনি। ঐগী পূক্লীং মদুদা অমত্তা চণ্ডখিদে। পার্ক অমদি মদুগী থৌশিন্দগী লমদমদুদা ফংলরিবা নুংঙাইবা অমদি লায়না পৈশা তানবদুদা খন্দুনা লৈ। মখোয়গী প্রোগ্রামদু অণ্ডাংগী মনীং তমজবদুনিনা অণ্ডাংশিংনা অহাংবা শণ্ডদা থন্নিবা অচা অথক (মথন্ মথন্ পণ্ডপুদা পুনরকপনি, বার্তন্দা পুবীরকউ হায়রকখ্রবনি) ময়ামদু অপাম অপাম্বা লৌ লৌদুনা অদুম চানৈ। খরা চাউবা অণ্ডাংশিং অমদি অহলশিংসু চানীংলগদি অদুম্ লৌদুনা চানৈ। কায়নথংদা ঐগীদমক্ হৈ খরদং চাও হায়দুনা ললিতনা পেপর প্লেট অমদা লৌরগা পীবদগী ময়ামদু মথং মথং লোইনা লৌদুনা টেবল টেবলদা চানখ্রে। নিয়ম অমা লৈনা তৌবা নত্তে। অদুদগী ঐখোয় হান্না হল্লকলে। ঐখোয়গী মাণ্ডদসু ফেমিলি অনী অহুম হন্নখ্রে। পার্ক অদু ব্রায়রগী মতমগীদি পূং ২ মখায়রোম লৈরি। ময়ামদু থন্নব্রগা কিমসু

মাগী নুপীগা থবক অমা লৈ হায়দুনা ময়াম বিদায় তৌরম্নগা হনম্রে। ঐখোয় মাগী তুং মিনিট অমা অনীদং লৈরম্নগা থোরকই। পার্ক অসিগী মওং খরদং য়েংনীংলি অদুনা ডব্লিউ থাবা ঐখোয়গী পার্ক অদুদগী কোইরগা অঙম্বদা থৌগৎপা C (Spring hill) হায়বদু লাম্লগা মখাপাংনা লৈখত্নুনা কোইরগা নোংপোক পাংনা অমুক (H) নোর্থ হিকরি রিদজ কোই অদু লাম্লগা সাউথ হিকরি রিদজ অমুক লাক্লিল্লি। অদুদগী অমুক থৌরগা (F) ওর্চাদ লাম্লোক্তুনা (E)দা মেপল বিচ তানা চঙশিল্লি। ঐনা লৈঙোইগী তোর্ব্বান, বোট রাইদ য়েংনীংই, ঈশিং উনীংই হায়বদগী থৌজিল্লকপনি। মরকসিদা ওর্চাদ য়ৌদ্রিঙৈগী মরক্তা (G) দা বেঞ্চদস উমং লৈ। তৌবগীদি উমং ঙাক্তনি। অদুদা মীগী খূৎ চঙদববু অমেরিকাদা ক্রদ হেক্তা হায়। ঐঙোন্দদি মীগী খূৎ চঙদবসি উরগা হেন্না হেন্না পূক্লীং নুংশি।

মফম অদুদা কুমথবদা পার্কিংদু উবদা মণিপুর নীংশিংলক্তুনা অদুম্ হেক্তা শাউনীংলকই। মণিপুরদা পার্কিং অমত্তা শেমদবসিবু করিনো। মখোয়গী পার্কিংদি চীংঙমদুদসু কয়া নীংথিখ্রে। কার পরেং অনী অনী ময়ায়দা থৌফম থমদুনা থারি। মথংদা খজিক নেমথবদা থারি, মথংসু খজিক্তং নেমথবদা থারি। নাগালেণ্ডগী জুমিংগী লৌউদুনি অশংবা মতমদা ফজবগুম্ পার্কিংদুগী লৌরি অমগা অমগা তাইনফমদুগী চেক পরেংদুনা ঐঙোন্দা থবক ইরায় লায়না তৌবা, ঙমখৎলি তোংখৎলি হায়দবা, লৈরম লৈরম্বা মওংদু শুকায় কায়হন্দনা লমসু লোইনা শীজিন্নবদু উবদা কয়া পেল্লি। আমেরিকাদা অকুৎ অতোং খঙদে শেন্নগা লোইরে-অঙম ঙমদ লৈতে শেন্নগা লোইরে। প্রকৃতি থুগায়বা য়াদে।

লৈঙোই শেক্তা মথক্তুদা ওফিস অনী অহুম চাউনা ফজনা শারি। ইঞ্জিনিয়ার ওফিস লৈ। অতৈ ওফিস লৈ। লমঙানুগা, সিগলগা, উরোক্কা পাইদনা লোইনা তূমিন তূমিন মশীং য়াম্না ফম ফমদুনা লৈবদু য়েংবনি ঐনা লোম্না নুংঙাইখিবদু। অথাপ্পদা বোটসু থৌরি। অশোম্ ব্রাংমদুনি খ্বাইদগী চাউবা পার্কিং লৈহৌবদু। মীশিংনা থৌওইদনা লৈঙোইদা ফম্বসু য়াওরি। মথক কাথৎলগা লাপ্না ইশং শংবা নাপীদুদা হিপ্নবসু য়াওরি। ওম্ফদুনা শান্নবসু য়াওরি। বিচ মনাক্তা লৈবা ভোলি বোল গ্রাউণ্ড অদুদদি ইন্দিয়ান ঙাক্তা ৫০/৬০ পূম্নপ ভোলি শান্নরি। মায়ৈগে অমদা মশা মশাগী য়ুমদগী শেংলকপা ফূরিৎ খোঙ্গ্রাও, কোট অমত্তা লৌথোক্তনা শান্নরি। বিচ অদু ইন্দিয়া বিচ হায়বা য়াই। ইনি দয়ানশিংনা পার্ক অদুমা ব্রাইবা ওইরমগনি। উচেকশিং অদু পিজ পিথক য়াদে হায়না থেৎলি। প্রকৃতিগা খূৎশেমগা অমত্তা ওইখ্রে হায়বদু কবি ডা: কমলনি। মানা আমেরিকা উরন্নবদিকো খল্লকই।

অসুম থোরকপনা ব্রানরে ওইবগা য়াম্না নুংঙাই। পাৎকী অকোয়বগী মী খূদিং

উবা ফংই। বেল আইলেণ্ডসু তৌহৌই। ব্রান ব্রে লেন অনী অনী লোইনা লৈ। অদুবু ব্রান ব্রেদি অদুম মফমসিগী চৎনবীনি। লেন অনী, অহুম, মরী মঙা লোইনা ব্রান ব্রেনি। ব্রান ব্রে নত্তবা নেসনেল হাইব্রে, স্টেট হায়ব্রে পূম্নমক ওন্ন-তৈননা থৌরিবা গাড়ীশিংগীসু ব্রান ব্রেগুম তোঙানবা লম্বী শেমদুনা থৌজবনি।

মেপল বিচতগী থোরকপদা নেচর সেন্টর এণ্ড ট্রেলসকী উমংদু ফাওদুনা থৌই। শক্তি য়েকপা সাইনবোর্দ অহুম লৈ। মসিগী উমং মতেক অসিনা আমেরিকাদা ঐনা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইজখি। মরমদি উশিং অদু পঙচাও চাউদনা য়াম্না ব্রাংই অদুগা য়াম্না কুণ্ডই। অকুণ্ডবা উরক অদুদা মরক মরক্তা তারিবা অকংবা উশিংদু ফুট ৩না কোনবা, ২ মখায়না কোনবা অদুদগীসু হেনবা য়াবা অদুগা অদুদগী হেন্না পিকপা কয়ানি। চহি ৫/১০/২০ তারবগী খূদম উই। অকংবা শীং থিবগী ব্রাখল হেক্তা খল্লকপা। আশ্রমদা শীং থিরগা উশা ককপদু হেক্তা নীংশিলক্তুনা ইকাইবা,ব্রাবা, নীংঙমদবা, উপায়দি লৈতবা ময়াম নীংশিংলকই। ঐখোয়সি হিংচাবগী মচৎ চৎলে হেক্তা খল্লকই। উশা অমতং ককপা হায়বসি য়ুমদা লৈরিঙৈদা শুকয়া য়াদবনি। মসিগীদমক ঐবু য়ুমগী নুপী অঙাং, ইয়াম্ব-ইন্দোনশিংনা তত্তনা ঙাঙবনি। উশা থাদে-উরুম লাংই অসিনচিংবা ঐবু চৈথিবনি। অদুবু আশ্রমদা উশা হেন্না লুনা তৌগদ্রা হায়রগা উশা কক্লগা উচান ফবা হেল্লি ককউ হায়বা পাউতাক ময়ামদু ইন্দুনা ককপা হৌথিবনি। উশা থাবা, উশা ককপদি মণিপূরদা হৌজিকসু অদুম মনীংতম্না তৌনরি । অদুগা উশা থাবীগে তম্মাই য়েন্নসি হায়বসিসু তত্তনা থোক্লিবনি। ওস্নোকপা লৈবাকনি। মীগী মথোঙ মথূৎ কক্থৎপীবগুম্বনি হায়বসি মফমসিদা লাক্লগা ভাব তারকই। মরক্তা উমংগী মনুংদা অমুকসু চঙনীংলকই। বাদি হায়দে। অঙাংশিংগা নুপীগদি য়াররোইদবা। মীনা য়ারোইদবা ব্রাসিদি থেম্বা চুমদে খল্লি। অদুনা অমত্তা হায়দনা অদুম হল্লকই। Exit ১৫২দা থোরক্লগা হাম্নগী Exit ১৫৩ তানা মথং মথং য়ুমলোমদা পৃং ৬.৩০ তাবদা হল্লক্তুনা পৃং ৭.০০ তা য়ুমদা য়ৌই।

নীংশিংলকই, মণিপুরগী পাত্তি চহি ৫০ মুকসিদা পাৎ ৪০০ খর হেন্না মুৎখ্রে হায়। মসিদি চহি ১০ মুক্কী মমাঙগী ব্রানি। চহি তরামুকসিদা অমুকসু পাৎ কয়ামুকসু মুৎলম্নগনি। ঐখোয়না উবদা, লৌশি, পূমলেন, ব্রাইথৌ, খরুংপাৎ লোইনা পাৎ ওইবা তোক্রে। লোক্তাকপাৎমকসু ঈথেন থেনগৎলে। মসিগী মরমদি লনাই মীওইশিংনা আমেরিকাদা তৌরিবা অসুমনা শেম্নদুনা ঙাক্তুনা থমদবদগীনি। কোমফূনবা, ঈশিং চিথোকপা লৈঙোই হাজিনবা মখল মখা কয়া তৌদুনা পাৎ মাঙহনবগী থবক কম্না চৎথৈ। মসিনা ঐখোয়গী ইরৈবাক লৈকংলা ওইরকখিনি হায়বসি লোইনা কাউই। লৈকংলা ওইরক্লবদা শা, উচেক লৈররোই, শা উচেক লৈত্রবদি মী লৈরোই হায়বসি মণিপুরদদি কনাসু খঙনদে। ফোরেষ্ট ডিপার্টমেন্টকী মীশিংদুবু খঙলমগদ্রনে ? মতাংসিদা

ঐনা লানশিংদা কোইরুবদা থেংনরকপা হান্নদগীসু থেংনরবা অদুমক্তগা লানশিংদা হেন্না কন্না ফাওরকপা ব্রাফমদু থম্লীংই।

ইউ.এস.এ.দা উচেকশিংগী মনুংদা ঙানু, কাঙঙা, লমঙানু মথল ময়াম, সিগলশিং অসি পার্ক খূদিংদা নাপী চাদুনা লৈ। মথোয় সহরগী মীয়ামসিগা লৈমিন্নবদা মবুক হরাওই। মী কিদে। ঐথোয়গী মৌদুনা তত্তনা হায় - "বাবা মথোয়সে মরুমসি য়াম্মন, য়াম্মন্না কোক্তুনা লৈফম চন্দদুনা সরকারনা মরুম কোকপা মতমদা মশীং থির থিরগা কোলহল্লি। মথোয়না পামদবা অহেনবা য়েরুমশিংনা সোপিং সেন্টরদা য়োল্লি। মচা ওল্লবদি হাংপা য়াদে।" উচেক যাম্মন্দুনা মরুম কোলহন্দবা, হরে হরে ইরৈবাক্তুদনা করম তৌবা!



নিনো সালভাগীও সোপিং কমপ্লেক্সতা পোৎচৈ লৈবা (ফোটো : ড: ললিতকুমার)

ফ্রাঙ্কলিন ভিলেজ কোয়রুবদা

তাং ২৩/৮/২০০৪ ইং

***Frankline Village*** দা কোয়বা চৎলি। ***Seagull*** ময়াম উরকই। ঐথোয় ঙাইহাক লমহাং তুহাং চৎলুরবা তুংদা ***Nino Salvaggio Shopping Complex*** তা চঙদুনা মার্কেটিং তৌই। পোৎচৈ য়োনবগী মওং অসি মফম খূদিং

অঙকপা ফাওই। য়োন্দবা ফংদবা লৈতে। অপিকপা য়াওদে। তিলহৌ মরুদু অমমমনা কিলো মথায়দি লোইনা তাগনি; নুপীনদি ঐনা পায়খৎপা খরা চাউবদু কিলো অমা ফাগনি হায়। কোম্প্রেক্ত গী হৌদুনা থৰ্মৌ, থরো, লফূ থরো খঙদে ঐখোয়না খঙদবা আলু মানবা, হৈরুবোব্ মানবা, খামেন মানবা, হৈথা মানবা পোৎ খূদিং অমানবা অমা অনী অদুম উই। নুংশিৎ হিদাক য়োল্লিবদু মনাসু, মপোপসু ঐখোয়গীসিদগী য়াম্না হেন্না পাকই চাউই । অদুম্না মরোই নাকুপ্পী, নাপাকপীসু মখোয়গীনা মহেল্লি। শেবোৎ ফজে, শেবোৎ মানবী মতুম, মশাং পঙয়োন্দা য়োল্লি।

পোৎ য়োনবা মতমদা তমজনিঙাই য়াম্না লৈ। অহানবমক্তদা ঐখোয়না অপাম্বতা খনবা য়াবা অদুগা খল্লিবা পোৎ অদুগী ফজদবা শরুক অদু য়োল্লিবা মীশিংদুদা হায়রু তাকউদনা খন্দোক খঞ্জিন, মনথোক মনশিন য়াবসিনি। খূদম ওইনা কোবী লৈবা মতমদা মপানগী মনাদু পামদে হায়রবদি ঐনা হেক পাম্বা অদু ফাওবা খোক্তোক্তুনা ঐনা পাম্বা অনৌবা অদুখক্ত লৌবা য়াই। খোক্তোক্তুনা হন্দোক্লম্বা মনাশিং অদু মফম অদুদা হায়বদি কোবী য়োল্লিবা মফমদুদা অদুম থম্লম্বা য়াই। মদুদা ব্রা মচেৎ অমত্তা হায়নবগী বাফম লৈতে।

অনীশুবা অঙকপা অমদি চেং, হবাই, মরূ-মরাং, মরোই মপাং ঙা-চাক, হেক য়োল্লিবা পূম্নমক অমুক হন্না মন্নবা য়াওদে। মতেক মবাং যাওদে। তিঞ্জং কায়জংবা সাওদে। উফুল বাইফুল য়াওদে । নুংকুপ রাইকুপ য়াওদে । হেক যেংবদা ঈরু লূই। পোৎ পূম্বা অকংবা ওইরবদি প্লাস্তিক্রা য়োম্মী। চেংসু সেরগী চাংদা প্লাস্তিক্রা য়োম্মী। পৃথিবীগী মফম পুম্বগা চেং হব্রাই মনা মশীং লোইনা অদুম্না লূনা য়োমদুনা য়োল্লি।

অংমশুবা অঙকপদি মথক্তসু পনখ্রে পোৎ খূদিং কা হেন্না চাউবসিনি। হৈথা চাউমন্দুনা হৈথা মান্দবা মখল য়াম্না য়োল্লি। মোরোক য়াম্না চাউই। তরবুজদু অকিবা ফংনা চাউই ,পোৎ খূদিংমক চাউই । হব্রাই মখল অমা চমফুৎ চাবদা য়াম্না হাওই । বিন কাবা হায়না কৌই । পিকতক শাংতক তৌই । মওংদি চাকহব্রাইদা শাংদোকপা মাল্লি । নীংথিনা হাওই । ঐখোয়না চারিবসি ঐনে, মমানে, ললিতনে, মৌগা মচানুপা অমা নুপী অমগা মী তরুক্লি । অঙাং অনীসু চহি ১১/৬ শুরে । ঐখোয় তরুক্কী হাপ্তা অমগী পোৎ চৈ লৈখিসি হায়না লৈরকপদা পোৎ মখল ১৭, কোবী,জুকিনি, কোবি থমচেৎ মানবী, কোম্রা মহি কৌতা, থম্বৌ মতুম অনী, হব্রাই থরাক, হংগাম মুলা, লফোই, নুংশিৎ হিদাক,শিলাম্রো, হব্রাই মঙ্গলনচিংবা, ডোলার ৩২.০২ সেন্ত তাই। মখোয়গীদি পৈশা চৎপীগু হল্লি । পৈশা ১/২/৩/৪ লোয়না চৎলি । ঐখোয়গী পৈশাদা পানবীরুগনু। মী অমনা নোংমদা ডোলার ১০/২০/৩০/৪০ তানবা অদুম ঙম্মী। ঐখোয় ৬ কী হাপ্তা অমগী মনামশীং লৈবদা ডোলার ৩২.০২ চঙবসিনদি হোঙই হায়বা তাবনি। ঐখোয়গী মী অমনা লৌ কূম্বদা নুপীনা ৪০ নুপানা ৮০ পীরি। অদুগা ঙা-চাক্

য়েনশাং নাপী লৈবদা নোংমদগী হেন্না কোন্নদে। অমরোমদা মফমসিদদি নুপা নুপীগী মমলসু খেন্নদে। খূৎশুমল মান্নে। হোটেল পোৎ শাবা, থোংবা, পোৎ তম্বা, দুকান্দা পোৎ লোইশিনবা, পোৎ য়োনবা, পোৎকী মমল পীদুনা লৌশিনবা লোইনা নুপা নুপী চপ মান্নানা খূৎশুমন ফংই। মান্নবা হায়বদু অসি ওইগনি খল্লি।

থোইদোকপা অমনা চঙউ চঙউবা মফম পূম্নমক্তা নহা চহি ১৭/১৮; ২০/২১; ৩০/৪০;৫০/৬০;৬০/৭০;৭০/৮০ লোইনা থবক তৌই। নহা অহল খায়দে। চহি ৭০ শুবী অমগা চহি ২০ শুরবী অমগা চপ মান্ননা মখ্বাং কোম্ব্রদুনা লোংপেন্ত শেক্তুনা লেপ্পগা থবক শুবা পিক থন্না উই। মখোয়গী থবক অয়াম্বা ফন্নগা শুবা উরক্তে। বেঙ্ক, দুকান, কারখানা, লাইব্রেরিদা থবক তৌবশিং লোইনা লেপ্পগা থবক শুই। অসিদগী হেন্না নুংঙাইরিবা, ঙক্লিবা অমনা নুপাগা নুপীগা, অমুবগা অঙৌবগা, অমুবা নুপীগা অঙৌবা নুপাগা, নুপা নুপী পূন্নয়ান য়ান্ননা থবক শুই। নুপা নুপীগী ঈরাংগী মিৎ জেরোনি। অমত্তা উরক্তে। শুকউ উরক্তে। মপানগী সমাজগী মচত্তি লাইগী লৈবাক্লি। নুপীগী সেক্যুরিটি দরকার লৈতে। মনীং তম্মী। গাড়ী অচৌবশিং অদুসু অয়াম্বনা নুপীশিংনা থৌই। লাপ্প লাপ্প কল্লিদা থৌবদুসু নুপীনা য়াম্না থৌহৌই। নুপীসি অচৌবা সমাজগী ইকোনোমিগী শক্তি ওইহৌই।

• • • • • • • • • • • • • • •

## ওচার্দ লেক

তাং ৩০/১০/২০০৪ ইং

অয়ুক পুং ১০ তাবা মতমদা ওচার্দ লেক য়েংবা চৎলি। পাৎ অসি মমাঙদা অমা/অমা য়েংবা চৎপগী প্রোগ্রামদা নক্লা অনীরক চৎখ্রবনি। অদুবু ঈশিং মতৎ অমতং লাপ্না উবা নত্তনা উখিদ্রি। ঙসিদি অসুম চংশিন্দুনা পাৎ মপান্দা গাড়ীদু থৌরম্মী। ফূট কুন/কুন্ন/নিফূ, য়াঙ্খে অমসুং চামা লাপ্না থৌবনা অয়াম্বনি। আমেরিকাগী পাৎকী হৌনবীদি কঙু, নাপী, ফূমদি হৌদে। ঈশিং অরূবা অশংবা ঈপাক্লি।

ঙসিগী খোংচৎ অসিনা নাহনমখৈদগী য়াম্না হেন্না পূক্নীংসি নৌই। মরমদি তাং ১১/১০/২০০৪ ইংদগী নোং মংদুনা অতিয়াসি লৈচিন্না কুপ্পুনা লৈরক্লি। হয়েং হাঙবা য়াই; হাঙদে। হয়েংদি হাঙবা য়াই; হাঙদে। ইউ. এস. নুংঙাইবা লৈবাক্লি; অব্রাবা লৈবাক্লি। অকনবা নোংলৈ নুংশিংনা হুমদোক্কুনা, নোংনা য়ুম কৈ থুদেকপগী পাউ, মীয়াম চেলহৌরো নোংলৈ হয়েং লাক্কনি হায়বসিগী পাউ খ্বাইদগী থব্রায় বানা চেকশিন্না য়েংবা টি.ভি. প্রোগ্রাম্নি। ঙরাংদু কলম্বসতা য়ুম লিশিং কুম্মু থূগ্রে, মী মঙা শিরে মী কুম্মু থীনা

শোক্রে হায়না লাউবা হেক লোইবদনি ঐখোয়না থোরকপদু। মপান্দা নীংথিনা ঈংই। ঐখোয়গী নবেম্বরগুম্বনি। নিউ য়োর্কতগী হল্লকপদুসু ঐখোয়দি কয়া লাইবক ফে। ঐখোয়না হল্লকপা নুমিৎকী অহিংদগী নোংলৈ লাক্লুনা মথং নুমিত্তুদি নিউ য়োর্ক সহর ঈশিংনা থুম্মী, য়ুম হুমদোকই হায়দুনা টি.ভি. দা উৎলকই। নোংমগী ষ্টেট অমগী চীংগী লৈবাক কিস্থবা, সরক্কী লৌনম্বান থুগায়দুনা ঈশিংনা সহরদা হাজিল্লকপা, দাম পাথবা, দাম কায়বা,অসিগী পাউসিনা আমেরিকাগী, ঐখোয়গীরোমদা মী শিরে, মী ফাগ্রে, মী হাত্তোক্লগ্রে হায়বা য়াউদ্রগদি খবর, টি.ভি. পাউ মান্দবগুম মফমসিদা তৌই। অয়ুক্তা য়ুমথোং খূদিং অঈং অশা নোং নুংশিৎকী ফিভম য়েংবসিনা মরমনি। করম্বা লন্বিদা নোংশীং ফত্তুনা অপনবা ওইগদগে য়েংবসি তৌদবা য়াদবা অমনি।

মতৌ অসুম্না ঐমকসু চিকাগো চৎননবা ব্রাখল লৈবনা নোংমগী নোং নুংশিৎকী ফিভম য়েংই। মসিগী মথক্তা হেক নুংশা থোকপদা মনীংদা হৌবা ফূট ১৪/১৫ রাংবা নাকেন্থাগী মনানা হাযনিংঙাই লৈতনা ঙাঙ্কশং ঙাংনা ফজবা উনাশিংদু নুংশা শারগা ফোটো নমগে ঙাইবিবনি। তাঞ্জা ফংদ্রে। নোং থিৎলি থিৎলি তাখিবগী নুমিৎ মঙাল যাওদ্রবা মমলি মমলিবদা ঐনা মিনিট তরামঙা,কুন উপান তাদুমক্তা হঞ্জিন হঞ্জিন নমখ্রে।



য়ুমগী মনীংদা ফুট ৮/৯ লাপ্ন হৌবা উপান্বীসি নাকেন্থা লাকপগী খূদম লাক্রে (ফোটো:ডা:ললিতকুমার)

নাকেন্থাগী য়ুমগী মনীংদা হায়রিবা পাম্বী অসিমা থা-নোংচুপ্তা অম্রাংবা অচৌবা পাম্বী অনী হৌই। অনীগী মনাসিদা ঙাওদুনা অদুম লৈবনি। নিনি হুম্নিদু চৎথোক্লুবা ময়ামদু চেক তৌদুনা নোট মপূং ফাহন্দুনা লৈ। ঙসিদি ওচার্দ লেক য়েংউসি হায়না

ললিতনা হায়রকপদা লাইব্রিক ইনীং ইনীংনা য়েক্তে। খূদক্তা ফি হোংদুনা থৌরাং তৌই। ইঙাও ঙাওনা অদুম তুং ইল্লি। নাহনমখৈ চথোকপগা মান্নদে। মোজাফুরিং লোনশিল্লি। কোট লিংশিল্লি। ফেনাৎ তোক্তুনা খোঙউপ উপশিল্লি। অদুম খোঙশাল্লি। কলম ডাইরি পায়দে। য়াওদি য়াওই। লৌথোক্তে। খল্লি আমেরিকাগী পাৎ ফনা য়াম্মা য়েংলে, হৌজিক ইনিঙাই লৈত্রে। পাৎ পূম্নমক খঙলবগুম্বনি। অসুম্মা খল্লি। অদুদগীদি থরা অসুম থৌরকপদা অঙকপা ওইরে। নাইগারা ফোলস য়েংবা মতমদা পায়রকপা ইনফোরমেসন চেশিং অদুদা নাকেন্থাসিদি সেপ্তেম্বর তাং ২৫/২৬/২৭/২৮/২৯/৩০ হায়না ইখিবদু নীংশিংলকই। কেন্সিংতন পার্ক য়েংবা চৎপা নুমিত্তা ললিতনা নাকেন্থ থেংনগনি হায়। অদুদগী সেপ্তেম্বর ২৭/৯/২০০৪ ইংদা নিউয়োর্কতগী ডেত্রোইট তানা কিলোমিটর লীশিং হেন্না থৌরকপা নুমিত্তুদসু হায়, “কুমসিদি নোংসি তোয়মম্মা থেঙনা তাবনা নাকেন্থাসি খাঙদুনা লৈরে”। হায়না হায়না পেনসিলভানিয়া থৌজিল্লকপদা চীং মথক্তা উ পাম্বী অমা লাপ্লা উবদগী ললিতনা, “বাজি আদগী উসি য়েংউ”হায়রকই। লাপ্লা উরে। অশংবা জঙ্গল, মপান নাইদনা শন্দোকখিবা অশুকপা জঙ্গল, য়েৎ ওই, মাঙ তুং মাইল কয়া কয়াগী জঙ্গল মখল মখাগী উশিং, থোইদোক্লা পঙচাউ চাউদনা ব্রাংবা ওক পাম্বিগী ঙমখৈ নাইদবা থমোই হুবা জঙ্গল মরক্তুদা কেনা নৌনা নাপন তৌনা হৌরি মনা পূম্বা ঙাঙশং ঙাঙনা। মিংসি পাম্বিদুদগী লৈথোকপা ঙম্রমদে। ইঙক ঙকই। উগী মনানবু অসুম্মা শুদ্ধৎপা, অসুক ফজবা, অসুক ঙাওহল্লিবা ! ঙক্কী অয়াম্বা এঙ্গল পূম্নমক চীংথোঙদা হৌরিবা উপাম্বীদুদা লৈখিবস্মী। মতম অদুমক্তা পূক্লীং অমুক হেন্না ঙাওহল্লিবদি তারমদাইগী নুমিৎকী মশেক্লা য়ৈবা, ঙাংঙ্গানবা, শংবানবা, মেমান্নবা মঙ্গা মচুনি হায়নীংবা, অশংবনিসু হায়নীংবা, অঙৌবনি অঙাংবনিসু হায়নীংবা নোংচুপ থংবা চীংদা অথাপ্পা হোরাইজন্দা, অতিয়া মকোইদা পাক্লা শন্না শন্দোকখিবা লৈচিনগী লৌনমশিং অদুনি।

নোং হাংদ্রে ইশাসি ফুম্বংনৈ। ঐনসু ললিত্তা অয়ুক্তু টি.ভি. মখোঙদা ডেত্রোইট নোং লৈরি ঙসিদগী ইরায নুমিৎ ফাওবা পাথোরকপদি লায়রদুনা অসুম অসুম হেন্না কুংশিল্লকই। মওং তাদ্রেদা। ঐদি নোং মংবসি হকচাংসু ইতন তনগল্লি। নিংথমথাদা হকচাং নুংঙাইতে। কালেন্দা হকচাং নুংঙাই; পোকঙৈদগী ঈশিং অঈংবনা ঈরুজবা ঙমদে হায়না ব্রারী শান্নরম্বনি। অদুদগী ইখঙ খঙহৌদনা প্রোগ্রাম শেম্রক্তুনা থোরকপদদি ওর্চাদ লেক্কী ফজবদুদি ময়েং তারমদে। হৌরিবা মখল মথা অয়াম্বা মশীং থিবা ঙমদ্রবা উমংগী উপালশিং অদুগী শরুক অনীগী অমা নাকেন্থ ওইদুনা লৈরম্বদুনা ঐবু ঙাওহনখিবদুনি। কলম ডাইরি পায়থক্তে। থমোইগী লাইরিক্তদি কন্না ইশিনবা হৌখ্রে।

ওর্চাদ লেক নীংথিনা ফজে। ময়ায়দা এপল আইলেণ্ড লৈ। আইলেণ্ডদুগী উগী

*মরক্তা য়ুম ময়াম শারিবশিংদু ব্রুমফিল্ডগী মনুংদা অথোইবা কাঙবু ওইগনি । অথোইবা য়ুমগী* মওং ওইগনি । মখল চামগী মথক্তা লৈ । কৈথেন্দা মোদেল বুক লেম্না ফংই । মদুগী মরক্তগী য়ুম শাবা কম্পনিশিংনা (অয়াম্বনা প্রাইভেৎ) পূম্না শাবনি । য়ুমশিংদু মমল খর য়াম্বা ওইগনি, ওস্লোক্রা লূ-নাল্লি । মচু মচুগী উনাশিংনা খজিক খজিক ঙাঙবা, খজিক মঙ্গ্রামচু চঙবা, পূমঙাঙ ঙাঙবা হায়ফম খঙদে, মদুগী বিদ্যা হৈনীংলকই । য়েংবগী পেনবা নাইদে । ইউ.এস.নাকেন্থা য়েংবা চৎনৈ হায়বদু চুমগনি খল্লকই । নুমিৎ তরানিমুক্কী মতুংদদি খঙলগনি । ঐদি তাং ২০/১০ /২০০৪ ইংদা ইউ.এস. থাদোক্লগনি, উররোই খল্লকপদা নুংঙাইরক্তে । নোংনা নাকেন্থা খামদুনা লৈহৌরে ।

ওর্চাদ লেক নীংথিনা ফজে । ময়ায়দা লৈরিবা এপল আইলেণ্ড লূই নাল্লি । পাৎকী অকোয়বা থুংনা চৎলকই । মায়গৈ মরীমক থুংনা কোয়না চত্তুনা য়েংলকই । নাপী অমদি উ থারগা মহৌশাগী ফজবগা জঙ্গলগা পূন্না ফজমিন্নবসি উবদা ঙকই । লূ-নানবা য়ুমশিংদু নুংঙাই য়াইফ মী ঙাক্তগী ওইনা উই । আমেরিকাগী য়ুম্বান অসিদি লাইরবগীদি খরদি ব্রাগনি । য়ুম হেক হায়বদা থাক অমা লৈপ্রে । এপল আইলেণ্ড চঙননবা গাড়ীগী লম্বী লৈতে । শুপ্লতগী ইঞ্জিন পানবা বোতশিংনা মায়গৈ মরিদগী চঙই । ঈথৎ অসি থায়নগী অমুবশিংগী ইতিহাসকী, সংস্কৃতিগী মরী লৈনবা ঈথৎনি । মতম তেনবনা চঙবা ঙম্লক্তে । পাৎ অসি নিংথমথাদসু ব্রিন্টর ফিশিং অমসুং ব্রিন্টর স্কেটসকিদমক মমিং চৎলি । পাৎ অসিগী মথক্তা থা মরিরোমদি অরূম্বা ত্রক গাড়ী ময়ায়দা কোইথৌ থৌদুনা, উনগী য়ুম শাদুনা মীয়ামগী শান্নবুং, হোলিদে রিসোর্ট ওইনৈ ।

অসুম থোরকপদুদা লম্বীদা নুংঙাইবা সিন অমা উই। নুপা মঙা তরুক্লা ত্রক্তা নাপী পুরক্তুনা নৈ না শেমগৎপা শোরোক মপানশিংদা খুদুপ অমমমগী স্কোয়ার ওইবা মনানা ইনচি অমমখায় অনী শাংবা, মরা মরূনা ইনচি অমমখায় অনী শাংবা নাপীশিং অদু পুরক্তুনা ইঞ্জিন্না নীংথিনা শেমদোক্লবা লম্বী মপান্দা শৎ শৎ থাদদুনা গলিচা থাবগুম থারম্মী । আমেরিকাগী নাপীনা পাক্লা পাক্লা উ মখোঙ মখোঙ য়ৌনা য়ৌনা পাক্র পাক্রবা পার্কশিংদা চপ মান্নবা ইশং শংনা হৌরিবসি করম্না তৌরিবনো খন্দুনতা লাকখিবনি । ভাব খঙতা তারকই । নাপী লল্লোলবা কাঙবুনি হায় থবক শুরিবশিংদু । মখোয়না শেম্লগা মতম চানা চানা পূরক্তুনা মপাক মপাক থাবনি হায় । নাপী কারবার তৌবশিংসি পৃথিবীগী মনুংদা শীংথাবা য়াবা পৈশা তাল্লমগনি হায়বসি খল্লকই । হৌজিক্তুনা ওর্চাদ লেক্কী মখা থংবা মায়গৈদা মিৎনা য়েংবদা ঙমখৈ উদবমখৈ পাক্লা উগী মরক্তা নীংথিবা নাপী ময়াম অচৌবা ইঞ্জিন পানবা গ্রাস মোব্বর মরি, খুৎনা ইনবা মচা অহুম্না লেপ্তুনা নাপী কক্তুনা শেমহৌবদু তূমিন্না মশীং থিরকপনি । ইঞ্জিন অমগা অমগা ফুৎ ২০০/ ৩০০ লাপ্লনা শুহৌই । নাপীবু অসুম্না অতোপ্পা পাম্বী মচা অমা ফাওবা য়ানশিন্দনা মফম খুদিং সিটি, টাউন, ভিলেজ, কন্ট্রি পূম্নমক্তা হৌরিবসি করম্না হাবেংদুনা মল্লিবনো

খল্লম্বনি। নীংথিনা শেম্বা কাঙবু লৈরম্মী । অঙকপনি নাপীগী লৈবাক আমেরিকা ।

অদুদগী থোরক্লগা ইংলিশ গার্দেন্স ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড হায়বদুদা চঙই । মদুনা হেন্না অমুক ঙকখ্রে । লৈগী জাৎ,হৈগী জাৎ, মনামশিং য়েনশাং নাপী মখল মথেল কয়াগী চারা,মক্ন মতোন চোংবা, মপান শাৎপা অশাৎপা লৈ মপূন মপূন,পবেং পরেং চবুন চবুন হৌরিবশিংদু উবদা ঙক্তনিঙাই লৈতে । মসিগী মমাঙদা লৈসু য়োনবা দুকান মঙা তরুক শুরল্লগনি য়েংশিন্নবসি । মখোয়শিংদু ঙকই খল্লুবনি । অদুবু ইংলিস গার্দেন্স উরুবদদি হান্নগীশিংদু মচা মশু ওইবগ্রে । তশেংবা মীওইবগী নুংঙাইবা হায়বসি উ-ব্রা, নাপী, লৈশু শেমগৎপদা লৈবে হায়বসি তশেংনা উরকই ।

ঐখোয়গীসু খ্বাইবম্বন্দা লম্বী মপান্দা হনুবী অমনা মনা মশীং খর, হৈ লৈ খব যোল্লম্বদগী লৈদূনা থানৈ । মদুদগী হায়নৈ বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা হৈ লৈ য়োল্লম্বী মচু মুবী নুপীদু ইনাক খুন্দোকখ্রে। উনা উনা ব্রাবী ওইদুনা তোকই । অদুদগী মমৈদা থাঙ্গাল বাজাবদা উখুলগী হনুবী, মৌ, লৈশাবী খবনা মফম হোং হোংদুনা উবৈ থিকবগা পুবক্লুনা যোনবা ঐখোয় থেংনবে । লৈনৈ । ফনা তাঙনা যোম্লি । আমেবিকামুক তাঙদ্রগসু , উখুল নুপীশিংগী লৈদুসু ফনা তাঙই । অদুদগী অতৈ অতৈ মাযগৈগীসু উবৈ থিকদুনা পুবক্লগা য়োম্নে । মতাং অসিদা ঐখোয়না পূক্লীং চিংশিন্দবসি চুমদে । মণিপবগা অমত্তা ঙাইবা সহবসিদা মবাঙ কাযনা অচৌবা দুকান অমা শাবিদনা উবৈশিং, যুমদা শাৎপা লৈশি, লোইনা গন্নাদা, সিদ নেদতা শেমদুনা লল্লোলবা, মাশি না হিংনবগা লম্বী ওইরগনি । চহি খুদিং লৈগী মেলা তৌবদ লৈ যোম্লি, পাম্বি যোম্লি, মক যোম্লি । মদব [illegible] চম্প্রা খোঙ্জেলবগা খদোংচাবা থগাবোইদবগী মনম কনিনো [illegible] খম্লকই । স [illegible] উদ্রগাদ ঐখোয়না [illegible] পা বীলবা, উনা [illegible] হানলদা, বক্কন । [illegible] মতম খলগাদি ঐখোয় [illegible] থাধগইলদুনা । লেগা, উগা, [illegible] হিদাক [illegible] দুকান অমা [illegible] কায়গনি । [illegible] অদুগা [illegible] থাজনা [illegible] অনা [illegible] কায়গনি । [illegible] থবক [illegible] । [illegible] নম নুংশিনা, মশাক মওংনা শুমৎপা লৈগী, হৈগী, [illegible] লৈবাক্কি খ্বাইনা খঙনবনি ।

● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ●

## এজুকেসন পার্ট ব্রান

তাং ২২/৮/২০০৪ ইং

অয়ুক পূং ১১ তাবা মতমদা **Barnes & Noble book stall** হায়না কৌবা **6800 Orchard lake road west bloomfield, MI**

48322 দা চৎলি। লাইব্রিক য়াম্না লৈ । লৈনীংবসু য়াম্না লৈ । অদুবু হৌজিকমক্তী ওইনা ঐনা পাবা ঙমগদবা লৈগে খন্দুনা The letter book of the civil war, Harry Ades; Meaning of Independence-Edman S. Moryan; No man is an island - Thomas Merton; Yoga handbook A guide - Summukhi finney. হায়বা লাইব্রিক মরি অসি লৈরগা হল্লকই । হেক হল্লকপগা য়োগগী লাইব্রিক অদু হায়া য়েংই । Summukhi finney অসি স্বামী সচ্চিদানন্দগী শিষ্য ওইরম্মী, অদুগা স্বামী সচ্চিদানন্দনা সদগুরু স্বামী শিবানন্দগী শিষ্য ওইরম্মী । নোংচুপলোমগী য়েংদুনা ইবনা মরম ওইদুনা মতাং মতাংগী অধ্যাত্মীক্তী লোইনবা মন্ত্রনচিংবা অমত্তা য়াওরমদে । সাত্বিক ওইবা মওংদা লাইব্রিক্তী গেৎঅপ শাগৎলমদে ; তৌবগীদি করিসু কায়দে অদুবু নোংপোক্তী পোৎকী গেৎঅপ অদুমক্তী নত্তে । নোংচুপ্তা য়াম্না ফৈ । ঐখোয়রোমগীদি শোল্লি ।

লাইব্রিক য়োনফম অদুদা U.S.Education গী মরমদা ইবা লাইব্রিক্তী দুকান অমা য়াওরম্মী, লাইব্রিক য়াম্মী অচৌবা Statistics ইবা অমা পায়খৎলগা য়েংবা হৌই । Undergraduate কী মপাদা পারুই । কেতাগোরী নিপাল থোক্লা কলেজশিং অসিগী অফ-ফত্তগী মরমদা মথং মনাও নাইনা ইরম্মী । কেতাগোরীশিং অদুদি :-

1)Academic Admission.
2) Quality of life.
3) Politics.
4) Demographics.
5) Social Life.
6) Extracurricular.
7) Parties.
8) Schools by type.

হায়রিবা মখল নিপাল অসিগী অপুনবা ওইনা য়েংশিল্লগা কনা করি করম্বা কলেজনা হেন্না ফরিবগে হায়বদু তরু তরুনা উৎলি ।

A. The best 357 Colleges :

( Undergraduate group 2005 edition ) হায়বা অদুগী মতুংইন্না

খ্বায়দগী ফবা -

1. Michigan University
2. Marlboro College.
3. Read College.
4. St. John's College.
5. Swarthmore College. (মঙা ফাওবদা লৌরকই ।)

**B. The toughest to get into -**

মিং চনবা ফংনবা হন্নবা-

1. Massachussets Institute of Technology ( M.I.T. )
2. Princeton University.
3. California Institute of Technology.
4. Yale University.
5. Harvard University. (মঙা ফাওবদা লৌরকই ।)

**C. Best College for B.Sc. studies :**

| | Academic Rating |
|---|---|
| 1. Bryn Mawr College - | 98 |
| 2. Mount Holy Yoke College | 98 |
| 3. Hamsphire College. | 97 |
| 4. Agnes Scott College | 96 |
| 5. Standford University | 96 |
| 6. Aldertson College | 93 (কলেজ তরুক্তং লৌরকই) |

অসুম্না ঐনা লৌরকখিবগী মরমদি ঐখোয়না ইউ.এস. তা চত্তুনা ময়াম অমা লাইরিক তম্মুগনি হায়বগী ব্রাখন্দা ঙাক নত্তে । খল্লুরিবদি লমায় লীশীং কয়া পান্দুনা চাওরবা লৈবাক অসিদা লৈবা কলেজ ( কলেজ ক্লাস লৈরগদি ইউনিভরসিতিসু য়াওনা ) চহি খুদিংগী দাতা খোমজিন্দুনা উৎলিবা শিক্ষাবু কুপ্না য়েংশিনবা মওং অসিনি । য়েংবসু কেতাগোরী নিপাল অদুগী মমল থাক লোইনা খঙলগা উংকদৌরিবনি । ঙকই চাওখৎসনু ইউ.এস. অসুম্না খল্লকই । চেফোঙ লাইরিক্তু ২০০৫ শুবনি । ঙকখি ।

ঐখোয়গী মণিপুরদা চহি খুদিং মসিগী মওংদা স্কুল, কলেজশিং ঙম্না ঙম্না মখল

কয়া থোক্লা য়েংশিল্লগা পুথোক্তুনা থবক তৌনীংবগী, অমগা অমগা তাল্লদুনা অথোই অহেন পাল্লগী ব্রাখল অদু লাক্তুনা লৈবাক চাওথংহল্লীংবগী ব্রাফম পূল্লীংদা কন্না ফাওরকই। মতমদি থেংথগ্রে, ঐখোয় ইচা নীও কন্ননবা খঙ্গবা হৌরসি হায়না মীয়ামদা হৌদোক্লীংলকই।

• • • • • • • • • • • • •

## এজুকেসন পার্ট - টু

ইউ.এস. তা শিক্ষাগী মওং কয়া কয়া লাকখ্রে। অমুবা জাতিবু লাইরিক তমহনগনি তমহল্লোই হায়বা মতাং, অমুবশিং লাইরিক তত্রবসু মখোয়গী স্কুল তেঙ্গানগদবনি হায়বা মতাং। মথংদা অমুবশিং অঙৌবশিংগা পূন্না লাইরিক তম্বা য়াগনি হায়বা মতাং। অদুদগী শিক্ষাবু মহৌশাগী ওইবা ভারতকী, ইংলিসকী নত্রগা ফ্রেন্সকী সিস্তেমদা তৌগদ্রা মেতেরিয়েলিজমদা য়েংদুনা তৌগদ্রা হায়বগী মতাং মথং মথং কয়া লৈখ্রে। মমৈথংদা প্রেগমেতিজমদা হেন্না যুম্ফম ওইবা মওংদা চঙশিল্লকখিবগী মতাং লৈখ্রে। পূন্নমক অসি থোইদোক্লা শাংলবা যুগ যুগকী অচৌবা ইতিহাস ঙাক্তনি। জাতি অসিনা পৃথিবীগী মকোক থোংবা লৈবাক অমা ওসি ওইরিবসিগী যুম্ফমদি মখোয়গী শিক্ষাগী চাংয়েংশিং অসিদগীনি। মমৈথংদা পূনশিল্লগা মরী লৈনবা মওংদা শিক্ষা পীখিবদগীনি।

হৌজিক ওইরিবা য়াম্না মতিক্লাবা স্কুলগী পথাপ অসিদি য়াম্না নৌনা শেমগৎখিবনি। মতাং অসিদা মখাগী ব্রাফম থর অসি পনবা য়াই - **Parents who send their children to school with instructions to respect and obey their teachers may be surprised to discover how often their children are sent back home conditioned to disobey and disrespect their parents.**

মমা মপাশিংনা মচাশিংবু মখোয় মখোয়গী স্কুলগী ওজাশিংবু ইকাই খুম্নবা অমদি হায়বা ইন্নুনবা পাউমেন্দুনা থাখ্রগা মখোয়না নীংথিনা হেক্তা হৈনবী ওইনা স্কুল তম্বা লোইরগা মমা মপা উশিং থওইদবা অমদি হায়বা ইন্দবা ফিভমদা হল্লকপশিং উরুবদা য়াম্নমক ঙক্লিঙাই ওইরম্মী। **(Preface third para of Indise American Education. Thomas Sowell.)**

**First published in 1970 ( first line).**

অসুম্না ইং ১৯৭০ গী মতমদা আমেরিকাগী অঙাংশিংগী মোরেলিটিগী থাক য়াম্না

হন্থরম্মী । পব্লিক অমসুং প্রাইভেৎ স্কুলগীশিং তম্বীবশিংগী থাক্তা অন্তাংশিংবু নীংথিনা লমচৎ য়াম্না হেন্না ব্লাংবা নাগরিক ওইহনবা ঙমদবগী নুংনাংবা লৈরম্মী । মখোয়না মখা তানা অসুম্না হৈরম্মী **In short , too many American Schools are turning out students who are not only intellectually incompetent but also morally confused, emotionally elienated and socially malajusted.( ibid Para third last sentence )**

" শয়া হায়রগা আমেরিকান স্কুলশিং অসিনা পুথোরক্লিবা ছাত্রশিং অসি মখোয়গী বুদ্ধি জ্ঞান্দা মতিক চাদবত্তা নত্তনা লমচৎ শাজৎতসু চময়রে অদুগা থমোইসু নাইতোম তারে অমসুং সমাজগসু চূসিন্নবা অমত্তা হৈত্রে । " অসুম্না নীংবা কয়বগী থাক্তা লাক্রম্মী । অসিগুম্বা ফিভম অসিনা মতম চঙনা শাগৎলক্লিবা আমেরিকাগী সমাজ অসি তুংদা লৈথা তারকপা য়াবগী মমি উনরক্রম্মী ।

কায়নথংদা ইং ১৯৯১ দা **New York State Commission of Education** গী রিপোর্টতা অসুম্না হৈরি **"The need for preparing young people to participate in the world community."ibid page - 72**

আমেরিকাগী ছাত্রশিংবু পৃথিবীগী কম্যুনিটি অমা ওইনা পৃথিবীগী থাক লৈবা নাগরিক অমা ওইনা শেম্নবগী আশা অমা মাঙদা থমদুনা চঙ্শিল্লকই । মতাং অসিদদি প্রাইভেৎ হায়বদি প্রজাশিংনা মখোয় মখোয়গী থৌনা অমদি আশানা মাঙ থাদুনা, সরকারগী মতেং অমদি থৌশিল ওইহনা থবক তৌবা হৌরকই । সরকারনা শেমখিবা স্কুল ডিষ্ট্রিক্তশিংগী মনুংদা মদুগী ফ্রেমব্রার্কশিং অদু অমত্তা কায়হন্দনা মদুদা ব্রাহং পাউহং অমত্তা তৌদনা প্রজাশিংনা স্কুল, কলেজশিং অমদি ইউনিভরসিটিশিং লিংখত্তুনা নীংথিনা চঁউথৎহল্লকখি ।

আমেরিকানশিংনা মখোয়গী লাইরিক তম্বীবগী মওং অমদি স্কুল, কলেজ লিংবগী মওং অসি য়াম্না পৈশা চঙনা লুনা থল্লি । য়ুমথোং খুদিং স্কুল লিংবগী থৌদাং কম্না পুই । মসিগীদমক প্রজাশিংবু ভাব তাহন্নবা **School District Community Board** শিং লৈ । মদু থা খুদিংগী **T.V.** দা মখোয়গী মিটিংগী চৎথরিবা ব্রাহং পাউথুম থম্ননৈনবা পূম্বা অহানবা শগোলশেল নুমিত্তা ফম্মী । নৈনবগী ব্রাহং পাউথুমশিং অদু প্রজা পুম্নমক্তা তারগা শেমজম্নীংবা, শেমদোক্নীংবা, অপাম্বা পামদবা পুম্নমক হেক্তা টেলিফোন্দা, ফেক্সতা, ই-মেলদা, চিঠিদা থারকপা য়াগনি হায়দুনা, **Superintendant (School District), Governor, Senator, Republican Leader, House কী Speaker, senate majority leader** অসিনচিংবা

ময়ামগী ফোন, ফেক্স অমসুং ইন্টরনেত, ই-মেল গী এদ্রেস পীদুনা য়েঙ্খ্রেকই। মতৌ অসুম্না স্কুল, কলেজ, ইউনিভরসিটিগী শাসন অমসুং তম্বীবগী থবক্তা নত্তনা মাঙ্গী, তুঙগী ওইহন্নীংবা ফিলোজোফি অদু প্রজাগী মখূত্তা পূমশিন শিন্নথোকই। অসিগুম্বা ফিভম অসি লৈবনা মমা মপা ওইবশিংনা স্কুলগী ফিভম খঙশিন্নদনা লৈবা ঙমদে।

স্কুলগী হাপ্তাগী নোংমগী রিপোর্টশিংদা গার্জিয়ানশিংগী সহি তত্তনা তোয়না তৌদুনা নোংম-নোংমগী করি ওইরি হায়বা মচা মগুগী ফিভম খঙহল্লি। সেসন হৌবা নুমিত্তসু লাক্কদবনি হায়না ইরি। লোয়নন্না মখল মথেলগী ফঙ্কসনশিংদসু মমা মপা য়াওগদবনি।

অসিগুম্বা য়াম্না চেকশিনবা মওং অসি করম্না ওইরকখিবনো হায়বা ঐথোয়না থেংনৈ মদুদি ইউনিভরসিটিনা মথোয়গী রিসার্চব্রাকশিং অসি মথোয়না খাইদগী হেন্না চাউনা মমল পীদুনা শীংথায়। হায়বদি ইউনিভরসিটিনা মথোয়গী রিসার্চব্রাক্তা লমদম লমদমগী অব্রাৎ-অপা, চান-চূনবা, অশোয় অঙাম পুথোক্তুনা তম্বীবগী তমশিনবগী, পরীক্ষাগী হৌখ্রবা মতমগী ব্রারী, লাক্কদবগী থৌরাং তৌগদবা, হৌজিক ওইরিবশিংগী শেমদোক্কদবা পূম্নমক অব্রাংবা থাক্কী ছাত্রশিংনা ইউনিভরসিটিদা রিসার্চব্রাক তৌদুনা খঙজিনগদবনি। মমা মপা ওইবশিংনা মদু খঙনা অব্রাৎপা মেনখৎকদবনি, অশোয়বা চুমথোক্কদবনি। মরম অসিনা আমেরিকাগী প্রজানা ইউনিভরসিটি শিক্ষাবু মমল য়াম্না ব্রাংনা থম্মী। ইউনিভরসিটি লোইরবা মীওইশিংবু য়াম্না লুনা তৌই। অমরোমদা ইউনিভরসিটদগী Ph. D. degree পায়বা মীওই য়াম্না তাঙই। মমল য়াম্না লৈনা লৌই।

অসুম্না ইরি " **The greatest assets of American Education are its Post graduate Institutions, especially in the sciences, mathematics, and medicine - all justly renowned in the world and the enormous generosity or the American people which makes the renown possible."ibid - page 286.**

আমেরিকাগী শিক্ষাগী মরুওইবা লন্দি পোষ্ট গ্রেজুয়েৎ কী ইন্সটিট্যুৎশিং অসিনি থোইদোক্না সাইন্স, অঙ্ক, অমদি হিদাক লাংথাক্কী মরমদা অব্রাংবা থাক্তা নৈনরিবা, মসিবু পৃথিবী পূম্নমক্না নীংথিনা খঙনরবা ব্রাফমসু ওইরিবা অমসুং মসিগী মিংচৎ অসিবু শেমগৎ শাগৎপিরক্লিবসিসু আমেরিকাগী প্রজাশিংতনা ওইথোকহল্লক্লিবনি, লনসি প্রজানা শেমগৎপীরক্লিবনি। অসিগুম্বা ব্রাফমশিং অসিদগী প্রজাশিংনা মতম অসিগী তুংগী নহারোন্দা করম্বা মখলগী শিক্ষা পীদুনা মথোয়গী পুনশিবু শেমগৎকদগে হায়বদু নীংথিনা মমুৎতানা খঙলে হায়বসি উৎলি।

মখাতানা শিক্ষাদা কনানা মরুওইনা ব্রাখল শান্নগদগে হায়বা ব্রাফম অসি লাকপদা অসুম্না ইরি " **The political task is enormous, but no more so**

**than the task of others before who have made vast changes in the social landscape of the United States in the first place." ibid - page - 303**

রাজনীতিগী মরুওইবসি হেন্দোক্তে; মখোয়গী থৌদাং চাউই, অদুবু আমেরিকাবু সমাজগী হীরম কয়াদা মায়খোং পূম্নমক্তা অহোংবা কয়া পীরক্লিবা সরকারগী ব্রাংমদগী হোৎনরক্লিবা ময়াম অসিদি সরকারনা হেঞ্জিনবা গুম্বা নত্তে। অসুম্না আমেরিকাগী প্রজাশিংনা মতৌ করম্না মখোয়গী লৈবাক্কী শিক্ষানা অশুাং পূম্নমক পৃথিবীগী থাক্তা শেম্লনবা ব্রাখল তৌথ্রে হায়বসি মখোয় মশানা মশাবু চাওথোকচৈ।

অদুগা থবক পূম্নমক অরায়বনি, মখোয়গী মচা মশু শেম্বনা খ্বাইদগী অরুবনি হায়বা ব্রাখলসি মখোয়না য়াম্না কন্না থাজৈ। হীরম কয়ামুক্তা চাওখৎনবগী মখোয়না হোৎনরবসু অশুাংগী মহৈ মশিং তম্বগী থবক অসিবু হেন্না কন্না শীংথায়। মরম অসিনা মথক্কী লাইরিক অসিগী লমায় ৩০৩ দা ইরি " **The stakes are our childrens's future and nothing should be more worthy of the effort." ibid - page -303.**

শিক্ষা পীবা লোয়রগা তুংদা মাঙগদৌরিবদি ঐখোয়গী অশুাংশিংনি অমসুং মরম অসিনা অশুাংগী শিক্ষাগী মরমদা ব্রাখল খম্বুবসিতনা অথোয়বা ব্রাফমি, তৌফম থোকপনি হায়না আমেরিকানশিংনা কন্না খল্লি। **School the story of American public education** হায়বা লাইরিক অসিগী ব্রামাঙ য়ানবা অনীশুবা পারাদা অসুম্না ইরি " **Teachers perform major miracles in America". (Edited by Sarah Mondale and Sarah B.Patton - 2001).** ওঝাশিংগী ব্রাখল, মখোয়গী পান্দম, মখোয়গী মরৈবাক নুংশিবা, অশুাংবু জাতিগী তুংগী লন্নি খঙবা, মশাগী ওইজবা পূম্না কখোকপা, পুকচেল শেংবা, নোম্বা কনবা, পোখাবা লৈতনা মরৈবাক্কী খন্দুনা সেবাগী ভাব অমগা লোয়ননা ওজাগা ছাত্রগা লোয়নদুনা লৈবগী ব্রাখল নীংথিনা মফমসিদা শেমগৎখ্রে।

থোমাস জেফরসন অমসুং জোনদিব্রিগী মিৎয়েংগী মতুংইন্না শিক্ষা হায়বা অসি গনতন্ত্র চৎপা লমদম, মীশক অমসুং লৈবাক অদুগী অশেংবা অপূনবগী ফননবা লম্বী থিদুনা শেমগৎপদুনি, ইচম চম্না মী অমবু মশাগী হিংনবগী হোৎনজনবা অতোপ্পগী য়াথংদা থবক তৌরুনবা শেমগৎপদু নত্তে হায়না ইরি। **"For these Philosophers of democracy education was a common good, not simply an individual consumer good. ibid- introduction part -1**

**para-2** অসুম্না আমেরিকাগী অঙাংশিংবু শেমগৎনবা হোৎনরকপদা সরকারগী স্কুলদি তুংদা থাহৌরে। মখোয়না প্রাইভেৎ স্কুলশিংগা লান্না তৌবা ঙমদে । অদুনা মখা তানা ইরি ।
**"As the larger purposes that once gave resonance to public education have become muted, constituencies that at one time supported public education have become splintered and confused about what to do.ibid - page 2 para -5**

অদুম ওইনমক প্রজাশিংদি জ্ঞান তানা মাঙ থানা চোংথোক্তুনা শিক্ষাবু সরকারগী মখূত্তা হন্দোক্তুনা জ্ঞান তাদনা চমম্লনা থম্বা য়াবা নত্তে হায়দুনা কম্না ফুক্কৎলক্লি । ঙসিগী আমেরিকাগী শক্তি, নহারোলগী থৌদাং, সুপর পব্বারগী পাঙ্গল পূম্নমক সরকারগী মায়গৈদগীথক্ত ইনৎ নত্তে । মফম অসিগী সরকারগী থবকশিং অসি নাগরিকশিং অসিনা মশা মশাগী থৌদাং মশক মুম্না থঙবদগী শেমগৎলকপা ঙাক্তা ওইনা উই। অমরোমদা অসিগুম্বা মতম অসিদা (কুনশুবা শতাব্দি হৌগৎলকপদা লিংথৎনরক্লিবা) মরুওইনা চর্চনা য়োকথৎপা প্রাইভেৎ স্কুলশিং অসিনসু য়াম্না কনবা অচৌবা থৌদাং ঙসিদি লৌরি ।

মায়গৈ অমরোমদা লৈবাক অসিগী শিক্ষাগী পথাপ নৈনবা অথঙ-অহৈশিংনা ইং ১৯১৭ তা ব্রাফম অমা লেপ্পরম্মী মদুদি জুনিয়র হায় স্কুলশিংদগী হৌনা ছাত্রশিংবু মশা মশাগী হৈনজবা শিনফমদা থবক শুবা তম্বীগদবনি । মরম অসিনা যেন্দরেল প্রোগ্রাম কয়া শিনফম্‌গা মরী লৈননা শেমদুনা স্কুলগী করিকুলমদা হাপচিল্লম্মী ।" **Demands for industrial and vocational education were so insistent in the early years of the twentieth century that congress enacted federal program to aid vocational education in 1917. ibid - Para 1 Page - 66** কুনশুবা শতাব্দীগী অঙনবা শরুক অসিদা ইন্দষ্ট্রিজ অমসুং শিনফমগী শিক্ষা পীয়ু হায়বা ব্রাকৎ অসি অসুক্কী মতিক কনখৎলক্রম্মী । মদুমক্না কঙ্গ্রেসনা ইং ১৯১৭ তা ভোকেসনেল প্রোগ্রাম শিক্ষাদা হাপচিন্নবা আইন পাস তৌরম্মী । অসুম্না লাইরিক তম্বগা, পুনশিদা থবক শুদবা য়াদে হায়বা ব্রাথলগা লোয়ননা শিনফম কয়া ছাত্রশিংদা তম্বীনবগী আইন শেম্বা হৌরম্মী । ছাত্রশিংবু থবক্কা লোয়ননা লাইরিক তম্বীবা ঙম্না হৌরম্মী ।

মতাং অসিদা **"Life adjustment movement"** হায়বা প্রজাগী আন্দোলোন অমনা স্কুল তম্বদা থবক্তনা হেন্না পূক্লীং চঙশিল্লকপগী খোংথাঙ অমা থাঙজিল্লকই । লাইরিক নীংথিনা তম্বা য়াগদবা অঙাংশিংনা অব্রাংবা থাক ফাওবগী মহৈ মশিং

তমগদবনি, খূৎশা য়াম্না হৈবা কাঙবুনা খূৎশা হৈবগী থবক তম্বীগদবনি অমসুং অয়াম্বা মীশিংদি মাগী মাগী পুনশি অদুদা মীগী মপান তাংদনা হিংজননবা শিক্ষা পীগদবনি। লাইফ এদজষ্টমেন্ট মূভমেন্টনা তাক্লিবদি **"The leaders of life adjustment movement proposed that only 20 percent of students be prepared for higher education, another 20 percent of students should be prepared for skilled work, and the remaining 60 percent should get " life adjustment education" a program concentrated on the basic skills of everyday living, such as family life and consumer choice". ibid - page 68 - para 3** মওং অসিদা শিক্ষাগী পথাপ শেমদুনা চৎথরকপগী ফল ওইনা স্কুল লিংবা, কলেজ লিংবা য়াম্না ব্রাখল চঙবা, পৈশা চঙবা, হৈশিংবা ওঝা য়াম্না চঙবা, স্কুলগী কেম্পস মরাঙ কায়বা অচৌবা চঙবা, স্কুল শাসন য়াম্না হৈশিংবা চঙবা কয়াসি লৈবনা সরকার অমদি প্রজাশিংগী মরক্তা মরী লৈননা অচৌ অচৌবা থৌদাং লৌবগী মথৌ তায়। থোইদোক্লা প্রজাগী থৌদাং অমদি কথোকপগী অচৌবা মফম অমা চঙই।

**By the 1930s, and 1940s, the national schools had reached a point of apparent equilibrium in their programs; access to schooling was nearly universal, and students were tested for their intellectual aptitude and then assigned to the appropriate vocational and academic track. ibid - page 68 - para 10.**

মতৌ অসুম্না ছাত্রশিংগী **I.Q.**নীংথিনা চপচানা খঙদোক্লগা মাগী মাগী বুদ্ধি জ্ঞান অদু য়েংবীদুনা মী মীগী চানবা শিনফম অমদি বিষয় খঙদোক্কুনা লাইরিক তম্বীবগী থবক অসি ইং ১৯৩০ দগী ইং ১৯৪০ গী মথক্কী মতমশিংদা কম্না চঙশিনখ্রে; লোয়নননা অঙাং খূদিং চৎকদবনি হায়বা পান্দম অদুসু ফংবা ঙমখ্রে। অসুম্না চৎথরকপা শিক্ষাগী মওং অসি অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা য়াম্না থুনা মায় পাকপা ফংলকৃথি। মরম অসিনা ঙসিদগী চহি ৫০/৬০ গী মমাঙদা থোনগৎখিবা শিক্ষাগী য়ুম্ফম অসিনা ঙসিগী আমেরিকাগী সমাজ অসি ওইরিবনি। ঐখোয়গী ভারত্তা নত্তুগা মণিপুরদা বি.এ. নত্তুগা এম.এ. পাস তৌরগা থবক অমত্তসু হৈতে, হৈত্রবনিনা শুর্নাংবসু পোক্কে,

মতম হৌখ্রবনিনা নৌনা তম্বসু লান্না ইকাইবা ফাওরে। মসিগী মওং অসি আমেরিকাদা লৈতে। থবকশুবা ইকাইনদে। মী খূদিং শিত্রিবা ফাওবা থবক শূই। মশা খীংই। তৌদবা য়াদবা ওইনা লৌনৈ। মসি মখোয়গী শিক্ষানা পীবা মখোয়গী ঈ-তোংদা য়াওখ্রবা হৈনবী লমচৎ ওইশিনখ্রে। ঐখোয় (মণিপুর) করি তৌশিগে? ঐখোয় অমগা অমগা হুন্নদুনা, তাইনশিন্নদুনা, থৈজিন্নদুনা, লৈবা চুমদে। মণিপুরগী ফিভম শোক্লিবসি ইং ১৯৬০ অদুব্রাইদগী হৌখ্রে। চহি ৫০ চঙশিনখ্রে। মীরোন ২৫ গী মথক্তা চৎখ্রে। লমচৎ, ব্যবহার, থবক্কী পোরম, পুনশিগী পান্দম, জাতিগী ঈজ্জৎ সম্মান, অহল লমনগী ব্যবহার, ওঝা গুরুগী মফম লোইনা মাঙখ্রে। ঐখোয় পন্থবদা করি ওইরবা য়াবা হায়বদু ব্রাখল লৈবা মমা মপা ওইবশিংগী লম লমগী, লৈকাইগী, সব ডিভিজনগী, ডিষ্ট্রিক্কী বোর্ড নত্রগা কমিটি শেমদুনা লৈবাক শীনবা থুংনা চপ মান্নবা শিক্ষা পীননবা ব্রাখল খম্বগী মতম হেনখিগদৌরে। ঐখোয়না ঐখোয়গী ইচা ইশুবু অঙাও অঙ্কেগী মায়গৈদা থাদোক্লুনা নীংথিনা শিক্ষা পীদনা থম্বগী মওং অসি নীংথিনা উরে। মীপূম তিংনা খঙনরে। ঐখোয় লোইনা য়েংনদুনা অসুম অসুম লৈথোকপসি চুমদে।

আমেরিকাগী শিক্ষাদা য়াম্না চাউনা অহোংবা পুরকখিবদি ইং ১৯৫৮ গী মতুংদনি। মসিগী মমাঙদা অখঙ অহৈশিং মমা মপাশিং, এজুকেসনিষ্টশিংনা অঙাংশিংগী শিক্ষাদা হেন্না চেকশিন্না বিজ্ঞান, টেক্নোলোজি অমদি ভোকেসনেল হীরমদা কন্না কন্না তাকশিল্লবসু পৈশা যাম্না থাদদুনা হীবমশিং অসিদা মরুওই হায়না কন্না লৌরমদে। অসুম্না মরৈ যেৎন য়েং ননা শাংনা লাক্লবা তুংদা খঙহৌদনা কম্যুনিষ্ট রাসিয়ানা অহানবা সুন্দ্রংগী সেটেলাইট স্পুত্নিক থাগৎপগী ব্রাফর্ম অসি লাকপদগী প্রজাগী অকন্নবা খোল্লাউ ময়াম অমা হৌরকই। আমেরিকান কংগ্রেসনা মরাল য়াজরম্মী। অমসুং ইং ১৯০০ দগী ১৯৫৭ ফাওবগী আমেরিকাগী শিক্ষাগী পথাপ অসি শোয়রবা, মায়থীরবা পথাপনি হায়না কংগ্রেসনা য়াজখি। মদুগী মতুংইন্না **National Education Defence Act-1958** পাস তৌদুনা ছাত্রশিংবু মেথমেটিক্স, সাইন্স অমসুং ফোরেন লেঙ্গোইজ তম্মনবগী পৈশা য়াম্না থাদবা হৌখি অমসুং স্কুল শঙ মরাঙ কায়না শাননবা পৌশা য়াম্না চাউনা কাইথোকপা হৌখি।

মতৌ অসুম্না ইং ১৯৫৭ কী ওক্তোবর থাদা রাশিয়ানা মায়পাক্লা স্পুত্নীক অতিয়াদা থাগৎখিবসিনা ইউ.এস. না করিগুম্বা খরা শোম্বহৌরে হায়বসি খঙলকখি। মদুদগী ইং ১৯৫৮ গী এক্ত অসি পাস তৌবগা লোয়ননা জাতিগী বজেত্তা পৈশা নীংথিনা থাদরম্মী। প্রেসিডেন্ট **Dwight Eisenhower** না এক্ত অসি হেক পাস তৌবগা **Federal**

**Government** না স্কুল শিক্ষাগীদমক **$ 100** মিলিয়ন চহি খুদিংগী থাদরম্মী। মদুনা স্কুলশিংগী শক্তম খঙহোং হোংলম্মী। **(Page 118 School - the story of American public Education).**

অসুম্না ইং ১৯৫৮ দগী লাকপনা ইং ১৯৭২ দদি য়াম্না হেন্না চাউনা হোংলকখি। নুপা নুপী খায়দনা চপ মান্ননা পৈশা থাদদুনা মহৈ মশিং তমগদবনি। খুদোংচাবা পুম্নমক মান্নহনগদবনি হায়বা ব্রাফম লাকখি। অদুগী মথক্তা হায়রিবা ইং১৯৭২ অসিদদি স্পোর্টসতসু নুপী নুপা পার্সেন্টেজ চপ মান্ননা শরুক য়াগদবনি হায়বা নিয়ম শেন্নম্মী। মরম অদুনা নুপীশিংনা প্লেয়ার ২০/৩০ পুম্না শান্নবা মশান্না সোকর, ফুটবোল নচিংবদদি য়াওবা ঙমদবনা অতৈ টিম ব্রার্ক মচা মচা অমদি ইন্দিভিদুয়েল আইটেমশিংদা অকনবা শরুক য়ারকখি। মসিনা মরম ওইদুনা পৃথিবীগী শান্নবগী লমদা, ওলিম্পিকচিংবদা ইউ.এস.না মাঙজিল থারি।মখোয়গী ইলেমেন্টরি মিদল, হায় স্কুল, কোলেজ, ইউনিভরসিটিদা শান্নবগী তৌরিবা মথং মথং চাওখৎহনবগী থৌরাং অসিনা শান্নখোৎনবগী লমদদি মতম শাংনা মখোয়না মাঙজিল থাদুনা চৎখিগনি খল্লি।

ইং ১৯৫৮ গী তুংদা হোংলকপসিনা ইং ১৯৭২ দা অঙকপা ফংনা য়াঙশিল্লকই। ইং ১৯৫৪ দা **Linda Brown Thompson** না তৌবা কেশকী মতুংদা **Linda vs Board of Education** গী অরোয়বা রাই ওইনা তাখিবা 'তাং ১১ মে ১৯৫৫ গী রাই' হায়রিবা অসি য়াম্না মরুওই। মরমদি শিক্ষাগী ফিভম অমদি শিক্ষাগী ফল চপচানা ফঙ্গদবদা, তত্তনা রাইসিগী মায়োক্তা অয়েৎপা কয়া লৈবনা, অপনবা পীদুনা শিক্ষাগী পান্দম অদু হেক হেক ফংবা ঙমদে। ব্রাউনগী কেশতা মতম অদুগী অতোর্নি **Thurgood Marshall** না কন্না য়েৎখিবা মরৈনা ঙমদুনা সুপ্রিম কোর্টকী চিফ জষ্টিস **Earl Warren** না লাউথোকখি - **"It is doubtful that any child may responsibly be expected to succeed in life if he is denied the opportunity of an education. Such an opportunity.... is a right which must be made available to all on equal terms... seperate educational facilities are inherently unequal. ibid - page 138.**

রাই অসিগী পাউ তাবদা লিন্দা ব্রাউন অমদি মাগী মমা অমদি মরূপ মপাং পুম্নমক হরাওবনা ঙাওরম্মী। মতম অদুদগী অমুবা অমদি অঙৌবা লাইরিক তম্মীন্নরকই।

অদুবু থা থংবা মায়গেরোমদা মখল কয়াগী অয়েৎপা লাক্রম্মী । অব্রাংথংবা মায়গেদসু থমোইগী মনুংদা অমনা অমবু থৌওই উশিত্তবগী মখি অমদি তাদুনা লৈরি । পূম্নমক অসি ওইদুনসু ইং ১৯৫৫ গী রায় অসিদি ইউ.এস. কী খ্বায়দগী অচৌবা শিক্ষাগী মাইওন অমনি । তোপেক্তা মায় পাকপসিগা লোয়ননা কন্সাস, সাউথ কোরোলিনা, দেলয়ার, ভর্জিনিয়া অমসুং ডিষ্ট্রিক্ত ওফ কলম্বিয়ানচিংবা মফম পূম্নমক্তা ঈহৌরকখিবা পূম্নমক মথূম মরাং হৌনা হরাওনরম্মী । মতৌ অসুম্না Thurgood Marshall অমসুং অতৈ সোসিয়েল এক্তিভিষ্ট এতোর্নি কয়ানা মতেং পাংদুনা অমুবা অমদি অঙৌবা অনী পূন্না মহৈ তম্বা য়াবা থাক অসি লাকখিবনি । ফিভম অসি লৈনা লৈনা ইউ.এস. কী শিক্ষাদা ইং ১৯৫৮ গী অশোয়বা কয়ামুক লৈরম্রে হায়বা অখঙ-অহৈশিংনা খঙনবকপগুম অমদি ফেদরেল গোভর্নমেন্টনসু মরাল য়াজবগুম অমুক হন্না শিক্ষা পথাপ্তা অরাৎ অপা অশোয়বা থেংনরম্মী ।

ইং ১৯৮৩ গী Commission by the U.S. department of education গী "A Nation at risk" হায়না কৌবা রিপোর্ট অদুনা দেশকী য়াইফ য়ুম্বান্দা অচৌবা অকায়বা অমা পীবগী অহোবা অশোয়বা লৈবে হায়না উৎলি । (P. 184 ibid) ইউ.এস. প্রেসিডেন্ট রোনাল্দ রিগান্না হায় "Our education system is in a grip of crisis by low standards, lack of purpose, and a failure to strive for excellence" মহাক্না হায় আমেরিকাগী শিক্ষাগী পথ প অসি শোয়রে । মসিগী থাক য়াম্না নেম্রে, করি পান্নিবনো, পান্দম কবিনোময়েক শেংদ্রে অমসুং থোইদোক হেন্দোকপা ইউ.এস. কী নহারোল পুথোক্ল বগী পন্থু অদু পীবা ঙমদ্রে । অসুম্না ২০ শুবা শতাব্দীগী অরোইবা শরুক্তা আমেরিকাগী অচৌবা শিক্ষাগী ঈনোৎ অমা পীদুনা ব্রাংখৎহন্নম্বদি প্রেসিডেন্ট রোনাল্দ রিগান্নি । রিপোর্ট অসিনা হায় Higher standard of graduation, more courses in traditional subjects and in the new field of " Computer Science" along school day, a longer year and more home work. অসুম্না গ্রেজুয়েৎশিংগী থাক ব্রাংখৎহনবা, মপা মপুশিংগী লৈজরম্বা হীরমশিংগী বিষয়শিং হেন্না খঙহনবা, কম্প্যুটর সাইন্স হাপচিনবা, স্কুলগী মতম, চহি শাংদোকহনবা ( শম্না বি.এ. চহি ৪ চঙহনবা)য়ুমগী পারা য়াম্না পীবা অসিনচিংবা ছাত্রগী থাক ব্রাংখৎহন্নবা ব্রাফমশিং য়াওরি ।

অনৌবা পথাপ অসিগা লোয়ননা Vouchers Program হায়বা অমা

হৌদোক্লম্মী। মসিগী মতুংইন্না প্রাইভেৎ স্কুলদা তম্বা ছাত্র অমদা $২,৫০০ থাদরম্মী। মতাং অসিদা সরকারগী পব্লিক স্কুল শৌগৎপা কাঙবুনা পব্লিক স্কুলদা থাদগদবা শেন্নাশিং প্রাইভেৎ স্কুলদা থাদরে হায়বগী ব্রাফম কয়ামুক পুখত্তুনা মরৈ য়েৎনরম্মী। য়েৎন য়েৎননা প্রাইভেৎ স্কুলশিং চাওখৎলক্লম্মী। অমসুং প্রাইভেৎ স্কুলবু কন্না শৌগৎপা **Annelle Polley Williams** না হায় **"You keep selling lemons, then you are going to wonder why nobody's coming to buy cars.What you have to do is get you some good cars and people will come and buy it. So public school around this nation is selling something that nobody wants." ibid- page 192. Para Last.** নঙনা দুকান্দা চম্প্রা থরা য়োল্লগা কার লৈবা মী লাক্কে হায়দুনা করিবু ঙক্লিঙাই লৈবনো? নঙনা তৌগদবদি কার অফ অফবা থরা নঙগী দুকান্দা থম্লদুনি। অদুদগীদি মীশিংনা নঙগী দুকানদা কার লৈবা লাক্লরগনি। অসিনি জাতিসিগী পব্লিক (সরকারগী) স্কুলশিংদা ঙসি ওইরিবা ফিভম, মখোয়না কন্না অমত্তনা পাম্বীররোইদবা পোৎ ঙাক্তা য়োন্দুনা দুকান ফম্লি। অসুম্না সরকারগী স্কুলনা ঙমখৈ নায়দনা ময়েং তাথরক্লম্মী। **Williams** না মখা তানা হায় ঐনা কন্না হায়রিবসি প্রাইভেৎ স্কুলশিং অসি কন্নীংবগী মওং নত্তে; ঐনা কন্না হায়রিবদি করিগুম্বা উপায় অমা নত্ত্রগা অমা তৌদুনা অঙাংশিং অসিগী পুনশিবু কনবনি। অসুম্না অঙাং শেম্বগী থবক্তদি প্রাইভেৎ স্কুলশিং অসিনা য়াম্না হেন্না মায় পাকই হায়বসি মরৈশিং অসিদগী খঙবা ঙম্মী। তশেংবসু ঙসিফাওবা খৃষ্ট্যান প্রাইভেৎ স্কুলশিং পৃথিবীগী মফমপুম্বদা পাম্লরি।

মহৌশানা গনতন্ত্র য়াম্না খোয়দাজবা প্রজাশিংগী লৈবাক অমা ওইবনা প্রজাশিংনা মখোয়গী মশাগী মথৌ য়াম্না নীংথিনা খঙই হায়বা তায়। স্কুলশিং অসিগী থৌশিল থৌরাং পূম্বা প্রজানা অয়াম্বা থব্রায় য়াওবদগী মায় পাকপা ঙাক ওইনা উই। এজুকেসন পার্ট **III** দা হেন্না কূপ্পা নৈনগনি।

পব্লিক অমসুং প্রাইভেৎ স্কুল অসিগীসু মথক্তা ই.এ.আই. **Education Alternative Inc.** হায়দুনা শোথহৌবশিং ফুকৎনবা হোৎনরিবা পুম্নমক অসি থেঙথমল্লে হায়না প্রেসিডেন্ট জর্জ বুসনা কন্না হায় **" For too long we have shielded schools from competition, allowed our schools a damaged monopoly power over our children ..... It is time we begin thinking of a system of public educa-**

**tion in which many providers offer a marketplace of opportunities -- *a revolution to make American schools the best* in the world". ibid page -193 2nd Para.**

**George Bush** না মথা তানা অমুকসু হায় শিক্ষাগী মতোল লোম্না নীংথিহনবা হায়বা অসি জাতিগী অচৌবা ৱাফম্নি, মসি অহানবা ৱাফম ওইগদবনি। ছাত্রশিং অসি চহি খূদিং চাংয়েং তৌগদবনি । ঐখোয় অহুমসুবা গ্রেদ, নিপানশুবা গ্রেদ হায়দুনা ঙাইগদবা নত্তে । ছাত্রশিংবু অহুমসুবা, মরীশুবা, মঙাশুবা, তরুকশুবা, তরেৎশুবা, নিপানশুবা অসুম্না গ্রেদ খূদিং চাংয়েং পরীক্ষা লৈগদবনি । অসুম্না গ্রেদ খূদিং মরুওইবা ক্লাস ওইহনগদবনি হায়না মহাক্না হায়রম্মী । হৌজিক আমেরিকাগী শিক্ষা চহিগী গ্রেদতা নত্তে হা প্তাগী নুমিৎ খূদিংগী চাংয়েং তৌদুনা চৎলি ।

আমেরিকানশিংনা মখোয়গী শিক্ষাগী পথাপ হেন্না ৱাংখৎননবা কন্না হোৎনরকপগী চথবকপা ইতিহাস অসিদা পব্লিক স্কুলগী অশোয়বা, অহোবা কয়া পুখোক্তুনা মতম মতমগী ডিবেট কয়া, অন্দোলন কয়া, রিফোর্ম কয়া লাকখ্রে । নৈনবিবা লাইরিক অসিদি বিসার্চ লাক নত্তে, সমালোচনা নত্তে, অইবনা ওঝাগী শিনফমদা কুইনা লাকপদগী অমদি মণিপুরদা শিক্ষাগী অশোনবা য়াম্না হেন্না লৈবদগী থমোইদা নুংনাংবা, মিপাইবা কয়া লৈবদগী মফম অসিগী (আমেরিকাগী) নীংথিনা চথরিবা শিক্ষা অসিগী মওং অসি উরুনা খরদু পনবতনি । ঐখোয়না প্রোজেক্ত শেমদুনা থৌনা ফল নহাবোল থোরক্তুনা থীসল্লগা তমজনিঙাই য়াম্না লৈরি ।

মথক্তা নৈনখ্রিবা মওং অসিদা আমেরিকাগী শিক্ষাগী পথাপ অসি চঙশিল্লকপদা পব্লিক স্কুলগী অশোয় অঙাম কয়া পুখোক্তুনা মতম মতমগী মরাল কয়া, মিচৈ কয়া ফংদুনসু আমেরিকাগী পব্লিক স্কুলগী থাক্তি লৈবাক অতৈদগী ইহন হুম্বা লৈখিদে হায়বা য়াই । অমুবা- অঙৌবগী ৱাথোক অসিমতং খরা হেন্না অশোনবা ৱাফম ওইনা থল্লবসু অঙাং শেম্বগী হীরমদদি মতাং মতাংদা মতমগা চূনবা খরা বাৎপা য়াওখ্রে হায়না মরাল শিরবসু লৈবাক অসিগী নহারোলদি নোংম নোংমগী থূমাঙ চাওশিল্লকই । মতাং অসিদা ঐখোয়না অমুক পনবা য়াই "**Not only did the public school transform the immigrants, the immigrants helped to transform America, making landmark contribution in everywalk of life, as artists, scientists, intellectuals, journalists, business-leaders, professionals, and ordinary citizens. Not**

**everyone,of course, achieve eminence, but everyone had a chance to be part of American society. That opportunity was the work of the school, the fruit of education."ibid page 70 para IV.**

মতৌ অসুম্না আমেরিকাদা লাকখিবা লাইব্রেরি লাইশু তম্বা নহারোলশিংবু মখোয় মখোয়গী মরৈবাক ফাওবা কাউথোক্লুনা আমেরিকান ওইশিনখিবা ঙম্বগী রাখল পোকহনবা ঙম্মী। অদুগা মীরৈবাক মচাশিং অদুনা আমেরিকাবু অনৌবা চাওখৎপা অমা ওইহল্লকপদা থৌদাং চাউনা চাউনা লৌদুনা থবক তৌরকই। মখোয়না কলাকার অমা ওইনা, বৈজ্ঞানিক অমা ওইনা ,অথঙ অহৈ ওইনা,পাওমী ওইনা,লন্নোনবগী লুচিংবা ওইনা, শিনফম ওইনা হীরম অমমমদা পুনশি কখোক্লুনা অচম্বা নাগরিক অমা ওইদুনা আমেরিকাগী চাওখৎ থৌরাংদা অচৌবা শরুক য়াশিন্দুনা আমেরিকান অমা হেক্তা ওইশিনখি। মসি পূম্নমক অসিদি আমেরিকান পব্লিক স্কুলগী লাইব্রেরি মতম্বী অসিননি হায়না মখোয়না চাউথোকচৈ। মসিমক মখোয়গী অচৌবা মায় পাকপা অমনি। অইবনা অমেরিকাদা তেম্না লৈরিঙৈদা,ডাইরী ওইনা লাইবিক অসি ইরিঙৈদা কন্না ফাওরকপদি আমেরিকাদা হেক চঙলকপা শিনফম কয়াগী নহাবোলশিংনা আমেরিকাবু নীংথিনা সেবা তৌনীংবা পোকহল্লিবসি ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা তাখিবা ব্রেন ব্রাস,ব্রেন ড্রেন,অসিনচিংবা ব্রাহৈশিং শীজিন্নখিবা অদুগী অর্থ ঙসিফাওবা খন্নরক্লিবদুগী অচুম্বা লৈরবসু মদুদা হেন্না কন্না খনফম থোক্কে হায়না খল্লি। পৃথিবীসিগী মী অমা ওইনা হিংবা অমদি মীয়ামগী সেবা তৌবা পাম্বা মীওইশিংগী'দি সেবা তৌনবগী পোৎচঙ ময়াম অমা লৈবা তাবদু মফম অসিনা হেন্না লায়না,মরাঙ কায়না ফংননবা আমেবিকান সরকার অমদি প্রজাশিংনা মতম চঙনা,থবায় য়াওনা অর্মাদ হনবা লৈতনা হোৎনরকখ্রে হায়বদু উই।

মথক্তা হায়খ্রিবা ব্রাফম অসি লৈবনা আমেরিকানশিংগী থমোইদা হৌজিক পৃথিবী অসিদগী থবক্তা থব্রায় য়াওবা,লাইব্রিক্তা পূক্লীং চঙবা মী খুদিং মফম অসিদা লাক্লুনা নৈনরনবগী,থবক শুরনবগী থোঙ লাওনা হাংদোক্লুনা থম্লি।খুদম ওইনা স্কুল অমদা চঙদুনা য়েঙলুবদা জাতি ৪০/৫০,৭০/৮০গী মথক্তা পূম্না ফম্মিন্নদুনা নুংশিননা চামিন্নবা,শান্নমিন্নবা,খন্ন-নৈনমিন্নবা ঙাক্তা উগনি। মফম অসিদা ঙসিদি জাতিগী ব্রাফম,মপা মপুগী ব্রাফম,কাঙলূপকী ব্রাফম থোইনা উদ্রে। অমনা অমবু মতেং পাংনদুনা পূম্না চাওখৎমিন্নবগী ব্রাফম অসি কন্না য়োকখৎখ্রে।

ইতিহাজ্ঞর জেমস এন্দরসন্না মখা তানা হায়," আমেরিকা শিক্ষাদা অশোয়বা, অব্রাৎপা,মেনশিন্নীংবা কয়া লৈখ্রে,নৈনখ্রে, অসিনা ফগনি হায়বা ব্রাফমসু মেনশিন্নখ্রে। অসুম্না পেন্দ পেন্দনা মরৈ য়েৎন য়েৎননা আমেরিকাগী ওইজরিবা সংস্কৃতিগী থাক অসি ওসি অসি য়ৌনা পুথৎলক্লিবা অসিদি লৈজরিবা পব্লিক স্কুলশিংনা পীবা শিক্ষা অসিগী মহৈনি। মসিদি নীংথিনা মরিক চুম্না শিক্ষানি। তুংদা লাক্কদবা মীরোন্না জাতিগী অমদি পৃথিবীগী অশেংবা অথোইবা নাগরিক অমমম ওইরক্কদৌরিবা অসিদি ঐখোয়গী শিক্ষাগী মখা পোল্লি।" অসুম্না ইউ.এস.কী পব্লিকী (সরকারগী)স্কুল অমুত্তা মায়থীরক্লি হায়বা য়াই।

• • • • • • • • • • • • • •

## এজুকেসন পার্ট থ্রি
## আমেরিকান স্কুল ডিষ্ট্রিক্ত

আমেরিকাদা শাসনগী ডিষ্ট্রিক্ত (মখোয়না কাউন্তি হাযনা কৌই) নত্তবা স্কুল ডিষ্ট্রিক্ত(স্কুলগীনা কাউন্তি হাযদে ডিষ্ট্রিক্ত হায) হাযবা অমা তোঙান্না চেকশিন্না শেম্মী। লৈবাক শীনবা থুংনা স্কুল ডিষ্ট্রিক্তনা মহৈ মশিং তশীবগী থৌশিল কৃপ্না য়েংশিল্লি। স্কুল ডিষ্ট্রিক্ত বোর্ডকী শাসন মখাদা শিক্ষাগী থৌরাং, ব্রায়েন পথাপ পুন্নমক্কী থৃজিন থৌরাং তৌই। মগ মপা ওইবশিংগী থৌদাং খাইদগী চাউনা লৈ। ছাত্রগী ফিদগী শিক্ষাগী অযাম্বা থৌরাং তৌই। ফেদবেল সবকাব,ষ্টেট সবকাবনা অচৌ অচৌবা স্কুল শান্নবুং, থৃৎশু থৃৎলায তলবগী শকক চাউনা পুই। মদুগী অবেপ্পা চাংদি চহি চহিগী ছাত্রগী এনবোলমেন্ট মশীংদগী লেপ্পি। থৌজিক ডিষ্টিক্ত অমখক্তং লৌথত্তুনা য়েংসি।

বেষ্ট ব্লুমফিল্ড স্কুল ডিষ্ট্রিক্ত :

১)ষ্টেট -মিচিগান

২)কেপিতেল- Lansing

৩)কাউন্টি - ওকলেন্দ

৪)স্কুল ডিষ্ট্রিক্ত - ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড

৫)মীশীং - ৪২,০০০+

৬)ওকলেন্দ কাউন্টিগী স্কুল ডিষ্ট্রিক্ত মশীং :- ২৮

৭)লৌখৎলিবা স্কুল ডিষ্ট্রিক্ত - ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড

৮)ডিষ্ট্রিক্ত অসিদা লৈবা স্কুলশিং: ইলেমেন্টরি স্কুলশিং স্কুলশিং অসিদা

কিন্দরগার্টেন্দগী ক্লাস V ফাওবা পূম্না লৈ ।

১) দোহটি ইলেমেন্টেরি স্কুল

২) ইলি ইলেমেন্টরি স্কুল

৩) গ্রীন ইলেমেন্টরি স্কুল

৪) গ্রেটকো ইলেমেন্টরি স্কুল

৫) রুজেভেল্ট ইলেমেন্টরি স্কুল

৬) স্কোটচ ইলেমেন্টরি স্কুল

মিদল স্কুল :-

১) এবোট মিদল স্কুল

২) ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড মিদল স্কুল

হায় স্কুল :-

১) ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড হায় স্কুল

লেকর একাদেমী অমা লৈ :

১) জে এণ্ড এস ওফিস সেন্টর এডল্ট স্কুল:-

পূম্নমক অসিবু য়েংশিন্নবা এডমিনিষ্ট্রেটিভ এণ্ড কম্যুনিটি সার্ভিসেস কম্যুনিটি এজুকেসন ডিপার্টমেন্ট অমা ৫৮১০ কর্ন্সস রোদ, ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড, ৪৮৩২৪ দা লৈ । মসিদগী স্কুলশিং অসিগী থবক পূম্নমক য়েংশিল্লি । কম্যুনিটি এজুকেসন ডাইরেক্তরনা মাগী মখাগী স্টাপশিংগা লোয়ননা ফেদরেল, ষ্টেট অমদি স্কুল ডিষ্ট্রিক্ত বোর্দনা পান্নিবা পান্দম অদু য়ৌননবা ব্রায়েল পথাপ্তা অকনবা মতেং পাংই ।

অসিগী মথক্তা হান্নসু পনখ্রে । প্রজাগী অচৌবা থৌদাং লৈ । মদুগীদমক স্কুল ডিষ্ট্রিক্তগী প্রজাশিংনা স্কুল ডিষ্ট্রিক্ত বোর্ড ওফ এজুকেসন হায়দুনা অমা শেম্মী । বোর্ড অসিনা মাগী মখাদা ডিষ্ট্রিক্ত অসিগী মনুংদা লৈরিবা স্কুলশিংগী অবাৎ অপা, অশোয় অঙাম, মেনখৎনীংবা, হাপকৎনীংবা পূম্নমক চেকশিন্না য়েংশিল্লি । বোর্দ অসিদি তলব নাইবা নত্তে । প্রজাগীদমক কথোক্লবা সোসিয়েল ব্রার্করশিংগী লুচিংবশিংগী মরক্তা এক্সপরিয়েন্স নীংথিনা লৈরবা, থবক্তগী পোখারবা অখঙ অহৈশিংদগী খনগৎপনি বোর্ড অসি মেম্বর ৭ না শায় প্রেসিডেন্ট অমা, ভাইস প্রেসিডেন্ট অমা, সেক্রেটরি অমা, ত্রেজরর অমা, এক্টিব মেম্বর অহুম পূম্না তরেৎ অসিনি । মথোয়না থা অমগী মনুংদা অনীশুবা অমসুং মরিশুবা নিংথৌকাবগী নুমিদাং পুং ৭.৩০ তাবা মতমদগী মিটিং ফমগনি । মফম্না ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড হায় স্কুলগী লেকর কমন্ রুমদা অহানবা মিটি

ফমগনি । অদুদগী মথং মথং ডিস্ট্রিক্তকী বিল্দিংশিংদা হোং হোংদুনা ফমগনি ।

মসিগী মথক্তা অমুক কম্যুনিটি এজুকেসন সেন্ট্রেল এদভাইজরি কাউন্সিল হায়বা অচৌবা কাউন্সিল অমসু শেম্মী । কাউন্সিল অসিদা কম্যুনিটি অসিদগী এদভাইজরি লিদর্স হায়দুনা অখণ্ড অহৈ লৈবশিং অদু অমুক খনগত্তুনা শেম্মী । মখোয়না ব্লেষ্ট ব্লুমফিল্ড এজুকেসন ডিপার্টমেন্টা মতেং পাংই । মসি নাগরিকশিংগী অফোংবা ওর্গেনাইজেসন অমনি। মখোয়না শিক্ষাগী লম্বী লমতাক্কনি ; ব্রাখলগী;পাঙ্গলগী;শেল থুমগী মতেং পাঙ্গনি;অরুবা ফিভমশিংদা শরুক য়াগনি; লোকেল কম্যুনিটি অদুগী দরকার ওইবশিং অদু খণ্ডদোক্কনি অদুগা মদু লাম্ফোক্লনবা মতেং পাঙ্গনি । অসুম্না এডমিনিষ্ট্রেটিভ কাউন্টি ( ডিস্ট্রিক্ত) অসিগী মনুংদা স্কুল ডিস্ট্রিক্ত ২৮ না শিক্ষাগী থবক পাঙথোক্কই ।

ব্লেষ্ট ব্লুমফিল্ড স্কুল ডিস্ট্রিক্ত নীংথিনা চলাইনবা লৈরিবা শাসনগী মশাশিংদি:-

১) রেজিষ্ট্রেসন ইনফোর্মেসন ডিপার্টমেন্ট
(ইলেমেন্টরি,মিদল,হায় স্কুলশিং তোঙান, তোঙান )।

২) এথলেটিক ডিপার্টমেন্ট
ডাইরেক্তর - মি:ডেব্রাইনে জোন (২০০৪)

৩) নিউত্রিসন ডিপার্টমেন্ট
সুপরভাই জর - মিসিস লোরিএদকিন্স ( ২০০৪)

৪) লেকর একাদেমী
কোওর্ডিনেটর - মি:রোবর্ট গোরালোজিক ( ২০০৪)

৫) এডমিনিষ্ট্রেসন এণ্ড কম্যুনিটি সার্ভিস
সুপরিন্টেনডেন্ট - ডা: থোমাস গৌলদিং - (২০০৪)
ডিপুটি সুপরিন্টেনডেন্ট ডা: গেরি ফেবর - (২০০৪)

লোয়ননা এসিষ্টেন্ট সুপরিন্টেনডেন্ট - ইন্সত্রক্সন; এসিষ্টেন্ট সুপরিন্টেনডেন্ট - কম্যুনিটি রিলেসন্স,পুপিল একাউন্টিং এণ্ড এক্সটর্নেল এফিয়ারস;এসিষ্টেন্ট সুপরিন্টেনডেন্ট - হ্যুমেন রিসোর্স এণ্ড লেবর রিলেসন্স;ডাইরেক্তর- স্পেসিয়েল সার্ভিসেস; ডাইরেক্তর-করিকুলম;ডাইরেক্তর-টেক্নোলোজি;ডাইরেক্তর -কম্যুনিটি এজুকেসন; কো-ওর্দিনেটর -এদল্ট,বেসিক এজুকেসন এণ্ড ইংলিস এজ এ সেকেণ্ড লেঙ্গুএজ; কো ওর্দিনেটর - রিক্রিয়েসন এণ্ড এনরিচমেন্ট; কো ওর্দিনেটর - আর্লি চাইলহুদ / স্কুল এজ চাইল্ড

ক্যার; ইমার্জেন্সি হোৎলাইন অসিনচিংবা তোঙান তোঙানবা ওফিসশিং লৈ।

৬) ট্রান্সপোর্টেসন সেন্টর -

সুপরভাইজর - ট্রান্সপোর্টেসন - মিঃ আর্ক দেনার্দ

৭) ফেসিলিটি ওপরেসন সেন্টর -

সুপরভাইজর - মিঃ বিলক্রুদ

৮) ডিষ্ট্রিক্ত মেদিয়া সেন্টর/ WBTV

সুপরভাইজর - মিঃ এন্দ্রিউ এফ গোরেন

অসুম্না ডিপার্টমেন্ট নিপান অসিনা মথংগী সেসন হৌদ্রিঙৈদা অশোয় অঙাম থোক্তনবা বজেৎ, পোলিশি, প্রোগ্রাম পুম্নমক শরক শিহন্দনবা শীল্লি।

ছাত্রশিংনা অরাংবা থাক্তা মানা মানা হৈনবা য়েংদুনা মিং চনগদবনি। থোইদোকপা ছাত্র অদুগী হৈশিংবা য়েংদুনা মতেং পাংনবা মথাগী হীরমশিং অসিদা স্কুলশিংগী প্রোজেক্ত ওইনা পায়থৎলি।

দোহার্টি ইলেমেন্টরি -

১) ইউজিং টেক্নোলোজি টু বিকম প্রোফিসিয়েন্ট রির্দস এণ্ড রাইটর্স।

২) ইউজিং টেক্নোলোজি টু রিইনফোর্স মেথমেটিকেল দাতা ইন্টর্প্রিটেসন স্কিলস।

৩) স্মার্ত বোর্দ ফোর স্মোল কিদস।

৪) ইউটিলাইজিং টেক্নোলোজিঃ আপ ক্লোজ এণ্ড পার্সোনেল।

ইলি ইলেমেন্টরি :-

ডাইভর্সিটি : এ জর্নি থ্রু ডিসকভরি, এক্সপেরিয়েন্স এণ্ড এপ্রেসিয়েসন্।

গ্রীন ইলেমেন্টরি :- ইনভাইরনমেন্ট সাইন্স কোর্টয়ার্দ

১) ষ্টেণ্ডার্দ সিক্কেনসিয়েল রাইটিং করিকুলম।

২) ইন্টেগ্রেটেড টেক্নোলোজি ইনটু ম্যুজিক।

গ্রেটকো ইলেমেন্টরি :-

১) ইন্টেগ্রেটিং টেক্নোলোজি ইনটু ম্যুজিক।

২) ষ্টেণ্ডার্দ সেক্কেন্সিয়েল রাইটিং ক্রিটিসিজম।

রুজেভেল্ট ইলেমেন্টরি :-

১) গুদিজ টু একম্পেনি দি ক্লাসরুম পার্ফোমেন্স সিষ্টেম।

২) হোম ব্লার্ক ক্লিনিক্।

স্কোটচ ইলেমেন্টরি :-

১) বিয়োন্দ দা মোদেল টি ।

অসুম্না ইলেমেন্টরি স্কুলগী, লৈরিবা ফিভমশিং হেন্না চাওখৎননবা রিসার্চ প্রোজেক্ত শেমদুনা চথরিবসি অহৌবা অনৌবা হাপকৎলকপা প্রোজেক্তনি । শিক্ষাগী ঙমখৈ লোইবা নাইদে । অসুম্না মশা মশানা চহি ৪ গী বি.এ. অমসুং বি.এ. লোয়রগা এম.এ. পাস তৌদুনা লাকপা ওজাশিংবু রিসার্চ ব্রাক্তা প্রোজেক্ত তৌহন্দুনা কন্না হোৎনহল্লি । মখোয়গী ফাইন্দিংশিং অদু স্কুল ডিষ্ট্রিক্তশিং অসিদা পানশিনগদৌরিবনি ।

স্কুল কাউন্সিল্লরগী মখৌসু য়াম্না চাউই । মখোয়না ছাত্রশিংগী অশোয় অঙাম যেংশিন্দুনা অচুম্বা লম্বীদা পাউতাকপীননবা চেকশিন থৌরাং তৌদুনা লৈ । শম্না হায়রবদা অঙাং অমা মমা মপানা নত্ত্রগা মচে ময়াম্বা অমনা ফু চৈদুনা কিহল্লে হায়না খল্লসি । মদু কাউন্সিল্লরশিংনা অঙাংশিংদা তত্তনা মখোয়গী অহল লমন্না মতৌ করম্না লোয়নবীবগে হায়না ২ংগনি । মদুদা অঙাংনা মাবু ফুবী চৈবী হায়বা রিপোর্ট ফংলবদি খুদক্তা মমা মপাদুগী মথক্তা কেস হেক্তা লৌখৎলক্কনি । মরাল লৈরে হায়দুনা জেলদা থম্বা য়াই, ফাইন তৌবা য়াই, অঙাংদুনা মখোয়না পুখিবা য়াই । অঙাংশিংবু কিহন্দুনা মখোয়গী নুংগী শক্তি, ব্রাখলগী অমদি পৃক্লীংগী পাঙ্গল মাঙহল্লি হায়বগীদমক মমা মপাশিং অদু দণ্ডি পীবদা মতিক চায় হায়না লৌখিগনি । মখোয়না দেশকি তুংগী লন, বুদ্ধি, জ্ঞান লোইনা মাঙহল্লি হাযনা লৌগনি । মসিগীদমক স্কুল অমদি কলেজশিংদা কাউন্সিল্লরশিং থম্মি ।

লোইশিল্লকপদা ব্রাফম অসিমতং থম্বা য়াই মদুদি পব্লিক স্কুল অমদি প্রাইভেৎ স্কুলশিং অসি ঐখোয়না অমসু অমসু থমদবা য়ারোই । খৃষ্ট্যান মিশনরিশিংনা কন্না হোৎনদুনা আমেরিকাগী শিক্ষাদা মতেং পাংলকই, থৌদাং লৌরকই । অদুবু আমেবিকাদদি ঙসিমক ওইবিবা ফিভমদদি পৈশা ফনা য়াম্না থাদদুনা হোৎনরবসু পব্লিক স্কুলশিংগী মথক খোংনা প্রাইভেৎনা হেন্না অফবা মহৈ তম্ফম শঙ ওইনা উৎপদি ঙমদে । মফম অসিগী সরকাবনা শীল্লিবা প্রজাগী, কম্যুনিটিগী মখল মখাগী কমিটি নত্ত্রগা বোর্ডগী মিৎযেং অসিনা মতেং পাংশিনখিবসিনা পব্লিক স্কুলশিং, কলেজশিংনা পাম্বা হেনবতা নত্তনা অফ-ফত্তগী গ্রেডসু পব্লিক্লা ব্রাংই । ঐখোয়না অব্রা অনা অকি অখণ্ড নাইদনা নিয়ম চুম্না মণিপুরগী শিক্ষা য়েংশিনবগী মতম ওইরে। ঐখোয়না শেমজবা অঙাংশিংনা ঐখোয়গী শক্তম ওইজরকপা মশানা তাবনি । ঙসি পিক্রবা লৈবাক অসিনা কাংখোং চাইরিবসি ঐখোয়গী শিক্ষা শোযরে অঙাং শোয়না শোয়না শেমখে হায়বদু মশানা তাজবনি । প্রাইভেৎ স্কুলগী লুপা ১৫০০, ২০০০, ৩০০০ তলব্ চাবা ওঝাশিংনা সরকারগী স্কুলশিংদা তাকপা ওঝা লুপা ১০,০০০, ১৫,০০০, ২০,০০০ পীদুনা থম্বা ওঝাশিংনা তাকপিবনা হেন্না ফত্তে হায়বসি কয়াদা লানথ্রবা ব্রানো ?

মরম অসিনা ঐখোয়সু প্রাইভেৎ স্কুল মুখৎহন্নীংদে । আমেরিকাগী প্রাইভেৎ স্কুল

মুথৎসি হায়না য়েৎনরকপা মতমদা মথাগী থরসি য়েংবা য়াই " **After world war II an unsuccessful effort was made in origin to abolish all private elementary schools.Had it succeded the prohibition might have been extended to all private education. The supreme court in the Oregon case held that this would have been a denial of the right of parents to direct education to their children. P. 513. A history of American Education by Good Harry Gehman and James D Teller.**করিগুম্বা হায়রিবা কেশ অসিদা সরকারনা গুমদুনা প্রাইভেৎ কী ইলেমেন্টরি স্কুলশিংবু ওরেগোন্দা হেক মুথৎলম্বদা আমেরিকাগী প্রাইভেৎ এজুকেসন লোইনা মুথৎলমগদবনি। অদুবু সুপ্রিম কোর্টনা শিক্ষাদা অথিংবা পিবসি ছাত্রশিংগী মমা মপাগী মফমদা শিক্ষাগী নীংতম্বগী অথিংবা পীবনি হায়না লৌই। মথাসু তারি "**The powers not delegated to the United States, nor prohibited to the States, are reserved to the states, or to the people" ibid (Amendment X) P. 514** অসুম্না ইউ.এস. তা শিক্ষাগী শক্তি অদু তোঙান তোঙানবা ষ্টেটশিংদা অমদি প্রজাশিংগী মখুত্তা মথোয়না হীরমসিদা থরদং ওইরবসু তৌজননবা শক্তি পীরি । মরম অসিনা খৃষ্টান স্কুলশিংনা শিক্ষাগী থবক অসি নীংথিনা পায়থৎলি। চুম্নগী আমেরিকাদা, প্রাইভেৎ স্কুল কলেজশিংনা অচৌবা থৌদাং য়াবতা নত্তনা পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদসু মথোয়না স্কুল কলেজ শিংদুনা প্রজাগী সেবা তৌরকই। মসি থিংবা য়াগনি নীংদে। তৌহনবা তাবনি, ঐথোয়সু তৌবা তাবনি। মরুওইরিবদি ষ্টেণ্ডার্দ অমা থমদনা পঙতৌ তৌরিবসি থিংবা য়াননবা নিয়ম অমদি শেমগদবনি। কলাগী, বিজ্ঞানগী, হকচাংগী, সংস্কৃতিগী, খুৎশা হৈবগী অঙাংশিংগী তুংগী য়েংদনা পৈশা তানবগী মওংদা শঙোয় খৃদিং স্কুল লিংথৎলিবা অসিনা মরুফংনা সমাজ অসি মাঙহল্লরগনি। মরমদি অঙাংশিংনা সব-ষ্টেণ্ডার্দগী লাইরিক মতম্বী অমা য়ুমথোং খৃদিংগী শেন্দানফম কারবার ওইনা পায়থৎনরক্রে।

● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ●।

## ইলেমেন্টরি স্কুল

তাং২১/৮/২০০৪ইং

মথক্তা পনখ্রে। ব্লুমফিল্ড স্কুল ডিষ্ট্রিক্তা ইলেমেন্টরি স্কুল ৬ থক্তা লৈ। ঐনা লৈরিবা

ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড ৫৩৫৪ গী ইলি ইলেমেন্টরি য়েংবা চৎলি।

তৌরম্লিবা থৌরাংশিং অদু উরগা হায়ঙমদনা নুংশিবা পোকই। ঐখোয়গী স্কুল মখোয়গী স্কুল কয়াদা খেন্নখ্রবা ? অহানবদা স্কুলগী মওং খরদং য়েংসি।

**মফম : 5475 West Maple Road. West Bloomfield MI 48322**

**মমিং : ইলি ইলেমেন্টরি স্কুল**

ছাত্রগী মশীং : ৬৭৫ ( ২০০৪ )

স্কুলগী থাক : কিন্দরগার্টেন টু **III, IV,V,VI** ষ্টেণ্ডার্দ।

স্কুল এডমিনিষ্ট্রেসন ডিপার্টমেন্ট:-

ক) জেনরেল ইনফোর্মেসন ডিপার্টমেন্ট

খ) স্তাফ ডিরেক্তরি ডিপার্টমেন্ট

গ) ক্লাসরুম কোর্নর ডিপার্টমেন্ট

ঘ) মেডিয়া সেন্টর ডিপার্টমেন্ট

ঙ) ইলি পি.টি.ও. ডিপার্টমেন্ট

চ) ষ্টুদেন্ট রিসোর্সেস ডিপার্টমেন্ট

ছ) পেরেন্ট রিসোর্সেস ডিপার্টমেন্ট

জ) ইলিজ পেরেন্ট কিদস কন্নেক্সন ডিপার্টমেন্ট



লীলীয়ানগী ক্লাসতা অইবা ( ফোটো ডা: ললিত )

ঝ) ইলি নিউজ ডিপার্টমেন্ট

স্তাফ মেম্বরশিং :-

১) প্রিন্সিপাল :- ১ ডাঃ জুদি পেন্দরগ্রাস

২) সেক্রেটরি :- ২

৩) কিন্দরগার্টেন :-৩

৪) ফাষ্ট গ্রেদ :- ৪ - ক্লাস I

৫) সেকেণ্ড গ্রেদ :- ৫ ক্লাস II

৬) থার্দ গ্রেদ :- ৪ ক্লাস III

৭) ফোর্থ গ্রেদ :- ৪ ক্লাস IV

৮) ফিথ্ গ্রেদ : ৪ ক্লাস V

৯) অউটিষ্টিক টিচর :- ২

১০) ই সি ভি ভি টিচর :- ১

১১) সাইকোলোজিষ্ট :- ১

১২) আর্লি ইন্টর্ভেন্সন :- ১

১৩) বাইলেঙ্গুয়েল টিচর :- ২

১৪) স্পিচ পেথোলোজিষ্ট : - ৩

১৫) রিসোর্চ রুম টিচর:- ২

১৬) সোসিয়েল ৱার্কর :- ১

১৭) রিদিং কন্সলটেন্ট :- ১

১৮) মেদিয়া কন্সলটেন্ট :-১

১৯) আর্ট টিচর :- ১

২০) ফিজিকেল এজুকেসন টিচর :-১

২১) ম্যুজিক টিচর :- ১

২২) স্ট্রিংস টিচর:- ১

২৩) বেন্দ টিচর : ১




ইলি ইলিমেন্টরি স্কুলগী প্রিন্সিপাল ডাঃ জুদি পেন্দরগ্রাসকা লোয়ননা মাগী ওফিসতা নম্বা ফোটো।
(ফোটো - ডাঃ ললিত সিংহ)

অপূনবা টিচিং স্তাফ ৪৭ অসিগী মথক্তা পারাপ্রোফেসনেল স্তাফ হায়দুনা মখল মথেলগী বিষয়শিংগী থবক তৌবা মীওই ২১ অমসুং কষ্টিয়ান স্তাফ অহুম অমগা পূম্না

২৪ অমগসু লৈ ।

ইলি ইলেমেন্টবি স্কুলদা মখাগী হীরম খরসি ট্রেনিং পীগনি ।

১) বোল রুম ডান্সিংগী অহৌবা শকক ব্রালজ, ফোক্স ট্রোট, রুম্বা, স্বিং, চাচা হায়বা জগোয়শিং তমগনি । মসিনা কনাগুম্বনা পুনশি চুপ্পা মথৌ ওইনা জগোই শাখিনবগী তাঞ্জা পীগনি ।

২) ইন্টর্মেডিয়েৎ বোলরুম ডান্সিং :-

ক্লাস অসিদা জগোই মখল তাঙ্গো অমসুং মম্বা অসিনচিংবা হাপচিল্লক্কনি । খোঙথাঙ অমসুং টেক্নিক খবা কূপশিল্লক্কনি ।

৩) বেল্লি ( Belly ) ডান্সিং :-

এলাইনমেন্ট, কাউন্টিং, বেসিক বিদম, বেসিক মুভমেন্ট, ডান্স কম্বিনেসন মথং মথং তমগনি । ভাইল, কেনচৈ, তম্বৌবিন, সোর্ড (থাংশাং), ফিঙ্গব সিম্বাল পায়দুনা জগোই শাগনি ।

৪) ইন্টর্মেডিয়েৎ বেল্লি ডান্সিং :

ক্লাস অসিদা কম্বিনেসন কয়া হাপচিল্লক্কনি । বক্স শার্কি (city dance) বক্স বলাদি (country dance) হাপচিল্লক্কনি ।

যুমদা নুমিৎ খূদিং হোম বার্ক পীবক্কনি । অযেকপা লাইশিংদা মখল মখলগী মচু চপ চানা শঙউ হাযদুনা থৌদাবক্কনি । লৈ, উচেক, ঘড়ী, ফুবিৎ, কুবাক, হুই, অউবা পোৎ পূম্নমক যেক্তুনা মমিং থাবকউ হায়না থৌদাবক্কনি ।

লংগী কিশি লোনবা, লং পুনবা, ব্রাযাব পুন্সিন্দুনা লৈ পবেং, লীক পবেং শেম শাবা, মচু শঙবা মখল মখা কযাগী খূৎনা শাবা লৈতেংশিং অঙাংশিংনা হৈননবা তম্বী । সাবোন শাবা, মচু শঙবা, ইমুং মনুং মরুপ মপাংদা পীননবা খূদোলপোৎ শাবা তম্বী । খব চাউবশিং অদু কম্প্যুটবদা মখল মখাগী কার্দনচিংবা শাবা, সার্টিফিকেৎ নম্বনচিংবা হৈননবা তাকপী তম্বীগনি । এক্রোবেটিক্স অমদি যোগ তাকপি তম্বীদুনা মশাগী শাক্তেল নীংথিনা তৌদুনা নাদা য়েক্তনবা হোৎনগনি ।

ইউ.এস. তা অঙাং অমত্তসু ঈবোইবা হৈতবা য়াদে । মখোয়না স্বিমিং পুলদা চত্তুনা চাং নাইনা ঈবোইগদবনি । ঈবোইবা তম্নবা মফম নীংথিনা শেমদুনা থম্মী । ওজাশিংনা লমজিংদুনা হাপ্তাগী নুমিৎশিং শেমদুনা ছাত্রশিংনা মাগী মাগী নুমিৎ থোকপদা চত্তুনা তমগদবনি । মফম অসিদা শান্নবুংদা, ঈরোইফমদা, লাইয়েকফমদা, স্কুলদা অঙাং খৎনবগী ব্রাথোক থোইনা লৈতে । অঙাংগী লমচৎ ফজনা শেমগৎপি । কা খূদিং কম্প্যুটরাইজ তৌববা অঙাংগী স্কুল অসিগী কাশিং মরাঙ কায়না য়াম্না চাউনা মথং মথং শাদুনা থমখ্রে । অঙাংশিংগী মপোৎ মচৈ থমজনবা উপু অমমম পীরি, অহানবদা হেক য়ৌরকপদা কোট, ছাটিন, অচা অথক্কী পোৎ থম্নবা অমা হান্না থম্বী । মথংদা ক্লাসকা মবী লৈনবা পোৎ চৈ লাইরিক লাইশু চে কলম শান্নপোৎ মখল মখা থম্নবা পী ।

ক্লাসতা অঙাং অমগী ফমফম তোঙান পীরিবা অদুদসু কপবোর্ড অমদা মপোৎ মচৈ হাপ্পনবা পী। শান্নফম ফজনা লৈ। ময়াম পূন্না চাক চাফম নীংথিনা লৈ। ওফিস মখল মখা, ডিপার্টমেন্ট কয়াগী কাশিং লৈ।

ওঝা অমগা ছাত্র ১৮ দগী ২৪ না থ্বায়দগী চাউনা ক্লাস পী। তোঙান তোঙানবা বিষয়শিং নত্তনা জেনরেল ওইবা বিষয়শিংদি ওঝা অমমমতনা সবজেক্ত লোইনা লোইনা তাকই। ওঝাশিং য়াম্না রিসোর্সফুল ওইবগী মথৌ চঙই। সাইন্স, অঙ্ক, লিটরেচর, সোসিয়েল সাইন্স, কম্প্যুটর লোইনা ওঝা অমনা তাকপা তাই। স্কুল অসিগী মোত্তোদি **“Our School committed to providing a safe and supportive environment that promotes lifelong learning, empowering students to be productive, responsible citizens in our diverse world.”** স্কুল মনুংদা লোঞ্জদা নীংথিনা প্লেৎতা থাত্তুনা শাদুনা থারি, থেৎলি। অসুম্না অঙাং ওইরিবা ছাত্রশিংবু পুনশি চূপ্পগী থাংলগদৌরিবা খোঙথাঙ অদু উত্তুনা মচাক চেনবা, থৌদাং খঙবা শক্তি লৈবা মখল মথেল চয়েৎনরবা পৃথিবী অসিদা মায় পাক্না লাম্লেংনবা ঙম্নুনবা মওংগী শিক্ষা অদু পীরিবনি হায়না মখৌ পোঙনা লাউই।

৫) কিক বোক্সিং / স্টেপ কোম্বো :-

অঙাংশিংগী হকচাং ফগৎহন্নবতা নত্তনা মশান্না অসিগী তুংদা ওইরকপা য়াবা করি লৈবগে হায়বা য়ুন্ফম অমা শেম্বীবা ঙম্মনবা তম্বীগনি।

মসিগী মখত্তা স্কুল ডিষ্ট্রিক্তকী থৌশিল মতুংইন্না দে ক্যার, প্রি স্কুল, কিদ ক্লব, আর্লি ওপসন কয়া থৌরাং তৌরি। লোয়ননা অফতব স্কুল এনরিচমেন্ট এণ্ড বিক্রিয়েসন প্রোগ্রাম থমদুনা স্কুল ছুটি ওইখ্রবদসু তম্মীংবা সবজেক্তশিং তম্মনবা চেকশিন্না শেম্মী।

মিং চনবগী থবক, অতৈ থবকশিং পূম্নমক কম্যুনিটি এজুকেসন ডিপার্টমেন্ট ওফিসতা মাঙজৌননা চহি হৌদ্রিঙৈদগী হান্না রেজিষ্টাব তৌহৌগদবনি। এড্রেসতি ৫৮১০ কর্ম্মস রোদ, বেষ্ট ব্লুমফিল্ড এম আই ৪৮৩২৪ নি।

স্কুলশিং অসিগী স্কুল বসশিংনা নত্তগা তেক্সীনা অঙাং থিন্দোক থিঞ্জিন তৌই। মতম চপ চপ চানা চৎলি, অমসুং হল্লকই।

স্কুলদা মতম চানা চানা লপ্ত পী। লপ্ত ফী ডোলার ২ নি। হান্নবা ডোলার ২০ এডভান্স পীদুনা চানা য়াই। নত্ত্রগা নুমিৎ খুদিং ডোলার অনী অনী থীদুনা চাবা য়াই।

স্কুল অসিদা কম্প্যুটর মরাঙ কায়না শীজিন্নদুনা মরুওইবা লৈতবা য়াদদুনা লৈরিবা কাশিংদি মখাগী অসিনি : ১) প্রিন্সিপাল -১

২) প্রিন্সিপালগী এডমিনিষ্ট্রেসন অমদি এসিষ্টেন্টকী ২

৩) কমিসনার মেডিয়া রুম -১

৪) মেডিয়া এসিষ্টেন্ট রুম -১

৫) মেডিয়া সেন্টর ( অচৌবা ) -১
৬) প্রি স্কুল -১
৭) কিণ্ডরগার্টেন -৫
৮) লোবী -২
৯) ম্যুজিক -১
১০) জিম্নাসিয়ম -১
( খ্বাইদগী চাউবা রুম পূম্না চামিন্নবগী মফমসু ওই )
১১) রিয়ার লোদজ -১
১২) ক্লাস রুম -২৫
১৩) ষ্টোর রুম -১
১৪) পার্কিং ব্লোক -৩

( স্কুল স্তাফ ডাইরেক্তরি ২০০৪ ইং )

অসিগী মথক্তা অঙাংগী শান্নফম পার্ক অমসুং লাইব্রেরি নীংথিনা থম্মী। ইলেমেন্টরি স্কুলগী থৌরাং অসি উরুবদা অঙাং অমত্তা লেম্না মাঙনিঙাই লৈতে হায়বসি উরকই। য়াম্না মরুওইবা খঙহৈবনা ইলেমেন্টরিদা ওঝা ওই। মসিগী মরমদি মফম অসিদা ওজাগী পোষ্ট কনফার্ম লৈতে। মাগী মাগী ক্লাস অদুদা কন্ট্রেক্ত তৌদুনা লৌবনি। মতিক চাবনা য়াম্না ফংবা, য়াম্না শুবনা য়াম্না ফংবা অসুম্না চৎনৈ।

তাং ১৪/৯/২০০৪ ইংগী নুংথিন্দা ইন্দি ইলেমেন্টরি ষ্টেগুর ব্রানগী রুম নম্বর ১২ দা গার্জিয়ান লাকপিয়ু হায়বা বার্তন অমা উই। ইচানুপাদুনা মচানুপী চহি ৬ শুবী অদুগী গাি য়ান ওইনা চৎকনি হায়বদুদা ঐসু চৎনীংই হায়। মানা য়াগনি হায়দুনা চৎলি। বার্তন্দু পারুই। পূং ৭ তগী ৭.৩০ হায়না থায়। চপচানা চৎপদা মিনিট ৪ রোম ঙম্না কাদুথিদুনা চঙই। হান্না অং ২১/৮/২০০৪ ইন্দা চত্থুনা য়েংবদদি কুপ্পা য়েংলম্ভে। হন্দক্তি মিৎসু লাওথোক্তুনা য়েংই। নহান অমুক উথিদবগুম খল্লি। বার্তন্দা মরোল ইরি। বার্তনগী চেদু অপাকপা চেনা মরীনি। লমায় অমদা নখোয়না লাক্লগা, নরম্নাই, ওঝা উম্নরে হায়দুনা ব্রারী অমত্তা শারকপা য়ারোই। ব্রা অমত্তা ঙাঙবা য়ারোই। ঙাক্তুনীংলগা ইরকউ। ঐখোয়না এপোইনমেন্ট পীগনি হায়। ঙাইহক্তং খল্লি। নুংঙাইরকই। বার্তন মতা অমনি।

পূং তাবগা হেক্তা হৌই। কার্ড তরামুক পায়রগা পোইন্টশিংদু মথঙ মথঙ ঙাক্তুই। চহি ৫৪/৫৬ কী নুপীনি। চৌকি নাইদে। লেবকী কাদু কম্প্যুটর ৬ লৈ। লাইব্রেরি উপু অহুম ইচাই চাইনা হায়বদি লাপ্পনা থম্মী। মায় মিৎ তাফম কোল লিক চাম্ফম ব্রাটর

পোইন্ট, ব্রাটর বেজিন ৫ লৈ । অঙাংগী ফম্ফম ( ঐখোয়গী সোমদা লৈত্রি)মফম মরী তোঙান্না থম্মী । ব্রেক বোর্ড মচা মচা খিল্লি । (হ্বাইট বোর্ড হায়রগা চুম্মী, ঙৌই ) । অঙাংশিংগী ফম্ফম চৌক্রি মচাশিং মশা মশাগী উপু য়াওবা টেবলগা থম্মী । পারা পাহনবগী, ঙৈরাইহনবগী, ফিজেৎবী , বুক য়েংবীবগী, চাবগী, শান্নবগী, বস লাকপগী, অঙাং শেন্নবীবগী , হল্লকপা য়েংশিনবীবগী লোইনা মথং মথং হায়রকপশিং অদু য়াম্না চেকশিল্লী । ঐনা নুংঙাইখিবা ইকাইখিবদি অঙাংগী মখূত্তা পায়গনু ( হন্না হন্না হায়), শমদুনা চৎকনু, পমগনু, পোগনু হায়না কন্না হায় । ইশুশিংদু য়ুমদসু, স্কুল হল্লকপদসু মখূৎ শমগে য়াদবগী শাওনীং শাওনীং তৌদুনা লৈবম্বনি । নুমিৎসিমক্তীসুনি। য়ুমদগী মিটব ১৫০ বোম চৎলগা অঙাংশিংদু তাং ১/৯/২০০৪ ইংদগী ঐনা ওকপা চৎলি । নুমিৎ খূদিং বসতগী কুমথবকপদা মখূৎনা অয়াম্বা ওইনা হেক লাপ্পা থাঙত্তুনা ঐবু ওকই । ঐসু থাঙৎলি । চঙশিল্লগা মখূত্তা পায়গে তৌবদি শুকয়া যাদে । নুংশিদুনা মনমদা পায়গে তৌববসু হেক্তা চখোকখি । ঐখোয়গী চৎনবীগদি খেন্নববনিনা নুংশিবা ব্রাৎহল্লি । ব্রারৌই । মখোয়নসু নুংশিবা ব্রাৎপজাৎনি অসুম খল্লি । অদুবু ওঝা অদুগী ব্রাদু তারগা ইকাইরকই । অঙাংশিংবু মশাগী ডিগ্নিটি, ইতিকেৎ ঙাক্লা অচৌবা লমজৎ শাজৎ ওইরক্লবা মশাগী ঈজ্জৎ ঙাক্লা থম্বীয়ু । "দোন্ট তচ ইন এনি কেস, দোন্ট তচ", ওঝাদুনা মখোয়বু মনীং তম্না থাদোকপীয়ু হায় । ঐখোয়গী চৎনবীগী মতুংইন্না ক্বা চারগা, চুরুট বেড়ীথক্ক গা, পিশক পিক্কি বা অঙাংদুদা নুংশি হায়দুনা মখজাইদা চুপ্পদগী হেন্দোক্কুনা মচিন্দা চুপ্পদু উরকই । নাতোন্দগী হোন্দোরক্লিবা ক্বাগী, চুরুট বেড়ীগী, য়ুগী মনমদুনা অঙাংদুদা করি ওইরিগবা !

ওঝাদুনা হায় "অঙাংশিং অসি মমা মপা ওইবীরিবা নখোয়না পান্নিবা অদুমক ঐনা হেন্না পামজে । চহি ১৭ ক্লাস অসিদা লাইরিক তাক্লক্লবনি । ঐগী ছাত্রশিংদু হায়স্কুল, কলেজ লান্দুনা ইউনিভর্সিটিদা তম্নখ্রে, ইউনিভর্সিটি লোইশিন্নখ্রে । মসিনি ওঝা ওইবগী নুংঙাইজরিবা । থবক য়াম্না চিল্লি ।য়েংবিয়ু অদুদগী অঙাং ময়াম্না য়েকপা, চপ্পা, শাবা লাইশিং, নম্বরশিং, ফোটোশিং মথং মথং ফক্লাং থন্না শেমদুনা থেৎলিবসি । (ফক্লাং মপা অমত্তা হাংদে, লং তিংদুনা কা ময়ামদুদসু পরেং শানা য়াল্লি, ময়ামদু য়েংহল্লি ) । অদুনা নখোয়না করিগুম্বা ব্রাহং অমতং হংনীংলকপা মতমদা ফোন নত্রগা ই-মেলদা অয়ুক পূং ৬/৭ অমসুং নুমিদাংব্রাইদা পূং ৮/৯ দা তৌবীরকউ । মতম অসিখত্তা ঐনা শংজৈ । অতৈদি ঐগী কাসিদা অঙাংগী পারাগা মরী লৈননা অসুম থবক শুজে । তশেংনা ঐনা ঐগী থবকসিদা নুংঙাইজে ।

অদুগা ঐনা লৈমিন্নরিবদি অয়ুক্কী পূঃ ৮.০০ দগী নুংথিলগী পূঃ ২.৪২ ফাওবতনি। নখোয়না লেমহৌরিবা পুম্নমক অঙাংগা লোয়নবীরিবনি । অদুনা নখোয়না অঙাং হন্নকপদা মাগী প্রোব্লেম হংবিয়ু মাগী থাউ হাংদোক্কুনা লোইগ্রবা লাইব্রিক,নোটবুক লৌথোকপীয়ু । হৌগ্রবা হাপ্তাগী ঐনা য়েংগ্রবা বুক য়াওরম্বা অঙাং থেংনৈ ।অঙাং অদু মকোক শাগ্নমগনি - কান্নদবদা ব্রাই চিলহন্নমগনি । চৎলমদাইদা থাউ য়েংবিয়ু । ইমুং ইমুংনা ফজবা অচৌবা থাউ পীবীরক্কনু । পীবীগে হায়রগসু ঐনা পীজরিবা থাউ অসিগা মান্নবা পীবীয়ু । ফুরিৎথাউদা পৈশা হাপ্পীগনু । অচা অথক হেন্না হাপ্পীগনু । লঙ্কীদমক ব্রাবীগনু । ইলি ফ্লুলনা পীজরিবা লঙ্ক অসি নিউট্রিয়স ফূদনি । নীংথিনা চেক তৌরিবনি । মশক খঙদবা পোৎ চৈ চাবা য়ারোই । অতৈ অতৈদা পীবশিংদগী ঐখোয়গীসিনা হেনগদবতনি তাবদি শুক্তা তারোই । ফি মোৎহনবীগনু তোয়না হোংবিয়ু । মাগী মাগী উপুসিদসু অশাবগী,অঙৌবগী ফি শুরগা নীংথিনা থম্নবা পীবীরকউ । ( ছাত্র অমমমগী উপুদু নী।ংথিনা য়োৎনা শাবনি , ফূট মঙারোম ব্রাংগনি । পরেং শানা পূল্লপ পূল্লপ থংননা অঙাংগী মমিং থাদুনা ক্লাসগী ব্রাংমদা অস্তিরুমশিংদা থম্মী) ।

মচা মচাশিংদা পূক্লিং থৌগৎপা নুংশিবগী পাউজেল ইবিরম্মু হায়না হান্নমা চেনা অমমম অয়েকপা লাই অমনা কোইশিন্দুনা থম্রম্মী । ইনরম্মী । গার্জিয়ান লাক্রম্মী হায়বগী বুক অমদা সহি অমমমগা তৌনরম্মী । পূংখায় অমগী মিটিং অদু লোইবদা মাইক মচা অমগী খোঞ্জেলদা থেঙ্কস গিভিং পীরকই । অদু হেক লোইবগা ওজাদুনা ময়াম্বু খুরুমজরগা লোইশিল্লি । অদুদগী মমা মপাদা অঙাংদা শিন্নবা পীবা চেনা তরামুক পানবা অইবা নিয়মশিংদু পুদুনা ঐখোয় হন্নকই ।

• • • • • • • • • • • • • • •

## ওচার্দ লেক মিদল স্কুল

**OLMS Mission statement.**

**The mission of Orchard Lake Middle School is to inspire in all students the joy of learning and to install an appreciation of self and others by providing an integrated curriculum, high expectations and a caring environment, in order to prepare them intellectually and emotionally for the complexities of an ever changing world.**

ওচার্দ লেক মিদল স্কুলগী য়াইফ পাউজেলদি ছাত্র পূম্নমকপু অমগা অমগা মরী লৈনবা মপূম ওইবা করিকুলম অমা পীরগা, অৱাংবা আশা অমসুং নীংথিনা পুনশিগী ফিভম অমদা পুরক্তুনা মখোয়বু জ্ঞানগী, থমোইগী ওইবা থৌরাং অদুনা মখোয় মশামকপু অমদি অতোপ্পশিংবু শকথঙজবা ঙমহন্দুনা তত্তনা হোংলক্লিবা সংসার অসিবু চূশিন্নবা লেনবা ঙমজনবা মওংদা মহে মশিং তক্বগী নুংঙাইবদু ফংহন্দুনা পূক্নীং থৌগৎপীবা অসিনি।

স্কুল অমসুং কম্যুনিটি ডেস্ক্রিপসন :-

ওচার্দ লেক মিদল স্কুল হায়বসি মিচিগান ষ্টেটকী ব্লুমফিল্ড স্কুল ডিষ্ট্রিক্ত লৈবা স্কুলনি। স্কুল অসিদা ছাত্র ৭৫৩ লৈ। ছাত্রশিং মখোয় মখোয়গী পুনশিদা করিনা হৈনদুনা চৎথিগদগে হায়বসি থঙজনবা মখোয়দা বিষয় য়াম্না তশ্বীনবা হোৎনৈ। মতিকচাবা ওঝাশিংনা মাগী মাগী সবজেক্তশিং মমুৎ তানা তানা তশ্বী। মথাদা মখোয়গী বিষয়শিং উৎলি :-

অহানবদা ছাত্রশিংনা মরুওইবা লেঙ্গুয়েজ, আর্টস, সোসিয়েল ষ্টদিজ, সাইন্স অমসুং মেথমেটিক্স মরি অসিগী ক্লাস মরি হান্না থমগনি। মসিগী মতুংদা ক্লাস অহুম অমগা থমদুনা ক্লাস তরেৎ লৈগনি। ক্লাস অমদা মিনিট ৫০/৫০ না শাগনি। ব্রেক থমদুনা লঞ্চ পীজগনি।

ক্লাস গ্রেদ **VI** কী ইলেক্তিভশিংদি :

**Data : ( Instructional data** দা পীরি )।

**Dance,**

**Art,**

**Music technology,**

**Music appreciation,**

**Health,**

**Global Languages,**
**Fitness for Life,**
**Applied Technology,**
**Study smart,**
**Share,**
**Musical Theatre,**
**Computer Technology,**
**Band (2 levels),**
**Orchestra ( 2 levels),** | **Optional Courses**
**Beginning Choir,**
**Reading skill and strategies,**

**গ্রেদ VII / VIII কী ইলেক্তিভশিং :**
**Greek Mythology (7)**
**Writers Workshop (7) (8)**
**READ - (7)**
**News writing (7) (8)**
**Mythology from around the world (7) (8)**
**Year Book (8)**
**Journalism (7) (8)**
**Broadcasting News Theatre (7) (8)**
**Intermediate Computer Technology (7) (8)**
**Advanced Computer Technology (7) (8)**
**Applied Technology,**
**Internet Exploration (7) (8)**
**Intermediate music technology**
**Advance music technology**
**Jazz band**
**Film Score 2 / Production (7) (8)**
**Theatre arts I & II (7) (8)**
**Fitness for life (7) (8)**
**Art I (7) II (7) & (8)**

**Advanced Art**
**Orchestra (2 Levels) (7)(8)**
**Band (2 Levels) (7) Concert/ (8)**
**Choir ( 2 Levels) (7)(8)**
**Study skills**
**French (7) &(8)**
**Spanish (7)&(8)**
**Japanese (7)&(8)**
**Dance I & II (7)& (8)**
**Environmental Studies (7)(8)**



ওর্চাদ লেক্ মিদল স্কুলদা ব্রারী শানরগা নম্বা ফোটো প্রিন্সিপাল সোনিয়া জেমস অমসুং অইবা।
(ফোটো : ডা: ললিত সিংহ)

মতৌ অসুম্না করিকুলমদা হাপ্তুনা তম্বীরিবা হীরমশিং অসিনা অঙাংশিংবু মমিৎ মনা শিংহল্লি, পুনশিগী মহাও থঙহল্লি, লৈবাক মচা তাহল্লি অমসুং মীরক তিনবা হৈহল্লি। থঙদে ঐখোয়গীদি থজিক্তুং তম্বীবা অদুসু চহি অমগী মনুংদা বন্দ, স্ত্রাইক, অন্দোলোন, পরীক্ষাগী ছুতি ময়াম অসিনা মাঙহনখিবশিং অদুগী ক্লাস অমতসু ফুকৎপীবা নত্তে। অসুম্না ঐখোয়গী অঙাংশিংদি ইং ১৯৬০ গী অদুব্রাইদগী ঙসি ফাওবা লাইরিক নীংথিনা

তম্বীরক্তি হায়বা য়াই । অমরোমদা আমেরিকাদা তৌরিবসিদি পরীক্ষা ফেল ওইবা হায়বসু নাইদে,হৈহন্দনা তোকপসু নাইদে । মখোয়গীদি কনাগুম্বা ছাত্র অমনা মানা খর হৈনজদদুনা খর শোম্বা হীরম অদু ওঝানা হৈননবা ,মসিগীদমক পেরিওদ শেমদুনা হৈত্রিবা ফাওবা তাকপীগনি, অদুগা পাস তৌহনখিগনি । অঙাং অমনা ফেল ওইবা হায়বসি জাতিগী অচৌবা অমাঙবনি হায়না মখোয়না লৌই ; অদুগা তাকপীরিবা ওঝাশিং অমসুং মহে মশিংগী মরমদা শীল্লি লাওলিবা কাঙবুনা ইকাইজদুনা ব্রানা থাঙজে । মখোয়না থাগী চহিগী লেপ্তনা মিটিং তৌদুনা অব্রাৎ অপা পূম্বা মেনখৎননবা নৈনৈ । ময়ামগীসু নৈনৈ,মী অমমমগীসু নৈনৈ । তশেংনমক ঐখোয়গীসু অহল লমন, রাজনীটিয়ালা, ডাক্তর, ইঞ্জেনিয়ার,পুলিস,সিফাই, লল্লোল ইতিক তৌবা লোইনা পুন্দুনা খন্নবা মতম য়ৌরে । তৌজসনু হায়দুনা খন্দোকপা চুমদ্রে ।

স্কুল ওজা মশীং :-

স্কুল অসিদা লৈবা ওজাগী মশীংদি :-

**Principal - Ms Sonia James**

**Staff - 52 Teaching Staff.**

অসিগী মথক্তা পরাপ্রোফেসনেল কাউন্সিলর্স,সাইক্রিয়াত্রিষ্ট , অসিনচিংবা ময়াম অমা থম্মী । স্কুল এডমিনিষ্ট্রেসনগী স্তাফশিংসু চাউনা লৈ । সেক্রেটরি অমসুং মাগী স্তাফকী অচৌবা ওফিস লৈ থবক পূন্নমক সেকেণ্ড অমত্তা মাঙহন্দে । প্রিন্সিপালগী পার্সেনেল এসিষ্টেন্ত অদুগী নাক্তা কম্প্যুটর অমদি টেলিফোন ময়াম অমা কোয়শিন্দুনা থম্মী । ঐখোয়না উননবা হায়বশিংদু মফম অদুদগী এপোইনমেন্ট লৌই । হান্নবা এপোই ।মেন্ট লৌদ্রবসু ঐখোয়না (ললিতনা)মাগী অঙাং অনী ব্লুমফিল্ডদা তম্মী,মথংদা মফমসিদা থমগদবনি,গার্জিয়ান্নি হায়বদগী,মতম ঙাইহাক্তং পীরকই । প্রিন্সিপালদু মিটিং অমদগী হল্লকপনি । স্কুলদুগী মিটিং রুম অমদা ফম্বনি । মিটিং লোয়রগা ঐখোয়না ঙাইবগা মিনিট ২ / ৩ খক্তা নহা ওইরিবী কুচু মুবী নুপীমচা অমা হেক থোরকই । ব্রারী শাবা লোয়রগা ফোটো নম্বা য়াত্রা হায়না হংলুবদা 'দেন আই এম গ্রেট,আই এম বিগ' ,ঐবুনা ' ক্লেজ অপ ' হায়না হরাওনা তৌরকই । য়াম্না ফ্রি ওইহল্লি ।

স্কুল অসিগী চামদা ৬ খক্তং অতোপ্পা স্কুল ডিষ্টিক্তশিংদগী লাকপনি । অসুম্না লাকপা ছাত্র মশিং ৪৭ খক্তনি । অতৈদি ডিষ্টিক্ত অসিগী ছাত্র ঙাক্তনি । হৌখিবা চহিগী রেকোর্ডতা স্কুল অসিদগী হৌখিবা ছাত্রশিংগী ৯৭ পারসেন্টনা হায় স্কুল লোইদুনা কলেজ তমখি, ইউনিভর্সিটিদা লাইরিক মখা তমথনখি । অসিগুম্বা মিসন ষ্টেটমেন্ট অসি স্কুল অসিগী স্তাফনা ইং ২০০৩ গী নীংথম থাদা থিজিন্দুনা পুথোক্লিবনি । ওঝাশিংনা থিদুনা পুথোকপা দাতা য়াম্মী,ইলেমেন্টরিদসু য়াম্মী । হীরম কয়ামুক্তা থিজিন্দুনা মমা মপাগী , অঙাংগী,তম্বীবগী অমদি মখোয়গী কান্নবা ফংবগী মরমদা নৈনৈ অমসুং চহি হৌরকপদা পুথোক্তুনা খঙহল্লি । অঙাংশিংনা অক্ষনা কদায় ফাং

হেন্না হৈনবনা কয়ানো,সাইনতা হেন্না খূৎলোইবনা কয়া

কয়ানো,ইবনা হেন্না হৈনবনা কয়ানো লোইনা পুথোকই । মমা মপানা মচাগী মফমদা থম্বা হীরম কয়াগী মনুংদা করিনা হেল্লি করিনা হেন্দে হায়বা অদুসু পুথোকই । ছাত্রনা করি করি তম্বীবা পেন্দে,করিনা পেল্লি অদুসু পুথোকই । অঙৌবশিং,অমুবশিং অফ্রিকা আমেরিকানশিং,এসিয়ান ইন্দিয়ানশিং মথং মনাও লোইনা কনানা হেন্না হীরম পূম্বদা করম্বা কাণ্ড্লূপ্না মার্ক হেন্না ফংবগে অদুসু পুথোকই । ছাত্রশিংনা মশাগী জ্ঞান শীজিন্নদুনা মশাগী পুনশিবু মতোমতা লেপচবা মীপান তাংদবা ঙমগনি ঙম্রোই,মথক্কী হায় স্কুল ক্লাসশিংদা তম্বদা অকিবা লৈগদ্রা লৈরোইদ্রা অসিনচিংবা লোইনা দাতা শেমদুনা নৈনৈ। অদুদগীসু মথক্তা ছাত্রশিংনা ক্লাসতা লাইরিক পাত্রা পাদত্রা,য়ুমদা লাইরিক পাত্রা পাদত্রা,হায়বদুসু দাতা শেমদুনা থিজিন্দুনা লোইনা পুথোকই । হীরমশিং লোইনা থাবা ঙম্রোই । ষ্টেটিসতিক্সটি মতাং অসিদা অমত্তা উত্রে । থিজিনবা কনবা নহারোলগী মথৌ তারে । অই বগীদি আমেরিকানশিংনা ওঝা ওইবা মতমদা লৌরিবা থৌদাং ময়াম,অদুগা অঙাং অমা শেন্নবা মতমদা য়েংশিল্লিবা মিংয়েং ময়াম অসিগী মমি অমা ঐখোয়গী মমা মপা ওইবশিং; ওঝাশিং,মরুওইনা শিক্ষাগা মরী লৈনবা পূম্নমক্কী পূক্লীংদা অচিকপদা তুমিন্না ফম্বা মতমদা খন্থহন্নীংবগী ইঙ্গিৎ অমতং উৎপনি । স্কুলগী ওইনা অঙাং অমত সু ফেল ওইহন্দে । ক্লাস খূদিংমক এসেসমেন্ট পী । ঐখোয়গীদি H/S পরীক্ষা অসিমখক্তং এসেস তৌবদা কয়াদা ব্রাজরিবা । ঐখোয় খন্থরগা থবক পায়খৎপা মতম ওইরে ।

ওচার্দ লেক মিদল স্কুলগী থোইদোকপশিং :-

ওচার্দ লেক মিদল স্কুলদা তম্বা হীরম য়াম্মী । শম্না শম্না খরা য়েংসি ।

১) ব্রাইল্দ ফ্লাব্রার পেন্টিং :-ছাত্রশিংনা ডোলার ৩৫ গী ফি থীগনি । অদুগা ইঞ্চি ৫" x ৭" উগী প্লেক অমা নীংথিনা য়েকপা,হকপা লোইরগা য়ুমগী লৈতেং ওইননবা পুথিগনি । মদুদা লৈসু আদরগুলাপ,ঈশিং, বেকগ্রাউন্দসু য়াওনা যেক্কনি । ডোলার ১৫ না প্লেক্কী উগী মমলনি,ডোলার ২০ না ওঝাগী ফিসনি ।

২) থ্রি-পার্ট স্তেন্সিলিং :- মসিনা পোইন্ট স্তিক্স অমসুং পোইন্ট পোটশিং (চফ্ )শীজিন্নগনি । প্রোজেক্ত অনী থমগনি । অনীমক ছাত্র অমনা মপূংফানা লোইগদবনি । ডোলার ৩২ থিগনি । মচাক্কী ডোলার ১০ অদুগা ওঝাগী ফিস ডোলার ২২ নি ।

৩) পেপর এম্ব্রোশিং :- চেগী মখল মথেল শাবা তমগনি । অকংবা,অচোৎপা অমদি মৈদা শাহল্লগা শাবা মখল অহুম তমগনি । ধাতু অমদি প্লাস্তিক্কী থবকসু য়াওগনি । ডোলার ৩২ থীগনি । পোৎকি ডোলার ২০ নি অদুগা ওঝাগী ফিনা ডোলার ১২ নি ।

৪) পিকচর ফ্রেমিং :- অঙাংশিংবু ফোটো, আর্ট প্রিন্টিং, পোস্তর অসিনচিংবা অতৈ অতৈ কার্ড সার্টিফিকেৎনচিংবা ফ্রেম চন্দুনা থম্বা পাম্বশিং অদু হৈহনগনি । দুকান্দা চত্তুনা চনবদগী চামদা ৫০ চামদা ৬০ পৈশা কনগনি । মশানা পামজবা ৮" / ১৪" ফোটো নত্তগা লাই অমা পুরক্তুনা ১১" x ১৪" নীংথিবা ফজবা ফিবাল মচু রং শঙদুনা য়ুমদা পুখ্রগা য়ুমগী লৈতেং ওইগনি ।

৫)স্বারোভস্কী অমসুং শিলভর ব্রেসলেৎ অমসুং নাচোম :- ক্রাইস্টাল্ অমসুং শিলভর ব্রেসলেৎ অমসুং নাচোমশিং শাবা ঙম্মী। মশাগী ব্রায়ার কন্তর অমা পুরক্কদবনি। ক্রিম্পিং তুল অমসু পুরক্কদবনি। ডোলার ৪৫ থিগনি। মেতেরিয়েলগীনা ডোলার ২০ নি; ওঝাগী ফিনা ডোলার ২৫ নি।

৬) স্বারোভস্কী অমসুং ঙক্কী লিক:- মথক্কী মওংগা মাম্নৈ। শাগদৌরিবা লিক্কী মওং মচু মশা মশানা অপাম্বা খঙবা য়াই। ব্রায়ার কন্তর অমসুং ক্রিম্পিং তুল অমমম পুরক্কদবনি। ডোলার ৮৫ থীগনি। মেতেরিয়েলগী ডোলার ৩০ নি;ওঝাগী ফি ডোলার ৫৫ নি।

৭) ক্রোচিং :- আফগান ক্রোচিং হায়না কৌবা মখলগী মোজা লোনবনি। অঙাংগী কম্বল, চৌক্রিগী মথূম, ইন্নফি ওইনা মচা মশু মখল মখা লোনবা তমগনি। ডোলার ৩০ পোৎচঙগী থীগনি। ওঝাগী ফিনা চয়োল ৪ গী ডোলার ৬০ নি।

৮) মোজা লোনবা :- মোজা লোনবা অসিদি আমেরিকান স্কুলশিংনা অতৈ বিদ্যাদগী হেন্না মীগী পার্সেনেলিটি ফোংদোকই হায়না লৌই। অদুনা য়াম্না পূক্নীং থৌগৎলি। মশা মশাগী ড্রেস,খোজ্রাউ,স্কার্ফ, তুপী অতৈ অতৈ কয়া লোনবা তম্বী। পোৎকী ডোলার ৩ ০ থীগনি,ওঝাগী হাপ্তা ৪ গী ফি ডোলার ৬০ নি।

৯) সেভিংস অমসুং ইনভেষ্টমেন্ট ষ্ট্রেটেজি :- অঙাং অমবু করম্না পৈশা তুংশিনগনি,করম্না পৈশা তানগনি, করম্না পৈশা শীজিন্নগনি হায়বা অথৃপ্পা ব্রা তাক্কনি। মসিগী মতাংদা হীরম চামগী মথক্তা তম্বীগনি। লনাই পৈশানা লাইরিক তম্বা, য়ুম লৈবা, থবক্তগী পোথারগা শীজিন্নগদবা পূম্নমক অঙাংশিংদা খঙহনগনি। মতাং অসিদা চাওরাক্লা অঙাংশিংদা মখাগীশিং অসি খঙহল্লি।

১)মুচুয়েল ফণ্ড

২)ফণ্ড সেলেক্সন ক্রাইটরিয়া

৩)এডভান্স ফণ্ড ইনভেষ্টমেন্ট ষ্ট্রেটজি

৪)সোর্সেস ওফ ফণ্ড ইনর্ফোমেসন

৫)ফণ্ড ৱেভসাইটস

৬)নিউ এক্সচেঞ্জ ট্রেদেদ ফণ্ড (ETFs)

মখল ৬ অসিদা য়ুম্ফম ওইগনি।

১০) বেসিক্স ইন ইনভেষ্টমেন্ট :-( মরুওইনা নুপীশিংনা খঙদবা য়াদবা ):- ইং ২০১০ গী অরোইবদা লনাই মীওইশিংনা ডোলার ট্রাইলিয়ন্ ১২ তুংশিনবগী পান্দম আমেরিকান সরকারনা থল্লি। মরম অসিনা পৈশা তুংশিনবগী লমদা মরুওইনা নৌনা হৌগৎলক্লিবা অঙাংশিং থোইদোক্লা নুপীমচাশিংদ নীংথিনা তম্বীদুনা পৈশা চেকশিনবা মীওই অমমম ওইননবা অকনবা থৌরাং লৌখৎলি। ডোলার ১২ থীগনি।

১১) নঙবু কনামক্লি খঙ্গবগে ? :- নঙবু হরাও মথোই কানা মায়থোং মকা লাম্না লৈব্রনে ? নঙবু ঙসি ওইরিবা ফিভমদুদগী হোংদোক্তুনা অনৌবা পুনশি অমা হিংনীংব্রনে ? নঙ নশাগী নুংদা লোক্তুনা লৈরিবা অরোৎপা হৈশিংবগী শক্তি অদুগা শীংনজৌনে।

মদু নও চিংখোকউনে । নওগী দরকার ওইবা খুৎলাইদি নওসু ঐসু ঐখোয় লোইনবগী নুংদা পীরক্লবনিনে । লাকউ নুংগী শক্তিগী ব্লাকশোপ অসি য়াওরো অদুগা নওগী তূমদুনা লৈরিবা মপান্ নাইদবা শক্তিদু শীজিন্নজৌ। ডোলার ১৫ / ১৫ ক্লাস খূদিং থীগনি ।

১২)নশাগী ব্যুজিনেস হৌরো :- মায় পাকপা ব্যুজিনেস অমা তৌবা ঙম্মনবগী লম্বী তাক্কনি । কোপোরেসন,এল এল সি, S-Corp শিংদা থবক তৌবগী মওং, মশা মশাগী লৈবা শক্তিগা,তেক্সতগী সেভিং তৌননবা লম্বী, ব্যুজিনেস প্লান, পৈশা ফংফম, মী খোনবা,অসিনচিংবা কয়া তম্বীগনি । ডোলার ৩৫ থীগনি ।

১৩) কৈথেল্দগী পুন্নিংগী ভাবশিং তানশিনবা :- কনাগুম্বনা মখুৎ মশা হৈবা ,পোখোক লৈবা হৈশিংবা ওইরবসু মহাক্ল মাগী পোৎশিং অদু করম্না য়োনগনি,করম্না মীনা পামহনগনি , করম্না মী খোনগনি হায়বসি হৈবা তায় । মসিগীদমক হীরম মরিখোক্ল তম্বীগনি । ডোলার ৪৫ ক্লাস খূদিং থীগনি ।

১৪)লিদর্শিপ ট্রেনিং :-ছাত্র অমনা থবক্তা লুচিংবা হৈননবা অতোপ্পশিংগা লোয়নবা, খন্ন নৈনবা, প্রোগ্রাম শেম্বা অসিনচিংবা কয়া তম্বীগনি । চয়োল অনীগী ডোলাব ৩৫ থীগনি । মসিনা ছাত্রশিংবু নন্ প্রোফিত্তেবল ওরগেনাইজেসনশিংদা নীংথিনা থবক তৌবা ঙমহনগনি ।

১৫)মাইক্রোশোফট এক্সেল :-হান্ননা কি বোর্দ,মাউস, অমসুং বিন্দোজ শীজিন্নবা হৈববা ছাত্রশিংনা তমগদবনি । ন্যুমেরিকেল দাতাশিং শেম্বদা হৈশিংননবা ট্রেনিংনি । মেন্যুজ,আইকোন্স, ফোর্মেৎ স্প্রেদসিৎ, ফোর্মুলা ইবা, দাতা খন্দোকপা, চার্ট শেম্বা,ইদিৎ তৌবা,স্প্রেদসিৎ নম্বা, অসিনচিংবা তম্বীগনি । চয়োল মঙাগী ফি ওইনা ডোলার ১০৫ থীগনি ।

১৬) য়ুমগী ওফিস শেমগৎপা :-ক্লাস অসিদা মী অমনা মশাগী য়ুমদা ওফিস অমা চলাইবা হৈননবা তম্বীগনি । লৈজরিবা কাগী এরিয়া অদুদা পোৎ চৈ টেবল চৌকি রেক থম্বা, চে চাং নিয়ম নাইনা মাঙহন্দনা শীজিন্নবা , মী খোনবা থবক্কী প্রোগ্রাম শীন্দোকপা লোইনা তম্বীগনি । ক্লাস অমগী ফি ডোলার ৩০ নি ।

১৭) অরৈবা পোৎনা লৈতেংবা :- ঐখোয়না লৈজরিবা শক্তিনা মতৌ করম্না য়ুম অমদি কাশিংবু লৈতেঙ্গনি হায়বা অদু শেংনা নৈনদুনা তম্বীগনি । য়ুমকৈ পূম্নমক পোৎ চৈ থম্বা লৈতেং থম্বা হৈবগী মতুংইন্না য়েংবা নুংঙাইবা, ফজবা য়াম্না হেনগৎহল্লি । ক্লাসকী ফিদি ডোলার ১৮ নি ।

১৮) ফেব্রিক ক্যার এণ্ড প্রিজার্ভেসন :- ঐখোয়না শীজিন্নরিবা পোৎশিং অসি মাঙহন্দনা থম্বা হৈতে । পত্তুনা পুমদুনা মাঙখি । মসি য়াম্না লায়না পোৎ খূদিং মতম কুইনা ম্যুজম অমা ওইরক্লবা মওংদা থম্বা য়াই । ফিদি ডোলার ১৫ক্লাস অমদা থীগনি ।

১৯) ফেং-সুই :- চীনাগী কুই-মাগ ইন্টর্নেসনেল ফেং সুই হায়বা অদুনা সার্টিফাই তৌবা দেব্রা-স্ত্রিষ্টি মেরিমেন্না ক্লাস লৌগনি । মমল য়াম্বা পোৎ লৈবগী খণ্ডফম থোকপশিং,

দুকান তৌবদা পোৎ শিংকদবগী মতম্, য়ুম লৈবদা ইশাগা চান্নগদবা ফিভম অমসুং ওফিস,ফার্মনচিংবা তৌবদা কান্নগদবা মওংশিংগী খুত্তফম থোকপশিং তঙ্গীগনি। ডোলার ২৫ ক্লাস অমদা থীগনি।

২০)অয়োকপা মচাশিংগী মমা মপা:-মরুওইনা গার্জিয়ানশিংনা মচা লৈতদুনা নত্তুগা লৈনা লৈনা অঙাং য়োক্নুনা অঙাং শেম্বা মতমদা থেংনগদবা অরুবা,অৱাবা খুদোংথীগদবশিং অদু নৈনগনি। মতাং অসিদা হীরম মঙা থোক্লা (ক্লাস মঙা থোক্লা) নৈনৈ। ক্লাসশিংগী ফি ডোলার ১৫,ডোলার ৬০, ডোলার ৩০, ডোলার ৫০ অমসুং ডোলার ৪০ লৌদুনা নোংমা নোংমা কান্ননা নৈনৈ।

২১) ঐদি অয়োকপনি (চহি ১৩ দগী ১৯ গী অঙাংশিংগী ক্লাস) :- অয়োকপা অঙাংশিংনা মমা মপা লোৎতুনসু হেক য়ারভ্রবা মতাংদা মখোয়দা অৱাবা অরুবা ওই। মতাং অসিদা অঙাংশিং অদুগী পূক্নীংদা অৱাবা কয়া পোকই। মসি লায়না কোকহল্লি। ডোলার ৬০ ফিনি।




স্কুল ছুটি থারকপদা অইবা , মশু অনী। (ফোটো : ডাঃ ললিত)

২২) পি,এস,এ,টি./এস,এ,টি, টেষ্ট :- এপটিচুদ টেষ্ট অসি ক্লাস XI/XII তমখ্রবা ছাত্রশিং অদু ওর্চাদ লেক মিদল স্কুলদা হৈনরকপদগী মখোয়গী ওল্লক্লিবা,হেনগৎলক্লিবা ক্লাস অমদি চহি মতাং অসিদা করি করি মাঙগ্রবগে,করিনা অমুক হেনগৎলকপগে হায়বা অদু খঙননবা টেষ্ট নৌনা তৌহৌগনি। মওং কয়াথোক্লা এনালোজি, সেন্টেন্স কমপ্লিসন, রিদিং কমপ্লিসন,অঙ্ক, ষ্টুডেন্টস প্রোদ্যুস রেসপোন্স ক্লোইচন্স হংদুনা ছাত্রগী তুংগী পক্লগদবা অপাম্বদু থিদোকই। স্কিল ষ্ট্রেটেজি,তাইমিং টেক্লিক, গেজিং,পোজিটিভ থিংকিং শেমগৎনবা লম্বী উৎপীগনি। ডোলার ৬৫ না

নোংমগী ফিনি ।

**২৩) নুপীগী মশাগী থাজবা শাগৎনবা অরোনবা তরেৎ :-ক্লাস অসিদা নুপী** ওইবীশিংনা লাম্না মরাল শীজিঙ্গদুনা পুনশি মায়থীবনা য়াম্মী, অয়াম্বা নুপীনা নোংমদা ২৫০রক নেগেটিভ ফিলিং খল্লি হায়রি । মসি তৌগনু । মায়থীগনি হায়দুনা কিগনু । পুনশিবু নথূত্তা থম্মু, নঙগী শক্তি শেমগৎলু, মায় পাকপগী তাঞ্জা লৌহৌ । ঐ ঙমগনি খনবা ব্রাখল য়োকখৎলু , পুনশিবু হেন্না মপূং ফাহল্লু । অসিনচিংবা থিমদা নৈনগনি । ডোলার ২৫ না ক্লাস অমগী ফিনি ।

**২৪) ব্রান নাইট স্বিং ডান্স :-** চহি ১৫ অমদি মথক্লা তমগনি । মরুওইনা য়ুম্বাল্লবা নুপা নুপীশিংনা তমগনি । শগোলশেল নুমিত্তা ক্লাস অনী অনী থমগনি । সেসন অনীগী অপূনবা ফিনা নুপা নুপীগী পূন্না ডোলার ২৫ নি।

**২৫) ষ্টেজ পার্ফোমেন্স :-**চহি ১২ অমসুং মথক্কী অঙাংশিংদা তম্বীগনি । খোঞ্জেল চাওখৎহনবা, স্বর নিয়ম চুম্না হোনবা , ঈশৈ শকপগী শক্তি হেনগৎহনবা ,খোঞ্জেলগী মওং চানা থম্বা অসিনচিংবা তম্বীগনি । ডোলার ১০০ থীদুনা চয়োল মরি তম্বীগনি ।

**২৬) লেটিন জগোই :-**মিয়ামি,কুবা,অমদি প্যুটোরিকোগী জগোইশিং তম্বীগনি । মখোয়গী সংস্কৃতি, ইতিহাস তম্বীগনি । সালসা,মেরেনগু ,চাচাগী খোঙথাং জগোইশিং তম্বীগনি । চয়োল মরিগী ফি ডোলার ৮০ নি ।

**২৭) ওপেরা:-**ওপেরাদা মমিং চৎলবা অচৌবা কলাকারশিংগী ওদিও,ভিদিও উৎপগা লোয়ননা মিচিংগিন ওপেরাদ, থিয়েটরদসু অপাননা য়েংদুনা তম্বীগনি । ওপেরাদা থব্রায় লুপচরবা লুই ব্রাউন্না ওঝা ওইনা তম্বীগনি । চয়োল ৬ কী ফি ডোলার ৪৫ নি ।

**২৮) (ক) একাদেমী ওফ দান্স ব্রান নাইট দান্স,স্বীং দান্স :-**চহি ১৫ গী মথক্তা তমগদবনি । মতম পূম্নমক্তা মওং হোংদ্রিবা মাগী স্টাইল ঙাক্তুনা থদ্রিবা জগোই মখল অমনি । স্বীং দান্স I ,স্বীং দান্স II হায়না থাক অনী থোক্লা তমগনি । ক্লাস অমগী ফি নুপা নুপী অনীগী পূন্না ডোলার ২৫ নি ।

**(খ) লেটিনদান্স :** লুহোংলবা নুপা নুপীতনা তমগদবনি । জগোই অসিগী মনুংদা সালসা,মাম্বো,মেরাঙ্গু সু য়াওনা তম্বীগনি । ক্লাস অমগী ফি ডোলার ২৫ নি ।

**(গ) মমা / মচানুপীগী অপুনবা দান্স :-**মমা, মচানুপী, মথুরা,মাম্মশিংগী মচানুপীশিংগা পূন্না হিপ হোপ, ফক্ক অমসুং জাজগী জগোয় তম্বীগনি । ক্লাস অমগী ফি ডোলার ২৫ নি ।

**(ঘ) বেসিক বেল্লি দান্স :-**পূক্কী জগোই,ফিভম শেম্বা,চনীং, থবাক্, পাম্বোমগী জগোয়,খোঙথাং ,চৎপা অসিনচিংবগী জগোই মখল শুনা Cartanets অমসুং Scarve পায়দুনা শাবা জগোই তম্বীগনি । ক্লাস অমগী ফি ডোলার ১৫ নি ।

**(ঙ) বোলরুম দান্স :-** ময়ুম পাল্লবশিংনা শাগদবা বোলরুম I ,ব্রালজ অমসুং ফোক্স ট্রোদ, বোলরুম হস্টল এণ্ড নাইট ক্লব, বোলরুম III চাচা,তোঙ্গো জগোইশিং

তম্বীগনি । ক্লাস অমগী ফি ডোলার ২৫ নি ( নুপা নুপী পূনবগী ফিনি )।

(চ) হিপ হোপ / ফ্রি ষ্টাইল দান্স :-জগোই অসি হায়া জগোয় হৈরবশিংনা অমগদবনি । হিপ হোপ , ফঙ্ক অমসুং ফ্রিষ্টাইল মথা অনা তম্বীগনি । ক্লাস অমগী ফি ডোলার ১৫ নি ।

২৯) মোডেল্লিং ব্রিথ ক্লাস:-ফিজেৎ,লৈতেং,শম শেম্বা পূম্মমক তম্বীগনি । মতৌ করম্মা মীবু ওক্কনি,সমাজ করম্মা তিনগনি,ইশাবু করম্মা শক্তাকচগনি, করিনা তৌগনি,করিনা তৌরোই, করিনা চৎনরি,করিনা চৎনদ্রে অসিনচিংবা মীরক তিনবা পূম্মমক তম্বীগনি । চয়োল ৬ কী ফি ডোলার ৯৯ নি ।

মতৌ অসুম্মা ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড স্কুল ডিষ্ট্রিক্তকী ওচার্দ লেক মিদল স্কুলদা লৈরিবা করিকুলম্ অমদি এক্সত্রা করিকুলমদা হীরমশিং অসি তম্বীনবগী থৌরাং লৈ । অদুগা অসিদা নত্তনা লাইহরিকসিদা ইশিন্দ্রবা হীরমসু য়াম্মা লৈহৌরি ।

ঐখোয়না স্কুল অমা লিংবা মতমদা খল্লিবা ব্রাখলগা আমেরিকানশিংনা স্কুল অমা লিংবা মতমদা খল্লিবগা অনীসি য়াম্মা লাপনরে । অসিগীসু মথক্তা অঙাংশিংনা মশা মশাগী অথোইবা ওইনা স্কুল মতম লোইরগা তাইকুণ্ডো,কেরেত,জুদো,স্বিমিং, যোগ তম্বা চৎনৈ । স্পোর্টসকী আইটেম কয়া স্কুলনা তম্বীরিবা অসিগী মথক্তা থোইদোক্না হৈশিংবা অঙাংশিংবু মফমচাবা ক্লবশিংদা থাদুনা ট্রেনিং তৌই । পূম্মমক অসিগী ওম্মনবা মমা মপাশিংনা ফি কয়ামুক থিবা তায় । অমরোমদা বোর্দনা নত্রগা সরকারনা ছাত্রবু স্কোলার্শিপ য়াম্মা পীদুনা নীংথিনা শেম্বীরগা চহি মঙা থবক তৌরম্মু, অদুক তৌরম্মু হায়দুনা ছাত্রশিংগী হৈশিংবা য়েংদুনা পুনশি মাঙদনবা পূক্নীং থৌগত্তুনা তম্বীবগী মওংসু কয়া চৎনৈ ।

অসুম্মা মথক্তা পনখ্রিবা ক্লাসশিং অসি ক্লাস অনীদা / মরিদা / তরুক্তা / নিপান্দা লোইশিনবা কয়ামুক য়াওরি । চহি চূপ্পা চত্থদবা য়াম্মা য়াওরি । চয়োন্দা অমা থোকপা , চয়োন্দা অনী থোকপা পূম্মমক ছাত্রগী পূক্নীংগী অপাম্বা থিবীবা অমসুং হীরম কয়াদা মিৎশিং নাশিংহনবগী ব্রানি । মাগী মাগী তুংদা ওইরগদবা, পুনশিদা করিনা পক্লবগে হায়বা অসিনা মরুওইবা পান্দম্মি । অদুগীসু মথক্তা মী ওইনা হিংবদা তন্দনবা তৌবনি । শম্মা ঐখোয়গী ইরক্তা পল্লি তেকপদা শেম্ফম খঙজদবা,ময়ুম য়ুরগা ফোংপা হৈতবা,ফক্লাঙ কায়রগা মেনবা ওমদবা,মশীং য়াম্মা লৈগ্রে । অসুম্মা য়ুম পানবদা থেংনগদবা থবকশিংদা তন্দনবা হীরম কয়া অমা মথং মথং তম্বীবগী ব্রানি ।

মফম অসিগী অঙাংশিংনা থাঙ পায়রগা উপু, থোঙ,কাঙথোন য়ানগে হায়বা, লৈশু শাংলগা থদংকে হায়বা, হৈরো পাম্লগা হেক্তুনা চাগে হায়বা অমত্তা থেংনদে । য়ুমগী পোৎ চৈ, গ্লাস অরু অপান অমত্তা মফম চানা থমদদুনা থুগায়বা থেংনদ্রে । মফি মরোল মওং তাদবা, অচা অথক তৈশিনবা,লৈখোম লৈনাং শান্নদুনা মোৎহনবা থেংনদ্রে । মসি পূম্মমক স্কুলদগী তম্বীরকপদা লোইনা য়াওগ্রে । কাটি পায়দুনা হৈ

লৈ, তিন কাণ্ড, শা উচেক, কার্টুনগী করেক্তর চপ্প তম্বীখিবনা কাটি পায়রগা ফি অমা লাইব্রিক অমা মফম মরাং খণ্ডদনা চপ্পগী মওংদি তৌদ্রে। চপ্পগদি করিগুম্বা ফল অমা তাননবা মাগী মেটেরিয়েল অদুগা চানবা, মান্নবা শাবা পামদুনা পুক্নীং চঙনা হোৎনবা থেংনগনি।

স্কুল বস তোংবা মতমদা অঙাং মচাদগী খরা চাওরবা ফাওবনা করিগুম্বদসু ইন্নবা, হান্না কাখৎনবা তান্নবা, চৈন খোৎনবা, ফাগী জুগায় তৌনবা অমত্তা থেংনরোই। অমনা অমগী য়েংনদুনা মপা মপা অদুম ঙাইনগনি। তপ্প তপ্প কাখৎনগনি। করিগুম্বা অঙাং অমগী মমান্নবী, মমান্নবা অমগী মমা মপানা কার পুরক্তুনা লৌবীরদবা ঙাইবীরদবা ঙাইহাক ঙাইনরবা অদু ওইরবদি অতোপ্পা অঙাংশিং অমদি মমা মচেশিংনা পূম্না তোংমিন্নরসি হেক্তা হায়গনি। নো থেঙ্ক হেক হায়রকপদা শোরি হায়রক্লগা অদুম থম্বীরমগনি। মখোয়গী মমাদু মচেদু থোরক্তে হায়দুনা করেম কথায়নবা, নোক্লবগী মওংদু চৎনদে। মদুগী ইঙ্গিৎ ফাওবা অঙাংশিং অদুগী মমায়দা মমি তাদে। মখোয়গী পুক্নীংদা নুংঙাইজরিবদি ঙাইবীরম্মী হায়বা ব্রাফম অদুখক্তনি। মসিসু মখোয়না স্কুল সেসন হেক হৌবগা লোইনা তম্বী তাকপীগ্রবনি। অইবা চে ওইনসু পীদুনা য়েস্লেকই। গার্দিয়ানশিংদসু য়ৌহল্লি। বস তোংবা, বস ঙাইবা, বসতগী কুমথবা, মপা মমা লাক্লগা হরাওদুনা চেনশিন্দবা, ক্রোশিং য়েংবা, ব্রান ব্রে ইনবা, লোদিং অনলোদিং চেকশিনবা, লাইট খঙবা অসিনচিংবা নিয়ম পূম্নমক অসি য়াম্না কূপ্না কূপ্না তম্বী।




মি:ইউগেন সিবোর্ন III অমসুং অইবা (ফোটো-ডা: ললিত)

ৱেস্ট ব্লুমফিল্দ হায় স্কুল প্রিন্সিপাল

মতাং অসিদসু, হায়বদি মিদল স্কুলগী মরমসিদসু অতৈ অতৈ অতোপ্পা মতাং মতাংদসু অইবনা পঙনৈদা নৈনদুনা পুনীংই। অদুবু হেক্তা হেক্তা তেনশিনবগী মরমদি অপাবশিংনা হীরম য়াম্না থেংনহন্নীংবা, ঐ ইশানা য়াম্না উনীং য়েংনীংবগুম অপাবশিংদসু হীরম য়াম্না তমজনীংবা অসিনি। করিগীনো হায়ববু ঐখোয়না ইরৈবাক ইরমদমদা কদায় ফাওবা, করি করিদা ফাওবা থৌওইদ্রবগে,মীগী লৈবাকসিদনা হুই হৌদোং ফাওবা নিয়ম নাইনা চেকশিন্না য়োকখ্রে হায়বসি তাহন্নীংবগীদমক্তনি। মদুদগী ঐখোয়গী ইশাগী অশোয়বদু উরক্রবগীদমক্তনি। লমকোই ব্রারী য়াম্না লৈখ্রে পাবীয়ু। ঐগীসিসু পাবীয়ু। মসিদি লমকোই ব্রারী নত্তে। তশেংনা চক্রবা থমোইগী খোল্লাওনি। লাইরিক নত্তে। মসি থমোইগী মৈচাক্লা নঙগী খোঙজিন্দা তেংথাদুনা কপ্পরিবনি। থব্রায়না হিক্রা হিক্রা নাহেররিবনি। ঐখোয় খরদি হাকমল্লে। চেকশিন্না খনবগী মতম ওইরে। ইশাগী ইশুমাঙ শিংপগী মতম থেঙমল্লে।

• • • • • • • • • • • • • • • •

## ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড হায় স্কুল

তাং ২১/৮/২০০৪ ইং

ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড স্কুল ডিষ্ট্রিক্ত অসিগী মনুংদা হায় স্কুল অমথক্তা লৈ। অসুম্না মী লৌশীং যাথোগী মনংদা হায় স্কুল অমা থম্মী। ডিষ্ট্রিক্ত অসিগী মখাদা মিদল স্কুল অনী অমসুং ইলে মেন্টরি স্কুল তরুক অদগা লেকব একাদেমি অমা থম্মী। প্রি স্কুল এজুকেসনসু ইলেমেন্টরি স্কুলশিংনা পী। মদুদগী লাকপা ছাত্রশিংদু ইলেমেন্টরিদা অদুম থম্মী। ইলেমেন্টরিদগী লাকপশিং অদু মিদল স্কুলশিংদা থম্মী। মিদল স্কুলশিংদগী লাকপশিং অদুনা হায় স্কুলদা থম্মী। স্কুল হোংবা, এরিয়া হোংবা,অকনবা থবক্কি। মরী লৈনবা চে চাং য়াম্না চঙই। মাগী মাগী লোকেল লোকেলদা লাইরিক তম্বীবগী অকনবা চৎনবী লৈ। হৌজিক ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড হায় স্কুলগী মরমদা খরা অমুক য়েংশি।

হায় স্কুল অমগী ফিভম অসি য়াম্না চাউই। ইং ২০০০-২০০৪ গী দাতাগী মতুংইন্না স্কুল অসিগী এডমিনিষ্ট্রেসন্দা মখাগী ফমশিং অসিনা য়েংশিন্দুনা থবক পুই।

১) সুপরিন্টেন্দেন্ট - ডা: গেরি ফেবর

২) প্রিন্সিপাল - মি: ইউগেন সিবোর্ন III

৩) এসিষ্টেন্ট প্রিন্সিপাল - ডা: জিল এদামজিক

৪) এসিষ্টেন্ট প্রিন্সিপাল - মি: এল জিকেন

৫) এসিষ্টেন্ট প্রিন্সিপাল - মিঃ রোবর্ট লৈদর
৬) কাউন্সিল্লর - মিসেস কারেন ব্রোডি
৭) ” - মিসেস,মোনিকা বার্গিজ
৮) ” - মিঃ চার্লেস জেম্লিংস
৯) ” - মিঃ বারবারা মেক কেন্ডি
১০)” - মিঃ ব্লেক প্রেস্বিত্
১১)” - মিসেস,লিসা রিভস
১২)” - মিসেস,জুদিরোসেন ডেভিস

ব্লেষ্ট ব্লুমফিল্ড কম্যুনিটি :-

ব্লেষ্ট ব্লুমফিল্ড স্কুল ডিষ্ট্রিক্ত ওফিস অসি ডেট্রোইত্তগী মাইল ২০ চৎলগা পাৎ ময়াম লৈবা মফমদা লৈ। মীশিং ৪২,০০০ নি। মরুওইনা আপ্পর মিদল ক্লাসকী মীওাক্তনা খুন্দায়। মীশিং অসি নীংথিনা লাইরিক হৈবা ওাক্তনি। মখোয় অসি মচা মশুগী লাইরিক লাইশু তম্বদা খ্বাইদগী হেন্না পুক্নীং চঙবা কাওবুনি।

হায় স্কুল অসিদা ছাত্র ২০৬৯ মিং চল্লি। ক্লাস নাইন্দগী ত্বেল্ফ ফাওবা লৈ। স্কুল অসি করিকুলম য়াম্না পাক চাউই। ছাত্রশিংনা কলেজ তম্বা ওম্নবা, অপাম্বা বিষয় খঞ্জরুবা য়াননবা অমদি পুনশিদা নীংথিনা হিংজরুনবা লম্বী য়াত্তুনা করিকুলম শেম্বী। ক্লাস কম ১১২ লৈ। ছাত্রগী চাংনা ক্লাস অমদা ২৮ নি। কাউন্সিল্লর ৭ সোসিয়েল ৱার্কর ২ অমসুং সাইকোলোজিষ্ট ১ লৈ। মখোয়গী মথক্তা বোর্দনা সার্টিফাই তৌবা স্কুলগী থৌসিলদা মত্তেং পাংননবা মীওইশিংসু লৈ। সেমেষ্টর অমমমদা ক্লাস ৭ লৈ। ক্লাস অমমমদা চয়োল অমদা মিনিট ২৩৯ ফংই। ওঝা অৱাৎপা অমত্তা লৈহন্দে।

থোইদোকপা মওংশিং :-

১) ছাত্র খুদিং টেক্নোলোজি - কলাগী নীংথিবা ফিভম ফংহল্লি। এডভান্স ফেসিলিটি,হার্ডৱায়ার,রিসার্চ প্রোগ্রাম, এক্সপরিমেন্টেল দাতা খোমজিনবা,গ্রাফিক্স অমসুং প্রেজেন্টেসন, ইর্ন্টনেত্তা সিস্তেম অতৈগা মরী থম্বা,ডেক্সতোপ পব্লিশিংদগী দোকুমেন্ট কয়া খোমজিনবা অসিনচিংবা খুদোংচাবশিং অসি ছাত্র পুম্নমক্তা ফংহল্লি।

২) অথন্নবা ছাত্রশিংনা ইন্টেগ্রেটেদ মেথমেটিক্স/সাইন্স কোর্সকী কম্প্যুটর,কালকুলেটর,প্রি-কালকুলস,ফিজিক্স (ওর্নস প্রি কালকুলস W/ফিজিক্স ওর্নস )তম্বা য়াই।

৩) আমেরিকান হিষ্ট্রি,বাইওলোজি,কালকুলস,কেমেস্ত্রি,কম্প্যুটর, ইকোনোমিক্স, ইংলিস,গ্লোবেল লেঙ্গ্যুজ,গোভর্নমেন্ট,ফিজিক্স অমসুং ৱার্ল্ড লেঙ্গ্যুজ এডভান্স কোর্স তম্বা য়াই।

৪)মেথমেটিক্স ডিপার্টমেন্টকী ইন্টেগ্রেটেদ মেথমেটিক্স করিকুলম লৈ। টেক্নোলোজি,ক্রিটিকেল থিঙ্কিং, প্রোব্লেম শোলভিং অসিনচিংবা অনৌবশিং অরিবা

ডিসিপ্লিনশিংগা লোয়ননা তপ্পী ।

**৫) খনগৎলবা সেনিয়ারশিংনা লোকেল কলেজদা পার্ট তাইম কো-ওপরেটিভ বেসিসতা ক্লাস কাবা য়াই ।**

**৬) ইন্দষ্ট্রি অমসুং টেক্নোলোজি ক্লাসতা টেক্নোলোজিগী ইন্টেন্সিভ প্রোগ্রামশিং লৈ । অদুগা, আর্ট এণ্ড ব্যুজিনেস ডিপার্টমেন্ট লৈ । রোবোটিক্স, ইঞ্জিনিয়ারিং টেক্নোলোজি, Cisco, CAD অমসুং কম্প্যুটর গ্রাফিক্স অসিনচিংবা অসি পনবা য়াবা খরনি ।**

**৭) পার্টনরসিপস:- হেনরি ফোর্ড হোসপিতালগী ডাক্তরশিং ভেটেরিনরি ডাক্তরশিংগা পূন্না চৎমিন্নে, ইলেমেন্টরি প্রি স্কুল ইন্টর্নসিপনা ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড ইলেমেন্টরি স্কুলশিংদা লোইনা হাপই । টেক্নোলোজি সোল্যুসন, কলা অমদি ভিদিওগী সার্ভিসশিং ফোর্ড মোতোর কম্পনিনা ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ডগী প্রি স্কুল অমদি ইলেমেন্টরি স্কুল তরুকমক্তা মরাও কয়না ক্লাস হাপ্পী ।**

**৮) হায় স্কুল রেদিও ষ্টেসন লৈজে, ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড ডিপার্টমেন্টনা ছাত্রশিংগী মখল মখা কয়াগী প্রোগ্রাম শন্দোকপদা অকনবা থৌদাং লৌই । টেলিভিজনগী কোর্সশিংদা ছাত্রশিংনা অনৌবা কয়া পুথোকপগী খুদোংচাবা ফংহল্লি । ভিদিওগী সংসার অসিবু শকথঙনহল্লি অমসুং কেবল টেলিভিজনশিংগী মরী থম্মী ।**

**৯) ষ্টুডেন্টস সার্ভিস সেন্টর হাংদোকই । সেন্টর অসিদা ড্রগ চাবা, ওক্তবা অঙাংশিং নীংথিনা শেমগৎপিদুনা অঙাং অমসুং মমা মপাগী মতেং পাংননবা হোৎনৈ । ড্রগ ফ্রি নেসন ওইহন্নবা কন্না হোৎনৈ ।**

**ফেক্ট:** অপূনবা ষ্টাফ ১২৩ লৈ । ওজানা ১১২নি, ৭ না কাউন্সিলররনি, ৪ না এডমিনিষ্ট্রেটরনি । ৫৪ %না এম.এনি অদুগা ১% না ডাক্তরেটনি ।

এসেসমেন্টতি সেমেস্তর পূম্নমক লোইনা লৌগনি অদুগা ক্লাসকী ব্রেৎতেজ অমসুং রিগুলার এসাইনমেন্ট, হোম ব্রার্ক পূম্নমক লৌগনি । স্কুল পার্মেনেন্ট ওইবা এফিলিয়েসনগী মওং লৈতে । ছাত্রগী এচিভমেন্টতা ৯০% ( চামদা মরিফৃতরা) গ্রেদ ব্রাংনা পাস তৌবা চহি অহুম থংননা ঙমদ্রবদি স্কুল হেক্তা মুখৎপগী চৎনবী লৈ ।

ওঝাশিংগী তলব পূং অমমমগী ওইনা শাই । পূংদা ডোলার ৯.৭৪ দগী হৌদুনা পী । থবক্কী মতুংইন্না তলব পী অদুসু স্কুলগী সেসন লোইদুনা ব্রেক লৈবা মতমগীদি তলব লৈতে । ওঝাশিংসু অরেপ্পা লৈতে । চহি খুদিংগী নৌনা নৌনা কনর্ফাম তৌই, এপোইন্ট তৌই । মশাগী মথৌ নীংথিনা খঙবা নোম্বা কনবা ওঝাশিংবু বোর্দনা পান্নবদি অদুম মখা চথনা ওঝা ওইবা য়াই । য়াম্না ফবা ওঝাশিংনা অমুক হেন্না ব্রাংবা স্কুলশিংদা, পৈশা হেন্না পীবা মফমশিংদা চৎখিবা তত্তনা থোকই ।

**ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড হায় স্কুল অসিদা লৈবা সবজেক্তশিংদি :-**

| | | |
|---|---|---|
| ইংলিস ফেজ I | সবজেক্ত ৫ | |
| ইংলিস ফেজ II | সবজেক্ত ১১ | |
| ইংলিস ফেজ III | সবজেক্ত ১৩ | |
| ইংলিস ফেজ IV | সবজেক্ত ১১ | |
| ইংলিস গ্রেদ ৯ | ১ | (Search) |
| ইংলিস গ্রেদ ১০ | ৩ | |
| ইংলিস নন্ ফেজ কোর্স | ৩ | |
| মেথমেটিক্স সবজেক্ত | ১১ | |
| গ্লোবেল লেঙ্গুজ (ফ্রেন্স, জর্মন, জাপনিজ, স্পেনিস) | ৪ | |
| সাইন্স সবজেক্ত | ১৮ | |
| সোসিয়েল ষ্টদিজ | ২০ | |
| আর্ট (এডভান্স কোর্স ৬ থারগা) | ১৯ | |
| ব্যুজিনেস এজুকেসন সার্ভিস অমসুং টেক্নোলোজি ( এডভান্স কোর্স অহুম থারগা ) | ২২ | |
| ইন্দষ্ট্রিজ এণ্ড টেক্নোলোজি | ১২ | |
| ফিজিকেল এজুকেসন | ১৪ | |

(মসিগী মনুংদা টিম স্পোর্টশিং অমা ওইনা থাবি, ইন্দিভিদুয়েল স্পোর্ট অমা ওইনা থারি। জগোই ১/২/৩/৪ অমত্ত ওইনা থারি), লোইননা এডভান্স স্বিমিংসু অমা তোঙাম্না থারি।

| | |
|---|---|
| কম্প্যুটর সবজেক্ত (এডভান্স কোর্স অনী থারগা) | ৯ |
| ম্যুজিক সবজেক্ত (ইলেমেন্টরি, মিদল লোইরবশিংগী এডভান্স কোর্স অমা য়াওনা ) | ১৫ |
| সপোর্ট সার্ভিসেস সবজেক্ত | ১৮ |

অসিগী মথক্তা খুদোংচাবা অতৈসু লৈরি। শম্না হায়রবদা **Duel enrolment** য়াই। ছাত্র অমনা মানা শোনবা সবজেক্ত অদু অতোপ্প সিপ্ত অমদা মিং চন্দুনা অনীরক তম্বা য়াই।

মথক্তা হায়খ্রিবা বিষয়শিং অসিদগী মাগী মাগী কম্বিনেসন য়েংলগা মথাগী অসিদি ছাত্র অমনা **Graduation requirement** ওইনা লৌদবা য়াদে।

| | |
|---|---|
| ইংলিস | ৪ |
| সোসিয়েল ষ্টদিজ | ৩ |
| মেথ | ২.৫ |
| সাইন্সেস | ২.৫ |
| হেলথ | ০.৫ |
| ফিজিকেল এজুকেসন | ১ |
| কম্প্যুটর | ১ |
| লাইফ স্কিল | ২ |
| ইলেক্তিভ | ৯.৫ |
| অপুনবা বিষয় | ২৬ |

ব্লুমফিল্ড হায় স্কুলদা মিং চনবা মতমদা, জাতি, কুচু, জাতিগী (দেশ) হৌরকফম, নুপী নুপা, চহি অহাং অনেম, অরুম অয়াং, ধর্ম, লুহোংবা হোংদবা, শোইনাইবা শোইনাইদবা অমত্তা য়েংদে । পুম্নমক্কী য়েংদুনা চাননবা শীনগনি । শোইনাইবশিংগীসু লেকর একাদেমিদা থাদুনা মাগী চূনবা মওংদা তম্বীগনি। হৌজিক ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড স্কুলদা ভারতকী লোল হিন্দি, বেঙ্গলি, তামিল, তেলেগু, পঞ্জাবী নচিংবা য়াওনা লোল ৮০ গী মথক্তা লোনবা পৃথিবীগী দেশ পুম্নমক্কগী অঙাংশিং পুম্না লাইরিক তম্লি । লোয়ননা পৃথিবী পুম্নমক্কী মীশিং লাইরিক তম্লনবা এডভর্টাইজসু কম্না তৌরি । স্কুল অসিদা অমদি মিদল স্কুল অমা অমসুং ইলেমেন্টরি স্কুল অমা কোয়দুনা হ্রারী শারুবা তাং ২১/৮/২০০৪ ইংগী থেংনরকপা (অনীরক হন্না সেপ্তেম্বর থাগী তাং ৯ দা কোয়রুই )। এক্সপরিয়েন্স নীংশিংলগা খঙ্গরকপা ব্রাফম য়াম্না লৈখ্রে । প্রিন্সিপালশিংগা হ্রারী শানগদবগী মতম লৌবা হেক হেক য়াদে । মখোয়গী এসিস্টেন্টশিংনা মতম পীনীংদে, ফোটো নম্লনবা পার্মিসন লৌবদসু য়ারক্রোই ঙাক্তা হায় । অদুবু ওফিস চঙদুনা উনরুবা মতমদা পুংখেন খেম্নে । মখোয় লোইনা য়াম্না হরাওই । অতৈ অতোপ্পদি তাহনগনু হায় । মনুংদা মখোয়গী হ্রাখল লৈজরমগনি ।

ইনাক খুনবদা মপা লৈত্রবা লৈবাক অসিনা মী ৫০,০০০ দা এল.পি. ৬ খক্তা লিংলিবনিনা মওং অমা ওইখ্রে । মঙগুম্ব হায়বদুনি । খন্দি খল্লকই ঐখোয়গীসু ককচিং সব ডিভিজন অসি স্কুল ডিষ্ট্রিক্ত অনী খোক্লবদি অদুগা চীং মান, পাৎ লৈরিবা ময়াম অসিদা শেমগৎলবদি মখোয়দগী হেন্না ফজগনি , মখোয়গুম্না অফবা ওঝা ঙাক্তা খন্দুনা শেমগৎপা য়াগনি , মখোয়গীমক য়ৌদ্রবসু মওং তাবা স্কুল শঙশিং শাবা ঙম্রক্কনি । হৌজিক লৈরিবা হায় স্কুল ৩০ মুক অসিনা অমত্তা ওইহল্লবদি করি ওইগনি ?

হ্রার্কিং অরারসু শাংই অয়ুক পুং ৭.৪৫ এ.এম.দগী হৌরগা পুং ২.৪২ পি.এম. দা ছুটি থাগনি ।

কিন্দরগার্টেন পূং ৮.৫৫ দগী ১১.৫৬
নুংথিলগী পূং ১১.০৫ দগী ৩.১০
ফুল দে ওইরগা পূং ৮.৫০ দগী ৩.৪১

ফুল দে হায়বদি মমা মপাশিংনা য়ুমদা অঙাং শেম্নবিনবা চাইল্ড কিয়ারদা থাবগী খুদোংচাবা লৈত্রবা, হায়বদি মমাসু মপাসু ওফিস চথোকপা মীশিংনা অঙাং অদু নুংথিলগী সিপ্তসু মিং চন্দুনা অনীরক তম্বা য়াই। ইলি ইলেমেন্টরিদা ডোলার ৩৮৮ থাগী পীদুনা অঙাংশিং থম্মৈ। অতৈদসু চপ মান্নৈ। পৈশাগী মতাংদা খেন্নবতনি। ইউ.এস. তা তলব, ফিস, করিগুম্বা অমত্তা খেন্নবা লৈতে। মী মীগী থবক অমদি মাগী খোয়দাবগী মতুংইন্না কন্ট্রেক্ত ওইনা লোইনা তৌই। ওঝা কৌবসু পূংগী মমল ওইনা কৌই। কম্পনিগী থবক নত্তনা অতৈদি চহিগী থোইনা য়েংদে। স্মার্ট ওইবা, এক্তিভ ওইবা/এজ বার লৈতে। থবক হৈবা, মশা ফবা, থবক্তা পূক্নীং চঙবা মীশিংগী মফম চাউনা লৈ। ব্লুমফিল্ড স্কুল ডিষ্ট্রিক্ত অমদি ওকলেণ্ড কাউন্টিদা লৈরিবা ছাত্রশিংগী থাক য়াম্না ৱাংই। ইং ২০০৩ গী দাতাগী মতুংইন্না ছাত্র ৪৩৩ গী মনুংদা ৪২২ না কলেজগী এন্ট্রান্স পরীক্ষাশিংদা মায় পাক্লুনা মথা তমথনখ্রে। ১১ থক্তং মশাগী চানবা শিনফমশিংদা চঙদুনা স্কুল তম্নরোই হায়দুনা লৈহৌই।

ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড হায় স্কুলগী শাম্নবুংদা থারিবা আর্টিফিসিয়েল টর্ফশিং অদু ডোলাব ৮৯,০০০ চঙনা শেম্নি হায়না ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড বিকোন হায়বা চেফোঙ অদুগী লামায় ২০ এ দা ইরি। ঐখোয়গী শোমদা লুপা ক্রোর ৪ লুপা লাক্ষ ৯ লোমগী ওইগনি। অসুম্না ছাত্রগী থবক্তা অকিবা লৈতনা মপুংফানা শেমগৎননবা কন্না হোৎনৈ।

অসিগীসু মথক্তা স্কুল তোঙান্না লিংবনা পৈশা, মতম মাঙহল্লি, ইনফ্রাষ্ট্রকচর মাঙহল্লি হায়দুনা ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড অমদি ব্লুমফিল্ড হিল ডিষ্ট্রিক্ত থংনবা অনীগী হায় স্কুল অনী পূনশিনবনবু ফন্না হায়বা সর্ভে তৌদুনা গার্দিয়ানশিংগী ভোট লৌদুনা চৎথহৌই। প্রজাগীদি পূনশিন্নীংদবগী ভোট ৬৯% লৈহৌই। শীল্লি লাংলিবশিংনা শেল থুমগী ফিভম, মেনেজমেন্টনা খুদোংচানবগী য়েংলগা পূন্সিনবনা ফগনি হায়দুনা ডোলাব ১৭,৮৩৫ কাইথোক্লুনা পায়খৎপা সর্ভেনি। শীল্লি লাংলিবশিংনা পূনশিন্নীংই, প্রজানা পান্না ৱাৎহৌরি।

ইং ১৯৯৪ দগী ইউ.এস. কী স্কুল কম্যুনিটিদা মমল হেনগৎলক্ত্রি। অদুবু হন্দক্তি দেসকী শেল থুমগী ফিভম শোকচিনখিবনা, মনুংদা ইরাক্কী লান, ট্রেদ সেন্টরগী ৱাথোক, সেক্যুরিটিগী চেকশিন থৌরাংশিং অসিগী অনৌবা শিক্ষাগী হেনগৎফম থোকপা পৈশা হেনগৎতবনা অমদি বজেত্তা হস্থরকপনা ছাত্রগী ফি মখল অহুমদা হেনগৎলকই। ব্রেক ফাষ্টনা ২৫%, শঙোমদা ২৯%, অদুগা প্লে প্রোগ্রামশিংদা ৫০% ফি হেনগৎনা লৌখ্রে। ইউ.এস. তা মীয়াম্না পৈশা খ্বায়দগী চাউবদি মহৈ তম্বা অমদি হেল্থ ক্যার অনী অসিনি।

হৌজিক ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্ড হায় স্কুলদা করি করি বিষয়শিং তম্বীবগে হায়বা অদু অমুক য়েংসি । অয়াম্বা মিদল স্কুলদা তমগ্লবশিং অদুদগী হেনগৎনা অঙাংশিংনা চাউথৎলকপগী মতুং ইন্না হীরম কয়ামুক  হাপচিন্দুনা তম্বীনবা থৌরাং তৌরি । ছাত্রশিংগী পুনশিদা চঙগদবা, থেংনরগদবা হীরম অমত্তা থাদোক্তনা তম্বীনবা থৌরাং পায়থৎলি ।

১) হেণ্ডমেদ গ্রীতিংস এণ্ড কার্ডস :- ছাত্রশিংনা রবর স্তাম্প শাবা, কেন্দলগী লৈতেং শেম্বা, কেবামিক্স, কার্ডশাবা, গীপ্ত পেকিং শাবা তমগনি । থা থাগী চূনবা থিমশিং তম্বীগনি । চয়োলদা অনীরক ক্লাস লৈবা হীবম অসিগী ক্লাস অমগী ফি ডোল্লর ১২ নি ।

২)ফোক্স পোর্সেলাইন ব্রেসলেট :- য়েংবদা য়াম্না ফজবা থায়নগী পোর্সেলাইন মানবা লৈতেংশিং অসি মনুংদদি রবর স্তাম্পনা শাগদৌবনি । চয়োলদা অমতংগী ক্লাস থম্বা অসিগী ফি ডোলার ১২ নি ।

৩)স্ক্রেপ বুকরশিংগী স্তাম্পিং :-বজারদগী চে, স্তিকর, অতৈ অতৈ লৈদুনা শেম্বদা ফজবা, অপাম্বা মওং কয়াদু ব্রানা থোকই । ইশানা বোইগী টাইটল, অপাম্বা মওং শেম্বা হৈননবা ক্লাসনি । চযোল অমদা অমুক্তং লৈবা ক্লাস অসিগী ফি ডোল্লব ১২ নি । মেটেবিয়েলগী ফিনা ডোলাব ১০ নি ।

৪) প্রাইরি স্তাইলদা গ্লাস হাপ্পা :- য়ুমগী থোঙ, থোঙনাওশিং প্রাইরি স্তাইলদা হাপ্পা পানশিনবা তম্বীগনি । মমিং চৎপা অফাওবা য়ুমশিংদা চৎনরিবা মওংশিং অদু তম্বীগনি । চয়োল অমদা অমুক্তং থোকপা ক্লাস ৫ গী ফি ডোল্লর ৫০ নি ।

৫) ব্রাটর কলর (অহৌবা অমসুং এডভান্স) :-অহৌবদগী এডভান্স কোর্স ফাওবা তম্বীগদবা ক্লাস অসিদা মী, শা, লৈ, দৃশ্য পূম্নমক য়েকপা হৈননবা তম্বীবগী স্তাইলিজেসন অমসুং বি' য়লিজম অনীমক তম্বীগনি । মেটেরিয়েলশিং ছাত্রশিংনা পুজরক্লবা লিষ্ট ওফিসতগী খঙবা য়াগনি । চয়োল তরেৎকি ক্লাস অনী অনী লৈবদা ফি ডোলার ১০০ নি ।

৬) কেল্লিগ্রাফি :- ছাত্রশিংনা পূং অনীগী চয়োলদা অনীরক থোকপা ক্লাস অসিদা থূৎই ফজনবা তম্বীবগা লোয়ননা রোমান রিনাইসা  মতমগী ফজবা থূৎইশিং পাবা তম্বীগনি । নীংথিনা য়েক থোৎপা তম্বীগনি । লোয়ননা বেক টু দি সেকেণ্ড বেসিক রুল 'রিটিন' হায়বা কেল্লিগ্রাফিগী লাইরিক ডোলার ৯ পীবা অমগা কেল্লিগ্রাফিস পেন অনী অনীগা লেম্না ফঙনি । চয়োল অমদা অমুক্তং থোকপা ক্লাস অসিগী ফি ডোলার ১৫ নি ।

৭)পাসপোর্ট টু রিটায়ার্ডমেন্ট :- ক্লাস অসিদা মী অমনা রিটায়ার্ড তৌরবা মতমদা, সাইকোলোজিগী, ইমোসনগী, শেল থুমগী থেংনগদবা প্রোব্লেমশিং অদুগা মরী লৈননা নৈনগনি । নারক য়েক্লকপা মতমদা লাইয়েংবগী মওংনা করম্না শীনগনি অসিনচিংবসু নৈনগনি । চয়োলদা অনীরক থোকপা ক্লাস অমগী ফি ডোলার ১৫ নি ।

৮) উইলস,ট্রষ্ট এণ্ড প্রোবেৎ :- প্রোপর ইষ্টেট প্লান্নিং, নর্সিং, হোম প্রোটেক্সন,লাষ্ট উইল এণ্ড টেষ্টামেন্ট লিভিং ট্রষ্ট, পাৱার ওফ অতোর্নি, পেসেন্ট এডভোকেৎ অসিনচিংবা নৌনা নৈনগনি । টেক্স অমসুং প্রোবেৎনচিংবা নৈনগনি । চয়োল অমদা অমা লৈবা ক্লাসগী ফি ডোলার ১৫ নি ।

৯) ফন্দামেন্টেল ওফ ইনভেষ্টিং :- মতৌ করম্না অকনবা পোর্টফোলিও অমা শাগৎকনি হায়বদু তমগনি । অয়াম্বা মীনা ৱানা অনবা শেল লান্না শীজিন্নদুনা লোইথোকখি । মসি করম্না কনাদগী তমগনি । ম্যুচুয়েল ফণ্ড,স্টোক বোন্দ,এন্যুইটি, IRAs,401(K) s,এসেট এলোকেসন,টেক্স ইফিসিয়েন্ট,ষ্ট্রেটেজি,টেক্স সেলটর,কোলেজ প্লান্নিং, লোং তার্ম ক্যার,ইন্সুরেন্স,ইষ্টেট প্লান্নিং, অসিনচিংবা তমগনি । চয়োন্দা ক্লাস অমা লৈবা চয়োল অনীগী ফি ডোলার ২০ নি ।

১০) বেসিক ষ্টোক এণ্ড বোণ্ড ইনভেষ্টমেন্ট :-ষ্টোক বেসিক,বোণ্ড ইনভেষ্টমেন্ট ষ্ট্রেটেজি,ষ্টোক এনালাইসিস,ওপসন্স,প্রেফরদ ষ্টোক, Keogh/IRA প্লানগী ম্যুচুয়েল ফণ্ড,টেক্স সেলটর্দ ইনভেষ্টমেন্ট প্লান অসিনচিংবা তম্বীগনি । চযোন্দা অমা লৈবা ক্লাসকী চয়োল অমগী ফি ডোল্লর ২০ নি ।

১১) বিলদর্স প্রি লাইসেন্স সেমিনার :-ষ্টেটকী বিলদর্স লাইসেন্স পরীক্ষা পাস তৌবা ঙম্মনবা তম্বীগনি । ছাত্রশিংনা মশাগী য়ুম শাবা, পৈশা থাদবগী মওং,য়ুমগী কোদ,আইন, অঙ্ক,ব্লু প্রিন্ট য়েকপা, পূম্নমক নীংথিনা হৈশিংলবা য়ুমশাবগী ইন্দষ্ট্রি অনীগী ওজা নেক্তুনা তম্বীগনি । মচাক্কী ফি ডোলার ২০ নি , হাপ্তা অনীগী ফি ডোলার ১৮০ নি ।

১২) নশাগী য়ুম করম্না শাগনি : -য়ুমগী হৌবদগী লোইশিনবা ফাওবা, লাইসেন্স লৌবা,পৈশা থাদফম থিবা,মচাকশিং খনবা,কোদ নম্বর লৌবা,পার্মিশন তানবা,লনাই শুজবা,কন্ট্রেক্তর অমগা পূন্না শুবা,য়ুমগী মোদেল য়েকপা অসিনচিংবা লোইনা তম্বীগনি । মথক্কী অসিদগী মসিনা স্কোপ পীকশিন্না ঐগী য়ুম হায়বসিদা নৈনগনি । পোৎকী ফি ডোলাব ৩০ নি , হাপ্তা অনী অনীগী ফি ডোলার ১৮০ নি ।

১৩) ইন্টেরিয়র বিডিজাইন ৱার্কসোপ:- ঐখোয়না লৈরিবা য়ুমশিং নীংথিনা শেমদোক্তুনা নুংঙাইহনবা, ফজহনবা য়াই । মসিদা ক্লাস অহুম থোক্লা নৈনগনি । (১)মতৌ করম্না লৈরম্নবা য়ুম মনুং অদু লম হাংনা ফজহনবা য়াবগে ?(২) পোৎচৈশিং অসি থম্নগী মওংনা য়ুম অমা হাংনা করম্না ফজবগে ?(৩) কা অমত্তনা অনী ওইনা উহন্দুনা শীজিন্নবদা হেন্না করম্না ফজহনবা, খুদোংচাহনবা য়াবগে ?অসিনচিংবা তম্বীগনি । নুমিৎ হুম্নিগী ক্লাসনি । ফি ডোলার ১৪৯ নি ।

১৪)অহনবা য়ুম লৈবশিংগী সেমিনার :- অহনশিংদা নত্তুগা নৌনা য়ুম লৈগদবা নহারোলশিংদা পীবা ক্লাসনি । য়ুম লৈদুনা লৈবগী চৎনবীনা খাইদগী ব্রাংবা লৈবাকসিদা য়ুম লৈবদা চঙবা হীরম য়াম্মী ।পূম্নমক নৈনগনি । ফি ডোলার ১২ নি । ক্লাস অমত্তনি ।

১৫) য়ুমগী মমল হেনগৎহনবা :-মসিসু য়ুম লৈবা ওন্নবশিংগী ক্লাসনি । মসিদা লৈরবা য়ুম অমা করি তৌগনি , করিনা তৌরোই লোইনা নৈনগনি । য়ুম লৈরগসু য়ুম য়োস্মোকপা তত্তনা চৎনৈ । লৈকাই,ষ্টেট হোংবগী চৎনবী লৈ । মদুদা য়ুমগী মমল হস্থদনবা তম্বীগনি । ক্লাস অনীনি। ডোলার ২৪ না ফিনি ।

১৬) পব্লিসদ ওথর অমা ওহনীংলগদি :- ক্লাস অসিদা ছাত্রশিংনা মতৌ করম্না লাইরিক ইরগা ফোঙগদগে হায়বদু তম্বীগনি । ট্রেদিসনেল কমর্সিয়েল পব্লিসিং,সেল্ফ পব্লিসিং, প্রিন্ট ওন দিমান্দ হায়না খায়দোকুনা নৈনগনি । ক্রিয়েটিভ,শেন্মুম,আইনগী থোঙ ত্বীগনি । রোয়েলটি করিনো,মার্কেটিং করম তৌগনি,ষ্টেওার্দ করম্না ফংগনি নৈনগনি । ক্লাস অমগী ফি ডোলার ৩৫ নি ।

১৭) ধ্যান তৌদুনা নুংগী শক্তি চঙিখৎহনবা :- ধ্যান তৌবনা নুংগী শক্তি চঙিখৎহল্লি । ঔরা রিদিং,ইনর্জি হিলিং,সাইকোমেত্রি অসিনচিংবা তম্বীগনি । চয়োন্দা অমুক্ত ং লৈবা চয়োল ১০ গী ফি ডোলার ৮০ নি ।

১৮)FIBRUMYALGIA খঙবা :- নঙগী তোংশা নাবা নত্তুগা SPASMS লৈরবদি,থবক শুকরগা নাগল্লবদি মদুগী অনাবদু কোক্লনবা হিদাক শীজিন্নদনা ফননবা শাজেল তম্বীগনি । ক্লাস অমগী ফি ডোলার ১২ নি ।

১৯) হাও আমেরিকা ব্রার্ক্ক :-ক্লাস অসিদা আমেবিকাদা লাকপা মীরৈবাক মচানা পোকপা চ গশিংদা আমেরিকাদা থবক থীনীংলবদি, থবক তৌনীংলবদি তুংদা করম্না থবক্তা চাওখৎনা তৌবা ঙমগনি , ইশাগী চাওখৎপা করম্না ফঙবা ঙমগনি হায়বদু তাকপীগনি ।ইতিকেৎ করিনো,লমচৎ শাজৎ করম চৎকনি,খূৎ শোক্লবা মওং,চাং নাইবা,ব্রারী শাবা,ফোন্দা বা ঙাওনবা,ব্রাহং তৌবা,পাউখুম পীবা,খূৎনা ঈঙ্গিৎ তৌনবা অসিনচিংবা কয়াসু লৈরি,পূম্নমক তম্বীগনি । অনৌবা মীশক অমা ওইনা শেম্লনি । চয়োন্দা ২ / ২ থোকপা ক্লাস অসিগী ক্লাস অমগী ফি ডোলার ১৫ নি ।

২০)স্ক্রেপবুক :- ইশা ইশাগী এলবম শাবা তম্বীগনি । ফোতোগী নত্তুগা লৈ,উনা, অতৈঅতৈগী এলবম শাবা তম্বীগনি । কলর তৈবা, চে ককপা,য়াৎপা,নপশিনবা,অসিনচিংবা তম্বীগনি । টুল বোক্স অমা পুরক্কদবনি । চয়োন্দা অনী লৈবা ক্লাস অসিগী ক্লাস অমমমগী ফি ডোলার ১২ নি ।

২১)ক্যালেণ্ডর স্ক্রেপবুকিং :-ছাত্রশিংনা ১২"x১২" কী কিট পেজ পুরক্কদবনি ।

অহানবা থাক্কী পারানা জানুয়ারিদগী জুন ফাওবা থা/থাগী পেজ অমমম তম্বীগনি,অনীশুবা থাক্কী পারানা জুলাইদগী ডিসেম্বর ফাওবা কিট পেজ অমমম তম্বীগনি । ছাত্রশিংনা টুল বোক্স অমা পুরক্কদবনি ।মচাক্কী ডোলার ৩৪ নি , ওঝাগী ডোলার চয়োল অমদা ক্লাস অমমম লৈবদা চয়োল অনী অনীগী ফি ডোলার ২০/২০ নি ।

২২) ইন্ট্রদক্সন টু দিজিটেল ফোটোগ্রাফি :-ক্লাস অসি সেগমেন্ট মঙা থোক্লা তম্বীগনি ,(১)ইমেজ কেপচর,(২)ইমেজ মেনিপুলেসন (৩) ইমেজ অউৎপুৎ,(৪) ইমেজ ষ্টোরেজ হায়রিবা মরি অসি তম্বীবগী মনুঙদা মঙা থোক্লা অমুক থমদুনা নৈনগনি । ষ্টোরেজ করম তৌগনি হায়বসিনা অরোইবদা থমগনি । চয়োলদা অনীরক লৈবা ক্লাস অসিগী ক্লাস অমগী ফি ডোলার ১৫ নি ।

২৩) দিজিটেল কেমেরা ৱার্কশোপ :-মতৌ করম্না ষ্টোরেজ কার্দ শীজিন্নগনি,দিজিটেল কেমেরাগী মওংশিং করিনো,দিজিটেল কেমেরা করম্না শীজিন্নগনি,দিজিটেল কেমেরা মতৌ করম্না পানখৎকনি,ইন্টেগ্রেটেদ কম্প্যুটব অমসুং দিজিটেল কেমেরা পুন্না করম্না শীজিন্নগনি হায়বসি নীংথিনা তমদুনা ফোতোগ্রাফব অমা ওইনা পুনশি হিংবা ঙম্নবা তম্বীগনি । চয়োল অনীগী ফি ডোলাব ৬০ নি ।

২৪) দিজিটেল ফোতোগ্রাফি অমসুং ইমেজ ৱার্কশোপ : -ক্লাস অসিদা মথক্কী অসিদগী হেন্না ৱাংখৎনা তম্বীগনি । দার্করুম টেক্নিকশিং,দিজিটেল ফোতোগ্রাফিনা যাদ্রবা পিকচর ফাওবা অয়াবা ওলহনবা,খরা ফক্কবদু অফবা ওলহনবা অফবা ফজবা ফোতো শেমগৎপা তম্বীগনি । ফিলম ফোটোগ্রাফি অয়াম্বা দিজিটেল ওনশিল্লক্রিবসিদা খুদোংচাবা ফজনি । চয়োল অহুমগী ফি ডোলার ৮৫ নি ।

২৫) দ্রোরিং ৱিথ ইওর চিলদ্রেন :- লাই য়েকপগী মফম চাউনা লৈ । শিক্ষাদা লাই য়েকপনা মায় নীংথিনা পাকহল্লি । মসিদা ক্রিয়েটিব আইদিয়া, শা উচেক য়েকপা, ইশাগী ফোটো য়েকপা,এবষ্ট্রেক্ত ওইবা লাই য়েকপা তম্বীগনি । চয়োল নিপানগী ফি ডোলার ৮৫ নি ।

**27 Financial Planning & Investing for the affluent.**

**28 Create your own foundation .**

**29 Pros and Cons of 401 (K) rollovers.**

**30 Estate Planning course.**

**31 Project your assets.**

**32 Introducing To e - Bay.**

**33 Career strategies developing a blue print for suc-**

**cess.**

**34 Introducing to Windows XP, Internet Microsoft world.**

**35 Do something different psychic adventures.**

**36 Kids and Sports: Injury prevention and treatment.**

**37 Do children bounce back ?**

**38 Conversation with yourself.**

**39 Firearms safety and personal protection.**

**40 Teen safety and self defence ( for girls)**

**41 U.S. power squadron safe boating course.**

**42 Men's physical fitness.**

**43 Youth learn to swim programs.**

**44 Water Arobics.**

মথক্তা পীরিবা নম্বর ২ দগী ৩৬ ফাওবদি শন্দোক্ল হায়দনা হীরমশিংগী মমিংখক্তা থন্রে। অসুম্না হায়স্কুল অসিদা সমাজগী মরী লৈনবা বিষয় কয়া তম্বীরি । নুপাগী,নুপীগী,অপুনবগী, অহল লমন মমা মপাগী ফাওবা য়েংদুনা ক্লাস হাংদোক্লি । অসুম্না সমাজগী মমায় চুম্নবা মরুওইবা থৌদাং লৌরি । ঐখোয়সু ব্রাখল খন্নবগী মতম ওইরে । স্কুলনা পাযথৎপা ব্রারোইদবা থবক ঙাক্তনি । ঐখোযনা মতৌ করম্না শীনগদগে হায়বদু মকোক্তগী মতোন ফাওবা শোযহন্দুনা থম্বদগী অব্রাবা উপায় লৈতবা ওইনা উরে । তশেংনা প াং চঙনা সমাজবু নুংশিবা অমদি নহারোলগী মমল খঙলবদি চুমখোকপা ঙমগনি ।

ব্রেষ্ট ব্রুমফিল্ড স্কুলদা তন্নিবা ছাত্রশিংগী মফমদা থন্নিবা কোদ ওফ কণ্ডক্টী ফিলোসোফিদা অসুম্না ইরি **"All those enjoying the rights of citizenship in the school community must accept the corresponding responsibility of citizenship"** স্কুলদা নাগরিক অমা ওইবগী ফংলিবা অধিকারশিং অদুদগী মী অমনা নাগবিক অমা ওইবগী অধিকার অদু ফজনি । মদু মানা হবাওনা য়াগদবনি,লৌগদবনি অমদি ঙাক্কদবনি । মরমদি ছাত্র হায়বসি জাতিগী তুংগী য়ুম্বীরোল ওইনা শেম্বীবা অদুবুনি । স্কুলনা ছাত্রবু ফজনা শেন্রে অফবা নাগরিক ওইরে; স্কুলনা ছাত্রবু ফজনা শেমদ্রে; ফত্তবা নাগরিক ওইরে । মশানা তাজবনি । ব্রাফম অসি মণিপুরদা লৈরিঙেদা নুমিৎ থূদিং হায়নরকই,তারকই,পরীক্ষা হায়দোকপা মতম মতমদনা

হেন্না তেঃয়না খবরদা ইনবা পারকই। নুমিৎ খুদিংগী। অদুবু অশেংবা অথদি ’সিদা লাক্লগা খঙলকই।

ঐখোয়গী ইচাউ চাউনা শোয়বদু অমা য়েংশি। স্কুল, কলেজ, ইউনিভর্সিটিদা ইলেক্সন তৌই। চুম্বোই নীংই। অদুগাদি ’সিদা তৌবগা ইওন ওন্নরম্রে। মখোয়গীসিদা লৈবাক্কী মপু প্রেসিডেন্ট, সিনেটর, গবর্নর, জষ্টিস লোয়না ফমদু পামদুনা মী মশাদুনা অপাননা প্রেসিডেন্ট ওইগে, গবর্নর ওইগে, ঐনা অদু অদু তৌনি হায়দুনা ভোট থোন্মী। আর্নোল্ডনা বোদী বিল্ডিং তৌবা অদুদগী সিনেমা হিরো শাবা অদুদগী গবর্নর লেপকে অমুক চোংথোক্লুনা লেপ্পা ঙমদুনা গবর্নর ওইরিবসিনি। হায়বদি স্কুল, কলেজ, ইউনিভর্সিটিদা ঐখোয়না মসিমক তন্বী। ছাত্রশিংগী ভোত্তদি ফাইনান্স সেক্রেটরি ওইগে, কলচরেল সেক্রেটরি ওইগে, জেনেরেল সেক্রেটরি ওইগে হায়না দাইরেক্ত চোংথোক্লুনা ভোট লেপ্পে। অদুগী মওং অদু এসেমব্লী, পার্লিয়ামেন্টকী ভোত্তদি তৌরমদ্রে। করম্না স্কুল, কলেজ, ইউনিভর্সিটিগী নাগরিক্লা মণিপুরগী ভারতকী নাগরিক ওইরুনবা তন্বীবদা ওন্ন তৈননা তন্বীরক্রিবনো? ময়োন্দগী হৌনা লাল্লে। অসিগুম্বা মওংশিং অসি ঐখোয়গীদা য়াম্না চৎথরি।

খুদম অমতংগা য়েংশি - বনমহোৎসব হায়দুনা ছাত্র-ছাত্রী ময়াম অমা পুথোক্লুনা চহি খুদিং শোরোক মপান্দা, পার্কতা, লমহাং তুহাংদা উথাহনগনি। খরা চাউরক্লগা, য়েংবা নুংঙাইরক্লবা মতমদা পি. ডব্লিউ, নত্ত্রগা ইলেক্ট্রিসিটিগী মীওইশিং লাক্লুনা লোইনা ককথৎলখিনি। সরকারনা উ ককথৎপা তন্বীবা লৈবাক্তু মণিপুরনি। ইউ. এস. তদি সহরদা শোরোক মপান্দদি লায়রদুনা জঙ্গলদা ফাওবা উশা নত্ত্রগা মতোন ককপা উ অমত্তসু উবা ফংলোই। থবক অমা তৌরমদাইদা উ হান্না চিংথোক্লনি। যুম অমা শারমদাইদা উ হান্না মফম চানা চানা থাগনি। উ য়াম্না থাগনি।

মতাং অসিদা মতেক অমা নীংশিংলকই। অইবগী ইচানুপা ললিতকী য়ুমদুগী শুমাং মাঙ্গোল হায়বা তাই ভাইনীং রুমগী নোংপোক, গেরেজগী মখা নোংচুপ অদুদা উপাক্কী গাদি শুমাঙ মাঙ্গোল অমা লৈ। ফুট ১৫ x ১০ ওইগনি। মদুগী মখাদা ফুট ১২ x ৩ গুম্বা লম্বী ওই। লৈ থাফম ওইনা লৈ। ইচিন চিন্না হাংবা হায়বদুনি। মদুদা উপাম্বী কামগাম চাউবা অমা হৌই। অৱাং নোংচুপ ওন্না ইঞ্চি ৯/১০ না কোনবা উশা অচৌবা অমা ইম্বোক্লুনা লৈরম্মী। মদুনা চৌকি মরি থাদুনা ঙাইহাক নুংশা য়াইদুনা ফমজগদবা উপাক্কী গাদিদুদা উরুম লাংহল্লি। উশা অদু হোরায় অহনবা অমা তন্না লৈরুদুনা ককথৎলম্রে। ঐনা থুংলবা মতমদা উশাদুগী মনাশিং অদু শংনা লৈরমদ্রে ইকং কংনা ইমু মুনা লৈরম্মী। করিগীনো ’সিদি ককথৎলগা হন্দোক্তুনা থম্লিবদি হায়না হংবদা “পু হায়বা য়াদ্রে,

গার্বেজ শেংবশিংদুনা শোয়োক্তা পুবা য়ারোইহ মী উগনি"হায়। অদুদি করম তৌনি হংবদা "ফুটথায় অমমম শাংনা কক্লগা মীনা উদনবা প্লাস্তিক অতৌবদুনা য়োন্নগা অমুবদুনা মথক্তা অমুক য়োন্নগা চেংনা পুনশিল্লু" হায়রম্মী হায়। তুমিন অদুম তায়। ইচানুপাসু ইমৌনুপীসু পূং ৮ তাবদগীদি ওফিস চংনবা হোংনৈ। মদুগী মমাংদা মচা অনী স্কুল চংনবা, মথোয়গী য়ুমদা থরা চা-থক্লগা থাখিনবা হোংনৈ। পূং ৭ তা নুমিৎ থোক্লি মথোয়গীসিদা। অদুনা শংজদে। নুমিদাংব্রাইরমদনা পূং ৫/৬ তা হল্লকই। অদুদগী অঙাং অনীগী ইরোইবা চংপা নুমিৎ, নুপামচাদুগা নুপীমচাদুগসু নুমিৎ মান্নদে, তাইকুণো চংপা নুমিৎ অদুগী থিন্দোক থিঞ্জিন ওয়োক্লা চিল্লি। অদুনা উশাদু ককপা ঙমদদুনা য়ুম ময়াদা অনী থোক্লা পুনশিন্দুনা লৈরম্মী। নোংমা তাঞ্জা য়েংদুনা ঐনা হোরায় পুথোক্তুনা কক্লগা প্লাস্তিক অতৌবা অমুবা অনীনা য়োন্নগা চেংনা পুন্দুনা থম্মী। অদুদগী নোং ঙানবদা ইরায় তাদুনা পুখি। উশা ককউবা য়াবা নত্তে।

হৌজিক ঐথোয় করম্লা মেনখৎসিগে খন্নদবা য়াদবনি। ঐথোয়দগী চহি ১০০/২০০ মাঙ থানা চংথ্রবা আমেরিকা, জর্মন, ফ্রান্স, ইংলেণ্ড, জাপান্সু তান্নদ্রবদি ঐথোয় সভ্যতাগী লমজেল থোক্তবা, য়াউদবা তাবনি। ঐথোয়গী ইরক্তগী মণিপুরি মচা কয়া য়াম্লা ভারতকী ষ্টেটশিংদা, পৃথিবীগী লৈবাকশিংদা চেন্নখ্রে। মসিদা ঐথোয়গী কয়া য়াম্লা মাঙজখ্রবগে হায়বদু খন্দুনা য়েংশি। ইরমদমদা অফবনা পাথোক্তুনা মীগী মতেং পাংবা ওইরগদি ফবা, অদু নত্তনা ইরমদমদা লাইহিরিক তন্নগদি মাঙলগনি কিন্দুনা মপান্দা লোম্না লোম্না থাদোকনরিবসি কয়াদা মাঙখ্রবা! ইরমদম অসিদা অফবা মহৈ লোয়শঙ, অফবা শিন্ফম শিনশঙ লৈরগদি মসিদি থোক্লোই। মদু নত্তবনিনা নোংমদা লুপা কয়া কয়া, মেন প'ব্রার কয়া কয়া মাঙলমগনি। অথঙ অহৈশিংনা পারগা পুথোক্তুনা অমাঙবসি ভব অমিন্নবগী, খঙমিন্নবগী মতম ওইরে। প্রোফেসর মুহিন্দ্রো ইকোনোমিষ্ট নীংশিংলকই।

ঐথোয়গী হায়স্কুল লিভিং পরীক্ষাদা অঙাং লীশীং কুন্থ্র কুন্থ্র ফেল ওইহল্লগা মাদি মায়থীরবা অঙাংনি হায়দুনা থন্নম্রিবশিং অসিবু তশেংনা মায়থীরে হায়না অথঙ-অহৈশিংনা য়ানরব্রা? মসিমদি চামদা চামা লানগনি। অদুবু, নঙদি ফেল ওইরবনি পরীক্ষা অমুক অনীরক ফেল ওইরে হায়দুনা অঙাং অদুবু ঐথোয়না মায়থীরবা পুনশিনি হায়না নম্বর থাজিনবীরি। মসিনি ঐথোয়না অঙাং হাৎলিবসি। চহি খুদিং অঙাং লীশীং লীশীং হিংনা হিংনা হাৎলিবা লৈবাক্তু ঐথোয়গী ইরৈবাক অসিনি। অমরোমদা মায় পাক্লে হায়দুনা হরাওহল্লিবশিং অদুবু তশেংনা মায় পাক্লব্রা? পৈশা পীজদুনা য়াম্খ্রে অমা চামা অমা অঙম্বনা ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার, উকিল তমহল্লগা হয়েং ওফিসার ওইদুনা পৈশা চাগনবা মী মশীং হেনগৎহন্নবা শীনবা মায় খুৎপাক অসিবু হরাওনরিবা ইরৈবাক ইরমদম

অসিনা মীগী মমল, পুনশিগী ভেল্যুজ, সভ্যতাগী থাক অদু করি ওইহৌগদৌরিবনো, ঐখোয়গী প্রোফেসর দামোদরগী সহিত্যদুদা প্রাক্তিকেল -ভেল্যু -সাহিত্য হায়বা মওং অমা শেমগৎপা য়ারোইদ্রা হংনীংলকই। করি তৌসিগে? ঐহাক্না মতাং মতাংদা মণিপুরগী শক্লাইবশিংগী মিং খর খর পঞ্জগ্রে। মসি শক্লাইবশিং অদুমক্তদসু অদুগা মখোয়গুম্বা চামা চামা লৈহৌরিবশিংদুসু পূম্না পঞ্জরিবনি। হায়বদি মখোয় এঙ্গ, ব্রাই, জেদ ওইনা পঞ্জরিবনি। ঐখোয়দি পনবীরক্তেনেঃ অইবদা শাউবীগনু। অইবগীদি খূবাং তরাসি লোম্নদুনা খোঙবী খোঙনাওবী খাজনা ব্রাকৎচরিবনি - ধর্ম, কাঙলূপ, জাৎ বিজাৎ, ফূরুপ করিসু য়াররোই। মতমসি ইপাম খাম্বী মৈহৌরবনি। ফাগী তৌবীনু।

অইবা ইশাগীদি করিগুম্বা স্কুল বোর্দ অমা শেমদুনা থ্রি আরস তোক্কুনা অঙাং শেন্নসি হাযরগদি ইশাসি থাংদোকচরগনি। করিগুম্বা ঐখোয়বু শেন্নবীরবদি থবক অসি অমুক্তং চাং য়েংবা চুপ্রে হায়না চপ চানা খঞ্জরে। মণিপুরগী মফম অমদা থাগুক্লা হেক্তা হৌবা য়াই। হায়বদি মী খরগী মিংয়েং শানবা, ব্রারক কনবা, কখোকপা ওম্বা, অখাঙকনবা চঙই। মখোয়না শেন্নবীরবদি থবক অদু মায় পাক্তনি। মসিদা ইশাগীদি চামদা চামা থাজজে। ঈশে শকপা, লাই য়েকপা, চক্ষূ শাবা, উগুবা, য়োৎ শুবা, কম্প্যুটর শেম্বা, চনবা, শীজিন্নবা, ফোটো নম্বা, ফি শাবা, মোজা লোনবা, জগোয় শাবা, হিসাব গুবা, পাউমী ওইবা, ইংখোল কোইবা, লম্লোনবা, গাড়ী খৌবা, ঘড়ী শেম্বা, ইরোইবা, যোগ, বোদি বিল্ডিং, য়ুম শাবা, শাবোন শাবা, ধুপ শাবা, ফূরিৎ তূবা, ইলেক্ট্রিক শেম্বা শাবা, টিনগী থবক্, মূর্ত্তি শাবা, লাইয়েকপা, হকচাং শাজেল, ফার্স্ট এইদ, মোটোর মেকানিক, রেদিও শাবা, টি.ভি. শাবা, লাইথি শাবা. এক্তিং, নোংমৈ কাপ্পা, হি হোনবা, সনা শাবা, তেন কাপ্পা ঐখোয়না তম্বীবা ঙম্বা ঙাক্তনি। পূম্নমক অসিগী ক্লাস থমদুনা ঐখোয়না তম্বীবদা অঙাংশিংদা কয়া য়াম্না কান্নবা ফঙনি। মসিগী প্রোজেক্ত অমা ইরায় লায়না তৌবা য়াগনি। হায়বদি খুঙংদা, বাজারদা মথৌ চিন্না থবক শুজরিবা খূৎ হৈবশিংদগী হাপ্তা অমদা অমুক্তং / অনীরক্তং মিনট ৪৫ গী পূং অমগী ক্লাস পীবীয়ু অব্রামন খরদং কচ্চগে হায়না হায়জরুগদবতনি। মদুগী মমলসু অঙাংশিংগী মমা মপানা অঙম্বা থাক্তা পীজগদবতনি। মসিগী মওং অসিনি আমেরিকাদা ক্লাস অহুম / অহুম স্কুলদা চত্থরিবসি। ঐখোয়না লাম্না থবক পার্মেনেন্ট হায়দুনা হাপচিল্লুবদগী লাইরিক তম্বীখিদ্রবগী য়ানি। খূৎশুমন পীদুনা মফম অদুদা হাপ্পিবা অসুম্না লোইনা তৌরম্রবদি কম্না কম্না তম্বীনরমগনি।

অসিগী মথক্তা, মেদিয়া সেক্তর, প্রেস, চেফোঙ থমদুনা রেডিও প্রোগ্রাম শেমদুনা,

অশুাংশিংগী ক্রিয়েটিভ শক্তি অমসুং পার্শোনেলিটি ডিভেলপমেন্ট শেমগৎপীবা তাবনি। হোৎলক্লিবা পৃথিবীগী থোঙ হাংদুনা মথোয়বু পৃথিবীগী নাগরিক ওইননবা শেম্বীবা তাবনি। ঐখোয়গী ইচা ইশুশিং পৃথিবীগী মীরক তিনবদা নোপকনি হায়বসি থাজদে ।কোকসু ব্রাৎলোই,খুৎসু ব্রাৎলোই। অদুদগী হেন্দোক্তুনা খোঙদি পুংথোই থোইনা শিংগনি খল্লি। মথোঙ শোম্বীবা ব্রাৎপগী নারক্তা শাৎপা লৈরাং,চীংদা শাৎপা ইক্তৈল্লে ওইরে। হৌগৎলসি ইরৈবাকচাশিং!

• • • • • • • • • • • • • • • •

## ব্লুমফিল্ড যোগ

১) অনুসরা যোগ :- থৌজালগী ঈচেল হায়না কৌবা অনুসরা যোগ ক্লাস অমা গ্রীন ইলেমেন্টরি স্কুলদা চথরি। যোগগা লোয়ননা অনা লায়েংবদা যোগগী মতেং লৌবগী কান্নবসু তাকই। চয়োল ১০ গী ডোলাব ১১০ নি। **Green Elementary school 4500 Walnut lake road West bloomfield 48323.**

২)বোদি লেঙ্গ্যুজ এক্রোবেতিক ফিৎনেস এণ্ড যোগ সেন্তর:- নীংথিনা ত্রেনিং ফংলবা ওঝাশিংনা চয়োল ৮ চুপ্না তম্বীগনি। ফক পুরকপগী মথৌ চঙদে। অঙাং য়াওরকপা মীওইশিংগী অঙাং শেন্নবগী ডোলার ২/২ ক্লাস অমগী ওইনা লৌগনি। চয়োল ৮ গী ফি ডোলার ৮৮ নি। **1507 Union lake road West bloomf eld.**

৩) যোগ বেসিক্স ওল লেভেল্‌স :- অহানবা থাক্কী যোগ অমসুং প্রাণায়ম তম্বীগনি। যোগগী মখা তমথগদবশিংনা য়াওগদবা ক্লাসনি। ফক্কী ডোলার ২০ লৌগনি। চাইল্ড কেয়ারগী ডোলার ৩ নি। চয়োল ৮ গী ফি ডোলার ৮৮ নি। **The yoga and Pilates studio west Bloomfield 5580 Drake road.**

৪)পল্লার যোগ : অষ্টাঙ্গ যোগগী অহৌবশিং শুনা তম্বীগনি। সুর্যনমস্কার, প্রাণায়ম,তম্বীগনি। ফক্কীদমক ডোলার ২০ থীগদবনি। চয়োল ৮ গী ফি ডোলার ৮৮ নি।মথক্কী ৩ শুবা মফমসিমক্তনি।

৫) ইন্টরএক্তিভ যোগ ফোর কিদস: ( চহি ৫-১২ গী ) ক্লাস অসিদা মরুওইবা যোগগী পূক্লীং চঙবা থারনা থ্যানগী অহৌবা শরূক তম্বীগনি। হকচাংগী কয়াৎশিংগী মরমদা (এনাতোমি) নীংথিনা তাক্কনি। চয়োলগী ফি ডোলার ৮৮ নি। মথক্কী ৩ শুবা

মফমসিমক্তনি ।

৬) থেরাপ্যুটিক যোগ : নশাগী পাঙ্গল,শক্তি,থোৎনৌবা মাঙখিবা হৃঞ্জিন্নবা,মাঙথরক্তনবা যোগগী শাজেলশিং,প্রাণায়ম,ধ্যান ধারনা তম্বীগনি । ফক লৈনবা ডোলার ২০ পুরক্কদবনি । চয়োল ৮/৮ গী সেসন অনী পূন্না সেসন ১৬ কী ফি ডোলার ১২৯ নি । মথক্কী অসিমক্তদনি ।

৭) যোগ ফোর ব্রেথ লোস : সূর্য্যনমস্কারদগী হৌদুনা হকচাংগী অরূম্বা হন্থহন্নবা মরী লৈনবা অসনখক্ত খন্দোক্কুনা তম্বীগনি । ফক মশানা পুজরক্কদবনি । চয়োল ৮ গী ফি ডোলার ৮৮ নি । মথক্কী মফমসিমক্তনি ।

৮) প্রিনাতাল যোগ :-মসিনা লিগামেন্ট অমদি নঙ্গনগী অনাবশিং ফহনগনি । হকচাং থোৎনৌহনগনি,পাঙ্গল শক্তি হেনগৎহনগনি । নুপীশিংগী লাঙতক্কবা,শু নোঙ্বগী ব্রাবা কোক্কবা আসনশিং তাক্কনি, আমেরিকান কোলেজ ওফ ওব্সটেট্রিসিয়ানস অমসুং গাইনোকোলোজিষ্টনা মতেং পাংদুনা চথগনি । ফক লৈনবা ডোলার ২০ পুরক্কদবনি,চয়োল ৮ গী ফি ডোলার ৮৮ নি । মথক্কী মফম অসিমক্তদনি ।

মথক্তা হায়খ্রিবা যোগগী মফম মান্নবশিং অসিগী তম্বীগদবা ওঝাশিং তোঙান তোঙাল্লি। চয়োন্দা ক্লাস নুমিৎ খেন্নবা অমমমথক্তা পীগনি । অসুম্না স্কুলদা যোগ শোয়দনা য়াওরকপগুম স্কুলগী মপান্দসু যোগগী স্কুলশিং নীংথিনা চথে ।

কনাগুম্বা যোগগী স্কুল তৌবশিংনা মফম অসিদা ডোলার মিল্লিয়ন তাল্লি । নোংমগী লেপ্তুনা টি.ভি.দা যোগ তম্বীবগী চেনেল লৈ । মখোয়গী অসিদা অফবনিবু হায়রবদি মী হেক্তা ফংই । যোগগী ব্রাখক্তা নত্তে চীনগী, জাপানগী,মৈতৈগী (থাং তানচিংবা), পৃথিবীগী জাতি পূম্নমক্কী মশান্না মফম অসিদা তম্বী । অঙকপা পূক্নীংনি আমেরিকাগী মীশিং ।

• • • • • • • • • • • • • • • • •

## Administration
### (Social customs)

তাং ২০/৮/২০০৪ ইং **O'HARE Airport** তা থুংবা মতমদা অঙাংশিংনা পুরকপা গাড়ী অদু **Six seated** নি। মদু খর লাপ্পা গাড়ী য়োনফম অমদগী ব্রায়বনি । গাড়ী য়োনফম্না মফম অসিদা খ্বাইদগী কূংই । কার ময়াম থাদুনা লৈরবদি গাড়ী য়োন্নবা ওইরম্বনা য়াম্মী । **Institution** অমা পার্কিং অমা, **Shop** অমা পার্কিং অমা,**Organisation** অমা পার্কিং অমা পার্কিংদি মশীং য়াম্মী । শোরোক মপান্দা

ইন্ফালগী সেক্রেটরিয়েৎ মমাঙদা থারিবদুদি ওদ্দে কপা মওংগী পার্কিং অমা ওইনা 'সিদগী য়েংবদদি উই। তৌহৈগদববু মান্দে। কারশিংদু কিরমগনি।

কারদু নুমিৎ নীনিগী ডোলার ৭০ দা ব্রাইবনি। অদুনা তাং ২১/৮/২০০৪ ইং নুমিৎকী নুমিদাংব্রাইরম পূং ৮ তাবা মতমদা থিনবা চৎখি। চাক চারগা চৎখিবনা মৌসু ইম্নখি। মরমদি হল্লকপদা মখোয় য়ুমগী গাড়ীদা তোঙলকপা তাবনি। মফমসিদা খোঙনা চৎপগী মওং শুক্রে লৈত্রে। করম্না থম্লম্মী হংবদা গাড়ীদুনা পার্কিংদুদা শোদুনা লম্বী মপান্দা পার্কিংদুদা শো লোন্দবা উপুগুম্বা ( টিন অথাবনা শাবনি) অমদা অদুম থম্লম্মী হায়। মমৈদা নোট ইরিবা নুমিৎসিগী অয়ুকপূং ৭.৩০ রোম অবা মতমদা, "গাড়ী থম্বীরম্ল শো থম্বীরম্ল য়াম্না হরাওজরে। তুংদসু দরকার লৈবা মতমদা ঐখোয়বু শোয়দনা নীংশিংবীরকউ" হায়দুনা টেলিফোন্দা হায়রকই। ঐখোয় লোয়না তানবা পাউদু অদুম পীরকই। শোরোক্কী মতাইদা য়োৎনা শাবা খরা অমমমদা ঙসাইগী মথক্তা হায়খিবা কৌতানা টিম্না শাবা উপু মচা ইঞ্চি ৬″ x ৭″ মমায়দু লাউগনি ইঞ্চি ১১″ x ১২″ অমা মথক্তা থম্লগা পুনা মচা অমমম পাম্লি, মপা চপ চানা মথাদনা মমায় মথূম পান্দুনা **diameter** ইঞ্চি ৫″/ ৬″ ওইগদবা উতোংগুম্বা অমমম থম্মী শো অমত্তা লোন্দে, থমদবসু য়াওই। মথক্কী অদু হাংদোক্লুনা য়েংবদা চিঠি ৩/৪ য়াওরম্মী। অসুম্না খরা অদু ইমুং ১০/১৫ পূল্লি। অদুগুম্বা ১০/১৫ পূনবা খরাদু অনী অহুম পূম্না ফুট ৮/৯/১০ খক্তা লাপ্পনা থম্বসু য়াওই। উপু মচাশিং অদুগী মথক্তা য়ুম য়ুমগী নম্বর ইদুনা অমগা অমগা য়েৎশিম্নদনবা খঙননবা হোৎনৈ। **Street** হেক হোংবগা উপু মচাশিং (চিঠি উপুশিং) অদুগী মচুশু হোংই। থবক পূম্বা নিয়ম অমদা তৌই। য়ুম অমা উপু অমা অসুম্নসু তৌই। য়ুম তোঙান শাবশিংগীনা খরা তোঙাল্লি।

সহরগী লূনানবগী থবক অসি মরুওইনা **Local committee** না পুই। লোকেল কমিটিবু মখোয়না নাইবরহুদ কমিটি হায়না কৌই। **N.G.O.**গী মওংনি। অমরোমদসু পঞ্চায়েতকী মওংনি। মখোয়না থা/থাগী ডোলার ৫০ অমসুং ডোলার ১০০গী মরক্তা খায়গত্তুনা কমিটিনা লৈকায়গী লম্বী, থোং, হৈকোল লৈকোল, উপাল, ব্রাপল, ব্রেত লেগু এরিয়া, ঈশিং, মৈ পূম্নমক ফজনা পীননবা, লূনাম্নবা য়েংশিল্লি। নাপী অমসুং লৈশিং অসি মখোয়গী লম্লোনবা কাঙবুনা নর্সরি ফার্মদা শেম্বদগী দুকান্দা পুথোরক্লুনা য়োল্লি, মমলসু য়াম্না তাঙই। শম্না হায়রগা **Meijer Shop** তা য়োলহৌবা উপাম্বী মচা ফূট ২ রোম ব্রাংবদু ডোলার ৫০.৯৯ থাহৌই। ঘড়ীগী মমলদি ব্রাল ক্রোক্তা ডোলার ১২.৯৯, ডোলার ১০.৯৯, ডোলার ৯.৯৯ থাবা য়াওহৌই। খর তঙবা ফূরিৎকী মমলদি ডোলার ৩০.৯৯, ডোলার ২৭.৯৯ থাহৌই। খোঙউপসু ডোলার ৯.৯৯, ১২.৯৯ নচিংবা

থাহৌই। উগী লৈগী পাম্বী মমন্দি য়াম্না তাঙই। **Neighbourhood Committee** অসিগী মথক্তা **Subdivision Board** লৈ, মখোয়নসু সমাজগী থবক কয়া পূই। লম্বী থোং, স্কুল, অসিনচিংবা পূম্নমক্তা থাক হম্দনবা কয় য়েংশিল্লি। মসিসু **N.G.O.** গী মওংনি সরকারগী ইলেক্সন নত্তে। **N.G.O.** বু মখোয়না **N.P.O. (Non profitable Organisation** হায়না কৌই।) ইউ.এস.এ.দা নীংথিনা চাওখৎহল্লিবা মরুওইবা নাগরিক জ্ঞান অমদি থৌদাং (রেসপোন্সিবিলি) নীংথিনা খঙনা ঙাক্লিবসিদি সরকারগী নত্তবা লৈবাক্কী থবক য়েংশিনবা অহানবা, অনীশুবা প্রজানা প্রজাগীদমক খঞ্জদুনা শেমজল্লিবা কমিটি অনী অসিননি।

মসিগী মথক্তদি সরকারনা য়েংশিনবা **Township** লৈখ্রে। মখোয়দি ইলেক্সন্দা খনবা মীহুৎনা শেমখ্রে। অদুগী অমুক মথক্তা **County Board** হায়দুনা অমুক লৈখ্রে। মখোয় অসিনা **District Level** দা কৃপ্না য়েংশিল্লি। **County** দগী **State** লাক্লে। হৌজিক **West-Bloomfield** অসি মিচিগান **State** কী মনুং চন্না লৈবা **Township** নি। অসুম্না **County** দগী অমুক মখোয়গী **Congress** তা মীশীংগী মতুংইন্না মীহুৎ থাগত্তুনা অদুগা **U.S.** কী ষ্টেট ৫০ দগী সিনেট অনী অনী পূম্না সিনেট ১০০ অমগা থাগৎলক্তুনা **U.S.** কী **House of representative** শিংনা **House of parliament** তা ফমদুনা ব্রায়েন থৌদাগী থবক তৌই।

ইউ.এস.তা নুংঙাইহিরিবদি সরকার থবক তৌদুনা প্রজাগী সেবা তৌগে চোংথোরক্লিবা মীশকশিংগা মপান্দা লৈহৌবা লনাইগী থবক নত্ত্রগা এন.পি.ও.গী মওংদা থবক তৌহৌরিবা মীশিংগা অনীগী মরক্তা মপান্দা লৈহৌবা মীশিংবু হেন্না ব্যবহার তৌবসিনি। শেন্নুমগী ফিভমসু সরকারগী থবক তৌবা নত্ত্রগা ইলেক্সন্দা কাবা মীশিংনা হম্লনা ফংবা অমদি মপান্দনা হেন্না শেন ব্রাংনা তানবা ঙস্কগী মওং অসি লৈবনা লৈবাক্কী ঈজ্জৎ অসি অমনা অমদগী হেন্না ব্রাংনা খনবগী মওং লৈতে। রাজনীতি তৌবা মীওইশিংনা রাজনীতি পোথারগা ওঝা ওইগে, ইন্দষ্ট্রি তৌগে, সরকারগী নত্তবা লনাই থবক অমা হেক্তা তৌদুনা শৈশা তানগে খনবগী মওং উই। মরমদি ইউ, এস, তা থবক শুনবগী শিনফম লীশীং মরিগী মথক্তা লৈ। **Dignity of labour** গী চপচাবা মফমদু ঈ-তোংদা য়াওদুনা লৈখ্রে।

মখোয়গী শাসনগী মওংদি মথাগী অসুম্না ওই :-

| | |
|---|---|
| ১) লোকেল এরিয়া নাইবরহুদ | (এন.পি.ও. গী মওং)কমিটি |
| ২) সব-ডিভিজন | (এন.পি.ও.গী মওং) |
| ৩) তাউনসিফ | (সরকারগী মখাদা ইলেক্সন্দা খনবা) |

৪) কাউন্সি (ডিস্ট্রিক্ত লেভেল কমিটি ইলেক্সন)
৫) ষ্টেট (১ কল্গ্রেস)
(২ সিনেট)
৬) ইউ.এস.এ. (হাউস ওফ রিপ্রজেন্টেটিভ)

মখোয়গী কেপিতোল বিলদিংদগী Congress অমসুং Senate তগী লাকপা মীহুৎশিংনা অপূনবা লৈবাক্কী শাসন্ তৌই। ষ্টেট ৫০ লৈবা ইউ.এস.কী তোঙান তোঙানবা ষ্টেটশিংদগী সিনেট অনী/অনী মীহুৎ ওইনা থাগৎলক্তুনা পুন্না সিনেট ১০০ না শাসন তৌবগী ভার পুগনি। মখোয়বু ষ্টেট ষ্টেটকী মীশিংগী চংদা হোৎলগা থাগৎলকপা কল্গ্রেসকী মীহুৎশিংনা মতেং পাংদুনা পুন্না শাসন তৌমিন্নগনি। অসুম্না লৈবাক্কী অচৌবা থৌদাং House of representative না পুগনি। Direct ইলেক্সন্দা খনবা প্রেসিডেন্টনা মাগী White House তগী মাগী মখা থাবা Vice president অমদি ওফিসরশিংনা লৈবাক্কী রায়েল থৌদাংগী অচৌ অচৌবা হীরমশিং মরুওইনা মপান লৈবাক্কী হীবম,ঙাকশেনগী হীরম,অন্তরজাতিগী থাক্তা লৈবা হীরমশিংগী রায়েন থৌদা পুগনি। হীবম কযাদা সরকারগী ডিপার্টমেন্ট লৈরবসু হীরম অদুমক্তা প্রজানা প্রজাগীদমক্তা শেমজবা কমিটি/বোর্দ নত্রগা ওর্গেনাইজেসনশিংবু হেন্না পুক্লীং থৌগৎলি।

মওং অসিদা শাসন তৌবনা প্রাইভেট এন্টরপ্রাইজগী থবকশিং য়াম্না চাওখৎলি। খুৎশা হৈবা,লাইবিক লাইশু য়াম্না হৈবা মীশিংনা সরকারগী থবক অমত্তা তৌনীংদে। সরকারগী থবক তৌবশিংনা শেম্লোক লম্বী য়াম্না হস্তবনা মগুন লৈবা মীওইশিংনা থবক থিবিঙেদা সরকার থবক তৌদ্না তাঙ্গা ঙাইবা ওইনা লৈনৈ। মতৌ অসুম্না শাসন তৌরিবা, বাশিংতনগী সরকারগী শাসন অসি তানউসিফতা লোইখ্রে। অদুদগীদি সভ-ডিভিজনগী কমিটি অমদি নাইবরহুদ কমিটিনা চপচানা অপাননা মাগী মাগী লমদম লমদমগী চাওখৎনবগী থৌদাং মশা মশাগী তৌফম থোকপনি খন্না কুপ্না য়েংশিন্নদুনা থবক তৌই। অসি হায়দুনসু সরকারগী মিৎয়েং হস্তবা নত্তে অদুগা তানউসিফতগী হাউস ওফ রিপ্রজেন্টিটিভ ফাওবগী শাসন্দসু প্রজাগী খোল্লাউ তাদবা নত্তে। প্রজাশিং য়াম্না নীংথিনা নাগরিক অধিকার ব্রাংনা খঙই।

ইলেক্সন্দি সিনেটরগী তার্মনা চহি তরুক্তি,কল্গ্রেস অমসুং প্রেসিডেন্টকী তার্মনা চহি মরি/মরিনি। সিনেটর ১০০ গী ইলেক্সন্দি শরুক অহুমগী অমা চহি অনী অনীদা পাঙথোকই। মদুনা শাসনগী থবক্তা সরকার পায়বা পার্টিনা খুশী পংতৌ তৌবা য়াদনবগী অচৌবা মচাক অমা ওইহল্লি। শাসন্দা প্রজানা পামদবা খজিক্তং হেক

য়াওখিবদা সিনেটর ১০০ গী অহমগী অমগী ইলেক্সনা অদুদা সরকার পায়রিবা পার্টি অদু মায়থীহৌবা য়াবগী চাং য়াম্না লৈ । শম্না হায়রগা চহি অনী অনীদা শাসন হোংবা য়াবগী কা অমা থম্মী ।

ইউ.এস.কী ইলেক্সন্দি মতম মতমগী য়েংদুনা তৌদে । লেপখিবা তারিক্তুদা মতম পুম্নমক্তা হোংদনা চৎখে । কয়ামুক ইমর্জেন্সি লৈরবসু মখোয়গীদি ইলেক্সন্দগী হেনবা ইমর্জেন্সি থমদে । নভেম্বর থাগী অহানবা শগোলশেল নুমিত্তা পাঙথোক্কনি । হৌজিক ভোটকী অকনবা ঈরাং, কনভেন্সন কয়া পাঙথোক্লরে ।

মফমসিগী ইলেক্সন উরুরগা মখল মখল খল্লকই । ঐখোয়গী হুরানবা লৈবাক্তু করি থোক্লগবা ! মফমসিদা য়ুমথোং চত্তুনা ভোট খোমদে । পৈশা পীদুনা ভোট খোমদে, মাইক পান্দুনা লাউশিন্দে । মাইক খুল্লক্তা শীজিন্নদে । চীং লেম্না চৎখে । মীগী মগুন্দা চৎলি । পার্টিগী পোলিসিদা য়েংই । " পার্টিগী পোলিসিবু থবক ওইনা ওন্থোকপা ঙমগদ্রা কেণ্ডিডেটসিবু ?" অসিনি প্রজানা য়েংলিবা ।

পার্টিসু অনীখক্তনি হায়বা য়াই ।পার্টি মচাদি লৈ । ভোত্তদি ১% ২% মখোয়না ফঙনি । মদুদগী অমুক্ত কাখৎলকপা ঙমদে । লমদমসিগী প্রজানা কান্নদবা মফমদা ভোট পীদে । মহাক মশা মশাদু শাসন তৌবা যাওরিবনি হায়না খল্লি । পার্টি মশেন ফূন চৈনবা থোক্তে । খুঙ্গং সহর খূদিং লৈরক খূদিং ইলেক্সন ওফিস লিংবগী চৎনবী লৈতে । য়ুমলোন্নবদা ফিরাল চিংখত্তুনা খৎনবগী মওং লৈতে । ওন্থোক্ল চীংলেম্না গনতন্ত্র চৎলি ।

খল্লুরগা কয়া যাম্না ইকাই ইবমদমদা তৌবিবসি য়েংবীয়ু । শানৈ য়ুনৈদুনা লমচৎ মাঙহল্লি । হেঞ্জিন্না থকপশিংনা করি ওইরমগনি মবুক্তু । মীগী মভৌ তমদুনা হকচাং ফনবগী থকপসু নত্তবা । মমল য়াম্বসু ঙমদবা । খুদক্তা পীনবা হোৎনবদা য়ুবিয়াগুম্বা কেমিকেল হাপচিল্লি হায় । মদু থক্লিবা য়ুস্থুরেন ময়াম, মদু থক্লিবা ইনখৎলক্লিবা নহাবোল ময়াম করি ফল ফঙনি উদ্রিনে ঐখোয় । "কেণ্ডিডেটনা য়ু য়েনবা, কেণ্ডিডেটনা বেবী য়েনবা, কেণ্ডিডেটনা ওকশা য়েনবা, কেণ্ডিডেটনা কম্বল য়েনবা, কেণ্ডিডেটনা ফৈজোম য়েনবা, ওন্থোকপা লৈবাক্লিই বমদম; ব্রাথলসি ফুম্বংনৈ খল্লুবগা । চেদদি য়েন্দে, চিন্দদি য়েন্দে মহায়বা " হায়না বংলাদেশকী ধৃতকুমাবনা হন্না হন্না চৈ । কবিনো অমা তৌদুনা অহল্লোন খরা চোংথোক্তুনা ,মণিপুর কন্ননবা তৌবা ফৈ । হায় স্কুল, কলেজ, ইউনিভর্সিটিদগী পোখারবা ওঝাশিংনা, অহল ওইববশিংনা চোংথোক্তুনা পায়খৎপীগদবনি । অহানবদা শাউনীংলুই । করি কান্নবা ওইবসু য়াবোইদবা । মমৈদা খল্লি "ধৃতকুমারসি গুাওরে, মরৈবাক মরমদম মপা মপুগী কাংখোং চইবসি উবদা ।"বাংলাদেশতা পোক্লগা আমেরিকাদা কোল কারখানাগী সেক্যুরিটিগী থবক তৌবনি । মাগী মন্না লৌরকই । চুম্মী ঐখোয় করিনো অমা তৌফম থোকই ।

থম্না থম্না নুংনাংদুনা উইথবা য়াদে । নৌনা লৈরুবা **The meaning of Independence . Edmund S.Morgan** গী লাইরিক্তু পাবদা **George Washington** না হয়া হয়া হায় **"Many mickles make a muckle "P.32** নীংশিংলকই । অরেম্বদা পৈশা, মতম, ব্রাথল অহুমসি মাঙহল্লোইদবনি ।

• • • • • • • • • • • • • •

## পার্কতা উচেক

তাং ২২/৮/২০০৪ ইং

নুংথিল পূং ২ তাবা মতমদা লাইব্রেরিদগী হল্লকপদা লৈগু নীংথিনা শাৎলিবা লম্বীগী ম তাইদা শেন্দ্রাং ময়াম পূম্না পূম্না য়াম্না কূংশিন্না নুংঙাইনা মতেক মতেক পাইদুনা শান্নৈ । আশ্রমগী উচেকশিং নীংশিংলকই । আশ্রমদদি উচেক মথল য়াম্মী । মশক থঙদবা মশক্তি য়াম্না ফজবা ব্রাহোংগী মওং মানবা ক্বাক্তগী খজিক্তং চাউবা মথল অমগা। মমাংঙৈদগী অমুক্তা উরক্তি হায়বা তায় । অনৌবা উচেকনি । হংনবদা কনাসু মমিং খঙদে । চবোইদগী খজিক্তং চা উবা অমগা উই । থৌওইশিল্লুদবনা হৌজিক ফাওবা মমিং থঙদ্রি । ব্রাইল্ড লাইফকী কাংবুনদি খঙনি খল্লি। মফমসিদদি নোট অসি ইরিবা তাং ২৫/৮/২০০৪ ইং ফাওবগী মনুংদা উচেক মথল মরিথক্তমক উরি । অহানবদা তাং ২১/৮/২' ০৪ ইংগী অয়ুক্তা ক্বাক খোঙবা তায়, ক্বাক উই । অনীশুবদা লম ঙানুশিং নুংথিল চ' াকপদা মফম থূদিংদা উই । মখোয় মীনা য়োকপগুম ইতে তে । লনাই মীওই অমত্তনা য়ুমদা লোইবা ওইরমদে , দেশকী মরল ব্রাইল্ড ওইরম্মী । তৌবগীদি কার ময়াম চেল্লিবদু নত্তনা মখোয়বু তান্নদুনা চানীংবা, নাউরী পায়বা অঙাংশিং লৈতবগা, হুইগুম্বা শাহিং চাবা জীবা লৈতবগা কনা অমত্তনা মখোয়বু ওৎপী নৈবীদবনা মখোয় য়াম্না মবুক্লীং ঈংনা তপ্না লৈবা থোইদোক্না কিবা খঙদবগী মওং ওইরমগনি । নুমিৎ নীনি হুমনি মতুংদা **Seagull** ময়াম উরকপদুদি রেল আইলেণ্ডদনি । নুংঙাইখি। তাং ২৫/৮/২০০৪ ইং য়ুমাকৈশা নুমিত্তা দ্রেক পার্ক য়েংবা চৎপদা স্পোর্টস কমপ্লেক্সতা করি করি শান্নরিবনো য়েংবা চৎলি । মথল মথেল নুংঙাইবা ওইনা শান্নরম্মী । ফুটবোল ( মখোয়না শোকর হায়), ভোলিবোল, বেজবোল, বাসকেৎবোল, টেনিস মথং মথং শান্নরম্মী । সিগল্ অমখক্তং উরকই ।

অঙাংগী পার্কতা অঙাং ময়াম শান্নরম্মী,নাঙ্গবী,কাখৎপী,শগোল থৌবী ময়াম্নি। অঙাং ময়াম মরক্তু দা থংনবা উমং মচা অদুদগী Seagull অমা পাইশিল্লক্কুনা ইথৌ থৌওইদনা তাশিল্লম্মী। ঙাইহাক কোইয়েং য়েংলম্লগা পাইথোকখি। শান্নবুং ময়ামদুগী ময়াইদা কার পার্ককী খরা নোংপোক থংবদা সাইনবোর্ড অনী মথং মথং থেৎলি। অমদি "হুইথী হুই মপুনা শেংদোকপীরম্মু; হুইথীনা অঙাংগী মশা শোকহল্লি "হায়না থারি। সাইন বোর্ড অহুমদি খরা পাকই। ফূট অনী পাক্কনি অহুম শাংগনি। ময়ুং নাইনা থেৎলি নীংথিনা য়োৎনা মখোঙ ওই। ইরিবদুদি য়াম্মী। হীরম্ ৬ নি। মরোল য়াম্না ইরি। রোদ শেপতি হায়না থায়। অঙাংগীদমক্তা লম্বী চৎপা ট্রেনিং তৌফমনি। চহি ৬ তগী ৮ ফাওবগী অঙাংশিং মমা মপা য়াওনা লাকপীগদবনি,খোঙউপ তোংবীগদবনি হায়না খঙহল্লি। ভোলিবোল কোর্ট মরিগুম্বা চাউগদবা নীংথিনা শেন্নবা ময়ায়দা মখল মথেলগী লম্বী চৎপদা য়েকপা শুনুগী,মঙ্গ্রা মচুগী অতৈ অতৈ মচুগী খূদম ময়াম য়েকই। লম্বী চুম্না চৎপা,ক্রোশিং,মথক মখা লানবগী খূদম ময়াম য়েক্নি। মদুদা অঙাংগী শান্ননবা হুব্রাগাড়ী মচা খোঙনা নেত্তুনা থৌননবা সাইকলগুম্বা,অমা লৈ, চহি ৬ লোমগী নুপামচা অমগা ৪ লোমগী নুপীমচা অমগসু শান্নরি, মমাদু মতাইদা ফম্ফম অমদা ফমলি। চাইনিজ মাল্লি। অঙাং অনীনা শান্নরিবদু ঙাইহাক য়েংই। পার্ককী মতাইদা মীয়াম ঙাইহাক মপান্দা পোথাদুনা অচা অথক তৌননবা ওপন ওইবা শঙ অমা লৈ। মনাক্কুনা চঙশিন্দুনা য়েংবদা চহি অমগী মনুংদা পাঙথোকপা থবক মখল মখা ময়াম অমা ইদুনা তারিখ নুমিৎ পীদুনা থম্বা উরকই। অতৈ নুমিৎশিংদা মানা মানা পামজবা শায়বগী প্রাক্তিস তৌবা য়াই। কমপ্লেক্সতা ব্রাকিং চৎপা য়াই গেট পান্দে। মণিপুরগী গেট পঙপান পানবদু নীংশিংলকই। হে মণিপুর! গেটকী মণিপুর; থোঙঙাকপগী মণিপুর!

(মথক্তা আশ্রম হায়খিবা অদু মচিন মনাও সেবাশ্রম,দিব্য জীবন সেবা সঙ্ঘ ককচিং চুম্নাং পি.ও. ককচিং ৭৯৫১০৩ মণিপুর ইন্দিয়া ব্রাঞ্চ নম্বর ১/৬৯ নি। মফম অসিদা ইং ১৯৭৭ তগী আশ্রম অমা লৈরকই। ইং ১৯৫৪ দা (স্বামী শিবানন্দা সরস্বতীনা ইং ১৯৩৬ তা লিংখৎপীরম্বা দিভাইন লাইফ সোসাইটি হিন্দিদা দিব্য জিবন সঙ্ঘ হায়বদুগী) ব্রাঞ্চ অমা ককচিংদা লিংখৎপীখি। অদুদগী হৌজিক লৈরিবা মফমসিদা ১৯৭৭ তা হোংজিল্লকখি। ইং ১৯৮৫ দা সপ্তঋষিনা (স্বামী চিদানন্দা সরস্বতিনা লুচিংবীদুনা) ভগবান শিবা অমদি পঞ্চদেবতা পুজা অভিষেক অঙ্গীনাস তৌবীরম্মী। ঙসি ফাওবা নুমিৎ অদুদগী অরেপ্পা লৈতনা পুজা তৌদুনা মন্দির অসি অধ্যাত্মিক্কী নৈনফম ওইরি। যোগ ট্রেনিং পীরি। মশাগী লম একর ৮.০০ লৈবা মন্দির অসিগী দিব্য জীবনগী পায়খৎকদবা থবক মপান নাইদনা য়াম্মী।)

• • • • • • • • • • • • • • • • • •

## পার্ক ব্রেষ্ট গেলেরী

তাং ৩০/৮/২০০৪ ইং

অয়ুক পূং ৯ দগী নুংথিল পূং ২ ফাওবগী প্রোগ্রাম শেম্মী । মরুওইনা আর্ট গেলেরী, আমেরিকান অফ্রিকান মুজিয়ম অমদি ব্রাইনে ষ্টেট ইউনিভর্সিটি য়েংনীংবনি ।

পোষ্ট ওফিসতা মণিপুরগী চিঠি অমা থাদবা চৎলি । পূং ৯গী পোষ্ট বোক্স হাংবদু সেকেণ্ড খরদং নংহৌদ্রে । পোষ্টমেন অদুনা মমায় লৈথোকখিবনা হান্দুনা ঐখোয়গী চিঠিদুনা মাগী বোক্সতুদা হাপ্লা নংহৌদ্রে । সেকেণ্ড অমত্তংসু য়েংবিরমদে । মমায় ওয়েতুনা মাগী ত্রোলিদু ইল্লগা অদুম চৎখ্রে । ঐখোয়না লম্বীরোমদগী হাংদোকপ্রবা বোক্সতুদা চিঠিদু থাদরম্মী । মথংদা বেঙ্কতা পৈশা কায়বা চৎলি । গাড়ী মনুংদা ফম্না ফম্না কার্ড অমা ইনশিনখি । অদুদগী মিনিট অমগী মনুংদা পৈশাদু ইস্লেরকই । মসিনা মরিরকপ্তবা পৈশা লৌবনি । পৈশা লৌথোকপা মিনিট অমদগী হেম্না চণ্ডদে । মীসু অমত্তা ইম্নদে । গেলেরী য়েংব চৎপগী লম্বী থোকপদা পোষ্ট ওফিস অমসুং বেঙ্ক চঙবা লোইরগা মণিপুরদা অঙাংগী পৈশা খজিত্তং থাননবা ব্রেষ্টন মনি ওর্দর তৌবা চৎলি । মিনিট ৩ লোম চণ্ডই । অয়াম্বনা নুপীনা থবক শুই । য়াম্না স্মার্ট ওই । পূং ২৪ সার্ভিস হায়না থাদুনা অহিং নুংথিল নাইদনা পৈশা থাবা য়াই । মফম অসিদা পূং ২৪ সার্ভিস হায়বা অসি চৎনৈ । মথং মথং লম্বীদা প.েং শানা লৈবনা থবক অহুম অসি লোইবদা মিনিট ২০ দগী হেম্না চণ্ডদে ।

পূং ৯.২০ দা ঐখোয় পার্ক ব্রেষ্ট গেলেরি হায়বা অদু য়েংবা চণ্ডই । তশেংনা ওক্রিবদি মখোয়না শারিবা শঙ অদুনি । খণ্ডদে, লনাই শারিব্রা, সরকারনা শাবীরিব্রা ? লূনা নাম্না পৈশা চণ্ডনা শাই । নুপা থোকই । শঙ ময়ায়দা মথক থঙবা মখোলগী মপাদা পিকাশোগী অচৌবা ফোটো অমা য়েক্লগা, মথক্তা পিকাশো হায়না চাউনা থায় ।( ১৮৮১-১৯৭৩, মমাগী মিংদগী )

পিকাশো হায়রগা খঙদ তাদবা লাইয়েকপা পাম্বা মী লৈরম্রোই, কলা পামদবা মী লৈরম্রেই । লাইয়েকপা শুকহে হৈত্তবা ঐঙোন্দসু পিকাশো হেক হায়রকপদা গেলেরীদু চণ্ডবদা অদুম পূক্লীং চণ্ডখিরম্মী । গেলেরি ২২ লৈবা পার্ক ব্রেষ্টকী ইহান হাম্না হেক চণ্ডবদা পিকাশো য়াম্না থেংনৈ । কলা, দর্শন, অধ্যাত্মিক, ঈশ্বর বিদ্যা লোইনা মরী লৈনৈ । পূক্লীংদা ব্রাহং কয়া হংই । ইকুই কুইদনা পিকাশোগী **“Garcon a la pipe”** হায়বা

লাইই অদু য়োনবদা ইউ.এস. ডোলার ১০৪,১৬৮,০০০.০০ শিংখ্রে। মসিনা পৃথিবীগী য়েক খোৎপগী কলা পোথাক্কী খ্বাইদগী ব্রাংবা মমল ওইরে। **Garcon a la pipe** য়োনবগী ব্রারী অসিনা য়েক খোৎপ কলাগী মশুণ খঙহাপ হাপকৎখ্রে অমসুং কলাকারশিংনা মখোয়গী পোথোক্কী মমল মশক খঙজখ্রে। অসুম্না পার্ক ব্রেষ্ট গেলেরিদা ইং ১৯৬৯ দা লিংখৎখিবদগী হোৎনরকপদা পিকাশোগী পোথোক চামগী মথক্তা লৈহৌরে। অইবনা য়েক খোৎপগী কলাদা করি অমত্তা খঙদবনা অব্রাবা ওই। হায়বদি লৈহৌরিবা পোৎশিং অদু পিকাশোগী গ্রাফিক ব্রার্কসনি হায়। করি হায়রিনো খঙদে। পোৎশিং অদুদা ওরিজিনেল কলর লিনোকটস,ফুল কলর পোকোয়স, ইৎচিং,লিথোগ্রাফ অসুম্না থারি।

অয়েকপা লাইই মশীং ২৩ থেৎপা কা অচৌবা অমগা মচা অমগা লোইনা মুম্না য়েংই। লৈই খরগা য়েকপা ঙাক্ত ওইনা তৌই। ইচম ইচম চম্না উই। ব্রাথল থলহল্লি।মীওইবগী মচৎ য়েকপা ওইরমগনি। মমন্দি ১) **Char Romain aver Eerjre Tombant Femene Nae spectatrue $ 39900** ২) **Reve de merine des Femme dans chaque post $ 34000, Minotaure Blesso -VI $ 38,600** অমসুং মসিগী মথাদা লৈবা লাইশিং মফম চনা চনা থেৎহৌরি কলাবু লুনা তৌবা,লূনা নাম্না পৈশা চঙনা থেন্দুনা থম্বদু উরগা মীগী মমল খঙব্রাং ব্রাংখৎহনখি।মণিপুরগী ওঝা তোম্বী,আর.কে.সি.এস.,এম.কে.বিনোদিনি য়েংহম্লীংলকই। মখোয়নদি কয়া নুংঙাইজগনি।

**Erte ( Romain De Tirtoff ) (1892-1990)** গী মথংদা লৈহৌই। অয়েকপা লাইই ১৮ থেৎহৌই। মখল মথেলগী লাইশিং অদু য়েংবদা মীওইবগী নুংদা খল্লিবসি অঙকপা উঙমদবা ফাওই। পুনশিগী অথুম্বা শক্রোন ফুমদুনা থম্নিবা ব্রাথল য়েক্রিমাল্লে খল্লি। মসিদগী হেম্না হায়নবগী পাঙ্গল লৈতে।

গেলেরী অসিদা আগম,চাগাল,দালি,দুপর,ইবতি,ফাঙ্ক,(ফাঙ্কোইস লেদন),গোয়া,মিরো,মেদভেদেব,মৌলি,পিকাশো,পিকোট,রেম্ব্রন্দৎ,রেনোইর,তারকায় অসিনচিংবা শক্লাইরবা কলাকারশিংগী অয়েকপা লাইশিং লোইনা থেন্দুনা লৈহৌই। মখল মথেল শুনা মথক্তা পনখিবগুম অহকপা চফূদা য়েকপা মচু শঙবা শঙদবা কয়া ঈংনা তপ্না থেন্দুনা থম্মী। সভ্যতা হায়বদু মসিনি; ঐদি ব্রা য়াম্না ঙাঙদে, ঐগী ইচানুপা ইমৌনুপীনা ঐসি কয়া হৈনীংদবা,ব্রাবা,তনবা,মানবগুম তৌব্রা,মরক মরক্তা ব্রা খঙহং হেক হেক হংলকই। ঐগীদি তশেংনা নোংম নোংমগী য়েংলুরিবশিং

অদুনা থমোইদা য়েশিল্লকপা চৈনানা নোংমতসু নুংঙাই নুংঙাইনা ব্রাদবা নুমিৎ য়াওরমদে। ইরেবাক্তা কলাগীসু খন্দবা, পৈশা তানবগীসু খন্দবা, লাইরিক তম্বগীসু খন্দবা, সমাজ সেবাগীসু খন্দবা মীরোল মীরোল হৌজিনখ্রিবাময়াম অদু উরকই।

ঐগী নুপীদি লাইরিক হৈতবতা নত্তনা সমাজবু য়েংবসু হৈতে। মৈতৈ ফনেক অদু শেৎলগা মফম খূদিং চৎলি। মফম অসিগী মীয়াম্মা পার্কতা, কৈথেলদা, (ঐখোয়গী কৈথেল অসিগুম্বা লৈতে, সুপ্লগী দুকান অমগী মনুংদা চঙবদুবু কৈথেল হায়বনি) মীয়াম লৈরম্লিবা অদুনা মাগী তোপ তোপ্পা ফিজেৎ অদুদা কনানসু য়েংবীদে। থৌওইনা অমত্তবু উবীদে। মীশিং অসি য়াম্না লৈবাক মচা তাখ্রে। মীগী অশোয়বা য়েংবা, মীব্রা ঙাঙবা হায়বদু মখোয় করি অমত্তা খঙদে। মী খূদিং মনীং তম্মী। কনাগুম্বা নহা ওইরো অহল ওইরো, করিগুম্বা অমগী য়েংবা নুংঙাইদুনা য়েংলুরবদি মোমোন নোক্লগা 'হায়' হায়না শোয়দনা কৌরক্কনি। কনাগুম্বনা, ' হায়, গুদ দে, গুদ মোরনিং, গুদ অপ্তর নুন, গুদ এভনিং শোয়দনা হায়রক্কনি। করিগী মীঙোন্দা য়েংলিবনো হায়দুনা শাউনীংবগী মমি অমত্তা তাদে। নো থেঙ্কস হায়গদবু হেক্তা নংহৌদে; ইঙক ইঙক্না য়েংলিঙৈদা।

মতৌ অসুম্না ঐনা য়েংনীংবা, নুপীনা ব্রাবা তত্তনা থোক্তুনা মাবু য়ুমদা থম্লম্লগা ঐখক্তগী ওইবা প্রোগ্রাম শেম্বা হৌখ্রে। মীনা নোক্লবগী থম্লম্বা নত্তে; মানা ব্রাজবগী লৈহৌরগেদা হায়জবগী থম্লম্বনি।

**Itzchak Tarkay ( 1935 )** কী অয়েকপা লাইশিং অদুদি অয়াম্বনা নুপীঙাক্তনি। উৎলিবশিং অদু লাই ১৩ নি। মুম্না য়েংই। য়েংনা য়েংনা নুপীগী থমোই, ফোংদোক্তবা নুংশিবা, থিংঙমদবা পূক্নীং, অব্রা চৈনাগী পোৎলূম, মিৎকুপকী নুংঙাইবা, য়্যনবগী অব্রাবা, ঙাইঙমদবা নুংশিবগী মপাউ, পেম্নাইদবা পুনশিগী মহাও, নহা ওইবিঙৈগী অঙাওবা, লোম্না লোম্না থমোইনা লাৎলিবা কনাগী ব্রারী, চিনবান্দা মোমোন্নবা মিনোক, পূম্নমক লোইনা য়েক্লিমাল্লে পংখন খল্লুবগী ব্রানি অমত্তা ওইরমদেসু খঙদে। কলাকার অদুনা করিবু খন্দুনা মাগী মখূত্তগী অদুগুম্বা মুর্ত্তিশিং অদু করম্বা মিৎকুপ্তা থম্লমলিবনো ইঙক ঙকউই। ঐখোয় পূং ১ রোমদংগী পার্কতা গাড়ীগী মমল উপুদা পৈশা থাদরম্বনা অদুম লোইঙমদনা থোরক্লে। অনীরকগুবা অমগা চত্তুনা য়েংগে খল্লি। নুপীনদি মণিপুরদা হল্লসি নুংঙাইতে হায়না নহাম্না অনীরক/অহুম্রক হায়খ্রে। ঐনা ঐগী প্রোগ্রাম তম্মায় চন্দ্রি হায়দুনা থাম্লিবনি।

ষ্টাফকী মীশিংদু মব্রা ঙাঙদে। অয়েংবা মীসু য়ামদে। কনা অমত্তা লৈতে। কানুংশিংদু ইচিক ইচিক চিকই। ফোটো অমা হেক নম্মুরে। চহি ৫০ মুক শুরবী মশা তনাপ তনাপ্পী নুপী অমা খঙহৌদনা থোরক্তুনা ফোটোদি নম্বীগনু নমখিবা অদুমদি নম্বীরবসু অতৈদি নম্বীরগনু হায়রদুনা হায়ফেৎ হায়ফেৎ ইকাইরপ নোকমিন্নরগা

চঙখ্রে । ঐখোয় মখা য়েংদুনা লৈহৌই । তশেংবদি কোটো নখীগনু হায়না থাবা অমত্তা উহৌদবদগী তৌরুরিবনি ।

ঐখোয়না য়েংলুরিবা পার্ক ষ্ট্রেষ্ট গেলেরী হায়রিবসি **Albert Scagtrone** না লিংখৎখিবনি । মসিগী য়ুম্ফম একর অহুম মখায়নি । স্কোয়ার ফিট ৬৩,০০০ গী শঙ্গনি । একজিভিসন গেলেরী ২৩ নি । অয়েকপা লাই ১০০০ না চিং লেম্না ভাঙ্খ্রেখিরি । **Greco Roman** দিজাইন্দা শাবা বিলডিং অসি য়েংবতদা নীংথিজে । আর্ট কম্পানিগী ইকজিক্যুটিভ ওফিস, ষ্টাফ ওফিস, ফাইন আর্ট ষ্টোরেজ ফেসিলিটি, রেষ্টোরেসন ষ্টুডিও, রিসার্চ ডিপার্টমেন্ট, ডিজিটেল কেটলোগ প্রিন্টিং ফেসিলিতিজ অমসুং কষ্টমর সার্ভিস ডিপার্টমেন্টশিং লৈ । একজিভিসন মতমদা অহিংদসু থোঙ হাঙই ।

গেলেরী অসি চেকশিন্না য়েংলুরগা পুক্নীংদা খল্লকই ,ঐখোয়গী ভদ্র, শামো, আর.কে.সি.এস., থোইদিংজম তোম্বী, মহারাজ কুমারি বীনোদিনী, অমদি অতৈ মুর্ত্তি শাবশিং, ফিশা লোনশাগী খুৎ হৈবশিং ময়ামসিগী গেলেরী অমা থম্লবদি কৈদৌবা ! কনানা মাঙজগদৌরিবা ! কয়াদা ফজগনি ! কয়াদা মীগী মাঙদা চাওথোকচগদবা ! অদুগীসু মথক্তা ঐখোয়গী লাইগী থবকশিং হায়বদি মখল মখলগী লাই হরাওবদা শীজিন্নরম্বা পোৎশিং, নিংথৌরেলশিংগী লমচৎ বাবহাব, ফিজেৎ চাকশেংকী চৎনবীশিং, শগোল কাংজৈ, খোং কাংজৈ, মুক্না, সতজাল, থাঙ তা, অগোই ঈশৈ কয়াগী থবক তৌরিবা অমদি তৌবীরম্বশিংগী নীংশিং গেলেরী শাদুনা থম্বদা করি মাঙবা ! ময়াম অসি মথং মথং পুক্নীংদা ফাওরকই । ঐখোয়না সহর ময়াদা শোরোক চিথেক অমদা ইন্ফাল মনুংদা অসুম নৈশিন্দুনা লম মুন্নদুনা খোংবান ফুনবগী ব্রাখল তৌদুনা লৈরিবসি তোক্তুনা খর খর হাইদোক্তুনা চীংয়া তময়াদা ঐখোয় ময়াম চঙদুনা শেমগৎপনা কয়াদি কোমগনি ।

অসুম্না ব্রাখল অসি আর্ট গেলেরী য়েংলগা থোরকপদা মখল মখল য়াম্না খল্লকই । সিনেমাগী, ড্রামাগী, অতৈ অতৈ গোষ্ট লীলা, সুমাঙ লীলা ময়ামগী খাইনা খঙনরবশিংগী গেলেরী, অইবশিংগী গেলেরী পঙশেমদা শেম্বা য়াই । অদুগী মথক্তা ওর্কিডশিং অসিদি মীগী শেমগৎলিবা শোরোক মপান্দা মপৈ মপৈ শাৎলিবশিং অসিদগী হম্বা অমত্তা য়াওদে । পুম্নমক অসি শেমগৎপীবা ব্রাৎপগীতা মঙাইরে । ঐখোয়বু জরাহরলাল নেহরুনা, রবিন্দ্রানাথ ঠাকুরনা ভারতকীদি মণিনি হায়বীরম্বদু ঙসি ফাওবা ঐখোয় ইশানদি থাজদ্রি । অনৌবা মণিপুর নত্তে ঐখোয়না শেমগৎকদৌরিবসি অরিবদা অনৌবনা তোংদুনা অরিবনা অনৌববু লমতাক্তুনা থীম্নদনা ঐখোয় ইমা লৈবাক মণিপুর

অসি অমুক্তং অনৌবা ফীজোল হোংবগী তঙাই ফদবা মতম ওইরে ।

মক্তং অসিদা পৃথিবী পূম্নমক্না ঐখোয়বু নৌনা পূক্নীং থৌগংশীরক্নি ।মণিপুরীশিংসু ব্রহ্মদেশ,বাংলাদেশ,ইউ.এস.এ.,কনাডা,বৃটেন,পাকিষ্টান মফম কয়াদা চাইদুনা লৈরিবশিং উনদুনা মতেং পাংহনবগী মতম ওইরে । অরেম্বদা মীগী মতৌদা য়েংদুনা ঐখোয়গী অসি লৈ অদু লৈ হায়বদি অমত্তসু শেমগৎতনা ঙসি ফাওবা লৈরি ।

অসিগীসু মথক্তা লমদম অসিগী শঙাই অদুগা শিরোই লীলী মুথৎনবা ঐখোয়না হোৎনরি । ইউ.এস. অ শক্তি লৈফম মফম পূম্নমক্তা পূক্নীং থৌগক্তুনা য়োকপা উই । অদুমক্তি ঐখোয়গী শক্তিমুক ফজবসু নত্তে । ঐখোয়না তৌরিবসিবু করিনো ? ঐখোয় মশেল অমগা অমগা সুম থেঙ্গায়নদুনা অরেম্বদা মতম অসুম মাঙহন্দুনা লৈরে।

ঐখোয়গী চীংদা হৌবা শীংমুৎ-শীংনা অব্রাংবা অনেম্বা মথল মথলগী নাপীশিংন্না অতম্বা নুংশিত্তা জগোই শাবগুম ইউ.এস.কীদি থোৎ নৌবা জগোই শাবা হৈবা নাপী অমত্তসু হৌদে । খেন্নরিবদি মখোয়গী সিদা নাপী মশক থীবীদু লুনা তৌবীনবা মী য়াম্না লৈ । মশম ককপী,ঈশিং পীথকই,শানা যম্না চাবা য়াদে,মীনা নেৎপা য়াদে অসিনি খেন্নরিবা । পূম্নমক অসি খন্না খন্না ঐ গাড়ীদা তুমিন ফম্মী । ইমা লৈবাক্তা থব্রায় শোক্লা গাড়ীদা ফম্না ফম্না হল্লকই ।

• • • • • • • • • • • •

## ম্যুজিয়ম - আফ্রিকান আমেরিকান হিষ্ট্রি

তাং ৩১/৮/২০০৪ ইং

ম্যুজিয়ম আফ্রিকান আমেরিকান হিষ্ট্রি পার্ক ব্রেষ্ট গেলেরী য়েংবা লোইঙমদনা থোরক্লগা মথা তানা মাইল ২০ লোম চৎকনি থল্লি; আফ্রিকান আমেরিকান হিষ্ট্রিগী ম্যুজিয়ম য়েংবা চৎলি । ম্যুজিয়ম অসিসু নীংথিনা মওং তানা শারি । মাগী ষ্টাইলদি তোঙাল্লম্মী । ইচাউ চাউনা লেপ্পী । ঐখোয়না (ঐ,ইচানুপা,ইমৌনুপী )টিকেট ডোলার ৩৭ কী ককই । মথক থংবা হান্না য়েংসি হায়দুনা চঙই । হেক চঙবগা ইহান হান্না উবমক্তগী পূক্নীং অদুম শুমহৎখ্রে । ইং ২০০৩ হৌখিবা চহিগী লমজাওগী “আদ্দা”হায়বা এন.জি.ও. অমনা মে দে পাঙথোকপগী থৌরমদা ঐবু রিসোর্স পার্শন অমা ওইনা ব্রা ঙাঙহনখি । ঐগী স্পিচ অদুদা অমুবশিংবু

অঙৌবশিংনা ওৎপা,লৌমী শিনমীশিংবু শেঙ্গাও পায়বা অঙৌবশিংনা ওৎপা,রিভোলুসন ময়াম মথং মথং শন্দোরকপগী ব্রারীশিংদু শারম্মী। আমেরিকাগী খা থংবা শরুক্তা অমুবশিংবু তমথীনা ওৎপগী ব্রারীশিং লীরম্মী। পূম্নমক অদু লাইব্রেরিগী পারগা ভাবনা শাবগী ব্রানি। মফম অদুদদি থৌরীদা য়ানবগী থৌরী লৈরম্মী;শউনগী শাজেনা ফুবগী শউন শাজে লৈরম্মী। মথং মথং থৌরী য়ানখিবশিং অদু লোইনা থেজুনা লৈরম্মী। হেক চঙখিবদা ফম্ফম কুনমুক থাবা মতেক অমদা থরগুদ মার্শেলনা লেপ্ত লৈতনা ইতিহাসশিং ব্যাখ্যা তৌদুনা T.V. দা ভাংলি। **Without Lynching photography in America sanctuary** হায়না চাউনা থারি।

ইং ১৮৮০ দগী অমুবশিংবু অঙৌবা জাতিনা ওৎনৈরকপা অদুদগী গুসি ফাওবগী ইতিহাস অমত্তা চিথদে। ইং ১৯০০ দগী ১৯৩১ ফাওবগী মনুংদা হিংনা হিংনা থৌরি য়ানবা ,মশাগী হকচাং কয়াৎশিংদা ওৎনৈদুনা হাৎখিবা মীশীং ১৮৮৬ নি। মদুগী মনুংদা খ্বাইদগী য়াম্বনা জোর্জিয়ানি (৩০২),মথংনা মিসিসিপিনি (২৮৫),মথংনা তেন্নাসনি (২০১)। অসুপ্পা খা থংবা আমেরিকাদা অমুববু কা হেন্না ওৎপসিদা অব্রাং থংবা অমেরিকানা মীনুংশি য়াম্না উংথি। মদুগী ফল ওইনা অমুবশিংনা অব্রাং থংবা আমেরিকারোমদা মথং মথং চেন্নরকখি। কনেক্তিকৎ,ব্রাশিংতন ডি.সি.,মাইনে,মাশাচুশেৎস, নিউ জর্সি,নিউ য়োর্ক,ভর্মোন্ট হায়রিবা অব্রাং থংবা ষ্টেট তরেৎ অসিদা অমুবা জাতিগী মী অমা ফাওবা ওৎনৈখিবগী রেকোর্ড ফংদে। মরম অসিনা মফম অসিদা অমুবা অমসুং অঙৌবা জাতি অনীনা হৌজিকসু থমোইগী মরী অমা চেৎনা পুন্দুনা লৈবগুম উই। মদুনা মরী শন্দোকখিদুনা আমেরিকা পূম্নমক শীন্দুংনা অমুবা অমদি অঙৌবা অনী নুংশিননবগী অচেৎপা মরম ওইবগুম উই। চান্নবা নুংশিনবা পূম্না হিংমিন্নবা হায়বা অদু মফম অসিদা তৌরিবা অসি ওইগনি হায়না চেৎনা থাজে।

অমেবিকান আফ্রিকান হিষ্ট্রি ম্যুজিয়ম অসি স্কোয়ার ফুট ১,২০,০০০ গী য়ুম্ফমদা লেপ্লিবা মখল অসিগী আমেরিকাদা খ্বাইদগী চাউবা ম্যুজিয়মনি। মসিদা মখল মখাগী থেন্দুনা থল্লিবা য়েংবা য়াবা পোৎথোক লীশীংকুপ্প লৈ। জেনেরেল মোতোর্স থিয়েতর হায়না কৌবা মী ৩১৭কী ফম্ফম থাবা হোল অমা য়াওরি। লুই লোভেৎ রাইট লাইব্রেরী লৈ, ম্যুজিয়ম ষ্টোর চাউনা লৈ। আফ্রিকান আমেরিকানশিংগী চহি ৬০০ গী ইতিহাস মপুং ফানা উৎলি। দেত্রোইটকী প্রজাশিংগী হোৎন-কনবা,অথাওকনবা,থোইদোকপা মীপোক ময়াম লৈবা,নোম্বা কনবনা অসিগুম্বা ম্যুজিয়ম অসি ওইরকখিবনি অমদি গুসিগী অমেরিকা অসি ওইরকখিবনি হায়না মখোয়না হায়জে। **"Thier struggle,perseverence and ingenuity are all at the care of the richness of what is America. And Still we rise"** হায়না

চেক্ষোঙ্ অদুদা ইরি ।

হৌজিক হৌজিক স্কোয়ার ফুট ২০,০০০ গী অনৌবা মতমগা চুনবা শঙ অমা লুপা ডোলার মিলিয়ন ১২ চঙনা শাগৎহৌই। মরুওইবা প্রোগ্রামদি একজিবিসন,পোইট্রি রিদিং,বুক সাইনিং, কন্সর্ট ,লেকচর,মপান থোকপা প্রোগ্রাম,সেমিনার,ফিল্ম,য়ার্কসোপ,ষ্টোরি তেল্লিং,থিয়েটর পার্ফোমেন্স,(লেঙ্গা পূম্নমক্কী শুনা )পীবা অসিনা মপুংনি ।

কুনশুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা মীওং মীনৈ মরকসিদা নেসনেল এসোসিয়েসন ফোর এডভান্সমেন্ট ওফ কলর্দ ক্রমেন হায়বা অমা শেমদুনা কন্না লাক্লেনরকখি । মখোয়গী শক্তি অদু অঙৌবা জাতিশিংনা হেন্না শাথীনা ওৎনৈথৎলক্কুনা অমুক মাঙখিরম্মী । মমৈদা Jessie Daniel Ames কৌবী নুপী অমনা লুচিংদুনা এসোসি'য়সন ওফ সাউর্থন ক্রমেন টু প্রিভেন্ট লিনচিং হায়বা অমা লিংখৎলক্লম্মী । এসোসিয়েসন অসিনা লিবর্টি,জষ্টিস অমসুং ইক্কেলিটি হায়বা অহুম অসিদা য়ুম্ফম ওইদুনা অকনবা অন্দোলন তৌরক্লম্মী । মতম অদুদা Strange Fruit হায়বা ঈশৈ শৈরেং অমনা অমুবা জাতিশিংবু থৌনা পীরম্মী মখোয়গী অৱাবগী থাক অমা উংলম্মী । ঈশৈ অসি, শৈশকপী Billee Holiday কৌবী নুপীমচা অসিনা শক্লম্মী। মতম অদুগী অঙৌবা জাতিগী সরকারনা ঈশৈ অসি থিংজিল্লম্মী । ঙসিগী অমুবা জাতিশিংনা মনীং তম্লবা মতমসিদদি ঈশৈ অসি নৌহৌনা নুংশিনা শুংনরে । ঈশৈ অদুদি

**Strange Fruit**

**Strange tree bear a strange fruit .**
**Blood on the leaves and blood on the roots.**
**Black bodies swingin' in the southern breeze.**
**Strange fruit hangin' from the poplar trees.**

**Billie Holiday ( Jazz )**
**(April 7-1915 - July 17-1959)**

অসুম্না মীওইবগী রজশুন অমদি তমশুন অনীনা ৱাংখৎলকপা মতমদা য়েংহৈত্রবা ফিভমদা মীনা মীবু ওৎলকই । যুগ যুগ খুদিংদা অমুক হন্না ওইথোক্কবা ওইসনু হায়না অনম্বা ফোটোশিং অদু য়েংনা য়েংনা থল্লকই । মী অমথক্ত য়ানবা,মী অনী য়ানবা,মী অহুম য়ানবা,মী মরি য়ানবা,মী মঙা য়ানবা অসুম্না তোঙান তোঙানবা মওংশিং উবা ফংই । করিগুম্বদা অঙৌবা জাতিগী মীয়াম্না নোক্কুনা কৃক কৃক ইম্নো থৌরী য়ানবদু পেন্না য়েংবসু য়াওরি । মরক মরক্তা ময়েক অচৌবনা ইতিহাসশিং অসি লীদুনা

থেংলি । তোঙান তোঙানবা লাইশিংগীসু তোঙান তোঙান ইদুনা থেংলি । অমুকসু মরক মরক্তা অসিগুম্বা থৌদোকশিং কাউথোক্লুনা মীওইবগী ইতিহাসতা অমুক হন্না থোক্কবা ওইসনু । ঐখোয় পুম্নমক চান্ন নুংশিননা হিংমিন্নসি হায়বগী ব্রাকংসু থেংলি । ফোটো লম্বা য়াদবনা পূক্নীংগী মমি অকিবগা নুংশিবগা খাঙঙমদবগা কন্না ফাওহন্নগা তুমিন খাঙখি । অমুবশিংগী মশীং য়াম্না লৈবা মফম অসিদা অমুবগী অন্না অনাগী ব্রারী লীরিবা ম্যুজিয়ম অসি লৈনা লৈনা অমুবশিংনা হন্নাওনা নোক্লুনা ঙসি অমেরিকাগী অমদি পৃথিবীগী মরক্তা নীংথিনা তিনবা ওম্বা নাগরিকশিং ওইননবা কন্না হোৎনরিবসি য়াম্নমক থাগৎনিঙাইনি । অখাঙ কল্লি পুকচেল চাউই অমুবশিংদো ।

অসিগুন্নবা তমথীরবা মীহাৎ মীপূন, মীওৎ মীনৈ অসি খাঙখ্রবা অমুবশিংনা ঙসিদি অমেরিকনশিংবু, অষ্ট্রেবশিংবু লুনা তৌরে । মখোয়গী ঈজ্জৎনা অষ্ট্রেবশিংগী ঈজ্জৎনি হায়না খনখ্রে । অমুবশিংগী মচামগুশিং অষ্ট্রোবগী মচা মচাগুশিংগা মান্ননা শরুক য়ারে । শান্নবদা মখোয়না অয়াম্বা পায়শিল্লকপগুম হীরম অতৈদসু কন্না লমজেল চেনখৎলক্লি । মসিগী লুচিংবা, লুচিংবী য়াম্না লৈখ্রে । ম্যুজিয়মশিংদা মখোয়গী মফম চাউনা চাউনা থম্মী । ঐখোয় মণিপুরদা, মৈতৈ পাঙন, কুকি নাগা, মণিপুরী ময়াং অসুম্না ঐখোয় মশেল হাৎন শুনা তৌরিবসি চুমদে । ঐখোয় পুন্না নিয়ম অমা শেমদুনা হিংমিন্নগদবনি হায়বসি মফম অসিদা উৎলিবা সমাজগী লীচৎ অসিদগী খনবা ওন্নকই । মরুওইনা ঐখোয় পুম্নমক্কী মাঙজবা অমা ঐখোয়গী নৌনা হৌগৎলক্লিবা অঙাংশিংনা ফংহৌগদৌরিবা অসি খম্থমিন্নরগা চান্ন-নুংশিননা ঐখোয় শুমিন নোম্মিন্নবা মতম ওইরে হায়না খল্লি । মরমদি মণিপুরদা কাঙলূপ অমনা কাঙলূপ অমবু য়াম্না শাথীনা উনা উনা খঙনা খঙনা ওৎপগী ব্রারী অমত্তা লৈতে ।

• • • • • • • • • • • • • •

## - নাইগারা ফল্স -

ঐখোয় নাইগারা ফল্স য়েংননবগীদমক্ তাং ৪/৯/২০০৪ ইং থাংজ নুমিত্তা অয়ুক পূং ১১.৪০ ডাবা মতমদা চাক থর থর চারগা খোঙশাল্লি । ঐ, ঐগী নুপী, ইচানুপা ললিত, ইমৌনুপী আঞ্জনা ( স্বরনলতা ), ইশু নুপা লোরেন্স(১১) লীলীয়ান (৬) পুন্না ঐখোয় তরুক চংলি । লম্বী অতেনবদি কনাডারোম্লি । অদুবু ঐ অমসুং নুপীগী ভিসা লৈতবনা কনাডা ফাওবা য়াদদুনা ইউ.এস. কী ষ্টেট মরি ফাওদুনা চংলম্মী ।পূংদা মাইল ৮০/৮৫ গী চাং থৌদুনা পূং ১২.৪০ চপ চানা ওহাইও ব্রেলকমস য়ু হায়বা, অপাকপা সাইন বোর্ড অদুদা থুংই ।

মিচিগান ষ্টেটকী পুংখায়মুক থৌবা মতমদগী লেমহৌবা পুংখায়মুক অদুদগী চুজাক্কী ইংখোল নীংথিনা উবা ফংই। ইংখোল কোইহবদি ঐখোয়গীরোমগা য়াম্না খেন্নৈ। চুজাক,চুজাক,চুজাক ভাক্ত। অদুদগী অতোপ্পা ইংখোলসু উই। মদুদনা নূং হরাই,নূং হরাই,নূং হরাই। করিগুম্বা অমত্তা য়ানশিন্নদে। পাক্কবা ইংখোলশিং অদুগী ময়ায়দা ইচিকচিন্ন পিক্তক তৌবা য়ুমশিং লৈ। মতম হায়বসু য়াই ময়ায় হায়বসু য়াই মদুদা নীংথিনা নূং অমদি বিলামাটিনা হৈবা কারগী ত্রক্কী লম্বী লৈ। ত্রক কৌরিদ্রা ঐনা হেক্তা হায়জিল্লবনি।মওংদি য়াম্না খেন্নৈ। চকা ১৮/২২, ৩৮ পানবা য়াওই। চকা ১৮ পানবদু ঐখোয়গী অসিগুম্বা ২ খরা হেন্না শাংগনি, ৱাংবসু য়াম্না হেনগনি। অসিগুম্বা ত্রকশিং অসিগী স্পীদতি কারদগী মাইল ১০/২০ হন্থনা পী। অদুগা থৌবসু মখোয়না মতম পুন্নদা য়েত্তা থৌহল্লি। লেন অনী লৈবনা য়েৎকী লেন অমদা মখোয়গী, লেন অহুম লৈবনা লেন অমদা মখোয়গী অদুগা লেন মরি লৈরবদি মখোয়গীনা য়েত্তা লেন অনী পী। অসিগুম্বা ত্রকশিং অসি ষ্টেট অমদগী ষ্টেট অমদা ফাওদুনসু য়াম্না চেল্লি। ঙহিংদনা হেন্না চেল্লবসু, ষ্টেট ষ্টেটকী মরক্তদি নুংথিন্দসু নীংথিনা চেল্লি।

মসিদগী ওহাইও হেক চঙশিনবদা টোল টেক্স থীরম্মী। মখোয়গী টোল টেক্সটি ডোলার অমা, সেন্ট ৫০/৪০/২৫ অসুম্নখক্তা থী। টোল টেক্স থীবা লোইবদা মিনিট অমা অনীগী মনুংদা জীপকী কম্পনি অদু ইচাউ চাউনা থেংনৈ। পৈশা তানবসি ওস্কোক্ল লায়না লায়না তানখ্রে। ইঙক ঙকই। মীশিংসিনা কয়াদা লায়না পৃথীবীসিগী কৈথেন্দগী পৈশা খোমজিল্লিবা!

ওরেগোন ইক্সজিট হন্দোক্লম্রে। মিচিগান ষ্টেটকী লৌউ শীংউ অদুদগী ওহাইওনা হেন্না নীংথীনা ফজ্জ ফজবা চুজাক্কী ইংখোল নূং হরাইগী ইংখোল মাইল কয়া উবা ফংই। পূং অমা/অমাম থায়রোম থৌবদা ইংখোলদি লোইবা নায়দে। থবক খুৎশুশি হেন্না কন্নবোই থল্লি।

মিচিগান ষ্টেটনা হেনবা হায়ববু মোটের কারখানা অহুম লৈহৌবা, অদুগা লম্বীগী স্পিদ পুংদা মাইল ৭০ থমহৌবা অদুনি। লুবা নানবা লম্বী ফজবা ওহাইওনা মিচিগান্দগী তাদে। হেল্লি হায়রুরবদি মিচিগান/ডেত্রোইটকী মীনা হায়হন্নীংদবসু খঙদে। অসুম মুন্না য়েং য়েংদুনা লাকপদা অচৌবা অহোংবা অমদি মিচিগান ষ্টেটতি মখল মরিগী উচাল পাম্বীগী সহরনি। ওহাইওদদি উচান পাম্বী অমত্তসু উবা ফংদে। ওহাইও ষ্টেটকী ডাউন তাউন নীংথীনা ৱাংনা চীংলেম্না লূনা নাম্না লেম্মী। ময়ায়মক্তিনত্তে সিটিগী মখা নোংচুপ ওইনা হন্নকপা নক্তগা অৱাং নোংপোক ওইনা চৎখিবদা সিটিগী মনাকমক্তা ফাওদুনা চৎলি। য়েংথৈ।

ডাউন টাউন তোর্লেদো সিটিসু ফাওদুনা চৎলি। ঐখোয়না আমেরিকাগী সিটি অমসুং সর্বপশিং অসিদা লম্বী থোংগী খেন্নবা অমত্তা উবা ফংদে। লম্বী পুম্নমক শেন্না লোইরবগুম্বনি। লেন মশীং হেনগৎনবা ময়ায়দা খাতুনা থল্লা লম্বীদি য়াম্না লৈরি। লেন ১/২, ৩/৩ চৎলবসু ময়ায়দা লেন ২/৩ হাপ্পা য়াননবা ন্যাপী থাদুনা উথাদুনা থমলি।

অসুম্না থৌজিন্নকপনা ওহাইও ষ্টেত্তি পূং অনী মখায় শাংনা থৌই। অদুদগী ঐখোয় পূং ৪.৪৫দা পেনসিলভানিয়াদা চঙশিল্লক্লম্মী। ষ্টেট অসিগী মতোন থংবা শরুক্তা লানবা ওইনা তৌদুনা মিনিট ৪০ খক্তা থৌই। লম্বী থোংগী চাং হন্দুদে। উ ব্রাগী চাং হন্দুদে। অদুমকসু কলকারখানা লৌউ শিংউদি উবা ফংদে। লম্বীগী মতাইদা লেপহৌবা উমংশিং অদু মরাং কায়না উরকই। ইউ. এস. অসিমক্তি ষ্টেট মরিগী হায়রেশিং ইন্টর ষ্টেট ব্রেশিং উরুরগা অমদি সহর সিটি অমদি মখোয়গী অয়াম্বা মফমশিং উরুরগা উমংগী লৈবাক হায়না কৌবা য়াই। ষ্টেট অসিদদি লম্বীগী মতাইদা উনা খন্দুনা করি অমত্তা উদে।

মখোয়গী উমংশিং অসি নীংথিনা ঙাক শেল্লি। মফম খুদিং মীশিংনা উ-ব্রা য়ানবা থেংনদে। উশা অমত্তসু য়ানবা থেংনদে। উগী উশাশিং অকংবা উশিংদি উরকই। উ কংলগসু কংনা অদুম লৈহৌই। অতুবা উশিংসু মতম কুইনা অদুম তাদুনা লৈবগী মওং নীংথিনা উরকই।

উমং খুদিংগী য়াম্না নুংঙাইবা অমনা শক্তি লৈ হায়না শক্তি অয়েকপা লাই য়েক্নুনা থেংলি। মাইল অমা, মাইল অমা মখাই, মাইল অনি, মাইল অনিমখাইদা অসুম্না থাবা ইতৎ তত্তনা থেংনৈ। শক্তিদি মরাং কায়না লৈ হায়বসি খঙবা ঙম্মী।

অরোইবদা ঐখোয় নিউয়োর্ক ষ্টেত্তা থৌজিল্লম্মী। নিউয়োর্ক ষ্টেটকিসু হাইবেদা স্পিদ মাইল ৬৫ নি। ঐখোয়না থৌরিবা গাড়ীদুগা অতৈনা থৌরিবগা ইমান মান্নে। গাড়ী পূম্নমক অমনা অমবু পরপ পরপ হেনগৎনবা থোইনা তৌনদে। মরক মরক্তা মীনসু ঐখোয়নসু হেনগৎলি। অদুবু মদু থোইনা তোয়না তৌনবা নত্তে। হেনগৎপা মতমদা ঐখোয়গী লেন হোংবা তায়। অদুদা চেকশিন্না য়েংবা তাই। লেন অদুদা তুংদা গাড়ী লাক্রবদি ঐখোয় হেনগৎপা ঙমদে। গাড়ী পূম্নমক ৫৫ স্পিদ হায়রগা ৬০/৬৫ থৌনৈ; ৬০ স্পিদ হায়বগা ৭০/৭৫ থৌনৈ; ৭০ স্পিদ হায়রগা ৭৫/৮০ অদুম থৌনৈ। ঐখোয়গী গাড়ীনা ৭০ গী চাংদি অয়াম্বদা থৌই। ৭৫গী চাংসু তত্তনা য়াওই। মদু ঐখোয়না থৌনিংদুনা ঙাকসু নত্তে। ময়াম অদু পুন্না থৌমিন্নবনা থৌদবা য়াদবনি। গাড়ী থৌবা খুদিং পুলিস লৈগনবা মফম অদুম খঙনৈ। অদুনা মপা মপাদা খজিক্কুং তপথবা অদুম তৌনৈ।

পুলিশতি অমুক্তসু উদে। পুলিশ লৈত্তে। সিফাই অমত্তসু লৈত্তে। মাইল ৩০০/৪০০ থৌবদা অমুক্তসু পুলিস, শিফায় উদে। অদুবু কনাগুম্বনা স্পিদ হেন্না থৌরবদি হেক্তা ফায়। ঐখোয়না ঙসি ফাওবা লৈবদা নুমিৎ ১৬ সিদা পুলিসনা গাড়ী ফাবা ৬/৭ তি উরে। নিউয়োর্ক ষ্টেত্তদি মিচিগান্দা উবা উচান পাম্বী অদু থরা অমুক উরে য়াম্নদি নত্তে। অদুনা পেনসিলভানিয়াদা থরা খজিক হম্নুনা উখিবা অঙ্গুর পাম্বীশিং অদু মফম অসিদদি মপান নাইদনা ফজরে। অঙ্গুর পাম্বীশিং অদু পরেং পরেং ফুট ৩/৪ খক ব্রাংনা পাল্লি। শেমদুনা মরী মরী চংহল্লি। মায়গৈ খঙদনা পাক্লা শন্দোকখি। ষ্টেট পূম্নমক মওং চপ মান্নে। অদুবু নিউ

য়োর্ক ষ্টেটকী অঙ্গুম্রনা মনা পাকপা শংবা হৈজিং ফাবা হেনবা ওইনা উরকই। অঙ্গুরগী লৈবাক হায়বা য়াই। পৈশানিকো পৈশা। চীং মকসু নত্তে, চীংগী মচৎ ওইনতা তৌবনি। কয়াদা ফজগ্রবা, অঙৌবা সাহেবশিংসিনা অসুক হৈনা লৈবাক শুদুনা হৈ থাদুনা, হৈ হেক্কু না, হৈ য়োন্দুনা পৈশা তাল্লিবা। সোপিংদা, স্বিমিং পুলদা, স্কুলদা, কোলেজ ইউনিভর্সিটিদা, হোতেলদা, পার্কতা উবদদি শুনীংদবা পূংলৈদা লৈরগা পূংচাদা চাবা মাল্লি। চাগল্লি থক্কল্লি নোয়গল্লি অঙৌবা শিংদো, অমুবশিংদো। মখোয়বু চুজাক থাবা, অঙ্গুর থাবা, নূং হয়াই থাবা হৈরমগদ্রনে? মখোয়নবু ইংখোল কোইবা হৈরমগদ্রনে হেক্তা থল্লি। ফিজেৎ মতামকনে; নুপাসু নুপীসু নহাসু অহলসু ইকায়ববু অমত্তা খঙদে। অহানবা নোংমা, নীনি। হাপ্তা অমদি ঐ মৌনে, নুপীনে ইচানুপানে পূম্না চৎপনিনা য়েংফম লাকফম খঙদে খোংগ্রাউ হাপেন শেৎলি। পাম্বোম তাথৎত্তুনা শেৎলি। শেৎলিব্র শেত্তবা মফম মরাং অমত্তা খঙদে; খজিক খজিত্তংদা কুপ্পা কোঙ্গায় অমা। অদুদগী থাথায় ফাবকলবসিদদি নাইগারা উরুরবসিদগীদি নুংশিবা, অচুম্বা, ফজবা ব্রাখল অমা লাক্রে। ঈশ্বরগী লীলাসিদা মপাম্মোংগী মওং মতৌ, হকচাং কয়াৎকী মিহৌবা পূম্নমক মফম অসিদা লোইনা মা ডগ্রে। ঐ ইশাগী হায়রগদি হেক লাক পা নুমিৎতগী ওসি ফাওবদা মপাম্মোংগী হকচাং কয়াৎকী শুমহৎপা, নীংথিবা, ফজবা নুপীমচা, মৌনহা ময়াম অদুগী ঙৌরিবা কুচু শিংদুনা পূক্নীংবু লাংহনবা মিৎকুপ অমত্তবু পোকহনখিদে। পোক্তনবা হায়না অদুম হোৎনরকখি, থল্লকখি। কলকত্তাদা ভিক্তোরিয়া মেমোরিয়েলদা য়াম্না উরকখ্রে। মতম অদুদগী হৌনা অদুম পূক্নীংবু লাকশিনহলথ্রবনি; আমেরিকান এজেন্সি মনাক্তসু সাহেবশিংদা নত্তনা ইন্দিয়ানশিংসু ফিজেৎ লৈতেং হেন্না নীংথিনা উৎতুনা শেৎপা থেংনরকই। পূম্নমক অমত্তা মিতাদবগী ব্রাখল অমা চেৎনা অদুম থম্মী। অশেংনা মীওইবগী সভ্যতা সংস্কৃতিগী ভাবক অমা ওইনা চৎনবা পূক্নীংদা অকনবা সাংকল্প অমা ওইনা থমদুনা থোরকখি। মায়সু পাকখি।

হৌজিক পূং ৬.১০ তাবা মতমদা বফেল্লো থুংলে। অসুম্না নিউয়োর্ক ষ্টেটকী মতাইদা লৈবা বফেল্লো সিটি চিক্না ঈংনা লূ নাম্না লৈবগীদমক অমদি মফম অসিগী ইউনিভর্সিটি, এয়ার পোর্ট, লাইব্রেরী, ম্যুজিয়ম অমদি ইনক নক্না নাইগারা ফল্সকী চিংশিনবনা য়াম্না নুংঙাইবা ফাওই। লম্বী মপান্দা ইরি পাৎকী ফজবা উই, ইউনিভর্সিটি উই অমদি নাইগারা ফল্সকী ব্রারীনা নুংশিনবগী চাং য়াম্না য়াম্না হেনগৎহল্লি।

অহিং অদু ওন্না থুংলবসু ব্রারী ব্রাতায় হেক শানরিঙৈদা পূং ১০ তাখ্রে। মদুতদা ঐখোয় চাক ঈশিং চারসি হায়দুনা ফমথে। বংলাদেশতগী লাকপা কে. ধৃতকুমার সিংহ অমসুং মাগী লোয়নবী অদুগা মচা নুপা বি. এ. থার্ড ইয়ার তম্বা, মচা নুপী ইলেভেন ক্লাস তম্বী অমা, হন্দক্তা লুহোংলগা লাকপা (নুপীদি পুরক্তবা) ধৃতকুমারগী নুপীগী

পোকমিন্নবা মচেগী মচানুপাগা মখোয় মঙা লৈবা য়ুম অদুদা ঐখোয় ৬ সু লৈরে। অঙাং শিংদি ইউ.এস. তা হৈনবী ওইনা অনৌবা য়ুমদা কোইনদে। অদুম ময়ুম ওইনা শান্নখ্রে। মথক্তা কায়, মথাদা কুম্মী। চাকশঙগী কপবোদশিং হাংদোক্লুনা চানীংবা চায়। ইউ.এস কী চৎনবীনি - চাবা , চানীংবা চাবা , চাবা থব্রায় য়াওই। চাগন্দবা ঐমক্কীদি অব্রাবনি।

ধৃতকুমার পার্শোনেল্লিটি লৈবা নুপানি। মাগী নুপী ইবেম্মদুদি মতম পূম্বা নোকচৈ , হরাও তয়াম্মী , মীয়োক মীচান ফৈ , চিন্দোল লৈতোন ফৈ ; খঙনদবা হায়ববু মঙোন্দা করিনো ? উনরেদনা , খঙনরে। খঙনরেদনা কোইনদ্রে। মৈতৈ নুপী খূদিং অসুম্না তৌহন্নীংই। ঐখোয় মৈতৈশিং মণিপুরীশিং য়াম্না থুনা থুনা ব্রাইশিন্নদুনা নুংশিনদুনা পূম্না চৎমিন্ননবগী শিক্ষা পীবগী মতম থেঙমল্লে।

চাক থোংলিঙৈদা ঐখোয় মণিপুরগী ফিভমগী মরমদা ব্রারী ব্রাতায় য়াম্নাপূক্লীং চঙনা শাই। তৌবগীদি আমেরিকাদা মাগী মচা অনী লাইব্রিক তম্বগী মরমদা ঐনা ব্রাহং ময়াম মথং মথং হংবদগী মখা তারকখিবনি। হায়বদি আমেরিকাদা লাইব্রিক তম্বদা চেকশিনবগী ব্রারী ময়াম মরক্তুদা মণিপুরগী নহারোম্না মীরোন কয়া লাইব্রিক নীংথিনা তন্নক্তবগী ব্রারী য়ৌরক্তুনা হৌজিক্কী মণিপুরগী ফিভমগী মরমদা ব্রারী শানরকখিবনি। ঐনা লাইব্রিক অমা ইগনি , হায়বদু মাদি খঙবা নত্তে , ঐনসু হান্না হায়হৌদ্রে। অসুম হংবদা মহাক্না খুম্মী "আমেরিকাদদি লাইব্রিক তম্বদি য়াম্না চেকশিল্লি। মখোয়গীদি লাইব্রিক হৈতনিঙাই লৈতে । থবক শুবসু লোইনা তম্বী । য়ুম শাবা ফাওবা হৈহল্লি। কোলেজ তম্রিবদুনা অমুক হেন্না চেকশিল্লি। কোলেজ তম্বা হৌবদগী মখোয়না অদুম অঙাংদু থম্বীখ্রে। ঐখোয়গা মাগা লৈমিন্নদ্রে । মতম মাঙহনবা সমাজগী মরক্তা লৈবা য়াদে। ফিদি য়াম্না চাউই। চহিদা $ ৩০,০০০ রোমনি। অমরোমদা ছাত্রশিংনা তাঞ্জরগা তম্বনি। মখোয়না খরচ পূজরগা তম্বনি। হয়েং লাইব্রিক তম্বা লোইরগা থবক অমা তৌজরগা শিঙ্গগদবনি। চহি তরা কুন চঙনা শিংনবা ঙাক্তনি। মমা মপানা ছাত্রগী মহৈ মশিং তম্বগী থৌদাং পূনদে। মসি মখোয়গী চৎনবীনি। বি. এ চহি ৪ তমগদবসি করিগুম্বা ঙমদ্রগদি পৈশা অমুক তানবা, অমুক তম্বা অসুম্না চৎনৈ। থবক্কীদি ফংদবা লৈতে। লাইব্রিক হৈবা হৈতবা লোইনা থবক ফংই। থবকসু পূং পূংগী কন্ত্রেক ঙাক্তনি। "অমদা অমুক পূং খরা অমদা নুমিদাংব্রাইরমদা পূং খরা শুবগী থোইদোকপা খুদোংচাবা য়াম্না লৈ।" ঙাঙ্বা ফৈ। ঐঙোন্দা য়াম্না কান্নে। মখা তারকই।

'সরকারগী স্কুল কলেজদনা খরা হোংই। প্রাইভেটতদি হেন্না অমুক তাঙই। মহৌশানা প্রাইভেটনা অদুম তাঙই। ষ্টেণ্ডার্দদি সরকারগীদগী প্রাইভেটনা হেন্জিনবা ঙমদে। মফম অসিদদি সরকারগী ইন্ষ্টিট্যুসনশিংদগী লাকপা ছাত্রনা হেন্না মীশিংনা পামনৈ। থবক হেন্না ফবা ফংই। মখোয়না মসিনা অমুবনি, অসিনা অঙৌবনি, মসিনা

এসিয়াম্নি, অসিনা ইউরোপিয়াম্নি হায়বা অমত্তা খায়দে। লৈবাক পূম্নমক্কী মীবু মখোয়না খোঙ্জিল্লি। মী য়াম্না লাক্তবা লৈবাকশিংদা চিঠি খেলা তৌদুনা পৈশা তিংহন্দনা পাসর্পোট পীদুনা কৌশিল্লি। ঐখোয়গী ইচেগী মচাসিসু মদুগী মনুংদা অমনি। মীয়োক মীচান য়াম্না ব্রাংনা ফবা আমেরিকাগী ব্রাখল্লোম্নি। মফম অসিদা জপানগী মী লাকপসি পাসর্পোট চঙদে। মতৌ অসুম্না ব্রিটেন, ফ্রান্স, জর্মনগী পাসর্পোট চঙদে। লাকনীংবা লাকপা য়াই। সেপ্তেম্বর ইলেভেনগী মতুংদা খরা চেকশিনখিবগী ব্রাতনি। আমেরিকানা মফম অসিদা লাকপা মী পূম্নমক অমেরিকাগী মী ওইনা উহৈ। মখোয়দা শক্তী, কুচুগী, জাৎকী, সমাজগী মনুংদা অচৌ অশাংগী বা অমত্তা থমদে। মখোয়গী প্রসিডেন্টকা ঐখোয় মীচম অমগা চপ মান্নবা চামিন্নগনি, ফিজেৎ মান্নগনি, বাঙাঙ শঙাঙ মান্নগনি। মখোয় অসি নীংথিনা লৈবাক মচা তারবা হায়বদুনি।'' ঐনা ইশিল্লি।

মণিপুরগী মতাং লাকপদা ধৃতকুমারদি থমোই শোক্লা ঙাঙই। মাগী ব্রাখল্লোল অসি ফংন নীংথিনা নুংঙাই। ঐনা তত্তনা হংবা ব্রাহংগী পাউখুম ওইনা মহাক্কী লাইরিক তম্বগী ব্রাফমশিং অসি লাকখিবনি' মসিদা মণিপুরগীদমক ঐখোয় করি তৌসিগে হাযবা ব্রাফম লাকপদা মাগীদি কন্না কন্না মোৎ পী। মথং মনাও খরদি অসুম্না ওইগনি-
'' ঐখোয় পূম্না মণিপুরগী জেনেরেসন গেপ অসি মেনশিন্নবা অকন্‌বা থবক পাযখৎপা যৈ। মকওইনা ইউনির্ভসিটি, কোলেজ, সেকেণ্ডরি, হায় স্কুলদগী রিটিয়ার্ড তৌববা অহলশিং পূনশিন্দুনা অহোবসি মেনশিন্দ্রবদি মীবোল মীরোল চঙনা মেনশিনবা ঙমদবা গেপ অমা লৈহৌরগনি। পৃথিবীগী মীওই খূদিংমক নোম্বা কনবা, হোৎনবা লেপ্তবা জাতি ওইনম্রে। মণিপুব কদায়দা হায়বা ব্রাহংসিদা অহলশিংনা চঙশিনবা য়াম্না থেঙমল্লে।'' মাগী বাযম অসিগী প্রাক্টিকেল ওইবা মতাংদা মথা তানা মহাক্লা হায় -
''(১) পোলিটিকেল কমপ্লেক্সিটিজ অসি পূম্না ফমিন্নদুনা কোকহনবা (২) সোসিয়েল কমপ্লেক্সিটিজ অসি তিন্ন তোৎনদুনা কোকথোকহনবা (৩) রেসিয়েল কমপেক্সিটিজ অসি চান্ন- নুংশিননা লৌথোকপা (৪) ইকোনোমিক কমপ্লেক্সিটিজ অসি এগ্রি, হোর্টি, ইন্দষ্ট্রি, এজুকেসন নীংথিনা ঈংনা হোৎনদুনা ল াঙহন্দনা শেমগৎপা (৫) এডমিনিষ্ট্রেটিভ কমপ্লেক্সিটিজ অসি খুঙ্গং শহর চীং তম নাইদনা মান্নহন্দুনা নুংঙাইহনবা, (৬)অন্দরগ্রাউণ্ডগী ইলেমেন্টশিংনসু কমন ইসু ময়েক শেংহনবা অসিনচিংবসি পুরক্ল বা লৈবাক্কী থনবা অহনশিংনা পায়থৎপীগদবনি। নত্তবদি অসুম ঐখোয়গী মণিপুর শিকশিনখিগনি। মসিদা জাতি ময়াম অসিগী মরক্তা মৈতৈনা মেজোরিটি ওইবনিনা মখোয়না থৌদাং লৌদুনা হান্না মাঙ্ থানা চোংথোকপীগদবনি। (৭) অরোইবদা, রিলিজিয়ন কমপ্লেক্সিটিজ হায়বা অমা ব্রাংহৌরি। ''ধর্ম হায়বসি করিসু নত্তে; মী মীনা ঈশ্বরবু নীংজবগী ব্রানি। মী অমনা পাম্বদু মী অমদা পাম্মু হায়বা য়াদবনা ঐখোয় ময়াম

পুম্না হিংমিন্নবা তাবনি। মৈতৈ গৌড়ীয়া, মৈতৈ সনামহি, মৈতৈ খৃষ্টান মৈতৈ বৌধ লৈরিবশিং অসি ঐখোয়না অমত্তা ইম্বোকপা য়াবা নত্তে। পুম্না চৎমিন্নবা অবনি।" ঐনা ওবর্জব তৌরিবসি ধৃতকুমারনা হায়বদু তাবদা খোৎচিলহৌবা খরদুনি। অসুম্না রাত্রী শানরগা অহিংগী পুং ১২.০০ তাবদা ঐখোয় পোখানরে।

নোংঙাল্লে। ঐখোয় করি করিনো খর চা- থক্লগা নাইগারা ফোলস য়েংননবা অয়ুক্কী পুং ১০.৪৫ তাবদা খোঙশাল্লে। য়ুমদুদগী নাইগারা ফোলস ফাওবা মাইল ৩৫ রোমতনি। মিনিট ৩০ চপচানা চঙই। পুং ১১.১৫ দা থুংলুরে। থাপ্লপ্পা থোং অমা লাল্লি; মথংদা থোং অমগা লাল্লি। অহানবা খোংগী অব্রাংবা ময়াই অদুদগী লৈচিন মপৈ ওইনা ঈশিংগী মরিক পাইখৎপা উবদা চৎমিন্নরির্বাশিংনা আদগী ঈশিং মনিল কারিবসিনি হায়না তাকই। ইঙক ঙকই। খা নোংচুপ ওইনসু ব্রাংলবা দলান- অব্রাং নোংপোক ওইনসু ব্রাংলবা দলান, উমং উমং উমং অদুবুদি ইউ.এস. এনিদনা, অদুদা ঐনা নহা ওইরিঙৈ ক্লাস সেভেন, আইট, নাইন টেন তম্রিবঁদা দুদলি স্তাম্পকী Geography গী অচৌবা লাইরিক্তুদা থেংনখিবদি ঈশিং চাইবীদু অব্রাংবদগী অনেম্বা তমদা চেস্থবা মানখিবনি। মনাক্তুদা সহর অমত্ত লৈবা উখিদবনি। হৌজিক্তি সিটি অনীনা চপশিন্দুনা লৈবি। মদুনা মরম ওইদুনা ঈশিং চাইবীদু উদ্রিঙৈ কার মনুংদা ফমলিঙৈদা পূক্লীংদা ইরাঙ লাঙতক্লে, ইচা চানদে। চীংসু লৈতে, ঈচিক চিকপা, সহবগী দলান য়াওদবা, মহৌশাগী মহৌশা ঙাক্তা ঙাইবা ফিভমদু উদে।

মনাক চঙশিল্লগদি ট্রাফিক জাম ওইরমলে। পার্কিং তানা থৌজিনবদা পার্কিং ফংদে। উরু উরু লৈদুনা য়েংবদা পার্কিংশিংদু ফুল্ল ফুল্ল হায়না থাররে। মমৈদা লম্বী মপান্দা নুপা অনীনা কন্না কন্না লাউদুনা পার্কিংগী মফম তাক্তুনা চৎখিনবা হুমাং তানা লাউবি। কার পূম্নমক্তা লাউশিল্লি। গাড়ী অমদা নুপা অমনা, গাড়ী অমদা নুপা অমনা, অমুক গাড়ী অমদা নুপা অমনা। ঐখোয়গী গাড়ীদু অনকপা পার্কিংদা ফংদুনা মখোন ৫/১০ লৈবা পার্কিং অমগী অহম শুবা মখোন্দা ফংদুনা থম্মুরে। ঐখোয় লোইনা কুমথহৌবগা মখোয় নুপা অনী চত্তুনা থম্মুবনি। মিনিট ২০ মুক ঙাইনৈ। মখোয় হল্লকপদগী ঐখোয় নাইগারা ফলস য়েংবা হৌরম্মী।

গাইড বুক্তু য়েংবদা য়েংনীংবশিংদু য়াম্বনা য়েংফম খঙদে। শুপ্লগী মিৎনা হেক্তা উবা খরা য়েংলগা লোইরে খল্লি। নুমিৎ ৫/১০ নি য়েঙ্গদবনি। অদুবু ঐখোয়দি নোংমগী পুং ৫/৬ খক্তগী প্রোগ্রামনিনা হুমাং তানা হোৎনৈ।

বফেলোদগী লাকপা মতমদা লানবা অচৌবা থোং অনী অদু নাইগারা ভুরেন্দা অনী থোক্না চেম্বোকখিদুনা গ্রাণ্ড আইলেণ্ড হায়বা অমা লৈখিবদগী আইলেণ্ড অদুগী ময়ায়দা লম্বী শমদুনা চৎননবা হোৎনরকপদগী শাবা থোংনি। কিলোমিটর ২০ মুক

শম্বদুগীদমক থোং অনী অসি শাখিবনি। মথক্তী থোং অনীশুবা হেক লানবদগীদি মনুংদা অদুম নাইগারা ফলস য়ৌরে।

ঐখোয় অহানবদা পার্কিং নম্বর ব্রান্দা ফংদ্রবদুদা রোবর্ট মোজেস পার্ক স্রেদা গাড়ী থারুরগা ইহান হান্না ভিজিটর সেন্টর ফাওরগা প্রোসপেক্ত পোইন্টা চঙশিন্দুনা মথং মথং লাকপনা নাইগারা তুরেন্দু ইহান হান্না উবদা ঐগী পুক্নীং কন্না চিংশিনবা হৌরম্মী। থোইদোক্না ঐবু মফম মরাং খণ্ডদনা নুংঙাইহনখিবদি উচেক ময়াম অদুনি। তুরেন্দু অশোমথংবা তোর্বান্দা কনাদাগী তোর্বান্নি, অশোমদনা ইউ এসকী তোর্বান্নি। তোর্বান অনী ফনা য়াম্না লাপনৈ। তুরেন্দু মপাদুদা য়াম্নমক চাউবদি নত্তে। অদুবু মগুন যাম্না লৈ। কোঙ্গোন্না পৃংথন থনবা ঈশিং অদুগী মরেপ অদু তোর্বান্দগী ফূট ১৭০/ ১৮০ রোম চথরগা লৈ। মদুসু তোর্বানদু চপ য়ুংনা হাইথবনি। মীনা চেক নুংনা চনবগা মাঁনৈ। খরা চথোক্রক্লগা খরা ওম্বা উনা শীংনা হৌবা লৈরিবদুদগী করি অমত্তা হৌদবা চপয়ুংলে মপা অদুদগী ঙৌদুনা পাকথোকখ্রবা নোংপোক থংবা ঈশিং চেনথরিবা ইচেল ফাওখা তাগ্ন তান্নদুনা উচেকশিংদু পাইখৎলি, পাইথৈ, ফৈন্না য়ুংনা তপ্না ঈংনা অমরোমদগী অমরোমদা, অমরোমদগী অমবোমদা মশা খপ্না খপ্না পাইরি, মশা খপ্ত খপ্তনা পাইরি। ঐদি অসুম উচেকশিদু য়েংনা য়েংনা ঐ ইশাবু কাউখিরম্মী। ঐবু চহি মিলিয়ন কয়াগী মমাঙগী মী ওইবগী ইতিহাসতা পুর্বাখিরম্মী। খল্লকই মনীং তম্না পাইরিবা উচেকশিং অসি অসুম পাইরকখিবনি, পাইরক্লিবনি, পাইদুনা লৈহৌখিগনি। উচেক হাৎপা য়াদবা লৈবাক অমগা ওইবনা, উচেকশিংনা মনীং তম্না পাইনীংবগা ঐগী কোক্তসু মনীং তম্না শান্নরুই। মদুদা খঙহৌদনা ঐনা ঐগী ডাইউী অদু খঙপাম্ পাম্মুরকই। ডাইউীদি গীদি মমল অমত্তসু লৈবা নত্তে। ইদে, ইহাং হাংগল্লি। নোংমা নোংমগী থৌদোক হবসু নত্তে। হন্দক্তা ইউ এস লাকলমদাইদা ইহান হান্না পায়থৎপনি। পূর্নচন্দ্রনা নিউ ইয়ারদা প্রেজেন্ট তৌরকপদগী ইনিংঙাই লৈতদুনা থন্নকপনি। হৌজিকপুদি ইউ এস চৎনবা হোৎনবগী ভিসাগী করিগী হিসাব ইরি। য়ুমদগী থোরকপদগী ঙসি ফাওবগী ব্রারী মতেক মতেক খবা ইরি। করিগীনো খঙদে খৎ অমত্তা পায়রম্বদগী অনীনা পায়শিল্লকই। অদুদগী খল্লি ঐগী নুপীগী বেগসিদা হাপচিনসিরা, মৌগী বেগসিদা হাপচিনসিবা, ধৃতকুমারগী বেগসিদা হাপচিনসিরা, ধৃতকুমারগী নুপীগী বেগসিদা হাপচিক্সিরা খন্না খন্না খুঁৎ অনীদি চেৎনা পায়শিনবা অসুম অসুম হেনগৎলকই। সিগলশিং অদু মুন্না মুন্না য়েংই। মখোয়না খোংবগী মখোন্দু তায়। মখোয় য়াম্না হেন্না ব্রাংনা পাইদে। মখোয় সুপ্নগী তুরেল খোংনুংদা হন্না হন্না তোংবা পাইবা শান্নবতনি। ঐগী ডাইড়ীদু কনা অমত্তদা পীথোক্তনা চেৎনা অদুম পায়শিল্লি। পুক্নীংদি করিনো খঙদনা পামুবা অমা অসুম ফাওরকই। পুনশি সি তেল্লি - নাইগারা অমদি সিগলশিং অসিগী

নীংথিরবা ব্রারীসিদি চাহি মিলিয়ন মিলিয়ন অমসু লীদুনা লৈহৌগনি খল্লকই। ঐ তূমিন অদুম লেপ্পী মশাম্বেংদা মখোয় ময়াম্না বোৎ রাইদ চৎসি , ত্রোলি রাইদ চৎসি, ম্যুজিয়মদা চৎসি পণ্ডহায় হায়। ঐদি অমত্তা তাদে সিগল, সিগল, কোক্‌সিদা সিগল। হৌজিকসু ঐগী কোক মনুংদা সিগল পরেং পরেং পাইদুনা শান্নরি। ঐগী মরূপ মপাং ইমুং মনুং আশ্রম বাসিশিং লোইনা সিগল মরক্তা কোয়পাই পাইবগুম উরম্মী। পৃথিবীগী মীয়াম পুম্বা কোইপায় পাইবগুম উরকই। পূক্লিং ইনৌ নৌরম্মী। নীংথিবা তাইবং মপুগী নুংশিবদু, মাগী খুৎশেমদু উরকই। মীওইবতা নত্তনা জীবা পুম্ববু নুংশিরকথি। ঐ করিসু হেন্না য়েংনীংবা পোক্তে সিগল অচৌবা মচা , মকোক মূরপ তৌবা , ঙাংলপতৌবা , পীক্তক তৌবা ওইনা উই। মমিং করি করি কৌরিবা ঐ থৌওইনা খন্দে। অশংবা ঈশিংগী মথক্তা , অশংবা উমংগী মতাই মতাইদা লেপ্তুনা ব্রা ব্রা লাওনা ঈশৈ শক্রিবা , নত্রগা কপলিবা নাইগারাগী খোঞ্জেল্‌ মরক্তা সিগলশিংগী ক্রেক্‌ ক্রেক্‌, ক্রেক্‌ ক্রেক্‌ অসুম্না তত্তনা খোংবদু তারগা নুংঙাইবা , নুংশিবা , অব্রাৎপা অমগী লাঙতক্রবা কয়া কয়ানা থমোয়সি মহি চেলহল্লম্মী। অসিগুম্বা হেক হেক পণ্ডথবসি ধৃতকুমারনা হৌদোকপী। ঐঙোন্দা মতং মতং ব্রারী লী ; মমাগা অমুক চৎমিন্নখিদুনা ব্রারী লী ; মানা ঐখোয়গী ইন্টবপ্রিটল গুম্বনি। ভাব তারকই।

অসিগী মথংদা ইঙাও ঙাওনা নুংঙাইহল্লিবনা কানাডাগী নাইগারা তোর্বান্দা ফুট ১৫০ রোমগী মখাদা লৈরিবা মখোয়গী বোট রাইদ অদুগী মথক্তা পরেংশানা চপ য়ুংগ্রবা তুরেল লৈরায়দা সিরেজগী নীংথিনা য়োংনা থাজিল্লবা থোঙনাওগুম্বগী ময়াযদা ঈশিং খরা খরা চেম্থরিবদুনি। নাইগারা ফলসকী হেক মথক্তুদা মখোয়গী সিটিদু লেপ্প্রি। কাসিনো ব্রাং চাউনা লেপ্প্রি। ইলেভেটরনা চিংখৎপা ফুট কায়ামুক ব্রাংখ্রবা নোংদোনগী হোটেলদুদা লেপ্তুনা মী কাখৎলি। লাম্পনা ব্রাংবনা মীমক্তি থোংনাউশিংদু ফাওজিন্দুনা উবা ফংদ্রে। মথোন কয়াগী দলান ময়াম্না নীংথিনা শেমত্রবা সিটি অদুদগী চেম্থরকপা ঈশিংগী মচুমদু ঈরু লুনা খর খর নাইগারা তুরেন্দা তারি। ফুট ১৫০ গী মখাগী আউটলেটশিং অদু ব্রাংবা চপ মান্নুনা লৈরি। মতৌ করম্না সহরগী ইচুম্বু ফুট ১৫০ গী মখাদা হত্তুনা করি অমত্তা কিম্বহন্দনা লৈরাই তোর্বান শোকহন্দনা শেমজিবনো খনবদা ঙকই। মীওইবগী হৈশিংবগী নীংথিবা থাক্তু উৎলি। ফুট ৫ / ১০ গী সিরেজ আউটলেট নত্তে। ফুট ১৫০ রোমগী মখাদা লৈবা সিরেজ আউট লেটনি। চাউখৎপা লৈবাক অনীনি নাইগারা ফলস নাইগারা তুরেল নুংশিননা তংখায় তংখায় লল্লোনমিন্নে। য়েংবদা পেল্লি।

অসিদগী ঐখোয় আমেরিকান ফলস য়েংবদা পূক্নীং চঙলম্মী। য়েংবগী পেনবা নাইদে। মখাদা কুমথরগা হি তোংলনবা ঙাইরিবা মীয়াম অদু ওম্বোক্না শাংনা **Queue** দা লেপ্লম্রে। ঐখোয় অমা অমা কোয়রুখিসি মী য়াম্মনম্রে হায়দুনা থম্নে। আমেরিকান

ফলস অসি অপাকপা ঈপাক্তগী চেহ্নবনিনা ঈচেনগী য়েংবা নুংঙাইবসু নীংথিনা ফাওই। ঈশিংগী ঈরিকসিনা পাইখৎলক্তুনা ঐখোয়দসু হেক হেক চোংহল্লি। আনোক্কী গ্রাস মরক মরক্তা তৈথোকপা তারম্মী। মখাদা জহাজ মচা মী ১০০ রোম চনবশিং ইউ এস কীসু কানাডাগীসু পূংখায় খূদিংগী ঈশিং চাইবিগী মনাক অদু য়ৌগে তৌনা থৌজিল্লি। টিকেট ককপদা পীরকপা কোক কুপ্না প্লাস্তিক্কী ফূরিৎ লীংপা মীয়াম অদু ঈশিং চাইবী য়েংবা থৌজিনবদা পূক্লীং চঙবগী মতৌ উই। জহাজ অদু ফনা কয়া হোন্দুনসু ঈশিংগী ঈচেম্না ঙমদুনা চপ লেপ্লম্মী।মতম অদুতদা মমায় থৈদোক্তুনা অমুক হন্না হিথাংফম অদুদা পুথরকই। অসুম্না মথং মথং তোঙ্গদবগী ঙাইরিবশিং অদু নুপা-নুপী , নহা - অহল , অঙাং পম্বা পম্বী , মচু মুবা ঙৌবা , চাইনা , জপান, ইন্দিয়া অতৈ অতৈ মরোল খঙদবা মযাম পূল্লপ পূল্লপ ইন্নদুনা থোং মথক্তগী টিকেট ককফম লৈমায় লমহাং অদু ফাওবা উ হরি। পৃথিবীগী মচু খূদিংগী মী ধর্ম জাতি পূম্বগী মী লোইনা অমত্তা ওইনা ইনুং নুংশিননা পংলেপ্তা লেপ্তুনা ঙাইনবি। ঐসু ঐগী ইচানুপাদুনা হেক তোংহন্নীংবসিনা হঞ্জিন হঞ্জিন থেম্মী। ঐসু পূক্লীংদদি তোংনীংবা, মপান্দদি নুমিৎ নীনি হমনিগী মমাঙদগী য়া অমথক য়াখোঙদা কয়া নাদুনা খাঙলিবা মতম ওইবা। হিদাক অমা মখোয়না পীদুনা চায় । টেবলেৎ তবা শুবম্মনি নোংমদা অহুম্ অহুম চারবমক্তদা ফাওবা, য়ান্না ব্লারবা। ঐগী মিসন্দি নীংথিনা ইবসিনি। অদুনা নাদবা, ব্রাদবা শাবতা মঙাইরবা। অদুনা লোক্তুনা অসুম ঙাঙই। অদুদগী ঐখোয় মথংদা ঈশিং চাইবী অদু থম্রম্রগা মথংগী লুনা আইলেণ্ডদগী ব্রাইদেল ভাইল ফলস য়েংলুরসি হায়দুনা খোঙনা চংলি। থোং অমা লাল্লি। উমং মচা অমা লাল্লি।

৬ । আইলেণ্ডদা ঐগা ধৃতকুমারগা ঐখোয় অনীথক্তা কুমথরে। অতৈদি মথক্তা পোথাদুনা লৈহৌরে। লুনা আইলেণ্ডগী ময়ায়দুদা লেপ্লগদি আমেরিকান ফলসগী ঙসাই নোংপোক্তগী উবা ঙমদবা তংথায়দু উরে অদুগা নোংচুপ্তুনা ব্রাইদেল ভাইল ফলস অদুসু উরে। ঈশিংগী মশাগী য়েংবগী পেনবা নাইদবা মগুণ লৈ; অদুগা ঈশিং চাইবীনা হেন্না শুদ্ধাৎপগী মগুণ অমুকসু লৈ। অদুগা অদুগী মথক্তা ঈরাউথোনশিং অদুগী নীংথিবসু লৈ; অদুগীসু অমুক মথক্তা পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা মী ময়াম য়েংবদুদা হেন্না অমুক পূক্লীংসি নুংশিহল্লি। মথোই কাহল্লি। ঙসাইগী সিগলশিং অদুদি লোইবা লৈতে; লেপ্পা লৈতে। মখোয়না ঙা ফাদুনা চারগা হেক্তা পাইথিদবদুনি নুংঙাইরিবসি, অদুদগী হেন্না অমুক নুংঙাইহল্লিবদি চাউনা চাউনা তুরেল ঈচেলগা লোয়ননা তুরেল মনুংদা অমুক অমুক্তা মশা থপ্তুনা লৈদুনা জগোই শাবদুনি। মশা ঙৌবদুনা হেনব্রা হেন্দে, মশা মুবদুনা হেনব্রা হেন্দে, মশা লাংবদুনা হেনব্রা হেন্দে, মশা অঙাংবদুনা হেনব্রা হেন্দে, অচৌবদুনা হেনব্রা হেন্দে, অপিকপদুনা হেনব্রা হেন্দে ময়াইমদুনা হেনব্রাসু হেন্দে, লোইনা অমনা অমদগী ইহেন ইহেন হেম্নে। সিগল মখল ১৯ জাগোই শারি।

আমেরিকান ফলস য়েংফমদুনা গ্রেট লেক্স গার্দেন কৌই; অদুদগী থোং লাল্লগদি গোৎ ( হামেং ) আইলেণ্ড কৌরে। গোৎ আইলেণ্ডদগী কুমথরগা ঈশিং চাইবী মনাক্কুদা থোং অমা লাল্লিল্লগা লুনা আইলেণ্ড লৈ। হায়রিবা লুনা আইলেণ্ড অসিদগী কাখৎলক্লগা গোৎ আইলেণ্ডগী তোর্বান্দা লাক্লগা হোর্সসু ফলস য়েংবা চৎলে। গোৎ আইলেণ্ডদসু পার্কিং অনী লৈ অৱাংদা অমা মথা ইথং থংবদা অমা। পার্কিং অনীমক মবুক থল্লমলে। মীনা কৃক কৃক ইন্নরমলে। মফম অসিগী পরেং শানা মীনা য়েংনরিবা অকোইবা তোর্বান্দুদা খারিবা পল্লিদুগী হেক থংনবদুদা ঈশিং য়ৌহন্দনা ফুট ৬/৭ পাকপা ফুট ১৪/১৫ শাংবা তুরেলগী ঈচেন্দা , নীংথিনা নুংগী পল মচা খাজিন্দুনা ঈশিং চেলহন্দবা শরূক অমা লৈ। ঈশিং চেলহন্দবা শরূক অসিগী পল্লিগী নুং অদু ফুট অমদগী য়াম্না হেন্দনা খাবনি। নুংশিংদুসু তুরেল অদুগী মশাগী মহৌশাগী নুং মশাদুনি। মওংদি খরা মান্ননা শেমদোক্লগা থম্বনি। মদুদগী হৌদুনা হোর্সসু ফলসনা মপান নাইদনা পাক্ল অহৌবা মখোল অমগা লোইননা মীওইবনা খঙবা ঙম্বা মতমগী ব্রাংমদগী ঈশিং ময়াম অদু চেম্ব্লকলি। খরা কাখৎলগা ঈংরাজি ময়েক্লা ইদুনা থেৎলি : অপাকপা ফুট ২৫০০ নি ( মি: ৭৬২ নি ); অদুগা অৱাংবনা ফুট ১৬৭ নি ( মি: ৫১ নি ); ওলাংথাদা ঈশিং গেলোন ৬৭৫,০০০ ( লিটর ২,৫৫৪,৮৭৫ ) সেকেণ্ড অমমমদা লেপ্তুনা চেইহ্নে।

নাইগারা তুরেল হায়রিবসি কিলোমিটর ৭০ রোমদমক শাংবা ইউ এস এ অমদি কানাডা অনীগী তাইনবা লমদা চেনবা তুরেল্লি। তুরেলমকসু নত্তে। ইরি পাংকী ঈশিংনা মওোন্দগী খজিক্তা নেম্বা ওন্টারিও পাত্তা চেম্বা ঈশিংগী থোংনি। ইচেন্না অনী লোঙদুনা ওন্টারিওদা তাদ্রিঙৈদা গ্রেট আইলেণ্ড অমুক শেমদ্রিঙৈদা ঈশিং চাইবীশিং অসি পুন্না লৈরিবনি। ঈশিং চাইবী অসিনা ফুট ১৬৭ ৱাংনা তারিবনিনা পাৎ অনী অসি ফুট ২০০ রোম য়ৌগে তৌনা ঈশিংগী ঈমায় খোন্নরম্বা য়াই। নাইগারানা ঈশিং চাইবী শেন্নমদাইদসু ঙম্না ফনা শাংনা চেইহ্নে অদুগা ঈশিং চাইবী শেন্নগা চেম্বরবা তুংদসু ঈচেন ফনা কন্না চেইহ্নে। অসুম ঈচেলশিংদু য়েংনা য়েংনা, ঈশিং চাইবীশিংদু য়েংনা য়েংনা ধৃতকুমারনা অচিকপদু থুগায়দুনা অমুকসু হায়রকই। মসিদি মণিপুরগী বারুনি কাবওম্বনিদা। মসিদি 'লর্ডস প্লেস' খঙদ্রে করি হায়গদবনো 'লর্ডসহেভন' অসুম্না হায়নৈ,' ললিতনা হায়। ঐ তৃমিন্না তায়। থোইনা ভাব তাদে।

অদুদগী ৱারীদু মখাতানা শাংনা ইচানুপা ললিতনা হীরকই। থায়ন মমাংঙৈদা চীংগী থুঙ্গং অসিদা মশক মতৌ চখোনবী নুপীমচা অমা লৈরম্মী। মাগী নুংশিজবা পাখং অদুগা মাগা লৌন লৈনসি ৱাশকুজে। মশক মতৌদুদা চীংগী নিংথৌদুনা খোয়দারুরে। নিঙোল পোকপী মপা অদুনসু মচাগী থমোই য়েংদনা চীং নিংথৌ অদুদা হেক থাজথোক্লে।

মচানুপী অদুনদি নীংবা থুংদনদি হিংলরোই খন্দুনা নাইগারা তুরেলদা চোংথদুনা লুপথ্রে। মানা চোংথখিবদুদা নোংথাং কুপ্পুনা খাক লাওদুনা হৈথেরকপা নোংগী মরক্তা মানা কপ লাউদুনা অশিবগী চৈনাদু খাঙ্ঙমদনা খাঙবা ব্রাবদুনা হৌনা কন্না তেংথাখিবদুগুম ঙসি ফাওবা নাইগারা ঈশিং চাইবীগী ঈরাও খোন্না কপহৌরিবনি। “অসুম্না ঐনা ব্রারীদুদি ময়াঙসিদমক অহৌই। কোন্না থল্লকই ব্রারীদু মুন্না তারমগদবনি। অদুদগী ঐখোয় য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবী নাইগারাগী ঈশং শংবা ঈশিংগী মরী মরী চেস্থরিবদু মুন্না মুন্না য়েংলম্মী। ঐনা হন্না হন্না “ নঙ অসুম কুইনা চেস্থখিনিকো, নীংথিজে, ফজে, নঙগী নশক, তাইবং কনাবু নঙনা শুপ্পাংলোইদগে- নঙ লৈহৌরো ঐদি চৎলে ” উরু উরুলৈনা, লশিং মফোনসু মান্না চেস্থরিবা ঈচেন্দু অসুম য়েংল য়েংলগা অঙম্বা লম্বীদু কাখৎলকই। চাইনিজ, জাপানিজ, সাহেবশিং , আমেরিকান, আফ্রিকানশিং,হিন্দুস্থান-পাকিস্তান, অদুগা ইংলিস মানবা আমেরিকান মানবা চঙশিন্দুনা তারুরগা মরোন অমত্তা খঙদবা অঙৌব খাতি কোজায় অমা মথং মথং কুমথহৌবি, মথং মথং কাখৎনহৌরি।

অসুম্না কাখৎলরুগা পার্ক নম্বর অনীশুবগী নোংচুপ থংবা ত্রোলি লম্বীগা নোংপোক থংবা হোটেলগীসু নোংপোকলোম থংবা ত্রোলিগী স্তোপকী মপা অদুদা ফমদুনা পোত্থাবম্মী। ঙাইহাক লৈরগা ত্রোলি লাকপগা টিকেট কক্লুনা ঐখোয় ত্রোলিদা কোয়বা চৎলে। পুংখায় অমরোম ঈথৎ মচাশিংদু থুংনা চৎলে, সিটিগী মরক্তসু পুদুনা চৎলে। অসুম চৎলুবগা পার্কশিং উরগা , নাইগারাগী অকোয়বা ঈশিং , সিগল , মরক্তা থৈরোয় উরগা পংনুংদা নুংশি। হলক্লগা ঐখোয়গী হান্না লাকপা মফমদুদা অমুক ফমদুনা লৈরে। ঙাইহাক্তং ফেস্টিভেল , ঠিয়েটরগী ফিল্ম শো য়েংননবা টিকেট অহম ঐ, ললিত অমদি মমাগী কক্লুশগা শোপিং তৌসি হায়দুনা ফিল্মগী মতম মিন্টি ১৫ ব্রাৎপদুদা কোয়য়েং য়েংই। নাইগারাগী অনম্বা ফোটোশিংদু লোইনা পাম্মী। মমল $ ৯/১০/১২ পীবশিংদু থল্লগা $ ২/৩/৪ পীবা মরিখক লৈরগা অতৈদি লৈদনা হল্লকই।

সিনেমা হৌগদবা মিনিট থরদা ঙাইরদুনা চঙই। ভবক ১৫০/২০০ দং চনগদবা নীংথিজবা হোল অদুদা হান্না ফমদুনা লৈরমন্নিবা ভাবকশিং অদু লোইনা ইন্দিয়ান ঙাক্ত ওইনা তৌই। ইন্দিয়ান , ওইবা য়াই পাকিস্তান , ফৃজি , বাংলাদেশী নত্তুগা ইন্দিয়ান ওরিজিন। উরগা ঙকই। কলকত্তা , বোম্বে , দিল্লিদা লৈবা মাল্লি। শুপ্লগী ইন্দিয়ান ঙাক্তা ঐগী মিত্তা উই। ঐখোয়বুনা ময়ামদুনা কোরিয়ান , থাই , কম্বোডিয়ান অসিনচিংবা ওইনা উই। সিনেমা হেক হৌরমদাইদা অঙৌবা ৫/১০ চঙলকই। ইংরাজিবু অমত্তা লোন্দে। লোনগী খোম্মেক্কা শক্তা চানদবা ঙাক্ত ঙাঙথোরকই।

সিনেমাদু হৌরে। নাইগারা ঈশিংচাইবীগী হৌরকপদগী ঙসি ফাওবগী মথং

মথং পুথোরকপা, শেমগৎলকপা, অরা-নুংঙাই ৱারী ময়াম অদু মথং মথং লীরি। ফিল্ম অদু নীংথিনা নমশিন্দুনা ভিডিওদা পুরকই। অদুবু অরোইবা শিন্দোকপদা ঐখোয়গী কলচরগা চানদে খন্দুনা ললিতনা খরদি ককথৎখ্রমাল্লে। ঐঙোন্দা ওম্মোক্লা নুংশিবা ফাওখি। ফিল্মদু য়েংলমদ্রবদি নাইগারাগী পৃং ৪/৫ গী হুমাং তানা য়েংখিবশিংদু ভাব অমত্তা তারমলোই। থায়নগী মরায়বকথীবী নুপীমচা অদুদি ঈশিংদুদা চোংথদুনা শিখ্রে। লেমহৌবিবা পৃথিবীনদি ঈশিং অদুদা চোংথদনা মাগী মনাত্তা লাক্তুনা ৱাশক্লজবগা, পুনশিগী খোঙলোয় ওইনসি ৱারেপ্পবগা মফম অদুমক্তা লাক্তুনা লুহোংলগা কায়নরবোই, নুংঙাইনা লৈনগনি খন্দুনা পাখং লৈশাবী কয়ানা মফম অদুদা লাক্লুনা লুহোংবগী ৱাবী য়াম্না য়াওরম্মী। করিগুম্বা মফম অদুদা লুহোংবা ঙমহৌদ্রগনা মফম অদু হোনি মুনগী অখোইবা মফমনি হায়না লুহোংবা নৌরিবা নুপীমচা নুপামচাশিংনা লাক্লরম্মী। মতাং অসিদা মপান্দা তৌহৌবা থৌদোক অনী অহুম মথং মথং নীংশিংলকই।

অহানবদা ৱাংচাওরবা কোট অমুবা, খোঙ্গাও অমুবা সুট শেৎপা নুপা অমনা ঙৌরোক ঙৌবী ফি চোন্না চাউনা শেৎপী নুপীমচা চাউশাংবা অমা মকোক্তসু অঙৌবা লৈতেং তুপী উপত্তুনা মখূৎ শম্মরগা ফেষ্টিভেল থিয়েটরগী গেৎ অদোমদগী থোবকই। মাওদা ঙাওশং ঙাঙবা ফিজোল্লা মথক্ লৈতেংবা নুপী অহুম চৎলি। মখোয় মফি অমা শেৎলিবদু নত্তনা করি অমত্তা পায়দে। ফুরিৎফিগা অমত্তা লিৎতে। মতুংদসু অদুগুম্বী অমা ইল্লরকই। মী মরি মঙাদগী হেন্দে। লাপ্তক্লা ছাটিন শিকতক তৌবা অনীথক পূল্লা খিল্লিবদুদা চঙশিনখি। "লুহোংবনি, লুহোংবনি" হায়নৈ। পার্কতা লৈরম্বা মীওই কুন-কুম্থু চঙশিন্দুনা য়েংনখি। অসুম্মসু তৌরিবোইবে। অদুম খল্লগা তোকই। চঙশিন্দুনসু য়েংনীংলুদে। সিনেমাদুদা উৎলিবশিংদু উরগা মখোয় অনীগী ৱাখলদু উরকখি। নুংঙাইনা পাল্লসনু খল্লি।

অনীগুবনা, চহি য়াম্না নৌরিবা তনৌ তনৌবা নুপা মচাদু অঙৌবনি। য়েংবদা নুংঙাই। চহি য়াম্না নৌবিবী তনৌ তনৌবী অদুসু অঙৌবীনি। মানা হেন্না ৱাসী লৈ, মনাতোন তুম্মী, মচিনবান ফজে। ফজবগী নাইগারা কৈথেন্দা ফজবা অমনি। অনীদু মখূৎ শম্মদুনা লাকই। ঐখোয়গী ফেমিলি অনীগী মী নিপান অদুতা নত্তে। মাগী মাগী ফেমিলি ফেমিলি ফমিল্লরি -চৎমিল্লরি লেপমিল্লরি, চামিল্লরি। ঐখোয়গী ইমাঙমক্তা জপানগী নহারোল অঙাং অনী কোইচেন চেন্দুনা শান্নবা ফেমিলি অমা ফুট তরামুক্তা লাপ্পনা ফমলি, চাবি। হেক থংননা চাইনিজ ফেমিলি অমসু ফমলি। মচাশিং শান্নরি। নাকন্দসু অমুবা মতৈ মনাও মচল ফম্লি। ইন্দিয়ান ময়ামসু ফেমিলি মরি মঙা ফম্লি। মসিনা নক্তা নকপগী ৱানি। অথাপ্পদসু কোঙ্গায়নি। অসিগুম্বা মরকসিদা নুপীমচাদু হান্না উখাদুদা লোংনা হিপথখ্রে। উগী উঙাক্তনি। নুংশা অমত্তা ফাওদে। লোইনা উরুমনি।

মাগী ওইথংবা মখেন্দুদা নুপা মচা অদুনা লোংনা হিপথরগা মথুং অনী হান্নগা পায়নরকপা অদুদি গুকথা থাদোক্লদনা অদুম তপ্ন তপ্ন মখোয় তুমথোকখ্রে। মখোয়দি ঐখোয়না সিনেমা য়েংগদবা য়াম্না য়াংলিঙৈদগী তুমহৌরবনি। ঐখোয়না য়ুমদা হল্লসি হায়না হল্লকপা পূং ৪ .৩০ ফাওবা তুমদুনা লৈহৌরি। খল্লি, সিনেমাদুনা মখোয় অনীগীসু, পুনশিগী অর্থ লৈহল্লে। গুাওশিন্নদবা নিশা চাদবা নুপামচা অমা ওইদুনা মখোয় অনীগী পুনশিদা নুপামচাদুনা নুপীমচাদু হয়েং পুনশিগী অরোয়বা ফাওবা অসুম্না মথুং নাম্মসি থাদোকপীদনা লোয়নবীসনুকো। অসুম্না খল্লগা হল্লকই।

অহমগুবদা, মথক্কী অনী অসিনা তুমলিবা অদুদগী ফূট ৬/৭ তা লাপ্পনা উপান অমা হৌরিবদুগী মখোঙমত্তা ময়ামসিদগী ঐনদুম ইহেন হেল্লমগনি খল্লমগদবী অমনা ইন্দিয়ান নুপা অমা পুদুনা লাকমিন্নে। তনৌ তনৌরিবা অনীনি। ইন্দিয়ান্দু মচু মুই। শক্তি বেঙ্গলী শক্তানি। অদুবু মরোন্দি খঙদে। হিন্দুস্তানী মাল্লি। মাগী ইংরাজিদুদি ইন্দিয়াননি। ঐখোয়না লায়না খঙ্ই। তৌবগীদি আমেরিকান ইংলিশ ঐখোয়গদি য়াম্না মান্নদে। চাং অমত্তদা ঙাংই থুনা ঙাংই, ব্রেথ গ্রুপ পাক থিবা ফংদে। অনী অদু নুপামচাদুনা মত্তোমত্তা ফল্লম্মু অচাপোৎ লৈরুগে হায়না হায়রক্রগা চংখ্রে। পাক্ল হল্লক্তে। পীজনীংবা খনবগী ওইরমগনি। অচাপোৎকীদি মখল য়াম্না লৈহৌই। ঐখোয় হায়না চঙলূরবনি। মীয়াম মফম চানা চানা চানীংবা চাহৌই। মপান্দা উখোংদসু চাহৌই। কুইনা লৈরগা থোরকই। সুপ্নগী আইসক্রিম অমা লৈরকই। মখোয় অনী অমগা অমগা চুপমিন্নে। আইস ক্রিমদু লোইশিল্লকপগা মচেৎ মচেৎ থল্লা থল্লা চামিন্নে। নুপামচাদুনা পায়রগসু নুপীমচাদুদা ইনবী, নুপীমচাদুনসু পায়রগা নুপামচাদুদা ইনবী। লুহোংবা কুইন্দ্রিঙৈগী হোনিমুনগী কোয়রকপনি হায়বদু নীংথিনা উৎলি। ঐখোয়না হৌগৎলকপদা মখোয়সু অদুম হৌগৎত্তুনা মথুং শম্ম শম্মনা চৎখি। খল্লকই অসিনা ওইরে গুসাই মমাঙদা ধৃতকুমারনা "বারুনি কাবগুম্বনি"। ললিতনা "লর্ডস হেভন" হায়থিবদু খঙলকই অমসুং সিনেমাদুনা উৎলিবসু ভাব তারকই। লাক্লরিবা ভিজিটরশিংদু ভাব তারকই।

কাউথোকহৌবা অমদি মথক্তা ইরিবা নুপীমচা অনীমক অসি ফিজেৎ য়াম্না নীংথিজৈ। লমদমদুদা শেৎলিবা মতৎ মরাং ময়ামদু মখোয় অনীমক অমত্তা শেত্তে। ফূরিং গুকশম য়োবী লীংলি। লোংশেত্ত মনুংদা ফূরিং নমশিন্দুনা শেৎলি। পেটি অনীমক ফায়। খেন্নবা হায়ববু ইন্দিয়ান মৌদুনা টেনিস কেপ অমা উপ্পী শকচে, অসিতনি। ঐখোয়গী মৌ ওইজবদুদা চাউথোকচে। অনীমক্কী শক্তুসু চেসটিটি লৈ; অনীমক্কী ফিজেত্তুসু চেসটিটি লৈ। অনীমক মমিং মনা চোইদে, মোংহাদে।

মতাং অসিদা নাইগারাগী লুহোংবসিগী মরমদা শমতক্ল থরদং ইনীংই। নুংশি নুংগুন্দা গুাওজরিবশিংগীদি নাইগারাদা লুহোংবা হায়বসি তাম্নরিবনি হায়বসি খঙলকই। মথকত্সু পনখ্রে। মফম অসিদা লুহোংবা কয়া লাক্লরিবসি চহি চনীরোমগী মমাঙদগীনি।

পৃথিবীগী মফম পূম্নমক্তগী মফমসিদা লুহোংবা লাক্লে; নত্রগা হোনিমুন লাক্লে। অসিসু মথক্তা পনগ্রে।

লুহোংগদৌরিবা নুপা নুপী অদুনা সিটি ক্লার্কতা নত্রগা তাউন ক্লার্কতা চৎকনি। সিটি ক্লার্কতি ৭৪৫ মেইন ষ্ট্রিট এভেনিউ, নাইগারা ফোলস নিউ য়োর্কতা লৈ। মফম অসিদা চয়োল অমগী মনুংদা ইরায় নত্রগা নিংথৌকাবা ( সরকারগী ছুটিনত্তবা নুমিৎশিংদা ) লুহোংগনি। অয়ুক্কী পূং ৯ দগী নুংথিলগী পূং ৩.৩০ ফাওবগী মনুংদা লুহোংগনি। লুহোংবগী ফিদি ডোলার ৪০ খক্তনি। ফিজেৎ পীগনি, লুহোংবগী খুদোল তম্নবা লৈ চবুন পীগনি। লুহোঙ্গদবা নুপা নুপীশিংনা মশা মশাগী ফোটো আইদেন্টিফিকেসন অমমম্ য়াওগনি; হান্না লুহোংলুরবশিংদি খায়নথিবগী সার্টিফিকেট অমা য়াওগনি। অসুম্না ক্লার্ক্ল লাইসেন্স পীরবা তুংদগী নুমিৎ ৬০ নিগী মনুংদা লুহোংবা য়াগনি। রোমান্টিক ব্রেদিং চাপেল, নত্রগা ফোলস ব্রেদিং চাপেল, নত্রগা ইন্টর্নেসনেল ব্রেদিংস এণ্ড কেরিয়েজ বাইদ হায়না মখল অহম থোক্লা অপাম্বা খন্দুনা হোংবা য়াই। অহানবা মখল অসিদা হোংবশিংনা ভিক্তোবিয়ান বেদ, ব্রেকফাষ্ট, পীগনি। ঈশিংচাইবীদা, অপ্পব রেশিদশিংদা নত্রগা গ্রেট লেক গার্দেনশিংদা হোংবা য়াই। অনীশুবা মখলগী অসিদা হোংলবদি ক্বালিটি হোটেলশিং, কেথেড্রেল সিটিং ৭০০ পীদুনা ভিডিও, ফোটোগ্রাফি, লৈ, ব্রেদিং কেক্কম ডিস্কাউন্ট পীদুনা শীনগনি। অহুমশুবা মখলগী অসিদা হোংলগনা খুনু থাদোক্লবা পীগনি, শগোলনা চিংবা গাড়ী তোংদুনা কোয়গনি, নিংথম ওইরগা গ্লাইদসু তোংগনি। মতৌ অসুম্না লুহোংগদবা নুপা নুপীশিংগী মখল মথেলগী হোনিমুন য়াওনা লুহোংবগী থৌরাং কয়া তৌরি।

নাইগাবাদা যেংননবা লৈরিবসিদি মশীং য়াম্মী। মথক্তসু পনগ্রে। মরুওইবা মফম ৮৯ শুই। ম্যুজিয়ম খক্তদা কাষ্টেলানি আর্ট ম্যুজিয়ম, নোর্ক্লিসতোন হিষ্টরিকেল ম্যুজিয়ম, নেটিভ আমেরিকান ম্যুজিয়ম, রানশোমভাইল হিষ্টবিকেল ম্যুজিয়ম, পোর্টব তাউন হিষ্টবিকেল ম্যুজিয়ম, দ্যারদেভিল ম্যুজিয়ম, নাইগারা ব্রেক ম্যুজিয়ম ওফ হিষ্টরি , সোমবসেৎ তাউন হিষ্টবিকেল ম্যুজিয়ম' বাবকোক হাউস, ব্রিলসন হিষ্টবিকেল ম্যুজিয়ম, হার্সচেল কেবাউসল ফেক্তরি ম্যুজিয়ম, নাইগারা ফ্রেন্টিয়ার রেলব্রে ম্যুজিয়ম, সানবোর্স এবিয়া হিষ্টবিকেল সোসাইটি ম্যুজিয়মশিং অসি লৈ। অমথক্তা চংদুনা য়েংবা ফংলক্তে। মথোযগী অসিদদি চহি লীশিংগী নক্তে; চহি চামগী পোৎসু লাই ওইনা লাংলি। চহি চানীবু শুরবদি অশেংবা লাই ওইনা লাংলি। খল্লকই মিচিগান খক্তদা থব্রায় য়াওহৌব্রা হায়ববু সিনদুম খরা হেক্সিনবশুম তৌরম্মী। ষ্টেট পূম্নমক্তা লোইনা থব্রায় য়াওরম্রগনি। পূম্নমক অসি প্রাইভেটনা চলাইবনা অয়াম্বনি। কায়ননীংদবা নাইগারা নঙ লৈহৌরোকো; মপান নাইদবা ঈশ্বর মাগী খুৎশেমদা ব্রহ্মামক্লা কল্লকপা মীওইবগী খুৎশেম মরক্তা রসগী অথোইবা আদি প্রেমগী মপান নাইদবা ব্রারীশিং তাদুনা ননীং তম্মা "নাইগারা নাইগারা , কৌদুনা পাইরোকো হে সিগলশিং :- বাই বাই -!" রুটিনগী আমেরিকানিনা থুনা য়াঙনা থৌরকই।

● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ●

# হেনরী ফোর্দ

তাং ১১/৯/২০০৪ ইং থাংজ নুমিৎ

মথক্তসু পনখ্রে। লমকোইহন্নারী ইবগী মহৎত্রা ডাইড়ী ওইনা থন্না পাম্মী হায়দুনা। ডাইরীদুসু অমরোমদা উরকপা, তারকপা খোমজিন্নকপা ময়াম অদু লোইনা ইবা ঙম্বা নত্তে। শম্লীংবা মপাদা হেক্তা শমদোকপা মওংদুনি।

অয়ুক চথোক্তনা হান্নগী নোটশিং য়েংদুনা লেপ্লি। নুংথিল্দা পুং ১.১৫ দা খোঙশাল্লে। পুং অমগী মথক্তা থৌগদৌরিবনি হায়। করি য়েঙদৌরিনো থঙদে। গাইদ বুক নক্তগা প্রোগ্রাম পাদে। হান্নন লমায় মরি পানবা অমা ঐঙোন্দা পীরকত্রবনি। য়েংদে। পেঙন্দে। থোকউ, থোকউবা অদুম্ হেক্তা হায়না থনগল্লি। থল্লি। পুং ২.৪৫ দা থুংলে।



হেনরি ফোর্দ ম্যুজিয়ম মমাংদা অইবা অমদি লোয়নবী (ফোটো : ডা: ললিত )

অসুম চৎথিবদা পুংথায় অমরোম থৌরগা ওই ওইননা হেনরী ফোর্দ হায়না থাবা ফজবা অচৌবা দলান অনী লাপ্না উই - অদুদগী য়েংলোমদসু দলান অমা উই। হেনরী ফোর্দ থারবনিনা মসিদা ওইরম্রনি থল্লিঙৈদা ললিতনা হেনরী ফোর্দ থারিবশিং অসি মখোয়গী কমপনিগী কন্ট্রোল ওফিসশিংনি হায়রকই। মদুদগী অমুক মিনিট কুন

কুম্লা থৌরগা হেনরী ফোর্দ ম্যুজিয়ম হায়দুনা লৈরম্মী। মফম অদু য়েংবদা ইচিক চিক্লাই। নোংপোক থংবা মায়গেয়োমদদি লাপ্ল দল্লান উল্লবসু শীজিন্নব্রবা লমহাং চাউনা লৈরি। ফূট ১৫/১৬ য়াংবা উমচা মথল অমা ফূট ১/১ মথায় লাপ্লনা কুংনা থারি। চেক্কী বিলামাটি তৈবা ফল্লাং অমনা খাজিনবা ইংখোল অমা কোইদুনা অদুম চংলগা গেট কোয়থি থি। নাম্না থাবা কোয়লাস পোয়োক্তা লেন মরি থোকপা লম্বী অদু ইন্দুনা মথা পাংনা চংলম্বদগী নোংচুপ পাংনা থৌরগা গ্রীন ভেলিগী গেত্তা চঙই। ম্যুজিয়মগী পার্কশিং অদু কারগী কার ঙাক্তা ঙাইরমদুনা ঐখোয় গাড়ী থাফম ফংদ্রে। মথায়োমদা থৌই কার থাফম ফংদ্রে- অয়াংলোমদা থৌই কার থাফম ফংদ্রে। নোংচুপলোমদা চংলি কার থাফম ফংদ্রে। ঐখোয়গী অঙাংশিংদু (লোরেন্স, লীলীয়ান) থোইনা নীংবা কায়দে হয়েং অমুক লাকপা তারে হায়না ঙাংনৈ। অঙাং অনীদু মৈতৈলোন্দি য়াহৈ অমা ফাওবা থেল্লমদে। স্কুলগী মমাল্লবা ময়াম অদুগা, স্কুলগী হোম য়ার্ক ময়ামদুগা মপাগী মৈতৈলোন ঙাংনবগী অঙ্গা শীরমদে। মখোয় তশেংনা মথৌ চিন্নি। অদুনা ঙাঙ্নরিবদু আমেরিকান ইংলিশনি। আমেরিকান ইংলিশ নৌনা তমব্রবদি ঙাঙ্বা তাদে। ঐখোয়গী নাকোংগা খন্না থেমৈ। অখঙবমখৈ খঙই, খঙদবমখৈদি পাক খঙদে। চংনবী কোলোকুয়েল, স্লেং, এসেন্ট, ফ্লো, ব্রেদ গ্রুপ লোইনা থেমৈ। য়াসি লেপ্তনা থুনা থুনা ঙাঙই। মতাং অসি মখোয়গী লোলগী পান্না অমদা ইরগা হেন্না ফবনি। অদুবু ইহৌরগে খন্নদি খন্দুনা হাপচিন্নিবনি। লমফৈ চংদ্রে। অমুক হঞ্জিল্লগে।

মমৈদা হল্লসি হায়না খন্নরকপা মতম অদুদা ললিতনা মখোয়গীসিদি প্রোব্রেম হায়ববু পার্কিং অসিনি, হল্লসি হয়েং লাকলসি হেক হায়বগা মমায়সু তঙখায় অমা লৈরবা মতমদুদা থাপ্তক্লা চহি ৫০/৬০ মুক্কী লেঙ্গা নুপী অনী লাকপা উই। মৌনা, "আদ নুপী অনী লাকই, দেদী, (মপুয়োইবদা মচাগী মতৌ তমদুনা দেদী কৌই) ঙাইহাক ঙাইবীখো," হায়। ঙাইরে।কুদ্রে। মখোয় গাড়ী থৌদোকদ্রে। ঐখোয় থুনা থৌজিল্লি। মরমদি পার্কিং থিবা মী ঐখোয়দা নত্তে। উক্ল উক্ল উংদুনা পার্কিং থিবা মী য়াম্মী।

গাড়ী থাবগা ঐখোয় থুনা য়াঙনা IMAX Theatre কোইরগা ম্যুজিয়ম লোমদা চংলি। টিকেট মমল এদল্ডকী $ ২০/২০ নি অঙাংগীনা $ ১৫ নি। অঙাংগী ফি মথল খন্না লৈ। চহি ৫ ওত্ত্রগদি টিকেট চঙদে। চঙনবগী টিকেট অসি মমল্ য়াম্মী। অসুম্না টিকেট কক্তুনা চংলিবসি মী য়াম্মী অদুম ইমৈ। মনুং য়ৌত্রগদি সংসার অমনি। য়েংফম য়াম্মী। মতম য়াম্না চঙনা তপ্না তপ্না য়েঙগদবা জাংনি। ঐগী ইচানুপা ললিতনা ভিডিও অমগা ফোটো কেমেরা অমগা অনী পায়দুনা নম্বা কাপ্পা লেপ্তে; ঐনা তৌ হায়বসু নত্তে ঐগী থবকসিদা মানা খঙদুনা মতেং ওইননবা তৌরিবনি। ঐ গাইদতুসু

থোইনা য়েংদে। মৌদুনা, ইচানুপাদুনা য়েংবা মফমশিংদু অদুম ঐসু য়েংই। মখোয়গা ঐগসু থেম্নে। মখোয়না য়াম্না য়েংনবা হোৎনৈ। ঐনা মুম্না কুপনা য়েংননবা হোৎনৈ। অঙাং অনী অদুসু য়াঙনা য়াঙনা য়েংবা শাম্মী, অঙাংগী হৌনবী; ঐগা থর থেম্নে। অদুসু ঐঙোন্দা নুংঙাইতবসু পোক্তে। মখোয়না ঐবু ঙাই ঙাইদুনা য়েংবদু থঙলগা ঐসু পরপ পরপ নোট তৌই য়াঙ্না য়াঙ্না ব্রা হংই। পন্দনা থোরক্লবা হেক্তা হোৎনৈ। মফমসিদা য়ৌরক্লগদি মণিপুরগী মী অয়াম্বা লোইনা য়েংহল্লীংই হায়বা তায়। মিৎ পানবশিংদি তুমিন পঙথদুনা শঙ অমদা চঙখিবদগী থোরক্লোই। ঐখোয়না পূক থন্দবগী মরম, ঐখোয়না খংনবগী মরম ম্যুজিয়ম অসিদা চঙলগা থঙলক্ই। মদুদি শুনীংদবগী, ব্রানীংদবগী, ব্রারেম ঙাক্তবগী !

ম্যুজিয়ম অসিদা লৈবা য়েংবা য়াবা মফমশিংদি তোঙান তোঙানবা মীওইশিংগী অপাম্বা থম্নবা মফম ৯৫/৯৬ লৈ। মখোয় অদুগী মরুওইবা থরা পনবা তারগদি মথাগীশিং অসি ওইগনি Green field Village store, Benson Ford Research Centre, Firestoue Station, Richard Wagon Shop, Fire Stone farm, Ceder Mill, William Ford Barn, Ford home, Henry Ford theatre, Bagley Avenu Workshop, Ford Motor Company, Miller School, Edision Illuminating Company's Station A. Wright Cycle Shop, Thomas Edison's Mento Park Complex, Thomas Edision Fort Myers Laboratory, Robert Forst Home, George Washington Carver Cabin অসিনচিংবা কয়ানি।

গেট চঙদ্রিঙৈদা পার্ক নত্তুগা আইলেণ্ড ওইনা শেম্রিবা মফম অদু য়াম্না লূনা নাম্না ঈশিং চাইবী ম । অমা লেপ্তুনা চেম্থরি। অকোয়বদুদা ঈশিং ইঞ্চি অনী অহুম তুংহল্লগা লৈমায়দা পৈশা অচোইবা শেন্ত ১/২/৫ চৎপী ময়াম উই। করিগীনো হায়দুনা কোয়না য়েংবদা (ফূট ৩৪/৩৫ না কোয়বা ঈশিং পৈফম্না অদুগা মতাইদনা ফূট ৪৫/৫০ না কোয়বা ওইগনি ) শেঞ্জেংগী প্লেট ফুট অমা মথায়/অনী মথায় শুম্বা (মদুসু মফম খূদিং চাউবা পাকপা মাম্নে, য়ুম খূদিং উৎজিবা খূদিংদা থেৎপনি) অমদা ইরম্মী :-

**Fountain**
**Coin Donation**
**Support**
**Green field village**
**Tree Restoration**

গ্রীন ফিল্ড ভিলেজ অশঙ্বদা গ্রীন ভিলেজ হায়রিবসি ওম্নেক্লা ফজনা ফোর্দ কম্পানিনা থব্রায় তানা অয়ৌবীদা শেম্রবা ম্যুজিয়মগী অয়াম্বা শরুক লৈবা মায়গৈনি। ম্যুজিয়মগী নোংচুপ্না পাক্লবা লমহাংদু লূনা নাম্না অচৌ অচৌবা দলানশিংনা ফোর্দ ম্যুজিয়ম ,অদুগা লমহাংগী

নোংপোক্তা চঙ্গবা কনফরেন্স হোল লৈ। কনফরেন্স হোল অদুসু মনুংদদি হোল মঙা তরুক থোক্লগী ১০০০/মী৫০০ রোমগী/৩০০গী/২০০গী/ ১০০গী মওংগী খুদোং চনবা তোঙান তোঙানবা ওডিটরিয়মসু লৈরি। অহাংবা অশংবা নাপীনা লৈতেম চপ মান্নবা মথক্তুদি লমগী কাঙ্গুঙনা তপ্ন তপ্ন মশীং য়াম্না চৎতুনা শান্নরি। ম্যুজিয়মগী মনুংদসু উপাল মরক মরক্তা অশংবা লমহাংশিংদা লমগী কাঙ্গুঙনা মনীং তম্না শান্নরি। অশংবা নাপীগী লমহাং ময়াম, অশংবা উগী মখল মখল, লৈগী মচু মখল মখা উরুরগা পৈশা শেন্ত ১ চৎপী, ২ চৎপী, ৩ চৎপী, ১০ চৎপী, তাহৌবশিংদুননি খঙলকপদা ঐগী পৈশা অমতা য়াওদদুনা থাদরমদবদু নুংঙাইরকখিদে। হংবদা পৈশাদু মরক মরক্তা পূম্না পূম্না খুঞ্জিল্লি হায়না খুন্নকই।

হেক চঙখিবগা অহাংবদা থায়নগী কার ময়াম ইঞ্চি ৮˝×১০˝ রোম পাকপা খজিক্তং থাবা চেদা এগ্‌জিবিট নম্বর অমসুং কারগী মপু, ফোর্দকী মোদেল, মতম্ থাবদু উবদা অদুম ঙাওবা হৌরমই। বুক্তা মথং মথং ইশিল্লম্মী।নুংশা শাবা ফাওদে। হৌজিক নীংথিনা শারি। আমেরিকানশিং মখাদা খোঙ্গ্রাও মতৎ, মথক্তা অপাবা, মোজাফূরিৎ, খূদাং ককপী, অশন্বী শেৎপনা য়াম্মী। ঐদি শাফম খঙদে কার য়েংলি। ঐদি গাড়ী লোইবা মীসু নত্তে, গাড়ী খঙবসু নত্তে। অদুবু মওং মতৌশিং অদুদি মীওইবগী সভ্যাতাগী নুংগী ব্রাখল্লোন, ফজবগী থনুংগী ব্রা য়াওরি। কোৎথোক কোৎশিন, ইম্থোক ইস্নিন, য়াম্থোক য়াস্নিন, হেন্দোক হেঞ্জিন, পাকথোক পাকশিন, করিনো মওং অমনি। ঐনা ইচানুপাদা ফোটো কাপ্নবা হেক হেক হায়, ফিলম নম্নবা হেক হেক হায়। মাসু নম্মী কাপ্পী; পেনবদি লৈতে। অসুম্না কার এগজিবিট নম্বর ১২ - **1899 Model Ford, 14-1901-Model Ford** অসুম্না ব্রান টু দগী থারকপনা ২২/২৩ ফাওবা ইরে। **1903 Ford- 1904-Ford;1903,1903,1903- Ford;** অসুম্না কয়া অমা থংনৈ। মরক্তা অতোপ্পগী মোডেল মঙা তরা নত্তনা অতৈদি **Ford** ঙাক্তনি। অসুম য়েংবদা লোইবা নাইররোই হায়বসি লৈথোক্কনা য়েংলুবতদা খঙলকই। মথং মথং মথং। অদুমক্তদা য়েংনীংই। চৎসি নোট তৌবা খরা তৌদবা ময়াম য়েংসি হায়দুনা ফোটো খরা খরা নম্নগা য়েংবদা **street** অনী অহুম মরি শুজিল্লকই। **Model 583** ফাওবা য়েংলকই। লোইনা অরিবগী অরিবা ঙাক্তা, য়েংনীংবগী য়েংনিংবা ঙাক্তা। মীওইবগী কোক্কী কলা ওম্থোকপনি লোইবা নাইদবা; শুপ্নগী মী তোংনবা গাড়ীনি, গাড়ী।

অসুম্না গাড়ী য়েংনা য়েংনা অতোপ্পা অমুক য়েংনীলকই। য়েংনীংবা ঙাক্তা। মরমদি গাড়ী মঙা তরাগী মরক মরক্তুদা প্লেট্ অমমম্ খিল্লম্মী। কাম্লেক্লীংদবগা য়েংনীংবগা হেক্তা খোঙসি থাংজিনখি। ব্রাখন্না করি খল্লি অকে অমৌগী অরং অরাক্কী গাড়ী ময়ামসি পাম্মীগা পামদেগা তৌদুনা ফিজেৎ লৈতেং তান্নদুনা হিংলকখিবা কুইরে। ঐখোয়গীদি

ঙসি করিসু লৈত্রি। মীগী মপোৎ কাব, টিভি, থাউ থুম মনা মশীং লৈদুনা চারি। লমদমসিদনা চাকচা, ফিজেৎকা করিসু খন্দনা হীরম অতৈদা পূক্লীং চঙলিবনি। মখোয়না থূমাঙ য়াম্না চাওশিনখ্রেকো হেক্তা খল্লকই। মখোয়গী সভ্যতাগী মপা মপু ওইরিবা ইংলেণ্ডদগী পূরকপা অকে অমৌদু আমেরিকা য়ৌরকপদা লোইনা থেঙ্গূ য়াইওইবীনা য়েরুবগুম হিরা মণি মুক্তা লোইনা ওনখ্রে। ঐখোয়দি থরগসু অকে অমৌ য়াওরক্তবগা (মণিপুরগী থাক্কীবুনি) মখোয়গী অকে অমৌ কার মোদেল ময়ামসি উরগা থমোইহিসি চাকই। ইরৈবাক্তো, ইরৈবাক্তো, ষনগাডী লান মমাঙগী চকাদুফাওবা ওষ্টোকপা ঙমদ্রিবকো, পৈশা চানীংবগা, সাহেবকা, বাবুগা মচুম তাবমখৈ কেবগা লাইহরাও জগোই শানিতা খঙবা, লোইবগা থা অমা যাত্রাব্রালি কম্পিটিসন য়েংবা, লোইরগা ইপোম্ কম্পিটিসন, ঝুলোন, কাং, গাডী মোদেল মবক্তুদা কোক ঙাওই। ঐগী ইমৌ, আমেরিকাদা ইশু নুপা, ইশুনুপী উবদা নোকপা নুমিৎ য়াওদে। নোকপা চঙদে। নোট খব, পম্ফ্রেৎ খব, লাইবিক খব পাবগা ইনীংবা। থমোইহিসি পাখৎপনা পাবদুসু মবক মবক্তা চপ লেপ্তুনা হেক হেক লৈবম্মী। চৎনা চৎনা পায, চৎনা চৎনা ই। থমোইহিসি ইপা পাখৎলি।

শৎ লৈথোবকপদা **WRIGHT FAMILY House** হায়দুনা থাবমলে। 'সিদি যেংদবগা যাবা নত্তে হাযদুনা মিৎকুপ্ত ফৎ চঙশিনখি। ইঙক ঙকই। অসুক পিকপা যুমসিদা অদুক ফাওবা মচিন মনাওনা মমা মপাগা যাওনা হিংলমম্লিবা। হরে অসিনিদনা মীগী শক্তি হাযবদু শৎ হায়দোকখি। মচিন মনাওনা সাইকল শেম্বগী খূৎশু খূৎলাই, ৈ ফম, মৈফূ পানা নুংথং ৈলিবি ইচম চম্মী। মদুদগী মখোয় অঙ্ক, সাইন্স পাম্মী, অধ্যাত্মিকসু খোযদায হাযবা বা ইবি। ঐখোয়গী পিক্রবা খুঙ্গংদা শুবা সাইকল কাবখানানা যাম্না হেন্না চাউই।

য়ুমগী মওংদি লূনাম্না শাই। ওহাইও ষ্টেত্তা ইং ১৮৭১ দা শাজবনি হাযনা ইবি। মওং কবি অমত্তা লেঙহন্দনা ফোর্দ কম্পনিনা লৈদুনা পুশিল্লকলিবনি। মমাঙ ইথং থংবা মী ঙাইনবা কাদু ফুট ১০´×১৫´ ওইগনি; মথংগী মচিন মনাও মমা মপা পূম্না পোথাফম ব্রাবী শাফম কাদু ফুট ১০´×২০´ ওইগনি। মথংদু চাক চাফম, চাক্থোংফম্মি ফুট ১০´×১০´ ওইগনি। সিথক্তনি। মথক্তা কাফমদু ময়ায় কাদা লৈ। কাবা থিংজিল্লে হায়না থাদুনা য়োৎলি পরেং অমনা থাজিল্লি। তুম্ফম কা হায়না থায়। মথক্কীদু মথোন ওইনা ব্রাংনা শাবোই তৌই। উগী উবাক্ল গাদি থাবা ওইদুনা শোম্ব্রকপগী মওং মাল্লি। ইংখোলসু পিকই। মনীং থোংদগী ফুট ১৫ বোম লাপ্না মনীং শঙ্গোই অমা থম্মী। পিকই। মদু পোৎ চৈ থম্ফম মাল্লি। নক্লা ফুট ৩´/৪ দং থাপ্পনা কেবিন অমা ব্রাংতক্লা ফুট ৩´/৬ কুম্বগী লৈ।

মনূং চংফম মাল্লি। থোঙ লোল্লগা থমখ্রে। মসিদগী তোঙাম্না ঙসাইগী সাইকল কারখানাদু লৈ। মখোয়না অহানবা মঙজরম্বা মশা অনী পানবা এরোপ্লেনগী মোডেলদু ফূট ২/৩ ৱাংবা মথক অমদা খিন্দুনা থম্মী। মখাদুদা ৱাহৈ খর ইরি **"unbelievable sixty five years later Neil Armstrong landed on the surface of the moon"** ঙসিগী যুগ অসিদা **Wilbur Wright** অমসুং **Orville Wright** মচিন মনাউগী সাইকল কারখানাদগী মঙলকখিব মঙনা মীওইবনা চখোক চৎশিন্দা কয়াদি নুংঙাইরবা। মীওইবনা অতিয়াদা গ্রহ উপগ্রহ তানা কয়াদি থুনা পাইজরবা। ঙসিনা কলকত্তাদগী চিকাগো ফাওবদা পূং ১৮ মখায়দদা য়ৌননবা পাইরক্লবা। পৃথিবীসি পূং ১৮ খক্তা লাপ্পুরে। নোংমা ফানা লাপ্পদ্রে। চহি ১০০খক্তগী মমাংদা কলকত্তাদু, রেঙ্গুদু থা অনী লাপ্পরম্মীবনিকো খল্লকপদা ৱিলবর অমদি ওর্ভিল রাইট মচিন মনাওদু অসুম নুংশিরকই, অসুম উনীংলকই। পুনশিগী মচৎসি অঙকপনি। ঙাইহাক্তংদুদা মখোয়গী এরোপ্লেন শাবগী নূংথং মখোন্দু তারকখি। নূংথং নঙগী মপাম্মনিকো খূত্তা লোত্নু না লৈরম্বা। ইথং থংই, মৌনা, " বাবা চৎলসি" (বাবা কৌই ঐদি পামদে, অদুবু পামদবসি পাকসু ঐসি হায়গন্দে)। ৱাহৈদুদা ভাব তারকই, "ঐনা লৈরিবসি আমেরিকানিকো ফোর্দকী ম্যুজিয়ম।" মখা য়েংনবা চেঙ্খ্রেরকই।

থোরকপগা অমুক কারদা মিৎয়েং তাশিনখ্রে। ঐগী ইচানুপাদুদি ফোটো নম্বা ফিল্লম নম্বদা ঐগা তত্তনা লাপনৈ। ঐনা নমহম্মীংবা নম্রমদবসু য়াওই। নম্বা য়াবা ঙাক্তনি। অসুম কারদু য়েংবদা এগজিবিসন নম্বর ১৩৭,১৫৪ অসুম্না হাইগৎলক্রে। মতাং অসিদা হায়হৌদবা হায়হৌনীংবা অমগা লৈরে। কারশিং অসি মফম চানা চানা থেন্দুনা থম্লিবা নত্তে। থেম্রিঙৈদা নক্তগা থেন্দুনা থম্রবা মতুংদা মাগী মাগী পালি থোকপদা থৌদোক্লগা উৎলিবনি। লম্বী বার্গ্র ষ্ট্রিট অমদি ষ্টেট ষ্ট্রিট ক্রোসিংদগী খজিক্তং হাইজিল্লগা ফোর্দ ষ্ট্রিট কোর্নরসু য়ৌদ্রিঙৈ মরক্তু দা বুথ অমা শারগা মাইক্তা নুপা অমনা লেপ্তুনা ঙাঙলি। শোরোক ময়ামদুদা ঙসাইগী কারদু অমা মপু য়াওনা থৌজিল্লক্লগা লেপলি। মায়োক্লবা মখা থংবা শোরোক মপান্দনা গেলেরী অমা শাদুনা ভাবোক ১০০/২০০ চনগদ্রা ফমদুনা য়েংলি। ফম্বা ফংহৌদবশিংনা শোরোক মপান্দা লাপ্পা নক্লা য়েংনরি। কার মপুশিংদুনা নুংশা কিবিদে কয়াদা চাউথোক্লা মাগী মাগী মকে শেমদুনা মাগী কারগী মরমদা ঙাঙবদু তাজরিবা, য়েংবদা পেল্লি। কার অমদা মিনিট ৩/৪ খক্তনি।

পাউদম্লিবা মীশিং অদুনি খ্বাইদগী য়েংবা নুংঙাইরিবদি। ফজরবা কারশিংদু মতম মতমদুগী ফিজেৎ, পোত্তা, শমকক্ মতৌ মাম্নবা তোংনরকই। গাড়ীশিংদু লোইনা ঘনগাড়ীগী, একাগাড়ীগী মতৌগুম্না কাংথোঙ্ পানবা ঙাক্তনি। অচৌবা য়াওই, মচা য়াওই, অনেম্বা য়াওই, অৱাংবা য়াওই। ফোর্দকী কোক্তুনা তুমিন খল্লমগদবদু লোইনা

উরকই। গাড়ী অমখক্তি মীদু ১১ রোম তোংই। গাড়ীদু শিক থল্লি। মনীংদা লেপফম লৈ। নেমতক্কা লৈশাবী মচা চহি ১৪/১৫ নুপামচা চহি১৮/১৯ অমগা য়াওরি। মমাঙঙৈগী গাড়ীগী মওংদু কম্না ঙাঙ্লি। নুংশাসু য়াম্না শারি। নুপী মচাদুনা মমাঙদা তে াংবা নুপীদুদা (মমা ওইগনি) য়াকৎলি। মবুংগী মশম অসি নীংথিনা শেমজিন্দে মান্দে হায়রি। অদুদগী মবুংদু মানা চিংথরগা (ফুট অমা ফারোই লেপফমদু) মথূৎ অনীদুনা মশম্মখৈদু শুরু শুরু নৈহৎলগা য়াংনা চিংখত্নুনা চপ য়ুংবা থরা, ইফা ফাবা থরা শেম্মী। মমাদু মুম্না য়েংদুনা লৈ। নুপামচ াদু তূমিন নোক্নুনা য়াই। নুপীমচাদু মদুতদা মাল্লে, য়ারে হায়দুনা কাখৎলি। মখোয় লোইনা হয়াওনা মখোয়গী পাল্লি লাকলে হায়দুনা থৌজিনল্লে।

অতৈ গাড়ী থৌজিন্নরিবশিংদু উবদা থঙই, অচৌ-অশাংনা কেনা তোংবনি; য়েনশাং নাপী য়োনবগীনি; য়েন ঙানু য়োনবগীনি; স্কুল অঙাং থিন্নবগীনি; মৈ কনবা কাঙবুনি; পুলিশনি লোইনা থঙই। মদু তাননবা থৌরাং তৌনদুনা লাক্নরিবনি। অথাপ্প স্টেট কয়াদগী থা অমগী থাখায়গী মমাঙদগী গাড়ী অচৌবদা হাপ্তুনা পুনরকই হায়। ফোর্দ কম্পানিনা থমদুনা উৎলিবদি থরখক্তনি। অতৈদি রেজিষ্টর তৌদুনা মপু মপুনা য়ুমদা ম্যুজিয়মগী পোৎ ওইনা শীত্নুনা নান্দুনা থম্নথ্রবনি।ঐখোয়না শুকখঙ খঙদনা লাইবক ফবা নুমিৎ তারুদুনা উবগী য়া ওইরম্মী। অরিবা উৎপা নুমিৎ অসি সেপ্তেম্বর ১১ গা ১২ গা ওইরম্মী। অসুম্না হেনরী ফোর্দ ম্যুজিয়মগী নুংঙাইবা প্রোগ্রাম ২১ থক লৈ। চহি অমগী মনুংদা নোংমগী নিনিগী মঙানিগী অসিনচিংবা তোঙান তোঙানবা নুমিৎ মশীং। উৎননবা শীন্দোক্নুনা থম্মী । কার অরিবা উৎপসিসু প্রোগ্রাম ২১গী মনুংদা অমনি। মথং প্রোগ্রামদি কার অনৌবগী এগজিবিট ওইহৌই।

গাড়ী থরা অমুক য়েংলগা প্লেট অমা অমুক পাশিল্লুরে। মিল্লর স্কুল হায়না থারম্মী। য়েংবদা স্কুলবু অসুক পিক্না শারিবা থন্দুনা য়েংনীংলুই। মমায়দু অয়াং ওন্দুনা লৈ। স্কুল মান্দে য়ুমগুম্বা থবক শুফমগুম্বা মাল্লি। চঙখিবদা থোঙদুদগী নাথন্ অমা লৈরম্মী। থল্লিবদু স্কুলগী ওঝাগী টেবল মচা অমা তুংদা অপাকপা ব্লেক বোর্দ অমা ওইরম্মী। নোংপোক থংবা কাচিন্দুদা লাইরিক উপু মথূম পানশিন্দবা অমা লৈ। কাদুগী মনুংদা অনী অনী ফম্বা উপাক্কী ফম্নবগা লাইরিক ফানগা পূনবা পরেং মরি থারি। পরেং থূদিং মরক্তা ওঝা চৎফম থাকই। পরেং ৭ নি পূম্না ফান ২৮ নি। অদুনদি ছাত্র ৫৬ কী স্কুলনি। থা য়াং অনীগী ফক্লাং অনীদা ব্লেক বোর্দ অমমম ফক্লাংদা থেৎলি। ওঝাগী টেবলদু ময়ুংদি ফুট মঙা ওইগনি পাকপদি ফূট ২ গুম্বা থরদং হেনবা ওইগনি। চপ তিংদে মাঙলোমদা থরা ঙমথহল্লি। ওঝাগী তুংদুদা অঙাংশিংনা মরক্কী ছুটি মতেক্তা ওন্দুনা শান্নবা উনা শাবা সাইকল রিম্মুক চাউগে তৌবা কাংথোং ইয়াং য়াংবা ৫/৬,ওম্নবা

সাইন্সমগী চৈমুক চাওবা ৫/৬ অমগা থায়নগী অঙাং শান্নহল্লম্বগী মওংদু খঙননবা থমলি। অব্রাং থংবা ব্রেক বোর্দতা থায়না হোৎখিবা অঙনি হায়দুনা অমসু মুখত্তনা ময়েক লানা অদুম্ থমলি।

স্কুল অসি চাউরাক্লা ফুট ১৮/২০ পাকপা য়াই। ময়ুংনা ফুট ৫৫/৬০ ওইবা য়াই। শেম্নরিবা অনীদু নুপীমচা ঙাক্তনি। মখোয়না থব্রায় য়াওনা স্কুলদুগী ব্রারী য়াম্না লীজে। ঐখোয় ইতা তাদে, করিসু য়েংননবা য়াওদবা। অদুবু মনুংদা চেল্লিবা ইচেন্দি আমেরিকাগী অচৌবশিং স্কুল অসিদা হৌরকখি হায়। মথং মথং মমিং পল্লি। ঐগা য়েংমিন্নরিবা অঙাংশিং ইশুশিং মতমদু থরা থেঙলকপদা মেরিগো রাউণ্ড নরুম উরম্বদুখক্তা হায়দুনা নিঙাই তৌরি। ঐঙোন্দদি নত্তে মমাদা। মপান্দনা চৈদা খোঙনেৎ হাপ্পগা তোংখত্নুনা চৈনা চৎপদু স্কুলদুগী মমাঙউগী অঙাংশিংনা শান্নহল্লম্মী হায়বদু খঙনবা চৈ জুরা ৭/৮ থমলি। অঙৌবশিং অদু তোংবা হোৎনরি। ঙম্নদে। ঐগী ইমৌদুসু মখোয় ময়ামনা কাখৎলু চৎলু হায়দুনা হোৎনহল্লি। ঐনা মনুংদগী নোট তৌরিঙেদা ব্রা ব্রা নোকপা তাই। গাইদ নুপীমচা অমনা ঐঙোন্দা হেনরী ফোর্দসু স্কুল অসিদা তম্লম্মী। অদুনা স্কুল অসি মফম অসিদা পুশিন্দুনা ম্যুজিয়মগী মপোৎ ওইহল্লিবনি হায়দুনা মরোল অমা ব্যাখ্যা তৌরি। মফমসিগী গাইদশিং অসি মচিনশিংদু তেনব্রা চরোইগুম্বনি। স্বর হোম্নদে। চঙখিবা খুদিং ব্রেং ব্রেং অদুম শৌদুনা লৈরম্মী। লোইবা য়াদে। মশা মশানা any question হেক্তা হায়শিল্লকই। স্কুলদুনা হেনরী ফোর্দ অমদি অতৈ অফাওবা কয়া তম্লম্মী হায়রগা, স্কুলদুনা পিকপগা, শান্নপোৎনি হায়দুনা থস্রিবা অনীদুগা উবদা ঐ চৎনীংখিদ্রে। পঙনুংদা নুংশিরম্মী। স্কুল মনুংদুদা ফমথরে। হেনরী ফোর্দনা ফম্লম্মী হায়বা মফমশিংদুদা ফমদুনা শান্নে। স্কুল অদুমদা ক্লাসসু অনী, অহুম, মরি চলাইরম্রিবনি হায়। মদুবু করম্না অদুক ফবা লাইপোকশিং অদু শেম্নমলিবনো! গাইদ নুপীমচাদুনা হায়, "স্কুল অসিগী ওঝাশিং অদুনা আমেরিকাগী অচৌবা মীশিং পুথোকলম্বনি, শেম্বীরম্বনি।" মদু তাবদা ঐনা খল্লকখি "জাতিগী লাইবক অসিদি ওঝাগী খুত্তা লৈরেদনা কখোকপা, মরৈবাক নুংশিবা, অচুম্বা পাম্বা, নোংদোন তম্না ব্রাংবা আশাগী চীংজাও ওইবা - লাইরিক হৈবা হৈতবা, ক্লাস ব্রাংবা ব্রাংদবা, তলব চাউবা পীকপগী ব্রা নত্তে - থমোইগী ব্রানি - জাতিগী ইজ্জৎকী মমল খঙবগী ব্রানি। অসুম খন্না খন্না লৈরিঙেদা ঐসু থায়নগী হেনরীনা অঙাং ওইরিঙেদা শান্নরম্বা "খোঙদোং লাইতোং" (ককচিংদা হায়নৈ) অদু তোংলো হায়রে। গাইদ নুপীমচা অনীদুসু য়েংগদবগী হেক চেম্থোরকই। ঐনা মখোয় খ্বাইনা তৌরিবা খুৎপায় মওংদুদা হান্না কাখৎলি। খোঙথাং ৪/৫ থাংই। মখোয় ময়ামদুদি ইঙম ঙম্নদ্রিবনি; ঐদি ইরায় লায়না চৎলে। অদুদগী ঐগী হৈনবা অমদা অমুক পায়রগা চৎলি। কুমথরকপদা গাইদ নুপীদুনা য়াংলবা মরৈদুনা নোক্নুনা ঐবু পরপ পরপ থাগৎলি।

ঐগী ইচানুপাদুনা, ‘‘হি ইজ এ যোগীক টিচর, শো হি ইজ মোর ফ্লেক্সিবল’’ হায়। মানা, ‘ও দেৎ ইজ রাইট, ও, কে, নাইস গুদ বাই’ হায়রকই। (অরিবা ১৪৭৯ অদুরাইগী লাইব্রিক ১৫০/২০০ রোম চেখুম চপ মান্নবা পাল্লগা থমহৌই।) ঐখোয় মিল্লর ফুল থম্নব্রগা অমুক থোরকলে। করিসু নত্তে; কার মোডেলনি অমুকসু। কার মোডেল ৩০৫/৩২০ অসুম খিগৎলকপনা মমৈদা কার মোডেল ৫৮৩ না ঐখোয়না উরকপা ফাওবগীদি অরোইবনি।

মরক্তা চিথহৌবা অমসু লৈরে। উৎলিবা কার মোডেলশিং অসিগী মমাঙদা নম্বরগা মনীংদা মী অনী/অহুম/মরি/মঙা/তরা লৈনৈ। কনাগুম্বনা মাগী গাড়ীদু তোংগে হায়রবসু হরাও হরাওনা স্ট্রিট ময়াম অদুদা তোংদুনা য়েংহল্লি। মদু পৈশা লৌত্র লৌদত্র হংলক্তে। মিনিট খুদিং হোরোন মখল মখল মী পুদুনা পুদুনা পঙচত্ত চৎনৈ। ঐখোয়গী অঙাংশিংদু তোংনীব্রা হংবদা তোংনীংদে হায়দুনা তোংলক্রে।

মথংদা খঙহৌদবা প্লেট অমা অমুক পারুরে। FORD MOTOR COMPANY হায়না থারম্মী। মদুনা হেন্না অমুক পুক্নীংসি থুক লাউখ্রে। হান্না য়েংলকপা শঙ অনী অদুদগী হেন্না পীকই। নেম্মী মরাক ময়ুং হম্মে। শঙ মচানি। মনুংদা চঙবদা থবক্লা হেন্না চিনবা শঙনা শোঙ্গবা মতৌদু হেক উই। ময়ায়দা চিন্না লম্বী মচা, মী লিৎথোক লিৎশিন তৌননবা লৈ। মমাংলোম (মখাদা) অহানবমক্তা য়োৎকী খুৎশু খুৎলায়গুম্বা থবা লৈবদুগী মথক্তা টিভিগী মমায় অহুম লৈ। অব্রাংলোমগী শঙদুদসু থবক শুবগী খুৎশু খুৎলায় ময়াম লৈ।ফক্লাং অদুদনা ফুট ৮×৮ গুম্বগী ফিগী পর্দা অহুম লৈ। শঙগী মনীং মমাঙ্ (নোংপোক, নোংচুপ্পা) থোঙ্ চপমান্ননা পাল্লি। টিভি অমসুং পর্দাসি কোন্না হাপ্‌লিব্রবনি।

নোংচুপ থোঙনা চঙফমনি। নোংপোক থোঙনা থোকফমনি। নোংপোক্কী থোঙদুগী ওইথংবা (অব্রাং) অদুদা কার অমা থারি। কার অদু অরিবনি অঙাঙ্বা মচুনি। মরী মরাং, মচি ময়া পাল্লি। লূনা নান্না ফজনা থম্মী। ঐ চঙশিন্দুনা য়েংই। ঐনা হেক চঙখিবদা অত্তৌবা ময়াম অমদা গাইদতুনা চবেং চবেং ঙাঙ্দুনা তাক্লি। অসিনা মদুগী খুৎলায়নি, অসিনা অদুম তৌবদা শীজিন্নরম্বনি। অসিনি। খুৎলায়শিং অদুদি অরিবনি, হৌজিক্কী অমত্তা নত্তে; থায়নগী হেনরী ফোর্দনা হৌদোরকপা মতমগী মাগী ব্রাখল ময়াম শাগৎলকপগী ইতিহাসকা শাগোন্নরবশিংনি। খম্বরকই ময়ামগী চিন্নবা মরকসিদা ফৈরেং ভুরেং উপু মচা মচা মঙা/তরা মপা ইচা চাদনা থম্রিবসি লেঙহন্দে করিগীনো? মতৌদি পোৎচৈ শাবা লোইরগা থাখিগদবশিংগী পেকিং বোক্স মাল্লি। অমসু অমসু কান্দুনা থৈদোক্তুনা চিন্না অদুম চৎনৈ। অদুম লেঙদনা থম্মী। মী তৌই হায়দুনা ঐসু থেবগী য়াওগী ব্রারীগুম অদুম কাল্লি। অদুম চাইহৌই। গাইদ মরিদুনসু চিল্লি খঙ্না খঙ্না

লৌথোক্তে, ইনথোক্তে। থায়না থগ্রগ্বনি হায়।

গাড়ীদু য়েংবা মিনিট ফাগ্রিক্তেদা, মথক্তগী ফুট ১০´ মুক্তা ৱাংগনি কাদু ঙাংলৈনবা মচুগী অফবা ফিনা জুম জুম লাউনা তূবা-ফিদুসু থূপচিন তাশিন্ ফজনা শেম্বা মওংদা তৌবা, মায়গে মরি অমত্তা ফাত্তোক্তনা তূবা কার কাঙথল হায়বা তারে অমনা জগোইগী দল থাদবগুম তপ্না থাদরক্লগা কূপশিনবা হৌরকই। কার অদুগী মনাক্তা ইঞ্চি সাইজমুক চাউব ময়েক্ল ৱাহৈ ১০০মুক ইরি। পাবা হৌবদা ঙাইহরি লোইবা নংহৌদ্রে। মথক্তা ইবদি **Fifteen million in dollar** হায়। হংবদা **Ford** না পামজবা কারনি মানা তোংজরম্মী হায়রকই। মমৈদা ম্যুজিয়মগী ওইননবা কারদুগী মোদেলদু থিরুদুনা থগ্বনি হায়। কুইনা কুইনা হাংদোক্তে। খুমজিন্দুনা থম্মী হায়। অদুদগী গাইদ অদুনা মিনিট ১০ গী **Ford** কা ৱারী শান্নখিবগী থোক্লেল **audio** তানীংব্রা হংই- অদুদগী মৈদু থাদুনা উংলি। **Ford** কী মমিদি দিম ওই কলরসু য়াওদে মীশকসু মমায় ফৈনা নাত্তোন তুম্না অদুম ফিভম অমত্তা হোংদনা অদুম উংলি। ঙাক্তনরিবা মরোম্না অমেরিকান একসেন্টতা মুম্না তাবা ঙমদে ; অদুগা কম্না তাশিন্নীংবসু ঐদি ফাওদে। পূক্নীং ইরাঙ লাঙহল্লিবদি মতম অমত্তদা তুংদসু পর্দা অহমদুদা লাই অহম উংলি, মাঙগীদুসু ফোর্দতা ৱাহং হঙবা নুপী, পাউখুম পীবা নুপা **T.V.** মমায় অহমদা উংলি। **T.V.** মমায় অহমদু অমনা ঙাঙবা অমনা খুম্বা চয়েৎনরগনা **Ford** তা হংদুনা খূম্বা ওইনা তৌই। তুংদসু পর্দা অহুমগী মখোল, মমি।

মথা থংবা পর্দা অহুমদু অহম্মক তোঙান তোঙানবা থবক শুবা কাঙবুগী থবক খূৎশু উংপনি। অহানবগী অদু পোৎচৈ শাবা মেচিন ময়াম অমদা পরেং পরেং নাইনা মাগী মাগী পার্টশিং শারি। অমনা অমগী ঙাইলবা নত্তে, য়েংনবা নত্তে, মিৎ কূম্না ফাওবা নত্তে, অমা লেপ্লদা লোইনা লেপ্লগী মওংনি। অনীশুবা পর্দা অদুদা অশাবা পোৎশিং পরেং শানা লাকপদু ওক্তুনা পানশিন্নে-অমনা মচা অমা শৎ লৌশিল্লি অমদুদা চংখি অমদুনা করিনো অমা শৎ লৌশিল্লি অমদুদা চংখি। লেপ্লরিবা মীশিংদুদি খূনীংগা খূনীংগা শোক্লবগুম নক্লরিবনি। মেচিন্না য়াঙবনে, খূৎশিংনা য়াঙবনে মী অমনা অমদা য়েংবা নংবা নত্তে। মী অমত্তং শোয়বদা লোইনমক্কী প্রোগ্রেস পূম্নমক মাঙদুনা পার্ট অমা রিজেক্ত তৌগদবগী মওংদু নীংথিনা উই। অহমশুবা পর্দা অদুদা থরা চাউনা চাউনা পূনশিনবগী মওং উংলি। মদুদসু মীশিং অদু অমগা অমগা য়েংনবা নংবা নত্তে। মী পূম্নমক অদু মেচিন ওনশ্রবগুম্বনি। মিৎ চোইবা য়াবা নত্তে। মেচিনগা মীগা পূম্না মনুংগী ৱা খঙনবা থবক শুরি।

প্রদর্শন সেন্টর অদুদি মফম অসিদগী মিনিট কুন অমমুক থৌগদবনি। মফমদুদা গাড়ী অমত্তা চঙবা য়াদে। অনকপদা পার্কিং লৈত্তে। লনাই গাড়ী পূম্নমক

গ্রীন ভিলেজ অসিদা থন্নরক্লগা কম্পানিগী গাড়ীদা তোংদুনা চৎকদবনি। টিকেট কক্পগী মওংসু খরা কুপশিল্লি। এডভান্স কক্পা য়াই। গাড়ী অমদা সিট ৭৫ লৈবা গাড়ীশিংনা লেপ্তুনা হোনবা পূংখাই খুদিংদা হল্লক্লগা মফমসিদগী ভিজিটরশিংনা মশা মশাগী গাড়ীনা অমুক হঞ্জখিবা অসুম্না চৎনৈ। মদুগী থৌরাংদু ঐখোয়গীদি খোঙচৎ অদুগা চানদদুনা চৎলুদ্রে। সিনেমা ওইনা য়েংলগা তোক্লে।

মফম অসিদগী থোরক্লগা অমুক হন্না অরিবা গাড়ী ময়াম মথং মথং উরে। মেপল রোদ, ক্রিষ্টি ষ্ট্রিট, পোষ্ট রোদ, মেন ষ্ট্রিট, ফোর্দ রোদ অতৈ ষ্ট্রিটশিংগী মপান্দসু অদুম মথং মথং পরেং পরেং থন্নি। স্বানি লেন্দিং হায়বদুদগী হেক হায়গৎলকপদা মিচিগান এভিনিউ অনীগী উনফম অদুৱাইদা থায়নগী গাড়ী অমদা নুপা অমগা নুপী অমগা পিক্লীক চৎপা শাদুনা ফিদা অমা থারগা থায়নগী অচা অথক মওংদা ফমথনবা হোৎন'ৰি। গাড়ী মথক্তুদা পিন্না খোক্তুনা খোঙবা ঐখোয়না গ্রামাফোন হায়বদু অমা, রেকোর্দ হায়না খঙনবা চাগী অকোয়বা অপাকপা মপাক অদু অমগা পিন্না খেৎহন্দুনা থন্নি। লেন্টর্ন অমনবা অমা থন্নি। ঐখোযগীসিদা হৌজক শীজিন্নরিবা অসিগা ফনা ফজনা মান্নে। মওং খজিক্তং খেন্নববসু চাউবা ৱাংবা মান্নে। দোশি পানবগী মওং মান্নে। যাম্না অহল ওইরবা হনুবা হনুবী অনীদি নুংঙাইনা য়েংজে। ঐঙোন্দা, ভিক্তর নত্তা হায়না হন্না হন্না হংই। ঐনা মানি হায়রবদসু হন্না হন্না হংই। পিন্না খেক্তুনা খোঙবা নত্তা হংই। ঐসু মান্নি হায অনীরক অহন্নক হন্না হন্না হংই। হনুবা হনুবীদু ওনশিন্নদুনা নোকমিন্নে। অদুদগী থৌরী মনুংদা পাকথরগা চঙদুনা য়েংই। থায়নগী ভুংদা সিন থাদবগা লিকোন শান্নবদা'' হাপচরগে শকহেনবা ''গকাদু মখোয় নীংশিংলকপগুম তৌই। স' তাসি ম্যুজিয়ম অসিনা ইশম শম্নহল্লি -পূক্নীং ইনৌ নৌহল্লি। ঐখোয়সু মমি শামি থেংনহৌবনি। মণিপুরদা সভ্যতাগী মমৈদা চেন্থরক্তুনা থুংলখিবদু, গ্রামাফোন নীংশিংলকই, গ্রামাফোন অদুমা ৱাইরগা কৃষ্ণ জন্মদা পুদুনা চৎপা পাখঙদু কয়াদি নাপন তৌজখিবা। ঐখোয চঙশিন্দুনা ফোটো লৌবকখি।

কাবগী এগ্‌জিবিত নম্বর ৫৮৩ ফাওবা কোইচৎ চৎলুরগা অমুক প্লেট অমদা চঙশিল্লুবদা Thomas Elva Edisons Mento Park Complexহায়না ইরম্মী। মথাদা New years Eve 1879 হায়না থায়। ঐখোয়না হংবদা মফম অদুদা লৌশিল্লুবদি ইং ১৯২৬ তনি হায়রকই। ওফিস, লাইব্রেরি, মাগী য়ুম লোইনা মফমসিদা পুরক্লবনি। মাগী কারখানা অসিদি হান্না য়েংখিবশিংদগী শরূক অনী হেন্না পাক চাউগনি। মখল মথেল য়েৎ ওইদা থবক মখল মখা কয়া শুবগী মওং উই। চাংয়েং মওং মওং তৌবগী খূদম লৈ। খূৎশু খূৎলাই য়াম্মী। অসুম য়েংলগা মখল মখা কয়াগী পোৎ ময়াম অমা পুথোক্লন্নিবা নুপা অসিগী কোক্তগী কুইরবা মতমদা শান্নরন্নিবা মতৌ

অদুনা কোক ইঙাও ঙাওহল্লি । ময়াম অমগা অমগা য়েংনরিঙৈদা ঐখোয়গী অঙাংশিংদি মথংগী শঙদা চঙখিদুনা ঐসু ইরে । ইদিসনগী অনীশুবা লেবোরেটরিনি । অহানবগী মওংগা পূমখেন খেন্নে । লীক্লিগী মপোৎ মচৈ ঙাক্তা ওইনা উই । শঙদু য়াম্না চাউই । মখল মখা য়ামখ্রবা লীক্লি ময়াম শঙ অচৌবদু থুঙনা পৈরি । দুকান অচৌবদা পোৎ য়োনবগী মওংদা মথং মথং থেন্দুনা থম্রি । গাইদ অনীনা শিন্ন শিন্নদুনা লেপ্তুনা ঙাঙই।ঐসু চঙশিল্লম্মী ।

চৌকি মচা পিশক অমা লৈ । ঙাঙলিবা নুপা অদুদগী ফুট ৮´/ ৯´লাপ্না থারি । লৈমায়দু উপাক্লি । উপাক্লা থাবা মথক থংবা কাগী লৈমায়নি । মখাদসু খূৎশু খূৎলায় ময়াম লৈহৌরবনি । মথক্তা মাগী চাংয়েং মখল খরা পুখৎপগী মওংনি । চৌকি অদুগী উদু পিকই ,চৌকিসু পিকই,নমঙাদুসু নেম্মী । পাম্বোম পান্দে । য়েংবদা ঈনৌ নৌই । উ অফবগী নত্তে । মওংদু ফজদে । লৈমায়দুসু গালিচা নত্তুগা ফকুম্বা অমত্তা থাদে । চৌকিদু ফম্বা লোইরগা হৌগৎপদা খরা পৈনা থগ্রগা ইন্ব্লেক্কগী মওং মাল্লি । থেংউ খোৎলুরগা গ্রোং গ্রাং ইয়াং য়াংনা তুগনি অসুম নীংই । অসুম চৌকিদু য়েংলুরগা খরা খন্দুনা ব্রাখল শান্নরিঙৈদা নুপাদুনা চৌকিদুগী মরমদা শাংনা ঙাঙ্থরকই। চৌকিসি থোমাস এলভা ইডিসন্না মাগী চাংয়েংশিং তৌবা মতমদা থব্রায় তানা ফমজরম্বনি । চৌকিসি মানা মাঙহন্নীংলমদে; মফমসু হোংহন্নীংলমদে- মখাসু মহৌশাগী মওং অদুম থম্নীংখি । অদুনা ঐখোয়না মফম অসিমক্তা য়োৎপী য়ৈশিন্দুনা থগ্নবনি । হায়না হায়রকই।

চৌকিদুগী হেক য়েৎওইননা ফুট ৭´মুক ব্রাংনা উপাক্কী চৌবোর শাবা য়ুম্বী মান্না য়ুংখৎপা অমগী মথক্তা ফৈনা ফুট ২´মথায়রোম শাংনা ফৈরা অমা শেল্লগা য়েৎ-ওই মতোন্দুনা ইলেক্ট্রিক বল্ব অমমম থেত্তুনা (য়ুংখত্তুনা) লৈ । নুপা অদুনা চঙশিল্লগা থোমাস এলভা ইডিসনগী মঙবু মঙফাওনখিবা মীওইবগী অহানবা ইলেক্ট্রিক্স ঙানখিবদু মসিনি । অদুগা টেবল মথক্তা পরেং পরেং থগ্রীবা স্ক্রুর মওং মানবা ময়ামসিদগী মহাক্না মৈ লৌরগা ঙালহনখিবনি । ঐখোয় য়েংসি হায়দুনা ব্রায়ার অনী লৈরিবদুগী মতোন মতোন পায়খত্তুনা টেবল মথক্তা পরেং শানা থগ্রিবা স্ক্রুর মওং মানবশিং অদুগী অমদা ফিট তৌশিল্লম্মী । বল্ব অনী অদু ঙাল্লক্রম্মী । মঙান্দুদি টোর্চ লাইট অমনা মৈ শিরমদাইদা মুৎলি মুৎলি তৌনা মঙাল খরা খরা উবগী মওং অদুনি । অদুদগী থোমাস এলভা ইডিসন্না মাগী লেবোরেটরিদা থবক শুরিঙৈদা থাল্লম্বা মোম্বটি থানফম পূম্নমক্তু মখূৎনা থিন থিন্দুনা ময়ামদা তাকই। মোম্বটি থানফম কেন্দল ষ্টেন্দ পূম্নমক তরা কুন লোংবা অচৌবা য়াওরি লোইনা মৈদি চুখত্তনা কেন্দল অমমম হাপ্তুনা থগ্রিবশিং অদু ঐখোয়বু য়েংহল্লি । মরক্তা প্লেট অনী অহুম চপ মান্না ইরি - **" Machines like these in Edision's shop were the backbone of America's in-**

**dustrial revolution.''** অসুম্না ইং ১৯২৬ তা অহানবা শরুক্কী বিল্ডিং অদুগা ইং ১৯২৯ দা অনীশুবা শরুক্কী বিল্ডিং অসি থাংজিল্লুবনি হায়না প্লেটশিংদা থারি। মতম লৈত্রদুনা মনুঙদা চঙশিল্লগা লৈহৌরিবা ফোর্দ হোলদু য়েংলক্লে। নীংঙমদদুনা অদুম তূমিন লৈ। মরমদি অঙাংশিংনা ঙসাই হান্না উরম্বা মেরিগো রাউন্দুগা আইস ক্রিমগা নীংশিংদুনা কন্না নিঙাই তৌরি। ইতোমতা য়েংবসু লুরিবদি নুমিত্থু ইচানুপাসু ইমৌসু অনীমক সেল ফোন কাওরম্মী। অদুগা অমনা মফম অসি একর ৯০ নি। ষ্ট্রিট য়াম্মী। অদুগী মথক্তা অঙৌবা সাহেব নুপা নুপী নহা অহল অঙাংময়াম অসি লীশিং লীশিং ওইগনি। মথক্তা পনখ্রে। পার্ক থিবদা ঐখোয় য়ুমদা হনবা তারম্লবনি। অসুম্না থোমাস এলভা ইডিসন য়েংবা লোইরবা তুংদদি মতমসু ফনা নীংথিনা চঙশিনখ্রে। য়েংনীংবদি ৯০ দা মরি মঙা যেংশ্রবা অসি ফাওবাখক্তা মঙাইরি। চত্তবা য়াদবনা অঙাংশিংদু পুদুনা **"Herschill Spillman Carausel Rider"** দা চৎলে। **Queue** দা লেপ্লি অঙাং অনীগী টিকেট লৈবিরে, মপানা মনাক্তা ফমখ্রে। মৌগা ঐগদি পোথাফম চৌকিদুদা ফমদুনা য়েংনবা লৈহৌরে। নীংথিনা শেম্মী। পৈশা অরৈমখৈ চঙলমগনি। শা মথল শুরে -উচেক মথল য়াম্মী হঙোই ফাওবা য়াওই। নুংনা য়াম্না নান্না লূনা শায়, মচু ফজ ফজনা মচা তানা শঙই। চাউনা চাউনা মীনা তোং বা নুংঙাইনবা শায়। ময়ায় ওইরপ অঙাংসু য়াবা, অহলসু য়াবা মওংদা শাই। ইন্দিয়াদা উরকপদুগা য়াম্না থেম্নখ্রে। পৈশা হায়বসি লাইনি। লাই পৈশানা ঙমদবা, মান্দবা লৈতে আমেরিকাদা উই।

অতৈ য়েংলকপা থরা শম্না শম্না পাউদম্বা তারগদি-

১) ক্রদন রিপায়ারিং শোপ্ :-পিকশ্রবা কারখানানি। ফূট ১০×২০ অসিগুম্বা খক্ত ওইগ । মনুংদুদা ইং ১৮৭৫ গী মতম অদুদা হরাগাড়ী লৈত্রিঙৈদা শগোল গাড়ী শারম্বগী থূৎলাইশিং, গাড়ী মচাক লোইনা উৎলি। ফুট মরিরোমদং ব্রাংগনি। মতমদুগী গাড়ী চাকা অহম থেন্দুনা থম্মী। ইনৌ নৌরি ঙসি ঙবাংতা শুরম্বগুম নীংহল্লি। গেল মেনুফেকচরি কো:আলবিওন মিচিগান থারি।

২) গ্রীম জেল্লবি ষ্টোব : ষ্টোব অসি জর্মন্দগী ইউ.এস.অ লাকথিবা এঞ্জেলবর্গ গ্রীম্না মাগী ইমুং মনুংগা লোয়ননা সনা লিক কোল শাবগী অহানবা ওইনা আমেরিকাদা হৌদোকখিবনি। মতম অদুগী লৈতেংশিং থেন্দুনা থম্লি। ইং ১৮৮৫ দা দেত্রোইত্তা শাখিবা সনা শাফম শঙ অসি পিকই। মফম অসিদা এঞ্জেলবর্গনা চহি ৪৫ চুপ্পা সনা শারগা আমেরিকাদা লৈতেংগী মওংশিং শীজিন্নহল্লম্মী। মিচিগানগী দেত্রোইত্তা শারম্বা শঙ অসিসু ইং ১৯২৯ দা মফম অসিদা ফোর্দনা পুনশিনবীরম্মী।

৩) ইগল তেভর্ন :- হায়বদু ফনা নুংঙাই, ফনা থুনা থোরকই। নুপীমচা অমা

ঐখোয়বু ওকুনা কৌশিল্লিবদু ময়ামগা ফিজেৎ মান্নদে। ঙ্গংকুম,ব্রাউজগুম চোন্না শেংলি,ফূরিত্তুসু চেকশিল্লি ওকপম কাবী অদুগা মকোকসু অতৌবা ফিনা মৈতৈনুপীগুম কুপ্পি " চগুবীয়ু চগুবীয়ু" ফজনা হায়বদুদা য়েংশি মীসু চগুই হায়দুনা চগুলুবনি । অদুগদি কম্ব্রিব্রাইন হায়বদু মৈতৈলোন্দদি কালৈ হায়বা তাই, মদু য়োল্লিবা জাৎনি । কা শোমদা চগুবীয়ু নুপীমচা অহুম মরিদু হান্নগী মপান্দা লৈহৌবীদুগী মওংনি । মীবু তরাম্না ওকপা হৈ । মদুসু অচৌবা কাদনি ইহাও হাওই । কানউটর রেক অচৌবা অমগী ব্রাংমদা মখোয় অহুম মরি ফম্মী, মপান্দা অমা অনীসু খোরজুনা ঐখোয়বু ওকই ,পগুনুংদা নুংঙাইহল্লি । কাদুগী নোংপোক থংবদা কা অমসু ব্রেটিং শেদ ওইনা লৈ । মীদি অমত্তা ফমদে । ঐখোয়বু পোথাবীনীংলবসু ফম্বা য়াই হায়রকই । নুপীমচা অমনা মনুংলোমদা চগুবীয়ু হায়দুনা নোংচুপ থংবা কাদু চগুবদা ভাব তারকই । টেবল চৌকি থাদুনা মী মরি মঙাখক্তং চনবা কাদুগী ব্রাংমদা মশা খিংবা নুপামচা অনীনা লীক্লি মখন মখন থম্বা উপুশিং হাংদোক্তুনা পীবা হোৎনরি । ফল্লিবা চহি ৪০/৫০ গী নুপা অমনা ঐঙোন্দা মিৎচি -তৌরকই । মতমদু খক্তদা মনমসু তারকই । শৎ হন্দোরকই । অদুদগী য়েংবদা উরে । মী ফম্ফম চাফম থকফম টেবল ৫০/৬০ থাবা চৌকি মরি মবিনা কোয়শিনবা থায়নগী য়ু থক্রুম্বগী কাজাওনি ইহাও হাওই। হৌজিক্কা টেবল অমা অনীখক্তা হনু-হনা খরনা থকপা মফম অমা মখাথংবা খোঙ হাংদোক্লগা নীংথিনা ঙাক্তুনা থমলি। খল্লকই হেনরী ফোর্দনা কয়া নীংথিনা মরৈবাক্কী সংস্কৃতি সভ্যতাগী ঈচেলবু নুংশিবগা লোয়ননা ঙাক্তুনা থমলিবা। সিনেমা নম্বা কাঙবুশিংনা তত্তনা লাকই হায়। ইং ১৮৪৯ দা ফম্বা হৌরগা মখা চত্থরম্বা অরিবা য়ুগী দুকান অসিদা লৌমীশিং অমদি ইমিগ্রান্টশিং য়াম্না পাম্না মমাঙঙৈদা ইন্নরম্মী হায়। হৌজিক্কা ম্যাজিয়ম্লি, সিনেমা নম্ফম্লি ।

মমাঙঙৈদা মোম্বতি থান্দুনা তৌরম্মী হায়দুনা হৌজিকসু মোম্বতি থানফম পূম্নমক মৈদি চাকহন্দনা লোইনা খিন্দুনা থম্মী। মখোয়গী শীজিন্নবগীসু মোম্বতি অদু তৌই। ইলেক্ট্রিক ফিট অমত্তা তৌশিন্দে। মসিখক্তা নত্তে। ঐনা য়েংলকপা পূম্নমক মতমসিগী ইলেক্ট্রিক ফিটিং তৌশিন্দে। শগুগী মপান্দবুদি পৃংঙান ঙাল্লিবনি। হেনরি ফোর্দ কমপনিনিদনা। থৌরাংদু মতা অমনি।

(৪) মার্থা মেরী চাপেল:-

মী চনীমুক ফম্ফম লৈবা নীংথিনা শাবা চাপেল অসি স্বানী আইলেগু মপান্দা নক্সা শাবা চর্চনি। হনুবী অমনা ময়ামদা লেকচর কয়া তৌরি।মানা হায়-মাগী মমা মেরী লিতোগোৎ ফোর্দ অমদি মনেম মার্থা বেঞ্চ ব্রাইয়ান্ত অনীগী মমিংদা কৎপনি । অদুনা মার্থা মেরি চাপেল হায়রিবনি। মহাক ধর্ম্ম য়াম্না লৈজে । ঈশ্বরবু য়াম্না থাজে । অদুনা মানা মসিগা চপ মান্নবা মিচিগান ষ্টেটত্র মসিগা থানা অহুম ,অতৈনা জর্জিয়া ,পেনসিলভানিয়া

মাসাচুশেৎনচিংবদা শাবীরম্মী । চর্চ অসি ঙসি ফাওবা অসুম ধর্ম্মগী থবকসু তৌরি । লুহোংবা, চাকচা হৈজানবা কয়া অদুম ওর্দর লৌদুনা তৌরি ।

নুপী অদুনা মখা তারকই- মাঙদা লৈরিবা লমহাং, লৈকোল অসিগী মমিং গার্দেন ওফ দি লিভরেন্দ হার্ট কৌই । হেনরি ফোর্দকী নুপীনা মীয়ামগীদমক্তা, মীয়াম্বু মানা নুংশিজবগীদমক্তা পোথারসনু হায়না নীংজদুনা, লম অসি কনশিন্দুনা পার্ক শেম্বীরম্বনি । মহাক্না হায়জরম্মী - "থমোয়দা অব্রাবা মৈচাক পুন্নিবশিং, ইমুং মনুংগী মৈশা লাংলিবশিং, থবক শুবদগী ব্রামল্লবশিং অদুনা লাইশঙগী মমাংসিদা অহাংবা লৈকোলসিদা লাকপা মতমদা মথোয়গী পূন্নীং অদু ইয়াং য়াংবা ওইরসনু হায়না শোঙ্জরম্মী ।" হেনরি ফোর্দনা মাগী নুংশিজরবী নুপীগী উইল্স অদুবু নুংশিনা তেংবাংদুনা পার্ক অসি মতম অদুদা নীংথিনা শেম্বীরম্মী । অসুম্না থমোয়গী অব্রা-অনা কোকহনবত নত্তনা ঈশ্বরগী ধর্ম্মগী, অধ্যাত্মিকী লম্বীদা মীশিংবু লমজিংবসু হেনরী ফোর্দনা পামজরম্মী । বাফমশিং অসি প্লেট অমা পার্ক ময়াদা য়ুংলিবদুদা চঙশিনবদা নীংথিনা ইদুনা লৈরম্মী । ফোটো ভিদিও নস্রকথি । লূই, নাস্লি, চাউই লাইশঙ, পার্কতু ।

৫) স্বানি লেণ্ডিং :- ম্যুজিয়মগী নম্বর মতুংইন্না ৪৭ ওইবা স্বানি লেণ্ডিং হায়বদু মার্থা মেরি চপেলদগী ফূট ২০০ˊ/৩০০ˊদং লাপ্পনি । ঐখোয় কুমথরম্মী । টিকেট কক্লম্মী । মী ৫০/৬০ তোংবা হি মচাদু ফূট ১৩ˊ/১৪ˊপাক্কনি । ফূট ৪০ˊ/৫০ˊ রোম শাংগনি । মথোল অমা হাপকৎলগা ফম্বাক অসিদা মী তোংই । মথক্কী ফম্বাক্তা ক্রিউনা মাগী রাদর পায়দুনা থৌই । মদুনা মমাঙদনি । মথাদনা ক্রিউ অমনা ইঞ্জিন্দু পান্দুনা থামদোক থামজিন তৌরি । জহাজ মচা অসি তোংনরিবগী মরমশিংদি - মমাংঙৈদা অসুম্না চৎনরম্মী হায়বদু খঙননবনি মথা থঙবা ফম্পাক অদগী মমাঙ থঙবা শরক্কীসু মথাদা কোয়লা শৈরি । কোয়লাশিং অদু বেলচান্না ঙাইহাক লৈতনা কোত্তুনা লংশিল্লগা মৈদু চাকহল্লি । মৈশা মনিল অদুনা ঈশিং টেঙ্কি অচৌবা অমদা ঈশিং শাহল্লগা মনিলনা থৌরিবনি হায় । মশক মতৌ ফজবা, ব্রাং চাউবা পাখং অদুনা মাগী ফিজেৎকা, টুপিগা থব্রায় য়াওনা ময়ামদা তাকপা হোৎনৈ । ফারেনহিৎ দিগ্রি ২০০ গী ঈশিংগী মনিলনা ঈন্দুনা মনীংদা লৈরিবা উগী চকা অসি উঙবনি হায় । মনীংদা ফূট ৭ˊ/৮ˊনা ডাইমেটর ওইগদবা উনা শাবা পানিচক্র হায়বদু অমনা ওত্তুনা জহাজদু ইল্লগা চৎলি । মী অমনা থোঙনা থুনা চৎপগী মওং অদুমকপু য়ৌগদ্রা য়ৌরোইদ্রা অদুগুম্না চৎলি । ঈথৎ মচা অদু পীকই অমুক্তং কোয়বদু মিনিট ৬/৭ তা থুংব্রা থল্লি । চৎলমদাইদা খোংবা হোরোন্দু য়াম্না হৌই । মৈথুগী উতোংদু মৈথুনা পিক থল্লি । ঐখোয়দি চপ মায়ৈ । জহাজ অচৌবা তোয়না উবা মীদদি ওক্তনিঙাই লৈতে । ঐখোয় মথক্তা ফন্রম্মী । ঈথৎ অদু ফূট ৭০ˊ/৮০ˊপাকপা ঈশিংনা কোয়শিল্লি ।

(৬) ব্রিল্লিয়ম হোল্মস মেক গোফি হোম:- পেনসিলভানিয়াদা ইং ১৮০০দা

পোকখিবা শক্লাইরবা অইবগী য়ুমনি। অচৌবা মীসি লায়রবা ইমুংদনা হেন্না পোকপ্রা নক্লগা ইনাক খুনবা লায়রবা থায়দব্রা ব্লাহংসি তত্তনা হংহল্লি। য়েংউবা য়ুম অমত্তা লৈশা চঙনা শারমদবা! উগী য়ুমনি কয়াদি পিকত্রে। মমা মপাদুনা মদুদা য়োক্লক্লিবনি। ব্লাশিংটন কাউন্টিদা ইং ১৭৯০দা শাবা য়ুমনি। ইং ১৮০০দা ব্লিল্লিয়ম হোল্মস মেক গোফি পোকই। উগী য়ুমসি মথোন নাইদে ১৫´×১২´×৬´খত্তগী ওইগনি। চৌকি পিশিক পিকই, অনী; টেবল অমনা ফূট অমা মথায়/অমা মথায়, টেবল অমনা ফূট অমা মথায়/অহুম মথায় ওইগনি। ফমুংদু য়োংথম্না শাবা ফি অমনা কুপলি। মোন অনী, লিকলিনা মায়গে মরি খাজিনবা থাউমৈ থানফম অমা ময়াইদা, উপু মচা পিশিক পিক্পা অমা, খজিক্তং চাউবা ফূট ৪×৩ শুম্বা অমা অসিনা লোইরে। তুমিন ফনা কুইনা য়েংই। পাক চাউরবা লৈবাক অমগী শক্লাইবা নুপা অমগী মমা মপানা শাবীরম্বা য়ুম্মিকো।

মথক্কী থরসি য়েংলবা তুংদদি খুৎশা হৈবগী অমুক য়েংসি হায়দুনা মফম হোংলে। থায়নগী আমেরিকানা ব্লারকথিবদু থবকশিং অসিনা নীংথিনা উৎলি।

ষ্টেট স্ত্রিত্তগী হাইজিল্লগা মিল রোদ হায়বদুদা চত্তুনা স্তোনি ক্রীক মিল পোঙ হায়বা পুথ্রি অদুগী অকোয়বদা থায়নগী খুৎশা হৈবগী কারখানাশিং লোইনা মথং মথং লৈরি।

(৭) লোরেঞ্জর গ্রিষ্টমিল:- অহানবদা ইং ১৮৯০ দগী ঈশিংদা পানিচক্র উংলগা মিল চলাইবগী মওংদু উৎলি। উপাক্কী পানিচক্র অদু ফূট ১০ রোম্না ডাইমেটর ওইগনি। শঙ অদু মথোল অনীনি। শঙগী মথা থংবদা পানিচক্রদু উংলি। মদুগী ঈশিং অদু ঙসাইগী স্তোনি ক্রীকমিল পোঙ হায়বা ফূট ১০০´রোম শাংবা ৩৫´/৪০´/৫০´রোম চাং নাইদনা পাকপা পুথ্রি অদুদগী ইলেক্ত্রিক্রা ওইগনি ঈচেল মচা অমা উহন্দনা শেন্দ্রগা পুরক্তুনা চেলহল্লগা পানিচক্র অদু য়ৌনা লাক্রগা উংহল্লিবনি। ঈশিংগী ঈচেলবুদি উদে। মরমদি লম্বী শুমাঙ পূম্না পাক্লা লৈরিবদুগী মনুংদা ফাওদুনা শেম্বা মওংনি। ঈশিংদু অমুক হল্লকলগা পুথ্রিদুদা অমুক তাহন্দুনা ঈশিং ময়েং তাদনবা শেম্বা মওংনি। পুথ্রিদু ঈরুজবা, ঈরোইবা অমত্তা য়াদে হায়না গ্রেট অমা থেৎলি। মিল অদু উৎলি। নুংপাক ফূট অনী মথায়/ অহুম্না ডাইমেটর ওইবা অনী তক্লনবা থমলি। মদুদা পাউদর তানা তকপা য়াগনি। অতোপ্পা অমা অদুনা চেঙ, গেহু, হব্রায় তক্লনবা উৎলি। মদুদি ঐখোয়গী মিলদা তৌরিবা (কম্ফচিংগী কো-ওপরেটিভতা) অদুম্না চোংগা অচৌবদুদা হাপচিনখিবা ফৌ দু মথক্তা পুখৎখ্রগা অমরোমদা তারকপগী মওংনি। ইং ১৮৯০দা ঈশিংনা উঙবা মিলদুদা তৌরম্লিবদু উবদা ঐদি ঙকচৈ। মাথা লৈনা তৌরম্মী। নুপী গাইদ অদুনসু ঙাঙনীংবসিনা অঙকপনি।

(৮) রিডিং শোপ:- জর্জিয়াগী ব্রাইন কাউন্টিদা ইং ১৮৪০দা লিংথৎখিবা ফি শাকম কারখানা অসিদা মতম অদুগী ইয়োং মখল মরি থগ্নি। মথং মথং খর খর চাওখৎলকপগী থাক উৎলি। কোচি কোৎতুনা শাবগী মওং উৎলি। পাঙনদেম মওংগীসু উৎলি। কাদুগী নোংপোক থংবদা খঙহৌদনা চাওখৎলক্লুনা য়োৎকি মেচিল্লা তরেং ৫০/১০০ নাইবগী মওংসু উৎলি।

(৯) পোত্তর শোপ:- ইং ১৮৭০ গী অদুব্রাইদা হৌগৎখিবা কারখানানি। মী ৭ না শঙদুনা লৈরি। গাইদ অনী অনীনী । গাইদ মী মাপলনা পূন্না শঙলিবা কারখানা অসিদা মতম মতমগী হোংলকপা চক্লগী মওং, মূর্ত্তি লোইনা উৎলি। থক্লংদা ফুট ৮ লোম ব্রাংবা ফুট অহুম মখায় / মরিনা ডাইমেটর ওইবা অহুম মপান্দা খিন্দুনা উৎলি। থায়নগী মীয়াম পুনবদা ঈশিংগী শীজিন্নবনি হায়। মনুংদুদা মী তরেৎনা অনৌবা যুগসিগী পোথোক কয়া পুথোকলি। মদু নীংথিনা থেন্দুনা তোঙানবা ক্রাফ্‌ত শো সেন্টরদা য়োল্লি।

(১০) শো মিল:- ইং ১৮০০গী অদুব্রাইদা হৌগৎখিবা শো মিলনি। মিল অসি য়াম্না চাউই। উগী বীমশিং অদু ইঞ্চি ১২"x ১২" গুম্বা ঙাক্তনা শাই। ফুট ৩৫/৪০ রোম ব্রাংনা লেপ্নি। য়োৎকী হোরায়না খায়বা উশিং অদুনা আমেরিকাগীমক মরুওইবা থোং, দাম, রেল, য়ুম কয়া শানখি হায়। ঙকলিবদি অদুক চাউবা মিল অদুগী ইঞ্জিন্দু উকূপ, শীংকূপ, হোবায় মকূপ ( Scraps, woods and saw dust ) না মৈ থারগা শাহন্দুনা চেলহনবনি হায়। হোর্স পন্নার ২০ গী ইঞ্জিননি। হৌজিক্কী মণিপুরগী মিলগী শঙদগী য়াম্না হেন্না ব্রাংনা চাউনা শারি।

( ১১) প্রিন্টিং মিল:- ছাপাখানা অদু চঙশিল্লুই। নুপা অদু অহল ওইরে। মানা য়াম্না নুংঙাইনা মীয়ামদুদা লাউদুনা লৈবম্মী। মসিগী ময়েক অচৌবসিনা অহানবনি। ইং ১৮২৭তা হৌদোকপনি। মতম অদুদা আমেবিকাদা ময়েক অমম্‌সিনা পূন্দুনা ব্রাহে অমমম্ শারগা লংনা পুন্দুনা ছাপা নম্মী। মমৈদা খবর অমা পুথোকসি থন্নরে। মদু ইং ১৮৬২ য়ৌরবা মতমনি। 'সিদা লৈবিবা রোল্লব পথাপসিদা ময়েক পরেংশিং অসি হাপ্তুনা ব্রাহে শাংদোকপা ঙন্রে। অদুদগী খবর নম্বা হৌই। চেনা অমা পানবা খবরদু নম্বদা নোংমা মমায় অমা নন্নগা কংবা ঙাই, ময়েক শাবা ঙাই। অনীশুবদা মমায় অমদু অমুক নম্মী হায়না লীরি। অদুদগী খোঙনা নেৎপসি লাক্রে। মেচিন্দুনা চেনা মচা অমমম্ নম্নগী খোঙনা নেৎপদুনি। অদুদগী খঙহৌদনা ঙসিগী থাকসি লাকখি। ঐখোয়না উৎলিবশিংসি ইং ১৯৩৩ দা মফমসিদা পুশিল্লকপনি।

(১২) তিনশো মিল:- টিন্না শাবা পোৎশিংসু ইং ১৮০০ গী অদুব্রাইদগী হৌরকই। মখল মখাগী টিনগী পোৎ হৌজিকসু শাদুনা য়োল্লি।

(১৩) কার্ডিং মিল:- ইং ১৮৫০ দা জোন গুনশোল্লি কৌবা নুপা অমনা মিচিগানগী প্লাইমাউথ হায়বা মফমদুদা লিংখৎচরম্বনি। মহাক্না ইং ১৮৭০ ফাওবা মফমসিদা থবক শুরম্মী। মমৈদা মানা শিন্নবদা অতোপ্পনা শুহৌই। মাগী মমাংদা ইং ১৮০০গী অদুন্নাইদগী য়াও মতুগী কারখানা চাউখৎহন্নবা থন্নবা হৌরকখি। নীংথিনা মায় পাকখিবদি জোন গোনশোল্লিগী হোৎনজমনসিনি। মাগী খূৎলাই চাংয়েংশিং অসি শীজিন্নদুনা য়াওগী মতু কক্কুনা ফুরিং, ব্রাওজর, তারেল, ব্লাঙ্কেৎ শাররুম্মী। মসিগী মমাংদদি নুপীশিংনা মখুৎনা মতম চঙনা ব্রানা ব্রানা শুজদুনা ফি শাজনবা হোৎনরম্মী। হৌজিকথায়নগী মওং অসি উংননবা য়াও ৪০/৫০ স্টেট ট্রিটেবী মখা থংবদুদা লোইদ্রুনা থম্মী।

(১৪) গ্লাস শো:- গ্লাসকী মখল মথেল শারিবসিগী মমাংঙৈগী হৌগৎলকপা মতমগী মৈদা ইক্রুগা খূৎনা উপাক্রা নান্দুনা গ্লাসকী মখল মথেল লৈতেং, চান থক্রবা শাবদু মীয়ামদা উৎলি। অহল ওইরবা গাইদ অমনা লেকচর তৌনা তৌনা মৈতান্না অকনবা মৈ ইক্কুনা লিক্লি শাহল্লগা পোৎ চৈ শাবদু নহা চহি ২৫/২৬ অমনা মীয়ামদা উননবা উৎলি। ইং ১৯৩০ গী চাউরবা কারখানাদু ফূট ২০´x ১০০´ ওইগনি, মথক মখা শাবনি, ব্রাংই, মদু গ্রীন ভেলিদা পুশিল্লকখি।

অসিগী তুংদা ক্রাপ্ত শেন্তরশিং, শান্নপোৎ য়োনবা দুকানশিং য়েংলগা নুমিদাংব্রাইরম পূং ৬.৩০ তাবা মতমদা ইফিং ফিংনা য়ুমদা হল্লকই। ইতোমতা খল্লি পৈশা পায়বা মী অমা ওইজরগদি, নক্রুগা সরকারগী প্রোজেক্ট অমদা লাকচরগদি ইনীং তম্না ফনা নীংথিনা য়েংগনি। মরমদি ইরৈবাক ইরমদমদা কান্নগদবা মীওইবগী শুনোম্বা কনবা, মজাতীগী খনবা, মীঙোন্দা শিক্ষা পীনীংবা, পৈশিনবগী হৈনবী, হেবিৎ ওফ একুইজিসন, হোবি ওফ ক্রিয়েসন, তুংগী আশা, অপাকপা মিৎয়েং, চাওখৎনীংবগী খাঙ্গুমদবা ময়াম অমা থমোইসিদা ফাওরকই। গৌবচন্দ্রনা, বহাদুরনা অমমম্তা হোৎনজবমক্তসু য়েংবা নুংঙাইরিবদবু, কান্নরিবদবু মসিদা একর ৯০ দা পৈরিবা ময়াম অসিদি কন্নি হায়রুনি। পৃথিবীগী নক্কর ব্রাননি থন্নরিবা আমেরিকা চাওখৎখিবগী বারীনি, ইতিহাসনি, খূদমনি। য়েংবগী পেনবা নাইদে তূমিন ব্রা অমত্তা ঙাওদনা য়ুম য়ৌরকই। নোট ইগে খন্দুনা অদুম লৈ। থেঙনা চাক চারে। অহিংদু তূম্বা য়াদে। হেনবী ফোর্দ হোম য়েংবা নংলক্রে। অসুম খন্ন- খন্না নোংঙাল্লমদাইদা উইথখিবম্মী। নোং ঙাল্লে। নোট ইগে তৌববু ঙমদে। ইতোমতা চৈজরকই। নিয়ম নাইনা য়েংবা য়াদ্রা! ফোর্মেট শেমদুনা য়েংবা য়াদ্রা! নীংশিংগনি খন্দুনা ইশিন্দবশিংসু কাউথোকপ্রে। মিলর স্কুলদা তন্নকখিবা শক্লইরবশিংগী মিংশিংদু নীংশিংবনি হায়রগা স্লেটস স্কুলগীগা য়েৎশিন্নরে। রাইট ব্রদর্সকী সাইকল মোডেলশিংগী মতম ইশিল্লক্রে। নীংশিংবসু ঙমদ্রে। অসুম খন্দুনা নুমিৎ অদুমসু তূমিন হিপ্পুনা ফমদুনা লৈরে। তাং ১৩/৯/২০০৪ ইংদা হোয়দা থেসিস অমা ইবসু নত্তে; নীংশিংবা হেক ঙম্না মথৈ লান্দবা য়াবশিং, নোট তৌরকপশিং পরেং শানা ইরগে খন্দুনা, মথং মথং ইশিন্দুনা ঙসি তাং ১৫/৯/২০০৪ ইংদা লোইশিল্লে।

• • • • • • • • • • • • • • •

## HENERY FORD ROUGE

তাং ২০/৯/২০০৪ ইং

হেনরী ফোর্দকী ময়ুমদুমক্ত লোইনা য়েংলক্তবগী পুক্লীং লাওতক্লে; অদুগা অমুক মাগী ম্যুজিয়মদা পৈরিবা মমল য়ামলবা পোৎশিং, মীশকশিং তংখায় ফাওবা য়েংলক্তবগী হেন্না অমুক ইরাঙ লাওই। অদুবু, মীদগী হেন্না কার শাফমদুবু করম তৌরিগবা অসুম খল্লি। থা অমা লৈগনি খল্লম্নদগী ললিতনা, মৌনা য়াম্না কন্না হায়বদগী ঐখোয় মতম খরা পম্লরে। মসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা ইচানুপাদু নুমিৎ মঙানিগী ছুটি লৌখোকহল্লে। নোংমাইজিংনা লোইহল্লগা নুমিৎ তরুক্কি ফংলে। অদুদগী অহানবা নুমিত্তা FORD ROUGE য়েংবা ঐখোয় অহুম চৎলে। মৌনা ওফিসতা, অঙাং অনীনা স্কুলদা চৎখ্রে।

য়ুমদগী পুংখায় খরা হেন্না থৌরে পুং ১১.০৫ দা থুংলুরে। টিকেট কক্পদা পুং ১২.০০গী সিট ফংদুনা ঙাইবা তারম্মী। টিকেট কক্লগা ফোর্দ ম্যুজিয়ম য়েংনীংদুনা চঙই। বস তোংদ্রিঙৈদসু য়েংগে, হল্লক্লগসু য়েংগে হায়ববু য়ারোই হায়বদগী ম্যুজিয়মগী অকোয়বদু লোইনা চত্তুনা য়েংই। ফুট ৫×৬/৭ পাকপা মিংশেল্লা খাজিনবা থোঙনাওশিংগী মমায়দা থেংলিবা ম্যুজিয়মগী য়েঙ্গদবা অয়েকপা লাইশিং অমদি মরী লৈনবা পোৎশিং থন্নিবদু উবদা য়েংবগী লোইবা নাইবা নত্তে। কলম পায়দুনা নোংমা চঙনা য়েকপা ইবা কয়া তৌবা তাবনি। অদুবু মতমদি মিনিট ৫০ মুক্তনিনা উপায় লৈতদুনা কোয়না চৎলগা অদুম কাবক কাবক পারগা তোকই। মনুংদি চঙবা শুমদ্রবনিনা অদুম পুং ১২.০০ তাগদৌরে হায়দুনা থোবক্লে। বস তোংদুনা চৎলে। অতৌবা ঙাক্ত, মী ৭৫ দুগী মনুংদা মচু মান্নদবা ঐখোয় অহুমখক্তনি। চহি ৬০ গী মখা অমত্তা য়াওদে হাপেন শেৎপা হনুবা হনুবী খর য়াম্মী। নুংঙাইবিবদি নুপা মানবা ব্রাং চাউবা অমুবী নুপী অমনা গাড়ীদু থৌই। অমুবা উদবা মফমশিংসি পৈশা খর চঙবা মফম হেক্তা ওই। অদুনা থব্রায় হেক্তা নুংঙাইতে। ঐগা নুপীগগী ভারা অহনগী চিংদুনা ডোলার ১৩/১৩ নি; ললিতকিনা ডোলার ১৪ নি। ইউ.এসতা ডোলারগী মমল য়াম্মী। থাও লিটরদা ডোলার .৬৭ খক্তা পী। সেন্ট ২৫ না মিনিট ৪০গী পার্কিং মিটব ফংই। মখোয়গী তাঙবসি ফাইন তৌবা, মীগী মমল পীবা, অনাবা লাযেংবা অসি ওইগনি খল্লি। এরোপ্লেন্দা মী অমগী মমল মিলিয়ন ডোলার ফাওবদা থম্মী। ঐখোয়গীনা ডোলার লীশীংগী চাংনি। খেন্নবসি য়েংলগা মখোয়গী মীগী মমল থঙ্গনি।

ফোর্দ রোগতা কারদা নত্তে শারিবা। ত্রক,রেল,লৌ খোইনবা ইঞ্জিন,জহাজ,সবমেরিন, এরোপ্লেন লোয়না শাই। মসিগা মরী লৈনবা মখল কয়াগী কারখানা লৈ। হৌজিক মীয়াম্না য়েংনরিবা মফম অসিনা শুপ্পগী কার শাফম্নি। কার

শাবগী মওংসু য়োংনূং (আইরন ওর) অদু মৈদা থাজিনথ্রগা -ম্পাং,য়োং, খাংয়োং,লোইনা মথং মথং ওস্কোরক্লগা,কার শাননবা য়োং অদু তোঙাম্না থোরকই। লম্বী মনুংদা কারখানা ময়াম ফাওদুনা চংশদা লোইনা উই। গাড়ী থৌবা হেক হৌবদগী অরোইবা ফাওবদা মাইল ফনা শাংনা থৌরগা মরুওইবা কারখানাগী শরুকশিং লোইনা উহল্লি। গাড়ীদুদা অদুম লেকচর তৌদুনা তাকই; গাড়ীদু তপ্না মপা চপ চানা চানা য়ৌহল্লি,চাউর চাউরবা কারখানাগী শঙ কয়াগী ময়ায়দা,মনাক্তা ফাওদুনা থৌই। খঙবা ঙম্বা নত্তে। তাহৌবা,ডাইরিদা নোট তৌহৌবা থরা ইদুনা পুথোকপথক্তনি। অহানবদা করম্ম শাবগে পাউদমদ্রিঙৈদা হেক চঙবগা ব্রারী হান্না তৌবগী মওংদু য়েংসি। হেক চঙবগা মী ৭৫দুগা ফম্ফম থাবা নীংথিনা শেম্বা ৩৫এম এমগী পর্দা অহুম থম্বা কাদা ফোর্দকী পুনশি ব্রারী অমদি মাগী কারখানাগী চাওখৎলকপগী মওংশিং অদু উৎলি।

অহানবদা পর্দা অহুমদু ফিলম অমথক্তা উৎলিব্রা থল্লুই। অদুদি ওইরমদ্রে। অহানবগী উৎলিবদুগী মথা অনীশুবদা অনীশুবগী মথা অহুমশুবদা উৎলি। থোঙ্জেলগী অঙকপা উৎলি। য়োং শুবগী মখোল,মেচিনগী মখোল নাকোং য়ৈশিনবা মতাং কয়াদু চপ চানা উৎপনা থমোয়দা দং দং পাল্লি। অদুদগী অনীশুবা ওইনা অমুক পুদুনা চংলি। হান্নগী পর্দা অদুদগী শরুক ২/৩ হেন্না চাওবা পর্দা তরেৎ অমুক ইকোই কোয়না থিল্লদ্রে। চৌকিদু হান্নগী মওংদু নত্তে,অউংবিদু ওইরদ্রে। অদুগা উৎলিবা শোশিং অদুসু পর্দা তরেৎমক্তা অমত্তা মান্নদবা ওইরদ্রে। য়েংফম খঙদ্রে। অদুগী মথক্তা থোঙ্জেলদু হান্নগী অদুদগী শরুক কয়া হেন্না হৌনা শান্নরে। অচৌবা মেচিনগী মখোল,ক্রেনগী অরুম্বা থাদবগী নিকপা লোইনা ফাওহল্লি। অদুগী মথক্তা য়োং অচৌবা ঙাংশং ঙাংনা লৈরিবশিংদু ঈশিংদা লূপ্লা, মনিল ময়াম থোকপা,ঈশিংদা হেক থাদবদা ব্রোং ব্রোং শৌরগা অশাবা ঈশিং চোংখৎলকপদুনা ঐথোয়বুসু চোৎহল্লম্মী। মৈশাসু ফাওহল্লি,অঙৈংবসু ফাওহল্লি; মৈথু মান্নসু ফাওহল্লি। ঐথোয়না য়েংলুগদৌরিবা অদুদগী হেন্না পার্টশিং শাবা,রেল শাবা,ত্রক শাবা,জহাজ শাবা-মথং মথং লোয়না উৎলি। কার অমা শুংদোক্লিবা য়োত্তগী কার ওইরকপা ফাওবা অদুসু উৎলি। পৃথিবীগী লৈমায়দা ওল্লকখিবা মীয়াম্না ঙক্না পান্নরকখিবা লোইনা উৎলি। মমৈদা ফোর্দনা ম্যুজিয়ম লিংখৎলকখিবা মীওইবা সমাজগী কান্ননবা কথোরকখিবা লোইনা উৎলি। পূং অমগী মতম ওইরম্বা য়াই।

য়েংবগী মওংদি চঙপ্রবা মী অমনা অয়ুক পূং ৯.৩০ দগী চঙখিবনা নুমিদাং ব্রাইরম পূং ৫.০০ ফাওবা য়েংবা য়াই। ফোর্দ কম্পনিগী পার্কিংদি মী লিশিং তরুক থবক শুরিবদুগী লৈজে। পাব্লিক পার্কিং শীদে। চন্দবগীসুনি, সেক্যুরিটিগীসুনি থল্লি। হংলুদে। লাকপসু ফোর্দ ম্যুজিয়মদগী, হনবসু ফোর্দ ম্যুজিয়মদা। ঐথোয়না হোংনগদবা হায়ববু

[redacted]

ফোর্দ ম্যুজিয়মদা পার্কিং অমত্তং ফংহৌবা অসিতনি। জপানগী নহারোল স্মার্ট ওইপ্রবা ওইপ্রবী বস মচা অমদা পূন্না সরকারনা নক্তগা ইন্দষ্ট্রি অমনা থারকপশিংদু ঐখোয়গী তুংদা চৎকদবনি। মখোয়গী ফিজেৎ, মিৎয়েং, মায়থোং উবদা কয়া নুংঙাই। লোইনা হাইফেৎতং লৈঙাং মচু মানবা অঙৌবা ফিগী শুৎ চপ মান্নবা শেৎলি। পেটিশিং চপ মান্নে। থবাক্তা য়াল্লিবা কাদশিং চপ মান্নে। পল্লুরিবদি, য়েংবা চঙই, চাওখৎনবা হোৎনবদা কাঙলূপ নাইনা লাক্তুনা য়েংবগী মখৌ তাই। অইবনা য়েংলিবসিদি ঐগী হীরম অমত্তা নত্তে - নোক্লীংলকই, শাউনীংলকই- ঙাইঙমলত্ত্রে।গাড়ী অনী/ অনী পূংখায় থূদিং অয়ুক্তগী থারিবদু সিট ফংনবা নত্তে। য়েংবা মতমদসু ঐ নোংমা চূপ্না য়েংদুনা থিজিনগে হায়রবসু পূং ৯.৩০ চঙপ্রগা নুমিদাংব্রাইরম পূং ৫.০০ দা থোরকপা য়াই। ঐগীদি পূং ২গী মতমখক্ত কাইথোক্লিবনি। ঙসিসিখক্তদা আইমেক্সসু উনীংবা, হেনরী ফোর্দ ম্যুজিয়ঃসু য়েংনীংবা। ইপা পাখৎলি। হৌপ্রবা নুমিৎতসু গ্রিন ভিলেজদা য়েংফম ৯৬ কী মনুংদা ৫ / ১০ খক্ত য়েংলকপগী নুংঙাইতবদু মথক্তা পনগ্রে। হেনরী ফোর্দ ম্যুজিয়মদা মপানগী অয়েকপশিং উরকপদুনা পেনবা ঙমদে। মনুংদু উনীংই। জর্জ ৱাশিংটন, অব্রাহম লিঙ্কন, জোন এফ কেনেদি অমদি রোসা পার্কস বস উনীংই। মহাপুরুষশিং অসিগী মখোয়না শীজিন্নরম্বা পোৎশিংদু উনীংই। অয়েকপদা য়েংলগা হনবা তারে।

ঐখোয় ফিল্মশিংদু য়েংবা লোইরগা এসেমব্লি প্লান্টতা চঙলে। পাক চাউরবা কাদু মথক্তা মায়গৈ মরিমক্তগী য়েংগদবনি। অদুবু অহানবদা পরেং নাইনা য়েংই। অন্দর ফ্রেম বোদি পানশিল্লি, ফ্রেমিং তাইদ তৌই, ক্বালিটি লেসর চেক তৌই, বোক্স লাইন পানশিল্লি, হেং দোর হাপচিল্লি, দেক লিদ, হুদ, ফেন্দর হাপচিল্লি। মসিনা অহানবা পরেংগী থবক্নী। পার্ট অমমঃ গী মতেক থূদিং খূৎ হৈবা অমমম্ লেপলি, সেকেন্দ ৩০ / ৩৫ ফাওবখক্ত পী, মিৎনা চোইবা য়াবা নত্তে। মতম লোইরে খঙনবা থবক শুরিবা মীদুগী নাকোংদা থেংহন্নবা হঙ্গাম মপাল মচুগী থৌরী অমা মথক্তগী য়াঙ্কুরগা মতোন্দা কিশি মচা অমনা মমায় চূবদা থেংহল্লি। হেক থেংবদগী সেকেন্দ ৫দা লোইগদবনি। অনীশুবা পরেং লাক্রুমদাইদা-নাকন্দ পেইন্ট হৌই। পেইন্ট কাখল অহুমনি-অহানবনা সোলভেন্ট ব্রিপ প্রাইমর ফোসফেট, মথংনা ই কোৎ অদুদগী মথং অহুমশুবা কাদা থাদরগা থাঙ্গৎলক্তুনা ভিনাই সিলর, অদুদগী প্রাইমর অমসুং ইনামেল পেইন্ট তৌরগা পেইন্টিং লোইরে- অদুদগী অহুমশুবা পরেংদি অনী থোকই। চঙলকফমগী য়েৎলোমদনা ফ্রেম শারগা গ্যাস তেঙ্ক, এক্সল পানশিল্লি। মথংদা মথক্তগী ইঞ্জিল থাদরক্রগা তপ্না ফ্রেমগী মথক্তা ইঞ্জিন্দু থাদদুনা পানশিল্লি। মথংদা মথক্তগী থাদরকপা মমাঙ অমসুং মনীঙগী তায়ার পানশিল্লি। মতম মান্নবা ওইদা মথক্তা লোইশিন্নকথিবা, অনীশুবা লাইন্দগী অহুমশুবা লাইনগী ওইরোমদা থাদরখিবা বোক্স অদুগা ৱিন্দশিলগা পানশিল্লি, মথংদা স্তারিং

হ্বিল বোম্ব অমসুং কার শমজিন্নহল্লি। রুক য়োল্ডিংস পানশিল্লি। অদুদগী ময়াম্নদুনা কারবোম্ব অদুগা য়েংলোদগী থৌজিল্লকপা তয়ার হ্বিল পাম্নবা ক্রেম, ইঞ্জিল অদুনা অমত্ত ওইনা পানশিল্লি।

অরোইবা লাইনগী য়েংলোমদগী কার অদু থাদরক্লগা সিটশিং পানশিল্লি, অদুদগী থোঙগী মিংশেল হাপ্তুনা মথংদা ফ্লন্দ হানজিল্লি। মথংদা কস্তমরশিংগী মফমদা থাদোকপা য়ারব্রা চেক তৌই। মথংদা ঈশিংনা মায়গৈ পূম্নদগী কামশিন্দুনা চংয়েং তৌই। অদুদগী কস্তমর রিলিজ সার্টিফিকেট পীনবা য়েংশিল্লি, লোইশিল্লি। অসুমতৌনা লাইন মরি অসি য়েংওই শুবনিনা লাইন নিপান্দা মেকানিকশিংদু লেপ্তুনা থবক শুই। মরক্ত চঙগদব পোৎশিং অদু থর চাউবা কাঙবুগীদি মেছিল্লা পুরক্তুনা মপা মপাদা থাদরকই। লাইন হোংবা মতমদা অচৌবা পোৎশিং হায়বদি কার ওইশিল্লকপা ফ্রেম থাংবা মীনা ঙম্বা নত্তে। কুংনা শেমলবা মেছিন ময়াম্না হোল্লকপা থাদবা হোল্লকপা থাদবা লেপ্তুনা তৌরিবনি। অরোইবদা থোঙগী মিংশেল পানবদি রোবোতনা কম্পুটরনা তৌই। মতৌ অসুম্না শুরিবা মীশিং অদু নুপা নুপী লোইনা য়াম্নে। অমুবা নুপা নুপী য়াম্না য়াওই। মতাং অসিদা নুপীনা ফোর্দ কম্পনিদা পূল্লপ থবক শুখিবগী ব্রারী ঙসাই ফিলমদা উৎখিবদু নীংশিংলকই। ইং ১৯৪১ দা অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও লাকপা মতমদা নুপা পূম্নমক লান চংপা তারম্মী। চংলম্মী। নুপাশিং তেম্না তেম্না লানগী ট্রেনিং পীরম্মী। ইউ.এস. সরকারনা নূপী পূম্নমক অতেনবা ট্রেনিং পীদুনা ফোর্দ কম্পানিগী শিন্মি ওইনা লৌশিল্লম্মী। নুপীশিংনা শুরবা মতমসিদা ইউ.এস. সরকারনা হেনরী ফোর্দতা লানগী এরোপ্লেন,ডাক্কী এরোপ্লেন ,বোম্বর,ফাইটর,সবমেরিন,তেঙ্ক,ত্রক, জিপ শাননবা কম্না হায়রম্মী। ফোর্দনা ডিজাইন লোইনা তৌরম্মী। অকনবা থবক নুপীশিংনা শুরম্মী। লোইনা নীংথিনা শারম্মী। এরোপ্লেনখক্তদা লীশিং ৫৭ শারম্মী। মসিদগী ইউ.এস. তা নুপীশিংনা কারখানাদা থবক তৌরক্রম্মী,গাড়ী থৌরক্রম্মী। লান্দা নুপাশিংগী মতেং পাংনরক্রম্মী।

মসি য়েংবা লোইরকপগী থবক শুরিবা অরোয়বা পরেংদুদা লজিত অমদি ঐ ঐথোয় অনীনা চপ মান্নবা ঘড়ী ঘড়ী থাঙ্গত্তুনা মী অমদগী মী অমদা লান্দুনা কার অমা লোইরে লোইরে হায়না মথং মথং থাদোরক্লিবদু মতম কয়া চঙবনো য়েংই। সেকেণ্ড ৩৬ চংই। অসুম্না ঐথোয়না য়েংলিবদু কারগী এসেম্বলী প্লান্টনি। অতৈ অতৈগীদি য়েংলক্তে। মথোয়নসু য়েংহনব্রা য়েংহন্দব্রা হংলক্তে। থল্লকই প্লান্টশিংদা অসুক য়াম্না কম্না শুরিবসিনদি পানশিল্লিবা পার্টশিং অসি শারি শারিবা মফমশিংদুদি কয়া নীংথিনা শূরমগনি। লোয়না য়েংনীংলকই। মফম অসিদা মী লীশীং তরুক থবক শূরি হায়। ঐথোয়না য়েংবা লোইবদা মনীং ইথং থংবা মথোন মরিশুবদা কারগা মিংশেম্না জালিনা খাজিনবা মথোন অদুবু ওভজার্ভেসন দোক হায়না কৌই। মায়গৈ পূন্নদা ফোর্দ কম্পনিগী

শগুশিং উশ্রি। হেক য়েংথোকখিবদা মাগুদা উরিবা অসিমতং পাউদম্লীংই। মসিবু "The world's largest living room."হায়না কৌই। ঐখোয়না য়েংলিবা কার শাফমসিদগী শরুক ১০ গী মথক্তা হেন্না চাউরমগনি। য়ুমথক অদু একর ১০ গা পোইন্ট ৪ নি। পাক্লবা লম্পাক অসি য়ুম মথক্কি হায়বসি মথক্তুদা লৈরবদি খগুলোই। ঐখোয়গা য়ুমথক অদুগা ফুট ১০০ রোমতমক লাপ্পগনি। ফুটবোল শান্নরগদি ভাবক্কী খরা থন্নগা গ্রাউন্দ ৮ গী লম্লী। অশংবা নাপী মথক অসিদা রুফ মোনিটর হায়দুনা ইলেক্ট্রিক্স নত্তনা নুংশা মন্তান্না ঙাক্লনবা শগু ১২ শারি; মদুদা মগুাল চগুকম ৬০ থক শেম্নি। অসিগুম্না য়ুমথক অসি ইকং থোকহন্দনবা শেমগ্রে, মতম পৃম্বা লম্পাক অদু ঈশিং ফংননবা উপায় লৈগ্রে, অদুগা মাবু শেম্ননবা মেন্টেনেন্সসু য়াওদনা মতোম্লতা হিংজররবনি। চহিদা নোংগী ঈশিং গেলোন মিল্লিয়ন ৪ চূপশিল্লি। য়ুমথক অসিনা খোক্লেল ফাজিল্লি, ইনর্জিগী চাদিং হস্লহল্লি,থবক্ শুবশিংদা পাক্সল হাপকৎলি অমসুং য়ুমথক অদু,খ্বায়গী য়ুমথক্কী শগুনা, চৎপা চহিদগী শরুক অনীগী মতম চৎননবা মগুংদা শেমখ্রবনি। অকোয়বগী ঈশিং চাউবদা কন্ননবগী অচৌবা মতেং অমসু ওইহিরিবনি। ঈশিং তারকপদুগী অহেনবা অদু উরাশিংগী মথাদা সেডিয়ম থাদুনা হীরম কয়াগী কান্নবা ফংহল্লি। রুফ রেস্ট্রেন্ট মেস্ত্রেন হাপ্তুনা শাৎকী বিলাটিমাটি চেক নূগু চাথত্তনবা শেমখ্রবনি। লমহাং অসি মীওইবগী হীরম কয়াদা কান্নহনবতা নত্তনা উচেকশিংগীদি মী অমত্তা লাকপীদ্রবনিনা মরূম কোকফম ওইনরে। চগুদুনা য়েংলুদ্রে। শুপ্পগী মনুংদা কার শাফমসিমত্তং য়েংলগা মথত্তা ত্রক শাফম ফাওবা য়েংদনা পূং ৪ তাশিল্লক্তুনা ঐখোয় ফোর্দ মুজিয়মদা হল্লকখি।

খল্লকই ঐখোয়গী করম তৌবা। পাবীরিবশিং অইববু চৈবীয়ু, ব্রারৌবীয়ু, থীনা হায়র্ব ধু অদুগা পাবদি তোকপীগনু। নচা নগু মাথা ক্রেক চৎলবনি -শুমাংদা মী হাৎপা,নগুগী ফমুংদগী পুথোকখিবা নচানুপী হাৎপা কনাননো হংবদা নগুসু হাৎপীরবনি। মদুবু চীনানরা?আমেরিকানরা ? ইংলগুনরা? গৃক্করা ?জর্মন্নরা ? নত্তে -ঐগী ইচানা,ঐগী ইয়ানা,ঐগী ভায়না। করি কান্নৈ? আমেরিকা, কোরিয়া,ইংলেগু,জাপান,জর্মন,চীনা,গৃক,সিঙ্গাপুর,খগুদে ইমান্নবা দেশকী মচৎসি ঐখোয়সু হোৎনদুনা চৎপনা ফরোয়দ্রনে ? তৃমিন তৃমিন লোত্তুনা লৈরগা লম্বীসি কনানা শেম্বীনি, উমংশি কনানা উ থাবীগনি ? পাৎসি কনানা থরো থম্বাল শাৎহলগনি ঐখোয় অমুক্তং ফম্মীন্নদুনা করি তৌবা য়াই খন্নসি ? ইউ.এস.তা হৌজিক ভোট গুসিগা নুমিৎ ৩১নিদা গুাইরে। ঐনা মফমসিদা লাকপদা ভোট কম্না খোন্নস্রে। ইহান হান্না আর্নোল স্বারজেনেগরনা পূংখায় অমা গুাঙ্বা টি.ভি. দা মুম্না তায়। ইগুক গুকই। অদুদগী মতৎ মতৎ নুমিৎ খূদিংগী অয়ুক্তা গুাইহাক গুাইহাক তায়। বুসগী কয়ারক, কেরিগী কয়ারক তারে। মমৈদা তাং ১/১০/০৪ ইং ইরায় নুমিত্তা বুস কেরি অনীগী

মিনিট ৯০ গী -" Commission of Presidential debate executive director-Janet Brown.Mediator-Jim Lehrer-গী সেক্যুরিটি হায়বা য়াক্কম অসিদা মরৈ য়েৎনবসু তায় । তায়ত্তা য়েৎনবদু হৌদোং লম য়ুম্নবা মাল্লকপগী য়ানি, মণিপুরগীদি তোঁকসি । মখোয়গীসিদি লৈবাক মচা তাই । মিনিট অনী অমনা ঙাঙগনি, সেকেণ্ড ৯০ খুমগনি - সেকেণ্ড ৩০ অমুক হাম্না ঙাঙখিবা মীদুনা খুমগনি । অসুম্না অমনা অমুক মিনিট ২ ঙাঙগনি- সেকেণ্ড ৯০ খুমগনি-অমুক সেকেণ্ড ৩০ হাম্না ঙাঙখিবদুনা খুমগনি । মসিগী প্রোসেস অসিদা মেডিয়েটরনা য়াহং মথং মথং খুমগনি খুৎ থাজত্তুনা মুম্নরোই । য়াঙাঙ্লিবা অনীগী মাইক্রফোন মমাঙদুনা মৈ ঙানবা,নাপু অশংবা মচা অমমম গ্রেটমচা অমদা থেৎলি। অহানবা সেকেণ্ড ১৫ য়াল্লিত্তেদা ঙাল্লি ,অনীশুবা সেকেণ্ড ১০ দা ঙাল্লি ,অরোয়বা সেকেণ্ড ৩ দা ঙাল্লি । কেণ্ডিদেট অনীমক মতম অমত্তা শোয়নদে । ওনশিন্দুনা নুংশিদনা নক্কগা য়েংথীনা য়েংবসু য়াওদে । মোমোন নোকপদি অনীমক তত্তনা য়াওই । ইরাক, ইরান, আফগানিস্তান,ভিয়েৎনাম,কোরিয়া পুখোক্তুনা য়েংনৈ , বিন লাদেন,সদ্দাম হুসেন পুখোক্তুনা ঙাঙনৈ । মরৈবাক্কী ঈজ্জৎ ঙাকপা ঐনা হেনগনি, ঐনা হেনগনি;নঙগী পোলিসি অদু শোয়রে অসিনচিংবা ঙাক্তা ঙাঙনৈ ।

আমেরিকাগী ইলেক্সন তাং ২/১১/২০০৪ ইং দনি। মথক্তসু পনল্লে। হৌজিক অইবনা ঙক্লিবদি ঐখোয়গী রাজনীতিগ্রালাশিংগী মচৎসিনি। ইউএস তা রাজনীতি তৌবা মীনা মী অমত্তদগী রুমাল অমা ফাওবা লৌবা য়াদে। Gift লৌবা য়াদে। ঐখোয়গীদি কদায় মন্ত্রি মচা অমা ওইরগা লৈকায় লৈকায়দা কা অমত ংগী লায়রু কল্লিদা য়া থায়গৎনরগা শাবা ক্লব হোংবনি হায়দুনা লাক্লগা মমাংদুদা হৈ লৈ অথেনপোৎ, ঙক্তা শাল, খুদক্তা ঙবোং ফিঙাঙ্ক (চীংগী ফি), তমগী ফৈজোম কৎশিনগনি। য়াম্বা তাম্নগনি," য়াইক্কুলগীদি অদুক য়াম্মী, খ্বাইগীনা হেনগ্রে - মোইরাংগীদি অঙকপনি - চেং ময়ামদুগা - ফি ময়ামদুগা।" অসিবু করিনো ? থবক হাম্নদনা মরোল অমা চপ্রাসিদগী পি.এসতগী মন্ত্রিগী নুপীদা লানশিম্নগা পীনরিবা অরোইবদা লাখ কয়ানো খঙদবা কনা লৈ। অমুকসু অইবনা হায়জগে, পাদনা তোকপিখিনু - লাইরিক নত্তে ইজরিবসি ইমায়দা তোৎপা হামুক্তু ইউ. এস কৌবা শকয়েং মিংশেন্দু থাম্নগা য়েংবগী য়ানি। লোইদ্রি য়েংবা।

মকমসিদা লৈকায়গী মিটিং লৈতে। খুঙ্গংগী মিটিং লৈতে। য়ুমথোঙ কোয়বী লৈতে। চাক চানবী লৈতে। শৈশা য়েনবী লৈতে। তাইবুংঙো, মাইবুংঙো, ভায় বোন্দু লৈতে। চুরুট থক্লদে, কা চাবা মী লৈতে। অদুদি মখোয়দি পঙলবা জাৎলা, ভোট তৌদ্রবা জাৎলা ? অমুক্তং খম্মুমিম্নদুনা ইরৈবাকসি কনবদি থেঙমল্লদ্রনে ?" মানা

মোংপনি, মানা লূনবনি, মানা হৌরকপনি, অদুদা ঐসু য়াওশিনবনি" অসিবু করিনো ? অইবনা থমোইনুংদা, চেদা ইরমাই ইরগা কোকথোং অমা লৈরমগনি- নিলকান্ত, সমরেন্দ্র, বীরেন, ইবোপিশক মমিং লৈবশিংগী মণিপুরদুবু চিনগা, খূংকা, কৈদৌঙৈ মাম্নহনগদৌরিবনো। নিলকান্ত চংশ্রবা শ্রী বীরেন, ইবোপিশক্কী মণিপুরদুবু চিনগা খূংকা, পূক্নীংগা থমোইগা কৈদৌঙৈ মাম্নহনগদৌরিবনো ? গুনো, কুঞ্জমোহোন- খোয়গী তুং ইনবশিংদু কলম মচিন্দু করি মপাদা ইংলিবনো ? রবিন্দ্রনাঠ, বঙ্কিমচন্দ্র, প্রেমচন্দ যনা নীংথিনা পানরমগনি, গোর্কী খঙনরমগনি-আরবিন্দো তানরমগনি। সমাজগী মমি; সমাজগী মমি। কবি কান্নে। সমাজগী লম্বী তাক্তবা সাহিত্যদু করি কান্নে। তত্তনা হংহৌরগনি। অমুকসু হায়গনি। পাদনা তোকপীথিনু। লমকোয় ব্রারী নত্তে। থমোইগী ব্রারী শারিবনি। ইচা-ইনাও-ইচে-ইচন-ইতৈমা-ইমা-নুপী ইজ্জৎ কদায় চংগ্রে। লান্না থন্দুনা শাউগৎকদবা নত্তে; চুম্না থন্দুনা অথাঙ কন্না থমোইগী, পূক্নীংগী, বিবেক বিচার (discrimination) গী মতম য়ৌরে। য়েংউ মহারাজ কুমারীসি কপ্ন কপ্ন পুনশি পিথম্ন খিগদৌরিব্রনে ? ব্রাহংনি ঐগী। করিগুম্বা নংদ্রগসু আশাদি মাঙলোমদা চঙশিন্দুনা হলহনখিনবা থৌরাং তৌবা ফৈ। পাম্বোম থাক্তুনা চরে তাখৎতুনা হৈ হোই লাওদুনা চঙশিনসি হায়না চোংথোকপগী মতম ওই। রাজনীতিননি, পাঙমনি, নাগাননি, কুকিননি, মৈতৈননি, অমত্তা নত্তে- অমত্তা নত্তে- লোইনবননি, পুম্নমক্কনি-লোইনমক্কনি। হৌজিক আমেরিকাগী এজুকেসন মরে য়েংনখিনি, হেলঠ মরে য়েংনখিগনি। অনীসিনা আমেরিকাগী মাঙজিল থাবা রাজনীতিগী বিষয়নি। মপূম্না ব্রলিদ পিসনি, গনতন্ত্রগী মায়পৈদা চঙশিনবগী ব্রাফমসিনি। মণিপুরদা অয়াম্বনা, থর হেন্না মপানগী চাওখৎপা মফমদা ভ্রেং ংনচিংবা, রিসর্চনচিংবা চংলুবা নহারোলশিংনা হায়-" য়ারোইদা মীগী লৈবাক্তা তৌহৌরিবা, থমহৌরিবা খূৎশু- খূৎলাই ময়ামদুগা পীরিবা সুবিধা ময়ামদুগা ঐখোয়না উক্করিবা, তমজুরিবা ময়ামদু মণিপুর য়ৌরক্লগা করিসু কান্নদে। তূমিন লৈবা তাই কান্নথাঙ তাদুনা তোকই। ঐখোয়সু মখোয়গী সুবিধাদু- পিয়ুনে; তৌগেনে।" ব্রাফম অসি পূংচুম হেক চুমই; পূমলান হেক লাল্লি। অইবনা উরিবা অচৌবা লমজিংবা ময়ামসি খাঙপোক অমদা নুংথঙ পায়জ, চেগপ খবদগী হৌরগা তৌরকপা ঙাক্ত ওইনা উই। ফরে, মসিসু তোক্লসি-ঐখোয়গীদি ফোর্দ, ইডিসন, রাইট ব্রদর্স কুম্বা নত্তে হায়বদু য়ারসি। অদু ওইরবদি ঐখোয় ময়াম পূনশিন্দুনা ঐনা ঐনা তম্মুরিবা, ফিজিক্স, কেমিস্ত্র, ইঞ্জিনিয়র, ডক্তর, ইন্দষ্ট্রি, বেঙ্কিং, এদমিনিষ্ট্রেসন, ঈশৈ, জগোয়, থাঙঅ, লাইয়েকপা, মূর্তি শাবা, উকিল, লয়োনবা, টি.ভি শাবা, রোডিও শাবা, উশুবা, ফি শাবা, যন্ত্র থোংবা, শগোল তোংবা, এরোপ্লেন থৌবা, লৌউবা, ইংখোল কোইবা, লাইরিক ইবা, এক্তিং তৌবা, ফোটো নম্বা, চাক থোংবা, ঐনা ঐনা হৈবশিং অসি লৈকায় লৈকায়গী স্কুলদা,

ক্লবতা প্রোগ্রাম শেমদুনা লৈকায়গী নহা অহল, অঙাং খাক্তনা নিয়ম অমগী মখাদা - ঐখোয়না কখোক্তুনা তম্বীরবদি কমদৌবা ? মসি অমুক্তং থম্নদুনা য়েংসি । য়ানি-অদুদগী ঐ ঐনা তৌনীংবদু নীংবা থুংম্রবসু ঐখোয়গী ফিল্ড অমদি য়ুম্ফম থোনগৎপা ঙমগনি । ফোর্দ য়েংউবদগী অসুম্না ফাওরকখি ।

● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ●

## ভারতীয় তেম্পল

তাং ১৩/৯/০৪ ইং

নুমিৎ অসিগী নুংথিল পৃং ১.৩০ অবা মতম্দা ভারতীয় তেম্পল য়েংলুসি - লাই খুরুম্লুসি হায়দুনা ঐখোয় ইমুং লোইনা পূম্না চৎলি । কম্প্যুটরদা লম্বী হাম্না নমখোকই । লম্বী চৎলমদাই খূদিং অসুম্না নমখোকপদুনা মীঙোন্দা হংবা নাইদে । খর থিনৈ । মিনিট ৩০ থৌরগা ফংনরে । চঙদুনা পার্কতা গাড়ী থারে । ঐগী নোট খূদিং হেক হেক য়েংউরিবশিং অসিগী এদ্রেস ইশিন্দে । লেঙদনা লৈরিবশিং অসিবু করি তৌবনো অসুম খন্দোকই । অম্রাং পাংনা চৎলি । তেম্পল অসিদগী খজিক্তং হেক হায়থবদা লমদম অসিগী মমিং চৎলবা ওচার্দ লেক লৈরে । মন্দির অদুদা চংবদা ঐখোয়না মন্দিরগী মগুন্দি অমত্তা উদে । কোয়থি থিরগা মখাদা মন্দির লৈ হায়না তাক্লক্তুনা কূমথৈ । লিফ্‌সু লৈ । অদুবু মখোল অমত্তা কুমথৈ হায়বদগী থাক্তা ঐখোয় লোইনা কুমথৈ মনুং য়ৌবদা খূৎশা হাম্ফম কোঞ্জিল মঙা তরুক পূম্না পরেং শানা পানবদুদা খূৎশা হামদোকই । অদুগা পরেং শানা য়ুংনা থম্লিবা য়েৎ ওই মায়োক্লনা লৈবা ফম্ফমসিং পরেংসু অহুম, অনী, তরুক ওইরমাল্লে অদুদগী মখাদা খোঙউপশিংদু থম্বীরম্মু হায়দুনা চে থেৎপদগী খোঙ উপ লৌথোক্লদুনা থম্মী । অদুদগী খোঙ হাংদোক্তুনা মন্দির চঙফম্মি হায়দুনা থায় । মনুং চঙই । মন্দিরদি লৈরমদে । ষ্টেজ নোংপোক্তা মীয়ামগী ( মী ২০০/২৫০/৩০০ গী ওইগনি ) ফম্ফম চৌকি থাদে; পুম্নপ গালিচা থায় । কোম্ন চৌকি থাজিনবগী মওংদি লৈ । অম্রাং থঙবদা মী ২০০/৩০০ দু ফম্বা চনবা দাইনিং টেবল চৌকি ৪/৪/ থাবা হোল অচৌবা অমা লৈ । হায়রিবা ওদিটোরিয়ম অদুগী নোংচুপ থঙবা ফক্লাং ময়া অদুদা বেদি শেমদুনা লাই খুরুমফম শেম্মী । মদুদা ইঞ্চি ১০"/১২" ব্রাংবা জগনাথ, সুভদ্রা, বলভদ্রা, সরস্বতী, দুর্গা মাতা পরেং শানা লৈ। মাঙওইননা শিবলিঙ্গ ইঞ্চি ৮" মুক ব্রাংবা অমা লৈ । থংনবা কা পূন্দবা অমদা বালকৃষ্ণ অমা মিংশেল্লা ফ্রেম চনবা ইঞ্চি ১১"×১৪" শুম্বা অমা থম্মী । মমাঙদা লৈশু খর খর ভারি । হৈ-রা লীক্ল অমা অনী লৈ । ধুপ লৈতে । চগুন লৈতে । মৈখেৎ লৈতে । শুপ্লগী ঈশিং খুজাই মচা অমা

অদুগা সিন্দুর থরা য়াম্না লৈ । পুজারি লৈতে । ঐখোয়না থোকপা খুরুম্মু হায়দুনা ঐখোয়না অচমন তৌদুনা মৌবু পোৎ চৈ কৎহল্লে । ঐখোয়না খুরুম্নগা লোইশিল্লে । ময়াং নিফু অমা য়াম্খে অমা লাক্রম্মী । গাড়ী তরামুক লৈরম্মী । মনুংদা কনানা করি হায়রিবনো মফম থঙদে । রা অমত্তা নীংথিনা তাদে পূন্নাঙ লাঙই । করিনো থঙদে । শঙ, ওফিসতি মরাঙ কায় । কাখত্তুনা য়েংবদা চৎলমদাইদা লোবীদুদা বিবেকানন্দগী লাইফ সাইক্ত অমা অরাং নোংপোক কাচিন্দা লেপ্লি , লৈ শু হৌহল্লি । নোটিস বোর্দতা য়েংবদা থা খূদিং নোংমাইজিং খূদিং জগোই ইশৈ জন্ত্র খোংবগী প্রোগ্রাম থেৎলি । খা ভারতকী ভারত নাত্যম, শারঙ্গি খোঙবা, সিতার খোঙবা, কব্বালি জগোই, শাধু মকোয় শাংনা থাকপগী যোগ ধ্যানগী রারী তৌগনি হায়দুনা থেৎলি । মন্দির অদু উরগা লাইনীংবগী মপানথক্তদা মতৌ মালহনবগী মওং অদু উরকই । আমেরিকাদা একর অমরোম চাউবা ( য়াম্না চাঁই ফজে লম্পাক্তু শেমগৎনিঙাই লৈরি )মফমদু উবদা পাম্মুরকই । অধ্যাত্মিকপুদি কলাগী থবক্লা হেন্না উরকই । নুংদা চঙশিলহন্নীংই । তুংগী আশা য়াম্না লৈ ।

• • • • • • • • • • • • • •

## মেরিলেণ্ড ডিভাইন লাইফ সোসাইটি

তাং ২৩/৯/০৪ ইং

অয়ুক পূং ১১.১৫ দা মেরিলেণ্ডগী ডিভাইন লাইফ সোসাইটি ওফিসতা চৎলম্মী । বালটিমুর ব্রে ভিউদগী মাইল ৬৯ থক্তনি । ঐখোয় পূং ১২.১২ দা থুংলুরে । মরক্তসু লম্বী অমদা মিনিট ৫ / ৬ মফম থঙদদুনা হন্দোক হঞ্জিল তৌদুনা মতম মাঙহল্লে।

| | |
|---|---|
| মিদল তাউন | - চীং মতোন-ব্রাশিংটন |
| বুনবোরো | - মোনুমেন্ট পার্ক |
| বুনবোরোদগী | - মেন লাইনদগী ১.৭ মাইল |
| হার্দবুদ লেণ্ড | - ০.২ মাইল চৎলগা ফঙনি । |

মিদল তাউন ফাওদুনা থৌরম্মী । চীংগী অকা অকূম লম্বীদু য়াম্না নুংশি । খুঙংগী য়ুমশিং অদু লনতক লনতক্লা য়াম্না লূই নাল্লি । লমদমসিদা সহর খুঙং অমত্তা নাইদে । য়ুম অমবু শারবদি মৈ, ঈশিং, ইয়ার কন্দিসন, বাথরুম, মফম পূম্নমক চপ মান্নে । চৎনবী ওইনা খুঙং থরা চথবা, ঈশিং মপান ওইবা মফমশিংদা জ্ঞান তাবা, লাইরিক লাইগু হৈবা, কারখানাগী থবক চাউনা তৌবশিংনা লৈনৈ । সহর অচৌবা মনুংদনা লাইরিক হৈতবা, থবক শুবশিংনা লৈনৈ । মেনলেণ্ডদগী মাইল অমগা ফার্লং ৭ থক্ত

চণ্ডশিল্লি, অদুগা হার্দবুদ লেণ্ড হায়বা খুন্দংগী লেণ্ড, য়েৎ ওই পূম্না চৎপা অদুদগী ফার্লং অনীখক্তা চণ্ডশিল্লগা কিদিসভিললগী চীংচেপ অমদা ফুট ৬০´/৭০´ য়োমদা কাখৎলগা আশ্রমদু লৈরম্মী। ঐগী প্রোগ্রাম মথং মথং শেল্লকশদগী ৱাশিংটন চৎপগী লম্বী ওইবনা সেপ্তেম্বর তাং ১৫ অদুৱাইদগী ফোন হন্না হন্না তৌই, ফংদ্রে। ইন্টরনেট মেল থায়, ফংদে। অয়ুক খুদিং য়াহৌবগা ইন্টরনেট হান্না য়েংই, ফংদে। থৱায়সি য়াম্না নুংঙাইরমদে। ঋষিকেশ অমদি মণিপুরদা কিদিসভিললগী প্রোগ্রম হাপ্তুনা তাং ১৮/১৯ অদুৱাইদসু চিঠি ইথোকখ্রে। প্রোগ্রামদি শোয়বা য়াবা নত্তে হায়দুনা অদুম চণ্ডশিল্লি। পূং ১২.২০ তারে। আশ্রম থেংনরে। আমেরিকাদা লৈকায় য়ুমলোম্নবদা লম্বীদা য়ুম অমা, মী অমা হঙবা অরুবনি। পাক ফংদে। শুকফংবু ফংদে। য়ুম খুদিং ইচিক চিকই। মী লৈবা শুকমান মান্দে। একর তঙ্খায় অমরোম চাউবা য়াই। লূ নাম্না মন্দির অদু ইচম চম্না শাই। উচান পাম্বী নীংথিনা হৌরি। মাঙোন্দা চৌকি অনী, থাক অহুমগী য়োৎকী জালি রেক অমা, গন্না খরা লৈ। মচী ওইনা থোঙজিন ময়াদা মেরি অমসুং অঙাং ওইরিবা যিশুগী অপীকপা নুংগী মুর্ত্তি অমা; অদুগুম্বা অমনা নোংপোক্কী অথাপ্পা ইংখোল মচী অমদা। উগী কোললুগুম্বা অমগী মখোঙদা জোন ওইগদ্রা নুংগী মুর্ত্তি অমা, উচান মখোঙ অমদা মহাবীরগী ওইরমাল্লি বুদ্ধদি নত্তে খল্লি, মনা অমসুং ফিজেত্তা মান্দে, অতোপ্পা নুংগী মুর্ত্তি অমা খিল্লি। আশ্রম হায়না ইংরাজিনা থাই। মনুংদা লূ নাম্না টেবল অশাংবা অমা লৈ। অকোয়বদা য়েৎ ওইদা চৌকি ৬/৬ থাবি। মনুংগী কা অচৌবদুদি উদে। মপানগী কাদুদা উই। মনীংগী কা, মপান থোক্না শেম্বদুদা টেবল চৌকি লীগী ঙাক্তা অহুম থাবি।



ৱাশিংটন মোনুমেন্ট পার্ক - চীং মত্তোন হার্দরুদ লেন্দগী মাইল ০.২ চণ্ডশিল্লগা চীংথক্তা লৈবা ডিভাইন লাইফ সোসাইটিগী ব্রাঞ্চ ( ফোটো :অইবা )

মখা কুমথরগা নাপী কক্লবা মোতোর অদু থম্রি। মনীংগী লমহাং মতেক, মমাঙগী থর পাকপা লমহাং নাপী, লম্বী লোইনা হাপ্তা অমা অনী শেংদোকপীদবা মাল্লি। মনীংগী কা মচা অশাংবা অদুদা লাইব্রেরী ওইনা উই। ফক্লাংদা স্বামি চিদানন্দগী মকোই নীংথিনা কক্তবা মচিনবান অনী ফাজিল্লপ তৌনা কন্তক্লা নোকপা শক্তমগী ফোটো অমা থেংলি। লোইনা ভিদিও নম্রে। ফোটো নম্রে। মমাঙথোঙদা থেংলি, "প্লিজ দু নোট ওপন. থেঙ্ক ইউ ফোর দিস." লমতু নীংথিনা শীংপিদবা, ইংথোলদগী কংশিল্লক্লবা থামেন অশিনবা অদু হেকপীদবগী মওং উন্নগা থব্রায়সি নুংঙাইতে। "ললিতনা কয়া থওইদনা তৌবজাংনি। কনজারেটিব খৃষ্টান মরক্তা তৌবনিনা কিনা তৌবা জাংনি" অসুম্না হায়। ঐসু য়েংতে। ইকাইরপ তৌই, হায়হন্নীংদে। অদুবু ঐ অদুম তুমিন লৈ, উপাই লৈতে। অসুক নুংঙাইত্রবদুদা, তত্তনা নুংঙাইহল্লিবদি পীক্লবা উমং মচা অদুগী আশ্রম হেক চঙলকপদা ললিত না "শজি অমা 'সিদা লৈরে, বাজি উদ্রা য়েংউ" হায়। ঐনা য়েংবদা উহৌদ্রে। থব্রায় নুংঙাইতে। অদুদগী ঐনা আশ্রমগী মমাংদা হৌবা উশিংগী মনুংদা উচান পাম্বী অদুগা স্নো পাইন (অদুসু উন উচান হায়বনি) অদুগা উবদা হরাওরম্মী। আমেরিকাগী হৌনবীনি উশা কক্তবা লৈবাক শোক্লা শোক্লা উশা লৈবা। ললিত কৌশিন্দুনা উদু ভিদিও নমহল্লি, অদুদগী স্নো পাইন মথোঙদা ফমদুনা ঐগী নোট ইশিল্লি। ঐনা নোট ইবদুদা লাক্কুনা ললিতনা ভিদিও নমখ্রে। ঐদি থোইনা হেন্না উদে। মাগী খৃশীনি। অসুম্না কুইনা লৈনীংবগী মরমদি হেক থংনবা য়ুমদু ফূট ৬০/৭০ মুক্তনি। মীগকা হেক লৈরমদুনা থোরক্লবদি খনবগীনি। অদুগী মথংদু পুলিসকী ওফিস মাল্লি। ফূট ২০০/ ২৫০ দং ল প্লগনি। অদুদসু মী থোবকপা যাই। পূম্নমক্তুদগী হেন্না চংনীংদ্রিবনা কার শঙৌবা ..মা হৌজিক্তা থাবগী মওং মান্না যেং থংবা আশ্রমগী মমাঙদুদা থারি। অদুনা মী লৈবমগনি খনবসিনি। আমেরিকাদা কার অমা লৈববদি মী অমা লৈগদবনি। অদুনা এবু ঙাইহন্নীংলম্বনি। ললিতনসু থোঙ খৃদিং নোক তৌদুনা যেংবনি; মনীংথোঙ ফাওবা মানা নোক তৌখ্রবনি। নুংঙাইত নুংঙাইত ইকাই ইকাইনা অমুকসু নুংঙাইবিবদি নোংচুপ থংবা উমং মযাদুদা ঐনা লম য়েংবা ওইনা চংশিল্লুবদা শজি অমা অমুক্ লৈবমদুনা ঐবু উবদা কন্না চেনখিংবদুনি পেনখিবসি। আমেরিকাদা কিদিসভিল তানা লাকপসিমক্তুদা শজিগী অথেকপা শজি লৈফম তাকপা সাইন বোর্ডতি ১০ গী মথক্তা উবকখি। অশেংবদি পার্ক কয়া চংলুবে উবক্লিবনি। ষ্টেট ৪/৫ ফাওদোক ফাওজিন ফনা য়াম্না চংলে উরক্তবনি। সদগুরু স্বামি শিবানন্দজী সরস্বতীগী আশ্রমদা চঙলকপা, উমংদা ললিতনা উরে। মনীংলোমদা ঐনা অমা উরে। থায়নগী আশ্রমগী শজিগা মুনি ঋষি আশ্রমবাসিশিংগা কোন্নদুনা লৈমিন্নবদু নীংশিংলকই। উমংদু মচানি। মমাংদুদসু গ্রাস মোতোব অমা লেপ্তুনা থৌদুনা নাপী কক্লিবনি। আশ্রমগীদি কক্পীদবনা শাংলবনি।

অসুম্না অমুক হন্না থোরক্রে । ৱাশিংটন তানা চৎনবা নেসনেল হায়রে তানা চৎলে । লম্বী হেক কুমথবদগী ঐনা পুনশিগী ইহান হানবা ওইনা ভিদিও কাপ্পী, কেমেরা পাইদুনা ফোটো নম্মী । অসুম্না নুংঙাইতদুনা লৈরিঙেদা ৱাশিংটনগী নুমিৎ নীনী, নিউ য়োর্ককী নুমিৎ নীনী চৎখ্রে । য়ুমদা হল্লক্রে, য়ুমদা নুমিৎ হুম্নি শুবগী অমুক অঙনবদা মেল য়েংজবদা চিঠি অমা য়াওরগ্রে হায়দুনা লজিতনা পীরে । পারগা য়েংবদা ঐগী, থোঙজিন্দা থম্লম্বা চিঠিগী পাউথুম ওইরম্মী । কয়াগী মতিক নুংঙাইখি । ঐনা ইরম্মী - "চিঠি থাজখিবসু খুম্বীরক্তে, ই মেলসু খুম্বীরক্তে । টেলিফোন তোয়না তৌই পায়খৎপীরক্তে । ঙসি লাকচরম্মী । মিনিট ৫৫ লৈজরম্মী । কনা অমত্তা উনদবা অসিনা পূক্নীং চিন্তা ওইরে । মাইল ৪০০/৫০০ লাপ্পা লাকচবনি, প্রোগ্রাম অসি অমুক হন্না শেম্বীয়ু ঐনা শেম্বদি লুনা থোকচরে । ইন্দিয়াদগী অমুক লাকপা লাক্তবসি নোংদম নাইদে ।" অসিনি । পাউথুমদি, "কোইবিরক্লম্বদু উনদবগী য়াম্না হেন্না নুংঙাইজদ্রে । ঐথোয়দি সেপ্তেম্বর ১৪ দগী ঋষিকেশতা লৈজরুরে । ভারত্তা স্বামী গুরু দেবানন্দ য়াম্না কন্না হকচাং ঙম্রমদ্রে অদুনা ঐথোয় আমেরিকাদা হল্লকপা ঙমখিদ্রে । অসিনচিংবা । চিঠি অসিনা ঐগী ইকাইবদু ফঙহল্লম্মী । আশ্রম অসি য়ৌরমদাইদা মিদল তাউন লৈ । অদুগা চীংদা মাইল ৫ রোম কাথৎলি । অদুদগী ৱাশিংটন পার্ক হায়না চীংথঙ্গা লৈ । হেক কুমথবগা মাইল অনীরোম ওইবা য়াই চীংখোং য়ৌবগা বু লবোরো টাউন লৈ। বু লবোরোদগী মাইল ২ হেক চৎপদা লৈবা আশ্রমনি । লম্বী আমেরিকাগীনি । অদুনা য়াম্না ঈংনা নুংঙাইবা আশ্রম শেমগৎপদা য়াম্নমক খুদোংচাবা মফম্নি । মফম অসিদা ভক্তশিং উন্নবা ফংদবসিদগী হাওসতোন চৎনীংলম্মী । অদুবু লাপ্লবা মায়গৈ অমদা লৈখিবনা প্রোগ্রাম শেম্মীং শেম্মীং শেমদ্রে । এদ্রেসতি Houston, Texas, P.O.Box.420210.Houston, TX 77242-0210 নি । নীংশিংলকই । Selfless service is love made visible. - Swami Sivananda -

• • • • • • • • • • • • • • • • •

# বালটিমোর

তাং ২১/৯/২০০৪ ইং

য়ুমদগী অয়ুক পূং ৯.১৮ দগী খোঙশাল্লকই। হন্দক্কী খোঙচত্তা অহোংবা হায়ববু ওহাইওগী এক্রোন হেক য়ৌবদা চীং মানবা খর খর উবা ফংই। ইউ এসকী ঐনা থেংনরকপা ষ্টেটশিংদা লম্বী অয়াম্বা অমুক কুমথৈ অমুক কাখৎলি অসুম অয়াম্বা মফমদা তৌই। লূবা নানবা হেনগৎলকপোই নীংই। চীংথক্তা চৎলি হায়বসিদি করি অমত্তা খঙদে। অদুম হাম্নগী হাম্না চৎপগুম অদুম চৎলি। অদুবু কায়নথংদা মখা পাংনা লাপ্না য়েংথখিবদা অথাপদা লাপ্না লাপ্না শন্দোকখ্রিবা লমদমশিংদু উরে। অব্রাংবা মৈগী নক্তগা ঈশিংগী, ব্রায়ারলেসকী তাৱারশিং তাম্ন তাম্না উই। উমং, উমংগী উমং ঙাক্তা। লূরুক্লনা য়েংবদুদা ঐখোয় চীংথক্তগীনি হায়বদু খঙবগী ব্রানি, ব্রাংবদি নক্তমাল্লে। ফুট ৫০/১০০ গী নক্তগা ১৫০ গী মনুংদা ওইরমগনি। সার্ভিস প্লাজা অহুম থেংনরবদসু ঐখোয় পোথাদে।

লম্বীশিং অদুদি লেন মরিনা অপীকপনি। ময়ায়দা ত্রক্কী অমা কারগী অমা, ওই থংবা মতাইদা হঙ্গাম মপান মচুনা মতৎ মতৎ নাইনা য়েকপা পুলিশ লেন, অদুগা য়েৎলোমদা মরী তত্তনা য়েকপা ইর্মজেন্সি লেন তত্তনা থেংনগনি। মসিগী মওং অসুম্না ওইদা চৎপা লম্বীগী পরেং অমা য়েত্তা চৎপা লম্বীগী পরেং অমা থম্বসি চৎনবীনি। খজিক্তং হেক মবাং কায়বদা ময়ায়দা অহাংবা উগী নক্তগা নাপীগী শরূক থম্বা হায়বসি তত্তনা থেংনরবনি। মসি পল্লূরিবগী মরমদি চীংনি হায়বসি লম্বী মওংদুদা নীংশিংবা ঙমদে অসিনি। অসুম থৌরকপনা পূং ১.০০ তারকপা মতম অদুব্রাইদগীদি চীং মশক শেংবা অমুক হেনগৎলকই। ওহাইও হুন্দোক্তুনা পেন্সিলভানিয়া চঙ্শিল্লমদাইদা মাইল ১৫০ থৌরকপদুগী তোলগী পৈশাদি ডোলার ৫.৫৯ থক্তনি। অদুদগীদি চীংশাং পরেং পরেং উরকই। থাপ্না ইমু মুনা উরিবা চীংশাং অদুদি হাম্না উরকপা ফুট ১০০/২০০ গী নক্ত্রে ফুট ৪০০/৫০০ গী মওং মাল্লে। চীংশিংদু নুংঙাই য়েংবদা পূক্কীং য়াম্না নুংশি মতোন নাইদবা, মতুম মতুম নাইদবা চপ মান্ননা, মতোন অনেম অব্রাং নাইদনা শাংনা শাংনা উখিবা; মওং অমনি। অশেম্বা, নক্তগা শেম্বীবা মাল্লি।

পিটসবর্গ তাউন য়ৌরক্তদৌরে। পূং ২.২০ তারে। মোনরোভিল তাউন শিক্তক্লা লূনা লৈহৌরে। পিটসবর্গ য়ৌরে। ডাউন তাউন চঙলমদনা ফোরেস হিলদা থৌজিল্লি। চীংগী নীংথিনা শেন্নবা সহর মচানি মন্দির কাখৎলি। পার্কিংদুদা গাড়ী থারমদনা মন্দির ষ্টাফথক্তগীনি হায়না থারিবা মন্দিরগী হেক মনাক্তা লৈবা পার্কিং অদু তানা থৌজিন্দুনা গাড়ী থারে। মী অমত্তা লৈতবগুম নীংই। মনীংলোমদা ক্রেন অমগা আমেরিকান অনীথক থবক শুবা উই। মখোয়দা হংবদা অতৈ মীশিংদি তেম্ত মনুংদা লৈ অদুদা হংউ হায়দুনা

তাক্লকই। চঙদুনা য়েংবদা খা ভারত্তগী খূৎহৈবা তরেৎ, নিপান পূন্না থবক্কী শীন্দোক শীনঞ্জিন তৌরম্মী। মখোয় থবক তৌবগী অকনবা মতম ওইরম্মী। মন্দিব অদু পৈশা চঙনা নীংথিনা শাহি। খা ভারত্কী মন্দিরগী মওংনি। অহানবা শাবা মতমদা পানখিবা থোঙনাওশিংদু নীংথিনা হক্লবা নুংঙৌগী য়েম্মা লোইনা শীঞ্জিলহৌই। থবক পূন্না লোইশিন্দুনা তাং ২৩/৯/২০০৪ ইং ইরাইদা গনেষ পুজাগী অরোইবা উৎসব নংনবা কন্না হোৎনরিবনি হায়রকই। ঐখোয় মন্দির য়েংনা য়েংনা ফোটো নম্রম্মী; ফিলম নম্মী, মদুদগী মন্দির মনু'দা চঙ্লম্মী। মন্দির অদু য়াম্না ঈংনা নীংথিনা শেম্মী। সনা লুপা ব্রাত্তবা, ইনাক খূনবা, ভক্তীসু লৈবা ভরত মচা অমদি আমেরিকান মচানা পূন্না শেম্বা মন্দিরনিনা ফজে। শ্রীকৃষ্ণ, জগন্নাথ, সুভদ্রা, বল্ভদ্রা, গনেষ, গরুড়, আনন্ত, অতৈ অতৈ দেবতা অমদি দেবী কয়া মফম চানা চানা বেদি, বেদি শেমদুনা থম্রি। নীংথিনা অয়ুক্তা পুজা তৌখিবগী হৈ লৈ ধুপ চণ্ডনগী মনম্না মন্দিব অদু পূক্লীং হরাওহল্লম্মী; পুজাগী ভাব কন্না ফাওই। পুজারিদু চহি ৩০ মুক্কী নহানি। ঐখোযবু নীংথিনা ওকপীদুনা শিন্দুর নম্বী, চরনামৃত পীথকই, লাইগী নির্মল পীরকই। অদুদগী মথক মখা, নাকন্দা লৈবা লাইশিংগী মনাক মনাক্তা পুদুনা শক্তাকই।

পুজারিদুনা হায় মন্দির অসি খা ভাবতকী ভেনকতেশ্বরগী মন্দিবগী হেক মথংদা অনীশুবা অচৌবা ফজবা মন্দিরনি। ঐখোয়বু লম্বী চিংদুনা পুবীরগা কাং লৈবিবা নাকন্দুদা অমুক চৎলি। ''য়েংউ মসি সনাগী কাংনি, ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী কাংনি। অসিনা আনন্তনি, আনন্তদু চাউই। তু অসিনা ঐরাবতনি - ঐবাবত্তু মখোঙ নাম্মা থাঙ্গত্তুনা লেপলি। রাধা কৃষ্ণগী লীলা, বাল কৃষ্ণগী লীলা মথং মথং অব্রাং থংবা মন্দিবগী ফক্লাংদা পরেং শানা অয়েকপা লাইশিংনা ব্রারী লীরি।

মনীংদুদা ক্রেন মচা অমা থাঙ্গত্তুনা ঙৌরোক ঙৌবা আমেবিকান অনী থবক শুরিবদুদা চঙশিন্দুনা হংলুই। মখোয়না হায়রকই, তেমথায়বিবা চীংচেপ অসিদা মী ৪০০ গী সিট থাবা ওদিতোবিয়ম অমা শারগনি। ধর্ম সভা, কলচবেল ফংক্সন অমসুং অতৈ অতৈ হীরম কয়াদা খন্ন নৈনফম ওইগনি। ওদিতোরিযম ওইগদৌরিবা অদুগী তেমথোরকপা লৈমাযদগী ইন্থরকপা ফূট ২০০ রোম শাংবা ফুট ২৫/৩০ বাংবা চীংচেপ অদুদা থারিবা উপাম্বী মচাশিং অদু ফুট ৫/৬ লোইনা বাংলে। নীংথিনা হৌই, মনা শংই, মউ নোই, য়েংবদা নুংঙাই। ঐখোযনা য়েংলিবা নুমিৎসিগী মমাঙ নুমিত্তনা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ নংদুনা নোংশু কন্না চুদুনা নৌনা থোনগৎপা চীং লৈবাকশিং অদু কিস্থনীংবনা ব্রানা থাঙলি; অদুবু ইন্ মানবা ইনৌ নৌবা লাং অমনা চীংমায়দু থুংনা কূপশিন্দুনা লৈবাকশিংদু ঙাকই। লশিংগুম থোৎনা উই; মুন্না য়েংই, খঙদে করিনো হায়বদু হংদে; মিৎনা য়েংবদা ভাব তাদে। অকনবনা ফাজিন্দে, অথোৎপনা অঙমবদু

ফাজিল্লি। থবক হৌদ্রিবৈদা চীংচেপ্তুদি উ নিংথিনা হৌহলহৌরে উনি ইউ, এসতা মমল য়ামলিবদি।

ভেনকতেশ্বব মন্দিরদগী খোরক্লগা খৌরকপদদি পূক্লীংদা মণিপুরদা লৈরবোই নীংই। চীংশিং অদু হান্নগী মওংদগী ইহোং হোংলকই। মতোন নাইদ্রগসু ব্রাংনা হৌগৎলকই। শাংবা হেনগৎলকই। চীংশাং পরেংগী মতোনশিং অদুদি তেমখোক্লুনা শেম্বগুম অদুম চপ চপ মান্ননা লৈবি য়েংবদা অশেম্বা চীং অদুম মাল্লি। অদুগা হান্নগুম চীং লম্বীশিং অদুদি থেককোয় নাকোয় চেন্দে। মাইল ১/২ গী মনুংদা চাউনা চাউনা থেকখিবনিনা চীংনি খণ্ডদে। ঐখোয়না চীংদদি অযাম্বনা পূংদা কিলোমিটর ১১০/১২০ ফাওবাগী চাংদা থৌই। ঐখোয়দা নত্তে, থৌবিবা ময়ামদুগী মতুং ইনদবা যাদবগীনি। থেককোয় নাকোয় লৈতবনা গাড়ী থৌবগী অব্রাবদু লৈতে।

পূং ৭.১৫ দা ঐখোয় বালটিমোরদা থুংলে। যুমদুদা মৌদু নত্তনা কনা অমত্তা লৈবমদে। চিনফেন ফগ্রে। কাব ময়াম থাবিবদুদা চেম্ফোরকই। ময়ুমগা ফুট ৫০/৬০ খক্তা লাপ্পবনি। "পাবুং য়ৌবক্লেনা, পাবুং ব্রাদ্রা ? পোৎতু ঐ পাযজগে, পাবুং নহা মাল্লিনা, ইকন কল্লিনা, চহি কযা শুবে।" অসুম্না ঙাঙবগা লেপ্তুনা পোৎশিংদু তাপ তাপ পায়দুনা পুশিল্লি। মখা তাবকই, "অঙাং অনীগা মপাগদি চৎথোকখ্রি, হঞ্জিল্লক্রুর্গনি। হেক্তা পোখাবীযু।" হাযবিবৈদা ইমুং য়ৌদ্রিবৈদা লাকলম্মী। অঙাং অনী অদু য়াম্না নুংশি।

বালটিমোবগী খঙবা যাবা, যেংবা যাবা মফম য়াম্না লৈ। নিউয়োর্কতগী, ব্রাশিংতন্দগী, এটলান্টিক মহাসাগবদগী লাকপা জহাজশিংগী হিথাংফম ওইবিবা অবিবা সহব অসিং। ঈংনা তপ্না নুংশিনা শন্দোকখ্রিবা চেশাপেক সমুদ্রগী ঈপাক্তা আমেরিকাগী সভ্যতাগী বাবীনা পীক থন্না লৈবি। মফম অসিগী ইউনিভর্সিটি, জোন্স হোপকিন্স হোসপিটাল, ম্যুজিযম, ইক্কাবিযম মমিং চৎলি। অদুবু মতমগী যেংদুনা সিটিদা চৎথোকপা ঙমদ্রে। নোংমতং কায়থোক্লুনা ( অদুসু বাশিংটনগী হুমনি থল্লকপদগী নোংমা লৌদুনা ) শুপ্পগী ইক্কাবিযম অমদি দোলফিন শো যেংলকই। ডাউন তাউন্দ চঙশিন চঙশিল্লগা লূনানবা অসুম অসুম হেনগৎলকই। দলান্না ব্রাংখৎ ব্রাংখৎলক্লগা মখানা লূবা নানবা অসুম অসুম হেনগৎলকই। ইউ, এসতা মনম মহা চেনবা, গার্বেজগী মনম নমথীবা মফম অমত্ত থেংনবক্রে। পার্কিং থিবা অবাইবা নত্তে। চপ চপ মান্নবা। লূবা মাগ্নে, চিনবা মাগ্নে। চাউখ্রবা সহব অদু পার্কিং থিবদা ষ্ট্রিট ফনা যাম্না চৎলূরে। পার্কিং ফংদে। অমবোমদা চৎলি ফুল। অমবোমদা চৎলি ফুল। মসিগী মকওইবা মরমদি পূং ২৪ ব্রার্কিং হায়বসি য়াম্না চৎনৈ। মীশিংসু অযুক পূং ৬.০০ তা কারগা ৩.০০ দা হনবা; তরেৎতা থবক কারগা মবিদা হনবা, নিপান্দা কাবগা মঙাদা হনবা য়াওরি। মী অমনা অযুক্তসু কারগা নুংথিল হল্লক্লগা নুমিদাংব্রাইবমদা অমুক কাবসু য়াওরি। নুমিদাংদা

কাবসু য়াওরি। থবক অমত্তদা অয়ুক্ল অমনা তৌরদ্রগা নুমিদাংদা অমনা শিনবসু য়াওরি। মসিগী মরমদি মখোয়গী তলব পূংদা শায়; থবক্তা শায়; নুমিত্তা শাদে।

হোটেলদা, দুকান্দা, কারখানাদা, স্কুল-কলেজ-ইউনিভর্সিটিদা মথল কয়াগী কাউন্টরদা নহা চহি ১৮ দগী ৮০ ফাওবগী মীওইশিংনা মশা ইথীং ইথীং থীংনা থবক শুরি। বালটিমোরগী ডাউন তাউন্দগী নুংশিরবা নহারোলশিংনা মশা থীং থীং লাউনা থবক শুহৌবদু মিৎসিনা শঙ্ শঙ্ উরি। টুয়েল্ভ ক্লাস ফাওবগী অঙাংনা থবক শুবা য়াদে। মমা মপা দন্দী চায়। মতুংগী নহাশিংদি অঙকপা খোইরেন মশা পানবনি, থবক পূম্বা মখোয়গী মথূত্তা নোল্লুকপনি। মখোয়না কলেজ তম্না তম্না, ইউনিভর্সিটি তম্না তম্না, লাইব্রিক পানা পানা থবক শুই। মখোয়না সহরগী ব্রাই শিংলি, কার চাম্মী, হোটেল ব্যারা ওই, দুকান পোৎ য়োল্লি, মফম খূদিং এপ্রোন শেত্তুনা নোম্বা নহারোল মপান নাইদনা থেংনগনি। কনানা কনা অমত্তবু ইকাইনদে, য়েংশিন্নদে, নোক্নদে, করেমনদে, লেম্নে, হরাওনৈ, থাগৎনৈ, নুংশিনৈ। য়ম্না ফজ্জেদা! য়াম্না ওইজ্জনীংইদা! মতৌ তমজ্জনীংইদা! অদু ওইরগদি ইরৈবাকসু থুনা চাওখৎকনিদা!

নোং ঙাল্লগা ব্রাশিংতনগী প্রোগ্রাম লৈবদু কক্থৎলগা বালটিমোরদা ওনশিল্লে। মথক্তা শমতক্লা পল্লিবসি তাং ২৪/৯/২০০৪ ইংদা উরকপা ব্রাখলগী মমি থরনি। বালটিমোরদা খোয়দানরিবা মফম অমদি র্বালদ ত্রেদ সেন্টরগী অকোয়বা নোংপোক, নোংচুপ, থা অব্রাংগী মতেক অদুনি। সমুদ্রগা হেক থংনবা তোর্বান নীংথিনা শেন্দ্রবা মখল মখাগী য়েংফম, পোথাফম, ঈশৈ নোংমাইগী ইন্দোর অমদি আউদোর ওদিতোরিয়ম, ওপন হোটেল, ইন্দোর মোনুমেন্ট, ম্যুজিয়ম, লল্লোনফম লোইনা উবা র্বালদ ত্রেদ সেন্টরগী অকোয়বদুনি। মদু তানা চৎপদা ঐখোয় মফম কয়ামুক হান্না য়েংলকই। অহানবদা ডাউন তাউন্দা থৌজিল্লি। সার্ক্যুট য়েংই। ফিলম রোল লৈরকই। নীংথিনা চাউনা ফম্বা সোপিং উবদা নুংঙাই। অমুবা ঙাক্তনা অয়াম্বা থবক তৌই। ব্রেষ্ট পার্কতদি ইন্দিয়াগী পটেল ব্রদর্শ মমিং চৎলি। এসিয়ান গোর্মেত য়ৌরে। অসুম কুমথরকপদা সহরগী মচী মচীদা পার্কিং থিরুরবা তুংদা ত্রেদ সেন্টর য়ৌরমদাইদা থর হাইজিল্লপ পার্কিং অমা ফংলে। হংবদা রস অব্রার লৈতে। ডোলার অনী পীরগদি থানীংবা মতম থাবা য়াগনি হায়রে। তাঙলবসু তাঙনা ঐখোয় নুংঙাইরে। ঐগী ব্রাখলদি এটলান্টিক মহাসাগরগী ঈশিং উগনি হায়বা অসিতনি। লৈমিন্নরিবা অঙাংশিংনদি এক্কারিয়ম য়েংদনা চৎখিনু অসিনি। ইপূন পূল্লে নুংঙাইরে। হেন্না নুংঙাইরিবদি র্বালদ ত্রেদ সেন্টর উরগনি ( নিউ য়োর্ককী নত্তে ) হায়বসিনি।

মফম অসিদা ইন্নর হার্বর গেৎমক্তদা অচৌবা জহাজ অমা ইহান হান্না খোঙনা লানশিনগদবা খোং অদুগী ময়াদা থম্মী। মজুনরদুনা য়েংনীংবা পোক্তে অদুনা

লানশিল্লগা চংগে খন্দুনা খোঙকাপ ৬/৭ হেন্দোকলুরে। হন্না য়েংবদা সাইন বোর্ড অমদা ময়েক খর চাউরগ্না ইরি- মরোলদু হাইফেৎ পাক্লরে। ইরি, **" One of the American Treasures.... Saved from the Pearl Harbour...."** অদুদগী হেন্দোক্লুনা চৎপা শুমদদুন অমুক হঞ্জিল্লক্রে। জহাজ অদু য়েংনীংবা পোক্লম্মী। মখাদা থারি - **TANEY SHIP- Served by the coast guard- Cutter.** জহাজ অদুগী মফম মফম খরদা নোংমৈ মল্লনা বোম্বা পানবগী দাগশিং লৈ। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওদা আমেরিকান অমদি এলাইদ ফোর্সনা রাজখিবা, মায়থীবা য়ারম্বা তাঞ্জাদগী নাম্ভোরক্লুনা পৃথিবীদা গনতন্ত্র কন্দুনা শুসিগী পৃথিবীনা গনতন্ত্রগী শাসন লিংখৎনরকপা, নিংথৌরেল অমদি নিংথৌশিংগী শুপ্নম শাসন, নমথু কয়া নমথখিবগী ৱারী অপানবশিং, নাকোইনবশিং কয়া অমা জহাজ অসিনা লীপ্পী। হন্নাও নুংঙাইবা ঈশিংগী, কংকালগী, অতিয়াগী ময়াম অমা য়েংগে চৎপবু ওন্ন তৈনবনা ৱাহৌদোক ওইরে। লানগী মৈচাক, লানগী মৈশা কয়া লাংখিবা, মীওই লাখ লাখকী থৱায় মাঙহনখিবা কোটি কোটিনা লমজা শারা ওইনা ৱানা ৱানা হিংহৌবা; নুপী অঙাং কয়ানা নরক্তা হিংহৌবা, খোঙতেক মিত্তাঙগী ৱারীশিং মাঙদা লোইনা উরকই।

অইবগী হৌজিক কক্‌চিংদা লৈরিবা খাংপোক অদু আমেরিকানশিংগী তোপ অচৌবা অমা খিনফমনি। য়ুময়াই মপা অদুমক্তি। আমেরিকান নুপী (বৃটিশ ওইরম্বসু য়াই)অনী অনীনা তোপ মরু হোক্তিনবশিংদু মিংনা উরকই। অমুবা ৱাংচাউবা থবক শুবশিংদু উরকই। ভারত মচা মুশিন মুশিন মুবা কুলিশিংদু উরকই। তোপ মচিন অচৌবদুনা নোংথক্তা পাইবা এরোপ্লেন অদু উরুরু লৈদুনা পান্দমলিবনি হায়দুনা য়েংবদু উরকই। তোপ্তু কাপ্পদা মী অহুম চঙই। অমনা দুরবিন য়েংই। অমনা মেচিন্দু উংদুনা মপা চানবা হোৎনৈ। অমনা চোঙদুনা কাউনবা লেপলি। ঐখোয়গীদি লান চেন্দে। জেপ থন্রিবসিগী মনীং লৈরক্তা ঐখোয়গী পাবুং ইমাগী য়ুম্নি ;মথং মথং নীংশিংলকই ;বোম তাবা মতাং অনীদা ইমানা ৱাখিবদু। ইনাওনুপা ঐনা চহি ৪/৫ হনবনি তম্পাক্তা পিশিক পিক্ল চৎপা হৈক্তিঙৈ ইমানা পমদুনা শুমাঙদা তৌবা লানগোমদা চেনবদু নীংশিংলকই। লানগোম মপাদু হৌজিক্তি ইচানুপা নারায়নগী নীংথিবা ফজবা লৈকোল ওইরে। উখোকতেন্দা ঙাদুনা ঐসু মনাক্তা লৈরিঙৈ ইনাওদুনা তম্পাক্তা খোম থক্লিঙৈনি। অমনা চাক থোংলিঙৈনি,য়েনশাংদু শৌরিঙৈ ওৎলিঙৈমক্তনি ,দ্রং দ্রং দ্রং চাক য়েনশাং অদুম হন্দোক্লন্নে। ইনাওদু মখূৎ নাম্মনা পন্নগা ঐবুনা নাম্মনা পায়দুনা লোইনা হন্দোক্লন্নগা য়ুময়াইদা তৌবা কোমদা চেনশিনবনি। অসিদা নত্তে,অয়ুক্ত কাপ্পবা, লান্দ বোম থাদবগী

মচেংনা শম্বোং খোয়রম্বশিং শোকপা, শিবদা য়াওহৌদবা তায়াইমা মখোক্ত খূনীংদা পানবগী ব্রারীদু নীংশিংলকই । পাংকী তাদা যুলোলশিং ময়ুমগী লাঙ্গোমদগী খজিক্তং লীংখৎলকপদা মিত্তা পান্দুনা পূনশি চুপ্পা মিং য়াখিদবদু নীংশিংলকই । য়াচংবদা তমথীবা অমুবশিংনা নুপী অঙাং কোইথি খিরকপদগী নুপী অঙাংনা লান্দগী হেয়া কিনদুনা লোংনবগী ব্রারীদা তাদা মঙ্গিজাওনা ( ঐখোয়গা পূম্না লৈরি ) শুক্লা থাদুনা হাংখিবগী ব্রারীদু নীংশিংলকই । মরক্তুদা অঙৌবশিংনা সেম, কোমলা পূক কায়না পিজরম্বগী ব্রারীশিং নীংশিংলকই । খঙদে লানবু হায়রদি হৌজিকসি হেক্তা কি । চহি ৬, ৭তা, ৮ দা লান থেংনদুনা কোয়চেন চেন, মিপাই থবাইখিবদু হৌজিক ফাওবা হন্দ্রে । খঙদে লানদি শুকপাম পামদে । পংকিদা কি । মসিনা জহাজদু উরুবদগী খল্লকখিবনি । ইশিনবা য়াবা ইশিল্লি, ফোটো, ভিদিও নম্মী । ঐদি য়েংনীংবসু, খম্নীংবসু লোইহ্রি ললিতনা মখা চথগ্রে, ঐবু ঙাইহিরি । অদুদগী ঐসু ইম্নরে । থোং লাপ্লেক্লগা ঈশিং মপান্দ অরাংপাংনা অরাংবা দলানশিংগী মমাঙদা চৎলি । অচৌবা ঈশৈ নোংমাইগী বিল্ডিং, লাইবিক য়োনফম, পাফমগী চাউরবা বিল্ডিং অদুত নত্তবা অতৈ মথং মথং ব্লোক অমা লৈরগা নোংচুপ লোমদা হাইজিল্লগা **World trade centre** লৈরে । **September 11, 2004** দা থুগায়খিবদু নত্তে, বলাটিমুরগী **World trade centre** নি ।

মমাঙদা তাং ২১/৯/২০০৪ ইংদা ইফিং ফিংনা মমাঙলোমদা হাইফেৎ য়েংগ্রবনি । ঙসিদি মমাঙদগী লাক্লগা মনীংলোমদা নীংথিনা জ্ঞান তানা য়েংই । মতম কাইখোকপগী নুংঙাইবা ফংই । লৈ থারিবদুদা ফম্লগা প্লেট য়ুংলিবদু পায় - ঐনা ললিত্তা ভিদিও নমহল্লি । **"Top of the world"** অসিনি ময়েক অচৌবনা থারিবা । মমাঙদসু য়েৎ থংবা নাকন্দা থাহৌই । মদুদগী খনবা হৌখ্রনি । ফনা কুইনা থল্লি । মখা ইরিবশিংদু পাববু নংদে ।

পৃথিবীগী দেশ ২০০/৩০০ অসিগী শেনগী ভেল্যু নুমিৎ খূদিংগী অনীরক অয়ুক্তা অমুক নুমিদাংব্রাইরমদা অমুক হোত্তুনা পৃথিবীগী কৈথেল পূম্নমক্তা পাউ থাদোকই । কয়াদা য়াঙখ্রবা । হায়বদি ভারত্তা থাংজিন্দুনা পারসি, ডোলাব অমগা লুপা ৪৭.৫৭ কা মান্নরে হায়দুনা অয়ুক্তা লাউবে । নুমিদাংব্রাইবমদা ৪৭.৪২ দা লৈরে হায়দুনা লাউখোকপা ঙম্মী । অদুনা ডোলাব অমগীমমল অসি ৪৪ অমুক ওই, ৪৫ অমুক ওই, ৪৬ অমুক ওই ৪৭ / ৪৮ অমুক ওই; ৩০ দসু ওইখি ২৮ দসু ওইখি । মসিগী অসুক কূপ্পা জ্ঞান অমদি হৈশিংবা অসিগী মনুংদা ব্রাফম অনী মরুওইনা লৈ । মদুনি ঐখোয়না খঙদবা ইকায়গদবসি । অহানবদা ভারত্তা আন্দলন তৌদুনা স্ট্রাইক, বন্দ, ধাবনা তৌদুনা,

ইমগ্রেশিংনা থবক নীংথিনা শুদদুনা ওফিসতা ফম্বদু আমেরিকাদগী উই। অদুনা থবক শুত্রবনিনা পোথোক লৈত্রে। পোথোক লৈত্রবনিনা পোৎতু তাগুলে, পৈশা হোগুলে। খূদম ওইনা ঐখোয়গী খুঙ্গং অমদা য়ুমথোঙ খূদিং আলু থারগদি আলুদু কেজ্জিদা লুপা অমত্তং পীয়ু হায়বদসু পীনীংলোই। মরমদি লৈবীগদবা ঐগীসু আলু লৈহৌই। অদুদগী মখায়দা হস্থরকউ হায়রকপা তাই। অসুম্না মখল কয়াগী থবক শুরিবশিংনা নীংথিনা শুববদি পোত্তু ইহোঙ হোঙগদবা, পৈশানা তাঙ্গদবা। ঐখোয়গীদি থবক শুদ্রবনিনা তলব লীশীং ২০ চাবসু কার তোংবা ঙমদে, মসিনি। অনীশুবনা, আমেরিকাদা (ডোলার পাম্ম বনিনা আমেরিকাদা প্রমাণ পীরে) মখোয়গী মীশিংনা থবক কম্না শুরবনিনা পোথোক য়াম্না লৈরে। অদুনা মীগীদি পোত্তু মমল অসুম হস্থরক্রে; মতম অসিদা থবক শুহৌদবা ইন্দিয়ানা পোৎ লৈরমদাইদা ডোলারগী মমল ভারত্তা পৈশা য়াম্না পীবা তাবা, মরমদি আমেরিকাগী মীনা ভারত্তা পোৎ লৈরমদাইদা পোত্তু ব্রাৎলবনিনা লুপা য়াম্না পীবা তা রা হায়বদি ডোল্লর অমগা লুপা হেনগৎনা য়াম্বগা মান্নবা তাবা। অশন্বদা ডোল্লরগী ভেল্যুদি লৈরে পোৎ য়াম্না ফংলে অদুগা লুপাগী ভেল্যুদি হস্থরে, লুপা ময়াম্না পোৎ খজিক্ত ফংলে। অসুম্না থবক শুদ্রিবা মখে লুপাগী ভেল্যু হস্থবনা পোৎকী মমল লুপা যাম্না য়াম্না পীবা তারে। মসিনি মণিপুরদা কারগী মমল লুপা লাখ নিপাল/তরা/কুন পীরিবা; অদুগা আমেরিকাদা ডোলার লীশীং তরা / তরানিথোই অয়াম্বনা কুন / কুনমঙা পীরিবা। ডোলার লীশীং অমদসু অফবা কার ফঙ্গনি। ডোলার লীশীং থাদা চাদবা মীদি অমত্তসু লৈত্তে। কার অহনবা অমা থা অহুম/মবিগী তলবনা লৈবা ইরায় লায়না থোকই। পৈশাগী ভেল্যু ব্রাংই; পোৎকী মমল হোংই।

পৃথিবীগী পৈশা পূম্নমক পাথোক্লগা নোংমদা পৈশাগী ভেল্যু অনীরক লেপ্লিবা লৈবাক অসিনা চহি তরাদসু মতা চাদ্রবদি পৈশাগী ভেল্যু অমুক ফাওবা লেপ্পা ঙমদবা ঐখোয়না করম্না তাম্নগনি ? থম্থমিন্নসি লৈবাক মচাশা ! মণিপুরদা চহি কূনগী মমাঙদা পুরুবা পৈশাদু ঙসিসু অদুম অদুথক্ত শিংগনি; মসিবু ঙক্তুনে। ফৌ শংবাইদা লুপা কুন পীরিঙেদা পুবা পৈশাদু ফৌশংবাইদা লুপা ২৫০ পীরবদসু হান্নগীদু অদুম শিংগনি; মসিনি ঐখোয়গী ইকোনোমিগী অশোনবা। মসিদা কবি হোরবগে থিমিন্নবা য়াম্না মতম চারে। মরমদি ঐখোয় ফনা তলব চারবসু পৃথিবী তান্নবা ঙমলোই। মমল - প্রাইসতি মিৎনা উরে মমল-ভেল্যুদি সৌশিংনা উদ্রি। বালটিমোরদা খ্বাইদগী ব্রাংবা ত্রেদ সেন্টরদু ইম্নর হার্বরগী মপান্দা ঈশিঙ্গ ফূট ৫০ থক্তা লাপ্পনা লেপ্লিবনি। হার্বর মপাদুসু পৈশা কম্না তাম্লি। মী অমমম্ তোংনবা ব্রায়হল্লগা পৈশা তানব হি, মী তরামুক তোংবা হি, মী ৫০/৬০ তোংবা হি, ইঞ্জিন্না থৌবা তোংনীংত্রা, ঈশিংনা থৌবা তোংনীংত্রা - অমুবী

অচৌবী নুপীমচাশিংনা টিকেট য়োল্লি। ইউ এস তা সরকার - লনাই নাইদে সেবা তৌবা মী পূম্মক কাওবু কাওবু অদুগী ইউনিফোর্ম নাইগনি, থবাক্তা কার্দ য়ানগনি। হংউবা নাইদনা যান্ত্রিকশিংগী শূক্লীং খঙবীগনি ওস্থেক্রা মচিন য়াংবা। য়াহে অমা অনীতনা মীবু পেলহনবা চপ মায়ে, অচৌবা সহর নিউ য়োর্ক ওইসনু, অপীকপা বুলবোরো ওইসনু থবক শুরিবা মীশিং অসিগী তেম্না ঙাক্লবা মীবু নুংশিহনবা চপ মায়ে। ঐখোয়গী মীচঙ মীখায় নাইবা, শকচু য়েংলগা নোক্লনীংবা, মীগী থবক য়েংলগা করেম্মনীংবা, মপা মপু হংলগা ব্যবহার তৌনীংদবা ময়ামদু মী লাখ লাখ উরকপসিদা থেংনরক্তে। অঙকপনি, মখোয়গী শিক্ষাগী ফল।

মতাং অসিদা ইলিমেন্টরি স্কুলগী ক্লাস খুদিংগী মমা মপাদা চহি অমা মচা করম্মা, নুমিৎ খুদিং করম্মা য়ুমদা শেম্মরক্কদগে হায়বা মপা মমাগী মথৌ ময়াম ইদুনা পীবা লমায় ৭৮ পানবা লাইরিক অদুগী অয়োইবদা ইরিবদু নীংশিংলকই - **Notice To Nondescrimination. It is the policy of the West Bloom Field School district that no person shall, on the basis of race, color, national origin, sex, age , height, weight, religion, material status, disability or sexual orientation, be excluded from participation in, be denied the benifits of, or be subject to discrimination in employment or any of its programs or activities. (Page 73 - West Bloomfield School District, Elementary crriculumn Parent, Handbook K-5 (2004)** মসিদা লোইনা য়াওরে। মীগা মীগা নুংদা ঈশ্বরনা মাম্নহল্লকপদু, চপ মান্নবা ব্যবহার থম্বীরম্বদু আমেরিকাগী অঙাংশিংদা নৌরিঙ্কেদগী মসি তাননবা লাইরিক তম্বী, সমাজগী চৎনবী তাকপীরকই। অদুনা শুক্তোকপা মী উগে ফংদে। য়েংউবা য়াদে - মথক্তসু পনগ্রে মোমোন নোকশিন্নরক্কনি হায় গুদ মোরনিং হায়রক্কনি চেকশিল্লু, মনাংনি। পাউখুমগী থৌরাং তৌজৌ। ঐগুম্না চোপচনি। অদুদগী মতম ওইরে হায়দুনা ঐখোয় মেন এক্কারিয়মদা চঙলে। অহানবা চঙবমক্তদা মনুংদা তৌরমগদৌরিবা ময়াম অদু পর্দাদা পাক্লা পাক্লা সিনেমা ওইনা উংলি। টেলিভিজন্দা উংলি। য়েংফম থঙবা নক্তে। ইশাগী প্রোফেসন য়াওদবনিনা, রিসর্চকী মচাক য়াওদবনিনা পঙনুং নুংঙাইবগী য়েংবদুনি কদায়দা কয়াম কুইনা মিংসি থন্নুগনি মফম থঙদে। ঈশিংগী ফজবা, ঈশিংগী জীবগী অঙকপা নুংঙাইবা, কংফালগী ফজবা, কংফাল জীবগী অঙকপা, জংগলগী অঙকপা, ঋতুশিংগী মচং, অতিয়াগী উচেকশিংগী পুনশি, সমুদ্র ঈরোম্নুংগী পাম্বীশিং অমদি ঙা লোইনা মথং মথং

মমিং মথা মাগী মাগী হৈনবী লোইনা উৎপগা, ভাঙ্গবগা, ইদুনা থেৎপগা কনানা য়েংফম খঙনি। চঙখিবগা ময়ায়দুদা ঈশিং অচৌবা অমদা বুলনোজ রে, স্পোত্তেৎ ইগল রে, রভতেল রে, কাউনোজ রে, সাউর্থনষ্টিং রে অসিনচিংবা রে কৌবা ঙা সেকপি মানবা মথল য়াম্মী রে ময়ামদু ঈশিংদা চারি। ঐখোয়না গ্রাউণ্ড ফ্লোরদগী য়েংথবনি, ঈশিংদুনা বেজমেন্টতা শেম্বনি। এক্বরিয়ম অসিগী গ্রাউণ্ড ফ্লোরগী মথাদা বেজমেন্ট লোইনা লৈখিবনি। সিনেমাশিং অদুনা গ্রাউণ্ড ফ্লোরগী ফক্লাংদনি। ঈশিংদুনা য়েংথরগা বেজমেন্টনি। ফক্লাংগী শাংলবা ঈশিংদুদা ঐখোয় সমুদ্র মনুংদা লৈবগুম থলহল্লি ইমম মমহল্লি। ঈশিংগী মথক্তগী নুমিৎ মঙাম্না সমুদ্র মনুং ঙানবগুম ঐখোয় উহন্দনা ইলেক্ট্রিক্কা শান্নবা মাল্লি মৈদু থর ঙানবা থন্না মম্বা নাইহল্লি। মীগী চাংদা চাউরবা শার্ক ময়াম হঙৎ হন্দা শান্নরি। পূম্নমক য়েংনদা কাউথিনি হায়দুনা ললিতনা ভিডিও নমলি। ঐগীদি য়েংবতনি, ইশিনবতনি।

মথংদা এলেঘেনী চীংজাওদগী হৌরকপা ঈফৃৎনা ত্রোং ত্রোং লাউনা ঈচিক চিক্লা চেস্থরকপা ঈশিংদু তূর্মন্না যেংই। গুহাদা ঙা মচা মযাম চারি। চেশাপিক সমুদ্রদা তুরেন্না ঈপাক ওইরক্তু না চেস্থবকপদু উৎলি। পৃথিবীদা খ্বাইদগী হেন্না মমিং চৎলবা ব্লুক্রিভ হায়বদু ফজনা লেপ্প্রি। কা অনী অহুম কান্দুনা ব্লুক্রিভ উৎননবা হোৎনরি। চীংনুংদুদা ঈফৃৎ মনাক্তুদা ঐসি ফমলিবোই থলহল্লি। অসম্না উৎলিবসি পাকচাউরবা কানুংশিংদুদনা মথল মথা যাম্মী। পূং ১.০৫ থক্তা যেংবগী মতম পী হাযবদি দোলফিন শোগী মমাঙ মমাঙদা যেংহনবনি লোইবগা অমুক যেংবদি যাই। অদুবু মতমগী বাফমনি। কা অসিগী অবোইনদা বেস্থ শার্ক যেংলগা মথক্তা কাখৎলে। ঐখোযনা অহানবা য়েংথিবা বেজমেন্ট অমসৃং গ্রা ণ্ড ফ্লোবদুনা বিংস ওয নাটব কৌই; ঙা উচেক মানবা, রে, পেঙ্গুইন, ওক্তোপস মথল কয়ানা মশানা, মমৈনা, মশোংনা হুমদুনা ঈশিংদা শান্নবশিং উৎপনি। হৌজিক যেংলিবা অনীগুবসিনা মেবিলেগু মাউন্টেন টু দা সি হায়না কৌই। মসি লোইশিল্লগা অহুমগুবা মথোন্দা কারে। মথোন অসিদা সর্ভাইভিং গ্রু এদাপতেসন হায়না কৌই। জীবশিংনা ঈশিং মনুংদা লৈ মান্না মান্না মরেঙ মবেঙ চত্তুনা শম্নামুক্তা কৃপ্পদগী খৃবাক খৃবাকমুক পাকপা ফাওবগী থোৎ নৌনা হিংবশিংদু উৎলি। ঈশিংদা হিংবনিনা তপ্না তপ্না নোম্বদু য়েংবা নুংঙাই। থোৎনা জগোই শাই অমত্তা মোং হাদে। অদুদগী ঙা মথল কয়ানা অথেনবদা, অরুবদা, য়াম্না লুবদা হিংলিবদু উৎলি। লৈবাক মথক্তা, কংফান্দা উথক্তা হিংবশিং উৎলি। তিন্না হিংবা, য়োংনা হিংবা, শানা হিংবা, হিংবগী নান ময়ামসি উৎলি। মরক্তা অনীগুবগী মথোনগী উৎপদুদা কংফানগী শরুক্তা য়াম্না থব্রাই য়াওনা উৎহৌবদুদি থায়নগী ফূট ৭০/৮০ শাংবা মমৈ শাংবা জীব মথল মথলগী শরুশিংনা ব্রাংন ব্রাংনা উরগা নুংঙাইহনবদুনি - মরমদি চহি মিলিয়ন য়াম্ধেগী মমাঙগী

জীবশিং হায়না থারি। খম্নুরগা কয়াদি ঙকই; ঈশ্বরগী খুৎশেম, মখোয়শিংদুনা করিগী ঙসি হিংদ্রিবা, হৌজিক হিংলিবা ঐখোয়না মিলিয়ন ইয়ারগী তুংদা করি ওইহৌবা খঙ্গকই। ফোটো নত্বা ফিল্লম নত্বদি তোক্তে।

অদুদগী মখোন মরিগুবদা কারে। ইঙক ঙকই। নোং থাকই, নোং তাই। কালেন ওই,নুংশা শাই। নিংথম ওইহল্লি, কৈচিন থারকই। এটলান্টিক সমুদ্রগী অঙাওবা হরিকেন উৎতলি, পেসিফিক ওসিনগী অঙাওবা সাইক্লোন উৎলি। অৱাং নোংপোক আমেরিকাগী আমাজন তুরেনগী জঙ্গলগী মতৌ লোইনা উহল্লি। নাকোং পঙশিনবা নোং নোংথাং, নুংশিৎ, য়ুহারবাগী মওং পূর্ক্লীংদা ফাওই; মতৌদু হেক মালহল্লি। অদুদগী মঙাগুবা মখোন্দুদি মিংশেন্না কুপ্পা মতোন্দি বিন্দু অমত্তদা লোইশিনবা ৱাংলবা দল্লানগী মওংনি। উনা শাবা থাক থাক্তা উরুরু লৈদুনা কাখৎলি-উ ময়াম হৌহল্লি, উজাও অচৌবা, মরা য়াম্না য়াম্ন্দুনা তাবা হৌহল্লি, উচেক মখল মখল তোংলি পাইরি- নোংসু তারি, ঈফুৎসু চেস্থরি। নুংজাও কয়াগী মরক্তা শুরুংদা চৎলুরি ট্রোপিকেল রেনগী ফোরেশতা লৈবা কুমগী মওং শা উচেক্কী মওং উৎপনি। ৱাংনা কাখৎলগা মতোন্দা মায়গৈ মরিদা মিংশেন্না থাজিনবা এটলান্টিক সমুদ্র য়েংফম অমা লৈবম্মী। সমুদ্রবু উরগদি ঐদি অদুম ঙাওখ্রে। চীং উবসু ঙাওই, উ উবসু ঙাওই, অতিয়াসু ঙাওজৈ অদুবু সমুদ্রনদি পূংথোই থোইনা ঙাওজৈ। মীনা কৃক কৃক ইন্নবা ম্যুজিয়ম অসি য়েংবদি ইতোমতা যেংবগুম থম্লি।

মসিদগী কুমথরকপদা পূং অমগী মতম চৎখ্রে। থুনা ঐখোয় ইন্নর হার্বরগী সমুদ্র মথক্তা মেন এক্কারিয়ম অমসুং ওল নিউ ডোলফিন শোগা শম্না শাবিবা তনেলগী মওংগী থোং অদু লানশিল্লি। অদুদগী দোলফিন শোপ্পা চঙই। ঐখোয়না চঙবদা মী তংখায় লৈরম্রে। ময়ায় ওইনা ফম্মী। ভাবক্তি অঙৌবনা চাদা ৮০ অদুগা অমুবা চাইনা জাপান কোরিয়ানা চাদা ২০ ওইগনি। ইন্দিয়ান ইউ উদে। ঐখোয়দি মতম পুন্নদা কোরিয়া, চাইনা, ফিলিপিন্স অহুম অসিদা চল্লি। ইন্দিয়া হায়রুরগনা আমেরিকাগী রেদ ইন্দিয়ানশিং ওইনা চৎলি। রেদতি লৌথোকখ্রে। নেগ্রো হায়বসু চৎনদে, অশাউবী ওইরে; ব্লেক হায়না চৎনরে।

এক্কারিয়মদা শান্নরমলিবসিদি শুপ্লতগী ঈশৈনা জীবশিংদা পী.বা ঈথিন অদুনি। হৌরমদাইদা ফিল্লমদা উৎলি। ঈশৈনা য়েননাউ ঙাওহনবা, ঈশৈনা শগোল, শামু, দোলফিন, নোংশা, উচেক, ইরোই, শজি ময়াম ঙাওহনবগী মওং উৎলি। তান হৌনা থারগা, নুংশিবা যন্ত্র খোংজিল্লদুনা ভিডিওদা উৎলিবা অদুগা মান্নবা দোলফিন ট্রেন তৌরিবী নুপীমচা অহুম অদুগা নুপমচা অদুগা থোরক্তুনা তান থাবা, মশা নোম্না হৌরকই।

ভাবোকসু খুবাক খুহল্লি। অদুদগী দোলফিন অহুম মরি অদু ঙাওবা হৌরক্লম্মী। ঈশিং অদুগী মমায়দা শান্নফমগী নুংগী অপাকপা অদুগী মথক্তা ত্রেন তৌরিবীশিংদুনা লেপ্তুনা মখোয়গী নুংঙাইবদু উৎলি। ময়ামসু নুংঙাইহল্লি। অদুদগী উৎপা য়াবা কয়া উৎলি। নুপামচা নুপীমচা খরদি মাঙদা থানীংবা থাহৌ, জেন্টলমেন লেদিশিংদি মাঙদা ফম্বীগনু দোলফিন্না লংনরক্কনি হায়না লাউথোপদগী চহি ১৪/১৫ গী অঙাংশিংদি য়েৎসু ওইসু মমাঙ থংবা তান্নখ্রে। ঈরোইবা, চোংখৎপা, বোল চিক্কুনা শান্নবা, লেপখৎতুনা চৎপা, মাঙদা তুংদা ৱাংথৎনা চৎপা, রিংদা চোংদুনা লিৎপা পূম্নমক দোলফিন অহুমনা পোখাবা লৈতনা উৎলি। মমাঙ ফম্বা অঙাংগা দোলফিনগা বোল লংনৈ, ঈশিং চাইশিন্নকই, ইচোৎ চোৎহল্লি অঙাংশিংনা হরাওই। অসুম্না শান্নবা আইতেমশিং অদু ঈশৈগী পুং শেলদি লেপ্পা লৈতে। তান থাবা লেপ্লদে। সলাম তৌহল্লগা মমৈদা লোইশিল্লি। আইতেম পূম্নমক অনীরক হন্দে; শরক শিবা হায়বদি ঙাইনবা নাইদে। মিনিট ৫০ গী শো উৎল্লি। মীওইবগী মরোন খঙবা, ঈশৈগী তান্দা থবক তৌবা ঙম্বা দোলফিনশিং অদু ওম্ফোক্রা শিংই।

লমদমসিদি লৈনুংসু তনেল ময়াম, অন্দরগ্রাউণ্ড তনেলশিং, দোলফিন, উ, নাপী, শোরোক, ঈশিং, পাৎ, লৈকোল, মফম খঙদে পৈশা তাল্লি। পৈশা তান্দবা পোৎ, মফম অমত্তা লৈতে। পৈশা তান্নবা উপায় ময়াম অসি উরগা ঙকই। ইঙাও ঙাওই। সাইকল অমনবা, হরাগাড়ী অমনবা, বেল অমনবা, যুম অমনবা, চক্রি শুম্বল অমনবা, লালটেন,গ্রামফোন অমনবা, চফ্ উয়ান অমনবা, কবিনো থমদবা লৈতে পৈশা তান্দবা লৈতে। ম্যুজিয়ম অমদি পার্কনা মকোক্লি। ঐখোয়সু থমজিন্নবা পোৎতু ফংদবনা শাবগা, যেক্লগা তৌবা যাগনি। ৱাশিংতন মথক্তদা অচৌবা ম্যুজিয়ম তরাগী মথক্তা লৈ । নুমিৎ মঙা তারানি চঙনা যেবংগী মথৌ তাবা ঙাক্তনি। ঐখোয় মাঙদা চৎশি, শেমগৎশি, মৰূপ মপাংশিং, লৈবাক মচাশিং কবি খনবগে! মসিদগী থোরক্লগা হোটেলশিং অমদি সিটিগী ওপন রিক্রিয়েসন পার্কতা খোঙনা চৎলি। ঐদি অমুবা অহল মবুক চডিবা, মশম নারুম নাকোং কৃপ্পা থৌরী তাবা, মমায চডিবা, নুপাদুনা ঈথৎ মপান্দুদা থায়নগী ৱারী মতেক মতেক লীদুনা মাইক অমদা ঈশৈ মথং মথং শকপদু তানীংলম্মী, মী ২০০ রোম ফম্ননবা রো মরি ইকোয় কোয়না নৃঙ চন্দুনা থা মচেৎ শানা শেম্দুনা থম্বা মফমশিংদুদা চিন্তক্লা ফম্মুরি। অমুবা, অঙৌবা তংখায, অতৈ চাইনা, জপান, কোরিয়া, ইন্দিয়া। ইয়াম য়ামদবা মীশিংদু ইশু শুই। চহি ৫ রোমতা ঙাইরিবা শৈশকপী মচাদুনা ঈশৈ খূদিং লেপ্তুনা জগোই শারি। মীয়ামগী পোখাফমনি মপা মচামক; অমরোমদা ঈশৈ তমশিল্লুবদুগী হিংননবা, চাননবা তাল্লিবনি। পজেংনা শাবা মখুম পানবা বাক্কেৎ অদুদা মরক মরক্তা পৈশা থাদনৈ। ময়ায়দা চঙশিল্লগা থাবনিনা থানীংনা হৌগৎলগা হেক চঙবদু নুংঙাইতদুনা খৃত্তা পৈশা পায়রগা হৌগৎতবসু উই। কলাগী মগুম্না মখোয়দুসু

হৌগৎহনগদৌরিবনি ! " হে পুনশি, মীগী থমোই জয় তৌদবা য়াদেকো, " খল্লকপদা হৌরক্লিবা অঙাংশিংবু য়াম্না নুংশিরকই। মখূৎসু ত্রেনীং তৌদবা, খংনাউসু ত্রেনীং তৌদবা, লমচৎসু ত্রেনীং তৌদবা, চৎপসু চাবসু ত্রেনীং তৌদবা ! অহল ওইরক্লগা করি ওইরগবা ইরৈবাক্কী তুংগী নাহরোলশিংদো হেক্তা খল্লকই। ঙাকপীগনি, ঐদি লম কোইনীংদে। কোইদে। স্কুল, কলেজ, ইউনিভর্সিটি তম্লীরৈদা মোরে, উখ্রুল, চুড়াচান্দপুর, মোইরাং ফাওবা চৎলক্তে। পুনশিদা থবক লৈতনা এরোপ্লেন, রেল, জহাজ তোংলক্তে; চিংমৈরোং লাম্থোরক্তে। দ্যুটি না শিলচর প্লেন্দা, দ্যুটিনা দিল্লিদা এরোপ্লেন রেলদা। দ্যুটিনা প্লেন্না কলকত্তাদা চৎলুবসি মঙাই। হৌজিকসু তত্তনা হায় ঐবু অথাপ্পদা করি য়েংবা চৎকদৌরিবনো? হায়না হায়না আমেরিকাগী চীং, পাৎ, তুরেল, খুঙ্গং ষ্টেট নিপান্দ চৎতুনা উরুরে। নুংঙাইবা অমত্তা উবক্তে। ইবেবাক মচাশিং কমদৌবা। মফমসিদা চাইনা, জপান, কোরিয়া মরিসি ব্যবহার তৌই। স্মার্টসু ওই মখোয়গী মীশিংদু। মফমসিদা জর্মন, ফ্রান্স, ইটালি, গ্রীস, ইজিপ্ত ঈজ্জৎ তৌই। মখোযগী মীশিংসু স্মার্ট ওস। ইন্দিয়াদি মপৈ মপৈ খুন্দারি। মখোয়না ব্যবহার কন্না তৌদে। ইন্দিয়ান হায়রগা বেদ ইন্দিয়ানশিংবু খঙনগনি । মখোয়দু ঐখোয় মণিপুরগা চপমান্নে । এসিয়ান ইন্দিয়ান হায়বীয়ু। মচেৎ খজিক্তং গান্ধী, তাজমহল অনীসিগী খঙবীগনি। মখোয়গী ম্যুজিযমশিংদা ঐখোয়গী মমি তাদে। মণিপুরগীদি করি তৌরুনি। মসিদনি ঐনা নোকচদ্রিবা !

অসুম্না বালটিমোরগী নুংঙাইখিবা ঙকখিবা তনেলশিং সমুদ্রগী হিথাংফম, অসিগী মথক্তা এসিয়ান কৈ থেন অদুসু অমনি। ইহান হেক হান্না ইন্দিযা পাকিস্তান বাংলাদেশ শোপ হায়না থাবা দুকান্দু উই। অদুদগী ইন্দিয়াগী পটেল শোপ, পাকিস্তানগী দুকান, চাইনাগী বাজাব, কোরিয়ান যাম্না উই। ব্রেক অর্মদি হ্বাইট অমত্তা য়াওদে বাজাবদূদা লাক্তে। ভারত্তা, এসিয়াদা, লৈবা মাল্লি । মোত্তক মোত্তক তায । চীনা বাজাবদি মনম খ্বায়দগী কল্লি । তিনগী, কৌজেংগী, উচেক্কী মখল, মশক খঙদবা মযাম মপান নাইদনা য়োল্লি। অচৌবা কোরিয়ান, চাইনা শোপিং অমদা চৎপা মতমদা মীওইবনা চারিবসি ঙকপা ফাওই । তিনকাং মকোন, মশাং মযামদু ঙাপ্রুম, ঙাবিন্দনি খঙবা । খঙদবদি চামনি । ঐগী নুপীদু পুদে। মাদি য়েঙবা ঙমদে। ঐগীদি পাইবীদ্রগা লোইবে ; খঙনীংবা অমা য়াওনা য়েংই। মী ৪০০/৫০০ থবক তৌবিবা শোপিংদু ভারত, পাকিস্তান, ব্রেক, হ্বাইট য়াওদে। কোরিয়ান, চাইনা ঙাক্তনি । নুপী মশীং য়াম্না য়াওই। স্মার্ট ওই। আমেরিকানশিংঙুম মখূৎ মখোঙ য়াম্না য়াংই অমদি য়াঙই ।

বালটিমোর মশীং থাদনা লাকথীবনি । মফমসি য়ৌরগা অচৌবা সিটি অমা ওইরম্বদগী থুংলবা নুমিৎকা মথং নোংমগা লৌদুনা য়েংলে । অহানবা নুমিৎনা বে ভিউ হিলসতগী ডাউন টাউন ফাওদুনা ব্রেষ্ট পোর্ট লোমদা লাক্তুনা লেন্সডাউন চঙশিল্লগা

বালটিমুর হাইলেণ্ড টাউন য়েংলে। অদুদগী ব্রুক্লিন, ফ্রেঙ্কফর্ট ফাওদুনা চৎলগা নোংচুপকী তনেলদা ফাওদুনা ইষ্টর্ন এভিনিউ রোমদা লাকখি। লূনা নাম্না শেমগৎলবা সিটিনি। মথংগী নুমিৎসিদনা বে ভেউদগী থোরকক্লুনা এক্কারিয়ম য়েংবা লোইরবা তুংদা য়ুমদা হল্লকপা ওইনা নুমিদাংব্রাইরমদা মফম কয়ামুক য়ৌননবা চৎলুই। স্পিদতি সহরগী মনুংদা ৪০ মতাইনা ৫০ গী চাংনি। পাটাসকো তুরেল য়াম্না পাকই। সমুদ্রগা হেক তাইনবদুদা তুরেল কৌজবনি। মঙোন্দা চেস্থরকপা তুরেল লৈতে। শাংনা মিনিট ৭/৮ লাল্লি। তুরেলদা থোং লানবসি নুংঙাইতে। মকোক মমৈদা ঈশিং উগনি ময়ায়দদি অমত্তা উহন্দে। ইউ.এস. কী ঐনা উরকপা মফম পূম্নমক্তনি। অদুদগী ঙাইহাক থৌরগা বিয়ার ক্রিক ঈপাক লাল্লে। অদুদগী লানশিল্লগা বে রিভর মপান্দা অদুম থৌনকই। Eastern BLDU য়ৌরগা পোর্টসন পার্ক ফাওদুনা চঙশিল্লকই, অদুদগী য়ুমদা শুংই। ঈশিংগী মপান লোয়না শেমগৎ শাগৎলি। লম্বী য়াম্না নাল্লি, পাকই। উশিং ঈশ" শংন। থাম্না মরাঙ কায়না হৌই। নাপী নীংথিনা শেন্নদুনা ককই। জহাজ মচা মচা ঙাক্তনি। মচু নীংথি নীংথিনা শঙই।

অরোইবদা, পন্দনা তোকপা ঙমদবদি এক্কারিয়ম হায়বদু ঐথোয়না কুমৈ ওইনা য়েংলিবদুগী ওইরমদে। নুপী অনীগা নুপা অমগা পূন্না ফমদুনা লৈবা সার্ক উংলিবা মফমদুদা চঙদুনা হঙলুবদা মখোযনা প্রোগ্রাম ওইনা ঙাদুগী তুংগী ওইহৌগদবা মান্ ঙাক শেম্নবা এক্সতিংঙ্ক ওইখিদনবা নৈনরিবনি হায়রকই। অতৈ ময়াম মশীং মপান নাইদনা থগ্রীবশিং ঙাদুসু লোইনা তোঙান তোঙানবা ইউনিভর্সিটিগী রিসর্চ সাইন্টিষ্টশিংনা শেন্নদুনা থিজিম্নবা থম্বনি। ময়ামগীসু কুমৈ ওইননবা, অপাম্বা মীশিংগীসু জ্ঞান তাননবা থম্বনি হায়নন ই। তাবদা ইঙাও ঙাওখ্রে। হংদবনা হেন্না নুংঙাইবমগনি। হংবু হংলুরবদি মনুংগী ব্রাদু হেক থল্লকপদা ইরৈবাক্ত হেক্তা লাকই। ঙা মুৎশিল্লক্রে, উচেক মুৎশিল্লক্রে, শা মুৎশিল্লক্রে, উব্রা ব্রা মুৎশিল্লক্রে, মনামশিংগী হিদাক লাংথাক পাম্বী মুৎশিল্লক্রে, হায়দুনা রেডিওদা লাওগনি, খবরদা ইগনি থৌনাইদবা তাই, থবক ওইনদি অমত্তা পায়থৎলোই, য়াঙ্কৎকনি, চাংমায় মৈ থাগনি, পাৎকোম ফুনজিনগনি। ওস্থোকপা লৈবাক্লি কৌ ইরৈবাক্তু। খূৎশাশি প্রোক প্রোক থেক্তুনা এক্কারিয়মদা ঙাইহাক্তং পষ্থে, কোক ঙাওই।

• • • • • • • • • • • • • •

## ৱাশিংতন

তাং ২২/৯/২০০৪ ইং

ঐখোয় অয়ুক্ত নীংথিনা চাক ঈশিং চারগা পূং ১০.১০ তাবা মতমদা বে ভিউ বালটিমোরদগী খোঙশাল্লি । অয়ুক্তা বালটিমোরগী মাইল অনীগী ঈশিং মনুংগী লিনকোল তনেলদু লাল্লমদাইদা অচৌ- অচৌবা জহাজশিং উই । হিথাংফম অসিদা ইরাক ইরানগী লান্দা শিহৌদ্রবা নহারোলশিংদু হল্লক্লগা মথং মথং "য়ুম য়ৌরবনিকো,ঐদি শিহৌদ্রবনিকো,ঐ হল্লক্লবনিকো, হে তমথীরবা লান নঙগী নতস্নাক্তা শিদুনা লৈহৌরবা ইমান্নবশিংদুগী মরমদা ঐবু করম্না পাওদম্লুগনি, ও! ওম্থোকপনিকো ঐগী পুনশি, ঐনা নোকমিন্নদুনা ফম্মিন্নরম্বা,তল মচেৎ মচেৎ য়েন্নদুনা চামিন্নরম্বা,ইকুই কুইদনা হিথাংফম অসিদা কুমথমিন্নরকপা নুংশিরবা ইমান্নবা কয়াদু য়াওদনা ঐ হল্লক্লবনিকো । ইমান্নবশিং অদুগী মমা মপানা,মচনশিং,মনাওশিং অমদি মচাশিংনা হংলকপদা করি খুন্নগবা ! পীক্লিবা অঙাংশিংনা নুংশিরবা মমা মপাশিংনা ঐবু কোনশিন্দুনা হংলক্তনি করি হায়না খুমগনি ! ঐ ইমান্নবশিংদু য়াওদনা হল্লক্লবনিকো"! অসুম খন্দুনা মখোঙ অনী অদু থাংঙমদনা থাংদুনা ৱানা ৱানা চেসাপাক সমুদ্রগী তোর্বান্দা ঙৌরোক ঙৌরোক ঙৌবা মশক ফজবা আমেরিকান পাখঙশিংদু কাখৎলকপগুম উই । ভিয়েৎনামগী লান্দগী,কোরিয়াগী লান্দগী, আফগানিস্তানগী লান্দগী,ইরান ইরাক্কী লান্দগী হল্লকখিবশিং উবকই , অনীশুবা লাঞ্জাওদগী হল্লকখিবা নহাশিংদু উই । লান্মী পুদুনা চৎখিবা জহাজশিংদু অহাও অথুম,শান্নপোৎ ময়াম পুদুনা চৎখ্রগা পৃথী পুম্বগী অঙাংশিংদা য়েনবীরুবা ওইরগদি কয়াদি ফবমগবা । লান নঙদা হল্লক্লগনুবা ! " স্ট্রিট লাইট খঙলাক লাকপদুদা ঐবু স্তান তাহল্লক্লম্মী । সিফায় অমত্তসু লৈরমদে । নীংশিংলকই ঙরাং লম্বীদা বারী শান্নবদা আমেরিকাগী লান্দা চৎখিবা সিফাযশিংদু হিথাংফমসিদগী চৎপনি হায়বদুদা অদুম নাকোংদা তাদুনতা লৈরম্বদগী ৱাখল মখল মখল শাগৎপা ওইরম্মী । ঐ লান মবক্তা সিফায়শিংগী অৱা অনাগী মরক্তা চংলুমাল্লে,ভাব তারকই ।

জোনস হোপকিন্স হোসপিতালগী মনুংদা রিসার্চ স্কোলর অমা ওইনা লৈবা নহা অদুগী য়ুমদগী ৱাশিংতন য়েংবা থোরকই । ৱাশিংতন সিটি ম্যুজিয়মদগী ওইরোমদা হায়জিল্লগা চিনা টাউন চঙশিল্লি । পেনসিলভানিয়া এভিনিউ তানা চঙশিল্লি । স্ট্রিট নম্বর তরেত্তা লাক্লগা মোল তানা ব্লোক নিপাল লাম্থোক্তুনা থৌজিল্লি । ইউ.এস. তা ট্রাফিক লেগুদা খাম্না নত্তনা মরক্তা খাম্বা শুকয়া য়াদবনা তুরিষ্ট গাইডতি নীংথিনা পারগা চিনফা পুদুনা চৎকদবনি । চঙশিল্লগা মোল তানা লাকই । খ্বায়দগী লুনা থোকখিবা অমদি পার্কিং লৈতবসিনি । পার্কিং পূম্নমক গাড়ী থম্ফম ফংদ্রে । স্ট্রিট তবেত্তা চঙলক্লগা

 [redacted]

পেনসিলভানিয়া এভিনিউ লাল্লগা ব্লোক নিপাল লান্দুনা মোল তাররক্লবনি। মোলগী অরোইবদা পার্কিং ফংদ্রে। মীগী মী ওাক্তা থল্লা তিনদ্রে। ঐখোয় লাইবক ফবদি নুমিৎ মঙানি চথগদবা ফার্স্ট আমেরিকান নেতিভ ইন্দিয়ানশিংগী অহানবা ফেষ্টিভেলগী নীনি শুবা নুমিৎ ওইরম্মী। পার্কিং থীবা চৎপদু য়াম্লমক কান্নবা অমা ওইরে। কন্সটিটুসন এভিনিউ, ইন্দিপেন্দেন্ট এভিনিউ অনী অসিনা খ্বায়দগী মরূওইবা ইউ.এস.কী এভিনিউ অনীনি। এভিনিউ অনীসিদা পার্কিং ফংদবদগী অতৈসু কোইচৎ চত্তুনা থীবা তাররম্মী। ইচানুপা ললিতনা লম্বী থৌবগী অমসুং স্পিদকী চাং নীংথিনা ভ্রান তানা তৌবনিনা পুলিস, সিগনেল, টিকেট চাদনবা হোৎনৈ - ইং ১৯৯০ নভেম্বরদগী ইউ.এস. তা লৈদুনা মফমসিগী লম্বীদা গাড়ী থৌবগী অরুবশিং তত্তনা ব্রারী শানা শানা চৎলি। ঐসু মানা হায়রিবশিংদু তাং ২০/৮/২০০৪ ইংদগী তাশিল্লি। মরমদি ঐগী অনীংবদি লাইরিক অমা ইবা অদুগা মফম য়াম্লা য়েংহৌবা অনী অসিনি। মসিগীদমক লম্বীগী নিয়মশিং লোইনা খঙজিন্দুনা মানা উহৌদবা ঐনা উননবা অমদি উরিবদু খঙননবা হোৎনবসি ঐগী চেকশিন্না শেন্নজরিবা ইথৌনি। সহবসিদা চঙশিল্লকপগা থোকখিবগা অমুক্তা মান্নহন্দ্রে। নোংপোক্তা চঙলক্লগা অরাং, মখা নক্তগা নোংচুপ্তা য়েংবা য়াবা, উবা য়াবা করি লৈবগে খন্ন খন্নদুনা থৌই। মেপ অমদি ইনফোর্মেসন গাইডকী মরী লৈনবা চেশিং, মেপশিং, লাইবিকশিং হান্ন হান্ননা লৌশিন্দুনা নৈনৈ। ইউ.এস.কেপিতোল য়াম্লা লেম্লা লেপ্লি। মিটর ৪৮০ বোম পাকপা, মিটর ৫০০ শাংবা কেপিতোলগী মাইগৈ মরি, চপ মান্ননা কোইশিল্লিবা লম্বী অসিগী মাইগৈ যেৎ ওইদা লৈবা লম্বীশিং অদুদা ষ্ট্রিট নম্বর থাবা হৌদে। লম্বীশিং অদু থাদোক্লল্লগা মপানগী লম্বীশিং অদুদগী ষ্ট্রিট নম্বর থাবা হৌই। নোংপোক্তা ষ্ট্রিট ১৩ নোংচুপ্তা ষ্ট্রিট ২৩ লৈ। ঐখোয়না পার্কিং থীবদা নোংচুপ্তগী ষ্ট্রিট অমদগী কুনমাথোই ফাওবা লোয়না ফাওদুনা হঙ্গৎ হন্দা য়েংলুরে। নোংপোক্তদি বসেল সিনেট বিল্ডিং, দার্কসেন সিনেট ওফিস, হার্ট সিনেট ওফিস, ফোরেন ব্রারস ভেতেরান ওফিস, সুপ্রিম কোর্ট, লাইব্রেরি ওফ কংগ্রেস, অসিনচিংবা মরূ মরূওইবা ওফিসকি বিলদিংশিং লৈবনা হেন্না চিল্লমগনি হায়দুনা, নোংচুপ থংবা ষ্ট্রিট ২১ ফাওবদা পার্ক থীবনি। ফংদ্রে। অদুদগী মমৈথংদা নেসনেল গেলেরি আফ আর্টিস ব্রেষ্ট ব্রিংগী মপাদা পার্কিং মিটর অমা মী অমা থৌদোকখীবদগী ফংদুনা মদুদা গাড়ী থল্লগা ঐখোয় আর্ট গেলেরি ইহান হান্না য়েংবা হৌই। ইহান হান্না হেক চঙখিবদা গাইডশিং অদুনা গেলেরি চঙদ্রিঙৈদা গাইড বুকশিং থৌরাং তৌই। করম্বা মখলগী ভিজিটরনো খঙদোকই। হায়বদি চম্লা য়েংবা য়াই মদুরা? অহৈবা অখঙবনা রিসার্চকীদমক য়েংবা য়াই, মদুরা? ছাত্রশিংনা তমখৎলকপগী খঙনীংদুনা থীজিন্নবগী য়েংবা য়াই, মদুরা? নক্তগা অহৈবনা য়েক্লিবা লাইশিংদু শিন্দোক্তুনা য়ুমদা পুখিবা য়াই। মদুরা? পূম্নমক অসিগী প্রোসেস

লৈজে । ঐখোয়গীদি চুম্না য়েংবনি হায়বদুদা গেলেরি নম্বর তরুক্তি থাদোক্রমগনু হায়রকই । অদুদগী মথং মথং গেলেরিশিং অদু য়েংবা চঙই । ব্লুমফিল্ডদা, বালটিমোরদা লৈহৌবা গেলেরিশিংদগী শরুক তরা হেন্না চিংলেম্না ৱাংনা চাউনা পাক্না শেমগৎখ্রে ।

মেনফ্রোর গেলেরি নম্বর অনীশুবগীসিনা ইটালিয়ান গোথিক পেন্টিং অমসুং স্কল্পচর ঙাক্তনি । পিত্রো লোরেঞ্জাইটিগী ১৩০৬ তা য়েকখিবা মাদর এণ্ড চাইল্ড অদুনা মীবু শুক্নাৎলি । তরুকশুবা গেলেরিদা ফ্লোরেন্টাইন পোট্রে সন ১৫শুবা শতাব্দীগী "গিনেভ্রা দি বিনসি" হায়বা লাই অসি ওইরম্মী - লেওনার্দো দা ভিনসিনা য়েকপনি । মোনা লিসা মাম্লুরে । মসিনা মীয়ামগী পূক্নীং চিংশিল্লি । নুপীমচা অমা য়েকপনি থবাক্কী মথক ঙকশমগী মখাদগী কোক ফাওবা মোনা লিশাগী মওংদা য়েকই । ফুরিৎকী লংনা ফাজিনবা মওং অদুদা নীংথিনা থেন্নব্রা থল্লি । মাপনশুবা গেলেরিদা মখল মখা কয়াগী ১৫ শুবা শতাব্দীগী নুংগী মুর্তি শিং লেপ্তুনা লৈরি । মীওইবগী হকচাংগী অশেংবশিং উৎলি । গেলেরিশিং অমত্তা কাম্মোক্তনা মথং মথং য়েংই । ইশানা পামজবা লাইশিং ফোটো নম্মী, ভিডিও নম্মী । মীয়াম্মী মাগী মাগী অপাম্বনি । অদুদগী গেলেরি নম্বর ২৩ দগীদি ইটালিয়ান অমসুং রিনাইসাগী অরোইবা মতমগী ভেনিসকী শক্লাইরবা স্কোলারশিংগী ৱাখল উৎপা লাইশিং মথং মথং থেন্দুনা থম্লি । চরক চহিং নাইদে । কা খুদিং ৱাংলবা য়ুমথক্লি, ইংনা তপ্না গাইড অমমম য়াওনা পাকচাউনা চাউনা য়েকপনা মশীং য়াম্লবা লাইশিংদু মমল তাঙনা থেৎলি । অকে অমৌগী মমি নীংথিনা ভারি । মীওইবনা হিংনীংবগী, হিংবগী মহাও খঙলকপগী মওং উবা ফংই । লৈভেং শাজিন্নবা য়াম্না পাক্নগী সমাজ অমা উবগুম তৌই । অসুম্না লোইনমক গেলেরি ২৪ শুবা ২৫শুবা রিনাইসাগী লাই ঙাক্তনি ।

অদুগা গেলেরিগী অহানবদা জিওতোগী মাদোন্না এণ্ড চাইল্ড ১৩০২ ৩০ অদুসু শুক্নাৎলি - সানাগী বোর্দরদা আরাবিক লোন্দা ইরিবা অমদি মপান্দা মুসলিম নিংথৌরেনশিংবু শীংথাদুনা য়েক্লিবশিং অদুনা সভ্যতা অমা উৎপগুম তৌই । অইবগীদি মথক্তসু হায়খ্রে, কলাগী মরমদা খঙদে য়েংনা হৈনবগী মীওইবগী ৱাখল সভ্যতাগী মমি অসি অয়েকপা লাই, পাবা হৈরগা লাইরিক, লেমহৌবা থমজিলহৌবা পোৎ য়েংলগা লাঙতক্লদুনা ইশা পান্দুনা পাইনীংলকপা অঙাংগী থমোই পাল্লকপা; মথোৎ কারকঙৈগী মতমদা পূম্নমক ঙমগনি, থবক তৌরমগনি, ঐনবু তৌরগদি লোইনা য়াগনি থল্লকপদু নীংশিংলকপগী পোথাফম খঙদনা নুংঙাইবদুগী য়েংলিবনি । কন্দ কল্লবা নুংফৌগী চীংদোন্দু থোৎত থোৎলবা লৈচিন মফোন্ন হেক হেক নৈহৎপনি । শুক্নাৎপনি ।

ইরিবা মওংসু হান্ননা হায়খ্রে ডাইরিগী মওংনি । হান্ন য়েংবনা হান্ন ইবা । অসিমকসু য়েংলু য়েংলুবা নুমিৎকী পূন্না অদুম থমসিরা থল্লি । হায়বদি গেলেরি ময়াম

পুনশিনবা, ফুল ময়াম পুনশিনবা অদুমকসু পামদবনি । অদুনা লাই য়েংবগীসু মতং মতং থেংনখনি । মসিদগীনি গেলেরি য়ান হাল্লা য়েংদবদু । মী চিল্লগদি খরা হাংবা হাল্লা হেক্তা য়েংই । অসুম্না য়েংবদা মাদোন্না এণ্ড চাইল্ড অনীগুবা ১৪২২ গী অদুনা অমুক জেন্সেরা ওন প্যানেল, হায়না থারি । মামানা মচাদা চপ চানা মমিৎ অনী ওনশিন্দুনা য়েংলি, মচানসু য়েংলি । মমা মচাগী থমোইনুংগী মরীদু উংলি । মথক্কী লাইগী কোকথুম কি অমুবদু অত্তৌবনা শিল্লে । ক্রেষ্টকী শরুক্তা থগ্রিবা লৈতেংদু মতোন খরা তুমখৎলে, মতাং অসিদদি ১৪ শুবা শতাব্দীগী ইজিপ্ত অমসুং সিরিয়াগী মুশলমানশিংগী সভ্যতা উংলি । তশেংবদি ইরিবা সাহিত্যশিং অদু লোইনা নৈনরগা য়েংলগদি হেন্না পূক্লীং হগনি । য়েংজরিবা ঐগীদি ঙসি নোংমদা আমেরিকা লোইগে থনবা জাত্তুনি । শেন্নাং মশা নাম্মনা পন থিংলগা মশা নাম্মনা সমুদ্র কংনবা ঈশিংলি হায়বদুনি । করিগুম্বা মতমদা মীনা য়োংগুম ওইরিঙৈদা মনিমুক্তা উরগা ফজবা, কান্নবদু থগুদবনা থাজংপদা লুম্মী হায়দুনা ফম্নরগা তোকই হায়বা, তাঞ্জাসু ফনা তোয়না য়াওরমগনি । অসিদনি থোইদিংজম তোম্বী হেক হেঁক নীংশিংলকই ।

গেলেরি ২২ গী সেবাসতিয়ানো দেল পিওমবোগী কার্দিনাল ব্যান্দিনেল্লো সাউলি অমসুং মাগী সেক্রেটরি অদুগা টু জ্যোগ্রাফরস হায়বা ১৫১৬ কী লাই অনী অদুনা ইটালিয়ানশিংনা অচৌ অশাং সমাজ মরক্তা থেৎচবদা থবাক্তা য়েৎপা কার্পেৎকী শক্তম উৎলি । কার্পেৎনা মখোয় ইনাকখুনবা, সমাজদা থাক ব্রাংবা, কলাগী ব্রাখল লুশিনবা অসিনচিংবগী মতৌ অদু নীংথিনা উৎলি । মথংদা মোরেত্তোদা ব্রেসিয়াগী পোর্ট্রেট ওফ এ লেদি ইন হ্বাইট হায়বা লাই অসিদা থোৎ নৌরিবা অত্তৌবা মায়থোং পুবী নুপীমচা তসিগী তবুম তবুন্নবা খুৎশাগী খূদোম্বী খুৎনীংথৌগী খূদোপ অনীনা প্রেয়ার রগ হায়না কৌবা কেন্নবা লৈতেং অসিবু উংনীংদুনা নুপীমচাদুসু অয়েকপসু চপ মান্না পূক্লীং চগুলি । য়েংবীদবা য়াদবনি । রিনাইসাগী মতমগী মমিৎ পানবশিংনা মসিবু “ মোস্ক কার্পেন ” হায়না মিং থোন্দুনা য়েংনরম্মী । মুশলমানশিংনা লাই খুরুম্বদা পুনৈ । ইটালিয়ানশিংনা মখোয়গী মমল য়াম্বা পোৎ চৈদা লৈতেং ওইনৈ ।

গেলেরি ১৭ শুবদা জিওভান্নি বেলেনিগী অমসুং তিতিয়ানগী “ দ ফিষ্ট ওফ গোদস ” হায়বা লাই অনী অদুদা লাই নুপীশিংনা পায়বা অমদি লৈমায়দা হৈরা হাপ্তুনা থমলিবা অদুনা মতম অদুগী চাইনাদা শাবা লৈবাক্কী চফুগী মওং উৎলি । ইরান, সিরিয়া অমদি ইজিপ্তা য়াম্না পাম্নরম্মী । ইজিপ্তকী নিংথৌশিংনা ভেনিসকী সরকারদা খূদোল ওইনা থানরম্মী মদুদা পেন্নরম্মী । অসুম্না অয়েকপা লাইগী গেলেরি য়েংলিঙৈদা মতমসি অসুম অসুম হৌখিরম্মী । য়েংবা ঙমদনা ভিদিও নক্রগা অদুম থোরকই । অরোইবদা লেওক্লেশ য়েকপা য়ুম মচা অমা মায়ায়দা লৈবা লৈগী লৈ ভাক্তা, ব্রাইল্ড ওইনা থাবা, পরেং

পরেং কূংনা পংহৌদা হৌবা,উসু থরা হৌবা কেনভাস অদুদা অহাংবা মপা অমত্তা থমদনা লৈ ঙাক্তা য়াম্না পঙশাৎ শাৎহনবা অমগী মমাংদা চহি ৩৭/৩৮ নিফুলী নুপীমচা চাইনিজ অমা থৱায় য়াওনা মাগী তুরি তরা কুন অদুগা কেনভাস ষ্টেন্দ ফূট ৩/৪ ৱাংবা অদুদা মীয়াম্না য়েংনরিবদু করি অমত্তা উদনা ফক্লাংদা থেৎলিবা লাইদু য়েকপা হোৎনরি। চাউরবা কাদুগী ময়ায়দা চহি ৭৫/৮০ গী চাইনিজ হনুবী অমনা ফমদুনা তূমিন লেঙদনা মৱা ঙাওদনা পোৎ চৈ থরা মনাক্তা থন্নগা ফম্রি। ( কা থূদিং অয়াম্বা নুংঙাইনা ফম্নবা থৌরাং তৌই-পোৎ চৈদি কেমেরা নত্তনা ভিজিটরশিংনা পুশিনবা য়াদে। থোঙ চঙলকপদা সেকুরিটিনা লোইনা লৌহৌই।) ঐনা তপ্না নুপীদুদা হংবদা খুন্নকই - "ঐ চীনাদগীনি। চয়োল অমা ফারে লাইসি কোপি তৌবা হোৎনরিবা। অয়ুক থোঙ হাংবদগী নুমিদাংৱাইরম পূং ৫ ফাওবা য়েকই। লাই অসি লোঙ্গরগা লাই অমগা শিন্দোকখিনি। থা অমা লৈগনি। চীনাগী ম্যুজিয়মদা থম্নবনি। ঐ লাইয়েকপীনি। হনুবীসি ঐগী ইমানি।" বাখল য়াম্না থম্থখ্রে। থ্রারম্বা লোইনা কোকখি। রাশিংতন্দগী ইম্ফাল,কককচিং,বৈজিং, দেল্লি কোইচৎ চৎখি। থমোইসি ইনৌ নৌনা লাইয়াম য়েংবগী ঙাওরিঙৈদা অমুকসু হেয়ো পূংঙাও ঙাওহল্লম্মী। ইউ.এস. তা য়েংলুবা অমত্তা ফোটো নমগে য়াদবা লৈতে,য়েক্কে যাদনা লৈতে। ঐখোযগী গেলেরি শেমগৎপা য়াম্না লায়গনি। লাইরবা মতন তনবা ইরৈবাক্তদা, ফোর্দ ম্যুজিয়ম,পিকাশো.লিওনার্দো,রাইট ব্রদর্শ,মপান নায়দবা জ্ঞানগী ম্যুজিয়ম অমদি গেলেরি করম্না শেমগৎপা ঙমগনি ? ৱাহংসি হন্না হন্না হংই। কোকসি ঙাওই। ইরমদমগী নহারোলশিংদু মিকপ থোকহন্নীংই,উত্তন্নীংই,য়েংহন্নীংই। মসিগুম্বশিং অসি টুরিষ্ট ইন্দষ্ট্রিজ ওম্মোক্তুনা পৈশাগু তানবা,পূক্লীংসু বাংখৎহনবা,অদুবু করম্না তৌবা, খল্লিঙৈদা কেমেবাগী মৈঙাম্না অমুক ভাব তাহল্লকখি। চাইনা নুপীমচাদু বিদাই তৌরম্মী। মাসু মাগী মখূত্তু কেনভাসতগী থাঙ্গৎলক্লগা ঐনা থুগায়বিরুবা পূক্লীংনা পুদুনা ঐঙোন্দা য়েংখৎলক্লগা বিদায় তৌরম্মী। " ঐনা নঙগী মতম মাঙহল্লে হায়রুই।" মানা "নো থেঙ্কস "হায়না হরাওনা খুন্নকই।

অদুদগী ঐখোয় অতৈ য়েংলগনুসি চৎলসি হায়দুনা হায়বদি গেলেরি অসিগী ময়ায়দা খায়নরগা শাংলবা কা কয়াগী গেলেরিদু নোংপোক্রোমদসু লৈম্রি। মদু য়েংলমদনা থোরক্রে। শম্না ঐখোয় গ্রাউণ্ড ফ্লোরনা নোংপোক্তা, মেন ফ্লোরদনা নোংচুপ্তা য়েংলগা, গ্রাউণ্ড ফ্লোরগী নোংচুপ মেন ফ্লোরগী নোংপোক য়েংলক্কে। হৌজিক গ্রাউণ্ড ফ্লোর নোংপোক্কী অহানবমক্তা গেলেরি ২৫,অদুদগী গেলেরি ১০,অদুদগী ১৮, অদুদগী ২৩/২৪ অসুম্না য়েংই। লৈবাক্লা শাবা লৈতেং,লৈরোং,কপ্পী,প্লেট,চফূ,উচেক,শগোল অসিনচিংবা পূম্নমক য়াম্না চাউবা মশীং য়াম্না লম্না লম্না উৎলি। সিসিলি,স্পেন,নোর্থ অফ্রিকা,ভেনিস,জেনেওৱা,পিসা,মার্সেলিস,বার্সেলোনা,সিরিয়া,পেলেস্তাইন,ইজিপ্ত

অসিনচিংবা লমদমশিংগী চফূগী কলাগী অকুপ্পশিং অদু উৎলি । চান থক্লবা অয়ায়বা পোত্তা অয়াম্বা নত্তে; নিংথৌরেলশিংগী মফমদা খূদোলপোৎ ওইনা তম্নবগী পোৎ ঙাক্ত ওইনা তৌই । পৃথিবীসি অমত্তা ওইশিল্লকই । হৌগ্রবশিংবু লুনা তৌবা, লাক্কদবশিংবু লমত্তকপা অরি - অনৌ শম্নহনবগী নীংথিবা গেলেরিনি । ঐখোয় ৱাশিংতনগী বালটিমোর তানা হনগদবনি । ৱাশিংতনগী রস তাইম হায়বসি পূং মরিদগী তরেৎ মখায় ফাওবনি । ঐখোয় পূং ৫.৩০ দগী থোরক্রম্মী । ত্রাফিক জাম মরক্তা ঐখোয় য়ুমদা হল্লক্রম্মী ।

গেলেরি অসি য়ুমদা তূমিন হিপ্তুনা নীংশিংলম্মী । ভিডিওসু কাপ্লি । ঐনা কাউথ্রবা মতাং নত্তনা হঞ্জিন্দুনা থোইনা নোংমতা য়েংদে । য়ুমগী মীশিং, মীগীদা লৈবা মতমদনা ইমুংদুগী মীশিং লোইনা থরাম য়াওনা য়েংবা ঙাক্তনি । ঐগীদি য়েংলুবদুদা খনবা ৱাখন্দা হঞ্জিন হঞ্জিন খন্দুনা তূমিন অদূম লৈ । আমেরিকাদা লাকপদা ঐ থৌওইনা থরায় তানা নোক্তে । শাউনীংবা, পেন্দবা অমত্তা লৈবগী নত্তে; মথক্তসু হায়খ্রে । ঐখোয় ৱারী তৌগনি । শিক্ষা শোয়রে । পুজারি (ৱাজনীতি ৱালা) শোয়রে । অদুনা সমাজ শোয়রে । ঐগী রিদিংদদি ইং ১৯৬০ হেক লোইবদগী শোয়বসি মপান থোরকই । অদুনা মসিগী মতুংদা মেত্রিক, পি.ইউ., বি.এ., এম.এ. ওইরকপা মীরোলসিনা সমাজ অসি ঙসি ওইবিধা ফিভম অসি ওইননবা লাওশিঞ্জবকপনি । ঙসি ফাওবা মিকপ থোক্রি। তাইবুংঙো, খুরাইবুংঙো, মাইবুংঙো অসুম তৌদুনা লৈরি । য়ারোই মসিগী মচৎসিনা যাবোই । সভ্যতা অসি মথক মখা ওনবগী মখৌ তায় । হাও চৈখিবা, লৱাই চৈখিবা ৱাবৌদুনা লৈবা যারোই, বৃটিশকী থ্রি আরসনা মাঙহল্লম্বনি, বেঙ্গলিনা সিংহ, দেবী হাপচিন্দুনা মাঙহল্লম্বনি হায়বা যাবোই । ইংলিস লাক্রেদনা মমিং জোন, ইলিজাবেৎ থোম্নবেদনা ইংলিস শা'ংবা কাম্নরোই । চীংমী ৩র্শ্মী নুংশিনবা, মৈতৈ পাঙন য়াম্থৎনদবা, মণিপুর ঐখোয়ময়ামগী ওইমিন্নবা তোকপা পাক য়াবোই । ঐখোয় পঙলিবগী পঙঙাঙ্ ঙাঙনবনি; ঐখোয়না ভাব তারকপদা মণিপুরগী লম চাওখৎকনি, চীংমি শাউবা ফরক্কনি; লৱাই মোমোন নোক্রক্কনি ।

অসুম্না খল্লিঙৈদা ৩ শুবা ষ্ট্রিট লাম্থোক্রগা লৈবা নেসনেল আর্ট গেলেরি অদুগা ঐখোয়না য়েংলকপা অহুমশুবা ষ্ট্রিটতগী মরিশুবা ষ্ট্রিট ফৈনা থৎলগা শাক্তিনবনা মঙাশুব ষ্ট্রিট ফাওবথুংনা শাবা গেলেবিগী ব্রিং মথক অমসুং মখা অমদু অমুক য়েংবা ফংলরোইদ মাল্লে । লাই অমদি অমুক য়েংনীংলি । কবমতৌনি । নোংঙাল্লগদি অতৈ ময়াম অমা য়েংনীংই । নঙ্গদ্রনে ? চঙবু চঙলুরবদি নিয়ম ময়ামনে, সেক্যুরিটি চেক্লে নুংঙাইবনে পূং ২ দি হেক্তা হৌথি । ঐনা ইচানুপাদা হায় ঙসিগীসু অমুক চঙনীংই । মানা হায় হংচিত্তি নিউ য়োর্কনি । ঐ তুমিন লৈ ।

অশেংবদি ৱাশিংতনগী হুমনি থম্বনি । অদুদা ঐনা খঙদবা অমদি বালটিমোর

হায়বসিনি। মমিংসি ভাদে, মপাউসু ভাদে। চঙশিল্লক্লগদি ৱাশিংটন, নিয়ু য়োর্কনী মথং খনবা ওইরম্রে। য়েংবা য়াবা, খঙবা য়াবা য়ায়া লৈ। সহরসি য়ায়া পাক চাউই। নুমিৎ ৫/১০ কোয়রগদি মাসু খঙবা ঙম্বা সহর নত্তে। অদুনসু ৱাশিংটনগী প্রোগ্রাম নীংবা থুংখিদবনি। অসুম্না ৱাশিংটনগী অহানবা নুমিৎ লোইশিল্লি। অনীশুবা নুমিৎকী প্রোগ্রাম শেম্মী। আর্ট গেলেরিদগী থোরক্লগা আমেরিকান ইন্দিয়ানশিংগী ফেষ্টিভেলগী প্রোগ্রাম য়াওনবা চঙশিল্লি।

মখোয়গী তে াঙান তোঙানবা ষ্টোল ময়াম লৈরি। যন্ত্রগী, ফীগী, ৱাগী, উগী, ফিগী, শাম্নপোৎ মপা মপুগী চৎনরকপা কয়া, জগোই, ঈশৈ, লোইনা মথং মথং য়েংই। ফোটো নম্মী ভিডিও নম্মী। মখোয়গী জগোইশিং অদু উরগা অঙকপা নুংশিবা পোকই। মখোয়গী ফেষ্টিভেল অদু থাক অহুম থোক্লা মরূওইনা উরকই - **Patomac stage, Regalia stage, Harvest stage** হায়না ইরি।

নুংশা য়ায়া শাই অদুবু কলাকারশিংদু নুংশাগী অকিবা লৈতে। মখোয়না পাঙথোক্লিবা থবকশিং অদু ইউ.এস.কেপিতোলগী মমাঙমত্তদা ফজরবা উপালশিংগী মরক্তা অনানবা লম্বী ফজবা লৈ, নীংখিবা ঈশিং চাইবী মনাক্তনি হায়বসি পূংকাউ কাউই। উচেক মতু থেৎপা চরিক পরেং, শরিক খোঙজি খূজি শিবা নাকন্দা থাঙ মচা য়ানবা, পাম্বোম, খূজেংদা চরিক্কী খোঙজি শিবা, মশম তাখত্তুনা ককপা, মফিনা শুপুগী থরখত্তা শেৎপা, নীঙ্গোং অনীমক উবা পাখঙদু মখোয় খ্বায়গী মরক্তা মমিং লৈবা জগোই শাবনি হায়না লাউথোকই। যুগ অসিদা ইউ.এস.তা কেপিতোলগী মমাঙদা ৩ শুবা ৪ শুবা ষ্ট্রিটকী মরক্তা মহাক্লা লুচিংদুনা জগোই মথং মথং শারি। নুপাশিংসু মওং মওং শেৎলি। ব্রেডিসনেল ফিজেৎ শেৎপা ১৫/১৬ খক্তনি। জগোইদু হান্না শারম্রে। ঐখোয় চঙশিল্লি। ফমথৈ। ললিতভি ফোটো নম্রি। ঐদি পূক্লীং চঙনা য়েংলি, ঈশৈদু তারি।

ঐখোয়না চঙখিবদা শারিবা জগোই অদু মমিং খঙনীংদুনা ঈশৈ শকপা নুপা অনী অদুদগী অমনা পোথারিঙৈদা হংই। মহাক্লা ঐগী ডাইরি পীয়ু ইগে হায়দুনা ইরকই। হৌজিক শারিবসিনা **Duck dance** নি। থায়নগী খুঙংগী জগোইনি। মথঙদা স্মোক ডান্স শাগনি মীনা মৈখু উবগী হরাওবা, মৈখুনা মিত্তা শ্বুর হোনবদা ৱাবগী চোংবা অদুগী মতৌনি হায়। মরোলশিং অদুদি অমত্তা অর্থ খঙদে। অদুগা ট্যুন সুরদি চপমান্নবনিনা নুংঙাই। মৈতৈলোন্দা হেক হায়জিন্নগসু ইচা চানরোই নীংই। খোঙথাং য়ায়া য়ায়া ফিংই। **Duck dance** সু ইফিং ফিংই নোম্ম নোম্ম পাকথদুনা শায়। **Smoke dance** না হেম্মা ফিংই-মখোঙ কূংনা থাংই। ঈশৈ জগোই লোইবগা, ভবোকসু, কলাকারশিংদুসু উ-ৱা লাউই। লাউমিন্নবা থৱায় য়ায়া য়াওই। মণিপুরদা তাখুলনচিংবনা শারিবা জগোইগা শৈশক খূৎথেক য়ায়া মান্নবগুম তৌই। ঐদি জগোই হৈতবনা অমত্তা খঙবা ঙমদে।

অসুম্না কলাগী শোংশিং যেংলুরে ,জগোইদুগা য়েংলুয়ে অদুদগী চাউ শাংবা লেপ্লিবা মখোয়গী অচৌবা ম্যুজিয়ম অদুগী মখোঙদা ঈশৈ শক্লিবা কলাকারশিং অদুগী অমুক তাকসি হায়দুনা লাকই । আমেরিকাদদি ঐখোয়সু আমেরিকানি তপ্পা য়াদে । অমদগী অমদা চৎপদা যাওই । খোঙসি হৈনবক্রে । থুনা থাঙজিল্লকই। মোলগী মনুংদা ফূট ২০০/২৫০ মনুংদা কোযলাস থাদবা নুং মচা মচা,মহৌশাগী ওইবা নুংদি অকনবা অদুগা উফুল তন্থায য লবা লম্বা অনী লৈ । মদু লাম্হোক্লগা আমেবিকান ইন্দিযান ম্যুজিয়মগী মখোঙদনি ঈশৈ শক্লিবদু । ঈশৈ শকপী খূদিং মথূৎ য়েন্ত্রা চৈ মচা মানবা ঙম্মা শায় ওইদা খূবাকমুক্তগী খজিক্তং হেনবা পূংখোন পিক্লা থোকপা অমমম পায়বসু যাওই । মদূনা য়ৈবগা শকপনি । মপা ফবী হনুবী মখোল হৌথ্রবী অমনা চিংই ,ময়াম্না খুম্মী । ঈশৈদু চীংনুংগী ঈশৈনি,অহাংবা আতিয়াগী ঈশৈনি ,উমংগী ঈশৈনি,তপ্পা শীৎলিব নূংশিৎকী ঈশৈনি,মনীংতম্বা ঈশৈনি,নিয়ম নীতিনা ফাজিন্দবা মকা লাম্না হিংবা মী ওইবগী ঈশৈনি । ঙসিগী ৱাশিংতনগী,লোস এঞ্জেলস,নিয়ু য়োর্ককী নিয়ম নীতিসি লৈত্রিঙৈদা শকপা ঈশৈনি । থায়নগী মৈতৈগী থাবল ঈশৈ,ফৌগু ঈশৈ,নাওশুম ঈশৈ,চীংগী নুংশি নুংওনগী ঈশৈ,মথং মথং তাবগুম তৌশিল্লকই । ঈশৈ অহুম মথং মথং তায় । পূক্লিংশি ৱাশিংতন্দা নত্তে,থায়নগী ইংলিস শোংনা লাক্লিঙৈ **Ninial**



ৱাশিংটন ডি.সি.দা কেপিটোল হিল মমাঙদা অইবা (ফোটো:ডা:ললিত)

**Beal, Sir Walter Raliegh** না লাক্লিঙৈ, **Raliegh** না লমদমসিবু **Virginia** থোল্লক্লিঙৈগী মমাঙদা মনীং তম্না শকপা ঈশৈশিংদুনি। তানীংকুনতা লৈ। ঐনা তাথিসি তাথিসি হায়দুনা ঈশৈ অহুম তায়। মরিগুবা ঈশৈ শকপা হৌরকপদা ঐথোয় ম্যুজিয়মগী মনুংদা চঙদুনা য়েংসি হায়দুনা হোৎনবদা মীয়ামগী Q দু য়েংবদা অঙকপা ওইরে। অদুদগী খল্লি Smith না য়ুম্ফম থোল্লবা Capitol অসিদা থায়না ইন্দিয়ানশিংনা চীক্লা শকচরম্বা ঈশৈশিং অসি ঙসিদি ম্যুজিয়মগী, সংস্কৃতিগী, চহিগী প্রোগ্রামদা বিল্লিনিয়ার বিলদিংশিংগী মরক্তা ঙংলরেদো হে সভ্যতা নঙগী! নতুং ইন্দ্রগদি বারবারিয়ান হায়বা তারিবনিকো! ফনা লুই অরি অনৌ শমজিন্নবা।

হৌজিক্কী পৃথিবীসিদা পেত্তোমেক তুরেলনা মহেল্লে খঙ্গরমগনি; পেত্তোমেকতো। নিনিয়াল বিলগী একর ৭৯৫ গী লম্পাক্তা হুাইট হাউস লেপ্লি, কনানা খঙবা চীংনুংগী ঈশৈ লমজাও খোনগী নুংশিবা শুর ঙক্লবা সহরগী মাথা শারবা লান অমদি ইলেক্সনগী মেশা মরক্তা অসুম্না ঙংলবা কোনুং অমগা ফল তাহল্লগনি হায়বসি মতম কুইরবগী মমাঙদা হৌথ্রবা যুগশিংদুদা খল্লমগদ্রনে। মীওইবা ওল্লেক্লা লাইবক খৈ ঈশ্বরনা করিগুম্বা অরুবা অৱাবা থুদোংথীবদা নক্তগা অথিংবা অমনা নঙগী সংস্কৃতি সভ্যতাগী কাউঙমদ্রবা মমিবু পুদুদা চৎচবা ঙস্রিবা!

অসুম্না ম্যুজিয়ম মনুংদা চঙননবা টিকেৎ কক্লবগী Q চঙফমগী Q উবদা ওম্না হুম্নীংবা ঐথোয়দি কিরে। ঐথোয়গী লৈফমদু বালটিমোরনি। মাইল ৪৫ রোম ওইগনি। মিনিট ৪০ মুক্ত চঙগদবা অসিবু করিগুম্বা জাম অমা থেংনরবদি অরুবনি। অদুনা ঐথোয় থোরক্লে। ম্যুজিয়ম মনুংদা ময়াম্না ঙাইনরিবদি ইন্দিয়ানশিংগী মখল মথেলগী চাক্রেন্দু চাবনি। গ্রাস্না খাজিনবা মথা ইথং থংবা কানুংদুদা টেবল চৌকিদা নুপা



নেটিভ আমেরিকানশিংগী ফেষ্টিভেলদা মথোয়গী হিরো নম্বর ৱান জগোই শারি। তাং ২১/১০/০৪ ইংদা অইবনা নম্বা ফোটো।

নুপী, নুপী নুপা ময়াম ফমদুনা মফম অমত্তা হাংদনা চারিবশিংদু উরগা পুংখায় ঙাইবা চাক্রেন্দু চাদনা ঐখোয় থোরক্রে। ঐনা হায়বদগী মতমগী ঈশৈ শকপীদু তাশি হায়দুনা কেপিতোলগী খ্বাইদগী নকনা ষ্টেজদা চঙশিল্লি। য়োংকী চৌকি লীশীংগী মথক্তা থারি। অমুবা, অঙৌবা, মরক্কী মচু লম্না লম্না ফম্লরি। মমাঙদা সিট মরিথক থঙননা হাঙবদগী চঙশিল্লস্মী। সিট অনীদি কোট অমগা টুপী অমগা লৈরস্মী। অহাংবা অনীদুদা ফম্রে। নুংশাগী মৈশাগি অয়ৌবীনি।

ঈশৈ শক্লিবীদুদি মৈতৈনুপীগা চপ হেক মান্নবা, চান্দেল কোম্রাথবীগী নুপী মচানি, চপমান্নবা। ইচাউ চাউরগা তেক্তক তৌই। পকচৈ। যন্ত্রদু মশক খঙদে। গীতরগুম্বা ব্রায়ার তিংবা মওংনি। মাগা থানা নুপীমচা অহুম, ফিঙৌ শেৎপী অতৈ মচু অমত্তা য়ানশিন্দবী খুমিৎ ফাওবা উহন্দনা চাউনা শেৎপী যন্ত্র পায়দবী অমা। গীতর খোংবা অমা, ভাইওলিন খোংবা অমা মী তরুক্কী ঈশৈনি। "ঐগী মরূপ" হায়বা ঈশৈদুগা, শান্তি, হান্নবা ঈশৈদুগা নুংশিনা শকই। শৈশক্তু ঐখোয়না পামজবা নক্তুগসু তান মেল, ছন্দ, যন্ত্রগী কম্বিনেসন চানা ফজনা শকই। মাগী শৈশক্তুনা ভাবকপুসু ফাজিল্লি, মখোন নুংশি, ইন্দিয়ানশিংগী মচিন তুমথৎলক্লিবীনি হায়। ঈশৈদুগী মনুংদা নুংঙাইরিবদি গীতর খোংবা অমদি ভাইওলিন খোংবা অনীগী খুৎথক্তুনি। মতাং চানা চানা নুংশিনা মখূৎ শিংনা খোংই। নুংঙাইহল্লি। ঈশৈ তুংইনবী অনীদুসু নীংথিনা শকই। কেপিতোলগা হেক নকশিন্নবা শাবা ষ্টেজগী মথক্তা ভিডিও পর্দা ৩৫ এম.এমগী অহুম মথং মথং খিল্লগা শকপনি। য়েংবা নুংঙাই। খ্বাইদগী হেন্না ঙকলিবদি ঙসাইগী ফিঙৌ শেৎপীদুদি যন্ত্র পায়দে, ঈশৈ শক্তে জগোই শাদে। ছন্দ সুর তান্দুগা চাননা মরোল থোক্তবশিংনা ঈশৈ তাজনবা, ম া ভাদবশিংনা উরগা সুরগী নুংঙাইবা ফংজনবা মখূৎকী সাইন তৌদুনা ঈশৈ শকই। ঈশৈগী মবমদা শুক্তম তন্নক্তবা মীশিংনদি শুকথঙ থঙলমদবা য়াই। অদুবু, ঈশৈগী মরমদা থেংনরকপা কূপ্না তমশিল্লকপা মীশিংনদি ঈশৈ অদুগী নুংশিবা ফজবা অদু খঙবা ঙম্নমগনি। সুরগী অনেম-অব্রাং য়েৎওইগী ভাইব্রেসন অদু য়েংদুনা মহাক্না মখোঙ অমসুং মশাদি লেঙহন্দনা মখূৎ য়েৎ ওই অনীনা ঈশৈ শকলি। ঐনা তূমিন্না মঙোন্দা য়েংলি। মতাং অসিদা ইউ, এস কী শিক্ষা নীংশিংলকই। মখোয়গীদি ঈশৈ অসি কম্পলসরিনি। মী পূম্নমক ঈশৈ শক্কদবনি। শম্ন হায়রগা মখোয়না বাইবলগী নক্তুগা ব্রারী মচা অমগী, মমা মপা লোয়নবগী লমচৎ ব্যবহারগী ঈশৈ মচা মচা লেংদুনা অঙাংশিংদা শকহল্লি। কার্তুন উচেক, হুই হৌদোং তিন কাঙ্গু, কৌজেং হারৌ, থেবা, থেঙ্গু, কৈ, নোংশা, য়াও, শওম অসিনচিংবা লোইবা নাইদনা শাদুনা ঈশৈ শকমিন্নে। অঙাংনা মদু স্কুলদা তম্নগা তুংদা পুনশিদা ঈশৈ হৈনহল্লি। মদুনা তুংদা ঈশৈ খজিক্তসু খঙবা মী ওইহল্লি। মতৌ অদুম্না লাইরিক তন্নকপনিনা ঈঙ্গিতসু থরদি খঙবা হেল্লি।

ঐখোয়না হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকী কলাকারশিংনা ঈশৈ শকপা মতমদা মখূৎ ওই থাঙক্তুনা অনেম অব্রাং শান্নবা তত্তনা উরিবদুমকনি।

মমৈথংদা ঈশৈদু তারুবদগী মাগী ঈশৈ অদুমক য়াওবা কেশেৎ অমা লৈরুসি হায়না মেলাগী পোৎ য়োনফমদা ফনা কুইনা থিবদা নোংচুপ থংবা ম্যুজিয়মগী মপান্দা লৈরম্মী। পুলিশনা ঙাক্তুনা মী ৫০/৬০গী চাংদা থাজিল্লি। ঐখোয়সু লেপ্পী মনুং চঙলগা ফুট ৯০/১০০ শাংবা ৪০/৫০ পাকপা খূদক্তা খনবা শঙগী মনুংদা নুপীমচাদুগী কেসেট ৪০/৫০ লৈরম্মী। ঈশৈদু থিনবা চে অমা পীরকপদু য়েংলগা লৌরে। থোরকপদা Q দা পেমেন্ট ঙাইবদা পূং অমা লেপ্লকই। য়ুমদা পূং ৭.৩০ দা থুংই।

• • • • • • • • • • • • • •

## ৱাশিংতন নিনিশুবা নুমিৎ

তাং ২৩/৯/২০০৪ ইংদা ৱাশিংতন্দা অমুক চৎলি। ঐখোয়গী থ্বাইদগী ৱাখিবদি পার্কিং ফংদদুনা কোয়চেন চেনবদুনি। ৱাশিংতনগী পার্কিং থিবদা ঐখোয় ষ্ট্রিট ৱান্দগী কুনহুমদোই ফাওবা লোইনা লৈদুনা থিরুরে। ১৭শুবা ষ্ট্রিট তা মেমোরিয়েল ওফ হেরোইক ক্রুমেন লৈ। ৱার্লদ ৱার ভেটেরানস দলান লৈ। ঙরাংদগী ঙসিনা হেন্না কন্না থিরে। ঙসিদি ষ্ট্রিট নম্বর ২৩ ফাওবা য়ৌরে। মদুদগী হেন্দোক্লুনা মফম পুম্বা কোয়রে। পার্কিং থিবগী খুদোংচাবা ফংদুনা ষ্ট্রিট ৱান্দা ৱাশিংতন এভিনিউগী বারথোল ফাউন্টেন, ইউ.এস. বোটানিষ্ট গার্ডেন, উলাইসিস গ্রান্ট মেমোরিয়েল, লোশিয়ানা এভেনিউদা রোবর্ট এ ত্যাক্ট মেমোরিয়েল পুম্নমক য়ৌরুরে । কনষ্টিট্যুসন এভিনিউ অমসুং ইন্দেপেন্দেন্স এভিনিউ হন্না হন্না থৌরুরে।



ৱাশিংতন মোনুমেন্ট তাং ২২/৯/২০০৪ ইং ( ফোটো:- অইবা )

ঙাইহাক ঙাইহাক লেপ্তুনা য়েংই। কুমথবদি য়াদে। (নন্-ষ্টেন্দিং থাদবা মপাশিংদি য়াই )। ইন্দেপেন্দেন্স এভিনিউদা ষ্ট্রিট নম্বর ২দা হার্বার্ট হেমফর বিলদিং, নাসা ( নেসনেল এরোনাউতিক এণ্ড স্পেস এডমিনিষ্ট্রেসন ), ফেদরেল এভিএত্রোন এডমিনিষ্ট্রেসন, নেসনেল ম্যুজিয়ম ওফ আফ্রিকান আর্ট, ফ্রিয়র গেলেরী আর্ট, আর্ট এণ্ড ইন্দ্রষ্ট্রিজ বিল্‌দিং, স্মিথসোনিয়ান, নেসনেল ইয়ার এণ্ড স্পেস ম্যুজিয়ম, হার্ষ্টন ম্যুজিয়ম, নেসনেল ম্যুজিয়ম ওফ আমেরিকান ইন্দিয়ানস অসিগী মথক্তা য়েংবা য়াবা কয়াসু ষ্ট্রিট ১৪ অসিগী এভিনিউ অনী অসিদা ময়াম ওনশিন্নদুনা পরেংশানা লৈরি। বিলদিং অমত্তং

চঙখিবদা নোংমদি লৌগদৌরিবনি। পার্কিং ফংদ্রি। ষ্ট্রিটশিংনা খা-ব্রাং চৎপদুনি; এভিনিউনা নোংপোক নোংচুপ লৈবা বিলদিংশিং অদুগী অপূনবা অদুবুনি। ষ্ট্রিট অমদা ব্লোক ২০দগী ২৫/২৬ ফাওবা লৈ। হুম্বুবসু য়াওই। পার্কিং ফংদ্রি। মফমসিদা পব্লিক পার্কিং লৈতে। পার্কিং মিটর অমত্তং ফংননবা থিবগী ব্রানি। ষ্ট্রিট খূদিং য়েৎ ওই গাড়ীগী গাড়ী ঙাক্তনি। শম্ম হায়রগা নিউ য়োর্কতা ব্রার্লদ ট্রেদ সেন্টর মতোমতদা মী লীশীং লীশীং থবক তৌই হায়রি। অদুগুম্না ব্রাশিংতন্দসু মী লীশীং লীশীং থবক তৌবা ওফিস মশীং থীবা ঙমদবমখে কূংনা লৈস্রে। মদুননি পার্কিং ফংদ্রিবা।

ঐখোয় অব্রাংলোমদা অমুক খৌরে। কনষ্টিটুসন এভিনিউগা পেনসিলভানিয়া এভিনিউগা অনীগী মরক্তা হান্নগী ষ্ট্রিট নম্বরশিং অদুম অমুক খৌরে। হায়বদি ষ্ট্রিটত্তি ফৈনা খাব্রাং অদুম চৎখিবনি। মেলন ফাউন্টেন, ফেদবেল ট্রেদ কমিসন, নেসনেল আর্কাইভ, ডিপার্টমেন্ট ওফ জষ্টিস, ইন্টর্নেল রিভিনিউ সার্ভিস, ফ্রেণ্ডশিপ গার্দেন, ফ্রিদম প্লাজা, হ্বাইট হাউস ভিজিটর সেন্টর, কোরকোরান আর্ট গেলেরী, আমেরিকান নেসনেল রেদ ক্রোস মথং মথং লৈরি। পার্কিং ফংদে। পূংদি অমা তাশিল্লক্রে। নোংচুপ্তা অমুক চৎথবসিনা হ্বাইট হাউস কেপিতোলগী অকোয়বদু ঙরাংগী মতৌগুম অনীরক কোয়রে। কোয়রিবা খূদিং ফোটো নম্মী। চঙবদা গাড়ীনা পল্লে। মদুদগী হাইজিল্লক্লগা ষ্ট্রিট নম্বর ১৭/২৩ ফাওবা কোয়রে। ফংদে। অদুদগী খা নোংচুপ্তা মরুওইবা মফমদা চঙদবা য়াদদুনা চঙই।

হ্বাইট হাউসতগী নিউ য়োর্ক এভিনিউদা লাক্লগা ষ্ট্রিট নম্বব ১৭/১৮/২৩ ফাওবা লোইনা য়েংলে। রেনব্রিক গেলেরি, ওলদ একজিক্যুটিভ ওফিস বিলদিং, কারকোরান গেলেরি, আমেরিকান নেসনেল রেদ ক্রোস, কনষ্টিট্যুসন হোল, ওর্গেনাইজেসন ওফ আমেবিকান ষ্টেট মথং মথং লেপ্লি। মদুদগী কনষ্টিট্যুসন এভিনিউ থন্নমলগা রেনবো পূলগী মশীং য়াম্নবা ঈশিং পেরে ময়াম্না নীংথিনা ফজনা কাপখৎলিবা মফম অদুমক্তদা অনীশুবা লাঞ্জাওগী নীংশিং মোনুমেন্ট অদু অচৌবা লম্বী অনীনা নোংপোক অমসুং মখাদা চপ্তুনা চাউনা লৈরি। মীয়াম্না ঈশিং মবক্তুদা লান্দা থবায় কৎখ্রবশিং অদুগী নীংশিং য়ুম্বী ময়াম ব্রাংনা য়ুংখৎলিবা মরক্তদা কোয়চৎ চত্তুনা অমদগী অমদা অমদগী অমদা য়েংনরি। ঐখোয়দি মপান্দা লৈবা নত্তনা গাডী ঙাইহাক লেপ্তুনা য়েংবা নত্তনা চঙবা ঙমদ্রে। পল্লি, চেকপল খাজিন্দবা অহাংবা নীংথিনা নান্না শেম্বা মেমোরিয়েল অসিনা লান্দা থবায় থাগ্রবশিং অদুবু লেপ্তুনা ঈশিং পীথক্তুনা অরাম খৌরাংবা কোকহনলিবগুম নীংই। অদুদগী ঐখোয় ব্রাশিংতন মোনুমেন্ট, সিলভান থিয়েটর, রেঞ্জর ষ্টেসন্দা চঙশিল্লি। লূ নাল্লবা লৈ, উ অমদি নাপীগী মরক্তা হাঙনা হাঙনা ঈংনা লৈবা ঙাক্তনি। লোইনা শীংথাবা য়াবনি অদুবু ব্রাশিংতন মোনুমেন্ট অসিমক্তং

খর থমোইদা ফাওরকপদু য়েংসি।

পাকচাউরবা অশংবা লমহাং অদুগী চীদাইদা নেমতক নেমত্কপা উগী পরেংশিং, অৱাং অৱাংবা উশিংনা নীংথিনা হৌরি। ইঞ্জিন্সিয়ান প্রোপোরসন্দা য়ুমফমগী অপাকপগী শরূক তরা ৱাংনা শাননবা রোবার্ট মিলনা য়েকচবা মোনুমেন্ট অসি ফূট ৬০০ ৱাংনা শাগনি তৌরম্বদগী ফূট ৫৫০দা হন্দুনা শাখি। মরমদি মাগী য়ুমফমগী অরুবা ফূট ৫৫ নি। রোবার্ট মিলনা শাবা হৌজরম্নবদু মহাক ১৮৫৫ ইংদা শিখ্রে। অদুদগী সিভিল বারনা অমুক য়ৈথরুরবা তুংদা George P Marsh না অমুক মখা তানা ইং ১৮৭৬তা শাগৎলকখি। অকে অমৌ হকপা খোৎপা য়াওদনা এলুমিনমনা পিরামিদগী মওংদা শাবা মোনুমেন্ট অসিগী অকোয়বদা ইউ.এস.এগী থৱানমিচাক ৫০ য়াওবা ফিরাল ৫০না নুংশিত্তা ফর ফর হায়দুনা কোইশিল্লি। ইং ১৮৮৪দা লোইশিনখিবা মথক্কী শরূক অসিগা মখাগী ইং ১৮৪৮দা যাত্রা হুনবদগী ইং ১৮৫৫ ফাওবদা শাগৎখিবা অহানবগী শরূক অদুগা অনী অসি মচু মান্নদনা লেপ্লি। মখানা ঙৌরুননা মথক্কা ঙাংশিল্লপ্না উই। ঐখোয়না মখাগীনা ফূট ১৫২নি মথক্কীনা ফূট ৩০৩নি। অহানবা নুমিত্তসু হন্না হন্না ফোটো নম্মী। মথংগী নুমিত্তসু হন্না হন্না ফোটো নম্মী। আমেরিকানগী নীংতম লান্দা কয়া য়াম্না ৱাখিবা; আমেরিকাগী অহানবা প্রসিদেন্ট জর্জ ৱাশিংতননা কয়া য়াম্না জাতীসিগীদমক নোম্ব কনবগা লোয়ননা কখোকপীরম্বা, মহাক্কা কয়াগী মতীক জাতীসিগী তুংগী আশা তৌবীরম্বা পূম্নমক অদু নীংশিংননবা শাগৎখিবদুমক মোনুমেন্ট অসি উরগা লোয়না থমোয়নুংদা নীংশিং ই। হৌখ্রবা , জাতিগী পুনশি কখোকখ্রবশিংবু তত্তনা নীংশিংদুনা মখোয়গী থৌনা লিংজেন, অপাকপা মিৎয়েং অদু মতমপূম্বদা যোকখৎকদবনি হাযবদ্ তশেংনা খলহল্লি। ভারতকী মহাত্মা গান্ধী নীংশিংলকও। থমোয় ঈথক হৌবকই। মখোঙদুদা মীয়াম্না পীক থল্লি, অশংবা পাক্লবা লমহাংদূদা ঐখোয়দি চঙবা ঙমদ্রে। নন ষ্টেগুিং লৈতবা মপাদা খামদুনা ঐখোয় কুমথরগা ফোটো নম্মী, গাড়ী মনুংদগীসু যাম্না নম্মী। হঞ্জিন হঞ্জিন নমনীংবা পোকহল্লি। মীওইবগী পার্শোনেলিটি অদু য়ুম্বীদুনা ওইখিববা খঙদে, পঙনুংদা নুংশিরম্মী। অঙাং ওইরিঙৈদা মপা নীংবা জর্জ ৱাশিংতন হায়দুনা তম্নকই। পরীক্ষাদা মরূ ওইরকই।

ঐখোয়গী পার্কিং থিবদি ভোকপা য়াবা নত্তে। অদুদগী অথাপ্পদা লৈথোরক্লুনা কুটজ থোং লাম্না থৌরে। টাইদেল বেসিন্দা থৌবগা রুজবেল্ট মেমোরিয়েলদা চৎলে , জপানিজ পাগেদা লাম্হোক্রে। অদুদগী কোইখৎলক্লুনা তাইদেল বেসিনগী থোং মচা অমসু লাল্লে। জেফরসন মেমোরিয়েলগী অকোয়বদা থৌরে। উপাই লৈতনা তাইদেল বেসিনগী মঙাশুবা থোং কেল ব্রিজদু লাল্লগা সাইথ ৱেষ্ট ফাওরে। নম্বর ৩৯৫ দা শাংনা লাক্লুনা অহানবা অমদি অনীশুবা ৱেষ্ট ষ্ট্রিটকী ফোর্দ হাউস বিলদিংদা অহাংবা মফম

য়েংবদসু ফংদ্রে। অদুদগী কেপিতোল তানা থৌজিল্লগা অমুকসু য়েংউই। ফংদে। মমৈথংদা নেসনেল ইয়ায় এণ্ড স্পেস ম্যুজিয়ম মপাদা অমুক কার অমা থৌদোকখিবা থেংনরে। কার অদু থৌদোকপা হৌরকপগা ঐখোয়না হেক্তা ঙাইদুনা খূদক্তা লৈশিল্লি। পূং ১১.২০ দগী পার্কিং থিরকপনা পূং ১.৩৩ দা ফংলে। পার্কিং মিটরদা পূং ১.২০ দগী মতম থম্বা য়াননবা পৈশা থাদে। মতমদু তেনমল্লি হায়না ঐনা হায়বদগী ললিতনা অমুক ম্যুজিয়মগী থোঙ ময়াদগী চেপ্পোক্লুনা পৈশা হাপচিল্লি। কয়া হাপচিল্লি হংবদা পূং অমগীনি হায়রে। পূং ২.২০ গী মতম য়েংনবা তাঞ্জা ফংলে। ঐখোয়না কার থারিবা নেসনেল ইয়ার এণ্ড স্পেস ম্যুজিয়ম অদুগা, মদুগা থংনরিবা মায়োক্লবা নেসনেল এরোনোটিক্স এণ্ড স্পেস এডমিনিষ্ট্রেসন ( NASA ) অদুগা, নোংপোক পাংনা হায়গৎথ্রগা কেপিতোল ব্রাংমা লাম্পোক্লগা ইন্দেপেন্দেন্স এভিনিউগা পেনসিলভানিয়া এভিনিউ ইষ্টকী অহৌবদা লৈবা লাইব্রেরি কংগ্রেসকা অহুম অসিনি ঐনা য়েংনীংলিবসি।

ইহান হান্না ঐখোয়না নেসনেল ইয়ার এণ্ড স্পেস ম্যুজিয়মদা চঙই। ম্যুজিয়ম অসি স্মিথসোনিয়ানগী ইকোন কোন্না শেমগৎপা ম্যুজিয়মনি। ম্যুজিয়ম অসিদা চাহি অমদা মী মিলিয়ন ১০ গী চাংদা য়েংবা লাকপগী রেকোর্ড লৈ। ম্যুজিয়ম অসিদা মীয়াম্না অসুক য়াম্না পাম্নবগী মরম য়াম্মী। বিলদিং অসি অপাকপা অরুবা নুংশেলনা কোয়শিন্দুনা মনুং মপান ফাওনা উহল্লি। পাক্লবা পর্দাদা ঐখোয়না য়েংগদবা পূম্নমক মফম কয়াদা সিনেমা কাপ্তুনা অয়েংবশিংগী পূক্নীং চিংশিল্লি। রাইড ব্রদর্শকী যুমদু শারগা চাউরবা কারখানাগী লম কন্দুনা রাইড মচিন মনাও অদুগা মচানুপী শাবী অদুগী নুংঙাইবগা লোইননা নুংশিরবা অহিংবা দ্রামা অমনা ময়ামগী গাইদ ওইনা উৎপা মতমদু ঐখোয়সু থেংনরক্লুনা য়াম্না নুংঙাইবা পোকহল্লি। যুমগী মাঙ্গোলদুনা মচানুপী অদুনা, অরাকপা ময়াম ইমানা অদুম তৌই বাবানা অদুম হোৎনৈ; বাবাগী হোৎন কনবদি অসিনি অসুম হায়না লীরি। ব্রিলভর, ওর্ভিল অনীনা মখোয়গী চাংয়েং মায় পাকপা নুমিত্তা হরাওদুনা মচানুপী ময়ায়দা থম্নগা কোয়চেন চেনবগী মওংদু উৎলি। মতমদুগী মখোয়গী পাউমী অদুনা ঙাওদুনা কোয়তান তান্নদুনা য়েংবগী মওং লাউ খোংদুনা উৎলি। মিনিট ১০ মুক্তী শোদু লোয়বগা কলাকার মরিদু থুনা য়াংনা মপাল্লোমদা থোকখ্রে। ঐনা ব্রিলভর রাইডকী এক্তিং তৌরিবা কালাকার অদুগী ওতোগ্রাফ অমা লৌহৌই। মানা ইরম্মী **"Keep Flying High!"** " থেঙ্ক যু " হায়বগা লোয়ননা মমিৎ, মমায়, খূদাং, খজায় য়াওনা নোকশিল্লম্লগা চৎখি। **( Diary May 13/04 )**

রাইড বর্দসকী অসিদা খিল্লিবা মখোয়গী চাংয়েংশিং অদুতনসু নোংমদুগী য়েংবা কোন্ননবা লৈরে । ঐখোয় য়েংফম খণ্ডদে । অয়েকপা, অইবা, খূৎশু খূৎলাই, সাইকলগী চাংয়েং অমসুং মদুগী খূৎলাইশিং লৈ । থোইদোক্লা মখোয়না পাইননবা হোৎনখিবা

চরাং মানবা ফুট ২৫ / ৩০ শাংবা মদুদগী হস্তুবা পূম্নমক লোইনা পৈরি। ইং ১৯০৩ দা শুপ্লতগী সেকেণ্ড মরিখক্তং পাইবা অসিদা ঙসিগী ঙক্স য়াংলবা সুপর্সোনিক মথল মথা ময়াম অমা মী চামা চামা পুদুনা পৃথিবীবু নোংমতগী লৈকোল ওইহল্লক্লিবসি মসিননিকো থল্লুবদা রাইড মচিন মনাওদু পংনুংদা নুংশিরম্মী। ইং ১৯০৯ দা পাইখিবা খ্বায়দগী চাউবা চরাং মানবা এরোপ্লেন্দুগী মথক্তা ফমফমদি নাইদনা মখূৎ অনীনা মখা থংবা মশাদুদা পায়রগা য়ানবদু উবদা ওস্লোক্লা তুজুংনবা হরাওবদু ফাওই।



আর্মষ্ট্রোং অমসুং আলড্রিন অনীনা এপোলো ১১ তোংদুনা পৃথিবীগী অহানবা অনীশুবা মীশক ওইনা থাদা কুমথবগী নীংশিং এপোলো ১১ (ফোটো ডা: ললিত)

মসিদগী চাওখৎলক্তুনা মী অমা তোংবদগী মী কয়া কয়া তোংদুনা ঙসি পাইবিবসি অমত্তা চিংখদনা উৎলি। চাউব চাউববা য়োৎকী বিমশিংদা যান্ত্রদুনা থল্লিবা খোমজিল্লগা পৈশিন্দুনা উৎলিবা প্লেনশিং অদু হৌজিক হৌজিক থৌবা মান্ননবা ইঞ্জিনগী মখোল হেক হেক থোকহল্লি। ইলেক্ট্রিক্কী মৈ চঙহল্লি। পাইলোৎশিংনা মরা ঙাঙহল্লি। কন্ট্রোল কমদগী পাউ পীনৈ।

থাদা তারুবা লুনার মোদুল অদু রোকেট ১৬না কন্ট্রোল তৌহন্দুনা এস্ট্রোনোট অনী অদুনা থাগী লৈমায়দা হেক কুমথরকপগী মতাংদু লাইফ সাইজদা লৈ। থাগী লৈমায়গী লৈবাকশিংদু য়াওনা থল্লি। অইবনা খূৎনা শোক্তুনা য়েংই। শোক্তনু হায়বা নোটিশ অমত্তা উদে। অদুনা শোক্তুনা য়েংবনি। ইশামক থাদা লৈরবোই নীংহল্লি।

আমেরিকান স্পেস সাইন্টিসশিংনা হোৎনখিবা পুম্বা লোইনা মতা চানা শন্দোক্লা উৎলি। ভাইকিং, লূনা, সেটর্ন অতৈ রোকেৎশিং উৎলি। ব্রার এভিয়েসন, কমর্সিয়েল এভিয়েসন অমসুং জেনেরেল এভিয়েসনগী এরোপ্লেন কয়া উৎলি। অসিগী মথক্তা চার্লেস লিনবর্গকী **The spirit of St. Louis** চুক্ক য়িগারগী মখোলগী মাঙ থানা ইহান হান্না পাইখিবা প্লেন অমসুং গ্লীন গী "ফ্রেণ্ডশিপ" হায়বা পৃথিবীগী অকোয়বদা ইহান হান্না পাইখিবা প্লেন উৎলি। স্কাইলেভতা তোংদুনা অতিয়া লান্না খাদা নত্তুগা অতৈ গ্রহদা য়ৌনীংলবদি ম্যুজিয়ম অসিদা চৎপা ৩ায়, নুংঙাইবা ফঙ্গনি। শীংথারিবসি ম্যুজিয়ম অসিগী কাগী অহানবা চঙ্লকপমক্ত অদুম থেংনরগদবনি। মথোনসিমগী য়েংনীংঙাই য়াম্না লৈখ্রি। ম্যুজিয়ম অসি মথোন অহুম্নি।

মথংদা নেসনেল ম্যুজিয়ম ওফ আমেরিকান হিষ্টরিদা চঙই। ইহান হন্না য়েংলকপদগী হেন্না নুংঙাইনা ঈংনা তপ্না ব্রা অমত্তা ঙাঙ্দনা য়েংই। মী পুম্নমকসু অদুম তৌনা য়েংনৈ। মরমদি ম্যুজিয়ম অদুগী মনুংদা ইঈং ঈংবগী মতৌ অমা মতোমতা লৈজে। ইং ১৮৭৬ তা সেক্রেটরি ওইরম্বা Scientist Spencer Fullerton Baird না অঙকপা ফংনা ম্যুজিয়মদুগী পোৎশিং খোমজিল্লম্মী। মাগী লমজিং মখাদা স্মিথসোইনিয়ান অসি বাইওলোজি অমদি জ্যোলোজিগী নৈনফম, থিজিন হুমজিনফম কয়া ওইরক্লম্মী।

ম্যুজিয়ম অসিদা শকথঙ্নরবা লাইরিকশিংসু থম্মী। Uncle Tomb's Cabin অমসুং কুকবুকশিংসু লৈ। সাম্যুল এফ বি মোর্সনা ইং ১৮৪৪ দা ইহান হান্না ব্রাসিংটন্দা পুথোকখিবা টেলিগ্রাফ লৈ। গাড়ী, শগোল গাড়ী, মোটোর গাডী, পেল গাডী, লীক, উপু, কাংথোল, টেবল চৌকি, সিলভরগী পাত্রশিং, ছাপানাখানা চাওথৎলকপা, আইস ক্রিম শাবা হৌরকপা, মিলিতরিশিংনা শেৎলম্বা, চীনাগী লৈবাক্তা শাবা ফজবা পাত্রশিং, মখল কয়াগী পোৎ উৎলি।

• • • • • • • • • • • • • •

## ম্যুজিয়ম ওফ আমেরিকান হিষ্টরি

ম্যুজিয়ম অসি ইং ১৮৭৬ তা আমেরিকাগী চাম্মাশুবা মপোক নুমিতও' ফিলাদেলফিয়া সেন্টেনেল এক্স পোজিসন হায়বা অদু লোইনা ফাওনা পুবক্লগা ও এস. নেসনেল ম্যুজিয়ম হায়না মমিং থোন্দুনা ব্রাশিংতন্দা শেমগৎখিবনি। মতম অদুনা ফিলাদেলফিয়াদগী পুরকখিবা ম্যুজিয়ম মপোৎ মচৈ ঙাক শেন্দুনা থমগদৌরিবশিং অদুথক্তা হোল্লকপদা হরাগাড়ী ৪৫গী মপোৎ ওইখিরম্মী। হৌজিক ম্যুজিয়ম অসি

ম্যুজিয়ম ওফ আমেরিকান হিস্টরি হায়না থোল্লে। মসিগী মমাঙদা ইং ১৯৬৪ দা আর্টস এণ্ড ইন্দষ্ট্রিজ বিলদিং হায়না কৌরম্মী।

ইং ১৯৩২ দা ইউ এস কঙ্গ্রেসনা জর্জ ৱাশিংতনগী নুংগী মুর্তি অমা শাদুনা কেপিতোলদা থিন্নীংখি। মসিগীদমক হোরাসিও গ্রীনফতা শিন্নরে। খূৎহৈবা গ্রীনফনা ইটালিগী ফ্লোরেন্সতা চহি নিপান চঙনা তৃমিন্না মাগী পায়জশিংদুনা অকনবা নুংঙৌ অসিদা থবক শুজরম্মী। নীংথিবা মুর্তি অসি শুন্দৎলি অদুগা ৱাথোকসু চাউরম্মী। টন ১২ লৃধ। মুর্তি অসি জর্জ ৱাশিংতন্না ফম্লগা মখূৎ ওইদা থাঙ অমা পায়দুনা খ্বাংগী মথক্তা ফূরিৎ অমত্তা য়াওদনা শাবনি। ইং ১৯৪০ দা শাবা লোইরগা ইটালিদগী আমেরিকাদা কররম্লা পুগনি। ইটালিগী লম্বীদা চিংদুনা পুবদা শনপোৎ ২২ না চিংই। কঙ্গ্রেসনা হন্না হন্না খন্নরবা তুংদা মথৌনা ফবা মীয়াম অমা হি খাবক লাক্তুনা লৌরুনবা থারে। অদুদগী মুর্তি অসি সমুদ্র ৱাংমা লান্না ৱাশিংতনদা পুরকখি। পুরক্লগা য়েংবদা অমুক নীংবা কায়নরে। ফমদুনা পোথাবা খঙদবা ৱাশিংতনবু কঙ্গ্রেসনা নমদুনা ফমহল্লে; মফি লূনা নান্না চেকশিন্না শেৎপা ৱাশিংতনবু মফি অমত্তা থোংহনদ্রে। মখূত্তা থাঙ পায়হল্লে। খিনগৎপদা টন ১২ গী অরুম্বনা মখোঙ নমথদুনা থব্বা য়াদ্রে। ভার্জিনিয়াগী জেনেরেল এ ৱাইজনা হায়, "নুপা অসি লৈতে, নুপা অসি কৈদৌজেদসু লৈরমদে, কনা কনা ৱাশিংতন্না ফূরিৎ লিত্তবা উগ্রবগে?"



আমেরিকান হিস্টরি ম্যুজিয়মদা ঐগী ফূরিৎ পীমু থাঙ খূত্তগী লৌথোকপীমু ৱাকৎলিবা জর্জ ৱাশিংতনগী মমিং চৎলবা মূর্তি। ( ফোটো:- ডা: ললিত )

ইউ এসকী ফাগী তৌবা নুপা অমনা হায়, "কনানো অমত্তং ঐগী খুত্তগী থাঙসি চানবীদুনা লৌথোকপীয়ু, অদুগা মসিগী মহুত্তা ঐঙোন্দা ফি মচা অমত্তা পীবীয়ুবা !" অসুম্না ৱাথোক চাউবা মূর্তি অসি কেপীতোলগী ময়াদা খিন্নবা পুশিনৱদা চন্দদুনা ৱাংলবা থোঙ য়াম্থত্তুনা পুশিনখি। অদুবু মতম থর খিল্লগা লৈমায়দু পুথরক্তুনা অমুক থোঙ য়াম্থত্তুনা পুথোরকখি। অদুদগী হন্না হন্না খন্নরবা তুংদা মূর্তি অসি হান্নমা নীংথিনা য়ুম্ফম শেমদুনা কেনা থৌনা ফনা লেপ্পা য়াননবা হায়দুনা ঙসিগী অনৌবা ম্যুজিয়ম অসিদা মীয়াম পুম্নগী ঙক্লা য়েংনফম ওইদুনা লৈরে।

অসিগী মথংদা অইবনা য়াম্না খোইদাজবদি প্রেসিডেন্ট ফ্রাঙ্কলিন দি. রুজেভেল্টকী ইনেম নেম্বা পীশিক পীকপা অখিনবা রেডিও অদুনি। রেডিওদুনা রুজেভেল্ট না নমদুনা মমল নাইদবা ডোলার মিলিয়ন ওলহনখিবদুনি। অইবগী অশোনবা হায়বদু টেবল তোঙ্কসি হৈতে। মীগা ৱারী শাবদা য়ানশিনবা হৈতে। উম উম হায়দুনা তাবা নত্তনা ঙাঙবা ঙমদে। হৈনরগসু, হৈনদ্রুগসু, পাম্লগসু, পামদ্রগসু, অচুম্বসু, অরানবসু উম উম হায়দুনা অদুম তাগনি। মসি ৱাবগী ঙমখৈ লৈতে। মীগা উনবনা খ্বাইদগী হৈনদে। প্রোগ্রাম নাইনা পীরগা ঙাঙবা, তাবদি য়াম্না পাম্মী। মতাং অসিদা রুজেভেল্টকীদি " ফায়ার সাইদ তোঙ্ক " ফুঙ্গা ৱারী হায়বা তাবে। ফুঙ্গা ৱারী ইপু ইবেনগী বারী নত্তে। মসিদা মপা লৈতনা হৈবা, জ্ঞান তাহনবতা নত্তনা মী পুম্না নুংঙাইহনবা ঙম্মী হায়। অদুদগী রেডিও শীজিন্নদুনা মাগী ঙাইহাক নুংঙাইদুনা ঙাঙজরম্বদুনা প্রোগ্রাম অমা ওইখৎলক্রে। মদুদগী মাগী শিক্ষা অমদি হরাও নুংঙাইফম অমা ওইরকখ্রে। মতম অদুদগী অসুম্না অচৌ অশাংনা ঙাঙবা তাননবগী তাঙ্গা পীবা হৌরকখি। মদুদা ইহান হান্না শীজিন্নে হায়দুনা মাইক্রোফোন মচা অমা থেন্দুনা থম্লি।

অহুমশুবদা অইবগী পুক্নীং চিংশিনখিবদি আমেরিকান ওন দ মুভ হায়বা রেল গাড়ী অদুনি। ইং ১৮৩১ দা শারগা ইং ১৯৪১ দা প্রবক হৌখিবা ব্রিনতোন লোকোমেটিভ হায়বা রেল গাড়ী অদুগী ইঞ্জিনগী শক্তক অদু ইচাউ চাউনা লৈবি। টন ২৬০ লূম্বা ফুট ৯০ শাংবা রেল ইঞ্জিন অসি ঙসিখক্তা লোইরগা পুথোক্তুনা ইংলণ্ডগী লূরবা লণ্ডনগী সহবদা থৌবগা চপ মান্নে। ইংলণ্ডদা ইহান হান্না চেন্নবা শাখিবা ইঞ্জিন্নি হায়না থারি। অশংবা মচুনা হেনবা ইঞ্জিন অসিগী শংগদবনা শংই, ঙৌগদবনা ঙৌই, লাংগদবনা লাংই, নানগদবা মপানা ইনান নাল্লি। অসিদগী হেন্না নুংঙাইহল্লিবদি ইঞ্জিনগী পার্টশিংদু উংলি, মখোল থোক্লি, মৈখু ইঙৌ ঙৌনা কাপখোকলি। হেক থৌরমদাইগী ক্রিউশিংদু অশাবা মান্দে লেপ্লি, ফমলি, য়েংশিল্লি। সিদগী হেন্না অমুক ঙকলিবদি কাদুগী হেক মনুংদুমক্তনি মখল মখেল পুন্না উৎলিবসি - মখল মখা কয়াগী ইঞ্জিন, বেলুন, এরোপ্লেন, রোকেৎ মথং মথং য়েংখিবা, য়েংখৎখিবা য়েংথরকপদা

মিংফম হোংবা য়াদবনি লৈহৌবশিংদু। মদুগী মরক্তা মৈথুদু মনম নমদে, মিত্তা থূপহন্দে, কালিনা অক্কবা পোৎয়ামদু মোংহন্দে। চঙশিন্দুনা নক্লা য়েংজরকই। পায়বীগনু থারি। পায়দি পায়জরক্তে। অহিং নুংথিল নাইদনা উৎলিবা ইঞ্জিন্দু ঙংনা ঙংনা মৈথূ থোক্লা থোক্লা পোলুসন থোকহন্দে। মরিশুবদা অইবনা থোয়দাজবা অমনা বার্থ কন্ট্রোলগী কাদুনি। হিদাক পিল মখল, মখল উৎলি। লূপ মখল মখল চৎলি। নুপানা শীজিন্নগদবা মখল মখল উৎলি। লোয়ননা পাক্লবা স্ক্রিন্দা ইলেক্ট্রিক্কী উপায়না মীশীং সেকেন্দ হেনগৎলকপদু উৎলি। পৃথিবী পূম্বগীদি মচা, পোকথোকরকপা পূম্নমক মশীং থীরি। পাকই পর্দাদু মী ময়াম অমা য়েংফম থম্মী। অঙৌবা নুপামচা অহুমগা অমুবা অনীগা, অঙৌবা নুপীমচা অমগা লৈমায়দা ফমথদুনা নোটবুক পায়দুনা চেকশিন্না নোট তৌরি। লোয়ননা অশংবা মচুনা মী তাফম ময়েং তাথরকপা, সেকেন্দ খূদিং জঙ্গল অমদি পাৎনা মাঙথরকপা, মরুভূমি পাকথোরকপা উৎলি। ললিতকদায় য়ৌথ্রবনো উহৌদে। ঐদি পঙথর শ্মী। পর্দদুদা এসিয়া, ইউরোপ, আমেরিকা, ওস্ট্রেলিয়া, আফ্রিকা, এন্টারটিকাগী অঙাং পোকপা উৎপদা ইন্দিয়াদি লুচিংবা ওইহৌই। জঙ্গল মাঙহনবা, পাৎ ফুনবদসু লুচিংবা ওইহৌই। হে ভারত হে মণিপুর চেকশিল্লু। মুৎলরগনি। নখোয়গী প্লান্নীং অরেম্বনি পৃথিবীগা চাংদমনৌ। নতোমতা থাইদোক্কুনা য়েংগনু। শন খোঙ্গুনগী হঙোইনা মানা মচাওরে, মানা মনুংঙাইরে থন্দুনা নাপল তৌনা অহৌবা ঈশৈ শকলিঙৈদা ঈরোইনা ( মীশীং য়াম্বা ) নেংখায় হায়বদু তাজগনি। অসিবুনি অইবনা মরিশুবা নুংঙাইবা হায়জরিবদু। উৎলিবগী মওংদি মিলিয়ন্দা মীশীং পাবনি হেনগৎলকপা মফমশিংদা মৈঙাল অমা ফৎ ঙাল্লকপনি। পাৎ নক্তগা জঙ্গল মুৎথিবদা মপাদুগী মৈ অমা ফৎ মুৎথির্বনি . অপঙ অশিং লোয়না উহল্লি। ইং ১৯৫০/১৯৫১/১৯৫২ অদুম মথং মথং উৎপনি। আমেরিকাগীদি মচা শেম্বা ঙমদ্রবদি পোক্লদে। মচা য়াম্না লৈনদে। অমা / অনী / অহুম অসি য়াম্রবনী। অঙাং য়োকপদি যাম্না লেম্নৈ। অঙাং য়াম্বদি অব্রাবনি - ইকায়বদি থোইনবু লুনা খন্দে - অব্রাবদুনি, থৌদাংদুনি লুনা থল্লিবদি।

অসুম্না আমেরিকাদা কাউন্টি ৩১৪১ লৈবগী মনুংদা করম করম্বা কাউন্টিনা করি তৌরি। করম্না মপা মমানা মচা শেম্বীরি। মচা পোকপগী চাং করি ওইরি। মখোয়গী তোঙাম্না লৈবা লাপ্তকপা এলাসকা, লাউসিয়ানা, হব্রায়নচিংবা য়ৌনা থিজিন্দুনা কূপ্না শেম্নৈ।

মঙা শুবদি থোমাস এলভা এডিসনগী লাইপোক ওইবা মতৌশিংদুনি। গ্রিন ভেল্লিদা নীংথিনা নক্তবসু খরা উৎপ্রে। অদুবু মফম অসিদদি থোইদোক্লা হেম্না পূক্লীং চঙনা উৎলম্বনা খরদংসু পন্নীংই। মাগী থবক ময়ামদু থাবা লোইবা নত্তে। মদু থমজরগে। মানা ঙাঙলম্বা খরদং পুথোকচরগে। “**Well, I am not a scientist. I am**

**an inventor."** " ঐদি সাইন্টিষ্ট নত্তে। ঐদি পোৎ পুথোকচবনি।" এ, ও, তেৎনা মাগা থবক তৌমিন্নবদগী ইং ১৯০৬ তা মাগী ব্রেষ্ট ওরেঞ্জ লেবোরেটরিদা হায়খিবনি হায়না পুথোরকপা ব্রাহৈশিংনি। মসিদা বৈজ্ঞানিক অসিগী নোল্লুকপগী অঙকপদু পোক্লকই। পৃথিবীগী খ্বাইদগী মশীং য়াম্বা, মমল য়াম্বা বিজ্ঞানগী পোৎ পুথোক্লম্বা নুপা অসিনা ঐদি বিজ্ঞানিক নত্তে হায়রম্বসি ঙক্তনিঙাই করি লৈ। প্লেট মমাঙদুদা নোট অসি ইনা ইনা ফনা কুইনা লেপখি। সলাম কৎখি। মশক্লা মরোল অমা ফজরিবা। অদুদগী অমুক মপা অমদা চঙশিল্লগা পাবদা ইরম্মী, " **The fact to be accomplished by me is the invention, perfection and introduction into practice of eluminating by electricity which shall effect every object and take the place of the present method of lightening by gas."** " ঐগী পান্দমদি ঙসিগী গ্যাসনা (পেট্রোল, ডিজল, কেরোসিনবু খঙনৈ ) মঙাল পীনবা হোৎনরিবসি ইলেক্ট্রিক্লা নীংথিনা মরাং কায়না পৃঙঙান ঙালহন্দুনা ওইথোকপা য়াবা মৈ পুথোক্লবগী মৈ মপূং ফাহননবগী অমদি মৈ অনৌবা মওং হৌদোকননবগী চাংয়েংসি মায় পাকপসিনি। অসিগুম্বা ব্রাখল অসিনা লমজিংদু অতৈ থবক কয়াগী মরক্তা ইং ১৮৭৮ দগী ইলেক্ট্রিক্কী চাংয়েং হৌবকখি। ইনক নক্লা ইং ১৮৭৯ দা মায় পাকখি। মথক্তা উৎপ্রে।

এডিসন্না মখা তানা হায, " **If you want success, get some enemies."** নঙনা মায় পাকনীংলবদি য়েক্লবা খবা লৈহল্লু। হায়বদি মহৌশানা চাওখৎলকপা মীদি কল্লক্ - খন্‌বন্‌বা মী হেক্তা থেংনগনি হায়বনি। মদু ঐখোয়না কিফম থোক্তে অসিনি উৎলিবসি। অমুকসু মরম অসিনা মানা মখা তারকই - " **Success produces rivals."** মায় পাকপা হায়বসি লম্বা হেক্তা চোংথোরক্কনি। অসুম্না লৌখৎলিবা খরসিগী অচুম্বা এডিসনগী য়েক্লবা অমদি লম্বা তৌখিবা কয়াগী ব্রারী ম্যুজিয়ম অসিদা লীরি। মদু মফমসিদা থমজদ্রে। অবোইবদা এডিসন্না নুংশা শোর মপী অমত্তং হোন্দোকচরগা ইং ১৮৮২ দা পার্ক স্ট্রিট ষ্টেসন হোঙবা নুমিত্তা ব্রা ঙাঙবদা হায়, " **I have accomplished all I have promised."** ঐদি ঐনা ব্রাশকপা পূম্বা লোইনা পাঙথোক্লে। হায়নৈ মীওইবনা নীংবা থুংবা কনাসু য়াওদে হায়না। অদুবু য়েক্লবা চামনা, লীশীংনা কোয়শিন্দুনা য়েংশিনখিবা এডিসনগী পূক্লীং চংবা, পঙ্ঙাঙ ঙাক্সন্দবা, মোমোন নোকপা, অখাঙ কনবা অমদি মরূওইনা মীওইবগী নুংঙাইনবা খনবা অব্রাংবা ব্রাখলদুনা লমজিংদুনা মোমোন নোকনা হায়দোরকখি, " ঐদি ঐনা ব্রাশকপা পূম্বা লোয়না পাঙথোক্লে।"

অসিগী মথংদা ফার্ষ্ট ফ্লোরসু খর য়েংসি হায়দুনা গ্রাউণ্ড ফ্লোর থগ্রন্রে। থুনা য়েংই। আমেরিকাগী অথোইবা প্রেসিডেন্ট শিংগী শন্দোরকপা মগুণ, ফার্ষ্ট লেদিশিং থোইদোকপা মগুণ শীংথারি। মথোয়গী ফিজেৎ লৈতেং থগ্রি। ইং ১৮০৯ দগী ১৯২৫ ফাওবগী রাজনীতিদা ওল্লকখিবা নুপীশিংগী থৌদাং শীংথারি। অনীশুবা লাঙ্গাওগী অব্রা নুংঙাই - মায়থীবা - মরুওইনা মায়পাকপা শীংথারি। ইউ, এস কী স্পোর্টসতা শীংথাবা য়াবশিংগী ব্রারী লীরি। মসিনা লোইবা নত্তে - লৌউ শীংউ, ইন্দষ্ট্রিজ চাওথৎলকপা উৎলি। পরপ পরপ চত্তুনা য়েংই। পার্কিং রস অব্রার হেক্তা নীংশিংলকই। শঞ মনুংদা শমদুনা চৎলবসু মথাগীসু মথক্কীসু য়েংদবনা চামদা মরিফুতারামঙানি হায়বা য়াই। শীংথাজরিবসিসু কাদুমক্কী ব্রা অমত্তা লোইনা হায়বা ঙম্বা নত্তে। কানজোং কানজোং থারিবনি। অদুদগী অনীশুবগী য়েংসি হায়দুনা অমুক কাখৎলে।

মথোন অসিদসু প্রেসিডেন্ট আব্রাহম লিনকনগী পুনশি শীংথারি। মাগী টুপী লাত্তুনা থমলি। লোইননা লনাই পুনশি অমদি হ্বাইৎ হাউসকী পুনশি। অনীগী খেন্নবা নীংথিনা উৎলি।অনীশুবা লাঙ্গাওগী ব্রারীদি মপূং ফানা উৎলে। মথংদা শকনাইবশিংগী মরূওইবা পোৎশিং উৎলি। মাইকেল জোনসন বাস্কেৎ বোল জর্সি, মহাম্মদ আলিগী বোক্সিং গ্রোব, বাবে রুথকী সহি তৌবা বেজবোল, অর্থর আসেস অমদি প্রাইষ্ট ইর্ভটসকী টেনিশ রেকেটশিং, দিজি গিলেসপীগী ত্রম্পেৎ অমসুং অতৈ অতৈ কয়ামুক ঙাক্তুনা থগ্রি। ইলা ফিৎজগারেল (Ella Fitzgarald) অমদি তোনি বেন্নেটকী অচৌ অচৌবা ফোটোশিং, ভিডিওশিং উত্তুনা নীংথিনা থমলি। দোল হাউস লৈহৌই। অদুদগী "ওটোমেৎ" হায়বসি মওং অমগী হোটেলনি। মসি ইহান হানবা হোটেল সেবা তৌবা মী য়াওদনা মশা মশানা অপাম্বা চারগা পৈশাসু মশানা অদুম পীজরমগদবনি। মসিনা লংকৈ চৎপা শিংনা মতম য়াম্না কনবা ঙম্মী। খজিক্ত চানীংবনা খজিক্তং লৌরগা - মদুগী পৈশা পীবীরগা লোইরে। মসিগী মওং অসি পেনসিলভানিয়াগী পিঠবর্গতা লৈহৌবা ভেনকাতেশ্বর মন্দিরদা তৌরকই। ভাব শুক্তা তারক্তবনি। শাউশু পঙশাউ শাউনীংবনি। ললিতকা ঐগা চাক চারক্লি পূংদি ২.৩০ তারে। য়েংবা য়াবা য়েংলগা, লাইখুরুম্বসু লোইরগা চান থক্লবা ফঙ্গদ্রা হায়না পুজারিদা হংবদা মনীংলোমদা মন্দিরগী মনুংগী এক্তিরুমদা অদুম চঙশিল্প-ময়ায়ব্রাইদা অদুম ফঙ্গনি তাক্লকই চৎপদা হোটেলসু লৈরম্মী। ইচিক চিকই। অচা অথক মনাক্তুনা নুপা অনী লেম্লী। অমনা চহি ২৫ রোমগী অদুগা অমনা চহি ৪০ রোমগী মীশিংনি। মশক মতৌ ফজবা, ব্রাং চাউবা অঙৌবা আমেরিকান পাখণ্ড অমনা নুংশিৎ চিংশিন্দুনা লম শীৎলি। আমেরিকান অচৌবা চহি ৫০ গী মথক অমনা মনুংদা হোটেলগী থবক তৌরি। চঙশিল্পগা মীয়াম চাফম থকফম লৈ। ঐখোয় চঙশিল্পদে।

ঐখোয়না অচা অথক লৈত্রা হংবদা টেবল মথক্তা মখোয়গী মমাঙদা লৈরিবদুনি হায়। অসুম য়েংবদা অচাপোৎ মখল ময়াম পরেং শানা ইদুনা থেৎলি। ঈশিং লৌফম থমলি। চা কোফি ময়াম থমলি। ব্লাটর বেজিন্ লৈ। অরাংথংবা কক্লাং ময়াদা কপ, প্লেট, দিস্পোজেবল পাত্র মখল য়াম্না লোয় লোন্নন্না থম্মী। পেপর হেঙ্করচিফ মপৈ মপৈ। য়েংথোকখিবদা মী ৫০/১০০, পূন্না পূন্না চারমগনি খল্লি। ঐখোয়বুদি ঐখোয় অনীদা ঙাইদুনা থৌওইদ্রি মাল্লে খল্লি। মীন ঙাঙবা হংবা মখোয় অমত্তনা থৌওইদে। মমল হংই বোর্দতা য়েংবীয়ু হায়রক্লগা মখোয়গী ব্রারীদা হেক্তা ওনশিনখি। চানবদুসু অদুদা লৈরিবশিংদুনি হায়রক্লগা মমায় ওস্তোকখি। ঐদি শাওনীংলপ তৌই। অদুদগী ঐখোয় অচাপোৎশিং অদু অমমম লৌরগা ঈশিং লৌফমদুদা চৌকি অনীথক্তং স্ত্রে ওইনা লৈ। মদুদা হেক্তা ফমথরগা চারে। প্লাস্তিক্কা নীংথিনা শেম্বা প্লেট কপ হায়রগে মদুদা মখুম নীংথিনা খুমদুনা প্লাস্তিকনা অমুকসু চেৎনা য়োমদুনা থম্বা অচাপোত্তু হাংদোক্তুনা য়েংবদা থেট্রিগী মওংনি, খা ভারতকী য়েঙ্খাংনি, হরাইনি, খামেন অশীনবা মঙ্গে অশীনবনি। চাববু ঙমদে ফনা য়াম্না হোৎনৈ। তঙ্খায় হন্দোক্লস্ত্রে। চারমদাইদা সেবা তৌবীদবগুম, চারিঙৈদসু হংবীদে; ঈশিংসু পীরদে শাউরিঙৈদা হেন্না শাউনীংই। অদুদগী পৈশা পীরগে হায়বসু মনা তাশিন্নদে। অদুদগী পৈশা ঙসাইগী বোর্দতুদা য়েংলগা ঐখোয়না য়োৎকী অহোবা অদুদা থাদরক্লগা হল্লকই। পৈশা থাদবদুসু য়েংবীরক্তে। ব্রাফম অসি হৌজিক কোন্না ভাব তারকই। মীওইবনি পূকচেল শেংলগদি থবকসি ফনা নীংথিনা চাওথৎপা য়াই হায়দুনা উরকই। অসুম্না য়েংবা মতমদা লোইবা ঙম্বগী থাক লৈতে। য়াম্না নীংথিনা নোংমগী মতম কাইথোক্তুনা য়েঙ্গদবনি হায়বসি তত্তনা খল্লকই। খন্না খন্না কুমথরকপদা মখা ইথং থংবদা থব্রায় তানা য়েংখিবা ইহান হান্না ব্রাউন ভর্সেস বোর্দ ওফ এজুকেসনগী ইং ১৯৫৪ গী মে তাং ১৫ দা সুপ্রিম কোর্টনা তাখিবা রাই অদু উৎলি। কেসতুগী মবমদা থোকখিবা থৌদোকশিং উৎলি। রাই অদু হেক তাবদা আমেরিকাগী অমুবশিংনা হরাওখিবদু উৎলি। মীওইবগী হক, জাতি, ধর্ম, লোল, কুচু মখল কয়াগী হন্থনা য়েংলম্বা পূম্নমক কোকপা নুমিৎনি হায়দুনা শীংথারি। মপাদু লান্দুনা লাকপদা নুংঙাইখিবদু ঙসিসু নীংশিংলি। চামিন থকমিন্নবা, লৌন লৈনবা, থবক ইনথাং তৌমিন্নবা পূম্নমক আমেরিকানশিংনা ঙসি পৃথিবী পূম্বদগী মনীং তম্বা হেল্লি হায়না খল্লি। মখোয়নসু মখোয় ফ্রি সিটিজননি হায়জে। ব্রা ঙাঙবদা মী খূদিংগী মমিৎ লোত্তে, মচিনবাল ফাজিন্দে, মখূৎ লাকশিন্দে, মকা লাম্না লোইনা নোকই। মীনা মী কিবা হায়বদু লমদমসিদা পূল্লপ মাঙখ্রে। বিন লাদেন নঙনা পাপকী থবক অমা তৌরে। মীনা মীবু চিংনদবা লমদমসিদা মচেৎ থরদি চিংনবা পোকহল্লে। মসি অমুক হন্না কোকপা ঙম্বা ওইরকসনু।

আমেরিকাদা আমেরিকাগী মতমগী মিহুন চোংহন্দুনা ম্যুজিয়ম য়েংলি। ফনা য়াঙই। মথংদা অমুক নেসনেল ম্যুজিয়ম ওফ নেচরেল হিষ্টরি য়েংবা চঙই। চঙনা চঙনা থম্লি-ঐখোয়গী খূৎশা হৈবগী ম্যুজিয়ম অমা তৌগদবনি। অদুগা চহি খূদিং পাঙথোক্লিবা সাইনসকী হায়স্কুল, কলেজ, ইউনিভ সিটিগী ইরমদমগী অঙাংগী পোথোকশিং থম্মীগদবনি। পৃথিবী অমদি মণিপুরদা থবক তৌরিবা শক্লইবা সাইনটিষ্টশিংগী পোথোক, লাইব্রিক, চেফোং থমদুনা পূক্লীং থৌগৎপীগদবনি।

ঐখোয়না য়েংনীংদুনা চঙলিবসি মতমসু থেঙলে অদুগা পার্কিংগীসু তাঞ্জা ফংচিন্নক্লে। থম্না থম্না য়েংনীংদুনা চঙই। ম্যুজিয়ম অসি পৃথিবী অঙকপগী মনুংদা অমনি। থেন্দুনা থম্লিবা পোৎ অসি মিলিয়ন ১২৫ গী মথক্লি। চহি ২০০ চঙনা খোমজিন্নবা ম্যুজিয়ম অসি ফুটবোল গ্রাউণ্ড ১৮ গী অপাকপগা মান্নবা লৈমায় লৈ। জোনসনগী আইমেক্স থিয়েটর য়াওরি। অয়ুক পূং ১০.৩০ দগী হাংলগা অহিংগী পূং ১.৩০ দা থোঙ লোল্লি। মসিগী মনুংদা রিসর্চ তৌবশিংদি হেন্না থিজিন হুমজিন তৌবা য়াই। অহানবা হেক চঙলকপা রোত্তুন্দাদা মবাঙ কায়না চাউরবা মফমদুদা অচৌবা টন নিপাল লূম্বা, ফুট ১২ ৱাংবা শামু অমা ইং ১৯৫৫ দা ফাকবদুগী অশিবা মশা অদু অহিংবগুম্না ফিবম অমত্ত কাইহন্দনা মনাতোন ৱাংনা থাঙত্তুনা খোংবগী মওংদা লেপ্লি। মাগী লেপফম অদুসু জঙ্গলগী লৈবাক নুঙ মবক্তুদা চপ চানা শেমলি। অরাকপা খূদিংমক মসিদগী পূক্লীং নূংঙাইবা হৌখ্রে।

এস্কালেত্তর, ইলেভেতর নীংথিনা শেমদুনা অয়েংবশিং মতম মাঙহন্দে। মখোয়না চৎনীংবশিংগীদমক পাকথ্রবা সিড়ি অহুম্না লৈমাযদগী মথোন অনী ফাওবা লেপ্তুনা ‘গথৎহল্লি। কাথৎ কুমথ মওং অহুমদা মীশিং কৃক কৃক ইন্নরি। বেহরিং (Behring) ফেলিমি হোল ওফ মম্মালস হায়বদুদা শেকপী, য়োং, কংগারু মখল মথেল মমাগী খোম থক্তুনা হিংবা জীব মখল ২৭৪ থম্লি। অঙকপনি। পাইরি খোংলি, শান্নরি। তিন্নবা য়াবশিং তিন্নহল্লি, য়াদবশিং তোঙাল্লি। অসুম্ন খোম থকপশিংগী লৈফম অদু স্কোয়ার ফুট ২৫,০০০ গী এবিযানি হাযনা থারি। খোম থকপা জীবশিংনা মথং মথং চাউখৎলকপা অদু উৎলি।

মথংদা ডাইনোসোরগী জাৎশিং উৎলি। অহিংবা মান্না শাবা ঙাত্তনি। অহিংবা লৈতে। অদুগা অশেংবগীদি শরূ ঙারূ ওইনা মখল শুনা উৎলি। চহি ২৩০ শুরবা মতমদগী মিলিয়ন ৪০ শুরবা মতম ফাওবগী শরূ উৎলি। দিপ্লোদোক্স লোঙ্গস হায়বা শরূ অদু উত্তাহদগী ফংই হাযনা থাবি। ফুট ৫০ শাংবা য়াবা জীবদগী ৪০,২০,১৫ শাংবা য়াবা জীবশিংদু মখোঙ লোইনা তেল্লি। খূমাঙনা হেন্না তেল্লি। মমৈনা হেন্না মশাদগী চাউবোই নীংবসু য়াওই। য়েংবদা ঈশ্বরগী শক্তি উরকই। থল্ল থল্লগা, নৈন নৈনরগা

মীওইবগী পুনশিগী মতম মিৎকুপ অমত্তনা শাবগুম তৌশিল্লকই। অদুগা করিগীনো জীবশিং মথং মথং মাঙহল্লিবা খনবদা অঙকপা ওই।

মসি হেক হুন্দোক্রম্বদা লাইফ ইন দ সি সমুদ্রদা হিংবা জীব হায়বদুনি। ফজবা হায়বদু 'সিনি, ঈশ্বরগী অকেবা হায়বদু 'সিনি, ঈশ্বরগী থোৎ নৌবা হায়বদু 'সিনি; মপান নাইদবা মাগী কলাদু সিনি; মীওইবনা চঙবা ঙম্নলোইদবা থব্রায়গী তুংনফমদু 'সিনি হায়বসি ভাব তারকই। মচু কয়াগী জীব, মওং কয়াগী জীব, মখল কয়াগী লৃ-নানবা ঙাশিং হায়ফম তম্ফম খঙদবমখৈ মশীং য়াম্মী। য়েংবসু ইশামক সমুদ্রগী লুরবা ফুট কয়াগী মখাদা খোঙনা চৎপগুম খলহল্লি। ঈশিং মনুংদা লৈবগী অচিকপদু ফংই।

থায়নগী জীবগী ফোশিল কয়া অমসু উৎলি- থরোই, কোল্লেং, মোইবুং, খজিং মানবা জীব কয়াগী ফোশিল উৎলি। চহি বিলিয়ন মরিগা মিলিয়ন তরুক শুরে হায়বা মেটিওরাইদ থমলি। নুমিৎকী হৌরকফমগী মরমদা নৈনবা মেটিওরাইদ মখলশিং থেন্দুনা লৈ। অসুম্না অহানবা ফ্লোর অসিদা আফ্রিকা-ভোইস, জাপান, চাইনিজ, আস্ট্রেলিয়া, ইন্দোনেসিয়া, মেলানেসিয়া, মিক্রোনেসিয়া, পোলিনেসিয়া অসিনচিংবগী সংস্কৃতিশিংগী শরুক উৎলি। লোইনা শীংথাবা ঙম্বা নত্তে।

অনীগুবা লৈমায়দা মখল মথেলগী মৈশা অমদি প্রেসরনা শেমগৎলকখিবা ধাতু, সানা, হিরা, মণি, মুক্তা কয়া উৎলি। ক্রাইস্তাল বোল হায়বা মণিমুক্তা অদু ফাওদুনা য়েংনৈ। মঙোন্দা নকশিন্দুনা য়েংবা মতমদা পোৎ খুদিং মনীং মমাঙ ওম্ন তৈননা তায় নুংঙাইহল্লি। অদুদগী হোপ ডাইমণ্ড হায়বদু উই। হোপ ডাইমণ্ড খ্বাইদগী অতাঙবা ডাইমণ্ডনি। মসিগী অঙকপা ব্রারী কয়া লীনৈ। কেরেত ৪৫-৫ গী ডাইমন্ অসি ফ্রান্সকী - নিংথৌ- লুই ১৪ শুবগী লুহুপ্তা লৈতেংননবা ভারত্তগী ইং ১৬৬৮ দা " ফ্রেঞ্চ ব্লু " হায়না মিংথোন্দুনা পুরকখিবনি। অদুদগী ইং ১৭৯২ দা মাঙখিবদগী অমুক হন্না থিবা ফংখিদ্রে হায়। অদুবু ইং ১৮৩০ দা ইংলণ্ডগী নিংথৌনা লৈদুনা মাগী লৈতেং ওইনখিবা ডাইমণ্ড অদুমক হায়রিবা ফ্রেঞ্চ ব্লু অদুনি হায়না খঙনৈ। ইংলণ্ডগী হেনরী থোমাস হোপকী মমিং লৌদুনা হোপ ডাইমণ্ড হায়না খঙনখিবনি। ইং ১৯০০ দুব্রাইদা ইভালিন মেক্লিনগী মপুরোইবা ব্রাশিংতন পোষ্টকী মপুসিনা হোপ ডাইমণ্ড অমা লৈরম্মী। অদুদগী ইং ১৯৪৯ দা নিউ য়োর্ককী সনাগুবা হেরি বিন্সতন্না ডাইমণ্ড অসি লৈথি। অদুদগী মানা স্মিথসোনিয়ানদা ইং ১৯৫৯ দা পীরক্লুনা ঙসি ফাওবা লৈরি। ডাইমণ্ড অসি ফজবগীতা নত্তনা ওমঙ্গলগী ব্রারীগী মমিং চৎপা ওইরম্মী। মসিবু লোইখিবশিংগী পুনশি-অব্রা-অনা-খৎন-চৈন নংবগী ব্রারী ময়াম অমা লীনৈ। মতাং অসিদা থমজদ্রে। অসুম্না ডাইমণ্ড থম্লিবা মফমসিদা অঙকপা পৃথিবীগী মমল য়াম্নবা ডাইমণ্ডশিংসু লৈ। মখোয় থরদি কেরেত ১২৭ কী পোর্তুগিস ডাইমণ্ড; কেরেত ১৩৪.৭ কী রবি, কেরেত ৪২৩ গী

সেফায়ার, কেরেত ৩৭.৮ গী য়াম্না শংবান্নবা ইমেরাল, কেরেত .৩১ গী থমোই মানবা শংবান্নবা ডাইমণ্ড, কেরেত ৩৩০ গী স্টার ওফ এসিয়া লৈ। মীয়াম্না কৃক কৃক ইন্ননা য়েংনৈ। ইহোং হোংবা পোৎ থম্বমগুম খুৎনা লাস্বা ফংনা ফংনা থম্মী। মিংশেন্নদি খাজিল্লি।

মেত্তিওরস খোমজিল্লিবা মফম অদুদা নুং লীশীং অনীগী মথক্তা লৈ। মখল মথেল লৈরিবা পৃথিবীগী রাংমগী নুংশিং অদু মচু মচুগীনি। পৃথিবীগী নুংগা ইমান মান্ননা উই। শোকপা য়াই অদুম-শোক্কুনা য়েংলকই। অদুদগী হেক থংনবদুদা পাক্লবা উমং ওই, মরুভূমি ওই তৌবা ফনা নীংথিনা পাকপা অমা লাম্লোকই। মথক অদুদা মৈগী চীং পোখায়বগুম তৌরগা য়ুহারাবগী মওংগুম হকচাং অসি থক থক নোম্রকই। নিকপগা খোঞ্জেলগা পুন্দুনা পৃথিবীদা করিগুম্বা অহুমগুবা থৌদোক অমা থোক্রবোই নীংহল্লি।

অদুদগী সাউথ আমেরিকাগী সংস্কৃতি সভ্যতাগী শরূক চাউনা লৈহৌরে। চণ্ডশিল্লুদ্রে। অদুদগী ইকোন কোন্না গ্রাউণ্ড ফ্লোরদা য়েংলুদ্রে। ঐখোয় মতমসি নীংথিনা লৌখিবনা খুৎলৈ থুনা য়েংলকই। অঙকপা সংসার অমনি। উচেক ঙাক্তা মখল ৩০০ গী উৎলি। মখল অমমমগী ৫/১০, ৫০/১০০ লৈবনি। কোয়পাই পাইদুনা শানৈ। লৈফমদি কা মচা মচানি। অমগা অমগা পূনশিন্নরিবদু মখল য়ামদে। অচৌবগা মচাগসু পূনশিন্নদে। পিশিক পিকপা ইঞ্চি ২.৩০,৩.০০ দা শাংবা য়াওরি। গোলদন ক্রাউন কিংলেৎ কৌই। পিলেটেদ উতুবী হায়বদু মচিন্দুনা ইঞ্চি ১৬ শাংই। উচেক্তি য়ুম খুনুদগীসু হেন্না চাউদে। তৃমিন ফমদুনা লৈ।মরক মরক্তা অমনা পাইদুনা উদা দক দক হকই। ম্যুজিয়মসি অঙকপা অমনি। শীংথানিঙাই লৈহৌরি।

• • • • • • • • • • • • • • •

## নিউয়োর্কতা নুমিৎ নিনি

তাং ২৫/৯/২০০৪ ইং

ঐখোয় বালটিমোরদগী অয়ুক পূং ৮.৪৫ তাবদা নিউ য়োর্কীদমক খোঙশাল্লি। মেরিলেণ্ড ষ্টেটকী শরূক্তা মিনিট ৪৫ রোম থৌরগা ব্রেল কম টু ডালেব্রার হায়না চাউনা থারম্মী। মেরিলেণ্ড ষ্টেট লাম্লোকপা হেক হৌরকপদগী লম্বী অদু মাইল খূদিং চেম্মরি। অঙম্বদগী মথং মথং লোইরোইনা থৌথরক্লি। চীংথক্তগী থৌথরকপগী মওংনি। চীংদি অমত্তা লৈতে উদে। অদুম চেম্মে,অদুম চেম্মে,মাইল তারা কুন ওইগনি অদুম চেম্মে। অসুম্না পূং ৯.৩৫দগী চেম্মরকপনা তোল বুথ থেংনরে। তোল বুথ তরাতরেত্তা পৈশা লৌবদু ডোলার ২/২ শৎ শৎ পীশিল্লি। কার্দসু পীদে,টিকেটসু পীদে, রসিদসু নাইদে। পৈশাদু শৎ লৌরগা থেঙ্ক য়ু সিনা লোইরে। হায়বদি তোল বুথ তরাতরেৎ অদু লোইনা

চিল্লি । অসুম্না নেৱার্ক মিদল তাউন চঙলকই । ডেলৱার ওয়েক্লা লূ নাল্লি । লম্বীশিংদু হায়দগী লূখৎলকই । লেন তরুক তরুক চৎখিবগা হল্লকপগা তরানিথোই অয়াম্বা চেনখৎলকই । খঙ্হৌদে পূং অমরোম থৌরক্লগা ডেলৱার মেমোরিয়েল ব্রিদজ য়ৌশিল্লকই । থোং অদু পূংদা মাইল ৭৫ গী চাংদা থৌবদা মিনিট ৬ চপ চানা চঙই ।

য়াম্লমক নুংঙাইহরিবদি থোং অসি হেক কাখৎপা হৌরকপদগী নিউ য়োর্ক সিটি লাপ্না নীংথিনা উরে । নোংপোক্তা অৱাংদা নিউ য়োর্ক সিটিনা থত্তুনা লৈবা থোং হায়বা তারে । উনীংবগা উবগা চপ মান্নে । থোং লানবা লোইবদা লূপ্ৰবা, নানপ্ৰবা ঈংনা চিক্লা মথোয়গী হীরম কয়াগী চাউথোকচনিঙাই ওইবা তুরিষ্ট সেন্টর ময়ামগীদমক পৃথিবীগী মী কয়া চিংশিনবা ঙশ্মী চাউথোকচরিবা ডেলৱার ষ্টেট থন্নক্লগা নিউ জর্সিদা চঙশিনখ্রে ।

অসুম্না ইন্টর ষ্টেট হাইৱে ৪৯৬ তা চঙশিন্দুনা নিউ য়োর্ক ষ্টেট লানশিল্লি । ইকজিৎ ১৪ দা অমুক নিউ য়োর্ক সিটিদা চঙশিল্লি । নিউ য়োর্ক এয়ারপোর্ট নাপন তৌনা লৈহৌই । অথাপ্নদা নিউ য়োর্ক সিটি উবদুদি অদুম য়েংনীংদুনতা লৈরি, য়েংলি । খঙহৌদে লিনকোল তনেল ইক্জিৎ মাঙদা লৈরম্নে । তোলগী বুথ তরাতরেৎ লৈরম্মী । কারনা পূংথন থল্লি । অইবনা তত্তুনা তোলগী নত্তুগা টিকেট ৱা হেক্তা থল্লুই । মরমদি মী লাখ লাখনা লম্বীগী পৈশা; দলান য়েংবগী পৈশা, পার্কতা কোয়বগী পৈশা, ম্যুজিয়ম য়েংবগী পৈশা, গার্দেনশিং য়েংবগী পৈশা, করিনো পৈশাসি মপান নাইদনা লায়না তানপ্ৰবা অদুগা মীশিংবু মপান নাইদনা থবক পীপ্ৰবা । হোটেলগী মোরোকথত্তু শুবা, মকু থোকপা, আলু শোয়বদসু মিলিয়নগী থবক পীপ্ৰবা পূম্নমক হেক্তা নীংশিংলকই । মীনা মীবু নমথদুনা লৌনম তৌদুনা পঙশী শীজিন্নবগী মওং লৈতবা । থবক্কী তলবনা লমশীৎপা, ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার অদুম মান্নবা ফংবা ঙম্বা অদুগা থবক অমা হেক্তা তৌবা মীনা করিগুম্বদা ওঝা অমগী থা অমগী তলবকা মান্ননা তানবা ঙম্বা লৈবাকসি হিংবগীদি লাইথ্রেদা; লাইরবগী উপায় পীবা লৈবাকসি নুংঙাইহরিনি, নুংঙাইরকখিনি, নমথবা পাক হেক ঙম্রোই হায়বদু থল্লকই ।

হদসন তুরেল মাঙদা লৈরে । মবুক তপ্নবা হদসন তুরেলগী মথক্তা জহাজশিং তপ্ন তপ্ন মথৌ চৎলি । মী পুরিৱা পোৎ পুরিৱা হিংবগী লান্দা ঈশিং, অতিয়া, লৈমায়, লৈনুং কোয়লাঙ লাঙলি । ৱাথলগী শান্নফম্নি আমেরিকা । ৱাথল পুদুনা মফম পূম্নমক পোথাহন্দে । তনেল অহুমগী মনুংদা য়েৎ ইথং থংবা তনেলদা ঐখোয় চঙলে । বালটিমোরদা নোংপোক নোংচুপ অনীমক্তা লেন অনী অনীগী তনেল মরি মরি লৈহৌই । নিউয়োর্কতদি তনেল অহুমথক্তা চেল্লি । শাংবা মান্নগনি । থরদুম হেল্লক্লগনি, মিনিট ২ সেকেণ্ড ১৫ চঙই ।

# জেনেরেল এসেম্বলী

অসুম্না লিনকোল তনেল লাল্লগা সিটি মনুংদা চঙশিল্লে । খর চঙশিল্লগা মঙাশুবা এভিনিউ,৩৪ শুবা ষ্ট্রিত্তা এম্পায়ার ষ্টেট বিল্‌দিং থেংনরে । তপ্ন তপ্ন থৌরগা ঐখোয়না লৈগদবা য়ুমদা হান্না চংলি। মফমদুদা গাড়ী ঙাইহাক্তং ত্রাফিক্স লেপহল্লিঙৈদা ফোটো খরা নম্মী। ভিডিও ফিল্ম নম্মী । পন্দনা চঙশিল্লি । ইনক নক্লা য়েৎ থংবদা সমুদ্র মপান্দা ক্বিইন্স তাউন তনেল চঙশিল্লমদাইদা ইউ.এন.ও.গী সেক্রেটরিয়েৎ অমদি জেনেরেল বিল্‌দিংসু মায়োক্লনা পাকনা চাউনা ঝ্রাংনা লেপ্লি । পুলিস ময়াম্না লেনশিং অদুদা কুংনা কুংনা লেপ্তুনা গাডী থৌবশিং লেপ্তনা তপ্না তপ্না থৌনবা হায়রি । হায়রিবা বিল্ডিং অনী অসিগী পরেং য়েৎ ওই নাকন মনীং মমাঙ লোইনা সিটিগী অব্রাংবা দলান ঙাক্তনি । লম্বীদুসু ঐখোয়গী ককচিং শুগুনু,ইম্ফাল সেক্রেটরিয়েৎকীনা হেন্না পাক্লনি । ইউ.এন.গী মিটিং মতম্লি, মী চঙহন্দে হায়না পুলিসতা হংবদা তাক্লকই । মী চঙহন্দে হায়রিবদু বিল্‌দিং মনীংদুবুনি । পুলিস অয়াম্বা অমুবা ঙাক্তনি । মিটিং লোয়রগা নুমিৎ খরগী মতুংদা য়াগনি হায় । যেংনীংবগা,লেপ্নীংবগা মখোয়না ঙাইহাক লেপহন্দুনা থগ্নীঙৈদা হংবা য়াবা খর হংহৌবনি;অদুগা চৎপা মতমদসু কার ময়ামদু তপ্না তপ্না চৎহনবদুনা ফোটো নম্বা হন্না হন্না য়েংবা ফংহৌই । নুংঙাইখি ।



ৱার্ল্দ ত্রেড সেন্টরগী কায়খ্রবা দলানগী মখাদা নৌনা শাগৎনবা থৌন্নাং তৌবিবা সব ব্রেজ অমসুং ষ্ট্রিটতা গাইড অনিলকুমারগা লোয়ননা অইবা । ( ফোটো : ডা: ললিত)

ওয়াংখক্ত ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর পাকিস্তানগী প্রেসিডেন্ট মথৃং শোক্লদুনা য়ারী শামথিবা, পৃথিবীগী মকোক থোংবশিংনা মথং মথং শান্তিগী য়ারী শান্নবশিংদু খল্লুরগা দলান অনী অদু য়াম্মা নুংশিন্নকই । পৃথিবীগী মকোকশিং নখোয়গী পূক্লীংনা পৃথিবী অসিবু শান্তি থম্বা ওমহনবা ওইসনু খল্লকই । লোকা সমস্থ সুখিনো ভবন্থু হম্না হম্না পূক্লীংদা শোক্কে । বাসুদেব কতুম্বকম শোক্কে । Where there is no domestic wall হায়বদু নীংশিংলকই । ঐনা নীংজরকপগদি মফমদু ইওন ওন্নরম্মী , পান্নবা লম্পাক নীংথিবা লৈকোল, ঈশিং পেরেগী ফজবা অচিকপা মফমদা লৈরমগদবোই নীংলূই । অদুবু সহরগী মপা লৈতনা চিন্নবা মফমদা লৈরম্মী । শান্তিগী লৈবাক্নি । এম্পায়ার ষ্টেট বিল্ডিং অতৈ অতৈ মমল য়ান্নবা থবক চিনবা বিল্ডিং পূম্নমক ডাউন্দ তাউন্দ লোইনা লৈ । বাজার ময়ায়দা লোইনা থম্মী । ফিফ্থ এভিনিউ ৩৪ শুবা ষ্ট্রিট New York NY 10118 তা এম্পায়ার ষ্টেট বিল্ডিং লেপ্তুনা লৈহৌই । অনিল মোনিগী ময়ুম থিবা চৎলে । সেল ফোন্দা মানা কন্না তাক্লকই । তাক্ল তাক্ল ঐখোয় মাগী ডিরেক্সন তুংইন্না চৎপদা লম্বী ওাইহাক থিনৈ । অদুদগী পার্কিং থিবা চৎলে । ফ্রাঙ্কলিন এভিনিউ, কিসেনা বুলিভার্ড, বিচ এভিনিউ, চেরি এভিনিউ ( ভারত, পাকিস্তান, আফগান, কোরিয়া অমদি চিনাগী বাজারনি ), গোলদন এভিনিউ, এলদর এভিনিউ মথং মথং চত্তুনা পার্কিং থিবা ফংদে । ত্রাফিক মিটর অমবু ফংলবদি হায়দুনা থিবদা অহাংবা অমত্তা ফংদে । মমৈথংদা য়ুম মনুংদা থৌজিনবা পার্ক অমা অনিল মোনিগা ঐখোয়গী ললিতকা অনী থাদোক্তুনা থিবদা ফংদুনা মদুদা থম্লে । অনিল মোনিনা হায়বা মতুংইন্না ঐখোয় এম্পায়ার ষ্টেট বিল্ডিং য়েংবা চৎলি । অনিল মোনিগা মচানুপা ক্লাস সেভেন তম্বা অমগা মখোয় অনীনা মপান্দা লৈহৌরগা ঐখোয় মনুংদা চংলে ।

• • • • • • • • • • • • • •

## এম্পায়ার ষ্টেট বিল্ডিং:-

তাং ২৫/৯/২০০৪ ইং, থাংজ

ঐখোয়না পূং অমত্তংগী মিটর লৈবনি । অদুনা মদুগী মনুংদা থোরক্কে থন্দুনা অদুম হায়নবনি । মখোয় মপান্দা লৈহৌরে । ঐখোয় অনী চংলে । মনুংদদি সংসার অমনি Q দু শাংই । টিকেট কক্লবা লেম্লদগী মনুং চংবা ফ ংবা ফাওবদা মিনিট ৫৫চংখোকখ্রে । মখোন ৮৬ শুবা মীয়াম য়েংফমদু ফাওবা কাবদা লিফ্তা অমুক্তং শিল্লি । মপান্দা হেক থোকখিবগা নিউ য়োর্ককী ব্রাংল ব্রাংলবা দলানশিং অদু মথাদা ইনেম ইনেম নেম্না লোইনা নোম্লদুনা লৈহৌরে । ফোটো নম্মী, ভিডিও নম্মী । নোংপোক্তা ইহান হান্না অথাম্নদা মৈগী মপৈ মপৈ উরি । মথংদা অব্রাংথংবদা নম্মী অদুদগী নোংচুপ্তা,

অরোইবদা মখা থংবা মায়গৈদা ফোটো নম্মী । য়োৎলি অরনবনা খাজিল্লিবা ফূট ১০ মুক্কী অকোইবা যাত্রিকশিংগী লেপফমদুদা ইন্নরিবা মীয়াম অদু আমেরিকান, চাইনিজ, জাপানিজ, কোরিয়ান, মেক্সিকান, ইংলিস, ফ্রেন্স অতৈ অতৈ অমুবা, অদৌবা ময়ায় মখল মথেল শুরে । ফোটো নম্মৈ-নরুম লাপ্পা নুপা নুপী, মফম খণ্ডবা নত্তে । অব্রাংসু চিন্নম্মী, নোংপোকসু চিন্নম্মী, নোংচুপসু চিন্নম্মী, মখাসু চিন্নম্মী । অসুম্না ময়াম্না কৃক কৃক ইন্ননা য়েংনীংলিবগী মরমদি- ইঞ্জিনিয়ারনসু নত্তবা, আর্কিটেক্তসু নত্তবা, আর্বান প্লান্নরনসু নত্তবা অদুগা রিএল্ ইষ্টেট ডেভেলপরসু নত্তবা আলফ্রেদ ই স্মিথ্ অমসুং জোন জে রাসকোভ্ ( Alfred E Smith & John J.Raskov ) অনীনা পৃথিবীগী মীশিংবু ঙকহল্লগে খন্না শাগ্রম্বীনি । তম্মুবনা চৎনদে ; লাইপোক্লুম্বশিংগীদি নত্তগা লাইপোক শেমজবা মীশিংগীদি তম্মুবা হায়বা লৈতে ।

মখাদা পীরিবা খরসিদা অদুম খণ্ডগনি ।

১) য়ুম্ফম একর অনীগা পোইন্ট হুম্ফু তরুক (২.৬৬) ।
২) শাবা হৌবা ৭/২/১৯৩০-যাত্রা হুনবা ।
৩) কলম মশিং - ২১০ ( য়োৎ পবেং পবেং ) ।
৪) য়ুম্ফমগী অরুবা - ফূট ৫৫ ।
৫) য়ুম্ফমগী লৈফম- ৫ শুবা এভিনিউ ।
৬) স্তিল বিম - তোন ৬০,০০০ ( লিশিং হুম্ফু ) ।
৭) চেক অচৌবা - মিলিয়ন ১০ +(প্লস) ।
৮) চেক শুবা ২৯০ ।
৯) য়োৎনচিংবা ধাতু শেম্ফম শাফম - পিটসবর্গ ।
১০) অহাংবা মালংদা নূংথঙ য়ৈবা এক্রোবেটিকশিং - মী ৪ ।
১১) অৱাংবা -ফূট ১২৫০ ( মিটর ৩৮১ ) ।
১২) অচংবা পৈশা - ডোলার মিলিয়ন ৪১ ( মতমদুদা ) ।
১৩) লোইশিনবা - চয়োলদা মথোল মরি মখায় ।
১৪) অনেকপা মী - নোংমদা লীশীং মরি ।
১৫) পূম্না শুখিবা মতম - পূং মিলিয়ন মরি ( মী অমগী পাবা ) ।
১৬) ইলেক্ট্রিক ৱায়ার - ফুট মিলিয়ন অনী মখায় ।
১৭) পাইপ - মাইল ১২০ ।
১৮) টেলিফোন কেবল - মাইল ১০০০ + ।
১৯) থোঙনাও - ৬৫০০ ।
২০) সিড়ি থাক - ১৮৬০ ।

২১) শঙ্গী অরুম্বা - তোন ৩৪৫,০০০।

২২) ইলেভেটর - ৭৩ ( অমমমদা মী ২০/২০ মুক চল্লি )।

২৩) মিনিট ১ দা কাখৎপা - ফুট ১৪০০ ( মিটর :৪২৯ )

২৪) ইন্দিয়ানগী লাইম স্তোন - গ্রেনাইট -ক্যুবিক তোন ২০০,০০০ . ।

২৫) মনুং ফজবা অরংবা নুংশিং-ইটালি,ফ্রান্স,বেলজিয়ম অমসুং জর্মনীগী পুরকপা।

২৬) হৌজিক ফাওবদা শেমজিন শাজিনবগী শৈশা- ডোলার মিলিয়ন ৬৭ ।

২৭) লৈফম - মেনহত্তন ।

২৮) মমিং - এম্পায়ার ষ্টেট বিল্ডিং ( নেসনেল হিষ্টরিক লেণ্ডমার্ক ) ।

২৯) লিপ্তা, ইলেভেটরদা ওবজার্ভেটর ফাওবা কাবা - মিনিট অমা ।

৩০) লোবী- আর্ট ডেকো মাস্তরপিশ- অয়েকপা লাই কয়ানা মশক তাকপা ।

৩১) কনকোর্স টিকেট ওফিসতা মখা ইথং থংবদা নিউ য়োর্ক সিটি তাক্কনি - রেদিও, ভিডিও, ঈশৈ, ঈ পাউ কয়াগী থৌরাঙ তৌগনি ।

৩২) ওডিও তুর - তোনি ওডিও তুরদা অঙকপা ঈশৈ,ৱারী কাওঙমদবা কয়া তাগনি, উগনি, য়েংগনি ।

৩৩) নিউ য়োর্ক স্কাই রাইদ- নুংঙাইনা ফমদুনা নিউ য়োর্ক সিটি থুংনা পাইগনি,কোয়গনি,তাগনি,য়েংগনি । মিনিট ২২ পৃথিবীগী খ্বায়দগী ঙক্নবা ব্রাং চাউরবা ফুরা দলানগী সহর অসি উগনি । ঈশিংগী,পাৎকি,সমুদ্রগী মশক নাইবা মীশিংগী নীংশিং ফুরাশিং উগনি ।

৩৪ ) ওভজার্ভেটরি - মফম অসিদা লৈনীংবা মতম লৈদুনা সিটিগী মায়গৈ মরি দলান্সিগী মথোল ৮৬ তগী লোইনা য়েংবা ফংগনি । ফোটো,ভিডিও নমদুনা য়ুমদা পুরক্কনি । পৃথিবীগী মীওই পুম্বা ঙকমিন্নদুনা হরাওনা এক্সক্যুজমি, নোথেঙ্ক, হায় গুদ ইভনিংনা পিক থনগনি।

৩৫) অহিংগী শুম্নাংপা - অহিংদদি দলান ময়ামদগী মথোন ৩০ হেনগৎনা ৱাংলবা স্কাইস্ক্রেপর অসিগী অঙকপা শক্তম্ মাইল ৮০ লাপলিঙৈদগী মায়গৈ মরিমক্ত উবা ফংই। মথক্তগী য়েংবদসু মায়গৈ মরিমক্ত মৈগী অঙকপা ফজবা উবা ফংই। ঐনা উজরিবা নুমিৎতুদি লাংবনগী ১২ নি পানবা নুমিৎকী য়াচংবা মতুংনি। ইহান হায়া কাখৎফমদু নোংপোকনি। মাঙদ লাংবন থাগী পূর্ক্লীং হুরবা ১২ নি পানবা থাংজগী থাদু ঙমখৈদগী ইৱাং ৱাংদনা ডিগ্রি ৩০ রোমগী অতিয়াদা ঙানব্রা হায়বসু ঙান্দ্রিবা, ঙান্দব্রা হায়বসু ঙানবা; মরক্তুদা থব্রানমিচাকনা থা লৈন লৈনা ঐখোয়সু ঙানবা ঙশ্মী হায়দুনা কুফেৎ কাফেৎ কুফেৎ কাফেৎ মিৎচি তৌনবা, অতিয়ানা লোইনা মম্বা মরক্তুদা পৃথি পুম্বগী মীয়াম্না তূমিন তূমিন মাগী মাগী পুজরকপা য়েংহন্নীংবা, য়েংহন্নীংবীশিংদুগা ফোটো

নম্ববা হোৎনরিবা মরক্তুদা ঐনা ললিতকী ভিডিও কেমেরাদু লৌরগা য়োৎলি মরক্তুদা থাজক্তুনা থাদুখক্তা অসুম নক্লম্মী। ঈশ্বরগী খূৎশেমবু তাইবংগী খূৎশেম্না নমহৎপা ঙমদে; ঈশ্বরগী খূৎশেম তাইবং খূৎশেম্না ব্রাংলিমখৈ শুক্নৎলি। হেন্না ঙকই-। মীয়াম পৈরিবা মফমদা মৈ ইথান থান্দে। থাদু ময়েক লাহল্লি।

অসিগুম্বা মঙগুম্নবা দলান অসি ইং ১৯২৮ দা অফাওবা আর্কিতেকচর বিলিয়ম লেম্‌দা জোন জেকোব বাসকোবনা, “ ঐগী Empire ষ্টেট বিলদিং হায়বা পূর্নীং- দলান অমা লৈ - মদু অসিনি অসিনি মঙ অসি তাইবং ওনথোকপা য়াগদ্রা ?” ব্রাহংদুগী পাউখুম ওইনা থৌনাফবা ব্রিল্লিয়ম লেমনা “ ইরায় লায়না ওইথোক্কনি ” হায়রক্লম্মী। থৌনা পীবা পাউখুম অসিনা বাসকোবকী থৌনা ব্রাংনা কাখৎখিরম্মী। অদুদগী ইং ১৯৩০ দগী শাগৎখি।

৩৬) শাবা লোইদুনা শাঙ্গাবা - ১/৫/১৯৩১ ইং

৩৭) শঙ্গাবগী মরূওইবা মীশক আলফ্রেন্দ ই স্মিথকী মাশুনিপানা বিবোন ককপদা মশীং থীঙমদ্রবা অচৌ অশাংশিং তিল্লম্মী।

৩৮) ষ্টেট বিলদিংগী মৈগী মচু -

ক) ইউ এস নেসনেল হোলিদে **Red, white, blue**

খ) **St. Valentine day- Red.**

গ) **St. Patric's day - Green**

ঘ) **United Nations day - Blue & White**

ঙ) **Halloween to Thanks giving day - Red & Yallow**

চ) **Hannukah - Blue**

ছ) **Christmas holidays - Red & Green.**

অসুম্না মচু মচুনা লৈতেংবা মৈঙান্দু মচু ওল্লি হায়না ইরি। ঐখোয়দি নুমিৎশিং থোকউদদুনা উবক্তে।

পূং অমত্তং য়েংগে হাযবম্বা অদুনা পূং অনী ফজনা নীংথিনা হেল্লম্রে। অনিল অমদি মচা নুপাদি অদুম গাড়ী মনাক্ত লেপ্তুনা ঙাইবম্মী। অনিলদু চহি ৪৯/৫০ গী মীতানি। মশাদুদি নিউর্য়োকনি। মমিৎ পানবা মৈতৈনি। বেল গাডীনা ষ্টেসন অমা য়ৌবদা লেপ্লসি সেকেণ্ড অনীগা মখায় খক্তনি। মদুগী মনুংদা কাখৎকদবা, কুমথগদবসু কুমথহৌগদবা।ওম্লোক্না য়াঙম্রে মখোঙদু। ঐসু মঙোন্দগী তম্বনি। য়াঙই। ঐনা নিউ য়োঁকতা য়েংলকইবা খরসিসু মাগী ব্রাথম্ননি। অহিং তূমদনা সেক্যুরিটি পুরুবা মানা ইতৎ তত্তনা হায়, “ইপন,য়েংউ, য়েংউসি, চৎসি, ঙাইগে, পাক হেক লাকপা য়াবা নত্তে;

লৃপা লাথকীনি, আদগীসি অদুনি, অসিদগীসি অদুনি, ব্রারব্রনে, ব্রারম্মোইদা মচিন্দু শুকলেপ লেপ্লে। য়েংবা খুদিং মপা মপা খুদিং গাইড অমদগী হৌনবী তাকপ্রবনি। দলানগী মমিং, মনুংগী থবক, দালানগী অচৌব, দলান্দুগী ব্রারী মানা খঙবা থাক্ত পঙলিদা লীগনি। য়াম্না নুংঙাই খুৎলোই। অসিগুম্বা মী য়াওদনা নিউর্য়োক্ত, ব্রাশিংতন্দা কোয়বা ফরোই - মতম য়াম্না মাঙনি।



এমপায়ার ষ্টেট বিলদিং য়েংননবা টিকেট ঙাইবিবা অইবা - কাউন্টব মনু'দা। (ফোটো : ড : ললিতকুমাব সিংহ)

অনিলগী নুপীদুনা হেন্না অমুক মচিন্দু য়াংই। থবক্তগী নুমিৎ তারগা মন্নগা হল্লকপনি। য়ৌরকপগা ইপন নুংঙাইব্রা, ইপন খর কুইনা লৈখো, খর য়াম্না য়েংখো, ব্রাশিংতনবু নিনি য়েংলগা য়াব্রা ? নিউ য়োকপু নিনি য়েংলগা য়াব্রা ? লৈথোকউ কুইরেম্মে। ইপনখোয়না থুনা হন্নীংলিদি করিগীনো ? মরী মরী হংথরকই। খুম্বা নংদে। মথুৎশু লেপতে। মৈতৈ নুপা নুপী পুম্বা অসুম্না য়াঙনা, য়াঙনা হিংহনজনীংই। চিনগা খুৎকা মান্নশিল্লকই, চাবগী থকপগী অব্রাৎ অপাগী লোইনা লোইশিল্লি। নুপানা নুমিদাংদা থবক চৎলগা নুপীনা নুংথিন্দা থবক চৎলিবনি। অঙকপনি নিউ য়োর্ক, অঙকপনি অনিলগী ইমুং। মচা নুপাদু ক্লাস VII তমহৌই। স্কুলদা লাইরিক ফৈ, মরম ওকই হায়দুনা সনাগী মেদল অমসু ফংগ্রে; সিতেসন অনী/অহমশু ফংগ্রে হায়। ঐনা তূমলিবা কাদুদা পরেং শানা ফ্রেম চন্দুনা থেৎলি। ঐ হৌগত্তুনা পারকই।

অহিংদু ঐখোয় তূপ্না থেঙলে। অনিলনা " ইপন ঐদি হয়েং ইপনখোয়বু - তাইম স্কারদা অমুক্ত ঙম্না ঙাইরম্লগে, নুপী নঙনা টিকেট ককপা ভনেলদা চঙবা অদু ফাওবা তাকললকউ, " হায়রম্লগা মখৌ চৎখ্রে। ঐখোয় থেঙনা তূমলে।

নোং ঙাল্লে। ব্রেকফাষ্ট খরা লৌরগা অনিলগী নুপীনা লমজিংদুনা ঐখোয় **Flushing Rail Station** দা চৎলে। টিকেট ককলে অদুদগী পূং ৮.১৫ দা খোঙশাল্লে। **Shears Stadium** লৈহৌই। **Flushing Tennis Stadium** থম্নমী। **103, 90 Street** অনী লাল্লগা ইন্দিয়ান অমসুং পাকিস্থান য়াম্না তাবদগী, হান্না জেক্সন হাইথ কৌরম্বদগী কল্লনা লেন ষ্ট্রিট থোল্লবা মফমদু য়ৌই। **74 Braad Way, 69, St. Fisk Ave. 63. St Wood side, 52 Lincoln Ave. 46. Bliss Ave. 40. St Lowery Ave. 33 St Rowson Ave, 45. Court House Square.** অদুদগী **Hunter P.T. Ave.** লাল্লগা **Time Square** য়ৌরে। ঐখোয়না রেলদগী কুমথবদা অনিল লেপ্তুনা লৈরম্মী। থুনা চেনশিল্লক্তুনা মথক্তা কাখৎলি। ঐখোয়না লাকখিবা রেলদু মখা ইথং থংবা ওইরমগনি। কাখৎপদু ইলেভেটর নত্তে। খোঙনা থাক থাক অমদি চাউনা ঙমখৎপা তম্নেলদা কাবনি। ফনা নীংথিনা কায়।

তাইম্ স্কারদগী পোর্ট ওথোরিটি বস টর্মিনেল তানা চৎলি। মফম অদুদগী **A train** ফারগা মফম অসিদগী ষ্টেসন ৩১ দা খাইরগা **Far Rockaway Park Mott Ave.** ষ্টেসন ৩৬ শুবদা নত্তগা মখারোমদা **Beach (South)** লোম্ চৎলিবনি। অকোনবগী বিচ অসি খ্বাইনা য়াম্না কল্লক্রবা মফমনি হায়। ঐখোয়গী ষ্টেসন ৩১ হায়রিবসি **A train** গীদি ৮৮ নি। মফম অদু হেক য়ৌবদা অনিলনা ট্রেন ওথোরিটিদা মঙক লিখোক্তুনা লাউরগা হংই। থুনা পাউখুম পীরকই। ঙসি ঙরাং বিচতা রেল চঙহন্দ্রে। অথিংবা মতম খরা লৈরে। অদুদগী ঐখোয় থুনা হল্লকই। মরমদি ঐখোয়না তোংলকখিবা **A** ট্রেনগী কেনেল ষ্ট্রিট হায়বা মফমদুদা কুমথরগা **E train** ফদুনা শুপ্লতগী, ষ্টেসন অমত্তং চৎলগা **CORTLAND St.** অ ব্রার্লদ ত্রেদ সেন্টরগী মফমদু য়েংবসিনা ঐগী খ্বাইদগী মকোক থংনা থম্বা প্রোগ্রামনি।

লাইবক ফদুনা হনবদদি মতা চারুবদগী এক্সপ্রেস ট্রেন ওইরম্রে। হাম্নগী য়াঙবদগী হেম্নসু য়াঙলে। ষ্টেসন খুদিং লেপ্তুনা মী হাপ্পা কুমথবসু তৌদ্রে। নীংথিনা থৌই! অদুদগী খঙহৌদে কেনেল ষ্ট্রিট য়ৌরে। থুনা হেক্তা ফৎ ফৎ কুমথে, পরপ পরপ হেক্তা কাখৎলি। **E train** তোংলে। লৈনুংগী সংসার অঙকপনি। ঐ মথক্তা লানথ্রমাল্লে। আমেরিকাদি ট্রেন চেন্দ্রে হায়থ্রমাল্লে। লৈনুংদা মায়া তৌদুনা লৈরম্রে। রেলগী মেপ লাইরিক থম্মী হাম্নদি তোংলোইদবনি খন্দুনা য়েংশিল্লুদবগী ওইরম্রে। লৈনুংসিদি রেল লম্বীনা

খূরক হাংদে। সহরদা অহোবা চঙফম মফম খূদিং লৈবদু লোইনা উরক্লে। মিনিট খরদং তোংলগা Cortland St. তা কূমথরে। বিল্ডিং অমত্তং হেক লাম্থোকপদা মাঙদা মী ময়াম পঙলেপ লেপ্তুনা, দলান অম্রাংবা ময়াম মরক্তুদা, অহাংবা ব্লোক অমা লৈবা উরে। মসি ওইরম্লনি খনবগা ওইরম্মী। অহাংবদুনা হেন্না ঙকপ্রে। মীয়াম মনুংদা চঙহন্দে জাল্লি অকূপ্বা অরিংবা অমনা ফুট তরারোম হাংনা খারগা মপান্দগী য়েংগনি। খাজিল্লবা ভিজিটর শঙগী মনুংদগী য়েংবনি। অনিললনা ঐখোয়বু পুশিল্লি। পাকচাউরবা শিরিদা কূমথৈ। মী লীশীং হেন্না চনগদবা লোঙ্গদা লেপ্তুনা য়েংই। অয়েকপা ফুট ১০´/১৫´গী সাইজগী নীংথিবা ফোটোগী ব্রারীনা পিক থল্লি। ভিডিও পর্দাশিংদা ব্রারী লীরি। অদুদগী মথং অমুক কূমথৈ মদুদি ইলেভেটর ১৭ ওইরমাল্লে। শাংনা কূপ্বসু ঐনা উরকপা ব্লুমফিল্ডগী শোপিং শেন্তর অমদা খ্বাইদগী হেন্না শাংবা ওইরবোই নীংবা অমা থেংনখ্রে। অদুবু মফম অসিদা লৈরমলিবসিদি পুথখিবদা ফনা শাংই অদুদসু পাক্লবা মথক্কী অদুদগী হেনবা অমুক লৈরম্মী। ভিডিওদা ব্রার্লদ ট্রেড সেন্দরগী ব্রারী লী লাই ময়াম থেৎলি। অদুনসু লোইরমদে। মখাদুদি উনা শাবা থাক থাক অমুক কূমথৈ। মদুদদি ষ্টাফশিংনা চেক তৌবা অন্দরগ্রাউণ্ড চঙদুনা মায়গৈ কয়াদা রেল তোংদুনা চৎখিনবা মফম অমা নোংচুপ্তা লৈরম্মী। ময়ায়দুদা ট্রেড সেন্টর থুগায়বদা চেন্নবা মী মরিগী তোঙান, তোঙান এডভর্টাইজ তৌদুনা ভিডিওদা লেপ্তুনা উৎলি। পাউ পীরকপা মীগী মনা লাউরি। হায়রিবা মফম অসিগী নোংপোক অমদি নোংচুপ অনীদা হান্নগী ট্রেদ সেন্টরগী য়ুমফম অনীদু অতেক অকায় ময়াম হোন্দোকপ্লগা লোইফাত্তনা, লোইদি লোইরগে তৌরকপা মওংদুদা লৈরি। অসুম্না য়ুমফম শেংবগী থবক লোইরদুনা ময়ায়গী মথক্তা হায়খিবসি হান্না শাবনি হায়না অনিলনা তত্তনা হায়। "ইপন ঙক্তুনে, আমেরিকা হায়সিবু, য়েংউ শারিবশিংসি ট্রেদ সেন্টর থুগায়বা মতুংদনি, শঙসি নোংপোকসিদা শাগদৌরিবনি - ময়ায়সিসু অমুক থুগায়বগা নোংচুপকী হান্নগী দলান মফমসিদা অনীগী পূল্লগা মোনুমেন্ট পার্ক হায়দুনা লৈকোল শেমগৎকনি, ঈশিং পেরে কাপকনি অদুগা শিখিবশিংগী নূংদা হক্তুনা থমগনি হায়রিবনি। আমেরিকাগী থবকসিদি শঙ শানবা লাঙখৎতুনা শারিবসিমক্তনসু মণিপুরগী চহি অমগী বজেট লোইনা কোন্ননি; ইপন আমেরিকা অঙকপনিদা। চহি কুন/কুনমঙা লৈরক্পসিদা উরুবা অমত্তা ঙক্তবা য়াওদে। য়েংবা লোইবা ঙম্ব নত্তে। শঙ অমা শাগদৌরিবসি হান্নগী চাউখ্রবা, ব্রাংখ্রবা অনীদুদা থবক শুরক্না মী লীশীং য়াম্খদু লোইনা চন্নবা মিটিং তৌফম, সিনেমা ময়াম, হোটেল ময়াম , ম্যুজিয়ম, সোপিং লোইনা পূন্না শাগদৌরিবনি। ইপন মঙগুম্বনিদা। পঙয়েংদা য়েংখো। ইপন, আদগী নুংশেল অক্টোবনা পূংলং লংনা মথোন য়াম্খমুক লোইশিল্লক্লিসি নোংপোক থংবা দলানসিনা ননশিন্দুনা কায়খিবদগী অমুক শেমগলক্লিবানি। মচেৎ মচেৎ কিক্করবনি, পৈরুরবনি।" হংলুবা

লৈতে। ঐনা ইনীংবা ফনা য়াম্না মাগী চিন্দগী তায়।

তশেংনা অচৌবা থৌরাঙনি। অসুম্না য়েংলূরগা থোরকপদা অমুক ঙসাইগী গেত্তুদা লেপ্তুনা য়েংই। অনিলনা, ইপন অসিদা থেৎলিবা ময়ামসি শিখিবা ময়ামদুগী মিংনি। ইরোই লোইবা বোর্দ অসিগী ইরোই লোইবা পরেংগী মথক্তা অহুমশুবদা জুপিতর য়াম্বেমগী মিং য়াওবনি, য়েংউ। ” চঙশিন্দুনা য়েংই য়াওরম্মী। থংনবদুসু ইন্দিয়ানি, বেঙ্গালিগী মিংনি। পূক্নীংসি কয়া নুংঙাইতে। জুপিতরদু ভিডিও দা উরে। টীংলেম্মী, মথৌনা লৈ, মিত্তা চুমই। ফনা লেম্না হিংজবা মীশকনি। ঐখোয়গী ঈজ্জৎ ঙাক্কদবা মী মাল্লি।

ঐনা হেম্না থব্রায় যাওরিবদি মোত্তাই চুদাইনবা ফিমন শেৎপা, শেগায়বদি নত্তি, মকোই মরাং শাংনা চোম্বা, চূবা অনীগীসু, খদাংগীসু, মানাতোন শুমাঙগীসু লোইনা ঙৌরোক ঙৌববা অহল ওইববা নুপা অমনা মমাঙদা চে অমা থন্নগা মদু য়েংদুনা বাংশী খোংলি। মাগী সুবদু সুদ্ধ সুব ঙাক্তনি, বিলাবলগুম্বা - সুৎদু ইচম চম্মী - ইংবাজিগী ঈশে অমা ওইবমগনি, অদুবু ইংলিশ সুব ময়ামসিগী সুরদি নত্তে ভারতলোমগী বাইম বিদম বিটিংগী মওংনি। ঐ চেকশিন্না তায়। পৈশা পীনীংলম্মী। ঐগীদি পৈশাদি নোংমতা পায়দে। তূমিন তাবগা লেপ্পী। ঐনা অমরোমদা, অনিল ললিতনা অমরোমদা। অদুদগী অমুক চৎলি। ঙসাইগী মিং পরেংগী বোর্দ অদু মঙা তরা শুরি। অরোইবা নোংচুপ ইথং থংবদু টেলিফোন বুথলা, ইলেক্ট্রিক্ত বুথলা মুন্না য়েংলক্লে শক্তমদু মৈতৈ মাল্লি, চপ চানা মাল্লি, চহি ৩০/৩৫ গা লেঙ্গানি নুপাদু ফিজেৎসু অঙৌবা ইচম চম্বা মওংনি। ফূরিং খূদাং পানবী, খোগ্রাও অঙৌবা যাম্না হেন্নসু ঙৌদে। কুচুদি চীনা, কোরিয়া মৈতৈ অঙৌবা অসিনি। মানা যন্ত্র অমা পাযবি। বাজারদা য়োনবা উবক্তে। মণিপুরগী যন্ত্র য়োনবা কলকত্তাগী যন্ত্র য়োনবা, আমেবিকাগী যন্ত্র য়োনবা চুকান অনীরক চঙউরে। ঐগী নুপা অমা য়াওবি । মানা তপ্নকপা যন্ত্র মচা অমা অনী লৈকরে। পূং ২ চঙনা যন্ত্র ময়াম য়েংলকই উরক্তে। মানা হেক্তা শাজিনবা জাৎনি। ব্রায়াব তিংই। মকোক্তা তূম্বারা, কৌতারা, য়ুবীথাউ কৌতামুক চাউবা অমদা তিংবনি। শগোল শমৈন লেন্দুনা খেংাই। মচৈদু ব্রাগী উতোং ফুট ৩ রোম শাংই। বাযার অনীখক্তনি। মখোন্দু নুংশিরে। রাগ অমদা নীংথিনা খোংলে। কমল সুর নি,গ ধ যাওরে। ঐ মাগী রাগদু হৈতে। খঙদে। নুংশিবদি নুংশিরে। ফজনা, থমোইদা পানব সুরনা ঙংলি।

ফূরিং খাউদা কলকত্তাদগী পায়বকপদা লৈহৌবা চাম চৎপী অমা য়াম্বে চৎপী অমা তরাচৎপী অমা অনী য়াওখি। চামচৎপীদু হেক্তা থাদগে থম্লুই। হূমদুনা য়েংবদা ডোলার অমা চৎপী ৭ য়াওরমই। বফেল্লোগী মৌদুনা ফূরিং অমগা ডোলার তরেৎতুগা কৎলিবনি হায়দুনা চৎলমদাইদা মচা মখৈগা পূম্না খুরুমদুনা পীবদা ঐনা বেক পোকেত্তা হাপচিনখিবদু কাউবগী ওইরম্মী। মতা চারে থন্দুনা ডোলার অমা “জুপীতর, করিসু

পীবা ঙমদে ..... নঙগী আত্মানা শান্তি ওইনা লৈবা ওইসনু .....।'' খল্লগা থাদে। নুপাদু ঈশৈগী সুর মরক্তা ''থেঙ্ক য়ু'' হায়রকই। নুংশিবা সুরদু অদুম চথহৌই। অনিলনা লাপ্পা মখূৎ খত্তুনা কৌরকই। থুনা য়াঙনা মখা চথরে। আশাদি Statue of Liberty য়েংবনি। মতমদি থেঙত্তিল্লকই। নুমিৎ লৈথরকই। অনিলনা য়েংহল্লীংবনা য়াম্মী। ঐখোয় চরা হেল্লিবনি। প্রোগ্রাম মনুংদা হোটেলদা করিদা ফমদুনা চাবা থকপা অমত্তা তৌরক্তে। অদুদগী ষ্টেচু ওফ লিবর্টিগীদমক মীয়াম্মা মী ১০০ চনবা হিদু তোংদুনা চৎননবা টিকেট ইন্নরি। ঐখোয়না হংবদা হি লাল্লগসু Q দা ইন্নগনি হায়রে। ঐনা এটলান্টিক ওসিনদা তারিবা হদসন তুরেনগা, ইষ্টরিভরগা অনীগী পূনফম নিউ য়োর্ককী মতোন্দা শারিবা ষ্টেচু ওফ লিবর্টিগী দোক্কী তোর্বান্দুদা খারিবা য়োৎকী পল্লিদু লানশিল্লগা ঈশিংদু অমুক্তা পায়গে হায়না ওথোরিটিগী মীশিংদা হায়রুই। য়ারক্তে। সরকারগী অথিংবা লৈ হায়। মরম হংদে। থব্রায় নুংঙাইতনা মহাসমুদ্রগী ঈশিং অসি খূৎনা শোক্তুনা হনগদৌরিমাল্লে খন্না অদুম খাঙই। ষ্টেচু ওফ লিবর্টিদু চঙলুরবদি পূং ৩ গী মতম কাইদবা য়ারোই হায়না অনিলনা হায়। অদুদগী ফোটো হন্না হন্না নম্লগা মনুং চঙলক্তে। হল্লক্লে।

মথংদা ঐখোয় Madison Square Garden য়েংসি হায়দুনা চৎলি। খোঙ য়াঙই। মিনিট ৪/৫ চৎপদা অদুম লৈরে। ট্রেদ সেন্টরদগীনা হেন্না অমুক নকই। গার্দেন হায়বদুদা লৈকোল ওইরবোই নীংঙুরে। দলান অচৌবা অমদা সিনি তাকই। মথক্তা শারিবা লৈকোল ওইরম্লিদা অসুম খল্লি। অদুগদি ইন্দোর ষ্টেডিয়ম ওইরম্রে। ৩৪ ষ্ট্রিটতা ৬ শুবা মেডিসন এভিনিউদা লৈ। নুমিত্তু বাস্কেৎ বোলগী মেটচ অমা লৈদুনা স্তাফশিংনা মী চেক তৌদুনা কার্দ য়াওবা ঙাক্তা মনুং চংহনবগী তাঞ্জা ওইরম্রে। মীয়াম্মা মথং মথং ব্রাংলবা শিড়িদুদা অমুবা, অঙৌবা, নুপী, নুপা ময়াম চঙনরি। ডোলাব ২০ না টিকেটনি। ঐখোয়গীদি চামাপন্নি হায়বা তায়। নাহনমখৈ অমুবা উদবদু শান্নবা হায়রগদি অমুবা মশীং নীংথিনা উরে। মথং মথং ইং শোক, ইভেন্ট থাদুনা অব্রাংবা ফুট ২০ লোমগী সাইজ ওইগদবা মমিং চৎপা শান্নবা, জিমনাস্তিক তৌবা, ঈশৈ শকপা, ঈশৈ শকপীশিং থেৎলি। মহম্মদ আল্লিনা ইং ১৯৭১ দা থিন্দৎখি। থেৎলি। ফনা কুইনা কোয়চৎ চত্তুনা য়েংবনি। করিনো ইশাসি নাহনমখৈগুম ভাইরি লৌথোক্তুনা শৎ শৎ ইনীংবদু পোক্তবা, ত্রেদ সেন্টর উবগী লাংতক্লবনে, ষ্টেচু ওফ লিভরটি মনাক চঞ্জক্তবগী খোয়শাউনবনে, সমুদ্রগী ঈশিং শোকপা ফঙলক্তবগী খোয়রাংবনে ইতন তন্থ্রে। নোট অমত্তা তৌদ্রে। ফোটোসু নমদে, ভিডিওসু নমদে।

অনিলনা মরোল অমা তাক্লি। গভর্নর আর্নেলিনা রিপব্লিকান কনভেন্সন্দা ব্রা ঙাওই হায়দুনা ইপন্না হায়বদু 'সিদনি। দলান মনুংসিদা বোলিবোল শান্নে, বাস্কেৎ বোল শান্নে, হৌজিক শান্নদৌরিবসি বাস্কেটবোলনি। ডোলার ২০ না টিকেটনি। ইউ.এস.তা

ডোলার ২০ মমল য়াম্মী। ঘড়ী ফংই, খোঙউপ ফংই, ফুরিৎ খোঙগ্রাও লোইনা নীংথিনা ফংই। ইন্দিয়াগী হায়রগদি ইপন লুপা লীশীং অমনি। শান্নরিবসিসু সেনিয়ার নত্তে। মনুংসি মী লীশিং ৭০ চল্লি ইপন। ইউ.এস.কী অচৌ অচৌবা মীশিংনা মফমসিদা ব্রা ঙাওই, জগোয় শাই, ঈশৈ শকই, সর্কস তৌই। অচৌ অচৌবা কনভেন্সন অসিদা পাঙথোকই। ইপন ঐখোয় ইন্দিয়াগীদি ব্রাৎলিদা। মণিপুরগীদি করি হায়নি। লৈজবা খরা তৌগদবসু তৌরিবদুনি।

অমুবা সেক্যুরিটিগী নুপা অহুম লোঞ্জদুগী অচৌবা য়ুম্বীশিংদুগী অমমমদা মখোয় তূমিন লেপ্পি। ঐনা মবিশুবা য়ুম্বীদুদা লেপ্লগা ব্রাংনা কাখৎনখিবা টিকেট পায়বা ভাবোকশিং, সেক্যুরিটিগী চেক তৌরিবশিং, মখাদা পোৎ য়োল্লিবশিং মখল মথেলশিং য়েংই। সেক্যুরিটি অহুমদু মরাসু ঙাঙদে, লেঙসু লেঙদে কনাবুসু থওইনা য়েংদে। ঐনা অমবোমদা, অমরোমদা চৎলুরগা হেক হঞ্জিল্লকপদা মখোয় অহুমদু য়েংই। ট্রেনিং ফজনা তৌব.াগনি। ঐনা পাম্ভর্বসি সেক্যুরিটিগী থবকসিনি। ইন্টেলিজেন্স ডিপার্টমেন্টতা কুইনা লৈবা ঙম্নবদি তুংগী পুনশিদদি শিংবা হেনগৎকনি। তূম্বা চাবা খঙদে, মিৎ নাকোং শিংবা তাবা অদুগা মরী লৈনবা ট্রেনিং পীবা তাবা।

মী অমনা মাগী মঙলান্দা মীযামগী কান্নহন্নবা চাউরবা শঙজাও অমা শাজিল্লগা মশাসু পৈশা তানবা মীয়ামগী কান্নহনবা, কযা লায়না শান্নরিবা। ককচিং সহরসি মথোল ৬/৭ কী অমদগী য়েংথহল্লগদি পৈশা নীংথিনা তানবা য়াগনি। মপুনা মথোল ২/৩ ওইরগা লোয়রে। অতৈনা হোতেল, ভিডিও, ম্যুজিযম, দুকান তৌদুনা শান্দোক্লগা লোয়রে। অমেরিকাদা তৌবিবসি অদু ঙাক্তনি। কাখৎ কুমথ তৌদুনা সহর য়েংহল্লগা পৈশা তাল্লি। মদুনা স্তা তা মী চামখক থবক পী। মসি নত্তবা তোঙান তোঙানবা কনা কনাদা নপশিন্দুনা নত্তুগা অহোঙবা লোবি নত্তুগা এন্টি রুমশিংদা নপশিন্দুনা ফোটো নম্মী, ঈশৈ শকই, ভিডিও উৎলি, দুকান তৌই, লাইরিক য়োল্লি, ওফিসনা মশীং নাইদনা ব্রায়দুনা চলাইরি। পূম্নমক অসি ঐখোয়গী ইম্মাল, ককচিংদা থৌনা ফবা অমনা তৌবা য়াই। তুংদা কান্নগনি।

অবোইবা ওইনা গ্রাণ্ড সেন্ট্রেল টর্মিনেল য়েংবা চৎলি। চাউরবা রেলশিংগী মায়গৈ কয়াদা চৎখিনবগী লম্বী লমতাক্লিবা বিল্ডিং অসিগী মওংদু য়াম্না কেনা শাবা অদুগা ময়ায়গী চাউরবা শরূক অদুদা য়ুম্বী অমত্তা য়ুংদবা অসিনি ফজবা হায়ববু। দোম অদু কেপিটোলগী অদুম্না ডাইয়েমিটরদা ফুট ১০০ দি লৈরমগনি। হেল্লগসু য়াই। ব্রাংবসু খেন্নরমদবা য়াই। অদুবু য়ুম্বী অমত্তা পুদে। ইউ.এস.কী অচৌবা দোমশিংগী মওংনি। মনুংদা চঙথ্রগা মায়গৈ পূম্বদা রেল তোংদুনা চৎখিনবা নীংথিনা শেম্মী। য়েংবদা নুংঙাই। মসিনা অরোয়বা ওইরগা য়ুমদা হল্লকই। মম্শিল্লকই।

## লান্সিং কোনুং কোয়রুবা

তাং ৩/১০/২০০৪ ইং

লান্সিং কোয়রুসি হায়দুনা চাক ঈশিং চারগা নুংথিল ওইনা ইমুংগী মীশিং পূল্লা চৎলে। ছুটি নুমিৎ নোংমাইজিং ওইবা অদুগা পূং অমগুম্বখক্তদা য়ৌগদবনিনা মী পূম্নমক চৎনীংদুনা লোইনা য়াওরে। মিচিগান ষ্টেট অসিদা পাৎ ৫০০ গী মথক্তা লৈরমগনি। নীংথিনা শেম্নবা পার্ক ২০০ গী মথক্তা লৈ। শেমগৎপসু নোংমতা লেপ্তে। অচৌবা লৈবাক তৌনবা, লৈমায় তেম্নবা ইঞ্জিনশিংনা কন্না কন্না থবক শুবদি সহরদগী মাইল ৫০/১০০ হায়থবদা তত্তনা মায়গৈ পূম্বদা উবা ফং ই। ষ্টেট অসিগী অচৌবা সিটিনা চিকাগোনি। মিচিগান পাৎকী মপান্দা চিংলেম্না ব্রাংনা লেপ্লি। ডেত্রোইটনা থবক্কী সিটিনি-মথৌ চিল্লি, হিসাব শুরি। লান্সিংনা ষ্টেট অসিগী কেনুংনি। ঈংনা তপ্না চিকাগোগী মৈশাদগী মাইল ২০০ রোম, ডেত্রোইটকী মৈশাদগী মাইল ১০০ রোম লাপ্না লৈ।

কোনুং য়েংবা থোরকপদা ছুটি নুমিৎকী অঙকপা ময়াম মথং মথং থেংনৈ। অহানবদা মিনিট ২ রোমদং য়ৌরিঙৈদা চহি ৮০/৮০ গী হনুবা অমগা হন্বী অমগা নুংশা মরক্তুদা চেথাউ অমমম য়াল্লগা লৈ শু, উপাল-রাপাল, নাপী মরক্তু দা ফত্ত হাওদি চেতৎ চেরাঙ থুনাম্বা খুন্দুনা অমোৎ অকায় থিরি। মফি মবোলদি মখোয়গী হোংদোক হোংজিন নাইদে। কুমৈ ফিয়োং ওফিস চৎপা ফিদু শেৎলি। ঐনা হংবদা লৈকায়গী সেক্রেটরিশিংনি হায়। মখোয়গী থৌদাংনি তলব নাইবা নত্তে হায়রকই। মখ্নাং কোন্দে, শুক্তোক্তে। খর চৎলগা মিনিট ৪ মুক্তা থৌরি। ঙসাইগী অদুগী লেঙ্গা ওইগনি হনুবদো মবুক্তি খর চাউই। পেটিদু শাংলমগনি। নাপী কক্রবা ইঞ্জিন্দু চকা মরি পাল্লি ( মফমসিগী ইঞ্জিনিয়ারগী খুৎশানি চকাদু নেম্নগা চাউই)। মদু থৌবগা নাপী ফান্দুনা লৈরম্মা। হন্দক্তি হংদ্রে। নাহান্ন খঙখ্রবনি-মথক্তসু হন্না হন্না হায়খ্রবনি পেসল ফংলবা হনুবশিংনা কখোক্তুনা মরৈবাক্তী সেবা তৌবা, নহারোল শেমগৎপা, সহরগী প্লান্নিংশিংদুমক্তে পাংবা, সহব লূনানবগী থবক্তা কখোকপা অসিনচিংবনা মখোয়গী নুংঙাইবনি, অপাম্বনি অমদি তৌফম থোকপনি। পূম্নমকসি লোইনা নীংশিংলকই।

ব্রাল্ট লেক মপান্দা ফাওরকই-ব্রিকসন টাউন থনম্মী। কেন্ত পাৎ মপান্দা লাকই। হন্দক্তী খোঙচৎ অসিদা খ্বায়দগী নুংশিখিবদি খুঙ্গংগী লৌবুক য়াম্না উবসিনি। লৌউ শিংউববু খুঙ্গং হায়বনি। শোরোক, দুকান, হোটেল ( রেষ্ট এরিয়া হায়, হোটেলে হায়রগদি তোঙান্না খঙনৈ ), অতৈ অতৈ মৈ, ঈশিং, টেলিফোন পূম্নমক অমত্তা ব্রাৎপা নত্তে। মরক অসিদা অসুম চৎপদা গেহ অমদি চুগিজাক্কী ইখোলশিং অমুক হন্না উরকপা অসিনি পাক্ল পাক্ল শন্দোকখ্রিবা। মখোয়গী খুঙ্গং মখোয়গী লৌমি শিন্মি হায়বদু ওইজনীংই। কার অয়াঙবা অমা তোংগনি -রেডিও, তেলিভিজন, কম্প্যুটর, ইয়ার কন্দিসনর লোইনা

লৈগনি । য়ুম অমা হেক শাবদা কেপিটৌলদসু -চীংদোন্দসু, চীংখাদসু, খুঙ্গংদসু চপ মান্নে । চাবা মান্নে, থকপা মান্নে, খনবা মান্নে-লোইনা ইমান মান্নে । মাগী মাগী মখোদুদা মান্নদবগী ৱাদনি । লৌবুক ময়ামগী ময়ায়দা মফম চাবা য়েংদুনা অকংবা মহৈ মরোংদু পৈদুনা থম্নবা মেকানাইজ তৌরবা উতোং শানা চাউনা চাউনা শাদুনা য়ুংনা লেপ্তুনা লৈ । পোৎ পুথোকপদা থৱায় য়াওবগুম পোৎ থম্নবা শেম্বদসু চপ মান্ননা - খরবু হেন্না থৱায় য়াওই । অদুগী মথক্তা উচি হায়বদু অমুক্তা খুঙ্গংদা, টাউন্দা, সিটিদা, গোডাউন অমদি কৈ উরক্তে । অদুনা উচিনা পোৎ মাঙহন্দে । লৌমী শিন্নিগী উচিনা মাঙহনবা, যন ইরোয়না চঙদুনা চারগা মাঙহনবা, পত্তুনা পুমদুনা মাঙহনবা থম্বা হৈতদুনা মাঙহনবা, শিত্তদুনা মাঙহনবা, মখল অমত্তগী মাঙহনবা লৈতে । গেহু ফজনা থাবদি মিচিগান অসিমত্তা ওইরম্লদবোই নীংই । তৌবগীদি মী কংনা তাবা সহর কুংবা মফমদি নোংপোক্কী নিউ. য়োর্ক ষ্টেট, মাইনে ষ্টেট, পেনসিলভানিযা, ভর্জিনিয়া, মিচিগান, ইন্দিয়ামা, ওহাইও শোমদা লোইনা শেহৌরে । মথং মথং নোংচুপলোমদা ষ্টেট পূম্বা লোয়না শন্দোকখিগদৌরিবনি । নুংগী চীং ময়াম মখল মথেলগী তুরেল, পাৎ, য়োৎ থোকপা, লৈহাও লৈবা, লমজাও লমহাং কয়া শন্দোক্লনা লৈখ্রিবশিংদু উরগদি মদুদা করি করি থারিবগে মুন্না খঙগনি । মখোয়দুদি উদ্রে । উরিবা খরসিদি গেহু থাবা উবদি মিচিগান অসিমখক্তনি । মখোয়গী লৌ মউসিগী খ্বায়দগী ঙকপা অমদি লৌবী অমত্তা নায়দ্রে । অদুগা লৌবুকশিং অদু লোইরোই তোংখৎপদু তেমথোক্তে । ময়ায়না তোঙখৎপা, মতায়না তোঙখৎপা মচেপ নাইবা লমগী মওংদু অদুম থম্মী । অদুগা মথক্তা হৌরিবা পাম্বীশিংদুদি একর ৫০/১০০ ওইরবসু সিনা ফৈ, সিবাইসিনা ফত্তে, অতোঙবসিনা খরা হইস্লে, অকুৎপসিনা খরা হেন্না ফৈ হায়বা অমত্তা উরক্তে । লোইনা চপ চপ মান্ননা ফহল্লি । মদুগী টেক্নিক অদুনি ঐনা ঙক্কুনা লাকখিবা ।

অসুম্না লাকপনা **Follow capitol loop** হায়না থাবা হৌরকই । **Wel come to Lansing** থারকই । **Follow capitol loop** কুংনা থায় । থানা থানা ঐখোয় **Lansing** চঙশিনখ্রে । চঙশিনখিবগা ইকুই কুইদনা য়েৎলোমদা **Machigan State University** লৈহৌই । কোন্না য়েংসি কোনুং হান্না য়েংসি হায়দুনা চঙশিল্লি । ললিতকীদি চৎলুবা খুদিংদা, ইউনিভর্সিটিগী মিটিং চৎপগী য়ৌরক্লি হায়বা অমত্তা লৈরমদে । মানা অদুম সিনা মিটিং তৌফম্লি, অদুনি হেক তাকই । ঐখোয়না থৌজিল্লিবা লম্বীদুগা চপ চানা মায়োক্লনা কেপিটৌলদু লাপ্না উরে । ৱাশিংটন কেপিটৌলগুম খরদি পিকথরগা দোম অমা য়াওনা শারি । মরক্তা অমত্তা লেপ্তুনা চঙশিল্লি। ছুটি নুমিৎনি মী অমত্তা লম্বীদসু চত্তে । ওফিসশিংদুসু মী লৈতে । ওক্লিবদি মখোয়গীদি চাউরবা কোনুংদু পল্লি থাদে । শোরোক্তগী কাখৎপদা কোনুংগী নীংথিনা শেম্লবা নাপীদু

অদুম খোঙনা নেৎলে । ফুট পাথ লৈরিবদুদা চঙদে; নাপীদুদা হেক্তা কাখৎলি । নাপী নেৎপীগনু হায়বা থেত্তবনা চিংনরপ তৌরবসু মদুদা চৎনীংবদগী কাখৎপনি । য়ুমদা ব্লুমফিল্ডদা নোংমা মনীংগী নুংশা শাবা নাপীদুদা ফমগে তৌবদা ললিতনা থুনা কৌশিল্লি "বাবা ইমুংদা ফম্বীয়ু - ফি অমা থারগা - থাওবু তৈরবসু, খৃজিনবু কক্রবসু মপান্দা তৌবীগনু" হায়রকই । ঐ মরমসু হংদে । মথাসু তাদে শং চংশিল্লকই । তৌবগাদি ঙসি ফাওবা লৈবদা নাপী মথক্তা চৎপা ফম্বা অমত্তা উরক্তে । প্রোগ্রাম অমা ওইনা তৌবা মতমদা নত্তুগা হোংদেগা পার্কতা লাক্লরগা ফম্বদি য়াম্না উই । অদুনা কোনুংগী অরূবা নাপীদু কাদুনা চৎপদা চিংনরপ তৌই। কেপিটোলগী নোংপোক থংবা খোঙ অদুদগী য়েংথখিবদা মিটর ১৫০/২০০ রোমগী অথাপ্পথক্তা ওইগনি পুলিসকী সিফায়শিংনা করিনো অমা থৌরাঙ তৌদুনা গাড়ী খর চাউবা অমা মচা অনী মৈ ফিৎ ফাৎ ফিৎ ফাৎ তৌদুনা লে । পুলিস শিফায়শিংদু হবাঙ লাঙই । চংশিল্লক্তুনা চৈবগদৌনিবো, ফাবগদৌবিব্রা, ইতোমতা থাক্লি । হাৎদি হায়দোক্তে । মরমাদ এনা ভিডিওগী কেমেরাদু পায়দুনা খোং, খোঙনাও, দলান ময়াম মতোন, ইনফোর্মেসন বুথ মমাঙদা শাৎলিবা মখল কয়াগী লৈ ময়ামদু পংকাপ কাম্না । সিনেটনগী মিংশিংদু কেপিটোলগী অকোযবদা ফুট ১০/১৫ লাপ্লুনা ফুট ৩ লোম বাংবা যোৎকী পোষ্ট অমমমগী মতোন্দা। যোৎকী পো অমদা মমিং অমসুং মাগী বর্ষ্টুযেলিগী মিং থাদুনা থেৎলি । ঐনা মবোল অমা কোযচেন চেন্দুনা নম্মা । পুন্নমক্তুগী মথক্তা ইমৌনুপা, নুপা, ইচে অনা নাপা নথক্তুদা লৈকোল মবক্তুদা পঙচেং চেন্দুনা শান্নে । ঐনা মবোল অমা ভিডিওদু লেপ্তন নন্নী । এসিগুম্বা মওংদা নীং তম্না পাউ অমত্তা হংদনা তৌরিবা থবক্তা যাবমদদুনা পুলিসশিংদু চঙশিল্লক্তুনা হংলগদ্রা, থিংলগদ্রা, ফানগদ্রা পনখন থাল্লি । বা অমত্তা পাংবক্তে । অদুদগী এখোয শান্নবমখৈ শান্নবগা মাযগৈ নবিগী সহংগা ফংনবা নলাশিং অদু ফোটো । ভিডিও নন্নগা নখাদা কুমথনকই ।

নথংদি সিটিগী মথাযদা চেনবা গ্রাণ্ড তুরেলগী লেৎ ওই থংননা ফজাংহে হি, যন্ট্রা পার্ক লৈবা অদুদা ফংহ্নি হায়দুনা চংলি । গ্রাণ্ড তুবেলগী নোংপোক, লোংচুপ তোর্বান অনীদা শেখান । চঙশিন্দুনা য়েংভ । অশংবা লমহা মখক্তা ঙানু, কাঙা মনি কুন্দুনা লৈ খরা লাপ্না সিগল অহুমথক কৃাপ্প । ঐনা ভিডিও নম্ম হায়বদগী ললিতনা চঙশিন্দুনা অসুম নম্মী-ফুট ২/৩ দা হেক নক্লববা ফাওবা হৌগওনা কুন্দুনা লৈ। গ্রাণ্ড তুবেলদা কুমথরে। ঐনা ভিজিটরনা ঙানু যেংননবা ঈশিং মপান্দা ঈশিং মথক্তা খর চঙশিনলুবা য়ানবা শেন্নীবা। তোর্বানগী ঙগী থোংদুদা চঙশিল্লি। ভিডিও কেমরাদু পায়দুনা পঙনমদা নমশিল্লি। কাখৎলক্লগা অকনবা শেঙেংগুম্বা অমনা মচিনদি ইগল মানবা, মশাদি মেন তাদনা মরিরা/মঙারা পানবা উচেক অমা ফুট ১০ রোম ৱাংনা লেপ্লি। মখোঙদা

লম্বীনা ডাউন টাউন চেল্লহৌই; ডেট্রোইত্তদি লেন নিপালগী লম্বীনা ডাউন টাউনগী ময়ায়দা চেল্লি। লেন নিপালগী লম্বীদু উবদা ঐনা ললিত্তা মখোয়গী টাউন মনুংগী লম্বীসি ফজক্ত্রেদা, পাকত্রেদা, লেন নিপালনি, সেফ্টি পাথ অসিসু নুংপাকসি মরি মরিনি, মরাঙ কায়ত্রেদা হায়না ব্রারী শানা শানা তপ্পা লাকই। পুলিসনা লম্বী থৎপগী মওং মাল্লি, চঙশিল্লকপদদি ফজত্রবা, নানত্রবা, ইরং লংই ঐনা থাগত্তুনা লাকপা লম্বীদা অচৌ অচৌবা ক্রেন, বুলডোজর ময়ায়া তৌথায়রগা ফুট অমা হেন্না থানা বিলামটি, নুং হৈদুনা শেম্ম্রমী, মথক্তা কোলাস অমুকসু থাজিল্লি। ঐনা খঙহৌদনা অমুকসু হায়-
" হান্নগী লম্বীসি কয়া থারিবনো, চেক্লা থারগা মথক্তা কোলাস থাবনি। অসিবু ইনান নান্ন, ইফ ফনা লোইনা তৌথায়রেনে। " মদু তাবদা ললিতনা হায়রকই, "মসিগী লম্বীসিনি আমেরিকাগী খ্বাইদগী ইহান হান্না কোলাস থাখিবদু; ঙসি ফাওবা চৎনরকলিবনি; কুইমন্দুনা থুগায়রগা অমুক শেম্বা ওইরমগনি। লম্বীসি ব্রুদব্রার্দ রোড কৌই।"

নোংমা তাং ২১/৮/২০০৪ ইংদা বেল আইলেণ্ড য়েংবা চৎপদা লম্বী অমা ফৈনা সৎ লানবনি। নুমিত্তুসু ললিতনা " সিগী য়েৎ ওই চৎলিবা লম্বীসিনি আমেরিকাগী খ্বাইদগী ইহান হান্না কোয়লাস থাবদু।" ঐনা কুমথদুনা য়েংনীংলম্মী। অদুবু ঐখোয় বেল আইলেণ্ড য়েংবা চৎপনি। মখোন কুন কুক্লগী দলান মরক্তা চৎপা ওইনা খনখি। লম্বীদু অমুক উররোই খনখি। মাঙদা ব্রাংনা য়েৎওইনা লৈহৌবা দলান্দু জি,এম, গী ম্যুজিয়মসিনি খঙ্খি।

মতা অমা চারুদুনা বিট্রিশ ইয়ার ব্রেগী টিকেট ওপন অদু তাং ২০/১০/ ২০০৪ ইংগী মমাঙদা হেক ফংদ্রে। অদুদগীদি উবা ফংলরোই খল্লম্বা হেনরি ফোর্দগী কারখানাসু য়েং উরে। অদুদগী ঙসি তাং ৯/১০/২০০৪ ইংসিদা অঙকপা নুংঙাইবা ম্যুজিয়ম অনী অমগা য়েংলুরে। মীনা শীনবসি মতা চাদে। লাইনা তম্বসিনা মতা চাই। 'সিদগী ঙসি তরামথোইনি লৈরি। করি প্রোগ্রাম শীনগনি খঙবা নত্তে। আমেরিকাদা সিটি ১৭০ রোম মমিং চৎনা লেপ্পি। য়েংবা য়াবা টুরিষ্ট মফম লীশীং মরিগী মথক্তা শেমগৎখ্রে। কনানা য়েংবা ঙমগনি। অদুনা আমেরিকাদু সিনি হায়বদু খঙনীংবদা নুংফৌগী চীং, মরূগী চীং, অসুকপা জঙ্গলগী চীং, লৈবা ষ্টেটশিংদা কুমথরুবা ঙম্ররোই। মসিমদি শেংলে। মদুগীদমক অমুক হন্না লাকনীংবা পোক্লি। অকনবা ঈহন্দি থোইনা লৈবা নত্তে।

অহানবদা মোতাউন সাউণ্ড হায়বা ম্যুজিয়ম অদু য়েংবা চৎলি। চৎলমদাইদা মদু য়েংবা চৎলিবনি হায়বদু ঐ খঙদে। অদুম চৎলি অমবু য়েংলবদি ঐগীদি ইয়া য়াই। ছুটিনিনা ঐনা পাম্বদুদি, চৎলগা অমত্তসু থোঙ হাংলম্রোই। কলেজ, ইউনিভর্সিটি কোয়বা ওক্ত্রি। নহারোল শেম্বগী মওংনা অহানবা ঐগী প্রাইওরিটিনি। মদুদি ছুটি নুমিৎশিংদদি

উপাই লৈতে। মোতাউন সাউণ্ড হায়রিবসি ইচম চম্বা য়ুম অমগী মমিংনি; ইচম চম্বা হিটসভাইল কৌবা মফম অমদা লৈবনি । ইচম চম্বা নুপা অমগী মমিংনি; লায়রবা ইমুং অমগী থৌনা ফবা নুপা অমগী ঈশৈ ঔরাইফম্নি। য়েংবা ওই অৱাংবা দলান অমত্তা লৈতে। য়েংবা ওইগী য়ুমশিং মথোন নাইদে। য়েংবা ওইদদি হেক থংনবশিংসু য়ুম শাজিন্দে য়ুম মচা অমমমগী লম হাংনা লৈ। অসুক ঈংবা অসুক চিকপা, অসুক মমিং চৎপা মফমসি ডেট্রোইট ডাউন টাউনগী অণ্ডকপা পৃথিবীগী মমিং চৎলবা অহানবা কোলাস থাবা লম্বী অদুদগী মিটর ৬৫০ রোমদা লাপ্না ৯৪ নেসনেল হায়রে, গ্রাণ্ড এভিনিউ অমসুং ব্রারেল এভিনিউ অহুমগী উন্নফম ক্রোশিং অহুমগী অৱাং থংবা অহানবা ক্রোশিং ময়াদা লৈ- ইনক নক্না পৃথিবীদা মমিং চৎলবা “ হেনরি ফোর্দ হোসপিটাল-ক্লারা ফোর্দ লৈ, থংননা পৃথিবীদা মমিং চৎলবা ফোর্দকী মস্ত্রা চেক মচু শণ্ডবা মরাঙ কায়না চাউবা হোসপিটাল অদুগী য়েত্তা লাপ্তক্না পার্কিং অচৌবনা থম্লগা মমিং চৎলবা ফিসর থিয়েটর চাউনা লেপ্তুনা পৃথিবীগী লীলা য়েংলি-অদুদগী হোসপিটালগী ওই থংবদা হেক থংননা মথত্তা পনখিবা লেন নীপালগী অচৌবা লম্বীদু লৈরে। লম্বীদুগী হেক নোংপোক থেকচিনবদা তোনি এব্রার্দ লৌবা গুম্মী হায়না চাউথোকচবিবা ফোক্স থিয়েটর লৈরে। অদুদগী মিটর ৫০০ রোমদং দলান মরক্কুদা থৌবগা রিনাইসা সেন্টর ইৱাং ৱাংনা দলান মঙা লোঙনা লেপ্তুনা লৈরে। অদুদগী ওইরোমদা লৈথংথ্রগা থঙহৌদনা ব্রাইনে ইউনিভসিটি লৈথ্রে। অসিগুম্বা মরকসিদা ডেট্রোইট তুরেললনা মী পৃম্নমকপু নুংঙাইহনগে থন্দুনা য়েত্তগীসু ওইদগীসু অসুম শিকশিল্লকতুনা মাইল অমরোমদা পাকপা মাইল কুনমুক শাংবা কানাডাগী ব্রিনশোব সিটিগা আমেরিকাগী ডেট্রোইট সিটিগা ফজবা তাম্নবগী, অশংবা ঈশিংগী ত্বে.র্বন্দা সিগললনা অশোমদা অমুক পাই, শোমদা অমুক পাই তৌদুনা ভিসা য়াওদনা কোয়বদু উরগা মোতাউন সাউণ্ডগী খোঞ্জেল অসুম অসুম ৱাংখৎলকখিবা ওইরমগনি থম্লকই।

মোতাউন সাউণ্ড চঙলমদাইদুদা সাইনবোর্দ প্লেট মচা অচৌবা অহুম মরি লৈ। অচৌবা অনীদি ফুট অনী মথায় × অহুম মথায় ওইবা য়াই। ময়েক শেংনা ইরি। শেঞ্জেংগী ময়েক ওইগনি। ফক্লাং চঙশিল্লগা প্লেট অমা অনী ফুট অমা × অমা মথায়গুম্বা থেৎলি।

**Well come to Hitvile USA**

**Berry Gordy's Appartment.**

প্লেট অমদা অমুক ইরি :-

**The Great March to Freedom.**

**Rev. Martin Luthar King.**

ঐনা ইশিল্লি, ললিতনা ফোটো কাপই। থল্লি য়ুম অসি কা ২/৩, কনা লৈতনা

থম্বা ওইরমগনি । অদুদগী চঙলে। হেক চঙবদা অমুবা নুপী অনী, নুপা অমা মোতাউন শোপ হায়না থারগা গাইড পেমফ্লেট মোতাউন হিষ্টরি খঙননবা কয়া য়েঙনি তাকপা চে পীদুনা পোৎ য়োনবা, য়োনবীশিংদুনা তাকই। মী অমত্তা উদে। থোঙ অমা পুল তৌদুনা চঙই, থোঙ অনী শুবা পুল তৌদুনা চঙই। অদুদগী ইকোয় কোয়না, চিথেক নাইনা মচি মচি নাইনা ফুট ২´×৪´,২´×৩´,৫´×৬´,৫´ × ১০´ মিংশেন চনবা, চন্দবা, লোইননা মিংশেন চনবা ডোকুমেন্ট ময়াম ওয়েক্লা য়াম্মী - থেৎলিবা ময়ামদু। পৃথিবীগী অফাওবা অমুবা জাৎকী শৈশকপশিং পর্কোমেন্স মতমদা নম্বা ফোটো, সিঙ্কল, ড্রয়েৎ অহুম, মরি, মঙা, তরা, কুন সিদগী হেনবা বেন্দগা লোয়নবা কয়া মমিং মথা থেৎলিবদুগী খর চৎথৎলক্লগা মতমদুগী অফাওবা কলাকার অসিগী মতুং ইন্নখিবা শকনাইবা কলাকারশিংগী ফিজেৎশিংদু মিংশম্না থাজিন্দুনা লাইফ সাইজগী মকোক য়াওদবা ষ্টেচু শিংদা শেৎহন্দুনা থম্লি।

গাইড নুপী অদু অমুবীনি, মশম বেনী লোন্দুনা খর খর ইচাই চাইহন্দুনা থাদৈ । মেন তাদে। ফিজেৎ তক্ত জনানবা নত্তে; মশক মতৌ চখোনবী নত্তে। কুমৈগী মী অমনি। মমায়দুদি থমোই য়ৌনা নোক্তে; নুংনাংবগী মমি তায়। মানা ময়ামদা তাকপা হোৎনবদি ওয়েক্লা থব্রায় য়াওই। লাই পূম্নমক তাকথৎলকই। মী ইরৈ লৈতব্রা খল্লুবনি, ইমুংদু পীক থল্লি। মী ৪০ গী মথক ওইগনি। অমুবা য়াম্মী; অঙৌবা য়ামদে। ঙাঙই, তাকই, মতেক শকই, ময়ামসু শকই, হৎই, তূমিন লৈ, পুক্লীং চঙনৈ। ঈশে তৌবা মী অমগীদি স্বর্গনি হায়বা তায়। তার তারগা নুংঙাইরকই। কা হোংদুনা পুশিল্লি। নোংপোক্তা মী চঙদনা থৌরীনা ঙাকপা কাদুদা থৌরীদু লৌথোক্লগা য়েংহল্লি। ঈশে ইফম, চা থকফম, ঙাইহাক পোথাফম, মরূপ মপাংগা অচীকপা ব্রারী শাফম, মথাদা কৃমথরগা পোথাফম ( মদুমদি কৃমথহন্দে ) উৎলি। চামচ, প্লেট, কলম, লাইরিক, মেগাজিন মহৌশাগী মওংদুদা হৌজিকমক কলাকার অদু লৈরমগদবোই নীংনা টেবল মচা, সাইদ টেবল, অচৌবা টেবলদুগী মথক্তা লৈরি। অদুদগী কা অমদা চঙই - মদুদা তোঙাম্না ঈশে ওইরাইবগী পিয়ানো থমদুনা ফম্মনবা থৌরাঙ তৌরি। য়েৎলোমদা **The A&R Department** কৌরম্মী। হৌজিক্তি লাইব্রেরী ওইরে হায়না থাবা কাদা, মী চঙহন্দনা, গাইড ফাওবা চঙহন্দে হায়, লৈরি। রেক্তা চপ মান্নবা ইঞ্চি ১০´×১২´ গী ক্লিপ পানবা ফাইল অথাবা ২০০ গী মথক্তা মওং তানা থম্লি, গ্রামাফোন - রেকোঁদ কয়ামুক থম্লি। মনীং থংবা ওইরোমগী কাদা বেদ রুম অহুম লৈ। অমনা নুপীগীনি - **Miss Milee, House Keeper's Room** হায়না থাই - কা অনীদুগীদি থাদে। ফমুং অমদা নুপীগী ফুরিৎ অনী লম্ভক্লা থম্লি। ফমুং অমদনা নুপী অমগী ফুরিৎ অমা থম্লি। নুপাগী ফুরিৎ থম্বদি য়াওহৌদে। অদুদগী মথংদা মাগী ডাইনিং রুম - থংননা কিচন লৈ, ঙসিতা

থোংখিবগুম তন্না অচৌবা খূৎপায় পানবা অমা ঈশিং কোঞ্জিন মখাদা ব্রাটর বেজিন মথক্তা থগ্রি। অদুলগী কা অমদা লিপ্তা কূমথরগা ত্রেক অহুম পানবা হোম মেদ রেকোর্দরগী কান্ট্রোল রুম লৈ। মায়গৈ অমরোমদা কান্ট্রোল বোর্দ লৈ। অদুদগী থংনবা কা অমদা রেকোর্দিং রুম লৈ। দ্রমসেৎ, গীতার, বাস লোইনা মফম লেগুদনা লৈ। য়েৎথংবা কা অমদা হেক চঙবদা টেষ্টিং রুম নক্তগা স্টুডিও রুম লৈ। মী ৩০ মুক্কী য়োংকী চৌকি থারগা মথক্তা টেলিভিজনগী ভিজুয়েল এণ্ড ওডিও স্ক্রিন থমদুনা ময়াম ঈশৈ তাদুনা নুংঙাইহনবা ফাইনেল রিজল্ট য়েংননবা থম্মী।

মপূম ওইনা পিকথ্রবা শঙ অসিদা চঙথ্রগা শেন্নমলিবা মনুংগী ময়ামদুদি ( কা খরসু কাম্প্লেক্সি ) অঙকপা অমনি। অচম্বা য়ুম, অচম্বা লৈমায় উবাক্কী গলিচা থাদবা, অচম্বা যন্ত্রশিং, অচম্বা দ্রমসেৎ, অপীকপা কাশিং অসিনা করম্না পৃথিবী জয় তৌথিবা মদু ঙকপগী য়েংলুবনি। অনীশুবনা পৃথিবীদা শৈশক অমা মহাদেস মঙামক্তা ওলহনথিবা নুপা অসিগী করি শক্তি লৈবনো, অহুমশুবনা, খ্বাইদগী লাইরবা অমুবা নুপা অসিনা তেল্লবা মতমগী মনুংদা মিলিয়ন ৩০০গী রেকোর্দিং কম্পানি লিংখত্তুনা পৃথিবীসিবু জয় তৌরিবা ! করম্নো ?

হৌরকপগী ব্রারীসিনা হেন্না ঙকহল্লি। মীগী নুংদা লৈরিবা শক্তি অসি লোম্না তৃমদুনা লোৎলি। ঐখোয়না ইরোই লোইবদা য়েংবদুদা ফুট অমা মথায় × অহুম লোমগী নুংশেন অমদা বেরি গোর্দিনা মাগী পীক্রবা মোতাউন সাউণ্ড লিখৎনবা হোৎনবা মতমদা চঙদবা অপুনবা $ ১০০০ খক্তা লৈতবদগী মাগী মমা মপা শাগৈ নাতৈ পূম্নমক্কী মফমদা পূগে হায়না হায়জবদা ময়াম্না কিদুনা ইনখিবা দলিন্দুদা অসুম্না হায়রি - " পৈশা লৈনদবনা শগৈগী মরূপ্তগী পূবা তাই নশাগী শেনফম $ ১১৩ থাঙৎকদবনি; অদুগা মরূপনা $ ৮০০ পীরে। থাগী শিঙৎকদবনি। করিগুম্বা ঙমদ্রবদি নঙগী মেম্বরশিফ মাঙনি " অসিনচিংবা ব্রা ময়াম ইরি - চেগী মতাইদা, চেদুগী মরোলদু মুন্না পারগা, বেরি গোর্দিনা মথূৎ থূৎইন ফজনা ইরি - " ঐনা করিগুম্বা থা থাগী শিঙৎপা ঙমদ্রবদি মরূপ্না হায়বা মতমদা শেন্দোয় শেল্লেপ পূন্না অমতা মাঙহন্দনা করিনো উপাই অমনা শোয়দনা শিঙৎকনি। চেদু মুন্না পারগা য়েংবদা পূথোকলিবা মরূপ্না থাজদে হায়বসি খঙই; অদুগা বেরিসু পূংথা থাজবদি নত্তবা ঙমদ্রগা উপায় অমা হোংদুনা থবক শুরগা শিংলগা লোইরে খনবগী মওং মাল্লি। দলিন্দু শিনবা হোৎনরম্বদগী শাংবগা নোংমসিগী য়েংনীংবা য়াম্বগা ফোটো নন্নগা পুরকই। ভিডিওদি ঐখোয় পুরমদ্রে।

ব্রাফম অমনা বেরি গোর্দি ঈশৈ ইদুনা মীগী ষ্টুডিওদা ঈশৈ শক্তুনা অহানবা হৌরকই। মদুদা কম্পানিশিংনা ঈশৈগী মমলসু নমহত্তুনা, নীংথিনা পীবীদবা, শক্লুবগীসু মমল নীংথিনা ফংদবা অদুদগী মাগী লনাই ওইনা থবক তৌননবা খল্লকখিবনি। অসুম্না

ঈশৈ ইবা,ঈশৈ শুর পান্দুনা তাল হাপ্পা,ষ্টুডিওদা ফিট তৌদুনা রেকোর্দিং তৌনবা হোৎনবা, কোরিওগ্রাফ শেম্বা অসিদা পুক্লীং চঙলম্মী । মহাক্না টিন এজগী মীওইশিং পুশিন্দুনা তম্বীরম্মী ;থবক অঙকপা ফংনা কল্লম্মী । মাগী থবক্কী রুটিন অসি থাজবগী য়াংমদনি । **Three shifts,6 am.-2pm.,2pm.-10pm.,10pm.-6am.**মতাং অসিদা বেরি গোর্দিনা হায় ডেট্রোইত্তদি কারখানাগী থবক শুবশিংনা ''শিল্পিগী সহর''''থবক্কী টাউন'' কৌনৈ । ডেট্রোইত্তা কার,ত্রক,রেদিএটর পুম্নমক মিনিটকী মখাদা পুথোকই । থবক্কী মপুশিংনা পুং ২৪ থবক শুই । মদুগী মওংদুদা শুগদবনি হায়দুনা পুং ২৪ বেরি গোর্দিনা থবক শুরম্মী । অসুম্বা পৃথিবী পুম্বনা খৌরাংনবা ঈশৈ শীশীং তরাগী মথক্তা পুথোকখি । মাগী ঈশৈ ''আই কান্ত হেল্প মাইসেল্ফ''অমসুং '' দ টিয়ারস ওফ এ ক্লাউন''হায়রিবশিং অসি রেকোর্ড মিলিয়ন অমমমগী মথক্তা মতমদুদা য়োল্লি ।

অসুম্বা ইনখৎলক্লিবা বেরি গোর্দিনা পৃথিবী পুম্বা জয় তৌরম্মী । ইং ১৯৫৯ দগী ১৯৭১ ফাওবদা পৃথিবীগী অচৌ অশাংদগী লৌমী শিল্পি,নহা পাখং লৈশাবী পুম্বা মাগী ষ্টুডিওগী শৈশক,খোঙথাং,মিৎয়েং নায়েং শাথেক তম্লরক্লম্মী । জাজ, বিটল্সনচিংবা কাঙবু কয়ানা থর থর মাগী স্টাইলদা নপচরগা শৈশক অসিদা তোংদুনা ঈশৈ শেমগৎনরকখি । ভারত্তসু অঙকপা ফংনা পাম্মা মতৌ তম্লরকখি । হিন্দি ফিল্ম পুম্বা অথুবা,অথকপা খোঙথাং সুর,ট্যুন্দ হাপচিন্দুনা ইফিং ফিংনা শক্তৎনরকখি । হিন্দি ফিল্মগী হেরোইনশিং ( হেলেনগী শাথেক্লা খ্বাইনা হেন্না খঙননা )শৈশক মওং অমা পুখৎনরকই । হেরো পুম্বা পুম্নাঙ লাঙখৎলকই গোবিন্দ,মমাঙদা অমিতাব ফাওবা,দেবানন্দ,বলরাজ সাহনিদদি কাখৎপা ঙমদে । মখারোমদদি ওরো ওরো চেম্বুরবনি,জিতেন্দ্রদি ওরো ওরো চেম্বুবা মরক্তা গোবিন্দদগী ফাওবা কুমথখ্রবনি । গোবিন্দনা হায় '' ঐগী থবাক্কী,চনীংগী লেংজুমগী জগোয়সি ঐনা পুথোকচবনি''; জিতেন্দ্রনা '' ঐগী জিম্নাষ্টিক,এক্রোবেটিক চঙবসি ঐনা পুথোকচবনি।'' পুম্নমকসি অমত্তা নত্তে;মানা মানা বেরি গোর্দিনা তৌখিবদুগী মনম ইউরোপ্তা চেনশিন্নকপদু বোম্বেদা (মুম্বাই) খুথাঙ তাউথরকপদগী তৌবনি । পুম্নমকসি খঙনীংবদুগীনি মো টাউন কুপ্লা ফমদুনা পুং অনী মাঙখিবদু । অরোইবদা হায়নীংবদি বেরি গোর্দিগী ঈশৈশিং অদুদি ফিংদে,তপই,খোঙথাঙশিংদু মখোঙ হাইগত্তে,মনীঙ থেক থাক নোমদে,ঈশৈদু অর্থ চেল্লি । মীপুম তিংনা ফম্মিন্নবা নুংঙাই । অতাবা খুদিংমক পুম্না শকমিন্ননীংই । ঈশৈবু প্রমগী,গীতরগী,পিয়ানোগী,সিম্বালগী মখোম্না অমত্তা হাপ্তোক্তে । কলাকারশিংগী ফিজোলদু অকাম্বা অমত্তা য়াওদে । পৃথিবী পুম্বনা মতৌ তম্বগী মচত্তু উরগা মোতাউন ষ্টুডিও মনুংদা ফম্মা ফম্মা নোক্লীংলকই । ফিজেৎ ফিলায়,মরী মরাং য়াম্দে,জিন শেগায়রগা

শেন্তে। কন্না চোংদে, মোং হাদে; মায়গী এক্তিংদা থমোইনুংগী ৱাকল অমা য়াওরি, অদুগা মতম কুইনা ফু মদুনা লৈবা থমোইগী মৈচাক য়াওরি। অদুননি মার্টিন লুথরনা ঙাওখিবা, ইংলণ্ড মহারানিনা ঙাওখিবা, ভিয়েৎনামগী লান্মিশিংনা ঙাওখিবা, পৃথিবী পুম্বগী ভাবোক্লা পুংঙাও ঙাওদুনা বেরী গোর্দিগী মোতাউন সাউণ্ডবু থমোইনুংদা লাৎনরকখিবা। ঐ মোতাউনগী লাইব্রিক মচা অমা মাগী কেসেৎ অমী পুদুনা য়ুমদা হল্লকই। তাগদবা নত্তে। নুংশিবগীনি। পৃথিবীবু ওলহনখিবা মাগী সংস্কৃতি নোংমদা পুং ২৪ থবক শুদুনা ডোলার ৮০০ না মিলিয়ন ৩০০ চহি তাৱাগী মনুংদা ওলহনবা ঙমখিবা থবক শুবগী থৌনা নীংশিংনবগীনি। বেরী গোর্দি লৈহৌরে। গাইড শকথীবীদু আমেরিকাদদি থীদে, মৈতৈগী মী নোক্লগনবা ঐগী মিত্তা থীবনি। ব্রারী লিবদদি রাসী কয়া য়াম্না লৈ; ঈশৈ মতেক মতেক ঙঙদুনা নোম্বদু কয়া পকচৈ।

"মোতাউন সাউণ্ড" য়েংবা লোইরগা চৎলি। মিনিট অনী/অহুমদংদা রিনাইসা সেন্টর য়ৌরে। পার্কিং ঙাইহাক থি। অদুদগী মখোয়গী গাইডতু য়েংলুবদদি পার্কিংনা চাউর চাউরবা ময়াম নোংপোক্তা মখাদা নোংচুপ্তা লৈরম্লে। ঐখোয়না থিরীবা পার্কিংদু মথোন কয়ানো য়েংলক্লে, ব্রাংই। ঐদি লৈমায়গী থাক্তা থৌজিল্লিবোই নীংই। মনুঙদুদা চঙলগা থারে। পার্কিং মপাদু য়েংবদা, ঐখোয়না মফম অমা হাংই হায়দুনা থারুবদু মথোন অহুম পার্কনম্বর ১২১থাই। মথং মথং ঐখোয়গী পরেংদু গাড়ী থারি। তুংগী পরেংদনা ৭/১২১ মপা চানৈ। অয়েকপা গাইড বুক্তা য়েংবদদি মদুগী শরুক অহুম হেন্না চাউবা পার্কিং অমসু নোংপোক্তা লৈহৌরে। অব্রাংগী অদুদগীনি কনাদাগী সহর-সিটি, ডেট্রোইট তুরেলগী ঈশিং, সিগলগী নুংশিবা মথোল তারিবসি। নুংশিৎকা, নুংশাগগী মরক্তা ঈরূ লূবা ডেট্রোইট তুরেলগী ঈশিং ঈথক মচা মচা ময়ামদুদা ইরং ইরং লংনা শান্নরি। বোৎ মচাশিংনা থাপ্ন থাপ্ন থৌরি। কনাদাগী তুরেল তোর্বান্দা চগুন উপুগুম্না কার ময়াম ময়াম ইফিং ইফিং ফিংনা চেল্লি। ঐখোয়দি রিনাইসা সেন্টরগী মনুঙদা চঙলে।

• • • • • • • • • • • • • • •

## ডেট্রোইত্তা রিনাইসা সেন্টর

রিনাইসা সেন্টর করিসু নত্তে। জেনেরেল মোতোর কম্পানিগী অচৌবা ম্যুজিয়মনি। ম্যুজিয়ম অসিগী মখা থংবা য়ুম্ফম অসিদা মথোন মরিদি কার মথং মথং পুথোকখিবা অমসুং য়োনখিবশিংগী মোডেল লূনা নান্না ইকোয় কোয়না উৎলি। ঐখোয় লেভেল মরিমক লোইনা য়েংলকই। ফোর্দতা য়েংবা মওংদু নত্তে। মরমদি কার শাগদবা, কার লৈগদবা লৈতে। য়েংবগী পরপজদি মখোয়গী থবক শুবগী মওং অদুনি,

মখোয়গী লূ নানবগী মওং অদুনি । লূবদি জেনেরেল মোতোর কম্পানিনা অমুক হেনগ্রমাল্লে নীংই । ফোর্দকী ম্যুজিয়ম্না হিষ্টরিগী নুংশিবা ম্যুজিয়ম, জেনেরেল মোতোরগীনা মতমগী কে মৌবগী ম্যুজিয়ম । থম্ফমসু লূই । য়েংফমসু লূই । কারসু লূই । ব্রাদু লূই । মনুংদা ব্রা পাম্বীতনা মফম খূদিং মথোন খূদিং অচৌ অচৌবা গল্লাদা থায় । ব্রাদু য়েংদৌদগীদি শিকপা, শীংনাংদগীসু চাউবা, শীংনাং অচৌবা অমগকা য়াওরগদি অদুক চাউগনি । ফুট ৩ গী চাং ব্রাংবদা ব্রাকোক্তু চাউবা চপ মান্নবা মপাদা মতোন হুইথগ্রিঔদা লোইনা ককথংলি । মনাদি মশা মচা অমদা ১০ দগী ২০ লোম পাল্লি । মতোন ইথং থংবা অদুতং মনাদু নৌই । অতৈদি খর খর লিনা উই । ঐনা পায়দুনা কূপ্পা য়েংই । অসিগুম্বা ম্যুজিয়ম অসি চাউরবা দলান মঙাগী য়ুম্ফম্নি । দলানশিং অদুনা মথোন ৭৩ ব্রাংবনা অথোইবা ৭০/৬৫ অসুম্না পূল্লপ লোল্লিবনি । ম্যুজিয়মগী মথক্তা দলান শারিবনি।

ম্যুজিয়মগী অকোয়বদা দুকান, মীয়াম লাক্লগা য়েংবগী পূনফম, চাফম থকফম, তুরেলগী ঈশিং য়েংফম মরাং কায়না কায়না লৈপ্রে । চাফমদুমক্তনা মী ২ গী টেবল চৌকি ২, মী ৪ গী, মী ৬ কী, মী ৮ গী, মী ১০ গী, মী ২০ গী অসুম্না লাক্রি লাক্রিবা মীশিং অদুনা পূন্না ফমজরগা নুংঙাইজনবা থারি । মী ৫০০/৬০০/১০০০ চামিন্ননবা শেম্নি, কূক কূকসু অমত্তা ইন্নদে, নুংশিৎ লাংনা লাংনা চীংলেম্না শেম্মী । অসুক মরাং কায়বা ম্যুজিয়ম অসি মথক, মখা, নাকল, চেক, নূং নত্তে, ফক্লাং পূম্বা মিংশেন্নি । য়ুম্বীদুদি মী মরিনা কোনগনি। মদুগুম্বা য়ুম্বী ৮ নি অদুগা মী ১০/১০ না কোনগদ্রা মনুং হোহনবা, শীজিন্ননবা অনীনি । পূন্না য়ুম্বী ১০ নি । ঐনা তপ্প তপ্প নোট তৌরি । ম্যুজিয়মগী হেক খোরকপা মথক্কী লেভেলগী থোঙজিন্দা ত্রাম হায়গদ্রা, রেল হায়গদ্রা থোং মথক্তা চেল্লি । কদায়দা চেল্লিবনো হায়না হংবদা ডেট্রোইট সিটি পূম্বা থুংনা থবক থুননবা মখাদা কুমথদনা চৎননবা রাউন্ড চৎপনি হায়রকই । পৈশাগী কুমৈ য়েংগে হায়রবদি আমেরিকাদা য়েংউসি। অদুদগী খোরক্লগা অব্রাং নোংপোক পাংনা জেফরসন এভিনিউদগী হাইগৎলগা মিনিট ৫ রোমদং থৌবদা জেনেরেল মোতোর কম্পানি লৈরে । পাক চাউনা শন্দোকখ্রি । মচুদু অতিয়া মচুদা হক্চিনবনি । য়ুমসু-ফক্লাংসু-গেৎসু । অরৈমখৈ লোইনা । ফোর্দকী চেক মচুদা হকচিল্লগা মঙ্গ্রা মচু তাবদু নত্তে । থবক্কী প্রোসেসতি ইমান মান্নববু য়েংঙনুসি হায়দুনা নুমিদাংব্রাইরমগী নুমিৎনা চীংয়া থাংবদা য়ুম (ব্লুমফিল্ড) তানা লাকই । মিনিট ৫০গী ড্রাইভতা য়ুমদা পূং ৬.৩০ তারম্লে । ত্রক সন্ধ্যা চাবনি থবক চিল্লিবদি । চাক লোইরদুনা চাক চারে । তুম্বা য়ারোইদৌরি । চাউখৎপা লমদম উরগা করিসু নুংঙাইতে, করিসু কল্লক্তে । ব্রায়।

ঐগী রিদিং রুমদুদা ইশুশিং, ইমৌনুপী, নুপী অমত্তা শুকচঙ চঙলক্তে । অদুনা ঐ য়াম্ন চীক্ল পূং ২৪ লৈবা ফংই । মপাম্লোকপা, মনুং চঙবা, ইরুজবা, পোৎ চৈ অব্রাৎ

অপা ঐগী কাদা লোয়না ফংই । চাবখক্তং ঐখোয় পূল্লি । ঐনা উননীংদুনা কুমথরগা মখোয়গা উনবত্তনি । য়াম্না নুংঙাই চীকই । মখা থংবা কাগী থোঙনাউদু ফুট মরি মখায় × তরুক মখায় পাক্কনি । হায়রিবসি মনুংগী মিংশেন্দনি । মদুগী পর্দাদু লোইনা অহিং নুংথিল পূং ২৪ হাংদোক্তুনা থম্মী । বার য়াওদে ইহাঙ হাঙই । উনাশিং হায় -হুম্বা,থা থোকপা, লৈচিল পায়বা,উচেক পরেং পায়বা,এরোপ্লেন পায়বা উই । মদু য়েংদুনা ঐ অসুম ফম্মী । ঙসাইগী মিটিং হোলগী মমাঙদা ইহৌবা কোতেসন ময়ামদু নীংশিংলকই । অয়াম্বা পারকই । অহুম শিল্লকই । অমদি -**People collaborating with people achieves innovations and a level of performance that far exceeds the individual. This collaboration establishes a commonality of focus and purpose throughout the o.·ganisation. (Len Marszalek)**

অসিগুম্বা ময়াম অমা নীংথিনা মিংশেন্না খাজিল্লিবা মিটিং হোলদুগী ফক্লাংদা ইরি । মীওইবা হায়বসি পুনশিন্নবা,লিংজেল মান্নবা,থবক অমা তৌবা মতমদা পূকচেল খোযজেল তিন্নবা, অমনা অমগী মতেং পাংনবা,অমগী খুদোংথীবদু অমনা উবা অসিনচিংবা কয়া চঙই । ইশা ইশাগী অখূবা মিৎয়েংদা ওইজনাম থিবনদি ওইবা য়ারোই হায়বসি ইবিবশিং অদু অমা পাবদা অদুম খঙই । অদুবু,আমেরিকাদা থবক শুরিবশিং অদু ঙক্রিবদি আমেবিকা মচাদি ইযাওবু য়াওদে হায়বা নোট শিল্লকই । করিগুম্বা লৈবাক অমত্তগী মী য়াওদবা লৈতে । এসিয়াগী ইন্দিয়া,চাইনা,কোরিয়া,জাপান,পাকিস্তান, ফিলিপিন্স ময়াম অমা থবক শুরি । ইউরোপ,অফ্রিকা,খা থংবা আমেরিকাগী মীওই কয়া থবক শ্‌ রি । লোল মান্নদে,কুচু মান্নদে,ধর্ম মান্নদে । অদুবু মখোয়না থবক্তা মীরায়বদি কদায়দসু লৈত্রে । মখাদা ইবি - **A team seeking common result reaps immeasurable benefits.**

**Brenda Goodman**

ঐখোযসু ঙসি অমনা অমগী চাওখৎনবা হোৎনরম্নবদবু মণিপুর ষ্টেট ট্রান্সপোর্ট,সুগর মিল,স্পিনিং মিল,অতৈ অতৈ ময়ামসিবু পৈশা মাঙলমগদ্রনে ?পৈশা মাঙদদুনা অসুম অসুম চাওখৎলক্রবদি শুজরিবা মী অদু মশা মশাগী তলবকী মথক্তা বোনস ময়াম ময়াম,ওভর তাইম পে কয়া কয়া ফংদুনা মাসু,ঐসু, নঙসু-সরকারসু পূম্না চাওখৎলোইদ্রনে? মমায়সি থোঙনাওগী লৈচিম্না উরু উরু উংদুনা: ঐখোয় লোইনা ঈশিং থকসনু, উচেক ব্রায়াসু থকসনু, নাপীসু উসু থকসনু হায়দুনা তপ তপ নোং খিকথরিবদু য়েংদুনা অহিংগী পূং ২.০০ ফাওবা তূমদনা লৈরম্মী-ইরৈবাক, ইরৈবাক নঙগুম্না নুংশিবা, নঙগুম্বা পেম্নবা লমদম কৈদা লৈরিগবা ! মিৎয়েং খূদিং নঙোন্দা হেক্তা লৈশিনখি ! থমোইগী ঈথক হৌরক্লম্মী । মঙ্লান কয়া লাক্লম্মী ।

• • • • • • • • • • • • • •

## -থৌরাঙ-

অইবদি রাজনীতিৱালা অমসু নত্তে; সমাজ সেবক অমসু নত্তে; মায় পাকপা রাইটর অমসু নত্তে; শকখঙবা লুচিংবা অমসু নত্তে। সুপ্নগী পৃথিৱীসিদা হিংলিবা মীচমশিংগী মরক্তা অমনি। ঐখোয়গী পৃথিৱী অসিদা হিংলিবা মীওইশিংবু নুংঙাইনা হিংহন্নীংবা অদুগা মরক্তুদা ঐগী ইরমদম-ইরৈবাক্কী মীশিংসু মীরক তিলহঞ্জনীংবা মীশক অমা ওইনা ইচম চমজবা নাগরিক অমনি। অদুনা, অইবনা তত্তনা হন্না হন্না হায়জরিবদি লাইরিক অসি লমকোয় ৱারী নত্তে-ঐখোয়সু চাওখৎপগী লম্বীদা শরুক য়াবা করম্না তৌরগ ঙমগদগে হায়বা ৱাফমসি পাবীরিবা পুম্নমক্কী মফমদা ৱাহং অমা ওইনা থমজরিবনি।

অইবনা সংসার অসিগী মনুংদা মীশক অহুম্বু অথোইবা, মতৌ খজিক্তুং ওইরবসু তমজগদবনি হায়না ইহান হান্না পুনশিদা খঙ্গরকখি-। মখোয় অদুদি-লিও তোলষ্টোয়, আলফ্রেদ নোবেল অমদি মহাত্মা গান্ধী। অদুদগী অইবনা মী অহুম অমগা খোয়দাজে-মখোয় অদুদি স্বামী বিবেকানন্দ, ঋষি আরবিন্দ অমদি রাম কৃষ্ণ পরমহংস। অইবনা মীশক অহুমগী পুনশি পৃক্সিঙ্গনীংখি। মখোয় অদুদি ফ্রোবেল, জোন দিৱী অমদি মেদাম মোন্টেসোরী। অইবনা মীশক অহুম্বু নুংশিজরকখি-জর্জ ৱাশিংতন, লিওনার্দো দা ভিনসি অমসুং য়াগুনরি কৱাবতা। অইবদি মী অহুমখক পামজরক্তে আলেঞ্জেন্দরগী অরোইবা ৱাখল, চেঙ্গিজখানগী পুনশিগী পান্দম, মহাম্মদ ঘোড়ীগী পৃকচেল। অরোইবদা স্বামী শিবানন্দগী সিন্থেসিস ওফ যোগ অসি খোয়দাজে। অদুনা ইরমদমগী নহারোল পুম্নমক্না ককঙাওনরবা মতমসিদা লম্বী অমা থিবদা মহাপুরুষশিং অসিগী অপূনবা জ্ঞান অমদি অতৈ মহাপুরুষ কয়াগী ৱাখল নৈনদুনা খরা য়াওনা খোঙ থাংবা পাম্মী। শীংথারিবা মহাপুরুষশিং অসিদনসু লোইবা নত্তে-ময়াম অমা লৌখৎপা তাবনি। কনাগী, খুৎহৈবগী, বিজ্ঞানগী-মরূওইনা অনৌবা তাইবং অমগী লময়ানবশিং-হায়বদি রিভোলুসন অমগী লম্বী য়াৎপা মীওইশিংগী লুচিংবা কনা লৈহৌরি থিদুনা পারগা থবক পায়খৎনীংই। অনৌবা যুগ কুনশুবা শতাব্দীগী অরোইবা শরুক্তগী লাক্লিবা ঈচেল অসিদি অতপ্পা ঈচেল নত্তে। মসিগী লুচিংবশিংগী পুনশিসু লোইনা য়েংবা তারিবনি।

ৱাফমশিং অসিদা থিয়াম রতন- কাহাইলাল, স্বপ্না ইবেতোম্বী, মথক্তা গুরু বীপিন, নীলকান্ত, মহারাজ কুমারি বিনোদিনি, প্রো: শ্যাম, মথক্ত মীনকেতন, জী.সি. তোংব্রা, নবদ্বিপচন্দ্র, অঙাংহল,দরেন্দ্র, কমল, মখোয়সি খঙবা তাবনি। অদুদগী ভদ্র, শ্যামো, আর কে সি এস, তোম্বী খিজিনবা তাবনি। ঐখোয়গী খেলচন্দ্র থাদোকপা য়াবা নত্তে। দ্বিজমনিদেব শর্ম্মা মুন্না কৃপ্না খঙবা তাবনি। মকরসিং, লাইরেলময়ুম ইবুঙোহল হন্দোকপা য়ারোই। নহানি হায়দুনসু ঐখোয়গী বহাদুর, গৌরচন্দ্রদি সনানি। অসুম

থারকপদা থানীংবা মীসি য়াম্মী-পাবীরিবশিংনা অদুমদি হায়রক্তে, অদুমদি পল্লক্তে হায়বীরনি। অদুবু লোইনা পনবা ঙম্বা নত্তে। পলহন্নীংঙদা হায়বদুবু ফাওবীরক্লবদি পনবা ঙমহৌদবশিংদু ময়াম্না পুখৎপীরকউ, ঐখোয় লোইনা থিদুনা শেমগৎপগী মতম ওইরে। অইবনা খণ্ডদবশিংদুসু পুথোকপীরকউ। লোইনা পুখৎচনীংই। মসিগী মরুওইবদি কোক শীজিন্নবা কাওবুগী মরক্তগী মীনা মাঙ থাহঞ্জনীংবগী হায়জরিবনি। ঐখোয়বু ঐখোয়না শেমজদনা কনানা শেম্বীগনি। শেম্বীনবা কনাসু লাক্লোই। ঐখোয়গী লৈরম্বা অমদি লৈরিবশিংনা রাখল পুথোক্লদুনা শেম্বা তাবনি। অঙাংশিংগী, নহারোলগী তুংগী পুনশি মমি শাগ্রে, উনা উনা ঐখোয়না কনাবু ঙাইগদৌরিবনো?

ঐখোয় পুম্নমক্না হায়গনি " য়াররোইনে, য়াররেহিনে।" কৈদৌগে, ঐখোয় হায়সি " য়ানিদা, যানিদা।" ঐখোয় পুম্নমক্না হায়গনি, " মাননি, নঙননি, মখোয়ননি, অদুননি।" কৈদৌগে, ঐখোয হায়সি, " ঐনি শোয়রিবা, ঐনি ফমদুনা লৈ..ক্রিবা, ঐনি পৈশা চাবিবা, ঐনি ইবৈবাক মোৎহনলিবা, ঐ মসি তোক্লগে "। অসুম্না ওনথদা অব্রাবা নঙ্গনি খল্লিবসিনি ঐখোয়গী লাল্লিবদি। অরানবা রেলদা চেনবা ত্রেন্দু কুইরোই পৃং ১.০০ গী মনুংদা থেঙ্গাইনগনি, তুম্না মাঙ্গনি, অশোয়বদি অমত্তনি শিবদি লোইনা। মদু ঐখোয় খঙবা তাবনি। অইবগী লাইব্রিকসি লমকোই ব্রারী নত্তে। ব্রাকৎনি, ইমায়দগী কালিসি ইশানা ঈশিং অরুবনা চামথোকচনীংবগী ব্রানি। পাবা লোইদনা অইববু চৈদুনা তোকপীখিনু। লোইশিনবীয়ু। কলম পাইখত্তুনা " অসিনা ফগদ্রনে, অসুম তৌসিরনে, নঙগীদুনবু ফগদ্রনে ? " ইবীরকউ, ফোঙদোকপীরকউ। ঐখোয় অমুক্তং মাঙদা চৎসি। মীশিংনা কুইরে চেন্নখিবা; ঐখোয় তান্নগদৌরিবনি। ময়ামগা পুম্না চেলহৌদ্রবনি। তান্নগদৌরিবা মীশিংদুসু অয়াঙবা, মপাঙ্গল কনবা, হৈশিংলবা, কুইনা চেল্লকখ্রবা ঙাক্তনি।

ডাক্তরশিং হৌগৎপীরক্লো লেম্না ইমা ইপা, ইচে ইচন, অঙাং নুবী, অনা অয়েক লায়েংসি। লীলা তৌবা, সিনেমা শান্নবা, ঈশৈ শকপশিং কপ্পগী লীলা অমুক্তং তোকপীখো," চীংগী ইচন / হব্রাইমতোন / থমোই ঈহুম্না পুবা পুনশিদু " অমুক্তং তোকখিসি। থৌনাগী ঈশৈ, সাইন্স ফিক্সন, হায়বা ইনবা নায়ক, মথৌ খঙবা ছাত্র, কখোকপা ঙম্বা চরিত্র, বালর্দ ষ্টেগুদর্দা ইবীরো। সাইন্স ফিক্সন, ইন্দষ্ট্রি কোল কারখানাগী ইবীরো। থায়নগী হিন্দিগী, তামিলগী, তেলেগুগী মল্লবা খোঙথাংগী, লৈরাং-খোইমুগী ঙাইহাক পোথাখিসি। মী ময়াম্মা তুরোই ঙাগ্রোই অশিবগুম হিংলি । পক্তুনা পুমদুনা মনম নমথীরনি- লায়না ময়াম শন্দোরক্লন্নিনি। শোইনাইবশিংগী সমাজদা, লমজাশারাগী লমদম, অকিবনা য়েহৎলবা নুংশিরবা ইরমদমসি ঐখোয় কয়া কুইনা য়েংদুনা লৈগনি ? খোঙগী, খূৎকী হৈশিংবা, শরিক্তশারাত্ত মপা লৈতবা নহারোলশিংনা

থন্না লৈরবা লৈবাকশিদা থমোইগা, লমচৎকা পুনবা লীলাগা, তশেংনা পাঙথোকপগা পুনশিন্নবা হোৎনসি। থীজ্জমল্লে। ঐখোয় ময়াম থমোইদা থাংদোকসি, তৌশিন্নবসি তোক্লবা তৌসি।

ডাক্তরতগী ব্রাদ নত্তে; অরিবা ড্রাইভরসু থোকপীরক্রে। ময়ামসি লম্বী চৎপগী নিয়ম তাকপীরো অদুগা লৈকায়দা গাড়ী থৌবগী ক্লব লীংবীয়ু। মীপূম তীংনা গাড়ী থৌবা হৈহনসি। গাড়ী থৌবনা মী তকথায়বা য়াত্রা য়াদত্রা হায়বদু মীয়াম পুম্বদা খঙহনসি। শোরোক্তা হুই, হৌদোং, হামেং, ষন, ইরোই থাদোকপা, লীশাং পুনবা য়াত্রা ? তম্বীসি খঙহনসি। শোরোক্তবু মচা মশু থাদোক্তুনা শাম্নহনবা য়াত্রনে ? তম্বীসি, খঙহনসি। শোরোক্তবু লৌ য়েবা, ফৌ ফৌবা, চাকচা হৈজানবা য়াত্রনে ? তম্বীসি, তকসি, খঙহনসি। শোরোক্তবু ফৈনা খাজিল্লগা লুহোংবা, চাকচা হৈজানবা, পুজা তৌবা য়াত্রনে ? তৌগনু হায়সি, থিংসি ভাব তাহনসি। মানা মানা নিয়ম নাইড্রগ হোরেন ড্রাইভরদি চিংথরগা নেৎকনি, মীয়াম চঙদুনা হাত্তোকপীনি। সিরনে চুমলিববু ?

থন্ননিঙাইব্রাসি য়াম্মী। সরকারগী ডিপার্টমেন্ট ময়ামসি, ডাইরেক্তর, সেক্রেটরি, একজিক্যুটিভ ওফিসার ময়ামসি মমাঙঙৈদগী লৈরক্লিবনি। মখোয়না পূম্নমক অসিগী থৌদাং পুরক্লিবনি, পুরিবনি, পুখিদৌরিবনি। অদুবু মখোয়না শেমদোকপা ঙমদ্রে। মসি ঐখোয়না উরে। এজুকেসন, ইন্দষ্ট্রিজ, মেদিকেল, ইলেক্ট্রিকসিটি, ব্রাটর সপ্লাই তাউন প্লানিং লোইনমক্তা মখোয় মায়থীরে। মন্ত্রী মায়থীরে। ঐখোয় লোইনা মায়থীরে। ঐখোয় লোইনা মায়পাকপরোমদা চৎনীংলমগনি-। মসি চৌকিদ্দগী লৌবুক্তা শিনশঙদা; তলবতগী নিঙ্কামদা কুমথরবদি শোয়দনা ঙমগনি। শোয়দনা মায় পাক্কনি। ব্রাখল অসি থল্লকপদগীনি অইবনা অনৌবা আশা অমা লাক্রে-হায়জরিবদি। মরম অসিনা লল্লোনবা, উশুবা, সনাশাবা, ফোটোনম্বা, চেকশুবা, সরকারগী নত্তুগা লনাইগী থবক তৌবা পূম্নমক চোংথোরক্তুনা মাগী মাগী মহৈদু পৈশা লৌদনা, লৌরগসু খজিক্তংদা লায়রবা চরা হেনবা অঙাং অমনসু য়াওজবা ঙম্বগী চাংদতা লৌরগা তাকপীসি হায়বনি। চহি ১০/২০ গী মতুংদদি পৈশা তানবা ইকাইদবা, হৈনবা, নুংঙাইবা ফাওনরক্লবা মতমদুদা লৌরগসু লৌজরক্কনি। ঙসি ওইরিবা ফিভম অসিদি মদু য়াররোই। "ঐদি ওঝা, ডাক্তর, ইঞ্জিন্নিয়ার নত্তুগা বেঙ্কতা লৈরম্মী। পেন্সন ফংদুনা তৌফম খঙদ্রে, ব্রায়ে।" সিগী ভাবসি তোকপা তাই। ওঝা, ডাক্তর, ইঞ্জিন্নিয়ার ওইরম্মী বেঙ্কতা লৈরম্মী। হৌজিক্তি ড্রামা য়াওবি, সহিত্য তৌরি; ইপোম তৌরি হায়বদুনা লোইবা নত্তবা। ঐনা ঐনা তৌরুবদু অঙাংশিংদা লেম্না লেম্না তম্বীবগী পূং অমমমদং কাইথোক্লগা অরেম্বদুনা ড্রামা, সাহিত্য, লৈকায় মরূপ শীংলুপকী থবক তৌবা তাবা। অসুম্না অহোংবা লমচৎ অমা ঐখোয়না হৌদোক্তুনা চৎচত্রবদি ঐখোয়গী সমাজদা অহোংবা অমা পুরকপা

ঙমলোই। মঙদা সনা খুল্লম্লগা, মঙলান্দা চেগায় ওইরকপা, অদুদগী মিৎকপ থোরকপদা খূৎ ননশিন্দুনা তূম্বগী শজিং হৌদুনা লৈরম্বদু তাদুনা-তোক্কনি।

অইবদি করি তৌবা ঙম্বীগদগে হংবীনীংলমগনি। মথক্তসু খরদি থমজখ্রে। অদুবু মতাং অসিদি হেক হায়বা ঙম্বা নত্তে। ঐগী খূগী য়ারক্লোই। শেমেগৎসি শাগৎসি হায়রবদি লাল্মী অমা ওইনা চরৈ তাখত্তুনা থোঙ, খূৎ, বুদ্ধি, মিৎনা শিংনা ঙাইদুনা লৈবা তাবনি। অন্দে মান্দে তৌদুনা ঐনা ঙম্বা মপা অদুখক্তগী থৌদাং য়ানবাখূৎ অনীনা খূকউ কোন্দুনা লৈবদি লেজররোই। মরৈবাক নুংশিবশিংগী অচুম্বা-চৎনবা য়াবা থৌরাং তৌদুনা লৈজগনি। মীয়ামনসু কনা অমত্তবু শামুগী মপোৎ-ইরোইদা থোনগৎপা হায়বদু থোকহনবীগদবা নত্তে। মদু খঙনা থৌদাং কোকথক্তা ইমাগী য়াথংনি খন্না পুজগনি।

• • • • • • • • • • • • • •

## -লাউথোকচবা-
## ( খজিক্তুং নোকপা হৌরকই )

লাউথোকচরিবা খরদি কনাগুম্বনা লাইরিক অসি পাবীবা মতমদা ''লাউথোকচরিবা খব '' হায়বসি পাবা হেক লোইবদা চিঠি ইবীরকউ। চিঠি ইবীরকপদা লৈফম, শিনফম, চহি, মিং য়ুম্নাক, পুনশিদা খ্বাইদগী পাম্না য়োকখৎপীরিবা হোবী ইবীরকউ। মথাগী শ্লোগান মবী অসি পুথোকপীখিবা মীশকশিং অদুগী মিং চুম্নরবদি মীশক অদু লুপা ১০০০ লৈবাক্কী শকখঙ মাযখঙবা যাওনা তিন্দুনা অৱামন খূদোল তমজগনি। মনা নত্তে, প্রাইজ নত্তে, এৱার্দ নত্তে। সমাজদা তৌরিবা দান অদুগী শকখঙবগী অৱামন ওইনা পীজবনি থৌরম অসি কবিগুম্বা শেন্দান লম্বীগীসু নত্তে; এসোসিয়েসন, ওর্গেনাইজেসন অমগীসু নত্তে; অইবগী লনাইগী ওইবা ৱাখনগীনি। সরকারগী মতেং অমত্তা নত্তে- মীনা ইনশিন্দুনা তৌবা অমত্তা নত্তে। নুংশিবীবশিংনা অঙম্বা মতেং পাংবীরকপদি লৌজগনি। শ্লোগানশিং অদুদি:

(১) **No to drugs, Yes to life.**

(২) হিংমিন্নসি ঐখোয়-( টি, ভি, ঈশৈ )

(৩) **Better late than never.**

(৪) **Know aids for no aids.**

য়েংশিন্ননবা জর্জ নাইদে। মীশক অদুগী মমিং মথা খবর অমদা হেক্তা ফোঙদোকচরক্কনি। চিঠি পোষ্টতা থাবীরকপা হেক্তা য়াই। ইশানা লাক্তুনা পীবীবা য়াই, ঠিকানাদি শ্রী কুঞ্জো সিংহ পুখ্রম্বম ককচিং খুলেন কি/ও পি,তোম্বীসনা সিংহ আইসেক্,খোঙনাং মরি ফাংবা পি.ও.ককচিং -৭৯৫১০৩ মণিপুর,ইন্দিয়া অসিনি।

ঐ ইশানা হান্না ফংবা চিঠিদু খবরদা হেক ফোঙবগী থা অমগী মতুংদা মিটিন অমা ফমুনবা হোৎনজরগা অৱামন মহৎপদবা মীওইশিং অদুগী মফমদা চিঠি,টেলিফোন,ইন্টর্নেট,ফেক্সকী উপায় অমনা পাউ খঙহনজনবা হোৎনগনি। অপাননা মীশকশিং অদু উননবা হোৎনজগনি। করিগুম্বা মশা খঙহৌদবা, লৈখিদবা,হান্নমা লৈখিদ্রবা য়াওরবদি লমদম অদুগী প্রধান,কমিশনর,এম.এল.এ. নত্তগা এস.ডি.সি./এস.ডি.ও.শিংনা মহুৎ শিন্দুনা লৌবীবা নত্তগা শকখঙচে অমনা অৱামন পৈশা খরদু লৌবীনবা শীনবীরকপা য়াগনি। ঙগ্রিবমথৈ মথক্তা পীজরিবা মরিমক পূম্না পাঙথোকপা ঙম্মনবা শীঙ্গগনি। করিগুম্বা অহানবা চিঠি লাকপদগী নুমিৎ ৩০ নি চূপ্পা অনীগুবা লাক্রবদি অমথক্তুদা পাঙথোকচগনি। প্রোগ্রামদি অখঙ অহৈশিংনা লৌথৎলিবা স্লোগান মরী অসিগী মরমদা মীয়ামদা ব্রারী শাবীগনি অসিখক্তনি।

অইবগী ব্রাখন্দা মসি তৌনীংবগী অপাম্বসি মতম কুইরে, থৌনা ব্রাত্তুনা লাকপনি। ইহান হান্ন য়ুদ থক্তুনা লৈগনবা ড্রাইভর,হেন্দিমেনশিংগী গাড়ীদা কাখৎপদা " No to drugs,Yes to life "হায়না থাবা উরুবা নুমিত্তুদা থনখিবনি। থৌনাদু আমেরিকাদা লাক্লগা মখোয়গী লূ নানবা গাড়ী থৌবগী মওংসি উরুবদগী,মখোয়গী সমাজগী নীংথিবা মচৎসি উরুবদগী লাকখিবনি। তাং ২৬/৯/০৪ ইংদা নুংথিল পূং ৩.১৫ তাবদগী লোং আইলেণ্ড য়েংবা চৎলি। পূং ৫.১৫ ফাওবা পূং অনী চঙনা থৌজিল্লি। চিক্লা ঈংনা লৈহৌই। থাউ হাল্লকই। চীংমান,উমং,শজি লৈফম,নীংথিনা অৱনবা য়ুমশিংগী পোখাফম লোং আইলেণ্ডগী বিচতু মমিং চৎলি। মদুদা ব্রাথল অসি মপূং ফারকই। নীংথিজে লোং আইলেণ্ড।

লোং আইলেণ্ডদগী নিউ জর্সিরোমদা লাক্লে। অদুদগী নিউ জর্সি ষ্টেট লাল্লগা পেনসলভানিয়া ষ্টেট লাল্লে,অদুদগী ওহাইও ষ্টেটতগী মিচিগান ষ্টেটতা লাক্লদবদু থৈদোক্তুনা ইন্দিয়ানারোমদা পূং অমগা মিনিট ১৫ রোম চৎলি। থীজিন্দুনা মফমদুগী লম্বী থোঙগী মওং য়েংলুই। সহরগী অচিকপা মফমদা লম্বীদা লৈচিন থাবা মফম অনী অহুম খেংনরে। ষ্টেট অমমম লানবদা পূং ২/৩/৪/ চঙই। অদুনা অহিংগী পূং ১ রোম তারে। মথং মথং লাকপনা ইন্দিয়ানাদগী হন্দোরক্লগা তোলেদো তানা থৌরে। তোলেদোদগী মিচিগান ষ্টেট চঙশিন্দুনা লাকপদা অহিংগী (নোংঙাল্লমদাই) পূং ৫.৩০ দা য়ুমদা থুংই। পূম্না থৌরিবা মতম্না পূং ১৪.১৫ নি;অদুগা মাইল ১১০০ রোম্নি। ঐখোয়না লোং আইলেণ্ডদা ঙাইহাক পল্লি। তোলেদোদা ললিতনা কোফি অমা থকই। মরক্তা ওহাইওদা পুলিসনা স্পিদ হেল্লি হায়দুনা অহিংগী পূং ২.৩০ রোম তারকপা মতমদা ফাদুনা মিনিট ১০ মুক পল্লি। টিকেট পীরক্তে। ব্রার্নিং পীরম্মী। য়ুম থুনা য়ৌনীংদুনা ৬৫ থৌগদবদু ৭২ থৌরুবগীনি। ওহাইওগীদি পূংদা মাইল ৬৫ নি। ব্রার্নিং

অহত্রক চাবা মীদি গাড়ীগী লাইসেন্সকী বেরা য়াম্না লৈ । কয়াদা চেকশিনখ্রবা !

মথক্কী হ্রারীসি পন্নুবগী মরমদি পূং ১৪.১৫,মাইল ১১০০ য়োম হেন্না থৌরকপদা ষন, হই, ঙানু, য়েন,হামেং,য়াউ,শগোল,শমু,রিক্সা,তেক্সি, মী,সাইকল, পুলিস,শিফাই,ষনগাড়ী,ব্রাকিং চৎপা মী,ব্রারেমগুবা মী,থৌনাইদবা মী,গাড়ী থাম্বা, চেক তৌবা,করিনো অমত্তসু থেংনরক্তে । মখোয়গী হায়ববু স্পিদ তপ্না থৌবা ফায়,স্পিদ হেন্না থৌবা ফায়,মরক্তা লেপ্পা য়াদে । লেপকে হায়রবদি ইকজিৎ অমদা থোক্তুনা রেষ্ট এরিয়া,ফুদ এরিয়া,গ্যাস এরিয়া,অসিনচিংবদা চঙদুনা পোথাজরুগদবনি । লম্বীদি গাড়ী থৌননবনি । চুরুট থকপা,য়ু থকপা, মীনা হনুবা,হনুবী করেম্নবা অমত্তা উরক্তে । মী উদনবু ময়ামসি করম্না উগনি । ব্রারেমগী মী লৈতে । অথেংবা অহিংদা চীংমান লমহাং তুহাং সহরগী খুঙ্গংগী চিদায়দা লাকই কনাসু কিদে । নীংশিংউদে । পাবীরিবশিংনা মীরমস্ নত্তবা ইরৈকাইদা করিগী নুমিৎ তাবগা থোঙ লোল্লিবা ? ইপা ইচা থাজনদ্রিবা করিগীনো? মীতোপ্না তাথিনি ইকাইনিঙাইনি !

মতাংসিদা স্বামী শিবানন্দগী ব্রা অমসু নীংশিংলকই,“ **Fear, worry, and anger deplete all energy of man and bring exhaustion and early death” Sure ways of Success, page149.** ঐখোয় ইতোমত্তা তত্তনা চোকথদুনা ঙাম্না শিগদৌবিবনি । কনানা ডাইবেটিস,কনানা পেরালাইসিস, কনানা রুমেটিজম,কনানা হাই নত্ত্রগা লো ব্লদ প্রেসর থঙদে মমিং অমা । ব্রাম্থ ব্রাম্থ শিবা নুপামচা নুপীমচা খুঙ্গংদা মশীং থীবা ঙমদে । হৌথিবা চহিদা ককচিংদা নহা মপান ফগৎলকপা কুনমুক তৃষ্ণদগী,কোইরুবা হঞ্জিল্লকপদগী, থবকশুবা হল্লকপদগী পঙশিদা শি । ডাক্তর না খঙবা ঙমদে । অইবদি খঙজে নাপন্নি হায়বীরক্লনু মরমদি মথক্তা স্বামী বিবেকানন্দনা,স্বামী শিবানন্দনা কবি অকপীরকথ্রবগে ? থাজবীরমগনি ।

স্বামী শিবানন্দনা মথা তানা তাকপী ‘‘নঙনা অকিবা ফনীংলবদি থৌনা ফৌ, নেগেটিব ফিলিং লৌথোকউ । নেগেটিব ফিলিং লৌথোকপা হায়বদি নুংশিদবদু নুংশিথোকপা,শাউনীংবদু পেম্থোকপা , পামুবদু পীথোকপা, তনবদু মরম ওকথোকপা, কিব্বদু কিবীদবা ।’’ অসিবু কয়া লৌগদগে । ঐখোয় মশেল অমগা অমগা চান্নবা লৈমিন্নরগা লোইরে । ককচিংদগী নুমিদাংব্রাইরমদা ইম্ফাল হায়গৎলগা পূং ৬ কী সিনেমা য়েংলগা পূং ৯ গী গাড়ীদা হন্নরক্রম্মী । মদু ফত্রবরনে ? ককচিংদা ইম্ফালদগী হল্লকপদা পূং ৯ দা থুংলবা তত্তনা য়াওরম্মী । নুমিদাং পূং ৮.৩০ ফাওবা য়েঙ্গাং নাপী ফংনরম্মী । মদুবু ফত্তব্রনে ? অহিংদা গাড়ী তোংদুনা ককচিং মচা ইম্ফালদা উকিল,বি.এ.তম্বা চৎনরম্মী । পূং ১০ দা ক্লাস লোইরগা হন্নরক্রম্মী । মদুবু অপঙবগী থবক্রনে? অদুগসূ পম্মীংই, পরীক্ষাগী চে মখৈদু য়ুমদা মাঙ্গোন্দা ফম্লগা য়েংলম্মী ; লোইরগা ইহাং হাংদোক্তুনা

বসতা তোংলগা জোনোষ্টোন স্কুলদা, ইবোতোনসনা স্কুলদা থিনবা চৎলি ; অমুক মপুন অমা পুথরকই। মদুবু য়াম্মা কায়ত্ৰনে ? মতমদুদা ঐখোয়না ইরায় লায়না কিন্দনা পরীক্ষাগী চে পুদুনা চৎলি। ঐখোয়বু অপণ্ডবনি হায়সিরনে ? ঐখোয়না বফেলোদা চৎলুবদুদা মৌগী সনানে, মমাগী ময়েক নাইবী ফনেক, ইন্নফি কাউরম্মী। পোষ্টতা ডোলার ৬.৫০ মুক নপ্লগা থারকই। য়ুমদা ঐখোয় অমত্তা উহৌদনা মাঙ্গোন্দা য়ুম ময়ামসু থঙননা তারিবনি, শোরোক্তুদা য়ুমগী মাঙ্গোনসু ওইরিবনি, শোরোক্তুসু পাকই, চেনা য়োম্বা সনা য়াওবা উপ্পুদু অদুম ঐখোয় খঙদনা লৈরম্মী। ঐদি ইমুংগী মীনা থত্রম্বা ওইরমাল্লে খন্দুনা খোঙনা খজিক্তং ইনশিল্লগা ফক্লাং নপশিন্দুনা থত্রম্মী। মমানা কোম্না উরুবদা পোষ্টমেন ঙসি লাক্কনি, পোৎ থম্রমগনি অরৈবা মীনা সহি তৌবীয়ু হায়রম্মী হায় অদুগা সহিসু তৌহৌদ্রে পোত্তি সিদা লৈরম্রে হায়। অসিনি মীগী সিদা চৎনরিব। থাজনবা, থাজনবা, থাজনবা। ঐখোয়গীদি থাজনদদুনা ঐনা মথক্তা অহমলক হঞ্জরিসিনি। হয়েং থাজনরকপা মতমদুদা অমুক্তগা হঞ্জিন্দনা ইজগে।

মতম্না অসুম চৎখি। ঐগী ব্রাথলদি আমেরিকাগী অতৈ হীরম কয়াসু য়েংনীংবনি, উনীংবনি। অহানবা তোপিক, অনীশুবা তোপিক অসুম লাকপদা হীরম অচৌ অচৌবা অনীংবা য়াম্না লৈরি। অদুবু থা অমত্তংগী লাকপদগী এরোপ্লেন টিকেট ফংদদুনা ওক্টোবর ২০ ফাওবা চোঙ্খিবনি। মসিদগী হীরম থরদি অমুক পায়থৎপা ঙম্রে। নোংমগী পূং ১৬ কী চাংদা য়েংবা, নোট তৌবা, পাবা, ফিলম য়েংবা, ইথোকপা হোৎনবদা তূম্বদি পূং ৩/৩.৩০ গী চাংখক্তনি। ঋষিকেশকী মিটিং কৌরকপা নংননবা মতম চানা টিকেক্তি ফংলে। মসিগীদি নুংঙাইরে আমেরিকাদি ষ্টেট ৫০ গী মনুংদা নি পান্দগী হেন্না উররোই থনবদা নুংঙাইতে।

হৌজিক কাউথোকপীগনু (১) **No to Drugs. Yes to Life,** (২) হিংমিন্নসি ঐখোয়, (৩) **Better late then never.** (৪) **Know AIDS for no AIDS.** অব্রামনগী থনবীগনু। ইরৈবাক মচাশিংগী কোক চুমশিন্নবদা মতেং খিক্তং পাংবা য়াবা লম্বীরা হায়বদু অহানবা চাংয়েং মচা অমা য়েংজবনি। অফ-ফন্তদি থবক্তগী মতুংদা পূব্লিংদা ফাওরকপা ভাব, ব্রাথল অদুনা লেপচরক্কনি।

● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ● ●

## - অকিবদগী কোকথোক্লীংবা -

নুমিৎ অদু ফম্না ফম্না মঙলান্দা তাউরম্মী। মথক্তসু পনগ্রে; হন্না হন্না নীংশিংখ্রে; ঐখোয়গী অঙাংশিং কয়া কিনা য়োক্লিবা ! নুমিৎ চূম্না মিহুন শুদনা হিংলিবা! অকিবনবু করি তৌজরুগনি ! অকিবদগী ওইরকপা অফবা করি অমুক লৈরিবগে? ইতোম্মতা তুমিন অসুম থনবদগী অকিবগী অকিবা ঙাক্ত ঙাইরবা ইরৈবাক ইরমদম

করম্না কনগনি খঙ্গরকই। স্বামী বিবেকানন্দগী ৱাদু খঙনীং নীংশিংলকই, **“Be not afraid of anything”** - করিগুম্বা অমত্তা কিরুগনুনে। **“The moment you fear you are gone”**- নঙনা কিরবা মিৎকুপ অদুদা নঙ পূংমাঙ মাঙজরবনি। **“It is fear that is the cause of miseries in this world”** - সংসার অসিদা অৱা-অনা পূম্নমক্কী হৌরকফমদি অকিবনি। ৱাফম অসি কোক্তা হেক লাকপদা হায়ফম খঙদনা অৱাবা ওই। ইমান্নবা ময়াম অমা কিদুনা লৈরি; ইথকথোংবা অহল লমন লাই গুরু ময়াম অমা কিনা কিনা লেল্লি; ইচা ইশু ময়াম অমা কিবদগী থোপ্তা কোক্তা, য়ৈশিন্দুনা অঙাওবগী পান্দম ওইরি - নিশাদা, নোংমৈদা, ওক্তশিংদা ঙাওশিন্নরি - সাইকি য়াট্রিষ্টকী মথৌ হেনগৎলক্লি। ঐথোয় অমনা অমবু কিনরি।

অহম্না অঙাং কিরে। অঙাংনা অহল কিরে। মৈতৈনা পাঙন কিরে, পাঙননা মৈতৈ কিরে, নাগানা কুকি কিরে, কুকিনা নাগা কিরে - ময়াংনা মণিপুরী কিরে - মণিপুরীনা ময়াং কিরে - ( ময়াং হায়বসিবু কনানো ঐদি খঙজদে )। ঐথোয়না কিদবা কনা লৈরিবগে ? ঐথোই মশেল কিনরবনিনা খুঙ্গং অমদগী খুঙ্গং অমা লান্না চৎপা কনাসু ঙমনদ্রে। ফুবীরক্কনি, ইপোৎ ইচৈ মুনবীরক্কনি, ঈজ্জৎ মাঙহনবীরক্কনি, হাত্তোকপীরক্কনি কিনরে। মসিনি ঐথোয়না ঙসি হিংলিবা ! অসুম্না হিংবসিনা লল্লোনবা ঙমদ্রে; লাইরিক তম্বা ঙমদ্রে; লৌউ শিংউবা ঙমদ্রে; ইংথোল কোইনি - চঙলক্নুনা লোইনা নৈথায়বীরগনি; ঙা য়োক্নুনা য়েংগনি - ইফোং ফোংনা লোইনা ফাদুনা চাথোকপীরগনি; চেক শাদুনা য়েঙ্গনি, চেক ওইনা - পৈশা ওইনা পুবীথিনি। করিনো ঐথোয়না কিরোইদবগী মরম। য়ুমদগী অঙাং, পাখং লৈশাবী পুথিবা মরম খঙদনা কেশ লৈক্ত া শিনা ফঙ্গনি; করিনো ঐথোয়না কিরোইদবা ! চাউখৎলবা পৃথিবীসিদা কেশ তৌদনা মী হাৎপা লৈবাকসিবু কদায় কদায়দা লৈবগে ? ইশ ইকাইখ্রেদা ! ঐথোয় অদুম্না - ঙা মচা অমা হাইহক্নুনা হাৎপদা বেরা থাংদবগুম, মমল য়াওদনা হিংলবনিকো ! ঐগী ৱাসি ঈ শাগৎনবা নাকোংদা হিগায়ৱা শুবা নত্তে; ঈ ঈংথনবা ঐনা ঐগী মরূপ নুংশিবা, ইচা ইশু নুংশিবা, ইপা ইমা নুংশিববু অকিবগী ঈপাক্ত লংথরিবসিদগী করম্না কনসিগে? অসিনি। পাবীরিবশিংদা হন্না হন্না হায়জখ্রে, লাইরিক নত্তে পাবীরিবদু, লমকোই ৱারী নত্তে পাবীরিবদু, থমোয়গী মপাউনি, নঙোন্দা নুংশিনা ঐগী অৱাবসি শরূক য়ামিন্নসি তানীংদ্রবসু তাবীয়ু হায়জরিবনি - পাবা তোকপীগনু - লোইশিনবীয়ু; তুমিন্না থনবীয়ু - রারেপ তাবীয়ু। কনাসু করিসু হায়রক্রোই ! ঐথোয়গী লৈকোল ঐথোয়না শেম্বতাবনি; ঐথোয়গী চীং ঐথোয়না উমং ওলহনবা তাবনি; ঐথোয়গী লাইরিক শঙ ঐথোয়না ফহনবা, মন্দির ওলহনবা তাবনি। ঐথক্তং নাবীরক্তবা হায়দুনা ইমুংদা লোৎপা মীদুনা হান্না কোলেরা তৌদুনা শি হায়বা মমাঙৈগী ৱারীদু তাদুনা ঐথোয় লোইনা শিবদা - জাতি

অসি মুৎথিবা য়াবগী তাঞ্জা লৈরে। হৌগৎলসি ইরৈবাক মচাশা !

অসুম্না মিকপ থোক্ক বা হৌদোকপা মতমদা ব্রাহং কয়া হংলক্কনি ? করম্না হৌগৎকদবা? অসুম্না হংদুনা লৈরগদি হৌগৎলরোই। কৈদৌঙৈ হৌগৎকদবা ? অসুম্না হংদুনা লৈরগদি হৌগৎলরোই। কনানা মাঙ থাদুনা হৌগৎকদৌরিবা ? অসুম্না হায়রগদি হৌগৎলরোই। হৌদোকলিবা মীসি লম্রাই মচানি, খুঙং মচানি, মানা হৌদোকপবু হৌগৎকদ্রনে ? অসিসু হৌগৎপা নাইররোই ? চীংমীনা হৌদোকপবু হৌগৎকদ্রা ? মসিনদি হৌগৎপা নাইররোই । লাইরিকসু হৈতবা, পৈশাসু পায়দবা, মন্ত্রিসু ওইদবা মাগুম্বনা হৌদোক্রুগাবু হৌগৎকদ্রনে ? অদুনদি হৌগৎলরোই। অসিতা নত্তনা ব্রাহং কয়া হংদুনা ইং ২০০৪ চঙশিনখ্রে। আর্য্যাশিংগী যুগতু অতিয়াদা পায়রম্লবনি। গৃক রোমগী সভ্যতাদু নুঙজাওগী অম্ফিথিয়েটর শারম্বনি, য়োংকী লানবনগী লান তৌরম্লবনি। ইজিপ্তশিংদু ,পিরামিদকী, অঙকপা টন টনগী নুঙ নোংথক্তা, লৈনুংদা পুশিন্দুনা শুরম্লবনি। চীনাগী সভ্যতাদু কুইরবনি লাইরিক ছাপা তৌরম্বা । মোঙোলশিংদো অঙকপনি মমিৎশিংদো উানগ্রবা । ঐখোয় কৈদৌসিগে - অরিবা,অনৌবা, ময়ায়,মীতেপ- মীরান, পূম্নমক্কী মতৌ তমদুনা অনৌবা আমেরিকা, ফ্রান্স, জর্মন, জপান, কোরিয়গী অতৈ অতৈগী নহারোলশুম মাঙদা চৎসি; থবক শুসি, সহর শেমজিনসি, স্কুল শেমসি, কারখানা লিংথৎসি, এম,এল,এ মন্ত্রিসি প্রজাগী মনাইনি খনবা তমসি; ওঝাসি অথোইবা লমজিংবনি থঙনা থবক তৌসি। কৈদৌবগে। নিশাদা, হরাও কুম্মেদা, ইশাগী ওইজনামদা হিংবগী হৈনবী থাদোক্কুনা তুংগী ইচা ইশুগী থরদং খন্দুনা হিংনবা হোৎনসি। অইবনা মসিগীদমক ঙমজবা শক্লক য়াজদুনা মতম, পাঙ্গল, সেবা থাংদোকপা ঙম্নবা খৌরাঙ তৌদুনা লৈজগনি। মী খূদিংমক অমনা অমগী মতেং পাংনসি - পূম্না চৎমিম্নসি। লম্রাই, ইম্ফাল, চীং-তম, শাগৈ-নাতৈ লোইনা তোকথোকসি। অসুম্না তৌবা য়ানদুনা পৃথিবী অপূম্বা চাওখৎনখ্রবনি। ঐখোয়গী য়ারোইদবগী মরম করিনো ? মীনা য়াথিবদু ঐখোয়গীসু য়াফম থোকই।

অসুম্না পায়খৎকদবা থবক্তি য়ামই চাউই। ঙসিগী মীওইবগী পুনশিদি ঙমখৈ য়ৌনা চয়েৎনৈ ( কমপ্লেক্স ) ওই। অদুনা ঐখোয়গী স্কুলগী নম্বর ৬০০ থাবা, বিষয় ৭/৮ গী চাংয়েং তৌরগা তোকপা অসিনা য়াররোই। মী অমগী মফমদা মশাগী তাক্সিনবগী শক্তি পীবা বিষয়, মশা অমসুং সমাজ শেমগৎনবগী বিষয়, মশা অমসুং সমাজবু নুংঙাইনা পোথাক্তনবগী বিষয় - হীরম অহুম অসিগী শিক্ষা দরকার ওইরে। মরম অসিনা ঙসিগী সমাজ অসিদা ঐখোয়গী মাঙ থানা চৎপা ডিপার্টমেন্ট কয়াদগী পোথারবা, মকোক্তা জাম্না থম্না থম্না হাপচিনখ্রবা মীগী মপৈ মপৈ লৈরি। ময়াম অসি চোংথোক্কুনা লেপখৎপদা সমাজসি চহি ১০/২০ গী মতুংদা লাইরৈবাক অমা ওইহনবা য়াগনি।

মথক্তা পল্লরিবা হীরম মরি অসিগী যুম্ফম মথক্তা, পামজরিবা লমজিং লমতক অসি হৌগৎলক্লিবা নহারোলশিংদা তাকপীনবা অমুক্তং চংয়েং তৌবা পামজে। মসিগীদমক অহানবদা মী অমত্তং, অদুদগী অনীংদং, অদুদগী মথং মথং কোক চুংশিন্নবা তাঞ্জা ফংব্রা য়েংজনীংই। অদুনা, অদোম্মা লাইরিক অসি পাবীরগা মথক্কী শ্লোগান মরি অসি পুথোকপীরকপা মীওইশিং তাকপীরকউ। শ্লোগান অমগী স্পিস শেম্বীয়ু, মীয়ামদা থম্বীয়ু নক্লগা মীশক তাকপীরকপা অদুতংগী থৌদাংদুমক্তং ওইরবসু লৌবীয়ু।

• • • • • • • • • • • • • • •

## - অহানবা তৌবা য়াবা -

অহানবদা :- কক্‌চিং মহাদেব চীং হায়বা অদুদা একর ১০০ দগী ১০০০ ফাওবগী লম লৈ। রুরেল হোস্পিতালগী একর ৭৮/৭৯ কনশিল্লি। ইলেক্ট্রিসিটিগী একর ১০০ কনশিল্লি। অরেম্বা কয়াসু লৈহৌবি মরকসিদা মণিপুরদা ইহান হানবা ওইনা “ইকো পার্ক মণিপুর” হায়বা অমা লাইরিক লাইশু হৈবা নহারোলশিংনা হৌগৎখ্রে। একর ১০০ রোমগী লমদা হৈ লৈ, উ ব্রা থাজিন্দুনা শেমগৎপা হৌখ্রে। হায়রিবা চীং অসিদা হৌরিবা পাম্বীশিং অসি অমত্তা মুৎহল্লনীংদে। অইবসু চীং অসিদা তাং ১২/৪/২০০১ ইংদগী মিৎকুপ অমা হেন্দোক্তনা উব্রা নাপীশিং অসিগী মওং য়েংদুনা লৈরক্লি। হৌজিকসু মদুদা লৈরি। মসিদা খঙলক্লিবদি মখল মখা য়ান্নবা হিদাক্কী পাম্বী য়াম্না হৌই। ঐখোয়ময়াম পূন্না লৈবনি। অনা অয়েক কয়াগী হিদাক চীংসিদগী হেক্তুনা, মরু মরা তান্দুনা, মনা থক্তুনা, মহৈ হেক্তুনা শেম্মী। মদু ঐখোয়না খঙবা থাক্কীনি। ঐখোয়না খঙদবা মশাম অমসু লৈরমগনি। অরায়বা খুদম হায়জরগদি চীংসিদা তেরা পাইবী, খোংজাই নাপী, হৈনৌ মান, মনম নুংশিবা চরোৎ শীংনাং মখল মখা হৌই। শরু লায়েংবগী খুৎচক্কী মরাঙ কায়না হৌই। অহাওবা উয়েন মখল ফন য়াম্না হৌই। অঙৌবা, ঙাঙশং ঙাঙনা ফজবা। ইঙাল্লেশু ফজনা হৌই। নোংমাংখানম অঙকপা ফংনা হৌই। চীংহৈয়েন মরাঙ কায়না হৌই। লোইনা থাবা হৈতে। অহৈবনা য়েংবীরগা থাবীরো। শমপকপী অমা হৌরি। ঈশিংগী, ব্রদ প্রেসরগী হিদাকনি হায় হাৎপা হোৎনবদা অব্রাবনি। আশ্রমদা লিখায় লাইতং হেক্তুনা নুমিৎ খুদিং কাঙৌ চাই। ঙক্লিবদি আমেরিকাগী ষ্টেট ৭ কী চীং পূম্বা উজরে। মরক্তা লোইনা গাড়ী থৌরুরে। নাপী মখল মখা হৌদে। উ মখল মখা হৌদে। উ অমখক্তংদি মরাঙ কায়না হৌই। ব্রাংই। থোংলি। নাসিকুম ব্রাংবা চাউবসু নত্তে। অমদা চৎলু মদু, অমদা চৎলু মদু। অনীশুবদা উ মখল অমগা হৌই। উ মকসু উজাও নত্তে। উনাগী ফজবগী মমিং চৎপতনি। ফজবা হায়বদি ইশং শংবদু নাকেন থাদা অয়ৌবীদা ঙাঙনা ঙাঙনা মতম খরা খরা কেন্দনা পাল্লি। কেনবা মতমদা ৫/৭ নিদা

পুল্লপ কেল্লি। আমেরিকানশিংনা উনাদু পূল্লা ঙাঙবদু য়েংননবা থাগ্লা চীংদা কোয়বা মীপুম ত্তিংনা চৎনৈ। অইবগী অঙাংশিংগী য়ুমদুগী মনীংদা ফুট ১৫ মুক্তা লাগ্লা মচা অমা হৌহৌই। তাং ১৮/১০/২০০৪ ইংদা ফোটো নল্লকই।

মখা তাজনীংলিবদি ঐখোয়গী চীংদু মরল লৈবী চীংনি। প্রোফেসর রাজমোহোননা তত্তনা হায়-চীংগী পাম্বীশিংসি মখল য়াম্না মনম নুংশিবা পোৎ শেমদুনা কান্নহনবা, শেল তানবা য়াগনি। অখঙ অহে মাইবশিংনা চীংসিদা হিদাক হৌরি হায়বী। মসি থিজিল্লবদি য়াম্না কান্নগনি। মসিনি। অদুনদি ঐখোয় চীংগী পাম্বীশিং অসি কনবা তাবনি। মদুগীদমক ইকো পার্কতা অচৌবা অফবা থবক পায়খৎপা হৌখ্রে। মসি সরকারনা মতেং পাংবীদুনা কমিতিসি রেজিষ্টর তৌরগা রিসার্চ স্কোলারশিং থাদদুনা মণিপুরগী চীং পূম্বগী নৈনফম ওইবদা মতিক চাই। ফোরেষ্ট মন্ত্রি অমদি ডিপার্টমেন্টনা অথুবা মতমগী মনুংদা পূক্লীং থৌগৎপীগদবনি। লোযননা প্রজানসু নহা অহল থাক্তনা পৈশা খায়নদুনা য়ুমথোঙ অমত্ত চিংথদনা লূপা ঙস্বদগী মিলিয়ন ঙস্না ফাওবা থিদুনা শেমগৎকদবনি। পৃথিবীগী মীশিংনা মতেং পাংলক্কনি। লুরিবদি ঐখোয়গীদি ঐখোয় ইশানা ঐগী ইথৌ নত্তে খনবা মী য়াম্না লৈবদুনি কায়রিবদি। মদু কোক্রুবা ককচিংগী য়ুম অমা ফাওবা চিথদনা পৈশা থাংদুনা ঐগী ইকো পার্কনি হায়না খলহন্ননবা থৌশিল থুনা পায়খৎকদবনি।

মথংদা ইকো পার্ককী লম্বী অসিগী মখাদা হৌজিক ওফিস ওইরিবা বিলদিং অনী অসিগী অৱাং লোমদা রুরেল হোস্পিতাল হেক থেংবা ফাওবা অসিদা ম্যুজিয়ম ৫/১০ থংননা থমগদবনি। মদুগী কমিটি-বোর্দ অমমম শেমগদবনি। ককচিং ম্যুজিয়ম, মণিপুর ম্যুজিয়ম, ইন্দিয়া ম্যুজিয়ম, পৃথিবী ম্যুজিয়ম, শক্তি শঙাই ম্যুজিয়ম, শিরোই লীলী ম্যুজিয়ম শেমগৎকদবনি। মসিগা মরী লৈন্না হোটেল, পার্ক, মফম চানা চানা শেমগৎকদবনি। চীংদোন্দগী চীংখা ফাওবা ইঙম ঙম্না চেক্কী বিলামাটিগী সিড়ী অমা শৎত্তিংনা শেল্লগা কাখৎহনগদবনি, কুমথহনগদবনি। অদুগা সিড়ী ৫০০/১০০০ গী চীংদোল অরোইবদা পার্ক অমা থমদুনা মীয়াম্না সহর য়েংহনগদবনি। চহিগী সিডী লমজেল তান্নহন্দুনা নহারোল অহল্লোলগী - শক্তি শাগৎকদবনি। পৃথিবীগী লমজেল য়াওবা ঙম্ননবা ট্রেনিং পীগদবনি। ফজবা উৱা হৈ লৈ থাজিনগদবনি। থবকশিং অসিদা মতেং ওইননবা ইহান হল্লা ৱাটর সপ্লাই ফহনগদবনি। অদুগী মথক্তা অচৌবা পুখ্রি অমা মখাগী লৌবুক্তুদা তৌগদবনি। হি তান্নবা ফাওবা য়াহন্নবা প্রজা ময়াম চঙদুনা খল্লগদবনি। ইকো পার্ক ককচিং, অঙকপা ফংনা লম্বী থোং নুংঙাইবা মফমনি। ইম্ফাল, শুগনু, সেকমাইজিন, লাঙমৈদোং ফাওবা লম্বীশিংনা কিলোমিটর অমগী অনীগী মনুংদা লোইনা চঙবা ফংবা মফম্নি। মায়নৈ মঙাদগী চঙলকপা য়াই। আশ্রম রোদ, রুরেল হোস্পিতাল রোদ, লাঙমৈদোং রোদ, নেচর ক্যোর রোদ - ফুনাল রোদশিংদগী লোইনা চঙবা য়াই।

অসুক ফজবা মফমসিবু কদায়দা লৈরমগনি।

ইকো পার্ককী ওফিসতগী - রুরেল হোস্পিতাল কিলোমিটর মথায়রোমনি, আশ্রম কিলোমিটর অমরোমনি। মুনিসিপালিটি কিলোমিটর অমা মথায়, পুলিশ, ফায়ার ব্রিগেদ কিলোমিটর অমা মথায়, এস ডি ও কিমি অমা মথায়নি। ডাগ বাংলা অমা মথায়, বেঙ্ক বজার কিমি অনী অসিথক্তগী মনুংদনি। খূৎশেমগী সহর মনুংদনি, মহৌশাগী চিক্রবা চীংজাওগী ময়ায়দনি। শেমদনা ফজদুনা লৈরে; থাবীদনা মরলনা পীক থম্না হৌজরে। অইবনা ইহান হানবা থবক অমা হায়বদু মসিনা ওইহঞ্জনীংই। অহানবমক্তদা ঈশিংগা লোয়ননা পিপলস ম্যুজিয়ম থাংজিল্লক পা য়াই । ম্যুজিয়মগী ওফিস,চৌকিদার,ক্যুরেতর লৈফম,মীয়াম তিনফম,পোৎ চৈ থেনফম পূম্নমক মরাঙ কায়না ঐখোয় প্রজানা শাগদবনি । ইরায় লায়গনি । চীংগী সিডী অসিমতং শাবদা চহিদা লুপা লাখ লাখ তানবা ঙমগনি । ম্যুজিয়ম ইরায় লায়না হিংগনি । সরকারনসু মপূংফাবা থৌদাং লৌগদবনি । অসুম্না মণিপুরদা অতৈ পার্ক কয়া সরকার অমসুং প্রজা মান্নদুনা শেমগৎকদবনি । পৈশা তানবা য়াহনগদবনি ।

অনীশুবা অমা হাযজবদি মণিপুরসিগী মনুংদা মথক্তা হায়জখিবা শিক্ষাগী মওং অদু অমত্তং থুনা চাং য়েংবসিনি । অঙাংশিংদা পুনশিগী মথেল পূম্বা তাকপীনীংবসিনি। মদু ময়াম পূনিশিন্দুনা হোৎনবদা য়াম্না লায়বা থবক্নি। শম্না হায়রবদা আশ্রমদা অঙাং বুদ্ধি ফঙনবা, নাদ য়েক্তনবা শাজেল তাকপীবা য়াগনি। আশ্রমগা হেক থংনবদা, বোদি বিল্ডিংদা তুংগী অঙাং শেম্বা ঙমগনি। ইরোয়বা কাওবুনা অঙাং ইরোয়বা তাক্লনবা ইকো পার্ক ময়াদা পুখ্রি মচা অমা পোথাশঙ ওফিস অমা শেম্বীগনি, দি, এস, এদা শান্নবা মথল থরা হাপকদুনা তম্বীগনি, পম্নমক থাদুনা লোইবা নত্তে। ইরায় লায়না তৌবা য়াগনি। অঙাংশিংদা বেঙ অমা শেমদুনা তম্বীবদা কয়া রাগদগে ? ঐখোয় গার্দিয়ানশিংনা যন্ত্র লৈবীরগা অহৈবা ওঝাদা হায়জদুনা তম্বীহল্লগা লোইরে। কার্দ শাবা, ফাইল, ইন্ভেলপ শাবা তম্বীববু কয়া লুগদগে ? অসিনি অইবনা অনীশুবা থুনা পায়খৎনীংই হায়না থমজনীংবসি।

• • • • • • • • • • • • • ।

## আমেরিকাদা লাক্লগা পূক্লীংদা ফাওরকপা
## - অনৌবা আশা -
## ( আশা অমগা লোয়ননা হল্লকই )

আমেরিকাদা লাকপদা ফাওরিবা ব্লাখলদি শুপ্নগী “ থবক শুগদবনি - নীং তম্মা হিংগদবনি ” অসি খঙুনি। লমশিংপদু নোংমা সেনেটর ওইরক্লনবা, গবর্নর ওইরক্লনবা ওইরম্মী। আমেরিকাগী মীদি লোইনা লাইরিক ইবনি হায়বা য়াই। মরমদি প্রি স্কুলগী ক্লাসতা, ষ্টেগুর্ড ব্রান্দগী অদুম করম্মা লাইরিক ইগনি, করম্মা থবরদা ইগনি হায়বদু তম্মী হায়বদু স্কুলগী নৈনবদা মমাঙদা লোইনা য়াওগ্রে। হৌজিক মফম অসিগী মীশিংনা হৈনরিবা অমদি মাগী মাগী পুনশিদা লমশিংলো, থেলা ইল্লো, ইংখোল কোইরো, পোৎ য়োল্লো মদু ইশিনবসি মখোয়গী হৈনবীনি। লাইরিকসু পোৎ অতৈ য়োনবগুম মমল অসুম অসুম তারকই। ঐনা লাইব্রেরীদগী অনীশুবা ওইনা লাইরিক লৈরুবদু অচৌ অচৌবা লাইরিক নীংথিনা শিকচর য়েকপা চৎনরিবা লাইরিক্তগী য়াম্না হেনগৎনা চাউবা লাইরিক ১৮ পুরকই। $ ৫ খঙ্গা পী। অশেংবা মমলদদি ডোলার ৭০০ লোমগী ওইগনি। করিগীনো হংবদা লাইব্রেরিশিংদা চহি ৫/১০ শুরকপদা অনৌবা লাইরিক নোংমা নোংমগী লাকপদু পৈফম লৈতবগীনি হায়। অরিবশিংনা রেকোর্দিং তৌদুনা থমজিল্লি। অসুম্না লাইরিক ফোংবগী থবকসি অঙকপা ফংনা য়াঙই। অদুগা লাইরিক ফোংবা অরায়বা নত্তে। পব্লিসরশিংগী ডাইরেক্তর বোর্দশিং লৈ। লাইরিক্কী মগুণ, অইবগী মগুণ খিদুনা চেকশিন্না য়েংশিল্লগা অরোইবদা লাইরিক ওল্লক্কনি। প্রোসেস অসি অরায়বা নত্তে।

অসুম্না থবক অমা তৌবদা চেকশিনবা ব্লার্দ ষ্টেগুর ওইহনবা হায়বসি মোরোক, মরোয় য়োনবদসুনি। মথক্তা হায়গ্রে - য়োল্লিবা পোত্তু মী কয়ানা কয়ামুক চেকশিন্না শেন্নরক্লবগে হায়বদু লুবা, নানবা, ফত্তবা মচেৎ মরাঙ য়াওহন্দবা, লৈবাক পূম্বদগী হেন্না চাউনা পাক্লা পুথোরকপা অমদি য়োমশিল্লিবা পেকিং মওং অদুদগী অদুম উরে। লফু থরোদু ফনা কুইনা থন্নগসু পথরকলোই, কুইরগসু মপান থংবা মনাদু শাত্তোরক্লোই - মরমদি প্লাস্তিক ফিটা অমনা মায়গৈ মরীমক্তা কারল লাক্তুনা থম্মী; মশীং য়াম্নবা প্লাস্তিক্লা য়োম্বা লফু থরোশিং অদু প্লাস্তিক কারল চৎলিবা মওংদু মেচিন্না তৌবা ওইরমগদ্রা মওং চপ মান্নে। কিশি অমত্তা নাইদে। খুদম অমত্তংগী ব্রানি। কোম্প্রেৎ, কোলমনি, ইকাইথবী, তাউগ্রা, হাইনীংবা অমা হাইয়ু লোইনা ফংগনি; ঐখোয়না খঙদবা মনা মশিং, উহৈ ব্রাহৈ, মরু চাবা, মহৈ চাবা খঙদ খঙদবা মশীং মপান নাইদনা য়োনগনি।

শুদনদি ফজবা পোৎশিংদু য়োনবা য়াবা নত্তে। অমরোমদা পৃথিবীগী দেশ কয়াদগী ষ্টেশুর লৈবা পোৎ মফমসিদা হোংনা হোংনা লোইনা ফংই। ঐখোয় মফম অসিদা শুরিবা অসুম্না শুরবদা ব্রারেম ঙাঙবগী মতম ফংলোই।

হৌজিক মণিপুরগী নহারোলদা হায়নীংবা অনৌবা আশাদি অসিনি। মফম অসিদা থবক খুদিংনা উপাই ওইদুনা হিংবা গুন্মী। স্কুলগী ক্লাসকী থোইনা চঙদে। ইংলিশ ঙাঙবা হৈরগা লোইরে। মৈতৈ মচা জগোই ওঝা নবদু নুংঙাইনা শুরু ওইনা লৈহৌই। আমেরিকান, এসিয়ান, ইন্দিয়ান ময়াম মাগী ছাত্র ওইদুনা পাক চাউরবা আমেরিকাগী ষ্টেজদা জগোই উত্থুনা নুংঙাইনা লেলহৌই। থাং হাইবা খিলতন্দু থাং তাগী ইষ্টিট্যুট লিংখত্তুনা মীয়াম অমা আমেরিকান, এসিয়ান, ইন্দিয়ান ময়াম থাং তা সৎজাল তম্বীদুনা নুংঙাইনা লৈহৌই। মখোয়দুতা নত্তনা বংলাদেশকী মৈতৈ মণিপুরগী চীং তমগী মী য়াম্না কম্না কম্না শুদুনা লৈহৌই। কনানা পোৎ য়োনবা, কনানা সিফায় তৌহৌই। কনানা ওঝা, কনানা রিসার্চ, কনানা কম্প্যুটর, ডাক্তর, প্রোফেসর, ইঞ্জিন্নিয়র, সেক্যুরিটি পার্সোনেল ওইদুনা থবক তৌহৌই। ঐদি মীচম ওইনা চৎপনিনা ব্রায়। মীশিং অসি টেলিফোন্দা কৌর কৌরগা মাইল কয়া কয়া চত্তুনা উনবনি। ওকপীরম্বা নত্তে; থীরুবনি। ষ্ট্রিট নম্বরগা য়ুম নম্বরগা থিবদা ফনা নুংঙাই। উখুলদগী শৌগাইজম নিঙোল লৌবা নহাদু চর্চ অমদা মিনিষ্টর ( মখোয়গীদা চর্চতা পাদ্রিগী মথং থনবা ওইরমাল্লে মিনিষ্টর হায় ) ওইনা আমেরিকানশিংদা ধর্মগী পাউতাক পীহৌই। মমা হনুবীদু অনীরক উনরকই কয়া নুংশি। মৌদি কক্চিং ব্রাইরীগী শৌগাইজম কাঙবুনি, কয়া ঈংই তম্বী। অঙাংশিংদুনা নুংশিরিবা ! ঐদি করিসু পীরমদে। মৌদুগী য়েংদুনা পীনিংবনি ঐখোয়গী মৌনা মমাগী জর্সি অমা পুবী। অদুগদি মাগী নুপাদুনা ঐবু সুট শেৎলু হায়দুনা ইহন হনবা লক লক লাউবা অমুবা শামতুগী অমদুম পীরকই। লৌনীংবগী পৃক্লীংগী অপাম্বদি লৈতে। অদুবু নুংশিবগী মরীদুদা হরাওনা লৌরগা পুবদি চুমই খন্দুনা পুরকই। মসিদা নুংঙাইরকই। ককচিং ব্রাইরি নিঙোন্দু নুংশি ।

অসুম্না মথল মখাগী থবক তৌরিবা অসি পৃথিবী পূম্বদা শন্দোক্তুনা ঐখোয়গী শক তাকপা তাবনি। মসিগীদমক ঐখোয়গী শিক্ষাদা তৌদবা য়াদবা খোঙথাং অমত্তং অহানবা ওইনা পম্নীংই। ঐখোয়না স্কুল খরদং বিষয় খরা থুনা হাপ্তবা য়াদবা লৈ। মদুদি - স্কুল অমদা ফ্রেন্স লোল, স্কুল অমদা চীনা লোল, স্কুল অমদা জপানিজ লোল, স্কুল অমদা গ্রিক লোল, স্কুল অমদা সংস্কৃত মসিদি তৌদবা য়াদ্রবনি। পৃথিবীগী জ্ঞানশিংগী পুক্তে ওইরিবা লোলশিং অসি হৈতবনা ঐখোয়গী খোঙ য়াম্না খুজিল্লি। মতাং অসিসু অরায়বা থবক্লি। ওঝা অমমম থন্নগা অদুম্মক য়াগনি।

মফমসিদা লাক্লগা য়েংশিন্দুনা ইরমদমগী ইরৈবাক মচাশিংদা করি পুখিগনি

খনবদগী নুমিৎ ৬২ নিগী তাঞ্জা তৌদুনা মতম মাঙহন্দনা য়েংবা, নোট তৌবা, য়ুমদা হন্নক্লগা লৈরকপা লাইব্রেরিক পাবা ঙম্বা হোৎনৈ। মথক্কী ৱাফম অসিগা মরী লৈননা ঐখোয়না পান্ত্রিবা পান্দম অসি করম্না ফজদগে খনবদা ৱাজে। অদুবু, লম্বীদি তংপা য়াদবনি। পুনশিদি, মী অমগীসু, শাগে অমগীসু, জাতি অমগীসু চাওখৎলকপ্রা, হন্থরকপ্রা খঙদে। চত্তবদি য়াদে। মতমনা কনাকুসু ঙাইবীদে। ঐখোয়না হোৎনরে, চাওখৎলগা মতম হৌদ্রগা ঐখোয়গী ইতিহাস ফজবা। মীনা তমজনিঙাই ওইবা। ঐখোয়না মখোং চাদ্রগা ঐখোয়গী ইতিহাসনা মায়দা কালি ইশানা তৈশিঙ্গবা ! অদুনা পৃথ্বী লৈকোয়পুংদা মায় থাঙজুনা হিংসিরা, লু লুকথদুনা হিংসিরা ঐখোয় খঙ্গবা তাই। ঐখোয় মশেল মত্ মায়দে হায়বা য়ারোই। মান্নবা তাবনি। ঐখোয় মশেল তোথায় তানবা য়ারোই। পূনবা তাবনি।

মণিপুরী হায়বসি জাতি মচা মচা ৩০ মুক পুনবনি। অদুগা মপান্দগী লাকপশিংসু নিয়ম অমা ঙাক্না পুনবা তায়। কনানো ? কদাইদগীনো ? করি তৌহনগদৌরিবনো খনবগী মথৌ তায়। অদুসু অরায়বনি। ঐখোয় মীশিং য়ামদবা জাতিনি। ঐখোয় মশেল য়োকখৎনবা তাবনি। অসুম্না লম্বী অসি য়াৎনবগী অখণ্ড-অহে ফমিন্নদুনা মরা লৌই লৌদে লোইনা থন্নগা ঐখোয় পূনশিন্দ্রবদি মতেক মতেক কায়খিদুনা মপূমসি পুংমুৎ মুৎখিবা য়াবগী তাঞ্জা লাক্কনি। ঐখোয় পূনশিনসি, নৈনসি, লনাইগী নাপনগী কোকখুম হাংদোকসি। শোয়দনা সনা লৈবাক মণিপুর ইরায় লায়না শেল্প ভমগনি। অসুম্না থৌরাঙ লাউথোকচবা অমা, কিবদগী কোকথোক্লিংবা, অহানবা তৌবা য়াবা, পূক্লীংদা ফাওরকপা হায়বা মঙশিং অসিনা ঐবু পুথীরম্মী । থবক ওন্থোক্লবা খল্লক্লম্মী। নোং ইবা লোইরম্মী । তুমথরম্মী ।

10/10/2004
11.30 p.m. U.S.A

• • • • • • • • • • • • • • •

## - চিকাগোদা -
### কলচরেল সেন্টর

য়ুমদা হনগদৌরে। থমোইসু, পূক্লীংসু, জ্ঞানসু মপূং ফাবদি নত্রি। অদুবু, তাং ১৯/১০/২০০৪ ইং লৈবাকপোকপা নুমিত্তা চিকাগো তানা ঐখোয় লাকই। ভারতবর্ষগী অধ্যাত্মিক্কী নোংলৈ নুংশিৎনা আমেরিকা অমদি নোংচুপকী ৱাখল সমুদ্রদা অকনবা সাইক্লোন/হরিকান অমা শিংখিবদু চহি ১১০ রোমগী মমাঙদনি। স্বামী বিবেকানন্দ, অদুদগী ১০০ শুবা মপোক ( চিকাগো ধর্ম সভাগী ) নুমিত্তা স্বামী চিদানন্দগী ভাষণ পৃথিবীদা কাউবা ঙম্মদে । অদুগুম্না আমেরিকাগী শীংখানরিবা অনীশুবা সহরনি হায়নরিবা চিকাগোবু তাং ১৯/২০ গী নুমিৎ তংখায় তংখায়গী প্রোগ্রাম শেমদুনা য়েংবা তারি।

চংলমদাইদা য়াংহৌবা য়াফম কয়া অমুক মেনখংনবা ক্লুম থিজদগী ইলেমেন্টরি, মিডল, হায় অমসুং মিচিগান ইউনিভর্সিটিসু য়ৌরুরি। অদুদগী আবোর সিটিসু য়েংনীংই। অসুম্না শীনবা প্রোগ্রাম ময়াম অসি লোইনা মায় পাকই; উননীংবা উনরকই, শাননীংবা য়ারী শারকই। অদুবু চিকাগোগীদি নুমিদাংয়াইরম নুমিৎ তারমদাইদা থুংলবনা করি অমত্তা প্রোগ্রামগী ওইবা থবক্তি ভুমহৌদ্রে।



নুমিৎ কয়ানি নোং খিংলি খিংলি তাবি। প্রোগ্রামদি লেপ্তে। মিচিগান পাৎ মপান্দ নোং মরক্তা অইবা।

( ফোটো:- ডা: ললিত )

মিচিগান ইউনিভর্সিটিগী ছাত্রশিংগী মায়থোং উবদা আশানা পীক থল্লি। অত্তৌবা, অমুবা, পৃথিবীগী মফম কয়াগী নহারোলশিংদু ব্লোক ব্লোক্তগী থোরক্লুনা কনানা লাইব্রেরীদা কনানা শানবুংদা, কনানা লেবরেটরিদা, কনানা হোটেল কান্টিন্দা, কনানা গাইদকী মনাক্তা য়েত্তা ওইদা চত্তুনা থাংলিবা থোঙদো য়াম্না য়াঙই, য়াম্না অর্থ লৈ; পৃথিবীসি পুদুনা চংলে হায়বা মাল্লি। মখল মথাগী ব্লোকশিংদু মথোন ৭/৮/১০ গী ওাক্তনি ; নেম্মী। অদুবু চাউই, চীং লেম্মী, অহন ওইবগী লূম লূম লাউনা লেপ্পী। উপাম্বীশিংদু পীক্রে; মপূং মরৈ ফারে; স্তান্না তাহৎলবা অহন ওইনা উরে। কোয়চৎ চৎলিবা নহারোলশিং অদুগী মরক্তা ভারত মচাসু য়াওরি। মখোয়সু অদুম্মক আশাদি চাউরক্লগনি। মখোয়গী ষ্টেডিয়ম উরুবদা ঙক্তনিঙাই লৈতে। থবক ঙম্বা ষ্টেডিয়ম্নি। খ্বাইদগী হেন্না খোয়দাজরকপদি টুয়েল্ভ ক্লাস লোইবগা চাউরা চাউরবা ইউনিভর্সিটিদা বি,এ, তম্বা কাজরিবা নৌরিবা অঙাংশিংগী মিনোক্নুনি।

ইউ,এস,এদা কলেজ হায়বা থাক অসি মাষ্টর তমদ্রিবৈ ইউনিভর্সিটিদা তম্বা অদুবু খঙনৈ।অদুগুম্বা মতাং অদু এক্সপিরিয়েন্স লৈতবা ওঝা নহা খরনা, অনৌবা মেন তাদ্রিবা শঙ মচা অমা অনী থম্লগা ঐখোয়না কলেজনি হায়জিনবা মওংদু নত্তে; অঙকপা থাক অমনি। মরম অসিনা হয়েংতদা অপেংবা নাগরিক ওইহৌরগদবা নহারোলশিংবু কলেজকী থাক্তা অম্রাংবা শক্লাইরবা ওঝা গুরু অমদি লেবরেটরি কয়াগী জ্ঞান অদু হকথেংননা উহনবসিগী কান্নবা য়াম্না লৈগনি। ওঝাগী, ইনফ্রাষ্ট্রকচরগী, লাইব্রেরীগী, শানবুংগী হীরম অমত্তদা ব্রাংহন্দনা কলেজ শিক্ষা পীবা হায়বসি ইউ,এসকী শিক্ষাদা নীংথিনা উবা ফংই।

ঐখোয়না ইউনিভর্সিটিদগী কলেজ তোঙান্না খায়দোকপসিনা ঐখোয়গী কলেজশিংনা ষ্টেণ্ডার্দ ওইবা ছাত্র পুথোকপা ঙমদ্রিবনি হায়বা ব্রাফমসি মফমদুদা চথরিবা মওং অদু উরুবদগী চপ চানা খল্লকই। ঐখোয়গীদি বি,এগী সিল্লেবস, করিকুলমসু পীকই। হান্না চহি অনীখক্তা ওইরম্মী; হৌজিক চহি অহুমদি ওইরি। মসিমকসু পীকমল্লবদা ব্রার্কিং অব্রারসু তেল্লি। মখোয়গীদি চহি মরিগী কোর্সনি।

ঐখোয় চিকাগো তানা চঙশিল্লকই। ডাউন তাউনসু য়েংনীংই; মরুওইনা চিকাগোদা মফম অনী অহুমখক্তং হান্না য়েংনীংল্লমই। অহানবদা চিকাগো কলচরেল সেন্টর, অনীশুবদা মিল্লিনিয়ম পার্ক, অহুমশুবদা সিয়ারস তব্রার য়েংনীংবনি। য়েংনীংবগীদি লোইনমক্কি। অদুবু নোংমগী মতমসিদা করি তৌগনি। অহানবমক্তদা চিকাগো কলচরেল সেন্টরদা চঙদুনা চিকাগোগী মরী লৈনবা থোহিদোকপা গাইদ বুকশিং ইনফোর্মেসন ব্রোচরশিং লোইনা খোমজিল্লম্মী।

চিকাগো কলচরেল সেন্টরদা চঙবা মতমদা অয়াম্বা থবক তৌরিবা মশা মশাগী আইডেন্টিটি কার্দ অমমম্ থবাক্তা য়ান্দুনা থবক শুরিবশিং অদু অমুবা ঙাক্তনি। অঙৌবসু য়াওই অদুবু অমুবনা য়াম্মী। কা কাশিংদু চত্তুনা য়েংই। আমেরিকাগী থবক্তি থাক অমা অদুম লৈজে। ষ্টেট খুদিংদা চৎলুবদা উৎলিবা থেল্লিবা পূম্বা চপ মান্নে ; থাক অমা অদুম লৈজে। থুনা থুনা য়েংই। মমৈদা চাউ শাংবা অমুবা পাখং অমনা ঙাকপা কা অমদি য়েংবদা ইফিং ফিংবা ঙস্লমদে। কেমেরাদা তাবা কেমেরামেন কয়াগী কম্পিটিসন অমসুং ইকজিভিসনগী ফোটো অপাকপা, অপিকপা, ময়ায় অমদি শীক্তক তৌবা ময়াম থেৎলিবশিং অদুনি। অমুবশিংনা সমাজলক্তা তিল্লকপা অহানবা মতমদা থেংনরকপা অব্রাবা, অকিবা, ইকাইবা, পূক্লীং নুংশিবা নংথিবা, স্কুল অমদি পার্কশিংদা থেংনথিবা থৌদোকশিং অদুনি। চাউরবা কা অদুগী ফক্লাং মরিমক থন্না পরেং অহুম মরি থোক্লা কূংনা থেৎলি। ময়ামদুসু পাক্লবা বোর্ড অদুদা মশীং য়ান্নবা ফোটোশিং থেৎলি। পরেং ৭/৮ পাকনা থেৎলি। থৌদোকশিংগী নুমিৎ, মতম, মফম, ব্রারী লোইনা ইথোক্তুনা

 [redacted]

তোঙান তোঙানবা চে অমমমসু থেন্তুনা থম্লি। লোইনা পাদুনা য়েংই; খর খরসু ইশিন্দুনা পুরকই।

থমোই শোকপা থৌদোকশিংদু উরগা ঐনা থোঙজিন্দা ভুমিন লেপ্লিবা অমুবা পাখঙ অদু লোম্না লোম্না য়েংই। মমায়দু মোমোন নোকপ্রা শুক্তোকপ্র সিনি। মাগী মায়থোং অদুমক্তি নীংঙমদবগী, লমন থুম্নীংবগী, মৈচাক্কী মমি থোইনা তাখিদ্রে। থম্লি; হৌখ্রবা ইতিহাসনা মথোন্দা চৈনা পীদ্রবা মীশকঅমা ওইনা উহল্লি; অদুমক্তনা শুকই, করম্না অসিগুম্বা ফিভম অসি ওংহরকখিবা - আমেরিকাগী শিক্ষা, সমাজগী নীতি, ওয়েক্রম চেকশিন্না খুকউ শেম্না শুকই। থেংলিবা ফোটোশিং অদুদি অমনা মমাম্নবনা উশিংপীদবগী, অমনা ওঝানা থীনা ফুবীবগী, অমনা বস কাখৎহন্দনা ইম্বুবীবগী, অমনা শাম্নবুংদা মাগী হৈশিংবদু উক্তনবা নমথৎপীবগী, অমনা মাগী থমোয়গী অপাম নুংশিব অঙৌবা নুপীমচাশিংগা ফোঙদোকনরুবগী দগু অসিগুম্বা ময়াম অমা উংলি। লোইবা নাইবা নত্তে। মিচিগান্দা ম্যুজিযম - অফ্রিকান আমেরিকান হিষ্ট্রিগী অমুবশিংবু হিংনা হিংনা থৌরী য়ান্দুনা, থাঙনা কক্তুনা, অমমম ওইনা নত্তগা পুম্না হাৎখিবশিং উৎহৌবদু নীংশিংলকই। অদুদগী লিন্দা ব্রাউণ্ড ভর্সেস বোর্ড ওফ এজুকেসনগী ব্রাথোক নীংশিংলকই।

অদুম ওইনমক ফোটো ময়াম অসিনা উংলিবদি অঙৌবশিংনা অমুববু পঙহাৎ হাত্তোকপা অদুগী তুংদা অমুবশিংসু লাইরিক লাইসু তম্বা য়ারগনি হায়বা মতম অদুমক্তদা, আইনগী থোঙদা নত্তবা মীওইবগী মচৎকী অশোনবা মপা অদুদা শাম্নবা থমোই শোকপা, খোয়দৌ শীকপা অরোৎপা অরোনবা শাগী শাজৎ অদুনা শাম্নবা পাঙন থোক্তবা মওং অদুনি।

ফোটো য়েংনা য়েংনা অমুবা নুপা অদুদা অমুক অমুক য়েংই। ললিততি কোযচৎ চৎলি। ফোটো নম্বা য়ারোই হায়বদুদা মখুত্তু থাঙবা হৈতদুনা কোয়চৎ চৎলি। ঐনা খল্লি মীওইববু ইশ্বরনা কবি লীলা উহন্নীংদুনা শক চুদা অসুম্না খেন্নবা থম্বীরম্লিবা ! অদু নত্তগা শক্তুমক্না মসিবু ওইহনখিব্রা নত্তগা সমাজগী থাকনা শক্তা তাইনদুনা ফিভম অসি ওইখিব্রা? অদুগা হৌজিক্না স্কুল, কলেজ, শিনশঙ, ক্লব, শাম্নবুং পুম্নমক্তা অমুবশিংনা মমিৎ মনা ইশিং শিংনা ক্রোক ক্রোক ওক্তুনা সমাজসিগী গার্দিয়ান ওইনা মিৎকুপ নাহুম শিংনা শেম্নরববা ! অসুম্না থন্দুনা তুমিন লাইশিংদু তপ্না তপ্না য়েংই। অদুদগী আমেবিকাগী সমাজনা অমুবশিংবু নুংশিবা, ব্যবহার তৌনা ঈজ্জৎ থমদুনা চপ মান্নবা মিৎয়েংগী মখাদা থমদুনা লৈবাক অসিবু রাজনীতি, আর্থনীতি, সমাজনীতি, কুতনীতি পুম্নমক্তা মেন পরার নীংথিনা শীজিন্নদুনা চীং লেম্না লেপখৎলক্লিবা লেংদ্রবা জাতিগী খোঙফম অসি উরকই। নুংশিনবা, ঈজ্জৎ তৌনবা মান্নবা মিৎয়েংনা য়েংবা শকচু, জাতি ধর্ম খায়দনা মীনা মীবু ব্যবাহার তৌরগা জাতি অসিনা চীং লেম্না লেপলিবসি থমোইনুংদা

তরু তরুনা উরকই। অপূনবা লিংজেম্না মখোয়না লেপখৎলক্লি। আমেরিকাগী হৌজিকমক লৈরিবা সমাজগী য়ুম্ফম অসি - মখোয় ভাব তাথোকখ্রে - ফনশাংনা লিংজেন মান্নবা লেপ্লগনি - জাতিসি চিংননীংঙাই লৈতনা মোমোন নোক্লা হিংখিগনি। হৌজিক আমেরিকানশিংনা ফোটো নম্বদা মোমোন নোক্তবা - ময়া য়াথক য়াখা উদবা অমত্তা লৈত্রে হায়বা য়াই। ঐখোয়গীনা ফোটো নমগদৌরে নয়া উমশিল্লু হায় - মখোয়গীনা ফোটো নমগদৌরে নয়া কাখৎলু হায় -। খেন্নরিবদু অসিনি। অদুবু কলচরেল সেন্টরদা থেৎলিবা ফোটোশিং অদুদি ঐখোয়গীসিব্রাইদা হৌজিক ফোটো নমগদৌরিবা নয়া উমসিল্লু হায়বা অসিগী ফোটো কায়দাশিং অদু ঙাক্তা থেৎহৌই। ইতিহাসনা ম্যুজিয়মদুদা কান্নবা পাউজেল পীহৌই। মরক মরক্তা থেৎলি - " অসিগুম্বা ফিভমশিং অসি অমুক হঙ্গিল্লহল্লগনুসি। "

চিকাগো কলচরেল সেন্টর য়েংলবা তুংদা মিল্লেনিয়ম পার্ক - ম্যুজিয়ম ওফ বোর্ডকাষ্ট কম্যুনিকেসন্স য়েংবা থোরকই। নীংথিনা পাক চাউনা মারাঙ কায়না শেন্নবা পার্ক অসিদা মতমগা চুনরবা মওংদা পৃথিবী মীয়ামগী পুক্নীং চিংশিনবা পোথাক্কম নীংথিনা শেমদুনা থম্লি।পার্ক অসিগী অব্রাংদা রান্দোলফ ষ্ট্রিট, মখাদা মোনরো ষ্ট্রিট, নোংপোক্তা কলম্বস ড্রাইভ, অমসুং নোংচুপ্তা মিচগান এভিনিউ লৈ। মোনরো ষ্ট্রিটকী মখারোমদা ঙমখৈ নাইদনা অদুম গ্রাণ্ড পার্কনা মথং মথং শন্দোক্তুনা লৈখ্রে। মিল্লেনিয়ম পার্ককী মনুংদা থম্লিবা নীংথিনা শেন্নবা য়েংবা য়াবা মফম ১০ মুক্কী মনুংদা এস বি সি প্লাজা হায়বা অসি অমনি মসিবু অনিস কাপুর স্কল্পচর হায়নসু কৌই। বৃটিস মচা ইন্দিয়ান অনিস কাপুরনা য়েকপা স্কল্পচর অসি পৃথিবীদা খ্বাইদগী চাউবা য়েংবদা য়েরুম মওং মান্না লেপ্পা টোন ১১০ লূম্বা ফুট ৬৬ পাকপা ফুট ৩৩ রাংবা ক্লাউদ গেট হায়না কাপুরনা মিংথোনবা গেট অসিনি। মনুং নক্তুগা মপান্দগী য়েংবদা মথক্তা লৈচিনগী শক্তম অদুগী লৈমায়গী মথক মখৈনা চিকাগো সিটিগী শক্তম তরু তরুনা উই। ষ্টেনলেস ষ্টিলনা শাবা ক্লাউদ গেট অসি জুনগী তাং ২২ দা হাংদোকখিবনি। মসিনা ইঙক ঙক্লা পার্ককী নীংথিরবা নাপী অশংবা লম্পাক, লৈগী মরক অমদি ফজরবা উপালশিংগী মরক্তা পৃথিবী পুম্নবু ঙকহন্দুনা হেক্তা তুখিগদবগুম, থরো থরো ওনখিগদবগুম, শ্রেৎ লাউনা শোকউবদা কায়খিগদবগুম, মনুংদা অকনবা য়োৎনি খঙহন্দনা য়েরুম মান্না তাদুনা লৈরি। ঙকহনবনি, নুংঙাইহনবনি, ফজহনবনি। ইউ এসতদি ইন্দিয়া মচা ইঞ্জিনিয়ারনা য়েকপনি হায়নৈ । বৃটিশ সিটিজন ফংখ্রবা মীশক অমনি।

পার্ক অসিগী অব্রাং নোংপোক ইথং থংবা কাচিন্দুদা বাইক ষ্টেসন লৈ। নীংথিনা শেন্নবা উমং অমদি লৈকোল মরক্তুদা নাল্লবা লম্বীশিং অদুদা একাগাড়ী যৌননবা থৌরাং তৌবনি। ইন্দোর অমদি আউটদোরগী খুদোংচাবা লৈ। ইন্দোর খক্তদা স্পেস ৩০০

[redacted]

হায়বদি সাইকল ৩০০ গী থমফম, থৌফম, পোত্থাফম, ঈরু মায়থঙফম, চাফম, সাইকল শেমফম, সাইকল ব্রাইবগী খুদোংচাবা পূম্নমক মরাং কায়না থৌরাং তৌরি। সাইকল তোংদুনা লাকপশিংনা সাইকল থম্বসু য়াই, মদুগী ফি লৌদে। লোকর রুমদা ঈরু মায়থঙবা, নোংমা চুপ্পা সাইকল থমগে নত্রগা থৌগে হায়রবতদা ডোলার অমত্তং ফি থিগনি। অশাংবা সাইকল ত্রিপ তৌদুনা চিকাগো সহর য়েংগে হায়রবদি থাগী নত্রগা চহিগী মেম্বরশিপ ফি থিদুনা সাইকল ব্রাইবা য়াগনি। পার্ক অসি মেয়োর দাল্লিনা কংপনি। তাং ২৪/৬/২০০৪ ইংদা হাংদোকপনি। মসিদা বাইক স্তেসন হাপচিনবগী মরমদি মথাদা পীরিবা ব্রাথল্লোনশিং অসিনি:

১) সাইকল তোংদুনা সহর য়েংবা কোয়বগী খ্বাইদগী হেন্না খুদোংচাবা সিটি অদু চিকাগো সিটিনা আমেরিকাগী মনুংদা ওইহনগনি হায়বসিনি।

২) সাইকল তোংবনা কার্দিও ভাস্কুলার ( Cardio vascular ) গী শরুকশিংবু খ্বাইদগী হেন্না শাজেল তৌহল্লি, অমদি মসিনা ঈগী ঈচেল অমদি মসলগী পাঙ্গল হেন্না মপাঙ্গন কনখৎহল্লি।

৩) সাইকল তোংদুনা কোইবনা পার্কিং থিবদা বাবগী চাং হুন্থহল্লি। মসিনা মী অমদা মশা ফহননবগীদমক জিমদা চত্তুনা মতম মাঙনা শাজেল তৌবগী কান্নবদু চপ চানা ফংহল্লি।

৪) থাউ তিংদে, ইন্সুরেন্স চঙদে, টিকেট চঙদে, কোক শাহন্দে, চিকহন্দে।

৫) সাইকল তোংবা নুংঙাইবা কুমঁ অমনি। চিকাগো সহবদা মাইল ১২০ গী সাইকল থৌননবা লম্বীসু শেমদুনা থমখ্রে। মদুনা খুদোং চাহল্লি।

৬) সাইকলদা ফোসিলগী থাউ শীজিন্নদে, ওজোন্দা অকাযবা পীদে, নত্রগা মীওইবদা অমাঙবা পীবা মখল অমত্তগী পোল্লুসন থোকহন্দে।

অসুম্না সাইকল তোংদুনা সিটি কোয়বা মতমদা খুদোংচাবা মখল য়াম্না লৈ। সাইকলদি পার্কিং মিটর অমদা সো লোন্দুনা থম্নমবদা পার্কিং ফি তিংদে, লোয়ননা অমাঙ অতা অমত্তা থোক্রোই। মবম অসিনা সাইকল তোংবগী কান্নবা, নুংঙাইবা, পোত্থাবা ফংবা মরম কয়া লৈবনা বাইক স্তেসন হাপচিল্লিবনি।

নোংদি থিৎলি থিৎলি পানা তাবগুম ফি মক্তি চোৎহন্দনা থিক্লি ; য়েংবগীদি পেনবা নাইদে। সহরগী ময়ায়দা সমুদ্রগী ঈশিংনা চেক চল্লবা তোর্ব্বান্দ তপ তপ য়ৈরি। অইবনা সমুদ্রগী ঈশিং অমুক্তং খুৎনা শোক্লীংখিবদু চিকাগোদা লাক্লিঙৈগী মমাঙগী ব্রাশিংতন অমদি নিউয়োর্কতা অথিংবা পীদুনা য়াখিদ্রবসু হন্দক্তি মিচিগান পাৎকী ঈশিংদু শোত্তুনা থৌরাংবা কোকহল্লন্মী। মদুমকসু খুৎনা লামদুনা শোকপা নত্তে; ঈপোম হৌদুনা কাখৎলকপা ঈশিংনা মথক্তা চেনখৎলকপদগী শেকখিবনি। থমোয়দদি পূমপেন পেনখিরম্মী।

• • • • • • • • • • • • • •

## - চিকাগোদগী খৃষিকেশতা -

তাং ১৬/৯/২০০৪ ইংদা মচিন মনাউ সেবাশ্রম, ককচিংদগী মেল অমা লাকই। মরোলদি তাং ২৪/২৫ ওক্টোবর থা, ইং ২০০৪ দা ইন্টর্নেসনেল ডিভাইন লাইফ সোসাইটিগী ভারত পূম্বগী ব্রাঞ্চশিংগী প্রেসিডেন্ট অমদি সেক্রেটরিশিংগী অপূনবা মিটিং অমা তৌগনি। মিটিং অদুদা দীব্য জীবনগী খোঙথাং হেন্না য়াঙখৎহন্নবা খন নৈনগনি। সেক্রেটরি চৎপা ঙমগদ্রা, নংগদ্রা হংলকই। খূদক্তা ঐ চৎকনি, অরুবা মিটিংনি, দীব্য জীবনগী খোঙথাং য়াঙখৎননবা হোৎনরিবা সদ গুরুগী য়াথং অসি ঐগীদি অহানবা কৌরকপনি শোয়দনা য়াওগনি; কমিটি মিটিংদা খন্নবীরো; প্রেসিডেন্টনা মপাঙ্গল শোলহৌবনিনা ভাইস প্রেসিডেন্টকা চৎমিনরগে, তাং ১০/১০/২০০৪ ইংদা লাক্লগে হায়না তাং ১৯/৯/২০০৪ ইংদা মেল থাখ্রে। খূদক্তা প্লেনগী হান্নৰা ওপন্দা ককখ্রবা টিকেটতু কনফার্ম তৌদুনা ও,কে তাননবা কম্প্যুটরদা কোইথি থিবদা তাং ১০/১০/২০০৪ ইংদগী ঙনখৎনা সিট ফংখিদ্রে। নীংবা কায়না অমুক হন্না আশ্রমদা মেল থাখ্রে। তাং ২০/১০/২০০৪ ইংদা ইউ এসতগী পাইরগা কলকত্তাদা অয়ুক পূং ৫.৩০ দা থুংগনি; অদুনা নুমিদাং ৱাইরমদা ময়াম চৎনীংবশিং কলকত্তাদা লাক্তুনা মণিপুর ভবন্দা হান্না ঙাইরব্রো, ঐসু শোয়দনা লাক্তুনা পূল্লসি হায়না মেল থাবে। ঐনা প্রেসিডেন্ট নত্তগা ভাইস প্রেসিডেন্টকা পূন্না শোয়দনা চৎমিনবা পাম্লম্মী; অদুনা পাউ ঙাইরম্মী। ময়াম্না রেলদা চৎনবগী পাউ হায়রক্লম্মী। ঐনা য়ামদ্রবদা কলকত্তাদগী মণিপুরদা হনবদদি প্লেনদা চৎনীংই হায়না মেল থারম্মী। ময়াম্না মেম্বর মরি চৎপা তারে; রেলদা অদুম চৎননবা তৌরগনি, শেল থুম মরাং কায়দে হায়না পাউ লাকই। ঐনা অমুক হন্না য়াদ্রবদা গৌহাটিদগীদি প্লেনদা চৎসি হায়বদগী মদুদা শীল্লে।



তাং ২৫/১০/২০০৪ ইংদা খৃষিকেশতা মণিপুরগী মীহৎ ওইনা ডিলিগেটশিংগী মত ফোংদোক্তুনা সজেসন পীরম্মী। ( ফোটো : পূর্নচন্দ্র )

তাং ১৮/১০/২০০৪ ইংখক্তদা কনফার্ম তৌহৌ অয়ুক্তু ঐনা মেন তাপ্রপদি কেনসেল তৌরো হায়না মেল থানবা চিঠি ইবা লোইরমদাইদা কনফার্ম তৌরে হায়বা পাউ লাকই। তাং ১৯/১০/২০০৪ ইংদা মণিপুর থাদোক্লনি। তাং ২৩/১০/২০০৪ ইংদা কলকত্তা মণিপুর ভবন্দা থুংগনি হায়না মেল লাকই। সেক্রেটরি ইশা, এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরি শ্রী এন প্রতাপ সিংহ য়ুথ লিদর শিং একজিকুট্যিভ কমিটিগীসু মেম্বর, যোগগীসু ইনষ্টক্তর ওইরিবা শ্রী পূর্নচন্দ্র লুৱা, শ্রী কুমাৰী প্রভাবতী দেবী ঐখোয় মরি চৎননবা কমিটিনা থৌদারে হাযদুনা মেল লাক্রে। অসুম খোঙচৎ অসি কয়ারক হন্না খন্ন-নৈনরগা খোঙশান্নকখি।

ঐ অমসুং নুপীনা তাং ২০/১০/২০০৪ ইংদা ও'হ্যাব এযারপোর্ট চিকাগোদা তোংননবগীদমক বৃটিশ এয়াৱ ৱেজ নম্বর ২৯৪ ফাবা তাং ১৯/১০/২০০৪ ইংগী নুংথিল পৃং ৩.০০ দা খোঙশাল্লে। চিকাগোদা তাং ২০/১০/২০০৪ ইংগী অয়ুক্তগী নুমিদাংৱা বম ফাওবা প্রোগ্রাম শেম্মী। অদুগা নুমিদাংগী পৃং ৯.০৫ গী প্লেনদা চৎলি। লণ্ডন্দা পৃং .১.০০ অয়ুক্তা থুংলে। টার্মেনেল মবিদা হোংবগী পৃং ৩.৩০ গী মতম থম্মী। পৃং ২.৩০ দগী অমুক কলকত্তাগীদমক পাইবে। তাং ২২/১০/২০০৪ ইংগী অয়ুক পৃং ৫.১০ দা দম দম এয়ারপোর্টতা থুংলে। এয়ারপোর্টতা চেক তৌরগা খোরকপদা পৃং ৭.০০ তা মণিপুব ভাবন্দা থুংলরে। ধ্রুব, প্রতাপ, প্রভাবতি, পূর্নচন্দ্র উনরে। রতন উনবে। অহিং অদু লেল্লমদনা নুমিৎ অসিমক্কী নুমিদাং পৃং ৮.৩০ গী রেলদা ঐখোয় দিল্লি পাংলে। অদুগা মমা অমসুং ধ্রুবনা তাং ২৩/১০/২০০৪ ইংগী ইয়ার ইন্দিয়াদা মণিপুবদা চৎখ্রে। অসুম্না খৃষিকেশ চৎননবা মচেই মচেই তবা খোঙচক্কী মমৈদা পূনশিল্লরে। খৃষিকেশ নুংঙাইতবা হায়বৰু প্রেসিডেন্ট অমদি ভাইস প্রেসিডেন্টনা ঙমদদুনা থবক চিন্দুনা ঐগী খোঙচক্ ভাথোক তাশিন তৌনীংবদা য়াওখিদবা অসিনি।

খৃদক্কী শীনবা প্রোগ্রাম ওইবনা বেল টিকেট কনফার্ম তৌবা ঙমহৌদ্রে। হাওরাদা টিটিদা কম্না হায়জদুনা অহাংবা সিট কোয়থি থিদুদা লাকপনা বিহারগী ধনবাদ ফাওবা সিট ফংই। অদুদগী টিটিনা অমুক ঐখোয়বু এ সিদা টিকেট রিসিট অনৌবা শেম্বীদুনা লক্ষ্ণৌ ফাওবা লাকই। লক্ষ্ণৌদগী অমুক সিট অদু য়াদ্রে। অদুদগী টিটিনা অনৌবা স্লিপরগী সিট পীবীদুনা হরিদ্বাব তানা লাকই। কোচ লাপ্না লাপ্না পোৎশিং কোয়থাঙ থাঙই। ঐগীদমক্তদি ব্লুমফিল্ডদগী ডেট্রোইট, ডেট্রোইক্তগী চিকাগো, চকিাগোদগী লণ্ডন, লণ্ডন্দগী কলকাতা তানা লাকপগী খোঙচৎকী ৱারকপনে, অহিং নুংথিল ওন্নরবগী তৃম্বা ফঙদবনে অমুক সিট ফঙদবগী চেম্লোক চেজিন তৌবনে ফনা নীংথিনা ৱায়, ফনা শাংনা লাঙই। অদুদগী হরিদ্বারদগী নুংশিৎ য়ানবা টেম্পো অমদা নোংঙাল্লমদাই পৃং ৪.৫০ দা ঋষিকেশ তানা থৌরকই। ঋষিকেশ হেক য়ৌবদা খোরক্তদবা নুমিৎকী নাকোইনবা মঙাল্লা গঙ্গা মাতা অমদি হিমালয় পর্বতকী শক্তম ময়েক শেংনা উবা হৌরকখি। থমোই

ইয়াং হৌরম্মী;পূল্লীং নুঙাইবগী ওমথে লৈরমলে; ব্রাখলগী ইথক হৌরম্মী । মহৌশানা ঈশিং উবগী ঙাওগনবদু হেনগৎলক্লম্মী;ইউ.এস.এ. দা পাৎ তুরেল অমদি সমুদ্রগী ঈশিং উৎরকপগী অঙাওবা কোক্তু হেন্না ময়েক শেংগৎলক্লম্মী । ইহান হায়া ঐখোয়বু পুশিনবীরিবা পুলিস শিক্ষায় মচাদুনা সদগুরু স্বামী শিবানন্দগী ধ্যান তৌফম,স্নান তৌফম,পোথাফম,গঙ্গা মাতাগী দর্সন তৌফম,স্বামীজিগী লাইব্রিক ইফম,গঙ্গাগী তোর্বান্দা নীংথিনা শেমদুনা থন্নিবা অচৌবা মফম অমদি মিংশেন্না খাজিনবা খজিক্তং অঈংবদগী কনবা য়াননবা শেন্নিবা মফমদুদা পুশিনীবরম্মী । সদগুরুনা পোথাফম,ব্রাখল খম্ফম,লাইব্রিক ইফম,মীয়ামগা ব্রারী শাফম,স্বামীজিগী তত্তনা আধ্যাত্মিক পুনশি শাগৎখিবা মফমদুদা হেক চঙবদগী ব্রাখল অসি অসুম অৱা অনা ওয়মক কাউখিরম্মী । হকচাং অসিদি ডাক্তরনা থা তরেৎ শাজেল তৌবা,অকনবা থবক শুবা য়াদে হায়না থিংবগী অরোয়বা নুমিৎ তাং ২০/১০/০৪ ইংনি । হায়রিবা নুমিৎ অসিমক্কী মমাঙ তাং ১৯/১০/০৪ ইংদগী খ্বায়দগী হেন্না কনবা হকচাংগী শাজেল তৌরকপগা,শিবানন্দ আশ্রমগী অনেম অৱাং থাক ময়াম অসি কাখৎ কুমথা তৌবগা খোঙগী খুবোম অনীমক থীঙ্গাইরম্মী । অদুনা ৱানা ৱানা অদুম কোয়চৎ চৎলি । প্রোগ্রাম পূম্বা য়াওবদগী হেন্না স্বামী শিব চিদানন্দজিনা নুংশিনা রাম প্রসাদ পীবীরকপদু লৌবা চৎচৈ,স্বামী পবিত্রনন্দজিনা মাগী কুর্টিদা পুবীদুনা ব্রারী শাবীবদু অমুক চৎচৈ । আশ্রমগী অনেম অৱাং ব্লোকশিংদু উনীংদুনা হঙৎ হন্দা চৎচৈ । অসুম্না প্রোগ্রাম মরক্তা অরেম্বা মতমশিং কোয়চেন চেনবদা নুমিদাংগী সৎসঙ্গ মতমদদি লেঙবা ওমদবগুম তৌশিল্লক্তুনা থুম থাও তৈদুনা কন্না হোৎনরি । অদুমক্তদা তূম্বা য়াদে পূং ১১.১৫ দা হৌগৎলে । ব্রাখল মণ্ডল মণ্ডল খল্লি । হৌগক্তুনা স্বামী মহারাজনা লাইব্রিক ইরম্বগী মণ্ডংদু ধ্যান তৌদুনা খম্লদুনা য়েংই । উরকই । গঙ্গাগী তোর্বান্দা চাদ থক্তা তপ তৌদুনা,জপ তৌদুনা,ধ্যান তৌদুনা খৃত্তা কলম পায়দুনা ইরমগদবশিংদু গঙ্গা মাতাগী মরিক মরিক লংনা লংনা চেস্থরিবা লেপ্পুবা ঈচেলদু উবদা লোয়না নীংশিংলকই । নুংথিন্দা নোট নীংথিনা তৌবা ওমদবদু অহিং পূং ১২.৩০ দা কলম পায়থক্তুনা নোট অসি ইরম্মী ।

অহানবা হেক চঙলকপদা ফক্লাংগী নুংদা ইরি । ওঁ শ্রীসদগুরু পরমাত্মানে নমঃ,**Gurudev Kutir renovated ( Leaving the original flooring untouched blessed by holy Gurudev's holy feet, H.H. Shri Swami MadhabaNandaji Maharaj on 1st June 1887. Holy sannyas diksha day of Guru Maharaj.** গুরুদেব কুটিরদা পোৎ চৈ থরদং পুবদু থনম্লগা ঈরু মায়থজরগা আশ্রমগী মিটিং ভিলিগেট ওইবগী রেজিষ্ট্রেসন তৌবা চৎলে । ময়াম মথং মথং লাক্লবগী মতম চপ চানদুনা ফনা চিন্না ঙাইনৈ । অচিকপা

গঙ্গাগী তোর্বান্দি অদুম লৈরি। অদুবু স্বামী শিবানন্দজিগী মনাক্তা লাক্লখিবা, লাক্লরিবা মীয়াম্না হৌজিক্তি মফম অসি অচৌবা সিটি অমগী থৌরাঙ তৌথ্রগদি- ভারতকী শক্তম হায়বদি শ্রম, অমোৎ অকায়, ট্রাফিক জাম, চাক্লি ফিনিবা, শোরোক মপান্ খোপচিন্দুনা হোটেল ফম্বা, পার্কিং ওইহনিনবা, পোৎ চৈ য়োনবা, ভিক্ষা নিফম ওইবা অচিনবা মফম ওইশিল্লক্রে। ঐখোয় পূম্নমক চঙদুনা টাউন প্লানিং তৌথ্রগদি স্বামীজিগী ভক্তশিংগী সাধনা কয়াদা মফম মতম তঙ্গাদা অকায়বা লাকপা য়াবা মওং উরে। অচৌ অচৌবা অমদি তপস্যা কনবা সাধু, মুণি, ঋষি, ব্রহ্মচারিশিংগী মফমদদি হায়বা ঙমদে; পাণ্ডবা সাধকশিং অমদি মীচমশিংদদি অঙংবা মতৌদু কায়থরগদা ঐখোয়না পীনীংলিবা ভাব অদু মাঙগদ্রা চিংনরকই। মসি পূম্নমক খন্থমিন্নবা চঙই। পোৎ চৈ মেন তাদনা পঙথম থম্লরে। আশ্রম মনাক্লি কাউনরে। আশ্রম্না অসুক ফজনা হোৎনরিসিমভ্রদা হেক খোঙ কাম্নোকখিবদা গার্বেজ, নৈখু, উৎ ব্রাই শক্তি মনয়ুং, হামেং ওক মথী, হোটেল পোৎ চৈ, অমোৎপা, খূশিদা ঈশিং হৈদোকপগী মফম, নিয়ম য়াওদনা থাবা গাড়ী থেলা, রিক্সা, টেম্পো, টৈক্সি, মরুটিভান ময়াম অসিনা মফম মরাং অমত্তা খঙহনদ্রে। পার্কিং অমত্তা লৈতে। মপান নাইদনা নীংথিরবা হিমলয়গীসু গঙ্গামতাগী মশায়গোন ওইরবা মফমসিবু শেম্বীবগীসু লোইবা নাইররোইদবা চীংময়না শন্দোক্তুনা লৈখ্রবা মফমসিদা মিৎকুপ অমত্তং লেপ্তুনা পোথাফম লৈরমদ্রে। অধ্যাত্মিক অসিমক, স্বামী মহারাজগী "Cleanliness is next to Godliness." হায়বদুগা পূম্না য়েংবা তারগদি অধ্যাত্মিক অদু লাপ্না চেম্লোকখিবা য়াবগী ফীভমদা লৈহৌরে। ভারত সরকার, উত্তরানচল সরকার, লোকেল বোর্দ, গ্রাম পঞ্চায়েট অমদি ভারতকী প্রজা পূম্নমক্না অসিগুম্বা শেং বা তীর্থশিং অসিদি পূক্নীং চঙনা শেন্নবগী মথৌ তাই।

নোট ইনা ইনা গঙ্গাগী তোর্বান্দা, গঙ্গামাতাগী মবুক্তা নোলুক্না য়েংথদুনা ফম্না ফম্না মীওইবগী পুনশিগী মিৎকুপ্তুগী ওইবা শরূক অসিবু অরেস্বদা রজগুণ অমদি তমগুন্না য়োমদুনা অশেংবা থবক তৌরমদনা চৎনখিকো হায়না খন্থরক্রম্মী। প্রোগ্রাম চপ চানা হৌদুনা মথং মথং নৈনখিবা ময়াম অদুগী কোক্তা য়ং য়ং লাউনা খোম্লাং য়ৈরক্রম্মী। ইশা মতিক চাদবনা স্বামীগী পাউজেল অসি নীংথিনা মরূপ মপাং নহারোলদা য়ৌহন্নবা হোৎনবদা থেংনরিবা অপনবা, অব্রাবশিংদু খন্থরুবদা ব্রারম্মী। মরুওইনা ইশাগী হেন্না হেন্না ব্রাঞ্চকী মরমদা খন্থরগা হেন্না হেন্না ব্রাজরম্মী। করি তৌবা! করি তৌবা! পঙখন খন্থরম্মী! লেপ্লম্মী, থবক তৌবা তায়। মাঙদা উরক্রম্মী, "অশিবনা নঙবু মিৎকুপ খূদিং ঙাইদুনা লৈরি।"

• • • • • • • • • • • • • • •

## - চিকাগোদা অরোইবা বিদায় -

সিয়ারস তাব্রার :- আগষ্ট তাং ২০দা ও'হ্যায় এরোড্রোমদা পুংবগা নুমিৎ মঙান নেমথরকপা মতমদুদা চিকাগো সিটি চঙশিল্লকখি। পুং ৭.৩০ তাশিল্লকপদা নুমিৎ তায়, মঙ্গা হৌই। ইন্দিয়ান তাইমগা পুং ২ রোম খেৎয়ে। নিংথমদা অমুক মতম লৈখৎলগা পুং অমরোমদা খেন্নহল্লি। অইবনা নুমিৎকী য়েংবদদি পুংখায়দগী হেন্না খেন্নরোই থল্লি। অইবনা য়ুমদা পুং কয়া তারে; নুমিৎ থোক্লব্রা নুমিৎ তারব্রা তত্তনা হংই। হংবা মতমদা ইউ এসতা নুমিৎ থোকপা মতম ওইরপ্পা ইন্দিয়াদা নুমিৎ তারে, য়াচংলে হেক হেক হায়রকই। অদুগা নুমিৎ থোক্লব্রা, নোংঙাল্লব্রা হংবা মতমদসু ইউ এসকী নুমিৎ তাবগা ইচান চাননা নুমিৎ থোক্রে, নোংঙাল্লে হেক্তা হায়রকই। অদুনা মতমদি থোইনা খেন্নবা নত্তে। খেন্নরবসু মথক্ত পনখ্রে পুং অমা, পুংখায় অমা খেন্নবতনি। নুমিৎ তাশিলনলকপদুদা সিটি য়ৌরমদাইদা ইঙান ঙাম্না মিনিট নিফু- য়াম্থে থৌরম্লগা নুমিৎ তাশিল্লকই। লূরুক্লনা মাইল কুন কুম্ল ব্রাৎলিঙৈদা সহর ময়ায়দা ব্রাংনা লেপ্লিবদু করিনো হংই। ললিতনা সিয়ারস তাব্রারনি হায়। আমেরিকাগী খ্বাইদগী চাউবা লল্লোনফমনি হায়। নিউ য়োর্ককী ট্রেড সেন্টরগুম্বনি হায়। ঐ ঙকখি। য়েংনীংখি, খঙনীংখি। করম্না অতিয়া পক্না ব্রাংনা শারগা লল্লোল্লিবা ! অদুবু য়েংবগী তাঞ্জা ফঙনি হায়বদি থাজরমদে। মখা তানা ললিতনা হায় - পৃথিবীদা খ্বাইদগী ব্রাংবা দলান্নি। নিউ য়োর্ককী ইম্পায়ার বিল্ডিং অমসুং কায়খ্রবা ট্রেড সেন্টরদগীসু হেন্না ব্রাংবা দলান্নি। দলান অসি মথোনসু ১১০ নি। দলানগী অব্রাংবতনসু ফুট ১৪৫৪নি ( ইম্পায়ার বিল্ডিংগীনা ফুট ১২৫০ থক্তনি ) অদুগা মথক্কী মৈগী এন্টিনা অনীদু য়াওদ্রবমক্তদসু ফুট ১৩৫৩নি। দলান অসি মাঙম্বা মশীং থীঙমদবা কয়াগী মরক্তা মানা খরা হেনবগীদমক নাপল তৌদুনা জগোই শাদুনা লেপলিবনি; হায়বদি দলান অসি লেঙবা - হাইবা ঙমজে নুংশিৎ শিৎপা য়ুহারাবদা, নোংমৈ শীংজং তাবদা ঙাকথোক্লবা মশাদু চগান্নহন্দে, থোৎনা নোমজে।

সিয়ার তব্ররাগী শক্তম:-

মথোন - ১১০

অব্রাংবা - ফুট ১৪৫৪

এন্টিনা তব্রারগী মখাদা - ফুট ১৩৪৩ ( স্কাইদেক্ )

লৈনুংগী কাগী মরেপ - ফুট ৪৩

দলানগী অরুম্বা - টোন - ২,২২,৫০০

অচঙবা শেল - ডোলার মিলিয়ন - ১৫০

শাবদা চঙবা মতম - চহি অহুম্

লৈমায় স্পেস - ফুট মিলিয়ন ৪.৫

দলান মতোন্দগী উবা - ইল্লিনোইস, ইন্দিয়ানা, রিসকোনসিন, চিকাগো

চহি অমদা কোইরকপা - মী মিলিয়ন ১.৫

সিয়ার অৱারগী কেপাসিটি - মী মীশিং ১২ গী লৈকম

অৱার অসিগী মনুংদা হোটেল, মোটেল, লোজিং, লো সার্ভিসেস, কম্পানি প্লানিং, জর্নেলিজম, ঈ পাউ অসিনচিংবগী তোঙান তোঙানবা থবক তৌরি। পৃথিবীগী ফাওরবা য়োংকী মথল মথেল কার, ইঞ্জিন, কম্প্যুটর অসিনচিংবা ডিজাইন তৌবগী থবক তৌরি। ডির্পামেন্ট অসিদা মণিপুরী মচা অমা য়াম্না ঈজ্জৎ লৈনা ইঞ্জিনিয়র ( ডিজাইনিং ) ওইদুনা থবক তৌহৌই। হৌজিক মহাক লণ্ডনগী এসাইনমেন্ট অমনা মখমদুদা চংলগা বৃটিশকী ফার্মদা কার ডিজাইনিংগী ট্রেনীং পীরুনবা থৌরাঙ তৌদুনা লৈহে.ৎ। মসিগী মথক্তা ম্যুজিয়ম, সোপিং সেন্টর, টুরিষ্ট ইনর্ফোমেসন সেন্টর নীংথিনা লৈ। লংঙানবা হৈরবা কোক্তগী থোরকপা পোথোক্কি হায়বা অহি। মতোমতা অঞ্জবা শেলনা মশাগী মেন্টেনান্স নীংথিনা তৌরগনি। ভিজিটর ১৫,০০,০০০ × $ ৯.৫০ গী রেকোর্ড তৌরি। অসুম্না চহিদা মীওই লাখ তরামঙানা ডোলার ৯.৫০ থীদুনা সহর অসিদা মাগী মাগী অনীংবগী মতুংইন্না লাক্লরি। অসুম্না নীংথিনা থৌরাঙ তৌরবা চিকাগোগী মথল মথেল ঙিংথিরবা দলানশিংনা মায়গৈ থৃদিং শন্দোক্নুনা লৈরি। আমেরিকাদা থোইদোক্লা চিকাগো য়ৌরবদদি স্বামী বিবেকান্দ অমসুং স্বামী চিদানন্দ নীংশিংলকই। অদুগা মহাপুরুষ অনী অসিনা চহি ১০০ গী মনুংদা অনীরক হন্না, ইং ১৮৯৩ দা বিবেকানন্দ ইং ১৯৯৩ দা চিদানন্দ অনীগী পৃথিবী শান্তিগী পাউজেল অদু নীংশিংলকই । আমেরিকানশিংনা খোইদাক্তনা " ব্রাদরস এণ্ড সিষ্টরস ওফ আমেরিকা " হায়বদুদা ঐসু চিকাগো হেক য়ৌবদা আমেরিকানশিংগুম পুংঙাও ঙাওজরম্মী - ঐখোয় অমত্তনি - ঐ অতোপ্পা লাপ্পবা লমদম অমদা লাক্লিবনি হায়বদু পুংকাউ কাউথিরম্মী। মরম অসিমক্তনি চিকাগো অহৌবদা য়েংনীংথিবগুম ভারোইবদসু অমুক হন্না কোয়রম্মী। য়েংশিল্লম্মী। নুংঙাইরম্মী।

• • • • • • • • • • • • • • •

## -মখা চথরকপা -

ইউ,এসতা চংননবা হোৎনবদা ট্রেদ সেন্টর থুগায়খিবগী চেকশিন থৌরাঙ্ মতম ওইবনা ভিসা পাক্ হেক পীথোক্লিংঙদুনা চক্রি থাংবগী অয়াবদু মায়োক্লখি । ফত্তবা মী অমনা পৃথিবীবু কয়া য়াম্না য়াহনবগে হায়বদু মসিনা খ্বাইদগী চাউবা থৃদম ওইগনি । ঐগুম্বা মচা মগুগী নাক্তা চংলীংবা মীওই কয়া মথোয়গী য়াকৎ তাবীদ্দুনা লীংবা কায়না,কণ্ডুনা ফাওবা ইউ,এস,কনসুলেত্তগী হয়খি । ঐথোয়সু হল্লকপা তারম্মী । ভদ্রলোক পার্থ শার্থীনা এজেন্সিগা হেক থংননা মাগী ব্যুজিনেস তৌরমদুনা মাগী মতেংনা ঐথোয় থৃদোংথীবা পূম্ন লোইনা লাম্লেক্তুনা ভিসা ফংখিবনি । ইম্ফালদগী রত্তন ফুটবোল প্লেয়ারনা ঐবু শক্তাক্তুনা তেংবাংহনখিবনি । পার্থ শার্থী ভারতকী স্পোর্টসকী পেত্রোন অমনি । অসুম্না ঐথোয় য়ুমদা হনবগী ফিভমদা লৈরম্লবদুবু থা অমগী মনুংদা অমুক হন্না ইন্টর্ভিউ পীননবা চে ইরক্তুনা পার্থ শার্থীনা ঐঙোন্দা শিন্নরে । ঐনা মদু য়ারোই,কোলকত্তাদা থা অমা ঐথোয় অনী ভারা লৌদুনা লৈবা ঙদ্রোই হায়বদগী অমুক হন্না ঙাঙনদুনা নুমিৎ হুম্নিগী মতুংদা ইন্টর্ভিউ পীরকখিবনি । মদুদগী ঐ ভিসা ফংলম্মী । ইউ,এস, চংলম্মী । ইউ,এসকী পুনশি মতেক অমা য়েংলম্মী ।

চাওথংপা হায়বা অসি মীগী পূক্নীং অমসুং থমোইগী থাক অদুনি খল্লি । ইউ,এসকী মীগী পূক্নীং অমসুং থমোইদি য়াংই । মথোয়না য়াফম কয়াগী মনুংদা মখাগী হিরম মরি অসিনা খ্বাইগী মমাঙদা থম্মী । মদুদি : পৃথিবীদা শান্তি পুরকপা । প্রকৃতিগী চৈনা ফংলবশিংদা তেংবাংবা । শিক্ষাগী হিরমদা নৈনবা অমসুং লায়না ঙাকথোক্লনবা হোৎনবা । য়াফম মরি অসিদা য়ুমথোং থৃদিংমক্ল থনফম থোকপা য়াফম ওইনা মথোয়গী য়াখল থাদে । ইনাকখুনবা লৈবাক অমা ওইবনা লায়রবা লৈবাকশিংনা মনীংথুংদবগী য়াকৎ কয়ানা ঙসিগী ইউ,এসপু চৈননবগী মচাক ওইরি । মদুদা তোংদুনা পৃথিবীগী রাজনীতিসু শাম্নরি । অদুম ওইনমক মৈপোক লাংহৌ,ঈশিং ঈচাও,য়ুহারাবা,চীং পোকথায়বা,লায়না শন্দোকপা অসিগুম্বা মহৌশাগী থৃদোংথীবা অমা হেক থোকপদা মফম মফম অদুদা তেংবাংনবগীদমক ইহান হাম্না য়ৌবা লৈবাক্তু ইউ,এসনা ওইরি । মসিগী মরূদি মথক্তা হায়খ্রিবা য়াফম মরি অদুননি ;অদুগা লোয়ননা মথোয়গী শিক্ষাদা য়াফমশিং অসিদা নাগরিক পূম্নমক্না পূক্নীং চঙননবা অঙাংশিংদা তম্বীখিবননি ।

হৌজিক ঐথোয়গী পীক্রবা লৈবাক মণিপুরগী ফিভম অমুক্তং য়েংশি । ঐথোয়গীদি মথোয়না কুপ্না অহানবদা য়েংশিনগদবনি হায়না থন্নিবা য়াফমশিং অসিদা পূক্নীং চঙবগী য়াফম লাপ্না লৈরি । অদুগী মহুত্তা মায়গৈ থৃদিং অবেঙ অরেঙবা অসুম পুথরক্লি । অসুম্না সমাজ অসিনা মাঙথরক্লিবা অমসুং কাংথবক্লিবা অসিগী

মরম মরিথক্লনি। মখোয় অদুদি :- নিংথৌবু হরানবা ওইনা উরকপা:- ম্রিহৌরোল্দগী মৈতৈনা (মণিপুরীশিংনা) নিংথৌবু লাইনি হায়না চেংনা থাজরকই। নিংথৌগী য়াথংদি লাইগী য়াথংনি লৈবাক্তা তাহেদে হায়নরকই। নিংথৌবু পাথংবমক্তি হায়না লৌনরকই। মসিগী ওয় তৈনবদা ঙসিদি নিংথৌ হায়বদি লৈবাক্কী মপু মন্ত্রি পূল্লমক মচিন থীবা, ব্রাশক অমত্তা ঙাক্তবা, শেঙ্গা - থুমজা তৌবা, মশাগী মকোন্তগী, লনগেন্দগী মশানা হরানবা মীশক ওইনা লৌনরে। মচা মনাই প্রজাদগী ওনশিন্দুনা শৈশা চাদুনা মচা চাবা মীহিংচা ওইনা উনরক্রে। মখোয়না লোক্তুনসু ব্রাহ্মসিদি অচুম্বনি হায়না লৌগনি। মরমদি চানক্যনা হায় " নিংথৌনা নুংশিংনি প্রজানা নাপিনি, নুংশিংনা শিংগা মায়গেদা নাপিনা তুথে।" অদু ওইরবদি, নিংথৌনা দানবীর ওইরবদি প্রজাসু দান তৌগনবা মীওই ঙাক্তা ওইবা তাবনি, নিংথৌনা শৈশা পাল্লবদি প্রজা পূম্বসু শৈশাদা ঙাওবা, অঙাওবা মীওই ঙাক্ত ওইবা তারিবনি। হৌজিক নিংথৌনা খোয়শাউনরবদি প্রজাগী পুক্লীংসু ওলাং ওনশ ওবা মশানা তাবনি। পুজারিনা থুম য়াক্লা থোংলগা বার্জন ফংবা অতিথীনা থুম নমদে করম্মা হায়গনি ?

মমা মপাগী থাক নেমথখিবা:-অনীশুবদা, মমা মপা অয়াম্বনা মাগী মাগী মচা মশুবু মিংকুপ অমা কাংদনা শেম্নবদু উশিল্লক্তে। অঙাংশিংবু পুংথা থাদোক্তুনা মমি শাল্লবা স্কুল, ক্লব, লৈকায়, লৈপুং ফম্ফমদা ককঙাওননা কোয়চং চক্তুনা ঙাঙনিংবা ঙাঙ, তৌনীংবতা তৌদুনা য়োকখৎলক্লি। মমা মপা কয়াদি, হরাও, কুম্মেদা, লৈকায় শীংলূপ চংনবীদা; নহা ওইরিবা য়ুম্বাল্লবা মীওইশিংনা অয়াম্বনা নিশা চাদুনা, য়ু থক্তুনা শা চাদুনা হরাও কুম্মে, লীলা পালাদা পুক্লীং লূপশিন্দুনা লৈরি। ওইরক্লিবা ফিভমশিগা তোংশিন্দুনা মমা মপা, অহল-লমনবু লাই ওইনা লাংনরম্বা ফিভমদু পুম্নাঙ্ক মাঙ্শিল্লক্লি। মসিগা লোয়ননা মমা মপা, অহল-লমনগী মফমদা থল্লম্বা থাজবা পুম্বা মমি শাল্লকপসিনা নহারোলশিংগী থকশী-খাশীগু মমি শাল্লকপনি, মশানা তাবনি। মরম অসিনা অহনগী মল্লা চক্তে, অহল লমম্মা ফম্বা ফক মথক্তা নেংলগা চংলি, অহম্মা লিংপা ফুরিং লিংশিম্নরে-অহনগী খোংউপ ফেনাং থিংজিন্দুনা উপশিম্নরে। অহল-লমন উরগা লমজায়বগী মহক্তা থেঙ্গায়বীরে।

ধর্ম অমসুং ব্রাহ্মনশিংবু মীরায়রকপা:-অহমশুবদা, লাইশঙ অমসুং ব্রাহ্মনশিংবু থাজরম্বা, ধর্মগী লুচিংবা ওইনা থল্লম্বা ব্রাথল অদু ঙসিদি মাঙখ্রে। ব্রাহ্মনগী মন্ত্র অমনা পুনশিগী অল্লা অনা পূম্বা কোকই থম্নরম্বদু লোইনা চংখ্রে। অমরোমদা ঐখোয়না লাংচরম্বা ব্রাহ্মনশিংসু বেদ-পুরান মীরায়থোক্রে -লাইরিক হৈত্রে, লমচং ব্যবহার নেমথরক্রে অমসুং চাহন থকহম্নীংদবা চিঞ্জাক চাবা য়াম্মা উশিল্লক্লি। মসিনা

মখোয়বু থাজদুনা সমাজনা লমচৎ নাইনা হিংজরম্বা পল্লি অদু নমথক্তুনা চৎল্রে ।

ওজা গুরু মীরায়য়কপা :- অরোয়বদা ওজা গুরু হায়বসি ঈশ্বরমক্তা মায়না মমা মপাগী মথক্তা থমদুনা "গুরুগী য়াথংনি" হায়বসি অরোইবা ব্রাফম ওইনা পাউজরুরম্মী । ওঝাশিংগী মঙুন য়ায়া ব্রাংলম্মী । মচা মগুপীদমক অহল লময়া ওঝাগী মফমদা থগ্নম্বা নীংথিবা লমচৎ অদুদি লোইনা মাঙল্রে । ওঝা ওইবশিংগা ছাত্রশিংগা মরুপ মপাংগী মরী ওইনা চামিন থকমিয়রক্তি, ফত্তবা থবক ফাওবা চিংনদনা তৌশিয়রক্তি, ছাত্রগী পরীক্ষাদা ওঝানা লোয়া মতেং পাংবগী থাক য়ৌনা মোৎশিয়রক্তি । ওঝাশিংনা তম্বী তাকপীবগী থবক্তগী মখোয়গী তলব, ইনক্রিমেন্ট, দি.এ., টি.এ., ট্রান্সফরগী ব্রাফম্না হেন্না মতম, পূক্লীং, বুদ্ধি থাদনখ্রে । ফিভম অসিদগী ওঝাগী নীংথিবা খূভম মাঙল্রে ।

ফিভম অসি করম্না ওইখ্রিবনো হায়বগী ব্রাফম অসিগী চপচাবা অচুম্বা পাউখুম অদু থিদুনা শোয়ফন্দনা পুথোকপা তাবনি । লায়নাসিগী হৌরকফম, লাইওং খণ্ডলবতদা লায়েংনবগী উপায় চপচানা ফঙ্গনি । ব্রাফম অসিমক্তি লমদম অসিগী মীওই পূম্বনা চহি য়াথেরোম অসিদা পাউজেল চেশিংদা নৈনরকপদগী মীয়াম পুম্নমক্না চপ মায়না ফংলিবদি শিক্ষাগী পথাপ শোয়রে হায়বা ব্রাফম অসিনি । শোয়রে শোয়রে হায়না হম্না হম্না নৈনদুনা লাক্রি । লায়েং পাম্বেদি পীবা ঙমদ্রি । মতা, অসিদসু পাউখুমদি অরুবা নত্তে। ঐখোয়গী খজিত্তং কখোকপা, থমোইশেংনা হোৎনবা, হৌরক্লিবা মীরোলবু অশেংনা নুংশিনা য়েংবা ঙম্রবতদা ওইথোক্লনি । মরমদি থ্রি আরস হায়না খণ্ডনরিবা ইবা পাবা অমদি হিসাব থরা তৌবসিখক্তনদি পূক্লীং অমসুং থমোইগী গুন পীবা ঙল্লোই । অদুগীসু মথক্তা থবক্তা হৈশিংননবা খূৎশাগী হিরমদি অমত্তসু নহা ওইরিবা মীরোলসিদা তম্বী তাকপীদ্রে । ফিভম অসিদগী নহারোলশিংদি গুনীংদবা মতন তনবা অকে অমৌ পাম্বা মীওই ঙাক্ত ওইনা পুথোরক্লি । অহল ওইরবা ঐখোয় পূম্বসু বৃটিসকী নিয়ম মথাদা লাকপনিনা মখোয়গা ইমান মায়রি । হৌজিক মাঙদা তারিবা সমস্য অসিদগী কয়নবা হোৎনবদা সরকারগীদি খ্বাইদগী চাওবা থৌদাং লৈ মরমদি পোলিসি মেকিংদি সরকারগীনি । অদুগা প্রজাশিংগীসু হেন্না কৃংনা মিকুপ নাহম চেৎনা শেম্নবগী মথক্তা তোংদুনা সরকারগী পোলিসিগী পম্বুং পান্দম অদু খণ্ডনা কখোক্তুনা হোৎনবগী মথৌ চঙই । সরকারনসু লমজিং লমতাক্তুনা অমরোমদা পোলিসি প্রোগ্রাম্বু ইকাই খূম্নদুনা মতেং পাংবগী মথৌ তাই । মরমদি শিক্ষানা মীওইবগী পূর্নশি শেমগৎপা অমসুং সমাজগী শক্তম শাগৎপা তাবনিনা শিক্ষাবু চগোম চগোম থাদোকপদি চুমদে । সরকারনা শিক্ষা নীংথিনা পীবা ঙমত্রে হায়রবসু লনাই মীওইশিংনা মাগী মাগী লনাই ব্রাথলগী পরিংদা নাইতোম নাইতোম মিংয়েংদা স্কুল চলাইহনবদি খ্বাইদগী হেন্না অয়ানবা শিক্ষা পীবা

তারক্কনি । উদ্দেশ্য লৈতনা শিক্ষা পীবসিদি শেন্দান লম্বী ওইদুনা তোক্কনি । মসিনা ঐখোয়গী অঙাংশিংগী পুক্নীং তোখায় তোখায়না স্কুল মশিংগী রাখল মশীং শেমগক্লুনা লিংজেল মায়বগী লীপুন তৎপা তারক্কনি । অসিগুম্বা মচোই তাবা পুনশি ময়ামদুনা পুরক্লবা ফল অদুদি কাংখোং চঈবনি । মরম অসিনা ঐখোয়না তুংগী মীরোলবু কন্নবা উপায় পুখোক্তবা য়ারবনি । য়াম্না হেন্না থেংমন্নবনি ।

মসিগী পাউখুমসু অরুবা নত্তে । ঐখোয়গী মাওদা জাকির হুসেন, রাধাকৃষ্ণন অমসুং মহাত্মা গান্ধীনা তাকপীরম্বা লম্বী লৈ । জোন দিয়্বী, ফ্রোবেল মেকদুগল, মোন্তেশোরি, মশীং থীওমরবা কয়া লৈরি । মহাপুরুষশিংনা চংগ্রবা লম্বী অদু থৈদোক্লুনা থাদোক্লুনা ঐখোয়না ইতিহাসকী মমাওগী অচাইবী অদুদগী করিগী হৌগদৌরিবনো ? স্কুল লিংলিবা পুম্নমক অচৌ অচৌবা ফিলোশোফর, এজুকেসনিষ্ট অমমম ফক্রি হায়না করম্না লৌগদৌরিবনো ? মুম্না খন্নরুরবদি অকিবগী মশক্রি ।

অইবনা ইউ, এসতা থেংনরকপা অঙাং অমমম শেমগৎপদা তম্বীরিবা করিকুলম অমদি সিলেবসকী মতাংদা মথক্তা শম্না শম্না নৈনগ্রে । মসিগী মথক্তা পম্নীংলিবদি মখোয়গী অঙাং অমনা alphabet অমত্তং s, j, f নচিংবা হায়বদা ফজরবদি মাগীদমক অেওয়া মতোমতগী নুমিৎ তরানি / তরামণ্ডানি চক্কনা ট্রেনিং তৌবী । স্পেসিয়েল ক্লাস অদু অঙাংনা মরোল শেংলকপা নুমিত্তা লোইশিন্নি । অসুম্না চামদা চাম, লাইরিক তম্বা ফংজরবা অঙাংশিংদু ফেল নত্তগা থার্ড ক্লাস হায়বা মিংথোল অসি পীদে । "ফার্স্ট ক্লাস, তোপ ওফ দ রার্লদ" অসিনি মখোয়গী শিক্ষাগী পান্দম অদুগা "গুদ সিটিজন ওফ দ ৱার্লদ" অসিনা মখোয়গী পন্দুংনি । মসিগী কলেজা অসি ঐখোয়স্ এ ক্স থরা চক্কনা, খোঙথার্দি য়াঙনা শাগৎপা অবনি । রাফম অসি মণিপুরগীতা নত্তে, স্টেট পূম্নগীনি, ভারত পুম্নগীনি ।

ইউ, এসতা অসিগুম্বা থাক্তা লাক্লুনা মী পুম্নমক অফবা নাগরিক্ ওইরকখিবা অমসুং অচৌবা অকনবা লৈবাক অমা ওইরকখিবগী মরমশিংগী মনুংদা মরুওইবা মরমদি, মরম কয়ামুক্তী মনুংদা মখোয়না অধ্যাত্মিকী পুনশি অমা শেমগৎপীখিবা অসিননি । হৌখিবা চহি চামা থরা হেনবশিংগী মনুংদা লৈবাক অসিগী মীওইশিংনা তপ্ন তপ্ন তপ্ন ওল্লক্লুনা নিশা চাবা, থৎন-চৈনবা, হাৎন-শুনবা, শা-ঙা চবা লোইনা তোকখ্রে । লোংমৈ পায়দুনা পংহাৎ হাৎনরম্বা অদু লেপখ্রে । হার্ট ফেল ওইদুনা তূম্বদা পঙশি শিরম্বা অদু ফদোকখ্রে । মসিগী মরমদি অধ্যাত্মিক জ্ঞান ফংবগীনি হায়বদু মথক্তা থমখ্রে । ভারতগী স্বামী বিবেকানন্দ, ভক্তি স্বরুপ প্রভুপাদ, স্বামী অশেশানন্দ, স্বামী

শিষ প্রেমানন্দ অমসুং স্বামী চিদানন্দনচিংবনা মখোয়গী লৈবাক্ত চত্নুনা যোগ বেদান্তগী জ্ঞানশীননবা কয়া কয়া হোৎনখ্রে। হৌজিক্তিং মখোয়না যোগগী শাজেল, অহিংসা, সত্য, ব্রহ্মচর্য্য, নিরামিসকী হিরমদা মাঙজিল থাবা লৈবাক ওইরক্রি। ঋষি মুনিশিং অসিনসু পান্দম অসিমক ইলাক খুনবা, বিজ্ঞান্দ চাওখৎলবা আমেরিক নশিংদা শীবা পাগ্রম্মী। মদুমক পাঙথোকখি। ঋষিশিংগী হোৎনবগী মনুংদা খুদম অমত্তং ওইনা স্বামী চিদানন্দবু লৌখত্তুনা য়েংশি " **Truth, non-violence, and purity are the essence of religion and spirituality. 1hey are the essesnce of yoga and vedanta. Selfless service, universal love,charity, purity, devotion and meditation will automatically unfailingly lead to illumination and self realisation," 2nd December 1959,telivision network U.S.A. Holy stream P.110.**

অসুম্মা লেকচর শীবগা লোয়ননা দিভাইন লাইফকী ব্রাঞ্চশিং লিংখৎলম্মী। অদুদগী স্বামীজিনা মিলব্রোকি (ব্রিসকোনশিন), মিনিপোলিস, লোস এঞ্জেলস, ইনসিনিতাস, সান ফ্রানসিসকো, হোলিক্রদ, হাউসতোন (তেক্সাস), নিউ য়োর্ক, সান এন্তোনিও, কালিফোর্নিয়া, জেমস তাউন, পোর্টলেণ্ড, আইওরা, মেলবোরোনচিংবা সহরশিংদা চহি অনী চঙনা ভাষন শীরম্মী অমসুং ব্রাঞ্চসু মফম চাবা য়েংদুনা হাংদোক্রম্মী। হৌজিক ইউ.এস.যোগগী মফম নোংম নোংমগী ব্রাংখৎলক্রি স্বামী সচিদানন্দনদি পুনশি চুপ্পা আমেরিকাদা আধ্যাত্মিক প্রচার তৌদুনা পুনশি লেপ্লি। অসুম্মা চুরুট থকপা, নিষা চাবা, হাৎন শুনবা মপা লৈরমদবা আমেরিকানা ঙসি শা ঙা ফাওবা চাদবা লৈবাক অমা ওইদুনা হকচাং ফনা, পুনশি ভোলোয়না চহি মরিফুত্তরা চমা শুরবশিংমকসু নহাওইনা হিংলি। অঙকপনি লমদমদুদা অহল হায়বা ব্রাহৈ অসি লৈতে। চহি কয়া শুবীরবগে হায়না হংলুবদা খুম্নকই, "আই এম নাইনটি ইয়ারস য়ং, আই এম হন্ড্রেদ ইয়ারস য়ং,..." মখাংসু কোন্দে, ময়াসু ভেক্তে, মউনসু হেম্না খুইদে। মায়থোংসু মকা লম্মী। অসিনি আমেরিকাগী পুনশি।

নোট ইনা ইনা ঋষিকেশকী হিমালয় চিংখোঙদা স্বামী শিবানন্দগী কুটিরদা স্বামীজিগী ধ্যান তৌফম, লাইরিক ইফম অদুমত্তা নোংপোক ওন্দুনা ফম্রম্মী। গঙ্গাগী ঈশিংনা ঈপোম লীশীং লীশীং থোক্লা চেম্মুরি। মেরাগী মপূংফাবা তরামরিনি পানবা থানা নোংচুপ মায়গৈদা হাইথবা হৌরক্রম্মী। অইংবা নুংশিৎ শিংলক্রম্মী। থাবলগী শুঙ্গৎলবা মঙাল্লত্তা নোংপোকথংবা মায়গৈদা হিমালয়না অঙানবা থাবলবু শীংনদুনা অমম্বা মপৈ অমগুম ইব্রাং ব্রাংনা লেপ্লি। নুংশিরবা পোক্লফম লমদম লমনুংশি পলেম ইমাবু উনীংবনা নোংঙাল্লগদবা মতমদুফাওবা তুমথদনা নোংঙানবা ঙাইনীংলম্মী। অদুবু নিদ্রাদেবী লাক্রম্মী। অহিং মমৈদা আনন্দকুটিরগী মাঙোন্দা তুমথখিরম্মী।

তাং ২৭/১০/২০০৪ ইং

ঋষিকেশ, হিমালয় - লোইরবা -

## বিব্লিওগ্রাফি

১/ আমেরিকান এজুকেসন - থোমাস সোব্রেল - ফার্ষ্ট পব্লিকেসন ১৯৭০ ।
২/ স্কুল দ ষ্টোরি ওফ আমেরিকা ইডিটর - সরাহ মেন্দেল এন্ড সরাহ বি পেটেন ২০০১ ।
৩/ এ নেসন এৎ রিস্ক - কমিসন বাই দ ইউ এস ডিপার্টমন্টে ওফ এজুকেসন ।
৪/ এ হিষ্টরি ওফ আমেরিকান এজুকেসন - গোড্ হার্বী গেহমেন এণ্ড জেমস দি ভেল্লর।
৫/ ইলি ষ্টাফ ডাইরেক্তরি - ২০০৪ ।
৬/ ব্লুমফিল্দ স্কুল ডিষ্ট্রিক্ত কম্যুনিটি এজুকেসন । ডিষ্ট্রিক্ত ওথোরিটি
৭/ ষ্টুডেন্টস কোদ ওফ কণ্ডক - ফিলোসোফি - পেন্দেক্স - এদমন এস মোর্গান ।
৯/ ব্রেষ্ট ব্লুমফিল্দ স্কুল ডিষ্ট্রিক্ত ইলেমেন্টরি কবিকুলম - পেরেন্ট হেন্দ বুক - কে ৫ - ২০০৪ ।
১০/ ৱাশিংতন এ ফোটোগ্রাফিক জর্নি - সুজি ফেবর ।
১১/ ব্লুমফিল্দ স্কুল ডিষ্ট্রিক্ত - দ লেকর - ডিষ্ট্রিক্ত ওথোরিটি ।
১২/ দ হিন্দু স্পিরিট ওন এজুকেসন - ইডিটব - এন ববী ।
১৩/ দ মোটাউন ম্যাজিক মেছিন - হেবোল্দ কিথ টেইলব ।
১৪/ দ যোগ এ হেণ্ডবুক সুমুখি ফিন্নি ।
১৫/ পোইট্রি ফোর দ সেল্ফ - স্বামী শিবানন্দ ।
১৬/ ইনফোর্মেসন ব্রোচবশিং, হেণ্ডবুকশিং ।

---





তাং ২১।০৮।২০০৪ ইংদা বালমার্ট সোপিং কমপ্লেক্সতা অইবা, লোযনবী অমসুং মমৌ অহল স্বর্নতলা। ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমাব



নুমিৎ কযানি নোং থিৎলি-থিৎলি তাবি। প্রোগ্রামদি লেপ্পে। মিচিগান পাৎ মপান্দা নোং মবক্তা অইবা। ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমাব



নেটিভ আর্মেবিকানশিংগী ফেষ্টিভেলদা মখোযগী হিবো নম্বব বান জগোই শাব।
তাং ২১/২০/২০০৪ ইংদা অইবনা নম্বা ফোটো।



ব্লুমফিল্ড যূমগী নাকন্দা হৌবা উচান পাম্বী অনী। উ ককপা চংনদে উংনীংদুনা নম্বা।
ফোটোঃ অইবা



*বাল্টিমোবদাঃ কেবোলা, হেমাবতি, বোবো, কহিকান্ত, (অফম্বা) প্রতিভা, অইবা, পৃতি (কহিকান্ত, কেবোলাগী মচাশিং)। ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমাব*



*নিউ ইম্পাযাব ষ্টেট বিল্ডিংগী স্কাই ডেক্তা থোবক্লিবা থাগী অঙাঙবা মচু যেংলি। ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমাব*



*নিউ ইম্পাযাব ষ্টেট বিল্ডিংগী চঙননবা টিকেট ককপা ঙাইবিঙৈ।
ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমাব*



*পার্ল হাববববদা যেক্লবগী লানফমদা আমেবিকানশিংবু মনীংতমবা পুবকখিবা থৌনা ফবা তাইনি সিপকী অশাবা শক্তম। অশেংবদুদি বালাটমুবদা লৈ। যেংলকই। কোষ্ট গার্ড কত্তবনা কল্লকখিবনি। ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমাব*



লোরেন্সনা চীংকাবগী ট্রেনিং তৌরি।
ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমার




স্মিথসোনিয়ান ম্যুজিয়মগী আমেরিকান হিষ্ট্রি ৱাশিংতন ডি, সি, চঙফমদা
লাউথোকপা নীংথিবা ৱাহৈশিং নোট তৌরি। ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমার



*বালটিমোবদা ত্রেড সেন্টব মনীংলোমদা অইবনা নোট ইবি।*
*ফোটোঃ ডাঃ ।*



*ঋষিকেষতা হেক থুংবগা স্বামী শিবানন্দগী আনন্দকুটিব মাঙ্গোনদা।*
*ফোটোঃ পূর্ণিচন্দ্র*



বাৰ্ল্ড ব্ৰেদ সেন্টবগী অনৌবা শাগৎকদবা মওং অনিলচন্দ্ৰনা মখাগী ক্লোবদা শন্দোক্লা তাক্লি। ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমাব



যূমগী মনীংদা ফুট ৮/৯ দমক লাপ্লা হৌবা উপাস্থীসি নাকেন্থাগী খূদম লাক্লে। ফোটোঃ ডাঃ ললিতকমাব



বাশিংতন ডি, সি, দা কেপিটোল হিল মমাঙদা অইবা।
ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমাব



৮। তাং ২৩।০৮।২০০৪ ইংদা নিনো সালভাগীও সোপিং কমপ্লেক্সতা অইবনা
লৈগী ষ্টোল যেংলি। ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমাব



মেবিলেগুগী কিটসভাইলদা ডিভাইন লাইফকী আশ্রমদা অইবনা
শজি থেংনবকখিবা লাইশঙ। ফোটোঃ অইবা



আমেবিকান হিষ্ট্রি ম্যুজিযমদা অইবনা থোমাস এলভা ইদিসনগী ব্রাহৈশিং
নোট তৌবি। ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমাব




ওর্চাদ লেক মিডল স্কুল যেংলুবগা থোবকপা।
ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমাব



তাং ১৮/১০/২০০৪ ইং মণিপুব থোক্লমদাইদা ইমুংগী অপূনবা ফোটো।
ফোটো ওটোমেটিকঃ ডাঃ ললিতকুমাব



মঙ্গল গ্রহদা তাকববা ভাইকিংগী মায পাকপশিংগী বিপোর্ট যেংদুনা নোট তৌবি।
ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমাব



বাশিংটন ডি, সি, দা নেশ্নেল গেলেবি ওফ আর্টসকী তককশুবা গেলেবিদা পৃথিবী পূম্বগী মীযাম্বু কল্লকহল্লিবী লিওনার্দো দা ভিন্সিগী গিনেভ্রা দি বেঞ্চি। ফোটোঃ অইবা




ইলি ইলেমেন্টবি স্কুল যেংলুবগা থোবকপা।
ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমাব



বালটিমোব ইক্বাবিযমদা শো যেংনবা চঙবা থৌনবকলি।
ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমাব



*তাং ২১/০৮/২০০৪ ইংদা ইশুনুপী লীলীযানগী কাদা ডাঃ পোন্দবগ্রাসকী অযাবা লৌদুনা বাবী বাভায লোইবগা ক্লাস যেংবা। ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমাব*



*নিউযোর্ককী লৈনুংগী মখা ইথং থংবা বেলদা অইবা অমদি ডাঃ ললিতকুমাব।*
*ফোটোঃ অনিলচন্দ্র*





:বল্ হিষ্ট্রি ম্যুজিযম মনুংদা অইবা।
ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমাব




ব্রার্ল্ড ট্রেড সেন্টবগী কাযখ্রবা দলানগী মখাদা নৌনা শাগৎনবা থৌবাং তৌবিবা সব দুং ষ্ট্রিটতা গাইদ অনিলচন্দ্রগা লোযননা অইবা। ফোটোঃ ডাঃ ললিতকুমাব

## শ্রীকুঞ্জোসিংহ পব্লিকেসনগী লাইৱরকাশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | কক্‌চিং (১৯৭১) | — | পুখ্রম্বম ভবত মৈতৈ |
| ২। | ইজনীংই পবেং অমম্তং কবিতাগী (*কবিতা*) (১৯৭২) | — | শ্রীকুঞ্জোসিংহ পুখ্রম্বম্ |
| ৩। | কক্‌চিংগী খরদং (১৯৭৬) | — | শ্রীমোইরাংথেম প্রেমান্দ সিংহ |
| ৪। | কক্‌চিং হবাওবা (১৯৭৬) | — | পুখ্রম্বম ভবত মৈতৈ |
| ৫। | কক্‌চিং খুম্থোকলোন (১৯৭৬) | — | ময়াংলম্বম্ তোম্বা মৈতৈ |
| ৬। | বানীগী থামোই কায়বা য়াস (*য়াবীমচা*) ১৯৭৯) | — | শ্রীকুঞ্জোসিংহ পুখ্রম্বম্ |
| ৭। | অনৌবা য়াওনবী মৈবী (*কবিতা*) (১৯৭৯ ১৯৮১) | — | শ্রীকুঞ্জোসিংহ পুখ্রম্বম্ |
| ৮। | বিপ্লবকী ঈশৈ (*কবিতা*) (১৯৮১) | — | শ্রীকুঞ্জোসিংহ পুখ্রম্বম্ |
| ৯। | মৈশা লাংবা (*য়াবীমচা*) (১৯৮১) | — | শ্রীকুঞ্জোসিংহ পুখ্রম্বম্ |
| ১০। | The Goddess of Dawn (Poetry) (1981) | — | শ্রী[illegible]জোসিংহ পুখ্রম্বম্ |
| ১১। | কক্‌চিং হবাওবা (*অনীশুবা*) (১৯৮[illegible]) | — | [illegible]ম ভবত মৈতৈ |
| ১২। | থোঙনাওসিগী শক্তম (*কবিতা*) ১৯৮১) | — | [illegible]ঞ্জোসিংহ পুখ্রম্বম্ |
| ১৩। | ইপাম খাম্বী মৈহৌরে ইদুনিংথৌ মৈকল্লো (২০০৩) | — | [illegible]ঞ্জোসিংহ পুখ্রম্বম্ |
| ১৪। | শিবানন্দগী খোঞ্জেল (*স্বামী শিবানন্দ*) (২০০১, ২০০৭) খোমজিনবা | — | শ্রীকুঞ্জোসিংহ পুখ্রম্বম্ |
| ১৫। | গুরু তত্ত্ব (*স্বামী শিবানন্দ*) (২০০৬) হন্দোকপা | | শ্রীকুঞ্জোসিংহ পুখ্রম্বম্ |
| ১৬। | যোগগী লমজিং লমতাক (*স্বামী চিদানন্দ*) (২০০৭) হন্দোকপা | — | শ্রীকুঞ্জোসিংহ পুখ্রম্বম্ |
| | ছাত্রগী পুনশি মায় পাক্লবা লম্বী (*স্বামী শিবানন্দ*) (২০০৭) হন্দোকপা | — | শ্রীকু[illegible] |

**লাইব্রিক ফংফম**

**Aisect Kakching**

Khongnang Ma[illegible]

ORCHARD LAKE MIDDLE SCHOOL

WORLD

*& inner color photos printed at.*
**Printers, Governor Road, Imphal.**